# অহৌঙবগী ৱারোল

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা হৌথিবা চহী কয়া অসিগী মনুংদা মণিপুরী সংস্কৃতিগীগা মরী লৈননা পায়খৎচরক্লিবা তোঙান তোঙানবা থৌরম কয়াসিগী মনুংদা লাইরিক ফোঙবগী শঙ্কক অসিসু য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মসিগী থোৱাং অসিগী মথাদা একাদমিনা চহী খুদিংগী লাইরিক কয়ামকুম ফোঙবগী থবক চথক্লরক্লি। মসিগী মনুংদা অতোপ্পা লোনশিংদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙবা অমদি মৈতৈলোন্দগী অতৈ লোনশিংদা হন্দোক্তুনা ফোঙবা আসনচিংবশি অসিসু মপুং ওইবা অমনি। পান্দম অসিগী মথাদা মরু ওইবা লাইরিক থরদি একাদমিনা পুথোকচল্লে। হন্দক একাদমিনা ফোঙজরিবা 'নাট্য-শাস্ত্র' অসি অসিগুম্বা লাইরিক ফোঙবগী থৌরম মথাদা লৌখৎচরকপা মরুওইবা থবক অমনি। তশেংবমকসু 'নাট্য-শাস্ত্র' গুম্বা য়াম্না মরুওইবা লাইরিক অমা মৈতৈলোন্দা পুথোকপা হায়বসি একাদমি অসিনা মতম কুইনদগী মঙজরক্লবা মঙ অমনি। লাইরিক অসিগী দরকার লৈবা অসি মশক মুম্না খঙতুনা একাদমিগী জগোয়গী ষ্টেন্ডিং কমিটিনা রারেপ ওইনা মসিবু ফোঙদোক্লবা লৌখিবনি। হৌজিক্তা মসিবু থবক ওইনা মযামগী মাঙদা পুথোকচনা ঙমজরে। হন্দক পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা 'নাট্য-শাস্ত্র' গী অধ্যায় ১৮ য়াওরি। লেমহৌবা অধ্যায়শিং অতোপ্পা ফোঙলক্কদবা লাইরিক্তা পুথোকচগনি।

লাইরিক অসিবু মৈতৈলোন্দা হন্দোকপিরিবা অমদি মসি নম্বগী প্রুফনচিংবা কুপ্পা শেন্নবিরিবা শ্রীগুরুঅরিবম সুরচান্দ শর্ম্মাবু একাদমিনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা মশক নাইরবা পণ্ডিত অমদি অইবা অমা ওইবদা নত্তনা একাদমি অসিগীসু মশক

নাইরবা মেম্বর অমা ওইরম্বা অমদি মসিগী ফেল্লো পীতুনা ঈকায়-খুম্নখ্রবা মীশক্তি। মথংদা একাদমিনা লাইরিক অসিনা খূৎই ওইন। লৈরিঙৈদা কুপ্না পাবিদুনা অরান-অহুই য়েংশিনবিখিবা শ্রীবি, মণিস্না শর্ম্মা শাস্ত্রীবুস্থ তৌবিমল থগুবা উৎচরি। অরোইবা ওইনা, একাদমিনা ফোঙজরিরা লাইরিক অসিবু নম্বগী ভার পূম্নমক লৌবিরিবা সরস্বতি প্রিন্টিং রার্কসকী মেনেজরবু ঙমথৈ লৈতনা থাগৎচরি।

এল, দামোদর সিংহ
সেক্রেটরি,
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি,
ইম্ফাল।

ইম্ফাল
জুন তাং ৬, ১৯৮৫ ইং

# ৱাহৈ খরদং

পৃথিবীদা লৈরিবা চাওখৎপা চাওখত্তবা জাতি অপুম্বগী মীওই পুম্নমক শাজং-লোনচং, হিংবা মহিং, ৱাঙাঙ্-শাঙাঙ্ অসিনচিংবা মরম কয়াদা তোঙান্নবা মশক কয়া থোক্লা লৈনরবসু মখোয় পুম্নমক মীওইবা মশেল্লি। তাইবঙ্ মপুগী খুৎশেমদা মী পুম্নমক মী ঙাক্তনি—মায়-মিৎ, খোঙ্-খুৎনচিংবা কায়াৎ চপ মান্নে, মখোয় খুদীংমক্কী পঙ্বা-শিংবা মতৌ, পুক্লীং অমদি লৌশিংনচিংবসু চপ মান্নে। অদুন্নদি ওইরগা মখোয় খুদীংমক্কী তোঙান্নবা মতৌ লৈতবদি নত্তে—মহু ঐখোয়না অদুম্মক খঙ্নরি।

অসুম তৌনা তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্কী, তোঙান-তোঙানবা জাতিগী মরক্তা লৈনরিবা খেন্নবা মতৌশিংনা মাগী-মাগী চৎনবী—হৌনবীগী তোঙান্নবা শকলোন অমমম লৌহুনা তোঙান-তোঙানবা মচুনা তাইবঙ্ লৈকোন-লৈতেং ওইনরি। অসিগুম্বা জাতি-জাতিগী চৎনবী অসিনা মাগী-মাগী থাদোক্লফদ্রবা শাস্ত্রগী মশক্লি। অদুগুম্বা মাগী-মাগী মনাৎ-মচু অদুনা য়োমহুনা মাগী-মাগী জাতিগী তোপ তোপ্পা মশক ঙাক্লরি। অসুম্না ঈশিং-নুংশিৎ খেন্নবা মতুং ইন্না থাদোক্লবা য়াদবা মওঙ্দা লৈবা মাগী-মাগী চৎনবী লোনচংনা মাগী-মাগী শাগোম্নদবা য়াদবা শাস্ত্রনি।

মতম্না অসুম শাংলক্লবদা অমদি থঙ্বা-উবা হেল্লক্লবদা কান্নবা কান্নদবা কয়া খন্দোক-খক্সিন তৌরগা খন্থহৈবা মীনা মমৈদা মথং-মথং মীয়োল কয়া, যুগ কয়া চঙ্না অমদি মতম-মতমগী ওইনা হোংলকপা মতৌ কয়াগী অরেপ্পা মশক লেপ্তুনা মমৈদা শাস্ত্রগী মশক ওইনা য়েক-শিন্নরকখিবনা তাইবঙ্গী মতৌনি। অসুম্না মীওইবনা অমত্তা ওইহুনসু হায়বদি মপু অমত্তগী মচা-মশু ওইহুনসু তোঙান-তোঙানবা হিরমগী মান্নদবা শকলোন কয়া-কয়া লৌহুনা ঙসি ফাওবদা মচু-মমেন কয়া থোক্লা ঙান্নরি।

হুন্জীক-হুন্জীকমক অচম্বা মীওই ঐখোয়গী ঙক্লবা মচাক ওইনরিবা খা-থবাম্মীচাক্লচিংবগী অরেপ্পা খোঙ্চৎ অমদি মহুনা পীরকপা তাইবঙ্ পানবগী অকবা-ফত্তবা মহৈনচিংবা কয়া অসিসু তাইবঙ্পানবগী

কান্নবতা থনবা অতুগুম্বা মীথোই-মীহেন মুনি-ঋষি কয়াগী অকনবা সাধনা নত্রগা তপস্যাদগী ওইরকখ্রিবা ভাক্তনি। অসুম্না শিল্পোন-শিনফম অমদি চংন-লোনচং, য়েকপা-খোংপা অসিনচিংবা হিরমশিংগী ধর্ম্ম-শাস্ত্র, তোঙান-তোঙানবা শাস্ত্র অমমমগী মশক উনবা ফংলকখি। ধর্ম্ম-শাস্ত্র, অর্থ-শাস্ত্র, নীতি-শাস্ত্র—অসুম্না লৈবাক মচা তাবা জাতিশিংগী লৈনরিবা তোঙান-তোঙানবা শাস্ত্রশিং অসিগুম্না নাট্য-শাস্ত্র অসিসু অমনি হায়না ভারতকী মীনা লৌনৈ। 'নাট্য' হায়বা রাহৈ অসিগী মমুংদা পুং-ঈশৈ জগোইনচিংবসু অতুপ্পক চঙলবনা হায়রিবা শাস্ত্র অসিনা মরুওইনা ললিত কলাগীদি অশূপ্পা, অমত্তা ভায়বা মশক অমনি শাস্ত্র-নরি। নাট্য-শাস্ত্রগী য়ুক্কমদা মথংদা অতৈ অতোপ্পা শাস্ত্র কয়ামরুমস্তু থোক্লকখি। বৈষ্ণব রস-শাস্ত্রশিংসু অসুম্না মথং তাথরকপা মওঙগীনি হায়বসি অতুপ্পক ইখঙ মখঙনরি।

হায়রিবা নাট্য-শাস্ত্র অসিমকসু ভরত মুনি মশামকী রাঙাঙদগী হংবদা—লৈবাক-লৈবাকী চংনবী মতৌ য়েংতুনা খোমজিনখিবা ওইনা মতাং-মতাংদা উংলি, মতুদি—মানা লৌখংপদা বাংখিবা কয়ামরুমদি য়েংলগা হাপকংকদবনি অসুম্না হেক-হেক পল্লি।

নোক্তানি চ ময়া যানি লোক গ্রাহ্যানি তান্যপি। ২৩। ২২৩

অর্থ। ঐনা হায়খিবশিং অসিদা য়াওদবা অরাংপা অতৈদি মী-শিংগী মরক্তা চংনবা মতৌ য়েংলগা লোগদবনি। অতুনদি নাট্য-শাস্ত্রনা উংলিবা, কূপলেন কূপ্পা মতৌশিং অসিনা মীওইবা-সমাজগী চাউরাকপা মশক অমা ওইরবসু মতৌশিং অদুবু শীজিন্নরকপা মতমদদি অমগা-অমগা খেন্নবা মতৌ য়াম্নমক লৈ। মতু কররিদগী থোকই ?—চংন-লোন-চংনচিংবা খেন্নবদগী। অতুনা খুৎকী অমদি খোঙনচিংবগী থবক্তা হায়-বদি অভিনয়নচিংবগী অকূপ্পা মখল কয়া থোক্লা খায়দোরকপদা মখোয় খুদোংগী মমিং-মথা নাইনা, মচা তানা খঙহনবা ঙম্নদ্রবসু শাস্ত্রনা থোনবা মমিং অতু পুররক্লগা শাস্ত্রগা মান্নদবা অতোপ্পা মফমদা শীজিন্নবা কয়া ঐখোয়না থেংনরি—উনরি। মরম অতুনা শাস্ত্রনা শীজিন্নবগা ঐখোয়না শীজিন্নবগা শীজিন্নফম তিন্নদে হায়তুন' মদুবু হেক্তমক শাস্ত্রনা য়াবা থোক্তে হায়রুফম লৈতে। মমিংদি খঙনবা খোনবনি, মরু ওইরিবদি শীজিন্নবা মশীজিন্না অতুনি। খূদম ওইনা মণিপুর রাংমদা লৈবা মৈতৈ নত্তবা অতৈ জাতিগী মীনা হৈজ্রাঙ পায়তুনা ইনশাং শেন্বা

অমদি শোইবা মতৌ, খুৎ অনি চঙ্‌হূনা অচোৎপা কি শুমদোকপা মশুম ঐখোয় মৈতৈনা তৌবগা মান্নদে। মান্নদে হায়হূনা কনাগীবু কনানা লাল্লি হায়রুগনি। ফংনীংলিবা মহৈ অতুদি অনিমক চপ মান্ননা ফংনরি। অতুনা চৎনবীনা মপুংনি, চৎনবীনা শাস্ত্রনি, অসিগুম্বা চৎনবীনা তাইবঙ্‌পানবদা হিংননবা অথোইবা পোৎচঙ্‌নি অমসুং লান্নবা পাৎপ অথোইবসুনি। অসিগুম্বা মনাৎ-মশিন্না শেম্বা চৎনবী অসিগী পথাপ পরিংনা পুন্নবা মী অতুদি চঙ্‌বা-শিবা অনিমক্তা মপোক থীবা ওইহূনা তোকই।

চৎনবীবু হায়রবসু শাস্ত্রগী মতপু হায়রবসু অকক্নবা নিয়মনা পুনবা মতৌবু হায়বনি। তৌনীংবতা তৌবা মওঙ্‌দি চৎনবীসু নত্রে—শাস্ত্রীয়সু ওইত্রে। মসিদি ফিজুম থাহূনা চুমথোক্নবা, অমোৎ-অকায় চেলহন্নবা তক্ন-তক্নবা ঈশিংগুম্বনি; লেপ্পবা মশক্তি—মথা অমা তাক্নিঙাই লৈত্রবা—মানা হায়বা মওঙ্‌ অতুদগী খজীকুং চোয়থোক্‌বদা হেক্কমক মশক থীহনবা অত্তুগুম্বা হীরাগুম লংলবা পোৎ অমনি—অরেপ্পনি, অচুম্বনি, অবেম্বা, ফজবা-নীংথিবগী মশকনি।

ভরত মশামক্না চৎনবীবু নীংথিনা শোগৎলম্বা ওইবনা মানা নাট্য-শাস্ত্র ইবা মতমদসু তাইবঙ্‌ মীরমলেনগী লৈবাক-লৈবাকী চৎনবী নিয়ম কয়া মানা উখিবা লৈ অমসুং মদুবু মানা য়াদবা তৌখিদে হায়বসি খঙ্‌নবা ওম্মী। অমুকসু হায়রি—

**অথ নোক্তং ময়া যচ্চ লোকাদ্‌ গ্রাহ্যং বুধৈস্তুতৎ।**

১৮ অঃ ৬১ শ্লোক।

অর্থ—ঐনা লৌথৎপদা য়াওখিদবশিং অতুদি পণ্ডিতশিংনা মী-মীগী চৎনবী-লোনচৎ য়েংনা লৌশিন্নবিগনি।

অসুন্না চৎনবীনা নাট্য-শাস্ত্রমক্তগীসু হানবা মরম চাউনা লৈ। চৎনরিবা লোন্না হানবরা—ব্যাকরণনা (লোনগী বায়েল পথাপ) হানবরা হায়বা রাহং লৈবগুম পুং-ঈশৈ-জগোইনচিংবা কলানা হানবরা নাটা-শাস্ত্রনা হানবরা খন্নানিঙাইনি। রাহং অসিমা লৈবনা চৎনবীনা মসিদগী য়াম্না হানবা মতৌ শেংনা উনবা ফংই। মতু পুন্নমকপু য়েংলগা মহাক্না লোলদগী ব্যাকরণ শেম্বগুম পথাপ-পরিং নাইনা পুথৎলকখিবনি হায়বসি শেংনা খঙ্‌নৈ।

'ত্রৈলোকস্যাস্য সর্বস্য নাট্যং ভাবানুকীর্ত্তনম্ ॥' ১ । ১০৬

অর্থ—নাট্যদা মরোল অহুম্মকী মতৌ শুনা য়াওই। হায়বদি লেঙ্‌লি-পাল্লিবা মরোল অহুম্মকী মতৌ পূম্বনা নাট্যগী যুম্ফম নত্রগা মচাক ওইনবা য়াই।

বাখল অশোমদা খন্তক্লবদি মৈতৈ লৈবাকী য়েলহৌভদগী শাগো-ম্বরক্লবা ঈশৈ-জগোইনচিংবসু, যুগকী খোঙ্‌লে মতুং ইম্না অনৌবা ঈনোং-ঈথিন কয়ানা অমুক মতুগী মবূক থলহন্দুনা মশাগী ওইবা হাম্নগী তোপ-তোপ্পা শকলোন পুদূনা ওসি ফাওবদা অংম্মক তোমথিন ভাল্লি।

হায়নবা লৈ মতুদি—মহাভারত-তা য়াওদবা করিগুম্বা হিরম অমত্তা কদাইদসু লৈতে। অতুগুমতুনা নাট্য-শাস্ত্রদা য়াওদবা করিগুম্বা জ্ঞান, করিগুম্বা খূৎশা হৈবগী থবক আসনচিংবা করি অমত্তসু য়াওদে। মথাদা উৎলিবা লাইরিক অসিগী নৈনরিবা হিরমশিং অসি য়েংলগা মসিনা কদায় ফাওবা পাক-শল্লিবা হায়বতু খঙ্‌বা ঙমগনি মতুদি—

১। নাট্য হৌরকপা
২। প্রেক্ষাগৃহগী মওঙ্‌-মতৌ
৩। রঙ্গদেবতা-পূজা
৪। তাণ্ডব-লক্ষণ
৫। পূর্বরঙ্গগী হৌনবী
৬। রস-গী মখল
৭। ভাবকী মশক তাকপা
৮। উপাঙ্গগী শীজিন্নফম
৯। খূৎলোন
১০। হকচাংগী অভিনয়
১১। চারী
১২। মণ্ডল শেম্বা
১৩। গতি প্রচার ( শাজৎ পরেং )
১৪। প্রবৃত্তিধর্মব্যঞ্জক ( কাখল য়াৎপা—শীজিন্নবা )
১৫। ছন্দোবিভাগ
১৬। ছন্দোবিচিতি
১৭। বাগভিনয়
১৮। ভাষাবিধান ( লোলগী রায়েল ।

ঐখোয়না হুক্তীক ফোঙ্‌লিবা অসি ফাওবগীনা ১৮ অসিনি।

মথংদা লাকলি—

১৯। কাকুস্বর ব্যঞ্জক ( মীকৌ-মীরাম্নগী মখল )
২০। দশরূপক ( লীলা মখল তরাগী মশক )
২১। সন্ধিগী অঙ্গশিং
২২। বৃত্তিবিকল্প
২৩। আহার্যাভিনয়
২৪। সামান্যাভিনয়
২৫। বাহ্যোপচার ( মপানগী ওইবা থৌরমশিং )
২৬। চিত্রাভিনয়
২৭। সিদ্ধিব্যঞ্জক ( মহৈ য়ানবগী মতৌ )
২৮। প্রকৃতি বিকল্পনা
১৯। আতোদ্য জাতি বিধান
৩০। তাল বিধান
৩১। ধ্রুবাধ্যায়
৩২। গুণাধ্যায়
৩৩। পুষ্করবাদ্য
৩৪। ভূমি বিকল্প
৩৫। নট শাপ
৩৬। গুহ্যবিকল্প

অধ্যায় ৩৬ অসিনা নাট্য-শাস্ত্র শাই। অধ্যায় নত্রগা তাংকক অমমমগী মমুংদা অমুক মশা কয়া-কয়া লোঙ্থোকখ্রি। অহুনা নাট্য-শাস্ত্র অসিদা য়াওদবা করিগুম্বা অমত্তবু লৈতবগুম লৌনরি। ভরত মুনিনা নাটক মখল তরা থোক্লা খায়দোক্লম্মী, মতুবু 'দশরূপক' অম্মুম্না থঙ্নৈ মতুদি—

নাটকং স প্রকরণমঙ্কো ব্যায়োগ এব চ
ভাণঃ সমবকারশ্চ বীথী প্রহসনং ডিমঃ
ঈহামৃগশ্চ বিজ্ঞেয়ো দশমো নাট্য লক্ষণে॥

২০ | ২-৩

মথংশিংনা মমিংশিংদি— নাটক, প্রকরণ, অঙ্ক, ব্যায়োগ, ভাণ, সমবকার, বীথী, প্রহসন, ডিম অমসুং ঈহামৃগ মখোয় অসিনি।

মখোয় অমমম অসিবু শাবদা চঙ্বা অংক মশীং, চঙ্গদবা মীশীং, করম্বা রসনা পুবা, করিনা যুম্ফম ওইবা, অসিনচিংবা মাগী-মাগী মতৌ মওঙ্সু শন্দোক্লা তাকলি।

অসিগুম্বা নাট্যগী থৌরম পাঙ্থোক্লবা মতিক চাবা রঙ্গালয়, অহানবা তৌফম থোকপা, মতুগীদমক যুম্ফম শেংদোকপা, লৈপাক অক্ববা খনবা, যুম্ফম থোনবা, পরিং হুনবনচিংবদগী হৌনা মথং-মথং মখা তাথরকপা শঙ্শাবগী থৌরম পরেং তাক্লকপদা লোৌখৎলিবা হীরম খুদীংমক্তা লাইগী পূজা নত্রগা ত্রিম্মু-লাইমুনচিংবদগী ভাকথোক্লবা চবান থাদোকপা, মতু তৌগদৌরিবা মীওই অতু করম্বা মীশক ওইবা তাবা—অসিনচিংবা কয়াগী মরম কুপ্না নৈনরি অমসুং করিগুম্বা অমত্তসু মরম লৈতনা, মতুগী হৌনবী তৌদনা তোকপা য়াওদে। যুম্ফম থোনবা, লৈপাক হোনবা, খোইদোকপা, শেমজিনবা, পরিং হুনবা, যাত্রা হুনবা—মতাংশিং অসি য়েংবদা অঙ্কপা ফংনা কুপ্না তাকলি। পোং অমসুং মরী লৈনবা মী খুদীংমক অশেংবা, অফবা ওইগনি—শোনগদবা মন্ত্রনা অসিনি, হায়বা ফাওবা তাকলি।

যথাচলো গিরির্মেরুর্হিমবাংশ্চ যথাচলঃ।
জয়াবহো নরেন্দ্রস্য তথা ত্বমচলো ভব॥ ১ ৬২

হে যুম্বী। সনজীং অমদি হিমালয়গুম্ম নহাক লেঙ্দনা লৈতাবা ওইয়ু। নিংথৌবু শা-লান্দা মায় পাকহল্লু।

নাট্য-শাস্ত্রগী মন্ত্র অসিমক ঐখোয়গী ব্রাহ্মণশিংনসু অহুম্মক যুম-কৈনচিংবগী যাত্রা হুনবগী যুম্বী যুংখৎপদা শীজিন্নে।

যাত্রা হুনবদা সনা কোময়াই চনগনি। যুংখৎলবদা যুম্বী অতু লেঙ্বা, হাইবা, লৈথোকপা য়াদে। লেঙ্লগা নোং তাদে, লৈথোক্লগা অশি-অনা নংই, হাইবা নীকপনা য়েক্লবদগী অকিবা নংই।

অসুম্না নাট্য-শাস্ত্রনা তাক্লিবা মতৌশিং অসি মৈতৈ লৈবাক্কুসু অহুম্মক মাম্নরা চথরকপা মতৌ ওসি ফাওবা ঐখোয়না উনবা ফংলি। যুমগী নত্রগা মাওব যাত্রা হুনবদা অথঙ্-অহৈ অহল্লম্মন থিহুনা চেক-শিন্নরিবসি ঐখোয়গীসু চৎনবী শাস্ত্রগী বায়েন অমনা পুনবননি—হেক্কমক তৌশিনবা অমত্তসু য়াওদে।

# রঙ্গদেবতা পূজা

শেমজিন-শাজিনবা লোইরবদা রঙ্গালয়দা হুমিং তরেৎনি চুপ্পা যণবী পুনগনি—

'গাবো বসেষুঃ সপ্তাহং সংজপ্যাপরৈর্দ্বিজৈঃ॥ ৩। ১

সঙ্গাড্রিঙৈদা অসুম্মা য়ুম মন্নুংদা যণ পুন্দুনা যষ্ঠী-যণয়ুং তাহনবসি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক্কীস্ত চৎনবীনি।

মন্ত্র শোনবা ঈশিং খীক্রুনা (শান্তি তৌহুনা) মশা শেংদোক্লবা নাট্যাচার্য্যনা অধিবাসকী থবক তৌগনি অমসুং ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরন-চিংবা লাই খিবীকপু কৌহুনা পূজা কৎলগা শান্নগদৌরিবা লীলাবু ঙাকপি-কনবীনবা হায়জগনি।

ঈড়াং-থৌনি হোৱমদাইদা অহানবদা শেংদোকপগী থবক তৌরগা মমৈদনা পাঙ্‌থোক্লদবা থৌরম অতুগী অপন-অহুই থোক্তনবগীদমক মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংবু হান্না লাৎথোক্রুনা পেলহনবা মতৌ অসি মৈতৈ লৈবাক্তস্ত হান্নদগী অতুম্মক লৈরকই। অসিগুম্বা থৌরম্ব নাট্য-শাস্ত্রনা 'রঙ্গদেবতা পূজা' হায়না থোল্লি। উৎকদৌরিবা রঙ্গ (কুম্মৈ) অদুবু মহৈ য়ালহন্নবগীদমক মাঙ্‌ থানা পাঙ্‌থোকপা থৌরম-থৌশীল কন্নাগী মন্নুংদা রঙ্গদেবতা পূজা অসি য়াম্নমক মরু ওই। লীলা শান্নকম অদুবু দোষ লৈতনবা তৌবা থৌশীলনি। মশক উদনা লৈবা, অঙবা-ফত্তবা শক্তি ( power ) কয়াবু হান্না পেলহনবগী শরুক্তা রঙ্গদেবতা-পূজা অসি তৌফম থোকপনি।

তান্ত্রিক পূজা খুদীংমক্তস্তু পূজা তৌফম অদুবু অসুম্মা শেংদোকপা, মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংদা চঙ্‌জহুনা মখোয়বু লাখোকপা, হান্না লৈরম্বা ভূত-প্রেতনচিংববু চবান থাদোক্রুমা থৈদোকহনখিবা অসিন-চিংবসি শমজিনবা মণ্ডঙ্‌দা চপ মান্ননা পাঙ্‌থোকই।

**অপূজয়িত্বা রঙ্গং তু নৈব প্রেক্ষাং প্রয়োজয়েৎ।**

৩। ৬৬

অহানবদা অসুম্না রঙ্গপূজা তৌদবা য়াদে। রঙ্গদেবতাবু হান্না পূজা কৎলবদি শকউদবা শক্তিশিং অদুনা কলাকারশিংবুসু পূজা তৌবীরকই হায়বদি নুংশিবী—অসুম্না লীলা মহৈ য়ানবা ওই।

ভূত-প্রেতনচিংবা ফত্তবা লাই থোকপা মতম সন্ধ্যা-য়াচঙ্‌বদা লাইশিংবু কৌদুনা অমুক হন্না প্রতিষ্ঠা তৌগনি ( লৈতাহনগনি )। য়াম-নচিংবা পোৎলম কয়ানা রঙ্গালয়গী লৈমায়দা 'লীলা ফম্পাকথক্তা' কাখল কয়া থোক্লা য়াৎকনি অমস্নং ময়ায় থংবদুনা ব্রহ্মাগী লৈফম ওইনা লৌরগা কা খূদীংদা তোপ্পা তোপ্পা তোঙান তোঙানবা পোৎ-চঙ্‌না হৌনবী পূজা কৎকনি। অসুম্না লাইশিংবু পূজা তৌবসিগুম মখোয়-মখোয়গী খূৎলাইশিংবুসু পূজা তৌগনি।

মথংদা রঙ্গমঞ্চগী ময়ায়দা হৌনবী মতুং ইন্না ঈশিং য়াওবা ঘট অমা উনানচিংবা য়েত্তূনা পূজা তৌগনি, মতুংদা সনা হাপকনি। সনাগী মহুত্তা ঐখোয়না শুমদবদগী পৈশা হাপনৈ। ঐখোয়না ঈশিংগী মহুত্তা শঙ্গোম অফম্বা, য়াইষঙ্ চন্দননচিংবা হাপই। মসিবু ঐখোয়গী সম্প্রদায়না দধিমঙ্গল হায়না খঙ্‌নৈ। চৈতন্য প্রভুনদি 'মহান্ত বিদায়' গী মতমদা শাজিন্নরম্মী। সম্প্রদায় থেম্নবদগী মণ্ডপ্ অসি লাকখিবনি।

হেক মথংদা পাঙ্‌থোকপা থৌরমদা ইরি—

খূৎলাই পূজা—

আতোদ্যানি তু সর্বাণি কৃত্বা বস্ত্রোত্তরাণি তু। ৩ | ৭২-৭৩
গন্ধৈর্মাল্যৈশ্চ ধূপৈশ্চ ভক্ষ্যৈর্ভোজ্যৈশ্চ পূজয়েৎ।

অর্থ। ফিনা কূপশিল্লবা পূ শেলনচিংবা যন্ত্র পূম্নমক্তা চন্দন, লৈ পরেং, ধূপ থাউমৈ অমদি চৈরুক-পাননচিংবা অচা-অথক কত্তূনা পূজা তৌগনি।

মণ্ডপ্ অসিনক অহোরাত্র কীর্ত্তনগী ধ্রমেল হৌরমদাইদা নিত্যাই-পূজা হায়না খঙ্‌নদুনা পূং-করতালনচিংববু পূজা তৌই।

মথংদা ফীরাণ কৎপগী থবক তৌগনি। নাট্য শাস্ত্রনা মসিবু জর্জর পূজা হায়না উংলি। ইন্দ্রগী ( লাই শোরারেন । খূৎলাইনি হায়দুনা মসিবু ইন্দ্রধ্বজ হায়না কোই। ইন্দ্রনা মসিগী চৈথোকনা হাইদুনা হিংচাবশিংবু তকথায়খিবদগী মথংদা 'জর্জর' ( লাকহৎপা, তুকথহনবা ) বাহৈনা মমিং ওইনসু খঙ্‌নরকখি।

ঐথোয়নসু করিগুম্বা মঙ্গলগী থৌরম অমা পাঙ্থোক্লমদাইদা সম্প্রদায় থেম্নবা মতুং ইন্না খরা থেম্নবা মওঙ্দা ফীরাণ কৎপগী থবক তৌরকই। লাই হরাউবা থৌরমদসু ফীরাণ কৎপগী থবক অসি তৌই। পূগ্রী হোঙ্বা, লাইশঙ্ হোঙ্বা, কীর্ত্তন কৎপনচিংবা থৌরমশিংদসু ফীরাণ কৎনৈ।

য়াম্না ওকপা অমনা কায়েঙ্ হরাউবগী লাই থিনগৎপা ( বিসর্জন ) মতমদা লৈশাবীশিংনা ফীরাণ চৈথোক পায়দুনা মাইবনা হল্লগা খুমতুনা শকপা ঈশৈদা চহি চামা পুনসীবা পীনবা নিবগী মরোল য়াওরি। বেদগী "শরদং শতং জীবেম" ( শরৎ চামা পুন্সীজগে ) হায়রবগা মসিগা অওকপা মওঙ্দা মাম্নবা মতৌ উবা ফংই।

অসুম্না ফীরাণ কৎপগী থবক লোইরগা যজ্ঞগী মৈ হৌগত্তুনা হোম তৌগনি। মথংদা অচাকপা মৈরা অমনা নিংথৌ অমদি কলাকারশিংবু নিরাজনগী মওঙ্দা ওকথোকনি, ঘটকী ঈশিংনা মন্ত্র শোন্দুনা খীক্তোক-পিগনি। লোইরগা চক্‌ অদু রঙ্গমঞ্চগী ময়ায়দা পুশিন্দুনা মখোল হৌনা লৈমায়দা লংথতুনা থুগায়গনি। চক্‌ কায়দবা য়াদে, য়েক্রুবা মরাই চায়থনবা, কায়দ্রগা নিংথৌগী ময়েং তাবা ওই অসুম্না থাজবা থম্মী। মসিগী মওঙ্ ওইরমাল্লে কথককী মমিং চৎলবা গুরু বিজু মহারাজনা অখোকপা য়ুবী মপূম অমা মী থঙ্হন্দনা ষ্টেজদা হেক-হেক হাম্না থুগায়রম্বা থেংনখি।

ঘট চক্‌ থুগায়রগা নাট্যচার্য্যনা রঙ্গলয় অপূম্বা মৈরানা ভাম্থোক-হনগনি ( মৈ থানগৎকনি )।

মথক্কী অসিগুম ঐথোয়গী অহোরাত্র-কীর্ত্তনগী অধিবাস হৌবদা ( ফুহোবা সুমিত্তা ) ব্রাহ্মণ পুরোহিতনচিংবনা মণ্ডলী ময়ায়দগী হাম্না পূজা কৎলবা মৈরা ( চৈদা কি য়েংপা ঘি লুপ্পবা অশাংবা মচৈ ) অহুম পুথোরক্লনা ( মী অমমমনা মৈরা অমমম পায়তুনা ব্রাহ্মণ অমনা কবোক অফাবগা মেক্রক্‌লা হাম্না কম্বী অমা পায়তুনা ) মাণ্ডব ময়োনগী চিথেক মরিমক্তা হেক-হেক দেউটি মঙ্গল তৌই—কবোক মেক্রক্‌লা মৈ মখাদগী লংথৎলি। অসুম্না মৈদা কবোক অফাবনা হোম তৌববু 'লাজ-হোম' হায়না খঙ্নৈ। অসুম্না চিথেক মরিমক্তা দেউটি মঙ্গল লাউবসি লোইরগা হান্নগী মফমদা মাণ্ডব ময়ায়দা পুশিন্দুনা লংশিনগনি।

ব্রাহ্মণ মরিনা অসুম্না চিথেক মরিমক্তা দেউটি মঙ্গল লাউবা হৌখিবগা মান্ননা রাজপুরোহিতনা ঘট-চফু অহু পায়হনা পালা অমদি মকোক মথং নাইনা ভাবোকশিংদসু খীক্তোল্ল্বা হৌগনি অমসুং মৈরা লংশিল্লবা মতুংদা পুশিল্লকুনা মৈরাশিং অহুগী মথক্তা দধিমঙ্গল-চফু অহু মখোল হৌনা কায়নবা থুগায়গনি।

মতাং অসি ফাওবদা নাট্য-শাস্ত্রনা 'রঙ্গদেবতা পূজা' গী শব্দক ওইনা য়াংলম্মী। মসিগা তাইনবদনা য়ৈন-খোংনবা যন্ত্রশিংগী খোঞ্জেল লোযননা রঙ্গমঞ্চদা লাল শোক্লবগী বা অমসু য়াওরি। মহুগী মথংদনা 'পূর্বরঙ্গ' গী হৌনবী তাক্লকলি।

মণিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মীনা কংপা অহোরাত্র কীর্ত্তন-দদি মথক্তা নৈনগ্রবা দেউটি মঙ্গল অমদি দধিমঙ্গলগী থবক অসি ধ্রমেল হৌগংগ্রবদা ( ঈশৈগী শব্দক তাদ্রিডৈ—পুংগা করতাল মখোলগতনা নিল্লিডৈদা ) পাংথোকই। সম্প্রদায় তোঙাল্লকপনা মরম ওইহনা মরু ওইনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগীদি ভক্তি মার্গদা লৈবনা শা-লানগী মতৌ অসি-মক্তি য়াওদে। অধিবাসকা মতমদা, মসি পাঙথোক্কদবা থৌরমগা হেক থংনবদা তৌই। রঙ্গালয়গী মশকসু খেন্নরকই—অমনা ষ্টেজনি—মায়কৈ অমত্তদগী উবনি, অমনা মায়কৈ পুম্নমক্তগী য়েংবা য়াবা অহাঙবা মফমদা পাঙথোকপা থৌরমনি।

## পূর্বরঙ্গ

যস্মাদ্রঙ্গপ্রয়োগোঽয়ং পূর্বমেব প্রযুজ্যতে।
তস্মাদয়ং পূর্বরঙ্গো বিজ্ঞেয়োঽত্র দ্বিজোত্তমাঃ॥ ৫।৭

হে ব্রাহ্মণ খিবীক। রঙ্গপ্রয়োগ অসিনা নাট্যগী ( লীলাগী ) মাঙথাবা থৌরম ওইবদগী মসিবু 'পূর্বরঙ্গ' অসুম্না খঙনগদবা ওই।

পূর্বরঙ্গগী মসুং চম্না মথাগী থৌরমশিং অসি পাঙথোকই, মহুদি -

( যুথল মরুমদা তৌগদবশিং )

১। প্রত্যাহার—য়ৈন-খোংনবা যন্ত্রশিংবু মাগী-মাগী মফম চানা থম্বা।

২। অবতরণ— ঈশৈ শকপশিংনা মাগী-মাগী ফম্ফমদা ফম্বা।

৩। আরম্ভ—ঈশৈ শকপা হৌনবগী থৌরাঙ্ পায়খৎপা।

৪ আশ্রাবণা—য়ৈবা-খোংবা তৌগদবা যন্ত্রশিংবু শেম-শাবা।

৫। বক্ত্রপাণি—যন্ত্রশিং শীজিন্নবগী মখল-মথেল খায়দোকপা।

৬ পরিঘট্টনা যন্ত্র মখোল্ শেম্বা, স্বর চাহনবা।

৭। সংঘোটনা—যন্ত্র শীজিন্নবগী খুং-খৎনচিংবা চাংয়েং তৌবা।

৮। মার্গাসারিত—পুং-শেলনচিংবগা মরী পানবা যন্ত্রগা পুন্না পাঙ্থোকমিন্নবগী থৌরাং।

৯। মাত্রাগী মচাং থম্বা।

মরু ওইবা থৌরম মাপন অসিগী মথংদা অমুক লাকলি—গীতবিধি (লাইগী মতিক-মগুণ শকপা), উত্থাপন (য়াকায়বা, হৌদোকপা), পরিবর্তন (কোয়না চত্তুনা মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংবু থুরুম্বা), নান্দী-পাঠ (আশীর্বাদ তৌবা), শুস্কাবকৃষ্টা (অর্থ থোক্তবা ঈশৈগী শব্দক), রঙ্গদ্বার (রঙ্গগী থোঙ্জীন হায়বদি কুম্মৈ হৌগদৌরে তাকপা)।

অসিগুম্বা পূর্বরঙ্গ অসি মখল অনি শুই—ত্র্যস্র অমসুং চতুরস্র। অনি অসিগীসু অমুক অনি-অনি থোকই মহুদি—শুদ্ধ (অশেংবা) অমসুং চিত্র (য়ানশিন্নবা) অসুম্না।

নাট্য-শাস্ত্রদি য়াম্নমক লুই। পণ্ডিত অয়াম্বনা তোঙান্নবা মত কয়া থোক্লা পুনৈ। অমম্বদা পোৎ মাবগুম মানা-মানা ওইহল্লীংবা কয়া ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। কয়ম্বা মতমদা মসিগী অরেপ্পা মশক অমা লাক্কদগে হায়বহু কনানসু অকক্লনা হায়বা ঙম্নরোইদবা মওঙ্দা ওইনা লৈত্রে। ফোঙ্নরিবা লাইরিকশিংদা চাউরাকপা মওঙ্দি মাম্নরগা কুপথরকপদা aplication নচিংবগী মস্তাংদদি মানা-মানা থোকপা হায়নবগী মতৌ অমা লৈবগুম তৌই। ভরতকী মতমদমক হিংহৌবা মীমক্তি নৎনত্রবনা ওইবা য়াবা নাতৈ থিহুনা অমদি ভরতকী মতুংদা ফোঙ্নরকখিবা থায়নগী অরিবা টীকানচিংবগী মতেং লৌহুনা ওইবা য়াবা নাতৈ শাহুনা উৎনরকপদগীনি। অর্থ কয়া থোক্লা পুবা সংস্কৃতকী অরুবা রাহৈ কয়ানসু অসুম্না চাইথিনবগী মরু ওইবা মরম ওইথি। চাউরাকপা অমবু খঙ্লবদি ঐ-ঐগী অপাম্বা অমদি চৎনবীগা নকশিন্নবা ভাব-রসকী খেন্নবদি থমদবা অহুগুম্বগী মওঙ্দা পুশিন্দুনা শীজিন্নবনা নাট্য-শাস্ত্রগী অশেংবা সম্মান ঙাকপা থোক্কদবা মরম লৈ। মথক্তসু হাইফেৎ পনত্রে মহুদি—

न तज्ज्ञानं न तच्छिल्पं न सा विद्या न सा कला।
न स योगो न तत्कर्म नाट्येऽस्मिन् यन्नदृश्यते॥

নাট্যদা য়াওদবা করিগুম্বা জ্ঞান, করিগুম্বা কলা, খূৎশা হৈবগী করিগুম্বা থবক, য়েকপা খোৎপনচিংবা অমদি করিগুম্বা যোগ করিগুম্বা কর্ম অমত্তসু লৈতে। অমুকসু য়েংসি—

যোঽয়ং স্বভাবো লোকস্য সুখদুঃখ সমন্বিতঃ।
সোঽঙ্গাদ্যভিনয়োপেতঃ নাট্যমিত্যভিধীয়তে॥ নাঃ শাঃ

অরাবা অমদি নুংঙাইবনা তিনবা মীওইবগী মতৌবু হকচাংগী অভিনয়নচিংবনা উৎথোকপবু 'নাট্য' হায়না কৌই।

বৈষ্ণব রস-শাস্ত্র অয়াম্বা নাট্য-শাস্ত্রনা যূক্ষম ওইনবা ঙাক্কনি। অতুমদি ওইরগা মাগী-মাগী সম্প্রদায়গী কান্নগদবা য়েংহনা, চা-নগদবা মচল লৌখত্তুনা ধর্মগী যূক্ষমদা শানৌংবা মওঙ্ শাগৎনবতনি হায়বসি লাইরিক অয়াম্বদা ভরতকী মমিং হেক-হেক পন্নরম্বদগী খঙ্নবা ঙম্মী।

ফি নত্রগা শেল থাবা

চেলদানাঙ্গুলিক্ষেপৈঃ শারীরী সিদ্ধিরিষ্যতে॥ ২৭। ৫

অভিনয় নত্রগা ঈশৈ শক্লিবা কলাকারগী থবক্তা পেন্দুনা খূদোপ শত্তুনা লংশিনবা, ফি থাবা অসিনচিংববু 'শারীরী সিদ্ধি' হায়না খঙ্নৈ।

মতৌ অসিমক মৈতৈ লৈবাক্তা হান্নদগী অতুম্মক চৎনরি।

খূৎকী থবক—

করণেতু প্রয়োক্তব্যা নৃত্তহস্তা বিশেষতঃ।
তথার্থাভিনয়ে চৈব পতাকাদ্যাঃ প্রয়োক্তৃভিঃ॥

হস্তকনা ( খূৎথেক ) করণ শেম্বদা অতুগা 'পতাক' নচিংবা মুদ্রানা অভিনয়তদা শীজিন্নগনি।

মতৌ অসিমক মৈতৈ জগোইদা চপ চানা তৌই। অভিনয়গী মতমদা মুদ্রাগী শীজিন্নবসু পৌতক চৎলি হায়বদি বাহে খূদীংগী মুদ্রা শীজিন্নদে। শরক হোহন্দবমখৈ মুদ্রা ঙাক্তগী পরেং মথং-মথং শীজি-ন্নরকপদা মরু ওইরিবা ভাব-রসতা ময়েং তাহল্লকপা মরম লৈবদগী য়াম্নমক ভাব তানা থক্কী গুরুশিংনা থাদোকপিরম্বনি।

ঈশৈদা শীজিন্নবা লোন—

**অথবা ছন্দতঃ কার্যা দেশভাষা প্রয়োক্তৃভিঃ।**
**নানাদেশ সমুত্থং হি কার্যং ভবতি নাটকে ॥ ১৮ | ৪৬**

লৈবাক-লৈবাক্কী লোল শীজিন্নবনা নাটাগী মহৈ য়ানবা ওইহল্লি।

অসিদসু নত্তনা ঈড়াং-থোনি থোরমনচিংবদসু মাগী-মাগী চংনবীনা মরুওইবগী রাকম ফাওবা নাট্য-শাস্ত্রদা তাকলি।

ঙসগী থবক তৌবা মীবু 'প্রাশ্নিক' হায়না খঙ্নৈ। লৈপাক্লা মশক খঙ্বী ওক্কবী নুপী ফাওবা ঙস ওইবা য়াওহল্লি। মরমদি, লীলাদা কনাগুম্বী ওক্কবী শাবী অমনা ওক্কবীগী মতৌ চপচানা য়োনা পাঙ্-থোকই পাঙ্থোক্কে হায়বসি মহাক্কনা খঙ্গনি।

## নাট্য-শাস্ত্রগী মতম লেপ্পা

ডাঃ সাধনকুমার ভট্টাচার্য্যনা মাগী 'ভারতীয় নাট্য-চিন্তা' ইবদা নাট্য-শাস্ত্রগী মতম লেপ্পবা হোংনবদা মথক্কী পণ্ডিতশিংগী মত য়েংলগা চাউরাক্লা খৃষ্টগী মমাঙ্ চহি ১০০ নত্রগা ২০০ ফাওবা ওইনা উৎলগা মা-মক্তদি মহুবু য়ানীংদবা উৎলি। পণ্ডিত অসিনা হায়রি পাণিনি ব্যাকরণগী ( খৃঃ মমাঙ্ মহি ৫০০ ) মমাঙ্দা ভরত মুনিনা অহানবা নাট্য-শাস্ত্র ইখিবনি অসুম্না। পণ্ডিত অসিনা অমুক ইরৈবাক মীরৈ-বাককী পণ্ডিতশিংনা হায়বা মত কয়াসু শন্দোক্লা উৎতুনা নৈনরি। ডাঃ মনমোহন ঘোষনসু লেপ্লম্মী মহুদি—The tradition which it recorded may go back to a period as early as 100 B. C. অসুম্না ঙসি ফাওবদা মসিগী মতম লেপ্পবা হোংনবদা অরেপ্পা অমা পুনরকপা ঙমহ্রিবা ওইনা লৈরি।

নাট্য-শাস্ত্রগুম্বা মপান নাইদবা লাইরিক অমবু চেনা অমা অনিভদা নৈনবা ওইথোক্কবনা মতাং অসিদা তেনশিনজরি।

চঙ্জরিবা—

তাং ৩০ । ৭ । ৮৫ ইং

সুরচান্দ শর্ম্মা

# তৌবীমল উচ্চবা

ঙসি ক্ষাওবদা চীনতদা অসুম ঙাঙ্‌ন-পন্নতুনতা লাক্লিবা—অখণ্ড্‌-অহৈ পণ্ডিত খরতগী মখুত্তা লৈবদগী হেন্দবা—অতোপ্পা লাইরিক-শিংদাদি অথোরিটি ওইনা তোয়না থেংনতুনা মগুণ খঙ্‌বনা মরম ওইতুনা মদুবু টকবা অমদি তাকবা কয়াগী পূক্নীংদা খোরাংনরকপদি কুইরবা অতুগুম্বা নাট্য-শাস্ত্র অসিবু ঈরৈবাক ঈজাতিগী সেবাগী মগুঙ্‌দা অরাংপা মেনশিন্নবা ওইনা অমুক্তংদি হায়না নীংজরকপগী মতম্না ফনমক শাংখিতুনসু মাবু হেক্তমক পায়খংলুনবগী ইথৌনাদি রাংপনা মঙ্‌-হা ওইনতা লৈরম্বতু ঙসিদি মৈতৈলোন্দা ওল্লোকুনা ইজাতিদা কচ্চরি।

ঐ সংস্কৃত নীংথিনা হৈজবা মী নত্তে, অতুম ওইনমক পাড়া নাইনা তমলুদ্রবসু চহি ৩৭ চুপ্পা ( ১৯৩৪-৭০ ) শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মসভাদা লৈতুনা থুপথ্রবা অমদি লৈরিবা অফাওবা সস্কৃত পণ্ডিত কয়াগা তোংনতুনা মুমিৎ খুদীংগী ওইনা শাস্ত্র-চর্চ্চা তৌনবদা তাখি-উখিবা অমদি থেংনখিবা কয়াদগী অপোবা জ্ঞান খর-খরদি ফংজরকখিবা লৈতুনসু—মতুমক্তা চংনবা য়াবদি ওইখিদে। অতুনা নাট্য-শাস্ত্রগুম্বা অরিবা সংস্কৃত লোন্দা ইবা লুরবা লাইরিক অমবু অর্থ তৌনবা হোং-নরুবা শাবা ঐগুম্বগী ইতিক নত্তে। অকনবা পূক্নীং-থৌইনশিনতনা লৈবাক্কী সেবাগী রাথন্দা লানবা-চুম্বা খঙ্‌দনা মাম অমস্তংদি লাকচ-নীংতুনা ফোঙ থ্রবা অতৈ লাইরিক কয়াগী মতেংনা খুৎ থাবা হোৌখি।

অসুম্না য়েংনখিবা লাইরিকশিংগী মন্নুংদা ১। ডঃ সুরেশচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না সম্পাদন তৌবা ভরত নাট্য-শাস্ত্র, ২। চৌখাম্বা সংস্কৃত সেরিজ অফিসনা ফোঙ বা মূল শ্লোক ঙাক্তগী ওইবা 'নাট্য-শাস্ত্র' (স্বর্গীয় সনসম গন্ধার সিংহ লাইব্রিক হায়বনা পীবিরম্বা) ৩। মোতী-লাল বানারসীদাসকী 'ভরতকা নাট্য-শাস্ত্র', ৪। ডঃ মনমোহন ঘোষকী 'নাট্য-শাস্ত্র' ( ইংরাজী অনুবাদ ), ৫। রবীন্দ্রভারতী পত্রি-কাদা মথং-মথং ফোঙ্‌বা 'নাট্য-শাস্ত্র', ৬। শ্রীগোবর্দ্ধন পঞ্চালগী সঙ্গীত নাটক জর্নেলদা ফোঙ্‌খিবা 'থিয়েটর অফ ভরত' অমসুং ছায়ানট অংক ১৯ অক্টো— ডিসেম্বর ১৯৮১ দা ফোঙ্‌খিবা মাগী 'মত্তবারণী' অমসুং ৭। থিয়েটর রিসার্চ ইনষ্টিটিউটনা ফোঙ্‌বা

ধনঞ্জয়গী 'দশরূপক' অসিনচিংবনা অথোইবনি। নং ১, ৪ অমসুং ৫ অহুম অসিনা অথোইবা মতেং ওইনখি। মরু ওইনা ডঃ সুরেশচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী নাট্য-শাস্ত্রনা খ্বায়দগী থেঙ্‌বা ওইবনা শ্লোক মথং-মনাউ লেংশিনবা অমদি লায়না অর্থ হনবনচিংবদা য়াম্মক মতেং ওইনখি। লাইরিক অমগা-অমগা শ্লোক্কী মথং-মনাউ লেংশিনবদা য়াম্মক শাথীনা খেন্নবা লৈ মরমদি, 'নাট্য-শাস্ত্র' অসি অহানবদা মী অমগী মফমদা থক মপূম ফানা ফংখিদে।

লাইরিকশিং অসিগী মপান্না ঐনা খূৎথাজবা ঙমখিবনা পণ্ডিতশিং অসিগী মফমদা ঈকোক নোনজরি। লৈবাক অমগী অরাৎপা মেন-খৎপগী ফংফম থোকপা পুণ্য পুম্নমক পণ্ডিতশিং অসিনা ফংবীসনু।

ঐগী ইনাউ পণ্ডিত শ্রীমণিসনা শর্ম্মা শাস্ত্রী সেক্রেটারী মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, ইম্ফালনা খূৎই ওইরিঙৈদা মরু ওইনা 'ছন্দোবিভাগ' অমদি 'ছন্দোবিচিতি'গী শরুকমথৈ চেকশিন্না পাম্নুনা য়েংশিনবীখি। পণ্ডিত অসিবু ঐনা পুন্সীগী কাউঙমলোই।

লাইরিকশিং অসিবু ফংহনবীদুনা ঐবু উৎসাহ পীবিখিবশিং —ঐগী মরূপ শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ, গুরুবিপিন সিংহ, ঐগী ইনাউ শ্রীথম্বাল শর্ম্মা অমসুং শ্রীবলদেব শর্ম্মা অমদি শ্রীগোবর্দ্ধন পাঞ্চাল (আহম্মাদাবাদ) অরাবা মতাং নৈনবদা শরুক য়াবীখিবা শ্রীসনখ্যা ইবোতোম্বী সিংহ স্কোলার অমসুং কলাকারশিং অসিগী মফমদসু লোইবা নাইদবা লম্মন তোনশিল্লি।

অরোইবদা শ্রীএল. দামোদর সিংহ, মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিগী সেক্রেটরীনা ফরবসু ফত্রবসু চাউরাকপা মমি অমত্তংতদি লাকপা ঙম্নবদি লোইরে থন্দুনা অপনবা অমত্তা লৈহন্দনা ছাপা নমথোক্নুনা ফোঙ্‌বগী দায়ী পুম্নমক লৌবিখি। মরৈবাক মজাতিগী সেবাদা পূক্নীং লুপ্পা, কলচরগী মগুণ য়োনা থঙ্‌বিবা উবদা একাডেমিগী কর্ত্তৃপক্ষবু ঐনা থাগত্তবা ঙমদে। অসিগুম্বা উৎসাহ মাঙ্‌ওইনবা অথোইবা প্রেরণানা অতোপ-অতোপ্পা লৈবাক্কী অথঙ্‌ অহৈ কয়াবু মাগী-মাগী লমদা অসুম্না অথোইবা লমজিং পীবিদুনা লৈবাক্কী কলা পুম্নমকপু মরীক চুমহনবীরকপা ওইসনু।

থঙ্‌না অমদি থঙ্‌দনা য়াওখিবা অরানবা পুম্নমক ঙাকপিহৈবা গুণনা ঙাকপিদুনা মথংদা চুমথোকচবা ঙম্নবা ইপাঙ্গল পীবিনবা নোনজরি ইতি।

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

# সূচীপত্র

## ভাবকী মশক তাকপা

ভাবকী মশক তাকপা, বিভাবকী মশক মমিং, অনুভাবকী মশক মমিং, স্থায়িভাব, রতি, হাস, শোক, ক্রোধ, উৎসাহ, ভয়, জুগুপ্সা, বিস্ময়, ব্যভিচারিভাব, নির্বেদ, গ্লানি, শংকা, অসূয়া, মদ, শ্রম, আলস্য, দৈন্য, চিন্তা, মোহ, স্মৃতি, ধৃতি, ব্রীড়া, চপলতা, হর্ষ, আবেগ, জড়তা, গর্ব, বিষাদ, ঔৎসুক্য, নিদ্রা, অপস্মার, সুপ্ত, বিবোধ, অমর্ষ, অবহিত্থা, উগ্রতা, মতি, ব্যাধি, উন্মাদ, মৃত্যু, ত্রাস, বিতর্ক, সাত্ত্বিক ভাব, ঘর্ম, স্তম্ভ, অশ্রু, বিবর্ণ, রোমাঞ্চ, স্বরবিকৃতি (খোনকম কায়বা), মূর্ছা (রাহ্নবা জ্ঞান মাঙবা ), সাত্ত্বিক ভাবশিংগী অভিনয়, তোঙান তোঙানবা রসদা সাত্ত্বিক ভাবশিং শীজিন্নবা।



## উপাঙ্গবিধান

### ( উপাঙ্গশিংগী শীজিন্নকম তাকপা )

অভিনয়গী মরমদা মুনিশিংগী রাহং, ভরতকী পাউথুম, অভিনয়গী অর্থ, অভিনয় মখল মরি, আঙ্গিক অভিনয়, কোককী থবক, মিৎয়েং কুহ্নতরুক, ভাবকী মখল অমসুং রসকী মিৎয়েং, স্থায়িভাবশিংগী মিৎয়েং, সঞ্চারিভাবকী মিৎয়েং, মিৎনহাগী থবক, মিৎয়েংগী খেন্নবা মতৌ, অক্ষিপুট ( মিৎপান ), শীশুমগী মতৌ, নাতোনগী থবক, খজাই, চানবান, খদাঙ, চীনগী থবক, মায়দা মচু-মমেননা লৈতেংবা অমসুং মতুগী শীজিন্নকম, ওঠকী থবক।

## ১৩। তরাহুমদোইশুবা তাংকক

৪২৮—৪৭৯

### গতিপ্রচার

পাত্র পাত্রীশিং চঙলকপা, অহেনবা অমসুং ময়ায় ওইবা পাত্রনা চঙ্‌লকপগী শাথেক শাওজ্বনচিংবা, খোঙ্‌কমগী লাপ্পবা, খোঙথাংগী মতম, শাজংকী লয়চং, মহৌশাগী ওইবা শাজং পরিং, নিংথৌগী শাজং, অকরুবা ফিবম থরগী শাজং, শৃঙ্গার রসকী শাজং, রৌদ্ররসকী শাজং, বীভৎস রসকী শাজং, বীররসকী শাজং, হাস্য রসকী শাজং, করুণ রসকী শাজং, ভয়ানক রসকী শাজং, লল্লোনবা মী অমসুং মন্ত্রীনচিংবগী শাজং, সন্ন্যাসী অমসুং বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী শাজং, অমম্বদা চংপা শাজং, দোলাই তোংবা মীগী শাজং, অহাঙবা আতিয়াদা চংপগী শাজং ( মতৌ ), অৱাংবদা কাবগী শাজং, মথাদা কুমথবগী শাজং, হি তোংবগী শাজং, শগোল তোংবগী শাজং, লিনগী শাজং, বিটশিংগী শাজং, কঞ্চুকীগী শাজং, মরাঙকংবা, অনাবা অমসুং মশা চোকথরবা মীগী শাজং, লমশাং চংপা মীগী শাজং, মশা নোয়বা মীগী শাজং, অঙাঙবগী শাজং, মখোঙ তেকপা, শোনাইবা অমদি থীকনেম্বগী শাজং, বিদুষককী শাজং, চেটশিংগী শাজং, শকার (নিংথৌগী মশেনম্বাইশিংগী) শাজং, জাতি অতোনবগী শাজং, ম্লেচ্ছশিংগী শাজং, উচেকশিংগী শাজং, নুপীগী শাজং, মথোন কাবী নুপীগী শাজং, অহল ওইরবা নুপীগী শাজং, মানাই লুবীগী শাজং, নুপী মানবী নিপাগী শাজং, অঙাং ( নিপা ) গী শাজং, নপুংশক ( নিপা নুপী খঙদবা )শিংগী শাজং, নিপা নুপী ওয়বা; মশক লোংপা মীগী শাজং, জাত অতোনবী নুপীগী শাজং, লাইনীংবী-শিংগী শাজং, অচম্বী নুপীগী শাজং, নিপা অমদি নুপীগী কফম (Sitting posture ), আসনগী চাউরাকপা নিয়ম, ম্রাইপ-য়াতা।

## প্রবৃত্তিধর্মী ব্যঞ্জক

( কাখল অমসুং মচুগী শীজিন্নবা মওঙ্ )

পূং-শেললনচিংবা মন্ত্রশিং থন্নগী মওঙ্, কাখল য়াংপা, কাখল য়াংপগী কান্নবা, মসুং অমসুং মপান, রঙ্গমঞ্চদা নোংপোক মায়গী, থোকখিবগী নিয়ম, তোঙান তোঙানবা থাক্কীমীওইনা রঙ্গমঞ্চদা চংথোক চংশিন তৌবগী মতৌ, অরাপ্পা অনকপা খায়বা, লাইশাবা মীগী চং-থোক চংশিন, ভারতবর্ষদা মীনা চংথোক চংশিন তৌবা, অরাপ্পা মফমদা চংপা, অংক অমগী চঙ্ কম থোকপা মতম লেপ্পা, লাইশিংগী মন্নমদা তাকপা, প্রবৃত্তি মখল মরি, দাক্ষিণাত্যা, আবন্তী, ওড্রমাগধী, পাঞ্চালী, প্রবৃত্তিশিংগী চঙ্ বগী মওঙ্ অনি. নাট্যাভিনয় মখল অনি, আবিদ্ধ অভিনয়, সুকুমার অভিনয়—( অথোং-অমেঙ্ না তিনবা ), মতৌ মওঙ অনি. লোকধর্মী ( মীগী ওইবা হোনবী মতৌ ), নাট্যধর্মী ( লীলাতগী ওইবা হোনবী )।



## ছন্দোবিভাগ

বাচিকাভিনয়, নাট্যদা রাহৈ থোনফমগী মরুওইবা, পাঠ্য মখল অনি ( হায়বা খীবগী ), বর্ণ ( ময়েক ), ময়েকশিংগী থোঙ্থোকফম, স্বরবর্ণ, শব্দ মখল মরি, নাম ( মমিং noun ), আখ্যাত ( Verbs ), নিপাত ( particle ), প্রত্যয় ( affixes ), তদ্ধিত ( nominal affix ), বিভক্তি ( case endings ), সন্ধি (euphonic Combination ), সমাস ( Compound words ), শব্দ মখল অনি, চূর্ণপদ ( রাহেং রাহৈ ), ছন্দোবদ্ধপদ ( ছন্দ নাইবা রাহৈ ), বৃত্ত (রাহৈগী মাত্রা—syllabic metres), সম্পদ, বিরাম, পাদ (মথোঙ্), দৈবত ( লাইশিং ), স্থান অনি ( মফম ), স্বরবর্ণগী অনেম অমাং, বৃত্ত মখল অহুম।

১৬। তরাতরুকশুবা তাংকক ৫২৫—৫৭৫

## ছন্দোবিচিতি

তনুমধ্যা, মকরশীর্ষ, মালিনী, মালতী, উদ্ধতা, ভ্রমরমালিকা, সিংহলীল, মত্ত-চেষ্টিত, বিদ্যুৎলেখা, চিত্রবিলাসিত, মধুকরী, উৎপল-মালিনী, শিখি সারিণী, দোধক, ঘোটক, ইন্দ্রবজ্রা, উপেন্দ্রবজ্রা, রথোদ্ধতা, স্বাগতা, শালিনী, তোটক, কুমুদপ্রভা, চন্দ্রলেখা, প্রমিতাক্ষরা, বংশস্থ, হরিণপ্লুতা, কামদত্তা, প্রমেয়া, পদ্মিনী, পটু, প্রভাবতী, প্রহর্ষিণী, মত্তময়ূরক, বসন্ততিলক, অসংবাধা, শরভা, নান্দিমুখী, গজবিলসিত, প্রবরললিত, শিখরিণী, বৃষভ চেষ্টিত, শ্রীধরা, বংশপত্রপতিত, বিলম্বি-তগতি, চিত্রলেখা, শার্দূলবিক্রীড়িত, স্রগ্ধরা, মদ্রক, অশ্বললিত, মেঘমালা, ক্রৌঞ্চপদী, ভুজঙ্গবিজৃম্ভিতা।

বিষম অমস্থং অর্ধসমবৃত্ত, সংজ্ঞা, পথ্যা, চপলা, কেতুমতী উদ্‌গতা, ললিতা, অপরবক্ত্র, পুষ্পিতাগ্রা, বানবাসিকা, আর্যা, চপলা, মুখচপলা, জঘন চপলা, সর্বচপলা।

১৭। তরাতরেৎ শুবা তাংকক ৫৭৬—৬০৭

## বাগভিনয়

নাট্যদা লক্ষণশিং, ভূষণ, অক্ষরসংঘাত, শোভা, উদাহরণ, হেতু সংশয়, দৃষ্টান্ত, প্রাপ্তি, অভিপ্রায়, নিদর্শন, নিরুক্ত, সিদ্ধি, বিশেষণ, গুণাতিপাত, অতিশয়, তুল্যতর্ক, পদোচ্চয়, দিষ্ট, উপদিষ্ট, বিচার, বিপর্যয়, ভ্রংশ, অনুনয়, মালা, গর্হণ, অর্থাপত্তি, প্রসিদ্ধি, পৃচ্ছা, সারূপ্য মনোরথ, লেশ, সংক্ষোভ, গুণকীর্তন, অনুক্তসিদ্ধি, প্রিয়োক্তি, অলংকার মখল মরি, উপমা, রূপক, দীপক, যমক, দোষ, গূঢ়ার্থ, অর্থান্তর, অর্থহীন, ভিন্নার্থ, একার্থ, অভিপ্ল তার্থ, ন্যায়াদপেত, বিষম, বিসন্ধি,

শব্দচ্যুত, গুণ, শ্লেষ, প্রসাদ, সমতা, সমাধি, মাধুর্য, ওজোগুণ, সৌকুমার্য, অর্থব্যক্তি, উদাত্ত, কান্ত, রসদা তাংবা মতৌ, ছন্দঃ প্রয়োগ, ময়েক মখল অহুম, নুপীগী অভিনয়দা শীজিন্নগদবা য়াহৈ, অথবা য়াহৈ য়াতা শীজিন্নবা য়াদবা, অভিনয়দা শীজিন্নগদবা য়াহৈশিং, অর্থ।

১৮। তরানিপানগুবা তাংকক ৬০৮—৬২২

ভাষাবিধান

( নাট্যদা শীজিন্নবা লোনগী য়ায়েল )

প্রাকৃত পাঠ্য মখল অহুম, .সমান শব্দ ( মান্নবা য়াহৈ ), বিভ্রষ্ট, স্বরবর্ণ অমসুং ওপ্রদবা ময়েক, লোল মখল মরি, জাতিগী লোল, লোল মখল তরেৎ অথোইবা লোল শীজিন্নবা, বিভাষা শীজিন্নবা, লৈবাক লৈবাকী লোনশিংগী খেন্নবা।

---

# নাট্য-শাস্ত্র

## অহানবা অধ্যায়

## নাট্য হৌরকপা

নমস্ক্রিয়া

১। প্রণম্য শিরসা দেবৌ পিতামহমহেশ্বরৌ।
নাট্যশাস্ত্রং প্রবক্ষ্যামি ব্রহ্মা যদুদাহৃতম্॥

অর্থ। ব্রহ্মা অমসুং মহেশ্বর অনিমকপু খুকমজত্তুনা ব্রহ্মানা তাক-পিখিবা নাট্যশাস্ত্রবু হায়জরক্কে।

২—৫। সমাপ্তজপ্যং ব্রতিনং স্বসুতৈঃ পরিবারিতম্।
অনধ্যায়ে কদাচিত্তু ভরতং নাট্যকোবিদম্॥
মুনয়ঃ পর্য্যুপাস্যৈনমাত্রেয় প্রমুখাঃ পুরা।
পপ্রচ্ছুস্তে মহাত্মানো নিয়তেন্দ্রিয়বুদ্ধয়ঃ॥
যোহয়ং ভগবতা সম্যগ্ গ্রথিতো বেদসংমিতঃ।
নাট্যবেদঃ কথং ব্রহ্মন্নুৎপন্নঃ কস্য-বা কৃতে॥
কত্যংগঃ কিং প্রমাণশ্চ প্রয়োগশ্চাস্য কীদৃশং।
সর্বমেতদ্ যথাতত্ত্বং ভগবন্ বক্তুমর্হসি॥

ভরতকী মফমদা মুনিশিংনা হংবা।

অর্থ। থায়না মতম অমদা আত্রেয়নচিংবা ইন্দ্রি খুত্থম চল্লবা, পুক্নীং লাকশিল্লবা পুকচেন চাউরবা মুনিশিংনা ধর্ম্ম খঙলবা অমদি নাট্য হৈরবা লাইনীংবা ভরতকী মফমদা মখোয়না মহে তম্বা লেম্না মতমদা হোনখ্রুনা লাকখি। জপ তৌবগী থবক লোইরম্লুনা মহাক্না মতম অদুদা মচানিপা মথৈনা কোয়না ফমত্তুনা লৈরম্মী। মুনিশিংনা হোনবী মতুংইন্না মাবু খুরুম থাজঙলগা হংলকই—হে ব্রহ্মণ; বেদমক্না

মান্নয়রা নাট্যবেদবু অম্তক নীংথিনা ভগবান্না শেম্থিথিবসি করম তৌনা ওইথিবনো? মসিবু কনাগীদমক্তা তমখিবনো, মসিগী অঙ্গ কয়ানো, করিনা মাগী প্রমাণনো অদুগা থবক্তা মসিবু করম্না শীজিন্নগদবনো? অসিগুম্বা তত্ত্বশিং অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়দা তাকপিয়ু।

ভরতকী পাউথুম

**৬। তেষাং[১] তদ্বচনং শ্রুত্বা মুনীনাং ভরতো মুনিঃ।**
**প্রত্যুবাচ ততো বাক্যং নাট্যবেদ কথাং প্রতি॥**

অর্থ। মুনিশিংগী রা অসি তাবগা মপংদা ভরত মুনিনা নাট্য বেদগী মরমদা হায়রকই।

**৭-১২। ভবদ্ভিঃ শুচিভির্ভূত্বা তথাঽবহিতমানসৈঃ।**
**শ্রূয়তাং নাট্যবেদস্য সম্ভবো ব্রহ্মনির্মিতঃ॥**
**পূর্বং কৃতযুগে বিপ্রাঃ বৃত্তে স্বায়ম্ভুবেঽন্তরে।**
**[২]ত্রেতাযুগেঽথ সংপ্রাপ্তে মনোর্বৈবস্বতস্য চ॥**
**গ্রাম্যধর্মপ্রবৃত্তে তু [৩]কাম লোভবশং গতে।**
**ঈর্ষ্যাক্রোধাভিসংমূঢ়ে লোকে সুখিতদুঃখিতে॥**
**দেবদানবগন্ধর্বযক্ষরক্ষ মহোরগৈঃ।**
**জম্বুদ্বীপে সমাক্রান্তে লোকপাল প্রতিষ্ঠিতে॥**
**মহেন্দ্র প্রমুখৈর্দেবৈরুক্তঃ কিল পিতামহঃ।**
**ক্রীড়নীয়কমিচ্ছামো দৃশ্যং শ্রব্যং চ যদ্ভবেৎ॥**
**ন বেদ ব্যবহারোঽয়ং সংশ্রাব্যঃ শূদ্রজাতিষু।**
**তস্মাৎ সৃজাপরং বেদং পঞ্চমং সার্ববর্ণিকম্॥**

অর্থ। ব্রহ্মানা শেমখিবা নাট্যবেদ অসিগী হৌরকপা ৱারম অদুবু নশা শেংনা অমদি নপূক্নীং চঙনা তাবিয়ু। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক, থায়না মমাঙঙৈদা স্বায়ম্ভুব মনুনা পানবা মতমদা সত্যযুগ লোইপ্রবা অমসুং বৈবস্বত মনুনা পানবগী মনুংদা ত্রেতাযুগ হায়বদুগী হৌরকপা

---

১। তু বচনং, ২। ত্রেতাযুগে সম্প্রবৃত্তে, ৩। লোভমোহবশং,

মতমদা অহুগা তাইবঙ্‌মী মখৈনা মশা মশাগী ইন্দ্রিতবু পেলহন্নবা মায়কৈদা পুন্নীং চঙ্‌শিন্নরক্লুনা কাম অমস্তুং লোভ (অপাম্বা, মিহোৌবা) গী মখা পোম্নরকপা, কল্লক যেংথোবা অমদি অশাউবনা মাঙ্‌ওইনরকপা, অরাবনা য়োম্বা অহুগুম্বা মুংঙাইবা মনুংঙাই ফংনরক্লবা অমস্তুং মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংনা নীংথিনা ঙাক শেল্লবা জম্বুদ্বীপতা[1] লাই হিংচাবা (দানব-দমুগী মচাশিং) গন্ধর্ব, যক্ষ, রাক্ষস অমদি উরগ (লিন) নচিংবনা থনগৎলক্লবদা পুবচেন চাউবা ইন্দ্র (শোরারেন) নচিংবা লাইশিংনা ব্রহ্মাদা হায়জখি—নাকোঙ্‌ন, তাহুনা অমস্তুং মিৎনা উহুনা নুংঙাইহনবা য়াবা অহুগুম্বা পোৎশক অমবু ঐথোয়না পামজে। বেদচর্চ্চা তৌবদি (বেদবু তম্বা নৈনবগী থবক্তি) শূদ্রনা তাবা য়াদে, মরম অহুনা বর্ণ অপূম্বনা শীজিন্নবা য়াবা অহুগুম্বা মঙাগুবা বেদ অমবু শেম্বিয়ু।

১৩। এবমস্ত্বিতি তানুক্ত্বা দেবরাজং বিসৃজ্য চ।
সস্মার চতুরো বেদান্ যোগমাস্থায় তত্ত্ববিৎ॥

অর্থ। কৈ মহু ওইরসনু হায়হুনা মহাক্না (ব্রহ্মা) ইন্দ্রনচিংববু চৎহনগ্রগা (মহাক্না)[2] যোগদা লৈহুনা বেদ মরিমকপু নীংশিংলকখি।

১৪-১৫। ধর্ম্যমর্থ্যং যশস্যং চ সোপদেশং সসংগ্রহম্।
ভবিষ্যতশ্চ লোকস্য সর্বকর্মানুদর্শকম্॥
সর্বশাস্ত্রার্থসম্পন্নং সর্বশিল্প প্রদর্শকম্।
নাট্যাখ্যং পঞ্চমং বেদং সেতিহাসং করোম্যহম্॥

অর্থ। (মথংদা মহাক্না খল্লকই)—ইতিহাসকা লোয়ননা ঐনা মঙাগুবা নাট্যবেদবু শেমগনি—মহুনা ধর্ম অর্থ অমদি মিংচৎ ফংনবা পাম্বে ওইগনি—মহুদা অফবা পাউতাক ঙাক্তা লৈগনি, মথং মথং

১। পৃথিবী অসি দ্বীপ তরেৎনা শাই। মহুগী মহুংদা য়াওবা জম্বূদ্বীপকী মহুংদা ভারতবর্ষ লৈ। ২। পুন্নীং চপ মুংবা মতৌ

চথরক্লিবা চৎন-লোনচা (নীতি) শিং পুনশিনফম ওইগনি, মহুনা ধর্ম পুন্নমক্না মীওইবগী ফনাও পাগনি অদুগা মহু শাস্ত্র পুন্নমক্না য়াবা অর্থ-চেনবা ওইরগনি ফরংনা মহাই মশিন পুন্নমক্কী (শিল্প কলাগী) মঙান শন্দোক্লব ওইগনি

১৬। এবং সংকল্প্য ভগবান্ সর্ববেদাননুস্মরন্।
নাট্যবেদং ততশ্চক্রে চতুর্বেদাঙ্গ সম্ভবম্॥

অথ। মখোদা অসুম্না লেপ্লগা, ভগবাননা বেদ অপুম্ববু নীংশিং-লগা বেদ মরি অমম্না শিন্দুগা অঙ্গ শিংদগী লৌথক্তুনা অসিগুম্বা নাট্যবেদবু শেম্মখি।

১৭-১৮। জগ্রাহ পাঠ্যমৃগ্বেদাৎ সামভ্যো গীতমেবচ।
যজুর্বেদাদভিনয়ান্ রসানাথর্বণাদপি॥
বেদোপবেদৈঃ সংবদ্ধো নাট্যবেদো মহাত্মনা।
এবং ভগবতা সৃষ্টো ব্রহ্মণা সর্ববেদিনা॥

অথ। ঋগ্বেদদগী পাঠ। পাঠ (ঙাংবা পাবগী) মরম, সামবেদদগীনা ঈশৈগী শরুক, যজুর্বেদ দগীনা অভিনয় অমসুং অথর্ব-বেদ-দগীনা রসগী শরুকসিংসে লৌথখি। বেদ উপবেদ লৈত্রবা ব্রহ্মানা অসুম তৌনা বেদ- [1]উপবেদশিংনা পুন্থম ওইনবা অসিগুম্বা 'নাট্যবেদ' অসিবু শেম্মখি।

১৯-২০। উৎপাদ্য নাট্যবেদং তু প্রাহ শক্রং পিতামহঃ।
ইতিহাসো ময়া সৃষ্টঃ স সুরেষু নিযুজ্যতাম্॥
কুশলা যে বিদগ্ধাশ্চ প্রগল্ভাশ্চ জিতশ্রমাঃ।
তেষ্বয়ং নাট্যসংজ্ঞো হি বেদঃ সংক্রাম্যতাং ত্বয়া॥

অথ। নাট্যবেদ শেম্বা লোইরবদা ব্রহ্মানা ইন্দ্রদা হায়খি—ঐনা ইতিহাস শেংলবনি। মহু নাইশিংনা শীজিন্নগদবনি। অসিগুম্বা নাট্য

১। উপবেদবু বেদগী 'অঙ্গ' অমত্না লাউ নৈ।

নাট্য-বেদ অসিবু হৈথোই-শিংথোইবা, অশিংবা (খঙ্হৈবা) রাঙাঙ্-শাঙাঙ্ চঙ্থোনবা অমদি অরাবা খাঙ্হৈবশিংগী মরক্তা হৌদোকপিরু।

২১-২২। তচ্ছ্রুত্বা বচনং শক্রো ব্রহ্মণা যত্তদাহৃতম্।
প্রাঞ্জলিঃ প্রণতো ভূত্বা প্রত্যুবাচ পিতামহম্॥
গ্রহণে ধারণে প্রয়োগে চাস্য সত্তম।
অশক্তা ভগবন্ দেবা ন যোগ্যা নাট্য কর্মসু॥

অর্থ। ব্রহ্মাগী য়াথং অসি তাবদা ইন্দ্রনা মখুৎ লোম্নহনা খুরুম্নগা পিতামহ (ব্রহ্মা) দা পাউথুমখি— পূন্নমক্কী হেল্লবা হে ভগবন্, লাই-শিংনদি মসিবু লৌশিনবা অমসুং মদুবু মাঙদনবা ঙাকপা শেম্নবহু ঙম্ফম থোক্তে, মসিবু খঙ্বা চৎপা অমদি শীজিন্নবসু মখোয়না থক ঙমগদবা ওইদে, মখোয়দি নাট্যগী থৌরমদা মতিক-চাবা হায়বহু ওইদে।

২৩। য ইমে বেদ গুহ্যজ্ঞ মুনয়ঃ সংশিতব্রতাঃ।
এতেহস্য গ্রহণে শক্তাঃ প্রয়োগে ধারণে তথা॥

অর্থ। ঋষিশিংদি বেদ পূন্নমক্কী অথূপ্পা মশক মুন্না খঙই অমসুং মখোয়দি অকনবা ব্রত লৈবদা সিদ্ধ ওইরবনি (মহৈ য়াল্লবনি) মখোয়দি মসিবু লায়না খঙগনি অমসুং মাঙদনবা শেম্নবা অমদি শীজিন্নবা পূম্নমক ঙমগনি।

ব্রহ্মাগী য়াথং অমসুং মচানিপাশিংগী মফমদা
ভরতনা পীবা পাউতাক

২৪। শ্রুত্বা তু শক্রবচনং মামাহাম্বুজসম্ভবঃ।
ত্বং পুত্রশত সংযুক্তঃ প্রয়োক্তহস্য ভবানঘ॥

অর্থ। পদ্মযোনি ওইবা ব্রহ্মানা ইন্দ্রগী মরা তারগা হায়রকই— 'করিগুম্বা পাপ অমত্তনা লাকহৎপা লৈত্রবা হে ভরত। নচানিপা চামগা লোয়ননা নহাক্না নাট্যবেদ অসিবু পাঙথোকউ।

১। উপবেদ— বেদশিংগী উপবেদ ৪ লৈ মখুদি, আয়ুর্বেদ, ধনুর্বেদ, গান্ধর্ববেদ (ঈশৈ) অমসুং স্থাপত্য (য়ুম্ শারোন)

২৫। আজ্ঞাপিতো বিদিত্বাহং নাট্যবেদং পিতামহাৎ।
পুত্রানধ্যাপয়ামাস প্রয়োগং তস্য তত্ত্বতঃ॥

অথ। [illegible] 'নাট্যবেদ' বু হৈনবা তম্লগা মথৎদা [illegible] অমুখ এনা মসিবু শীজিন্নফম খঙ্না [illegible]

২৬-৩৯ (ক)। শাণ্ডিল্যং চাপি বাৎস্যং চ কোহলং দত্তিলং তথা।
জটিলাম্বষ্টকৌ চৈব তণ্ডুমগ্নিশিখং তথা॥
সৈন্ধবং সপুলোমানং শাড্বলিং বিপুলং তথা।
কপিঞ্জলিং বাদরিং চ যমধূম্রায়ণৌ তথা॥
জম্বুধ্বজং কাকজঙ্ঘং স্বর্ণকং তাপসং তথা।
কেদারিং শালিকর্ণং চ দীর্ঘগাত্রং চ শালিকম্॥
কৌৎসং তাণ্ডায়নিং চৈব পিঙ্গলং চিত্রকং তথা।
বন্ধুলং ভল্লকং চৈব মুষ্টিকং সৈন্ধবায়নম্॥
তৈতিলং ভার্গবং চৈব শুচিং বাহুলমেব চ।
অবুধং বুধসেনং চ পাণ্ডুকর্ণং সুকেরলম্॥
ঋজুকং মণ্ডকং চৈব শম্বরং বঞ্জুলং তথা।
মাগধং সরলং চৈব কর্তারং চোগ্রমেব চ॥
তুষারং পার্ষদং চৈব গৌতমং বাদরায়ণম্।
বিশালং শাবলং চৈব সুনাভং মেষমেব চ॥
কালিয়ং ভ্রমরং চৈব তথা পীঠমুখং মুনিম্।
নখকুট্টাশ্মকুট্টৌ চ ষট্পদং সোত্তমং তথা॥
পাদুকোপানহৌ চৈব শ্রুতিং চাষস্বরং তথা।
অগ্নিকুণ্ডাজ্যকুণ্ডৌ চ বিতাণ্ড্যং তাণ্ড্যমেব চ॥
কর্তরাক্ষং হিরণ্যাক্ষং কুশলং দুঃসহং তথা।
লাজং ভয়ানকং চৈব বীভৎসং সবিচক্ষণম্॥

পুণ্ড্রাক্ষং পুণ্ড্রনাশং চ অসিতং সিতমেব চ।
বিদ্যুজ্জিহ্বং মহাজিহ্বং শালঙ্কায়ণ মেব চ॥
শ্যামায়নং মাঠরং চ লোহিতাঙ্গং তথৈব চ।
সংবর্ত্তকং পঞ্চশিখং ত্রিশিখং শিখমেব চ॥
শঙ্খবর্ণ মুখং ষণ্ডং শংকু-কর্ণ মথাপি চ।
শক্রনেমিং গভস্তিং চাপ্যংশুমালিং শঠং তথা।
বিদ্যুতং শাতজঙ্ঘং চ রৌদ্রং বীরমথাপি চ॥

অর্থ। মথোয়গী মণিংদি—শাণ্ডিল্য, বাৎস্য, কোহল, দত্তিল, জটিল, অম্বষ্টক, তণ্ডু, অগ্নিশিখ, সৈন্ধব পুলোমা, শাদ্বলী, বিপুল, কপিঞ্জল, বাদরি, যম, ধুম্রায়ণ, জম্বুধ্বজ, কাকজঙ্ঘ, স্বর্ণক, তাপসকেদারি, শালিকর্ণ দীর্ঘগাত্র, শালিক, কৌৎস, তাণ্ডায়নি, পিঙ্গল, চিত্রক, বন্ধুল, ভল্লক, মুষ্টিক, সৈন্ধবায়ন, তৈতিল, ভার্গব, শুচিবল্লল, অবুধ, বুধসেন, পাণ্ডু-কর্ণ, কেরল, ঋজক, মণ্ডক, সম্বর, বঞ্জুল, মাগধ, সরল, কর্তা, উগ্র, তুষার, পার্ষদ, গৌতম, বাদরায়ণ বিশাল, শবল, সুনাভ, মেষ, কালিয়, ভ্রমর, পীঠমুখ, মুনি, নখকুট্ট, অশ্মকুট্ট ষট্‌পদ, উত্তম, পাদুক, উপানহ, শ্রুতি, চাষস্বর, অগ্নিকুণ্ড, আজ্যকুণ্ড, বিতণ্ড্য, তাণ্ড্য, কর্তরাক্ষ, হিরণ্যাক্ষ, কুশল, দুঃসহ, লাজ, ভয়ানক, বীভৎস, বিচক্ষণ, পণ্ড্রাক্ষ, পুণ্ড্রনাস, অসিত, সিত, বিদ্যুজ্জিহ্ব, মহাজিহ্ব, শালংকায়ন, শ্যামায়ন, মাঠর, লোহিতাঙ্গ, সংবর্তক, পঞ্চশিখ, ত্রিশিখ, শিখ, শঙ্খবর্ণমুখ, ষণ্ড, শংকুকর্ণ, শক্রনেমি, গভস্তি, অংশুমালি, শঠ, বিদ্যুৎ, শাতজঙ্ঘ, রৌদ্র, বীর।

৩৯ (খ) ৪০ প্রয়োজিতং পুত্রশতং যথাভূমি বিভাগশঃ।
যো যস্মিন কর্ম্মণি যস্য যে চাস্তস্মিন্ স যে জিতঃ॥

---

মণীং খীবদা চামদগী হেল্লি। 'ম' ওইনা লৌথৎলিবসি অর্নি পকশিন্নগদবহ্ন ওইরবা য়াই।

অর্থ। ব্রহ্মাগী য়াথ'না মগামগী কাম্নবগীদমক ইচানিপা চামবু থাযদোক্লিবা ভূমিকা মতুংইন্না (হান্নমশিংদা) মাগী মাগী মথম য়াত্তুনা মাগী মাগী মতিক চানবা থবক্তা শীজন্নখি।

বৃত্তি অহুম

৪১। ভারতীং সাত্ত্বতীং চৈব বৃত্তিমারভটিং তথা।
সমাশ্রিতঃ প্রয়োগস্তু প্রযুক্তো বৈ ময়া দ্বিজাঃ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পূন্নমক! ঐন মসুয়া[1] ভারতী, সাত্ত্বতী অমসুং আরভটি কৌবা বৃত্তিগী মথংমদা নাট্যানুষ্ঠান (লীলা) পাঙথোকখি।

৪২-৪৩ (খ)।

পরিগৃহ্য প্রণম্যাথ ব্রহ্ম বিজ্ঞাপিতো ময়া।
অথাহ মাং সুরগুরুঃ কৈশিকীমপি যোজয়া॥
যচ্চ তস্যাঃ ক্ষমং দ্রব্যং তদ্ ব্রূহি দ্বিজসত্তম।

অর্থ। মথংদা ব্রহ্মাবু খুরুমজরগা ঐনা পাঙথোকচবা থৌরম পূন্নমক হঙ্গংচরে। মতাং অসিদা ব্রহ্মা মহাক্না 'কৈশিকী' বৃত্তিসু পাঙথোক্লবা ঐহোন্দা নাকনি হায়খি মহাক্না অমুকসু তাকপিখি— হে ব্রাহ্মণ! মহাক্না মতিক চাবা পোৎচৌগী মমিং হায়বিয়ু।

৪৩ (খ) ৪৫। এবং তেন ত্বাজ্ঞাপিতঃ প্রত্যুক্তশ্চ ময়া প্রভুঃ।
দীয়তাং ভগবন্দ্রব্যং কৈশিক্যাঃ সংপ্রয়োজকম্।
নৃত্তাঙ্গহারসম্পন্না রসভাবক্রিয়াত্মিকা॥
দৃষ্টা ময়া ভগবতো নীলকণ্ঠস্য নৃত্যতঃ।
কৈশিকী শ্লক্ষ্ণনেপথ্যা শৃঙ্গাররসসম্ভবা।

অর্থ। অসুম হন্নবগা মাইপুনা ঐনা প্রভু মতোন্দা হায়জখি—'হে ভগবান, কৈশিকী বৃত্তি শাবগীদমক (শেন্নদা) কাম্নগদবা

১। ভরত, সাত্ত্বত অরভটি অমসুং কৈশিকী হায়বা উপশাস্ত্রশিংগী মমিং লৌরুনা ভারতী, সাত্ত্বতী, আরভটি অমসুং কৈশিকী বৃত্তি শেমখি অহুমা হায়নবসু য়াওই।

মচাক অহু পীনবীয়ু। ভগবান মহাদেবগী অগোইদা শৃঙ্গার-রসদা তিনবা 'কৈশিকী বৃত্তি'বু ঐনা উজবা ফংলে। মসিদা য়াওরি নীংথিবা থিজেং, অথোংপা অমেঙ্‌বনা তিনবা অহুগুম্বা অঙ্গহার কয়া কয়া। রস ভাব অমসুং ক্রিয়ানা মসিগী থয়ায়নি।

কৈশিগী বৃত্তিগীদমক্তা অপ্সরাশিং শেম্বা

৪৬-৪৭ (ক) নশক্যা পুরুষৈঃ সাধু প্রয়োক্তুং স্ত্রীজনাদৃতে।
ততোঽসৃজন্ মহাতেজা মনসোঽপ্সরসো বিভুঃ॥
নাট্যালংকারচতুরাঃ প্রাদান্ মহ্যং প্রয়োগতঃ।

অর্থ। অসিগুম্বা বৃত্তি মথল অসিদি নূপী নত্তনা নিপাদি নীংথিনা পাঙ্‌থোকপা ঙমদে। মরম অদুদগী মতিক চাউরবা প্রভু (ব্রহ্মা) না মাগী মপূক্কীংদগী নাট্যগী লৈতেং শেম্বদা হৈথোই শিংথোইবী অপ্সরা-শিংবু শেম্লগা নাট্যদা মতেং ওইহন্নবগীদমক ঐঙোন্দা পিন্নবিয়ে।

৪৭ (খ) ৫০ (ক)

মঞ্জুকেশীং সুকেশীং চ মিশ্রকেশীং সুলোচনাম্॥
সৌদামিনীং দেবদত্তাং দেবসেনাং মনোরমাম্।
সুদতীং সুন্দরীং চৈব বিদগ্ধাং বিবুধাং তথা॥
সুমালাং সন্ততিং চৈব সুনন্দাং সুমুখীং তথা।
মাগধী-মর্জুনীং চৈব সরলাং কেরলাং ধৃতিম্॥
নন্দাং সুপুষ্কলাং চৈব কলভাং চৈব মে দদৌ।

অর্থ। ঐঙোন্দা পিমখ্রবা পীবিখিবা অপ্সরাশিংগী মমিংদি— মঞ্জুকেশী, সুকেশী, মিশ্রকেশী, সুলোচনা, সৌদামিনী, দেবদত্তা, দেব-সেনা, মনোরমা, সুদতী, সুন্দরী, বিদগ্ধা, সুমালা, সন্ততি, সুনন্দা, সুমুখী, মাগধী, অর্জুনী, সরলা, কেরলা, ধৃতি, নন্দা, সুপুষ্কলা অমসুং কলভা মথোয় অসিনি।

স্বাতি অমসুং নারদ অনিবু ভরতকী মতেং পাংনবা হায়রবা।

৫০ (খ) ৫১ (ক)। স্বাতির্ভাণ্ডনিযুক্তস্তু সহ শিষ্যৈঃ স্বয়ম্ভুবা ॥
নারদাদ্যাশ্চ গন্ধর্বা গানযোগে নিয়োজিতাঃ।

অর্থ। স্বয়ম্ভু ব্রহ্মানা স্বাতিবু মাগী শিষ্যশিংগা লোয়ননা যন্ত্র ময়াম য়ৈবা-খোংবা তৌনবা অদুগা নারদনচিংবা স্বর্গগী সঙ্গীত কলা হৈবশিংবুনা ঈশৈ শকহন্নবগীদমক শিন্নরে।

ভারতকা ব্রহ্মাগা অমুক উন্নবা

৫১ (খ)-৫৩ (ক)

এবং নাট্যমিদং সম্যগ্ বুধ্বা সর্বৈঃ সুতৈঃ সহ ॥
স্বাতিনারদ সংযুক্তো বেদবেদাঙ্গকারণম্।
উপস্থিতে২হং লোকেশং প্রয়োগার্থং কৃতাঞ্জলিঃ ॥
নাট্যস্য গ্রহণং প্রাপ্তং ব্রূহি কিং করবাণ্যহম্।

অর্থ। অসুম তৌনা ঐনা বেদশিং অমদি মখোয়গী অঙ্গ (বেদগী মশা=উপবেদ) শিংদগী লোখত্তুনা শেন্নবা নাট্যকলাবু চঙ্খোন্না তম্নগা ঐগী ইচানিপাশিং অমদি স্বাতি-নারদনচিংবগা লোয়ননা ব্রহ্মাগী নাক্তা চত্তুনা হায়খি—"নাট্যকলা হৈজরে, তাকপিরো, হুজীক ঐনা করি তৌজগদবা।"

৫৩ (খ)-৫৫ (ক)

এতত্তু বচনং শ্রুত্বা প্রত্যুবাচ পিতামহঃ ॥
মহানয়ং প্রয়োগস্য সময়ঃ সমুপস্থিতঃ।
অয়ং ধ্বজমহঃ শ্রীমান্ মহেন্দ্রস্য প্রবর্ত্ততে ॥
অত্রেদানীময়ং বেদো নাট্যসংজ্ঞঃ প্রযুজ্যতাম্।

অর্থ। য়াম্বং অসি তাবদা ব্রহ্মানা পাউথুম পীবিরি—হৃজীকমক লীলা শাস্ত্রবগী য়ায়মক মতিক চাবা মতম ওইরে। হৃজীক ইন্দ্রধ্বজ[1] উৎসব হৌগৎখরে, মসিগী মরী লৈননা নাট্যবেদ অসি শীজিন্নবা হৌবীরো।

৫৫ (খ) ৫৮ (ক)

তস্তস্মিন্ ধ্বজমহে নিহতাসুরদানবে॥
প্রহৃষ্টামরসংকীর্ণে মহেন্দ্রবিজয়োৎসবে।
নান্দীকৃতা ময়া পূর্বমা শীর্বচন সংযুতা॥
অষ্টাঙ্গপদ সংযুক্তা বিচিত্রা খেবসংমতা।
তদন্তেহ নুকৃতির্বদ্ধা যথা দৈত্যাঃ সুরৈর্জিতাঃ॥
সংফেটবিদ্রবকৃতা ছেদ্যভেদ্যাবহাত্মিকা।

অর্থ। অতুগী তুংদা ইন্দ্রধ্বজ হায়না কৌবা হয়াউরবা লাইশিংগী মপুংফারবা অতুগুম্বা বিজয় উৎসব অতুদা হিংচাবশিং হাৎখিবগী য়ারী অতু অষ্টাঙ্গ-পদনা তিনবা অঙকপা অমদি লাইশিংনা পামবা মওঙ্গী অশীর্ব্বাদ লোয়নবা অতুগুম্বা মওঙদা ঐনা নান্দীগী হৌনবী পাঙ-থোকপা ওইনা ভাঙবা শকপা তৌখি। মথংদা হিংচাবশিংবু লাইশিংনা মায়থীবা পীথিবা থৌদোক অতুগী মতৌ তমতুনা কূম্মৈ উৎখি—মসিদা মহৈ মহৈ মৈ হৌনা শাউনতুনা লান থেংনবা, লানফমদগী মায় ওন্দুনা চেনবা, হকচাং ককথৎনবা, য়াস্থৎনবা অসিনচিংবা লানগী মতৌশিং উৎখি।

৫৮ (খ)-৬১

ততো ব্রহ্মাদয়ো দেবাঃ প্রয়োগপরিতোষিতাঃ॥
প্রদদুর্হৃষ্টমনসঃ সর্বোপকরণানি নঃ।
প্রীতস্তু প্রথমং শাক্রো দত্তবান্ স্বধ্বজং শুভম্॥

---

১। ভাগ্রগী পানথৎলকপা খাদশীদা মসি পাঙথোক্লমমী। ইন্দ্রধ্বজ উৎসব অসি নাট্য-বেদগী হানবা ওইনা উৎলি।

ব্রহ্মা কুটিলকং চৈব ভৃঙ্গারং বরুণস্তথা।
সূর্য্যশ্ছত্রং শিবঃ সিদ্ধিং বায়ুর্ব্যজনমেব চ॥
বিষ্ণুঃ সিংহাসনং চৈব কুবেরো মুকুটং তথা।
শ্রাব্যত্বং প্রেক্ষণীয়স্য দদৌ দেবী সরস্বতী।

অর্থ। মথংদা অভিনয়দা পেল্লবা ব্রহ্মা অমসুং মথয়ায় হয়াউনরবা অতোপ্পা লাই থিবীক্কা ঐথোয়দা মথল মথলগী পোৎ কয়া পীবিখি। পেনবিরবা ইন্দ্রনা অহানবক্তদা মশাগী নীংথিরবা ফীরাল (শুভধ্বজ) পীবিখি, অস্তুম্না ব্রহ্মানা কুটিলক (অকোনবা চৈগুগুম্বা) অমা, বরুণনা সনাগী ঝারি মানবা থৃজাই অমা, সূর্য্যভগবাননা ছত্র অমা (পে), মহাদেবনা সিদ্ধি (জয় ওইবা, মায়-পাকপা), ফুংশিং নিংথৌনা হমাই অমা, বিষ্ণুনা সিংহাসন (তাঙ্বন) অমা, কুবেরনা লুহুপ অমা অমসুং সরস্বতীনা উংলিবা লৌলাগী ভাবক্কা তাননবা মচাক পীবিখি[1]।

৬২-৬৩। শেষা যে দেবগন্ধর্বা যক্ষরাক্ষসপন্নগাঃ।
তস্মিন্ সদস্যাভি প্রীতা নানা জাতি গুণা শ্রয়ান্॥
অংশাংশৈর্ভাষিতান্ ভাবান্ রসান্ রূপং ক্রিয়াবলম্।
দত্তবন্তঃ প্রহৃষ্টাস্তে মৎসুতেভ্যো দিবৌকসঃ॥

অর্থ। সভা অহুদা য়াওথিবা অতোপ অতোপ্পা স্বর্গগী লাইশিং অমদি গন্ধর্ব, যক্ষ, রাক্ষস অমসুং পন্নগ (লিনগী জাৎ) মথৈনা য়াম্না হেন্না পেম্নবিহুনা ঐগী ইচাশিংবু মথোয়না কুম্নবা (শক্লক লৌনবা) তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা মতিক চানগদবা ওইবা অহুগুম্বা মথলগীঅহকপা মগুণ চেনবা রাহৈশিং, তোঙান তোঙানবা মথলগী ভাব অমদি রস, মওঙ্, মতৌ, হকচাং নোয়বা অমদি পাঙ্গল পীরক্লবিখি।

দৈত্যশিংনা শাউবা

৬৪-৬৪। এবং প্রয়োগে প্রারব্ধে দৈত্যদানবনাশনে।
অভবন্ ক্ষুভিতাঃ সর্বে দৈত্যাঃ যে তত্র সংগতাঃ॥

---

১। অভিনয় তৌবা মীবু মনা মখুম পীবা হাম্লগী চৎনমকই।

বিরূপাক্ষপুরোগাংস্তু বিঘ্নান্ প্রোৎসাহ্যতেহব্রুবন্
নেখমীক্ষামহে নাট্যমেতদাগম্যতামিতি ।।

অর্থ। কৃষ্ণৈ য়েংবা লাকখিবা হিংচাবশিংনা হিংচাবশিংবু হাংপগী অভিনয় তৌবা হৌরক্লবদা শাউহনা মহাদেবগী মাঙ্ মত্তদা বিঘ্নশিংগী থৌঙনশিন্না হায়রকই—অসিগুম্বা লীলা মতৌ অসি ঐখোয় য়েংলোই, চংলসি লাউ।

৬৬। ততস্তৈরসুরৈঃ সার্দ্ধং বিঘ্না মায়ামুপাশ্রিতাঃ।
বাচশ্চেষ্টাং স্মৃতিং চৈব স্তংভয়ন্তিস্ম নৃত্যতাম্ ।।

অর্থ। মথংদা হিংচাবশিং অহুগা লোয়ননা [1] বিঘ্নশিংনা মায়া তৌহনা জগোইশাবিবা অভিনেতাশিং অদুবু রাঙাঙ্ বদা, জগোইশাবগী থবক্তা অমসুং নীংশিংবগী মতৌদা থামাইশিন্দুনা ইপঙ পঙ্ থহল্লে।

৬৭-৬৮। তথা বিধ্বংসনং দৃষ্ট্বা তত্র তেষাং স দেবরাট্।
কস্মাৎ প্রয়োগবৈষম্যমিত্যুক্ত্বা ধ্যানমাবিশৎ ।।
অথাপশ্যৎ সদো বিঘ্নৈঃ সমন্তাৎ পরিবারিতম্।
সহেতরৈঃ সূত্রধরং নষ্টসংজ্ঞং জড়ীকৃতম্ ।।

অর্থ। মথোয়না অমাঙ্-অতা কয়া থোকহনবা মতৌ অহু উবদগী, কৃষ্মৈদা অকায়বা থোক্লিবসিগী মরম করিনো হায়না ইন্দ্রনা ধ্যান তৌহনা য়েংলকই। মানা উবা মংলকলে মহুদি, তিল্লিবা মীয়াম-সভা অহুগী অকোয়বদা বিঘ্ন ঙাক্তনা থম্না লৈব্রে—অহুনা লোয়ননরিবা মী মথৈগা সূত্রধার অহু পঙ্ থখরে অমসুং লেকথরক্লে।

৬৯-৭০। উত্থায় ত্বরিতং শক্রো গৃহীত্বা ধ্বজমুত্তমম্।
সর্বরত্নোজ্জ্বলতনুঃ কোপাদুদ্বৃত্তলোচনঃ ।।
রংগপীঠগতান্ বিঘ্নানসুরাংশ্চৈব দেবরাট্।
জর্জরীকৃতদেহাংস্তানকরোজ্জর্জরেণ সঃ ।।

---

১। বিঘ্ন—অপান-অমই, ঐথাবফিনাম, নীথীজাম অসিলাডিংবা

অর্থ। মথংদা, শাউবনা মমিং উরুরু লৈরবা, মণি-মুক্তাতনা মশাদা ঈরং-লংনা লৈতেংলবা ইন্দ্রনা নীংথিজরবা মাপ্পী ফীরান্ অহু পায়রগা হাইহুনা রঙ্গমঞ্চ ( লীলা শান্নফম ) দা কোয়চং-চংলম্বা হিংচা-য়াইতম্বা অমসুং মীথ.ঙ্গায়শিং অদুবু তকথায়থরে।

৭১-৭৩। (ক) গতেষু তেষু বিঘ্নেষু সর্বেষু সহ দানবৈঃ।

সংপ্রহৃষ্য ততো বাক্যমাহুঃ সর্বে দিবৌকসঃ॥

অহো প্রহরণং দিব্যমিদমাসাদিতং ত্বয়া।

নাট্যবিধ্বংসিনঃ সর্বে যেন তে জর্জরীকৃতাঃ॥

তস্মাজ্জ. জর্জর ইত্যেব নামতোহয়ং ভবিষ্যতি।

অর্থ। অসুম্না হিংচাবা অমদি মাথিঙ্গায়শিং পূম্নমকপু তাঁম্থোক-ত্রবদা স্বর্গগী লাই পূম্নমক্না হরাউনহুনা হায়রকই—নাটকপু মাঙ্হন-তাকহনবা ( থুগায়বা ) কাঙ্বুবু তকথহনবা অসিগুম্বা অমাঙ্ অতা লৈত্রবা থৃংলাই অমবু নহাক্না ফংবারে। মরম অহুনা মসিগী মমিং 'জর্জর' হায়না কৌরসনু।

৭৩ (খ)-৭৫ (ক)।

যে চৈব হিংসার্থমুপযাস্যন্তি বিঘ্নকাঃ।

দৃষ্ট্বৈব জর্জরং তেঽপি গমিষ্যন্ত্যেবমেব তু।

এবমেবাস্ত্বিতি ততঃ শক্রঃ প্রোবাচ তান্ সুরান্॥

রক্ষাভূতশ্চ সর্বেষাং ভবিষ্যত্যেষ জর্জরঃ॥

অর্থ। ( কল্লক মিহৌচাউবা ) মাথিঙ্গায়শিংনা অসুম্না য়ৈথায় থিনগায় থোকতম্নবা লাকপদা অসিগুম্বা 'জর্জর' ( ফীরান ) অসিবু উরবদি হেক্তমক চেনথিগনি। মথংদা ইন্দ্রনা লায়শিংদা হায়রকই—'ফরে মহুমক ওইরসনু; অসিগুম্বা 'জর্জর' কৌবা ফীরান অসিনা পূম্নমকপু ঙাক্রসনু।'

৭৫ (খ)-৭৬ (ক)

প্রয়োগে প্রস্তুতে হ্যেবং স্ফীতে শক্রমহে পুনঃ॥

ত্রাসং সঞ্জনয়ন্তি স্ম বিঘ্না ( সের্ষ্যা ) স্তু নৃত্যতাম্।

অর্থ। অস্নুম্না নাট্যগী থৌরম পূন্নমক শেম-শাবা লোইরছুনা মপুংফানা ইন্দ্র-উৎসব পাঙ্‌লোকপা হৌগৎলবদা (কল্লক মীহৌ চাউবা) বিঘ্নমখৈনা (য়ৈথায় খিঙ্গায় তৌবশিংনা) জগোই শারিবা কাঙ্‌বুদা অমুক অকি-অখং-খবক কয়া তৌরক্লে।

৭৬ (খ)-৭৮ (ক)

দৃষ্ট্বা তেষাং ব্যবসিতং মদর্থে বিপ্রকারজম্ ॥
উপস্থিতোঽহং ব্রহ্মাণং সুতৈঃ সর্বৈঃ সমন্বিতঃ।
নিশ্চিতা ভগবন্ বিঘ্না নাট্যস্যাস্য বিনাশনে ॥
অতো রক্ষাবিধিং সম্যগাজ্ঞাপয় সুরেশ্বর।

অর্থ। অস্নুম্না ঐবু ঈকাইবা পীবা মখোয়গী থৌদৌ থৌওঙ্‌শিং অসি উবদগী ঐনা ইচাশিং লোয়ননা ব্রহ্মাদা চত্তুনা হায়খি—'হে ভগবন্! বিঘ্নশিংনা লীলা থুগায়গদবগী কম্না হোৎনরে; করম তৌরগা ঙাকপা ঙমগদগে মতুগী পান্থৈ তাকপিয়ু।'

৭৮ (খ)-৭৯ (ক)। ততঃ স বিশ্বকর্মাণং ব্রহ্মোবাচ প্রযত্নতঃ ॥
কুরু লক্ষণসম্পন্নং নাট্যবেশ্ম মহামতে।

অর্থ। মথংদা ব্রহ্মানা বিশ্বকর্মাদা হায়রকই—হে পূকচেন চাউবা! য়াম্না চেকশিন্না নৌংথিজরবা লীলা শাম্নফম অমথক শাবিয়ু।

৭৯ (খ)-৮০।

কৃত্বা যথোক্তমেবং তু গৃহং পদ্মোদ্ভবাজ্ঞয়া ॥
প্রোক্তবান্ দ্রুহিণং গত্বা সভায়াং তু কৃতাঞ্জলিঃ।
সজ্জং নাট্যগৃহং দেব তদবেক্ষিতুমর্হসি ॥

অর্থ। [১]পদ্মযোনি ব্রহ্মাগী য়াথংনা মহাক্না অরেপ্পা জগোইশঙ্‌ (রঙ্গালয়) অমা শারগা ব্রহ্মাগী সভাদা লাক্তুনা খুৎলোন্নবা হায়রকই—হে দেব! জগোইশঙ্‌ অদু শাবা লোইজরে, মিৎয়েং তাবিয়ু।

---

১। বিষ্ণুগী খোয়দোদা হোবা থবালদগী ব্রহ্মা পোকখিবনা মাবু 'পদ্মযোনি' (থবালদগী পোকপা) হায়না খঙনখি।

৮০-৮৮ (ক)

ততঃ সহ মহেন্দ্রেণ সুরৈঃ সর্বৈশ্চ সেতরৈঃ।
অগচ্ছন্ ত্বরিতো দ্রষ্টুং দ্রুহিণোনাট্যমণ্ডপম্ ॥
দৃষ্ট্বা নাট্যগৃহং ব্রহ্মা প্রাহ সর্বান্ সুরাংস্ততঃ।
অংশভাগৈর্ভবদ্ভিস্তু রক্ষ্যোয়ং নাট্যমণ্ডপঃ ॥
রক্ষণে মণ্ডপস্যাথ বিনিযুক্তস্তু চন্দ্রমা।
লোকপালাস্তথা দিক্ষু বিদিক্ষ্বপি চ মারুতাঃ॥
নেপথ্যভূমৌ মিত্রস্তু নিক্ষিপ্তো বরুণোঽম্বরে।
বেদিকারক্ষণে বহ্নির্ভাণ্ডে সর্বে দিবৌকসঃ।
বর্ণাশ্চত্বার এবাথ স্তংভেষু বিনিযোজিতাঃ।
আদিত্যাশ্চৈব রুদ্র শ্চ স্থিতাঃ স্তংভান্তরেষ্বথ ॥
ধারণীষু স্থিতা ভূতাঃ শালাস্বপ্সরসস্তথা।
সর্ববেশ্মসু যক্ষিণ্যো মহীপৃষ্ঠে মহোদধিঃ ॥
দ্বারশালানিযুক্তস্তু কৃতান্তঃ কাল এব চ।
স্থাপিতৌ দ্বারপার্শ্বে তু নাগমুখ্যৌ মহাবলৌ ॥
দেহল্যাং যমদণ্ডস্তু শূলং চোপরি সংস্থিতম্।

অর্থ। মথংদা ইন্দ্র অমস্তুং অতৈ অতোপ্পা লাইশিংগা লোয়ননা ব্রহ্মানা জগোইশঙ্ (রঙ্গালয়) য়েংবা লাকলে। রঙ্গালয় অদু য়েংলগা ব্রহ্মানা লাইয়ামশিংদা হায়রকই—তোপ্পা তোপ্পা থৌদাং লৌনদুনা নখোয়না রঙ্গালয় অসিবু ঙাকপিকম থোকই। চন্দ্রদেবনা মাণ্ডপ (মণ্ডপ), মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংনা মায়কৈ পুম্নমক, মরুৎ (নুংশিৎ) মখৈনা চিথেক মরি (কাচিন মরি,) মিত্রনা নেপথ্য (ফিঙেৎকম), বরুণনা আকাশ (অহাঙ্বা মফম), অগ্নি (মৈ কৌবা লাই) না লীলা থোককম (রঙ্গমঞ্চ), অতৈ লাইমখৈনা পুং-শেল যন্ত্রশিং, বর্ণ মরিমক্তা যুম্বী পুম্নমক, নুমিৎ অমদি রুদ্রশিংনা যুম্বীগী মরুম মখৈ, ভূতশিংনা ধারণী (ফিদা পরেং), অপ্সরাশিংনা মসিগী কা-মখৈ, যক্ষিণীশিংনা যুম-পুম্নমক সমুদ্র (ঈশিং লাইনা), লৈমায় মথক, কৃতান্ত

থোঙ্., মপাঙ্গল লৈবা নাগরাজ ( অনন্ত অমসুং বাসুকি ) অদিনা মীহুৎকী মথৈ, যমদণ্ডনা থোঙ্বাশিং, শিবগী ত্রিশূলনা থোঙ্না অপূবা ঙাক্লবা শিন্নখি।

৮৮ (খ)-৯৩ (ক)।

দ্বারপালৌস্থিতৌ চোভৌ নিয়তির্মৃত্যুরেব চ।
পার্শ্বে তু রঙ্গপীঠস্য মহেন্দ্র স্থিতবান্ স্বয়ম্।
স্থাপিতা মত্তবারণ্যাং বিদ্যদ্ দৈত্যনিষূদনী ॥
স্তংভেষু মত্তবারণ্যাঃ স্থাপিতা পরিপালনে।
ভূতা যক্ষাঃ পিশাচাশ্চ গুহ্যকাশ্চ মহাবলাঃ ॥
জর্জরে চৈব নিক্ষিপ্তং বজ্রং দৈত্যনিবর্হণম্।
তৎপর্বসু বিনিক্ষিপ্তা সুরেন্দ্রা হ্যমিতৌজসঃ ॥
শিরঃ পর্বাস্থিতো ব্রহ্মা দ্বিতীয়ে শংকরস্তথা।
তৃতীয়ে চ স্থিতো বিষ্ণুশ্চতুর্থে স্কন্দ এব চ ॥
পঞ্চমে চ মহানাগাঃ শেষবাসুকিতক্ষকাঃ।

অর্থ। নিয়তি ( নোংদম্বী-নোংদম্বা লাইগী নূপী ) অমদি যম অনিমক্না থোঙ্শঙ্বগী থবক তৌগনি অদুগা ইন্দ্রদেবনা রঙ্গমঞ্চগী নাকন্দা লৈগনি। মত্তবারণীদনা ( [১] মাংগোন অমসুং রঙ্গমঞ্চগী নাকন্দা লৈবা ) হিংচা য়াইতম্বশিংবু লাকশিনবা ঙম্বা মোংথাঙ্ অদুগা মথোঙ্ ( উথোঙ্ ) পূম্নমকপু ঙাকপা শেনবগী থবক্না মপাঙ্গল লৈরবা-ভূত্, যক্ষ, পিশাচ অমসুং গুহ্যশিংদা শিন্নরবনি। ফীরাণ অসিদনা ( জর্জর ) হিংচাবা মাঙ্হনবা ঙম্বা 'বজ্র' কৌবা থৃংলাই অদু হাপ্লবনি, ফীরাণ চৈথোক অসিগী মতাং মতাংদনা মপাঙ্গল লৈরবা অথোইবা লাইশিংবু থম্লবনি। অসুম্না খ্বায়গী মতোল্ থংবা মতাং

১। মসিগী মতাংদা মত থেম্নবা থম্না উই—নাকন অনিদা তেম্বগা লৈবা, মমাঙ্দনা মাংগোলগী শরুক অমা য়াওবা মণ্ডপ্ লৈ

অহুদনা ব্রহ্মা, থংনবা অনিশুবা মতাংদনা শিব ( মহাদেব ), অহুম-শুবদনা বিষ্ণু, মরিশুবদনা কার্ত্তিক, মঙাশুবদনা বাসুকি অমসুং তক্ষক কৌবা লিনজাউশিংনা লৈখি।

৯৩ (খ)-৯৪। এবং বিঘ্নবিনাশায় স্থাপিতা জর্জরে সুরাঃ॥
রঙ্গপীঠস্য মধ্যে তু স্বয়ং ব্রহ্মা প্রতিষ্ঠিতঃ
ইত্যর্থং রঙ্গমধ্যে তু ক্রিয়তে পুষ্প মোক্ষণম্॥

অর্থ। অপল অহুই লাক্তনবগীদমক অসুম্না ফীরাণদা লাইশিংবু থম্লগা ( স্থাপন তৌরগা—শিন্নরগা ) ব্রহ্মা মশামক্লা রঙ্গমঞ্চগী ময়ায়দা লৈরে। মরম অসিননি রঙ্গমঞ্চগী ময়ায়দা লৈ [১] চাইথোক্লিবা।

৯৫। পাতালবাসিনো যে চ যক্ষগুহ্যক-পন্নগাঃ।
অধস্তাদ্রঙ্গপীঠস্য রঙ্গণে তে নিয়োজিতাঃ॥

অর্থ। যক্ষ গুহ্যক ( কুবেরগী মনাইশিং ) অমসুং পন্নগ ( লিন ) নচিংবা পাতালদা লৈশিংনা রঙ্গমঞ্চগী মখাবু ঙাক্লনবা শিন্নরে।

৯৬। নায়কং রক্ষতীন্দ্রস্তু নায়িকাং তু সরস্বতী।
বিদূষকমথোংকারঃ শেষাস্তু প্রকৃতীর্হরঃ॥

অর্থ। নায়কপু ( লীলাদা মরু ওইবা শক্তম লৌবা মী ) ইন্দ্রনা, নায়িকাবুনা ( মরু ওইবা শক্তম লৌবী ) সরস্বতীনা, বিদূষকপুনা ( রাঙাঙ্-শাঙাঙ্দা ফাগি পুবা লীলাদা শক্তক য়াবা মী ) ওকার ব্রহ্মনা অহুগা অতোপ্পা অতৈ লীলা থোকপা পুন্নমকপুনা মহাদেবনা ঙাকথরে।

৯৭। যান্যেতানি নিযুক্তানি দৈবতানীহ রক্ষণে।
এতান্যেবাধিদৈবানি ভবিষ্যন্তীত্যুবাচ সঃ॥

অর্থ। মহাক্না তাকপিরকই মফম অসিবু ঙাকপি-কনবীনবা থৌদাং পীরবা লাই পুম্নমক্না মসিগী 'অধিদেবতা' ( মপু ) ওইগদবনি।

---

১। মসিগী মরমদা অধ্যায় ৫ গী ৭৪ শ্লোক য়েংউ

ব্রহ্মানা বিঘ্নশান্তি তৌবা

৯৮-৯৯। এতস্মিন্নন্তরে দেবৈঃ সর্বৈরুক্ত পিতামহঃ।
সাম্না তাবদিমে বিঘ্নাঃ স্থাপ্যন্তাং বচসা ত্বয়া॥
পূর্ব্বং সাম প্রযোক্তব্যং দ্বিতীয়ং দানমেব চ।
তয়োরুপরি ভেদস্তু ততো দণ্ডঃ প্রযুজ্যতে॥

অর্থ। মসিগী তুংদা লাইশিংনা ব্রহ্মাদা হংগৎলবই— [১] 'সাম' মন্ত্রনা বিঘ্নশান্তি (অপল অহুই থোক্তনবা) তৌবিয়ু। অহানবদা 'সাম', অনিশুবদনা 'দান', অনি অসিগী তুংদনা 'ভেদ' অমসুং ইকোন কোনবদনা 'দণ্ড' নীতি শীজিন্নবিয়ু।

১০০। দেবানাং বচনং শ্রুত্বা ব্রহ্মা বচনমব্রবীৎ।
কস্মাদ্ভবন্তো নাট্যস্য বিনাশায় সমুত্থিতাঃ॥

অর্থ। লাইশিংগী ৱা তাবরবদা ব্রহ্মানা হায়রকই—(হিংচাবশিংদা) নখোয়না করিগীদমক্ত লীলা থুগাইবা হোৎনবনো?

১০১-১০৩। ব্রহ্মণো বচনং শ্রুত্বা বিরূপাক্ষোঽব্রবীদ্বচঃ।
দৈত্যৈর্বিঘ্নগণৈঃ সার্ধং সামপূর্বমিদং ততঃ॥
যোঽয়ং ভগবতা সৃষ্টো নাট্যবেদঃ সুরেচ্ছয়া।
প্রত্যাদেশোঽয়মস্মাকং সুরার্থং ভবতা কৃতঃ॥
তন্নৈতদেবং কর্তব্যং ত্বয়া লোকপিতামহ।
যথা দেবাস্তথা দৈত্যাস্ত্বত্তঃ সর্বে বিনির্গতাঃ॥

অর্থ। ব্রহ্মাগী ৱা তারগা হিংচাবশিং অমসুং মীথিঙ্গায়শিং লোয়ননা বিরূপাক্ষ (কশ্যপ অমসুং দনুগা মচা) না চপমান্ননা হায়রকই নহাক্না লাইগী মীচঙ্দা লেপ্লুনা মখাগীদমক্তা শেম্বিরিবা

---

১। রাজনীতিদা য়েক্রবগী মকাদা শীজিন্নগদবা পাদৈ মথল মরিগী ৱা শাস্ত্রদা ইরি মর্থাদি—অমগা অমগা ভাব তানবা মতৌবু 'সাম', মথংগা 'দান' (পীবা—পেলহনবা) 'ভেদ'—অমগা অমগা তিন্নবা য়াদনবা শীনবা অমসুং 'দণ্ড'—য়সিনা নয়খনবা শান তৌবা নত্রগা হাত্তি কংহনবা।

নাট্য অসিনা ঐখোয়বু ঈকাইবা পীরে। হে মরোল অহুমগী মপু ওইবা পিতামহ! লাই হিংচাবা পুম্নমক নঙোন্দগী থোকপমক্তনি (চপমাক্র), অহুনা নহাক্না অসিগুম্বা থৌরমবু মওঙ্, অমুমা পাঙ্-থোকহনবীবা হৌনদে।

১০৪-১০৫। বিরূপাক্ষবচঃ শ্রুত্বা ব্রহ্মা বচনমব্রবীৎ।

অলং বো মন্যুনা দৈত্যা বিষাদং ত্যজতানঘাঃ।

ভবতাং দৈবতানাং চ শুভাশুভবিকল্পকঃ।

কর্মভাবান্বয়াপেক্ষো নাট্যবেদো ময়াকৃতঃ॥

অর্থ। বিরূপাক্ষগী বা তাবদা ব্রহ্মানা হায়রকই—হে পাপচেন্দ্রবা দৈত্য পুম্নমক, নখোয়না শাউরুবগী করি কান্নগদবা লৈবগে? মুংঙাই-তবা তৌরুগনু। নখোয়গী অমসুং লাইশিংগী মরক্তা থোকখিবা, ওইরখিবা অমসুং-কত্তবা থৌদোকশিং অহু য়াওনা ভাব (রাখল চঙ্না) অমসুং বংশগী চৎমবী য়াওনা ঐনা 'নাট্যবেদ' অসি শেম্বনি।

নাট্য-লক্ষণ

১০৬। নৈকান্ততোঽত্র ভবতাং দেবানাং চাত্র ভাবনম্।

ত্রৈলোক্যস্যাস্য সর্বস্য নাট্যং ভাবানুকীর্তনম্॥

অর্থ। মসিদা নখোয়গী অমসুং লাইশিংগী রাফমতবু য়াওহনবা অহু মত্তে—মরমদি নাট্য হায়বসিদি মরোল অহুমক্কী ভাব লোইনা য়াওবনি।

১০৭। ক্বচিদ্ধর্মঃ ক্বচিৎক্রীড়া ক্বচিদর্থঃ ক্বচিচ্ছমঃ।

ক্বচিদ্ধাস্যং ক্বচিদ্ যুদ্ধং ক্বচিৎকামঃ ক্বচিদ্বধঃ॥

অর্থ। মসিগী করিগুম্বা মতাংদনা ধর্ম্ম, মতাং অমদনা শান্নথোৎ-নবা, করিগুম্বদনা অর্থ (শেল ভানবগী মরম), করিগুম্বদনা শান্তি (শুপ্রা-ঐনা পানবা), করিগুম্বদনা অনোকপা থৌরম, করিগুম্বদনা লানথেং-লানবক মতৌ, করিগুম্বদনা অপাম-মুংশিগী থৌওঙ্, অহুগা করিগুম্বা মতাংদদা হাৎম শুনবা মতৌ য়াওই।

১০৮-১০৯। ধর্মোঽধর্ম প্রবৃত্তানাং কামঃ কামোপসেবিনাম্।
নিগ্রহো দুর্বিনীতানাং বিনীতানাং দমক্রিয়া॥
ক্লীবানাং ধার্ষ্ট্যকরণমুৎসাহঃ শূরমানিনাম্।
অবুধানাং বিবোধশ্চ বৈদুষ্যং বিদুষামপি॥

অর্থ। মসিনা, অধর্মদা পুক্নীংলুপ্পা মীশিংদা ধর্ম, হেদো-হেদাউ ামজবশিংদনা মখোগনা পামজবা মশক অদু, মঙক হাইগৎপশিংগীনা চরাক, মোল্লুকপশিংগী মফমদনা মশানা মশাবু লাকচবা, তুফক- ফাইচনবা মীওইদনা থোনা (পাঙ্দবা, অয়ঙ্গা মীদা থোনা), কেনবা অমদি অথোবা মীশিংদনা থোগৎপা, লাইরিক হৈতবা অপঙ্- শিংগী মফমদনা মরৌশিং মবুদ্ধি অদুগা অখঙ্-অহৈ পণ্ডিতশিংগী াদনা মত্তুবা জ্ঞান ফংহল্লি।

১০। ঈশ্বরাণাং বিলাসশ্চ স্থৈর্য্যং দুঃখার্দিতস্য চ।
অর্থোপজীবিনামর্থো ধৃতিরুদ্বিগ্নচেতসাম্॥

অর্থ। য়োয়বু য়োহেনবা মীবু মসিনা অরেপ্পা ফজবা খঙ্হল্লি,অৱা নংবা লাকহৎলবা মীওইশিংবুনা মপূক ফাথজবা ঙমহল্লি, শেল নবা মীদনা মরল মথুম ফংহল্লি অমসুং পুক্নীং লাঙ্তক্কবা মীওই- ংদনা লৈত্তাবা ঙমহল্লি।

১১-১১২। নানাভাবোপসংপন্নং নানাবস্থান্তরাত্মকম্।
লোকবৃত্তানুকরণং নাট্যমেতন্ময়া কৃতম্॥
উত্তমাধমমধ্যানাং নরাণাং কর্ম-সংশ্রয়ম্।
হিতোপদেশজননং ধৃতিক্রীড়াসুখাদিকৃৎ॥

অর্থ। মথল মথলগী ভাবনা তিনবা, ফিবম (অবস্থা) কয়া াগী অমদি মীওইবগী মথৌ-মশিন কয়াগী, অহেনবা, ময়াম ওইবা াসুং অতোনবা খারা মীওইশিংগী মথৌ-মশিন কয়াসী মরমদা

অফবতা ওইননবা পাউতাক মসিনা ফংহল্লি। অথাঙ্ কনবা ( পুক্নীং লৈতাবা ), শান্ন খোংনবা অমস্তুং মুংঙাই-য়াইফ- পুম্বা ফংহনবা অসি-গুম্বা নাট্যবু ঐনা শেম্বনি।

১১৩। এতদ্রসেষু ভাবেষু সর্ব্বকর্মক্রিয়াসু চ
সর্বোপদেশজননং নাট্যমেতদ্ভবিষ্যতি॥

অর্থ। অসিগুম্বা নাটা অসিনা রস, ভাব অমস্তুং থবক থৌরম ( মথৌ মাশিন পুন্নক্কী মরমদা পাউতাক লৌফম্ ওইগনি।

১১৪-১১৫।
দুঃখার্তানাং শ্রমার্তানাং শোকার্তানাং তপস্বিনাম্
বিশ্রামজননং লোকে নাট্যমেতদ্ভবিষ্যতি॥
ধর্ম্যং যশস্যমায়ুষ্যং হিতং বুদ্ধি বিবর্ধনম্।
লোকোপদেশজননং নাট্যমেতদ্ভবিষ্যতি॥

অর্থ। তাহবঙ্গানবা অসিদা লৈবা অবা অনানা লাকহৎলবা, মপাঙ্গল শীংজিন্নবতদা বাজরবা, পুক্নী গী অবাবনা লৈতাফম খঙজরবা অমস্তুং লাইনাং লগ্বাদা অকনবা তপ তৌজবা মীশিংগী মকাদা অবা-পোথোকফম থঙহনবা মতৌ নাটা অসিনা পীগনি অমস্তুং লোয়ননা ধর্ম মংক খংহনবা, মিতং ফংহনবা পুন্সী হাপকৎপা, অচুম্বা বুদ্ধি-লৌশিং থোকহনবনাচ বদা মীওইবগী পাউতাক লৌনফম ওইগনি।

১১৬। ন তজ্জ্ঞানং ন তচ্ছিল্পং ন সা বিদ্যা ন সা কলা।
ন স যোগো ন তৎকর্ম নাট্যেঽস্মিন্ যন্ন দৃশ্যতে॥

অর্থ। অসিগুম্বা নাটা অসিদা য়াওদবা করিগুম্বা জ্ঞান, করিগুম্বা শিল্প ( খুৎশা-হৈবগী থবক ), করিগুম্বা কলা, করিগুম্বা মহৈ ( বিদ্যা ), করিগুম্বা যোগ নত্রগা করিগুম্বা মথৌ-মশিল ( কর্ম ) অমত্তম্ম লৈতে।

১১৭-১১৮ সর্বশাস্ত্রাণি শিল্পানি কর্মাণি বিবিধানি চ।
অস্মিন্নাট্যে সমেতানি তস্মাদেতন্ময়া কৃতম্॥

তন্মাত্র মন্যুঃ কর্ত্তব্যো ভবদ্ভিরমরান্ প্রতি।
সপ্তদ্বীপানুকরণং নাট্যেহস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতম্॥

অর্থ। মরম অহুনা ঐনা শেমলিবা নাট্য অসিদা শাস্ত্র অয়াম্বা, খুৎ-শা হৈবগী থৌরম থৌওঙ্ অয়াম্বা অমস্যুং মীওইবগী মথৌ-মশিন অয়াম্বগী অপুনবা মশক য়াওরবনি। মরম অহুনা নখোয়না লাই-শিংবু শাউরুবা অহু চুম্দে, [1] দ্বীপ তরেৎনা শাবী লৈপাক লৈমা (পৃথিবী) অসিগী মতৌ পূম্নমক নাট্য অসিদা লোইনা লৈ।

১১৯-১২০ (ক)।

বেদবিদ্যেতিহাসানামাখ্যানপরিকল্পনম্।
শ্রুতিস্মৃতিসদাচারপরিশেষার্থ কল্পনম্॥
বিনোদজননং লোকে নাট্যমেতদ্ ভবিষ্যতি।

অর্থ। বেদবিদ্যা (বেদনা তাকপা মহৈ-মশিন), ইতিহাস (হৌথিবা মতমগী থৌদোক-রাথোক ইবা লাইরিক), আখ্যান (রাহী-রাথোঙ্), শ্রুতি (মথাও মথাঙ্ তানরকপা, বেদনা হায়বগুম্না কয়া), স্মৃতি (মথক্তগী চৎনরক্লবা থৌদো-থৌরম), সদাচার (হৌন লোনচৎ), অমস্যুং অতৈ অতোপ্পা হিরম কয়াগী মতেং লৌদুনা শাগৎখিবা ওইবা অসিগুম্বা নাট্য অসিনা মীরমলেনগী নুংঙাইনবা মচাক ওইনগনি।

১২০ (খ)-১২২ (ক)।

দেবতানামসুরাণাং রাজ্ঞামথ কুটুম্বিনাম্।
কৃতানুকরণং লোকে নাট্যমিত্যভিধীয়তে।
যোহয়ং স্বভাবো লোকস্য সুখদুঃখসমন্বিতঃ॥
সোহঙ্গাদ্যভিনয়োপেতো নাট্যমিত্যভিধীয়তে।

অর্থ। তাইবঙ্পানবদা লাই, হিংচাবা, নিংথৌ অমস্যুং ময়ুম-মকৈ লিংহুনা পাল্লিবশিংগী মথৌ-মশিন অপুন্নগী মতৌ তঙবু 'নাট্য' হায়না কৌই।

[1] ম্যবকী শ্লোক ৭-১২

অরাবা মুংঙাইনবনচিংবা মীওইবগী মতৌ-মওঙ্, কম্বাবু হকচাংনচিংবনা ( আঙ্গিক, বাচিক, সাত্ত্বিক অমসুং আহার্য ) অভিনয় তৌদুনা ক্যোংদোকপবু 'নাট্য' হায়না খঙ্‌নৈ।

১২২ (খ)-১২৪।

এতস্মিন্নন্তরে দেবান্ সর্বানাহ পিতামহঃ॥
কুরুধ্বমত্র বিধিবদ্ যজনং নাট্যমণ্ডপে।
বলিপ্রদানৈর্হোমৈশ্চ মন্ত্রৌষধিসমন্বিতৈঃ॥
জপ্যৈর্ভক্ষ্যৈশ্চ পানৈশ্চ বলিঃ সমুপকল্প্যতাম্।
মর্ত্যলোকগতাঃ সর্বে শুভাং পূজামবাপ্স্যথ॥

অর্থ। লাইয়াম য়েংদুনা মথংদা ব্রহ্মানা হায়রকই—নাট্যমণ্ডপ অসিগী মমুংদা ৎৌনবী যজ্ঞ পাঙ্‌থোকপিয়ো। বলি ( চবান্ ), হোম ( মৈদা কৎনবা ), মন্ত্র ( লাইশোন-তীনশোন ), ওষধি ( চেঙ্- থোইদিংনচিংবা ), জপ ( লাইশোন ), ভোজ্য ( অচা-অৎকী পোৎলম ), অমসুং পানীয় ( থকনবা পোৎলম ) অসিনচিংবা লাঙ্‌শিনবিয়ু। মীরমলেন্দা নখোয় পূম্নমকপু নীংথিনা পূজা কৎনগনি।

১২৫-১২৬।

অপূজয়িত্বা রঙ্গং তু নৈব প্রেক্ষাং প্রবর্ত্তয়েৎ।
অপূজয়িত্বা রঙ্গং তু যঃ প্রেক্ষাং কল্পয়িষ্যতি॥
তস্য তন্নিষ্ফলং জ্ঞানং তির্যগ্‌যোনিং চ যাস্যতি।
যজ্ঞেন সংমিতং হ্যেতৎ রঙ্গদৈবত পূজনম্॥

অর্থ। রঙ্গ-পূজা তৌদনা নাট্যগী থৌরম থক পাঙথোক্লোইদবনি। রঙ্গ-পূজা তৌদনা নাট্য-থৌরম পাঙ্‌থোক্লবদি মী অদুগী মরৌশিং মবুদ্ধি পূম্নমক অরেম্বা ওই ( মহৈ ফংদে ), অমসুং মপোক অমদা ভীল-কাঙ্‌নচিংবা ওইনা পোকই। রঙ্গগী অসিগুম্বা [১] লাইগী ঈড়াৎ-থৌনিগী থবক অসিদি যজ্ঞ তৌবগা পাংথকার।

১। ৩৬। ২ শ্লোক।

১২৭। মর্ত্তকোঽর্থপতির্বাপি যঃ পূজাং ন করিষ্যতি
ন কারয়িষ্যত্যন্যৈর্বা প্রাপ্সত্যপচয়ং তু সঃ॥

অর্থ। অগোই শাবা মী নত্রগা অর্থপতি (অচঙ্বা শেল পুথোকপা মী, থৌবু) না হায়রিবা পূজা অসি মশামক্কা মত্রগা মী নেত্তুনা তৌহন্রবদি অমাঙ্-অতা নংবা ওই।

১২৮ যথাবিধি যথাদৃষ্টং যস্ত পূজাং করিষ্যতি।
স লপ্স্যতে শুভানর্থান্ স্বর্গলোকং চ যাস্যতি॥

অর্থ। হৌনবী মতুংইন্না অমদি অথঙ্বা অউবা চৎনব-লোনচৎ মতুংইন্না পূজা তৌরবদি লেপ্পমক মঙ্গল ওইগনি, শিরগনা স্বর্গ কাগনি।

১২৯। এবমুক্ত্বা তু ভগবান্ দ্রুহিণং সহ দৈবতৈঃ।
রঙ্গপূজাং কুরুষ্বেতি মামেবং সমযোজয়ৎ॥

অর্থ। ভগবান ব্রহ্মানা অস্মুন্না ঐবু লাইশিংগা লোয়ননা হৌনবী রঙ্গপূজা পাঙ্থোকুবা থৌদা পীবিখি।

ভরত-নাট্য শাস্ত্রদা 'নাট্য হৌরকপা' হায়বা অহানবা মতাং অসু মসিদা লোইরে।

---

## অনিশুবা তাংকক

# প্রেক্ষাগৃহগী মণ্ডপ্-মতৌ

### মুনিশিংগী পাউথুব

১ ২। ভরতস্য বচঃ শ্রুত্বা প্রত্যূচুর্মুনয়স্ততঃ।
ভগবচ্ছ্রোতুমিচ্ছামো যজনং রঙ্গসংশ্রয়ম্॥
অথবা যাঃ ক্রিয়াস্তত্র লক্ষণং যচ্চ পূজনম্।
ভবিষ্যদ্ভির্নরৈঃ কার্য্যং কথং তন্নাট্যবেশ্মনি॥

অর্থ। মথংদা ভরতকী ৱা তাৱগা মুনিশিংনা হায়ৱকই—হে ভগবন্। রঙ্গালয়গা মরী লৈনবা তৌফম থোকপা থৌরম পরেং অমদি মতুগী মতৌ মণ্ড শিং অতু করি করম তৌবনো অতুগা মতুংদনা মীওইবনা করম্না রঙ্গালয (কৃষ্মে-তৌফম) গী ঈড়াং-পূজা তৌরগদগে ?

৩। ইহাদির্নাট্যযোগস্য কীর্ত্তিতো নাট্যমণ্ডপঃ।
তস্মাত্তস্যৈব তাবৎ ত্বং লক্ষণং বক্তুমর্হসি॥

অর্থ। নাট্যগী থৌরম পাঙ্থোক্লিংগী অহানবগী ওইনা রঙ্গা-লয়গী ৱা পনবীথি। অতুনা মতুগী মতৌ-মণ্ডপ্গী মরমদা হায়রনা তাকপিয়ু।

### রঙ্গালয় মথল অহুম

৪। তেষাং তু বচনং শ্রুত্বা মুনীনাং ভরতোঽব্রবীৎ।
লক্ষণং পূজনং চৈব শ্রূয়তাং নাট্যবেশ্মনঃ॥

অর্থ। মুনিশিংগী ৱা তারগা ভরতনা হায়রকই—তাবিয়ু, হজীক রঙ্গালয়গী মতৌ-মণ্ডপ্ অমসুং তৌফম থোকপা পূজানচিংবগী মরম হায়জরকে।

৫-৬। দিব্যানাং মানসী সৃষ্টির্গৃহেষূপবনেষু চ।
নরাণাং যত্নতঃ কার্য্যা লক্ষণাভিহিতাঃ ক্রিয়াঃ॥
শ্রূয়তাং তদ্যথা যত্র কর্ত্তব্যো নাট্যমণ্ডপঃ।
তস্য বাস্তু চ পূজা চ যথা যোজ্যা প্রযত্নতঃ॥

অর্থ। মাইশিংগী পূক্নীংদি য়ুম অমসুং উপবনদা লৈ। মীওইবনা চঙ্খোম্বা মেৎকম থোকপদি শাস্ত্রনা হায়বা মতুং ইন্না তৌবনি। মরম অদুনা, রঙ্গালয় শাবকম অমসুং মহাগী যুম্ফম অমসুং মহাক্কী তৌরম থোকপা ইহাৎ-থৌনিগী মরম অহু তাবিয়ু।

৭-৮ (ক)। ইহ প্রেক্ষাগৃহাণাং তু ধীমতা বিশ্বকর্ম্মণা।
ত্রিবিধঃ সন্নিবেশশ্চ শাস্ত্রতঃ পরিকল্পিতঃ॥
বিকৃষ্টশ্চতুরস্রশ্চ ত্র্যস্রশ্চৈব হি মণ্ডপঃ।

অর্থ। লৌশিং চঙ্খোল্লবা বিশ্বকর্ম্মানা হিরম অসিদা শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না রঙ্গালয় মথল অহুমগী নমুনা পুথোকখি মহাদি—[1] বিকৃষ্ট, [2] চতুরস্র অমসুং [3] ত্র্যস্র।

৮ (খ)-১১।
তেষাং ত্রীণি প্রমাণানি [4]জ্যেষ্ঠং মধ্যং তথাঽবরম্
প্রমাণমেষাং নির্দিষ্টং হস্তদণ্ডসমাশ্রয়ম্।
শতং চাষ্টৌ চতুঃষষ্টির্দ্ধাত্রিংশচ্চেতি নিশ্চতঃ॥

---

১। বিকৃষ্ট—অচৌবা। ডাঃ মনোমোহন ঘোষ অমসুং অতৈ পণ্ডিতশিং খয়না মসিবু Oblong নত্রগা আয়ত হায়না অর্থ তৌই। মসিগী মায়োক্না মাহশিং অহু মাম্না ওইগনি।

২। চতুরস্র—মসি Square নত্রগা বর্গক্ষেত্র ওইগনি নীংই।

৩। ত্র্যস্র—মসি চিথেক অহুম লাইবা হায়বনি।

৪। জ্যেষ্ঠ্য, মধ্য অমসুং অবর অসি মথক্কী বিকৃষ্ট, চতুরস্র অমসুং ত্র্যস্র অহুগা মান্নবনি, মচা মাগ্নবনি। অভিনবগুপ্তগী মততদি রঙ্গালয় মথল ৯ ওই মহাদি—বহুংমিহাই, বহুং ত্র্যস্র, মধ্যম বিকৃষ্ট, মধ্যম চতুরস্র, মধ্যম ত্র্যস্র, বিকৃষ্ট মচা, চতুরস্র মচা অমসুং ত্র্যস্র মচা অহুম্না—মথক্কী অহুম আসগী অমমমনা অচৌবা, মরায় ওইনা অমসুং অহানবা মায়ক্না ৩ | ৩ থোক্কগনি।

অষ্টাধিকং শতং জ্যেষ্ঠং চতুঃষষ্টিস্তু মধ্যমম্।
কণীয়স্তু তথা বেশ্ম হস্তা দ্বাত্রিংশদিষ্যতে ॥
দেবানাং ভবনং জ্যেষ্ঠাং নৃপাণাং মধ্যমংভবেৎ।
শেষাণাং প্রকৃতীনাং তু কনীয়ঃ সংবিধীয়তে ॥

অর্থ। মথোয়গী মণ্ডপ-মতৌদি তোঙান-তোঙাল্লি মহুদি—জ্যেষ্ঠ, মধ্য অমস্তুং অবর। মথোয়গী অশাংবদি হস্ত অমস্তুং [৫]দণ্ডগী মতুংইন্না ১০৮,৬৪ নত্রগা ৩২ নি হায়না লেপলম্মী। জ্যেষ্ঠ, মধ্যম অমস্তুং কনিষ্ঠ (অচৌবা, ময়ায় অমস্তুং মচা) গী মথংশিংনা ১০৮,৬৪ অমস্তুং ৩২ নি (মসি থূহুপ নত্রগা দণ্ড হায়বসিনি।) [৬]জ্যেষ্ঠনা লাইশিংগীনি, ময়ায় ওইবা 'মধ্যম' না নিংথৌগীনি অহুগা অতৈ অতোপ্পা মীগীনা 'অবর' হায়বসিনি।[৭]

১২-১৬। প্রমাণং যচ্চ নির্দিষ্টং লক্ষণং বিশ্বকর্মণা।
প্রেক্ষা গৃহাণাং সর্বেষাং তচ্চৈব হি নিবোধত ॥
অনু রজশ্চ বালশ্চ লিক্ষা যূকা যবস্তথা
অঙ্গুলমং চৈব হস্তশ্চ দণ্ডশ্চৈব প্রকীর্ত্তিতঃ ॥
অণবোহষ্টৌ রজঃ প্রোক্তং তান্যষ্টৌ বাল উচ্যতে
বালাস্ত্বষ্টৌ ভবেল্লিক্ষা যূকা লিক্ষাষ্টকং ভবেৎ ॥
যূকাস্ত্বষ্টৌ যবো জ্ঞেয়ঃ যবাস্ত্বষ্টৌ তথাঙ্গুলম্।
অঙ্গুলানি তথা হস্তশ্চতুর্বিংশতিরুচ্যতে ॥
চতুর্হস্তো ভবে দণ্ডো নির্দিষ্টস্তু প্রমাণতঃ।
অনেনৈব প্রমাণেন বক্ষ্যাম্যেষাং বিনির্ণয়ম্ ॥

---

৫। দণ্ড—থূহুপ মরি

৬। হস্ত অমস্তুং দণ্ড অনিমক্কী মচাং মতুংইন্নদি রঙ্গালয় অসি মথল ৯×২—১৮ হুই।

৭। অভিনবগুপ্তগী মত-তা লাই, নিংথৌ অমস্তুং অতৈ অতোপ্পা মী হায়বসি শীলাদা শাস্ত্রবশিং অদুবু হায়বনি থঙ্লগানে। অদুবু মসিগী ব্যাখ্যা অসিমক্কা অচুম্বা ওইরগনি হায়বদি নেদে। মসিদি আসওম্বা থাক্কী মীওইনা ওইবা ভাবকশিংগী অপাম্বা ওইরমগনি। অভিনবগুপ্ত মশামক্কা অনিত্তবা মত অসিবুস্থ অহুম্মক পল্লম্মী।

অর্থ। বিশ্বকর্মানা লেপলম্বা রঙ্গালয় পুন্নমক্কী পাকপা চাউবা অমস্থুং মতুগী মণ্ড-মতৌ অদু তাবিয়ু। অসিগুম্বা চাং খঙ্নবা মফিংশিংদি—অণু, রজ, বাল, লিক্ষা, যুকা, যব, অঙ্গুল, হস্ত অমস্থুং দণ্ড হায়না খঙ্নৈ।

| | |
|---|---|
| অণু ৮=রজ অমা | যুকা ৮=যব অমা |
| রজ ৮=বাল অমা | যব ৮=অঙ্গুল অমা ( খুদোন ১ ) |
| বাল ৮=লিক্ষা অমা | খুদোন ২৪=হস্ত ( খুত্থুপ ) অমা |
| লিক্ষা ৮=যূকা অমা | হস্ত ৪=দণ্ড অমা |

তাকলিবা চাং অসিগী মতুংইন্না ঐনা রঙ্গালয়শিং অসিগী মরমদা বর্ণন তৌজরক্তে।

মর্ত্যদা লৈবা মীশিংগী রঙ্গালয়

১৭। চতুঃ ষষ্টি করান্ কুর্য্যাদ্ দীর্ঘত্বেন তু মণ্ডপম্।
দ্বাত্রিংশতং চ বিস্তারং মর্ত্যানাং যোজয়েদিহ॥

অর্থ। মর্ত্যদা লৈবা মীগী রঙ্গালয়দি খুত্থুপ ৬৪ শাংগনি অত্থুগা খুত্থুপ ৩২ না মরাক ওইগনি।

চাউবা হেনমনবনা খুদোং চাদবা

১৮-১৯। অত উর্ধ্বং ন কর্তব্যঃ কর্তৃভির্নাট্যমণ্ডপঃ।
যস্মাদব্যক্তভাবং হি তত্র নাট্যং ব্রজেদিতি॥
মণ্ডপে বিপ্রকৃষ্টে তু পাঠ্যমুচ্চরিতস্বরম্।
অনিঃসরণধর্মত্বাদ্ বিস্বরত্বং ভৃশং ব্রজেৎ॥

অর্থ। থৌবুনা, হায়খ্রিবা চাং অসিদগী হেন্না চাউবা রঙ্গালয়দি শাবা হৌনদে। মরমদি—হেন্না চাউবা রঙ্গালয়দা শান্নবা লীলা নাটক-নচিংবদা ফোংদোক্লীংবা ভাব শেংনা উৎপা ঙমদে। কা হেন্না চাউবা রঙ্গালয়দা ঙাঙ্বা রা অমদি ময়েক থীবনচিংবদা মতু মপান থোকখিবা ঙমদবদগী য়াম্না হেন্না নোয়থোক চাউথোরক্লবা ওই।

২০। [illegible]পাশ্যাত্মগতো রাগো ভাবস্থৈরসাশ্রয়ঃ।
স বেশ্মনঃ প্রকৃষ্টত্বাদ্ ব্রজেদব্যক্ততাঃ পরাম্॥

অর্থ। অভিনয় তৌরিবা মীগী মমাঙদা ভার অমসুং [illegible] পীরিবা রাগনচিংবহু রঙ্গালয়না চাউমনথিবনা মরম ওইহুনা [illegible] শেংহন্দবা ওই।

২১। প্রেক্ষাগৃহাণাং সর্বেষাং তস্মান্মধ্যমমিষ্যতে।
যস্মাৎ পাঠ্যং চ গেয়ং চ সুখং শ্রব্যতরং ভবেৎ॥

অর্থ। মরম অদুনা য়াইমরপ চাউবা রঙ্গালয়না হেন্না চূনৈ, মরমদি, মসিদা ৱাঙ্বা, শকপা, ময়েকথীবা পূন্নমক লায়না তাবা ফংই।

২২-২৩। দেবানং মানসী সৃষ্টির্গৃহেষুপবনেষু চ।
যত্নভাবাদ্ বিনিষ্পন্নাঃ সর্বে ভাবা হি মানুষাঃ।
তস্মাদ্দেবকৃতৈর্ভাবৈর্ন বিস্পর্ধেত মানুষঃ।
মানুষস্য তু গেহস্য সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। য়ুমদা অমসুং উপবনদা তৌবা অভিনয়দা লাইশিংগী পুক্লীং শাগৎলি। মীওইবনা ভাব পূন্নমক যতন তৌবনা ফোংদোকপা ঙম্মী। মরম অদুনা লাইনা শেম্বা ভাবকা মীওইবা ভাবকা হেনবা তান্নরুবা থক হৌনদে। হুজীক মীওইবগী রঙ্গালয়গী মরম নৈনজরক্তে।

মফম অফবা থনবা

২৪। ভূমের্বিভাগং পূর্বং তু পরীক্ষেত বিচক্ষণঃ।
ততো বাস্তুপ্রমাণং চ প্রারভেত শুভেচ্ছয়া॥

অর্থ। য়ুমশারোন থঙ্বা মীনা অহানবদা শাগদবা মফম অদু পরীক্ষা তৌহুনা য়েংগনি অমসুং নীংথিনা সংকল্প তৌহুনা য়ুম্ফম য়াংকনি (পরিংনচিংবা হুনগনি)।

২৫। সমা স্থিরা চ কঠিনা কৃষ্ণা গৌরী চ যা ভবেৎ।
ভূমিস্তত্র তু কর্তব্যঃ কর্তৃভির্নাট্যমণ্ডপঃ॥

অর্থ। অশাবা মীনা, লৈতেম মায়বা, অচেংপা অকনবা, মচু মুবা নঙ্গ্রগা অঙৌবা মচুদি মত্তবা য়ুম্ফমদা রঙ্গালয় শাগনি।

২৬। প্রথমং শোধনং কৃত্বা লাঙ্গলেন সমুৎকৃষেৎ।
অস্থিকীল-কপালানি তৃণগুল্মাংশ্চ শোধয়েৎ॥

অর্থ। মমঁগী অহু অহানবদা শেংদোক্লগা লাঙ্গলনা থৌইদোকহনগনি অমসুং শরু-ভাব, য়োত্তেক থাঙ্তেক, চেংয়-তুপায় অমদি নাপী-শীংবী, শীংউৎ-শীংনাংনচিংবা পুম্নমক শেংদোকনি।

যুম্ফমগী পাকপা চাউবা

২৭ (ক)। শোধয়িত্বা বসুমতীং প্রমাণং নির্দিশেত্ততঃ।

অর্থ। অসুম্না শেংদোক্লগা য়ুম্ফমগী পাকপা চাউবা ওনগদবনি।

২৭ (খ)-২৮। পুষ্যনক্ষত্র যোগে তু শুক্লং সূত্রং প্রসারয়েৎ।
কার্পাসং বাল্বজং চাপি বাল্বলং মৌঞ্জমেব চ।
সূত্রং বুধৈস্তু কর্ত্তব্যং যস্যচ্ছেদো ন বিদ্যতে॥

অর্থ। পুষ্যা নক্ষত্রনা পানবদা অঙৌবা থৌরী ( লংনা ) তিংগনি ( পরিং ছনগনি )। অশিংবা মীনা তংতনবা লশিং, বল্বজ, ( শামতু ) লীহিং নঙ্গ্রগা উক্না অমদি শউন্না থৌরী তাগনি।

পরিং লং নঙ্গ্রগা থৌরী পায়বা

২৯-৩১। অর্ধচ্ছিন্নে ভবেৎ সূত্রে স্বামিনো মরণং ধ্রুবম্।
ত্রিভাগচ্ছিন্নয়া রজ্জ্বা রাষ্ট্রকোপো বিধীয়তে॥
ছিন্নায়াং তু চতুর্ভাগে প্রয়োক্তুর্নাশ উচ্যতে।
হস্তাৎপ্রভ্রষ্টয়া বাপি কশ্চিত্ত্বপচয়ো ভবেৎ॥
তস্মান্নিত্যং প্রযত্নেন রজ্জুগ্রহণমিষ্যতে।
কার্য্যং চৈব প্রযত্নেন মানং নাট্যগৃহস্য তু॥

অর্থ। লংজা অতুনা ময়ায়দা তংলবদি থৌবু শি, মতং অহুম থোক্লা তংলগনা লৈবাক্কী অশাউবা মতৌ ওই ( লাঙ্ই ), শরুক মরি থোক্লা তংলগনা তম্বীবা ওঙ্গাগী অমাঙ্বা থোকই। পরিং থৌরী নত্রগা লংজা অতুনা খুত্তগী নাম্ছোক্তুনা তাগ্রবদি অমাঙ্-লতা করিগুম্বা থয়দি মনংলে। মরম অতুনা পরিং থৌরী নত্রগা লংজা অতু মতম লৈবা থিবীক্লা চেকশিন্না পায়গদবনি। অস্তম্না রঙ্গালয়গী পরিং ছুমবগী থবক্তি য়াম্নমক চেকশিনগদবনি।

৩২-৩৩ (ক)।

মুহূর্তেনানুকূলেন তিথ্যা সুকরেণ চ।
ব্রাহ্মণাংস্তর্পয়িত্বা তু পুণ্যাহং বাচয়েত্ততঃ।
শান্তি তোয়ং ততো দত্ত্বা ততঃ সূত্রং প্রসারয়েৎ।

অর্থ। মতিক চাবা দান তৌতুনা পেলহল্লবা ব্রাহ্মণনা অফবা মুমিৎ, অফবা পুংক্ষম ক্ষেণফম তাকপিগনি। মথংদা পরিং থৌরী অতু ঈশিং থীক্তুনা শান্তি তোগনি অতুগা মথংদা মহাক্লা পরিং থৌরীছু তিংগনি।

## রঙ্গালয় শাফমগী নক্সা

৩৩ (খ)-৩৫ (ক)।

চতুঃ ষষ্টিকরান্ কৃত্বা দ্বিধাকুর্যাৎ পুনশ্চ তান্।
পৃষ্ঠতো যো ভবেদ্ভাগো দ্বিধা ভূতস্য তস্য তু।
সমমর্ধবিভাগেন রঙ্গশীর্ষং প্রকল্পয়েৎ॥
পশ্চিমে তু পুনর্ভাগে নেপথ্যগৃহমাদিশেৎ।

অর্থ। মথংদা মহাক্লা খুতুপ ৬৪ শাংবা লম অমা ওনথোক্কনি অতুগা মতু তেনবা শাংবা মাম্নহন্না শরুক অনি থোক্লা থায়দোক্কনি। তুং থংবা শরুক অদুবুসু অমুক মাম্নবা শরুক অনি থোক্লা থায়দোক্কনি। মসিগী মমুংদা অমদি ( হায়বদি খ্বায়গী মতুংথংবা ) শরুক অতু অমুক মাম্নবা শরুক অনি ওইনা থাযদোক্কনি। থায়দোক্লিবশিং অসিগী অমগী

মথক্তা রঙ্গশীর্ষ ( Stage ) শাগনি অমসুং তুং থংবা শরন্নয়। নেপথ্যগৃহ ( ফি শেংফম ), শাগনি।

যুক্ষম থোনবা

৩৫ (খ)-৩৭ (ক)। বিভাজ্য ভাগান্ বিধিবদ্ যথাদনু পূর্বশঃ॥
শুভে নক্ষত্রযোগে তু মণ্ডপস্য নিবেশনম্।
শঙ্খদুন্দুভিনির্ঘোষৈর্ম্ দঙ্গপণবাদিভিঃ।
সর্বাতোদ্যনিনাদৈশ্চ স্থাপনং কার্য্যমেব চ॥

অর্থ। মথক্তা ইরিবা অসুম্না যুক্ষম য়াংপা লোইরগা মসিদা মহাক্না যুক্ষম থোনবগী থবক তৌরগনি। থৌরম অসি পাঙ্থোকপা মতমদা মোইবুং খোংগনি, য়াইবুং থীনগনি, পুং-শেল চলনচিংবা যন্ত্র ময়াম য়ৈগনি।

৩৭ (খ)-৩৮ (ক)।
উৎসার্যানি ত্বনিষ্টানি পাষণ্ডাশ্রমিণস্তথা॥
কাষায়বসনাশ্চৈব বিকলাশ্চৈব যে নরাঃ।

অর্থ। বৌদ্ধ লম্বোইবশিং, ধর্ম থাজদবা পাপ চেনবশিং, ফীভাঙ্ শেংপশিং অমদি মথোঙ্ শোয়বা মীওই শুদবশিংবু যুক্ষম থোনবগী থৌরমদা য়াওহল্লোইদবনি।

৩৮ (খ)-৩৯ (ক)।
নিশায়াং চ বলিঃ কার্যো-নানাভোজনসংযুক্তঃ॥
গন্ধপুষ্পফলোপেতো দিশো দশ সমাশ্রিতঃ।

অর্থ। অহিংদা মাযকৈ তরামক্তা, মায়কৈ ভাকপা লাই[১] ১০ মক্তী ওইনা মনম হুংশিবা হৈ-লৈ চন্দন অমসুং অচা-অথক কয়া শেমহনা কথোক্কনি ( চবান থাগনি )।

---

১। মায়কৈ ১০—নোংপোক, মৈরম, খা, সন্নোঙ, নোংচুপ, কোন্নু, অবাং, চীংথৈ, মথক অমসুং নথা। মায়কৈ ভাকপা লাইশিং মথংশিংনা নোংপোক্কী হৌনা—ইন্দ্র, অগ্নি, যম, নৈঋতী, বরুণ, বায়ু, কুবের, ঈশ্বর, পিতামহ, অনন্ত।

৩৯ (খ)-৪১ (ক)।

পূর্বেণ শুক্লান্নযুতো নীলঃ স্যাদ্‌ দক্ষিণেন চ ॥
পশ্চিমেন বলিঃ পীতো রক্তশ্চৈবোত্তরেণ তু।
যস্যাং যচ্চাধিদৈবং তু দিশি সংপরিকীর্তিতম্‌ ॥
তাদৃশস্তত্র দাতব্যো বলির্মন্ত্রপুরস্কৃতঃ।

অর্থ। নোংপোক, নো চুপ, মখা অমদি অবাং মায়কৈদা মথং-শিংমা অঙৌবা, শংমুনবা, য়াইঙং মচু অমদি অঙাঙ্‌বা মচুগী চীঞ্জাক্লা চবান থাগনি। মায়কৈ গুাকপশিংগী মাগী মাগী মন্ত্রনা মাগী মাগী চীঞ্জাক থাদোকনি।

৪১ (খ)-৪২ (ক)

স্থাপনে ব্রাহ্মণেভ্যশ্চ দাতব্যং ঘৃতপায়সম্‌ ॥
মধুপর্কস্তথা রাজ্ঞে কর্তৃভ্যশ্চ গুড়ৌদনম্‌।

অর্থ। য়ুম্ফম থোনবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংদা ঘি অমসুং শঙ্গোম-ক্ষীর, নিংথৌবুনা মধুপর্ক ( ঘি, থোইহী, শঙ্গোম অফবা, চিনি অঙৌবা অমসুং ঈশিংনা য়ান্নহুনা শেম্বা থক্নবা পোৎ ), অদুগা নাট্যকলা হৈব-শিংবুনা চিনি অঙাঙ্‌বা তোৎপা চাক পীজগনি।

৪২ (খ)-৪৩ (ক)।

নক্ষত্রেণ তু কর্তব্যং মূলেন স্থাপনং বুধৈঃ ॥
মুহূর্তেনানুকুলেন তিথ্যা সুকরণেন চ।

অর্থ। মূলা নক্ষত্রনা পানবা মতমদা অফবা তিথি, লগ্ন অমসুং [1] করণনচিংবা যেংহুনা য়ুম্ফম থোনগনি।

যাত্রা হুনবা

৪৩ (খ)-৪৫ (ক)।

এবং তু স্থাপনং কৃত্বা ভিত্তিকর্ম প্রয়োজয়েৎ ॥
ভিত্তিকর্মণি নির্বৃত্তে স্তম্ভানাং স্থাপনং ততঃ।

---

১। জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না থায়দোকপা মতমগী শরক অমা। পুস্না [illegible] ১১ [illegible]।

তিথিনক্ষত্র যোগেন শুভেন করণেন তু।
স্তম্ভানাং স্থাপনং কার্য্যং প্রাপ্তে সূর্যোদয়ে শুভে।

**অর্থ।** যুক্ষম থোনবা লোইরগা দাড়ি মমায়নচিংবা শেমজিনগনি ; মথংদা অক্ষবাঙ্নক্ষত্র, তিথি তাবা য়েংহুনা উথোঙ্ অহু শেমদোক-শাদোকনি। রোহিণী নত্রগা শ্রবণা নক্ষত্রনা পানবা মতমদা যুম্বী শেম্বা-শাবগী-থবক তৌগনি।

নাট্যাচার্য (জগোই ওজা পুরেণনা) অহিং অহুম চরা হেল্লগা পূর্মীং লৈতানা মুমিং মশক হেক উবদা অফবা পুংফমদা যুম্বী যুংথংপগী (যাত্রা হুনবগী) থবক তৌগনি।

৪৬ (খ)-৫০ (ক)।

প্রথমে ব্রাহ্মণস্তম্ভে সর্পিঃ সর্ষপ সংস্কৃতঃ॥
সর্বশুক্লো বিধিঃ কার্য্যো দদ্যাৎ পায়সমেব তু।
ততশ্চ ক্ষত্রিয়স্তম্ভে বস্ত্রমাল্যানুলেপনম্॥
সর্বং রক্তং প্রদাতব্যং দ্বিজেভ্যশ্চ গুড়োদনম্।
বৈশ্যস্তম্ভে বিধিঃ কার্য্যো দিগ্‌ভাবে পশ্চিমোত্তরে॥
সর্বং পীতং প্রদাতব্যং দ্বিজেভ্যশ্চ ঘৃতোদনম্।
শূদ্রস্তম্ভে বিধিঃ কার্য্যঃ সম্যক্ পূর্বোত্তরাশ্রয়ে॥
নীলপ্রায়ং প্রদাতব্যং কৃসরং চ দ্বিজাশনম্।

**অর্থ।** অহানবা ওইনা [১] ব্রহ্মণস্তম্ভদদি ঘি অমসুং হঙ্গাম মন্নমা শেংদোক্লগা, অঙৌ-অঙৌবা পোৎলমতনা হৌনবী থৌরম 'পূম্বা পাঙ্থোকনি। মসিদা শঙ্গোম কীরনা পীজ-পীথক তৌগনি।

ক্ষত্রিয় স্তম্ভদদি—ফীঙাঙ্ শেংকনি, লৈসু চন্দন-চরাসু অঙাঙ্বা মচুতনা ওইগনি। ব্রাহ্মণনচিংবদা চিনি অঙাঙ্বা হাপ্পুনা থোংবা চাক (চাকহাউ অঙাঙ্বগুম্বা) পীজ্রগনি।

---

১। যুম্বী অসি বর্ণ মরি থেংনা থ মরি মহুদি—ব্রাহ্মণ স্তম্ভ, ক্ষত্রিয়স্তম্ভ, বৈশ্যস্তম্ভ, অমসুং শূদ্রস্তম্ভ। মৈথমদগীনা চিথক ৪ দা মথং মথং মুংবনী ওইনা তাকলি।

বৈশ্যস্তম্ভগী দি—কৌক্ক পাংবা মায়কৈদা মাঙ্গী থৌরম পাঙ- থোক্কনি। অচঙ্বা পোৎলম পুন্নমক বাপু মচু ঙাক্তগী ওইগনি। ব্রাহ্মণশিংবু ঘিগা চাক্-কা পীজগনি।

শূদ্রস্তম্ভগী না– চাংখৈরোমদা থৌরম পাঙ্থোক্কনি। পোৎলম পুন্নমক শংমুনবা মচু ঙাক্তগী ওইগনি অদুগা ব্রাহ্মণদা পীজগদবা কৃসর (খেচরী) পীজগনি। (ব্রাহ্মণতবু ওইনা হায়রিবা মতম অসিদা ব্রাহ্মণনচিংবা পীজ-শীথক তৌগদবা মীওই অপুম্ববু থক্ননগনি)।

৫০ (খ)-৫৩ (ক)।

পূর্বে তু ব্রাহ্মণস্তম্ভে শুক্লমাল্যানুলেপনে॥
নিক্ষিপেৎ কনকং মূলে কর্ণাভরণসংশ্রয়ম্।
তাম্রং চাধঃ প্রদাতব্যং স্তম্ভে ক্ষত্রিয়সংজ্ঞকে॥

অর্থ। অহানবা ব্রাহ্মণ-স্তম্ভদা লৈ পরেং অঙৌবা অমস্থং অঙৌবা চন্দননচিংবা শিবা, তৈবা তৌগনি; মচুগী মখোঙ্দনা নাদা চিন্নবা লৈতেংগী মওঙ্ ওইনা সনা কোনয়াই চনগনি। অমুম্না মথংশিংনা ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমস্থং শূদ্রস্তম্ভদা কোরী, লুপা অমস্থং য়োৎ লংথগনি। সনা কোনয়াই চনবদি পুন্নমক্তা চপ মান্নবা তৌগনি।

৫৩ (খ) ৫৪ (ক)।

স্বস্তিপুণ্যাহঘোষেণ জয়শব্দেন চৈব হি॥
স্তম্ভানাং স্থাপনং কার্য্যং পূর্ণমালাপুরস্কৃতম্।

অর্থ। স্তম্ভ স্থাপন (য়ুম্বী য়ুংথৎপা) তৌব্রিঙৈদা য়ুম্বীশিং অদুবু ঊনা পরেংনা লৈতেংগনি অদুগা স্বস্তিবাচন তৌবগা লোয়নবা মঙ্গল ধ্বনি তৌদুনা অমস্থং জয়কার লাউদুনা য়ুম্বী য়ুংথৎকনি।

৫৪ (খ)-৫৭।

রত্নদানৈঃ সগোদানৈর্বস্ত্রদানৈরনল্পকৈঃ॥
ব্রাহ্মণাংস্তর্পয়িত্বা তু স্তম্ভমুত্থাপয়েত্ততঃ।
অচলং চাপ্যকম্প্যং চ তথৈবাচলিতং পুনঃ॥
স্তম্ভস্যোত্থাপনে সম্যগ্ দোষাহ্যেতে প্রকীর্তিতাঃ।

অস্পষ্টিকৃত্বা চলনে বলনে মৃতিতোভয়ম্ ॥
কম্পনে পরচক্রাৎ তু ভয়ং বদতি দারুণম্।
দোষৈরেতৈর্বিহীনং তু স্তম্ভমুত্থাপয়েচ্ছিবম্।

অর্থ। ব্রাহ্মণশিংদা মণিমুক্তা, যণ অমোম চাজেনবী অমদি কি-লোয়চিংবা কত্তুনা পেলহল্লগা য়ুম্বীশিং অদু চেকশিন্না য়ুংখৎকনি—মহু লেঙ্‌বা য়াদে, হাইবা য়াদে, লৈথোকখিবা য়াদে। অমুন্না যাত্রা হুনখণী থবক তৌবা মতমদা অমঙ্গল থুদম ওইনা থঙ্‌গদবশিংদি—য়ুম্বী অমু লেঙ্‌লবদি নোং তাদে, লৈথোকপ্রবদি অশি অনাগী অকিবা মংই, হাইবা-নীকপা তৌরবদি য়েক্লবদগী অকিবা নংই ( লৈবাক্কী ওইনা )। মরম অহুনা য়ুম্বী য়ুংখৎপদা হায়রিবশিং অসি থোক্তনবা লোৎনখনবনি।

৫৮-৬০ ক)।

পবিত্রে ব্রাহ্মণস্তম্ভে দাতব্যা দক্ষিণা চ গৌঃ।
শেষাণাং স্থাপনে কার্য্যং ভোজনং কর্তৃসংশ্রয়ম্ ॥
মন্ত্রপূর্বং চ তদ্দেয়ং নাট্যচার্য্যেণ ধীমতা।
পুরোহিতং নৃপং চৈব ভোজয়েন্ মধুপায়সম্ ॥
কর্ত্তৃনপি তথা সর্বান্ কৃসরং লবণোত্তরম্।

অর্থ। অশেংবা ব্রাহ্মণ-স্তম্ভদা যণবীনা দক্ষিণা তৌগনি অহুগা অতৈ অতোপ্পা য়ুম্বীমথৈদনা য়ুমশাবশিংসু চাবগী থবক্তা য়াওগনি। নাট্যকলাদা হৈশিংবা মরোশিং চাউবা অদুবুনা মন্ত্র শোনবা চাঞ্জাক পীজগনি। পুরোহিত ( মন্ত্র শোনবা ব্রাহ্মণ ) অমসুং নিংথৌবুনা খোইহীগা শঙ্গোমক্ষীরগা পীজগনি। মথ'দা য়ুমশাবশিংবুনা কৃসর অমসুং থুম ( খেচরী ) পীজগনি।

৬০ (খ)-৬৩ (ক)।

সর্বমেবং বিধিং কৃত্বা সর্বাতোদ্যৈঃ প্রবাদিতৈঃ।
অভিমন্ত্র্য যথান্যায়ং স্তম্ভমুত্থাপয়েচ্ছুচিঃ।

যথাচলো গিরির্মেরুর্হিমবাংশ্চ যথাচলঃ॥
জয়াবহো নরেন্দ্রস্য তথা ত্বমচলো ভব।
স্তম্ভদ্বারং চ ভিত্তিং চ নেপথ্যগৃহমেব চ॥
এবমুত্থাপয়েৎ তজ্‌জ্ঞো বিধিদৃষ্টেন কর্মণা।

অর্থ। হৌনবী পুম্নমক অসি পাঙ্‌থোকপা লোইহনা পুং-শেল-নচিংবা পুম্নমক য়েবা-খোংবা তৌরবদা হকচাং শেংনা মন্ত্র শোন্দুনা মুম্বী মুংথৎপগী ( যাত্রা হুনবগী ) থবক তৌগনি। শোনগদবা মন্ত্রদি—

হে মুম্বী! নহাক সনজীং অমসুং হিমালয় চীংজাউগুম্না লেঙ্‌দনা লৈতাবা ওইয়ু অদুগা নিংথৌবু শা-লান পুম্বদা মায় পাকহনবীয়ু।

অসুম্না থঙ্‌-হৈরবা ( যুমশাবোন থঙ্‌লবা ) শিংনা মুম্বী মথোঙ্‌, থোঙ্‌-থোঙ্‌নাউ, ফক্লাং অমদি মনুংথংবা কা পুম্নমক ( মরুওইনা ফি শেংফম কা ) শাগৎকনি।

৬৩ (খ)-৬৫ (ক)।

রঙ্গপীঠস্য পার্শ্বে তু কর্তব্যা মত্তবারণী॥
চতুঃ স্তম্ভসমাযুক্তা রঙ্গপীঠপ্রমাণতঃ।
অর্ধ্যর্ধহস্তোৎ সেধেন কর্তব্যা মত্তবারণী॥
উৎসেধেন তয়োস্তুল্যং কর্ত্তব্যং রঙ্গমণ্ডপম্।

অর্থ। রঙ্গমণ্ডগী নাকন ( খুদীংমক্তা ) [১]মত্তবারণী লৈগনি। মসিগী মথোঙ্‌ ৪ লৈগনি অদুগা রঙ্গমঞ্চগুম শাংগনি অমসুং খুদুপ অমা মথায় য়াংগনি ( লৈমায়দগী য়াংবা যুম্ফমগী শক্লক ) রঙ্গমণ্ডপকী ( ভাবক ফম্ফম, auditorium ) লৈমায়না মত্তবারণী অনিগী অৱাংবক্ল ওইগনি।

৬৫ (খ)-৬৭। তস্যাং মাল্যং চ ধূপং চ গন্ধং তথৈব চ॥
নানা বর্ণানি দেয়ানি তথা ভূতপ্রিয়ো বলিঃ।

---

১। মত্তবারণী—বারান্দা, থংনবদা লৈবা কা অসিনচিংবা

পায়সং তত্র দাতব্যং স্তম্ভানাং কুশলায় তু॥
ভোজনে কৃসরং চৈব দাতব্যং ব্রাহ্মণাশনম্।
এবং বিবিধপুরস্কারৈঃ কর্ত্তব্যা মত্তবারণী॥

অর্থ। অসিগুম্বা মত্তবারণী অসিদা ভূতশিংবু লাথোক্নবা চবাল-পোংলম পূম্নমক থাদোক্কনি অমসুং লৈ-পরেং, ধূপ, মনম মুংশিবা লৈ-চন্দনমচিংবা, ফি, মচু-মমেন কয়ানা লৈতেংগনি। উথোঙ্শিং (স্তম্ভ) অচুগী তেক্ত-কায়দনবগীদমক ব্রাহ্মণশিংবু শঙ্গোমক্ষীর অমসুং খেচরী নত্রগা থোয়দিং য়ানবা চাক কৃসর পীজগনি। হায়রিবা নিয়মশিং অসি ঙাক্না 'মত্তবারণী' শাগদবনি।

রঙ্গমঞ্চ ( Stage )

৬৮। রঙ্গপীঠং ততঃ কার্য্যং বিধিদৃষ্টেন কর্মণা।
রঙ্গশীর্ষং তু কর্ত্তব্যং ষট্দারুক সমন্বিতম্॥

অর্থ। মথংদা হৌনবী তৌদুনা [১] রঙ্গপীঠ শাবগী থবক তৌগনি। [২] রঙ্গশীর্ষদি উ মচেৎ ৬ না শাগদবনি।

৬৯। কার্য্যং দ্বারদ্বয়ং চাত্র নেপথ্যগৃহকস্য তু।
পূরণে মৃত্তিকা চাত্র কৃষ্ণা দেয়া প্রযত্নতঃ॥

অর্থ। নেপথ্যগৃহদা ( ফি শেংফমদা ) থোঙ্ অনি ফাংকনি। রঙ্গমঞ্চ ( Stage ) গী লৈপাক থোনগৎপদা চেকশিন্না লৈপাক অমুবা ( লৈভান ) শীঞ্জিন্নগনি। শা অনিনা চিংবা উকায়-শমজেৎনা লৈমায়গী নুং অমদি নাপীনচিংবা শেংনা মনথোক্কনি। খোইদোকপগী থবক তৌগদবা মীশিং অহুদি মশাদা দোষ লৈতবা হায়বদি তীঙ্গেন-লায়-চেন্দবা ওইগদবনি। মীওই শুদবগী দোষ চেন্দবা মীনা অনৌবা পোলাং অহনবদা হাপ্পুনা লৈপাক হোনগদবনি।

---

১, ২। অভিনবগুপ্তনা হায়বদি কনা কনাগুবা পণ্ডিত্শংন হ অনিমক অদি তোতাম্নবা অমরবনি হায়।

৭০। লাঙ্গলেন সমুৎকৃষ্য নির্লোষ্টতৃণশর্করা॥
লাঙ্গলে শুদ্ধবর্ণৌ তু ধুর্য্যৌ যোজ্যৌ প্রযত্নতঃ॥

অর্থ। মচু শেংবা যণ লাবা অনিনা চিংবা লাঙ্গলনা য়াম্না চেক-শিন্না লৈপাক লৈতঙ্গায় থুগায়হনগনি অমদি নুংনচিংবা খোইদোকহল্লগা থুজোক্কদবনি।

৭১। কর্তারঃ পুরুষাশ্চাত্র যেঽঙ্গদোষবিবর্জিতাঃ।
অহীনাঙ্গৈশ্চ বোঢ়ব্যা মৃত্তিকা পীঠকৈর্নরৈঃ॥

অর্থ। মশা-মউ শোইনাইদবা য়ুমশাবা অমদি মহুদা য়াওবা মীশিংনা অহনবা পোলা‌না লৈপাক হোনবগী থবক তৌগনি।

৭২। এবং বিধৈশ্চ কর্ত্তব্যং রঙ্গশীর্ষং প্রযত্নতঃ।
কূর্মপৃষ্ঠং ন কর্ত্তব্যং মৎস্যপৃষ্ঠং তথৈবচ॥

অর্থ। অসিগুম্বা মীওইনা য়াম্না চেকশিন্না রঙ্গশীর্ষ শাগদবনি। অসিগুম্বা রঙ্গশীর্ষ অসিবু থক থেংগু মনম নত্রগা ঙা-গী মনম মাম্না শারোইদবনি।

৭৩-৭৪। শুদ্ধাদর্শতলাকারং রঙ্গপীঠং প্রশস্যতে।
রত্নানি চাত্র দেয়ানি পূর্বে বজ্রং বিচক্ষণৈঃ॥
বৈদূর্য্যং দক্ষিণে চৈব স্ফাটিকং পশ্চিমে তথা।

অর্থ। তরু-তরুবা শকয়েং মিংশেলগী মমায়গুম্বা রঙ্গপীঠনা ( Stage গী মমায় ) অথোইবনি। অথংবা চেকশিনবা মীনা মফমু অসিদা মণি-মুক্তানচিংবনা থাম্মী। নো পোক্তা হীরা, মখাদনা মণি-অশংবা ( নীলকান্ত ), নো পোক্তনা লীত্নাই ( rock-crystal ), অরাংদনা প্রবাল ( পোহাল ) অত্নগা ময়ায়দনা সনানা লৈক্কেং ভৌনৈ।

রঙ্গমঞ্চদা থৃৎ-শা হৈবগী থবক

৭৫-৭৮। এবং রঙ্গশিরঃ কৃত্ব দ রুকর্ম প্রবর্ত্তয়েৎ।
উহপ্রত্যুহসংযুক্তং নানাশিল্প প্রয়োজিতম্॥

নানাসঞ্চবনো পেতং বহুব্যালোপশোভিতম্।
ভবেয়ুশ্চাত্র বিন্যস্তা বিবিধাঃ সালভঞ্জিকা॥
নির্যূহকুহরোপেতং নানাগ্রথিতবেদিকম্।
নানাবিন্যাসসংযুক্তং চিত্রজালগবাক্ষকম্॥
সুপীঠধারণীযুক্তং কপোতালীসমাকুলম্।
নানাকুট্টিমবিন্যস্তৈঃ স্তম্ভৈশ্চাপ্যুপশোভিতম্॥

অর্থ। অসুম্না রঙ্গশীর্ষ শাবা লোইরগা উ-গী থবক হৌগৎকনি। মসি শাবা-থোৎপদা অকুপ্পা বাখল থিংজিনগনি, খুৎ-শাগী অকুপ্পা থবক কয়া চঙ্গনি, থম্না-থম্বাল হনগনি অমসুং শামু, কৈনচিংবা লমলক শাসু উৎকনি। মফম অতুদা উগী মূর্ত্তি কয়াসু থমগনি, নির্যূহ ( Projection ? ) কুহর ( Ventilator ? ) মুংশিং চঙ্কম কয়া লৈগনি, বেদি অমদি পরেং শানা থম্বা আসনশিংসু লৈগনি জালি থাবা মীহুখোঙ্শিংসু ফাৎকনি। Stage গী লৈমায় অহু নীংথিজহনগনি নালহনগনি, খুম্মু মকোন পরেংসু শেমগনি। লৈমায় মথক্কী যূম্বী পুন্নমক মখল-মথেল কয়াগী মণ্ড ওইগনি।

৭৯-৮০ (ক)।

এবং কাষ্ঠবিধিং কৃত্বা ভিত্তিকর্ম প্রবর্ত্তয়েৎ।
স্তম্ভংবা নাগদন্তং বা বাতায়নমথাপি বা॥
কোণং বা সপ্রতিদ্বারং দ্বারবিদ্ধং ন কারয়েৎ॥

অর্থ। অসুম্না উগী থবক লোইশিল্লগা ফক্লাংগী থবক অমুক পায়খৎকনি। করিগুম্বা যূম্বী, নাগদন্ত ( ব্রেকেট ? ), মীহুৎ, কাচিন নত্রগা মায়োক্নবা থোঙ্জাউ অমগা অতোপ্পা অমগা থক মায়োক্নবা হৌনদে।

৮০ (খ)-৮২ (ক)।

কার্য্যঃ শৈলগুহাকারো দ্বিভূমির্নাট্যমণ্ডপঃ॥
মন্দবাতায়নোপেতো নির্বাতো ধীরশব্দভাক্।

তস্মান্নিবাতঃ কর্তব্যঃ কর্তৃভির্নাট্যমণ্ডপঃ ॥
গম্ভীরস্বরতাং যেন কুতপস্ত ভবিষ্যতি ।

অর্থ। নাট্য মণ্ডপ শাবশিংনা চীংগী গুহা মওঙ্ মাম্না, অনেম-অরাং নাইনা, তপ্না তপ্না মুংশিং চখোক-চংশিন য়ানবা ফাংপা থোঙ্ নাউ পানগনি, মুংশিং চেন্দবা অমদি মখোল নেম্বা ওইহনগনি। কুতপ ( যন্ত্রনচিংবা মখোল ) লুম্না থোকহন্নবা নাট্যমণ্ডপতা মুংশিং-চেনবা ওইহল্লোইদবনি ।

৮২ (খ)-৮৩ (ক)।

ভিত্তিকর্মবিধিং কৃত্বা ভিত্তিলেপং প্রদাপয়েৎ ॥
সুধাকর্ম তথৈবাস্য কুর্যাদ্ বাহ্যং প্রযত্নতঃ ।

অর্থ। ফল্লাং খাবগী থবক লোইরগা মহু নীংথিনা বাই তৈশিন-গনি অমস্থুং মপান থংবা শরক্তা নীংথিনা শুনুনচিংবা হাইজিনগনি ।

৮৩ (খ)-৮৪ (ক)।

ভিত্তিষ্বথ চ লিপ্তাসু পরিমৃষ্টাসু সর্বতঃ ॥
সমাসু জাতশোভাসু চিত্রকর্ম প্রবর্তয়েৎ ।

অর্থ। ফল্লাংগী মায়কৈ মরিমক লৈপী তৈরগা মথক্তা মম্বী লৈঙোইনচিংবা হন্দুনা মথক্তস্থু অমুক নাম্ননবা তৈত্থনা ফজনা লৈতেম মাম্নহল্লবা মতুংদা ফল্লাংদা লাই-তীন য়েকনি ।

৮৪ (খ)-৮৫।

চিত্রকর্মণি চালেখ্যাঃ পুরুষাঃ স্ত্রীজনাস্তথা ॥
লতাবন্ধাশ্চ কর্তব্যাশ্চরিতম্ আত্মভোগজম্ ।

অর্থ। য়েক্কদবশিংগী মরক্তা নিপা-নুপীগী মূর্ত্তি, উরী, যুম্বু অহুগী যুম্বান-কৈবানগা মরী লৈনবা থোদোক-থোরমশিং অসিনচিংবা য়েক্কনি। মওঙ্ অসুম্না রঙ্গালয় শাবগী থবক পাঙ্থোক্কনি ।

৮৬-৯২ (ক)।

অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি চতুরস্রস্য লক্ষণম্ ।
সমন্ততস্তু কর্ত্তব্যা হস্তা দ্বাত্রিংশাদেব তু ॥
শুভভূমিবিভাগস্থো নাট্যজ্ঞৈর্নাট্যমণ্ডপঃ ।
যো বিধিঃ পূর্বযুক্তস্তু লক্ষণং মঙ্গলানি চ ॥
চতুরস্রস্য তান্যেব কারয়েন্নাট্যবেশ্মনঃ ।
চতুরস্রং সমংকৃত্বা সূত্রেণ প্রবিভজ্য চ ॥
বাহ্যতঃ সর্বতঃ কার্য্যা ভিত্তিঃ শ্লিষ্টেষ্টকা দৃঢ় ।
তত্রাভ্যন্তরতঃ কার্য্যা রঙ্গপীঠং যথাদিশম্ ॥
দশ প্রয়োক্তৃভিঃ স্তম্ভাঃ শক্তা মণ্ডপধারণে ।
স্তম্ভানাং বাহ্যতশ্চাপি সোপানাকৃতি পীঠকম্ ॥
ইষ্টকাদারুভিঃ কার্য্যং প্রেক্ষকাণাং নিবেশনম্ ।
হস্ত প্রমাণৈরুৎসেধৈর্ভূমিভাগসমুত্থিতৈঃ ॥
রঙ্গপীঠাবলোক্যং চ কুর্যাদাসনজং বিধিম্ ।

অর্থ। হুজীক মথংদা চতুরস্র রঙ্গালয়গী লক্ষণ হায়গে। অফবা লৈমায়দা নাট্যহৈবশিংনা খুদুপ ৩২ শাংবা অদুগা ৩২ পাকপা রঙ্গালয় শাগদবনি। হান্নরা মথক্তা ইপ্রবা নিয়ম, সংজ্ঞা অমদি শান্তিগী থৌরম পরেংশিং অদু পাঙথোক্কনি অদুগা পরিং-লং পায়দুনা কান্নগদবা শরাকশিংবু খায়দোক্কনি। মসিগী মপান থংবা ফক্লাংশিং অদু চেকশিন্না চেক্লা চনগনি। রঙ্গমঞ্চগী মনুংদা অমদি মফম চাবা য়েংদুনা ছাদ (য়ুমথক) পু পমথৎনবা মপাংগল লৈবা যুম্বী তরাথক হৌগৎকনি। যুম্বীশিং অদুগী মপান্দনা কৃশ্মৈ য়েংবা ভাবক ফম্ফম ওইনবগীদমক চেক-কা উ-গনা থাকী মণ্ডঙ্দা শেমদুনা থমগনি। ফম্ফমশিং অসি পরেং নাইগনি, মমাঙগী পরেংদগী মতুং মতুংগী পরেংনা খুদুপ অমমম অসুম রাংথৎলকনি অদুগা মমাঙ থংবা খ্বায়দগী নেম্বা পরেং অদুনা লৈমায় মথক্তগী খুদুপ অমা রাংথৎকনি। ফম্ফম পুম্নমক্তা ফম্বা মীনা রঙ্গমঞ্চবু শেংনা উবা ঙমগদবনি।

৯২ (খ)-৯৫ (ক)।

ষড়ন্যান্ অন্তরে চৈব পুনঃ স্তম্ভান্ যথাদিশম্॥
বিধিনা স্থাপয়েত্তজ্‌জ্ঞো দৃঢ়ান্ মণ্ডপ ধারণে।
অষ্টৌস্তম্ভান্ পুনশ্চৈব তেষামুপরি কল্পয়েৎ॥
সংস্থাপ্য চ পুনঃ পীঠমষ্টহস্তপ্রমাণতঃ।
তত্র স্তম্ভাঃ প্রদাতব্যা স্তজ্‌জ্ঞৈর্মণ্ডপধারণে॥
ধারণীধারিতাস্তে চ শালস্ত্রীভিরলংকৃতাঃ।

অর্থ। রঙ্গালয়গী মনুংগী থৌরম পুন্নমক মতিকচানা পাঙ্‌থোকপা লোইরবদা অচাবা মফম য়েংহুনা ছাদ (য়ুমথক) পন্নবা মপাংগল লৈবা অকনবা য়ুম্বী তক্লকথকস্থ শাগদবনি। মথোয় অসিগী মথক্তস্থ মথোয়গী নাকন্দা য়ুম্বী নিপান অমস্থ থমগদবনি। মথংদা (মায়কৈ মরিমক মরাক ময়ুং মাম্নবা—সম চতুর্ভুজ) খুদুপ নিপানগী ওইবা পীঠ অমস্থ শারগা রঙ্গালয়গী য়ুমথক অদুবু পমথৎনবগীদমক্তস্থ য়ুম্বী থমগ-দবনি। হায়রিবা য়ুম্বীশিং অসি য়ুমগী ছাদকা নীংথিনা শম্নবা ওইগনি অহুগা মহু নূপীগী মূর্ত্তিশিংনা লৈজেং ওইনা শেমগদবনি।

## নেপথ্য গৃহ
### ( ফি শেংফম কা )

৯৫ (খ)-১০০।

নেপথ্যগৃহকং চৈব ততঃ কার্যং প্রযোক্তৃভিঃ॥
দ্বারং চৈকং ভবেত্তস্য রঙ্গপীঠপ্রবেশনে।
জনপ্রবেশনং চৈবমাভিমুখ্যেন কারয়েৎ॥
রঙ্গস্যাভিমুখং কার্যং দ্বিতীয়ং দ্বারমেব তু।
অষ্টহস্তং তু কর্তব্যং রঙ্গপীঠং প্রমাণতঃ॥
চতুরস্রং সমতলং বেদিকাসমলংকৃতম্।
পূর্বপ্রমাণনির্দিষ্টা কর্তব্যা মত্তবারণী॥
চতুঃস্তম্ভসমাযুক্তা বেদিকায়াস্তু পার্শ্বতঃ।

সমুন্নতং সমং চৈব রঙ্গপীঠংতু কারয়েৎ ॥
বিকৃষ্টেতুন্নতং কার্যং চতুরস্রে সমং তথা।
এবমেতেন বিধিনা চতুরস্রগৃহং ভবেৎ ॥

অর্থ। পুম্নমক অসি শেম্বা-শাবা লোইরগা মথংদা নেপথ্যগৃহ শাগনি। রঙ্গপীঠদা চঙ্নবা মসিগী থোঙ্ অমা কাৎকনি, মতুদগী ভাবকতা মায় ওনশিন্দুনা মী থোক্লক্কনি। মসিগী থোঙ্ অমসু ভাবক ফম্ফমলোমদা ওনশিন্দুনা কাৎকনি। চিথেক মরি নাইবা মরাক ময়ুং নাইদবা ( চতুরস্র ) রঙ্গপীঠদদি অকোয়বদা খুতুপ ৮/৮ ওইগনি। মতুগী মথক্তা থরা রাংখৎনা বেদিকা অমা শেমগনি, লৈমায় নাপহগনি। মতুগী মত্তবারণীনা হান্না হায়রবা নিযমশিং অতুগী মতুংইন্না শাগনি। বেদিকাগী নাকল্দা মত্তবারণীগী যুম্বী মরি লৈগনি। রঙ্গপীঠনা মসিদগী রাংথৎকনি নত্রগা রাংবা মান্নহনগনি। বিকৃষ্ট ( মরাক ময়ুং নাইবা ) গীদি মসিনা রঙ্গমঞ্চদগী রাংগনি অতুগা চতুরস্র ( মরাক ময়ুং মান্নবা ) দনা মসিগা মঞ্চগা রাংবা মান্নগনি। মরাক ময়ুং মান্নবা রঙ্গমঞ্চদি মসিনি।

চিথেক অহুম নাইবা রঙ্গালয়গী মরম

১০১-১০৪।

ত্র্যস্রস্য মণ্ডপস্যাপি সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্।
ত্র্যস্রং ত্রিকোণং কর্ত্তব্যং নাট্যবেশ্মপ্রয়োক্তৃভিঃ ॥
মধ্যে ত্রিকোণমেবাস্য রঙ্গপীঠং তু কারয়েৎ।
দ্বারমেকেন কোণেন কর্তব্যং রঙ্গপীঠস্য পৃষ্ঠতঃ।
বিধির্যশ্চতুরস্রস্য ভিত্তিস্তম্ভসমাশ্রয়ঃ ॥
স তু সর্বঃ প্রয়োক্তব্যঃ ত্র্যস্রস্যাপি প্রয়োক্তৃভিঃ।
এবমেতেন বিধিনা কার্য্যং নাট্যগৃহং বুধৈঃ ॥

অর্থ। হুজীক চিথেক অহুম নাইবা রঙ্গালয়গী মওঙ্ মতৌগী রা হায়গে। য়ুনশাবশিংনা চিথেক অহুম নাইবা রঙ্গালয় শারগা মসিদা চিথেক অহুম নাইবা ত্রিভুজগী মওঙ্দা রঙ্গপীঠ শাগনি। রঙ্গালয়গী কাচিন অমদা চঙ্ক্ষম-থোঙ্ অমা লৈগনি, অনিশুবা থোঙ্ অমনা রঙ্গপীঠগী তুংদা লৈগনি। ফক্লাং ( দেওয়াল ) অমস্থং য়ুম্বীগী মরমদি চতুরস্র রঙ্গালয়গী নিয়মশিং অত্থুগী মতুংইন্না মসিদস্থ অহুমক তৌগনি। নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না অখঙ্-অহৈশিংনা অস্থুমনা রঙ্গালয় শাগনি।

মসিগী মথংদি মসিদা তৌগদবা ঈড়াৎ-থৌনিগী মরম হায়রক্কে।

ভরতকী নাট্যশাস্ত্রদা রঙ্গালয় শাবগী মওঙ্-মতৌ তাকপা অনিশুবা তাংকক অত্থু মতাং অসিদা লোইরে।

---

## অহুমগুবা তাংকক

# রঙ্গদেবতাগী পূজা

### রঙ্গালয়বু শেংদোকপা

১-৯। সর্বলক্ষণসম্পন্নে কৃতে নাট্যগৃহে শুভে
গাবো বসেষুঃ সপ্তাহং সহ জপ্যপরৈর্দ্বিজৈঃ ॥
ততোঽধিবাসয়েদ্ বেশ্ম রঙ্গপীঠং তথৈব চ।
মন্ত্রপূতেন তোয়েন প্রোক্ষিতাঙ্গেনিশাগমে ॥
যথাস্থানান্তরগতো দীক্ষিতঃ প্রযতঃ শুচিঃ।
ত্রিরাত্রোপোষিতো ভূত্বা নাট্যাচার্য্যোঽহতাম্বরঃ [১] ॥
নমস্কৃত্য মহাদেবং সর্বলোকেশ্বরং ভবম্।
পদ্মযোনিং সুরগুরুং বিষ্ণুমিন্দ্রং গুহং তথা ॥
সরস্বতীং চ লক্ষ্মীং চ সিদ্ধিং মেধাং স্মৃতিং মতিম্।
সোমং সূর্য্যং চ মরুতো লোকপালাংস্তথাশ্বিনৌ ॥
মিত্রমগ্নিং সুরান্ রুদ্রান্ বর্ণান্ কালং কলিং তথা।
মৃত্যুং চ নিয়তিং চৈব কালদণ্ডং তথৈব চ ॥
বিষ্ণুপ্রহরণং চৈব নাগরাজং চ বাসুকিম্।
বজ্রবিদ্যুৎ সমুদ্রাংশ্চ গন্ধর্বাপ্সরসো মুনীন্ ॥
তথা নাট্যকুমারীশ্চ মহাগ্রামণ্যমেব চ।
যক্ষাংশ্চ গুহ্যকাংশ্চৈব ভূতসংঘাংস্তথৈব চ ॥
এতাংশ্চান্যাংশ্চ দেবর্ষীন্ প্রণিপত্য কৃতাঞ্জলিঃ।
যথাস্থানস্থিতান্ দেবান্ নিমন্ত্র্যেতদ্ বচো বদেৎ ॥

অর্থ। নীংথিবা লক্ষণনা তিল্লবা মঙ্গলগী মশক ওইবা রঙ্গালয়দা যণবীশিং পুনবগা লোয়ননা জপ তৌবা ব্রাহ্মণশিংনা হুমিং তরেৎনি লৈগনি। মথংদা নাট্য কলাদা খঙ-হৈরবা, দীক্ষা তৌরবা, অনৌবা

---

১। বৃত্তাম্বরঃ? অতাম্বর হায়রবদি ফদ কায়, অর্থহু থোক্কে।

অহনবা ফিরোন শেৎপা, হুমিং হুমনি চুপ্পা চপ্পা হেল্লবা, মশাগী কমুং থাদোক্তুনা লাপ্পা লৈরবা, ইন্দ্রি লাকশিনবা অশেংবা মতৌনা তিল্লবা অত্তুগুম্বা নাট্যচার্যনা মশা পুন্নমক মন্ত্র শোনবা ঈশিংনা থীক্তুনা য়াচঙ্বা মতমদা রঙ্গালয় অমসুং রঙ্গপীঠবু অধিবাস [১] তৌগনি।

মরোল অত্তুম্বক্কী মপু মহাদেব, থম্বালদগী পোকপা ব্রহ্মা, লাইগী গুরু বৃহস্পতি, বিষ্ণু, ইন্দ্র, কার্তিক, সরস্বতী, লক্ষ্মী, সিদ্ধি, মেধা, স্মৃতি, মতি, চন্দ্র, সূর্য্য, বায়ু ( নুংশিৎ ), মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং, অশ্বিনীকুমার মচাঁম্মনাউ অনি, মিত্র, অগ্নিদেব, অমসুং রুদ্রনচিংবা অতোপ-অতোপ্পা লাইশিং বর্ণ [২], কাল [৩], কলি [৪], যম, নিয়তি, যমদণ্ড, বিষ্ণুগী খুৎলাইশিং, নাগপতি ( অনন্ত ), বাসুকি, বজ্র, বিদ্যুৎ, ( নোংথাঙ্ ), সমুদ্র, গন্ধর্ব, অপ্সরা ( লাইগী জগোই শাবী ), মুনিশিং, নাট্যকুমারী ( লীলাগী লাইরেম্বী ), মহাগ্রামণী ( শিবগী চর মকোক নত্রগা গনেশ , যক্ষ, গুহ্যক ( যক্ষগী মীচঙ্ ) অমসুং ভূতশিং - মখোয়বু অমসুং অতোপ্পা দেবর্ষিশিংবু খুরুম্নগা খুৎ লোন্নত্তুনা লাইশিংবু মাগী-মাগী মফমদগী নিমন্ত্রণ তৌত্তুনা যাহৈ অসি হায়গনি মত্তুদি—

১০। ভবদ্ভির্নো নিশায়াং তু কর্তব্যঃ সংপরিগ্রহঃ।
সাহায্যং চৈব দাতব্যমস্মিন্ নাট্যে সহানুগৈঃ॥

অর্থ। অহিংগী মতমদা ঐখোয়বু ঙাকপি-শেনবীবা অত্তুগা লোলা শান্নরিঙৈদনা নঙ্গী-নঙ্গী অনুচরশিং লোয়নন্না নখোয়না ঐখোয়বু ইতেং পাংবীফম থোকই।

## জর্জরাণ পূজা

১১-১৩। সংপূজ্য দেবতা সর্বাঃ কুতপং সংপ্রপূজ্য চ।
জর্জরায় প্রযুঞ্জীত পূজাং নাট্যপ্রসিদ্ধয়ে॥
ত্বং মহেন্দ্র : হরণং সর্বদানবসূদনম্।

১। শেংদোকপগী থবক, ২। ঈশৈ, ময়েক, ৩। তাল, ৪। কলি যুগ

নির্মিতং সর্বদেবৈশ্চ সর্ববিঘ্ননিবর্হণম্ ॥
নৃপস্যবিজয়ং শংস রিপূণাং চ পরাজয়ম্।
গোব্রাহ্মণশিবং চৈব নাট্যস্য চ বিবর্ধনম্ ॥

অর্থ। লাই পূম্নমক্না লোয়ননা পুং-শেল যম্ব থিবীকপুসু পূজা তৌরগা নাট্যগী থৌরমদা নীংথিনা পাঙ্থোকপা য়ানবগীদমক 'জর্জর-পূজা' [১] (ফারাণ) তৌগনি। খুরুম্বগী মন্ত্রদি—হিংচাবা থিবীকপু মাঙ্হন্নবা ইন্দ্রগী অথোইবা খুৎলাই ওইবা অতুগা য়ৈথায়-থিনগায় পূম্নমকপু মাঙ্হন-তাকহন্নবা লাইশিংনা শেমথিবা ওইবা, নিংথৌগী মায় পাক্নবা ওইবা, য়েক্নববু মাযথীহনবা ওম্বা অমসুং ষণ-ব্রাহ্মণগীনা কান্নজনবা ওইবা নহাক্না তৌগদৌরিবা নাট্য-থৌরম অসিবু মহৈ য়ানবা ওইহনবীয়ু।

১৪-১৫। এবং কৃত্বা যথান্যায়মুষিত্বা নাট্যমণ্ডপে।
নিশায়াং চ প্রভাতায়াং পূজনং প্রক্রমেদিহ ॥
আর্দ্রায়াংবা মঘায়াং ব যাম্যে পূর্বেষু রাত্রিষু।
আশ্লেষামূলয়োর্বাপি কর্ত্তব্যং রঙ্গপূজনম্।

অর্থ। অসুম্না নিয়ম মতুংইন্না আচার্যনা রঙ্গালয়দা অহিং য়ারেক্লগা অয়ূক্তা রঙ্গপূজা তৌবা হৌগনি। অসিগুম্বা রঙ্গপূজা অসিদি আর্দ্রা, মঘা, যাম্যা (ভরণী নক্ষত্র), পূর্বফল্গুনী, পূর্বাষাঢ়া, পূর্বভাদ্রপদ, অশ্লেষা নত্রগা মূলা—নক্ষত্রশিং অসিগী অমনা পানবা মতমদা তৌগনি।

১৬। আচার্য্যেণ সুযুক্তেন শুচিনা দীক্ষিতেন চ।
রঙ্গস্যোদ্দ্যোতনং কার্য্যং দৈবতানাং চ পূজনম্ ॥

অর্থ। পূক্নীং লাকশিনবা, মশা-মউ শেংলবা অমসুং দীক্ষা তৌরবা আচার্য্যনা রঙ্গবু শেংদোকপগী থবক [১] (নীরাজন) তৌবগা লোয়ননা লাইগী পূজা তৌগনি।

১। নীরাজন—মশাল চৎলমদাইদা তৌবা কোকথোক-চামথোকপগী থবক নত্রগা খুৎসু-খুৎলাইনচিংবা শেংদোক্লমদাইনা তৌবা থৌরম অমা।

১৭। দিনান্তে দারুণে ঘোরে মুহূর্তে ভূতদৈবতে।
আচম্য চ যথান্যায়ং দৈবতানি নিবেশয়েৎ ॥

অর্থ। মুমিৎ তারকপদা অকিবগী মশক ওইরবা ভূত-প্রেতন-চিংবা থোকপা মতমদা আচমন তৌরগা হৌনবী মতুংইন্না লাইশিংবু কৌহুনা লাৎকদবনি ( স্থাপন )।

১৮-২০। রক্তাঃ প্রতিসরাস্তত্র রক্তগন্ধাশ্চ পূজিতাঃ।
রক্তাঃ সুমনসশ্চৈব যচ্চ রক্তং ফলং ভবেৎ ॥
যবৈঃ সিদ্ধার্থকৈর্লাজৈরক্ষতৈঃ শালিতণ্ডুলৈঃ।
নাগপুষ্পস্য চূর্ণেন বিতুষাভিঃ প্রিয়ঙ্গুভিঃ ॥
এতৈদ্রর্ব্যৈর্যুতং কার্য্যং দৈবতানাং নিবেশনম্।
আলিখেৎ মণ্ডলং পূর্বং যথাস্থানং যথাবিধি ॥

অর্থ। লাই প্রতিষ্টা তৌবদা চঙ্গদবা পোৎচঙ্দি—লৈ-পরেং অঙাঙ্বা, রক্তচন্দন ( চংনিং পাম্বীগী উ ), লৈ অঙাঙ্বা, উহৈসু অঙাঙ্বা—অঙাং বা ভাক্তা ওইগনি। অতৈ পোৎলমনা যব ( বার্লি পাম্বী ), হঙ্গাম মন্না অঙৌবা, কবোক অফাবা, চেঙ্ ( মৈ চঙ্দবা ফৌনা শুবা চেঙ্ ), ফৌরেন অমুবীগী চেঙ্ ( অনি অসি চেঙ্ অমদি চেঙ্পাক ওইনসু লৌনবা য়াই চৎনবী মতুংইন্না ), নাগেশ্বরগী লৈরীক মকুপ, প্রিয়ঙ্গু ( মচু শংবা, মপান নাপু মান্না শাৎপা উরী জাৎ অমা নত্রগা কুঙ্কুম চন্দন ) পোৎলমশিং অসি পুন্না লাইশিংগী প্রতিস্থা তৌবদা ( লিংখৎপদা ) শীজন্নগনি। মসিনা মফম অচাবা য়েংহনা 'মণ্ডল' অমা য়েক্কনি।

২১। সমন্ততস্তু কর্তব্যা হস্তাঃ ষোড়শ মণ্ডলে।
দ্বারাণি চাত্র কুর্বীত বিধিনা চ চতুর্দিশম্ ॥

অর্থ। য়েক্কদোরিবা মণ্ডল অসিগী মায়কৈ মরিমক্তা কাপ তরাতক্কা কোনবা লম ওইগনি অদুগা মদুগী মায়কৈ পুন্নমক্তা হৌনবী মতুংইন্না থোঙ্গসু ফাৎকনি।

২২। মধ্যে চৈবাত্র কর্তব্যে দ্বে রেখে তির্যগূর্ধ্বগে।
তয়োঃ কক্ষ্যাবিভাগেন দৈবতানি নিবেশয়েৎ॥

অর্থ। মসিগী ময়ায়দা রেখা অনিখক মখাদগীনা মথকলোমদা হাইগত্তুনা খোয়না ( অরাও-অথু মায়না ? ) য়েকনি অমসুং রেখাশিং অসিনা শেম্বা কাখলশিং অদুদা লাইশিংবু প্রতিষ্ঠা তৌগনি।

২৩-৩০। পদ্মোপবিষ্টং ব্রহ্মাণং তস্য মধ্যে নিবেশয়েৎ।
আদৌ নিবেশ্যো ভগবান্ সার্ধং ভূতগণৈর্ভবঃ॥
নারায়ণো মহেন্দ্রশ্চ স্কন্দার্কাবশ্বিনৌ শশী।
সরস্বতীশ্চ লক্ষ্মীশ্চ শ্রদ্ধা মেধা চ পূর্বতঃ॥
পূর্বদক্ষিণতো বহ্নির্নিবেশ্যঃ স্বাহয়া সহ।
বিশ্বেদেবাশ্চ গন্ধর্বা রুদ্রাশ্চ ঋষয়স্তথা॥
দক্ষিণেন নিবেশ্যস্তু যমো মিত্রস্তু সানুগঃ।
পিতৃন্ পিশাচানুরগান্ গুহ্যকাংশ্চ নিবেশয়েৎ॥
নৈঋত্যাং রাক্ষসাংশ্চৈব সর্বভূতান্নিবেশয়েৎ।
পশ্চিমায়াং সমুদ্রাংশ্চ বরুণং যাদসাং পতিম্॥
বায়ব্যাং বৈ দিশি তথা সপ্তবায়ূন্ নিবেশয়েৎ।
নিবেশয়েচ্চ তত্রৈব গরুড়ং পক্ষিভিঃ সহ॥
উত্তরস্যাং দিশি তথা ধনদং সংনিবেশয়েৎ।
নাট্যস্য মাতৃংশ্চ তথা যক্ষানথ সগুহ্যকান্॥
তথৈবোত্তর-পূর্বায়াং নন্দিনং চ গণেশ্বরম্।
ব্রহ্মর্ষিভূতসংঘাংশ্চ যথাভাগং নিবেশয়েৎ॥

অর্থ। হায়রিবা মণ্ডল অসিগী ময়ায়দা লৈবা পদ্মাসন ( থম্বাল মণ্ড্‌—অষ্টদল নত্রগা মনা ১৬ পানবা কোয়না য়েকপা ) দা ব্রহ্মাবু লাৎকনি। অহানবদা ভূতশিংগা থোগন তৌবা শিব, নারায়ণ, ইন্দ্র, স্কন্দ ( কার্ত্তিক ), সূর্য ( নুমিৎ ), অশ্বিনীকুমার অনি ( লাইগী মাইবা অনি, মখোয় অনি ফাইবোক্তি ), চন্দ্র, সরস্বতী ( মহৈ লাইরেম্বী ),

লক্ষ্মী ( লৈমা ), শ্রদ্ধা ( মাতৃকা অমা ), মেধা ( মাতৃকা অমা ) বু নোংপোক্তা লাংকনি। মৈরম পাংবদনা— অগ্নি ( মৈ কৌবা লাই ), স্বাহা ( মৈগী মুপী-মাতৃকা অমা ), বিশ্বেদেবশিং ( বিশ্বগী মচানিপা ধর্মনা পোকপা লাইশিং ), গন্ধর্ব ( কশ্যপকী মচানিপাশিং ), রুদ্রশিং ( ব্রহ্মাগী মচানিপা ) অমসুং ঋষিশিং। খা মারৈদনা—যম ( অশিবা লাই ), মচা-মনাই লোয়নবা মিত্র ( দ্বাদশাদিত্যগী মরক্তা অমা নত্রগা বশিষ্ঠগী মচা ঋষি অমা ), পিতৃগণ ( মীওইবগী মপা মপুশিং ), পিশাচ ( দেবযোনিদগী থোকখিবশিং ), উরগ ( উচেক ) অমসুং গুহ্যকশিং ( কুবেরগী মচা-যক্ষশিং )। মোইরাং লাযজি পাংবদনা—হিংচাবশিং, ভূতশিং। নোংচুপতনা— সমুদ্র অমসুং ঈশিংগী জীব পুন্নমক্কী মপু বরুণ। কৌব্রু পাংবদনা মুংশিং মথল তরেৎ, অতৈ উচেকশিং লোয়ননা গরুড়। অরাংদনা—কুবের, নাট্যগী মাতৃকাশিং ( লীলা লাইরেম্বী ), মচা-মনাই লোয়নবা যক্ষশিং। চীংথৈ পাংবদনা—নন্দীনচিংবা ( মহাদেবগী মনাই ), গননায়কশিং, ব্রহ্মষিশিং অমসুং মফম চানা ভূতশিং লৈগনি।

৩১। স্তম্ভে সনৎকুমারং তু দক্ষিণে দক্ষমেব চ।
গ্রামণ্যং চোত্তরে স্তম্ভে পশ্চিমে স্কন্দমেব চ॥

অর্থ। নোংপোক্কী যুম্বীদা সনৎকুমার ( ব্রহ্মাগী মচানিপা ) বু লাংকনি, মথাগী যুম্বীদনা দক্ষ ( ব্রহ্মাগী খুৎপীদগী থোকপা মচা—প্রজাপতি ), অরাংদনা গণেশ অমসুং নোংচুপকী মথোঙ্দনা স্কন্দ ( কার্ত্তিক ) পু পূজা তৌগনি।

৩২। অনেনৈব বিধানেন যথাস্থানং যথাবিধি।
বর্ণরূপান্বিতাঃ সর্বা দেবতাঃ সং নিবেশয়েৎ॥

অর্থ। নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না মাগী-মাগী হৌনবী মওঙ্-মতৌ য়েল্লগা তোঙান-তোঙানবা মচু-মেনগী লাইশিংবু মাগী-মাগী মফমদা লাংকনি।

## লাইশিংগী পূজা

৩৩ স্থানে স্থানে যথান্যায়ং বিনিবেশ্য তু দেবতাং।
প্রকুর্বীত ততস্তাসাং পূজনং তু যথার্হতঃ॥

অর্থ। অস্মুন্না মাগী-মাগী মফম চানা প্রতিস্থা তৌরবা লাই মখৈবু মথংদা মাগী-মাগী হৌনবী ওাক্না পূজা কৎকনি।

৩৪। দৈবতেভ্যস্ত দাতব্যং সিতং মাল্যানুলেপনম্।
বহ্নিগন্ধর্বসূর্য্যেভ্যো রক্তমাল্যানুলেপনম্॥

অর্থ। অতৈ লাইশিংগীনা লৈ-পরেং অঙৌবা কৎকনি, চন্দনন-চিংবা পূজা পোৎলমশিংস্মু অঙৌবা ওইগনি অদুগা গন্ধর্ব, অগ্নি অমস্তুং মুমিৎ (সূর্য্য) গীদি অঙাঙ্বা লৈ-পরেং, অঙাঙ্বা চন্দননচিংবনা পোৎলম ওইনা কৎকনি।

৩৫ গন্ধং মাল্যং চ ধূপং চ যথাবদনুপূর্বশঃ।
দত্বা ততঃ প্রকুর্বীত বলিং পূজাং যথাবিধি॥

অর্থ। হৌনবী কায়দনা, মথং-মনাউ নাইনা (মকোক-মথং কায়দনা) মাগী-মাগী কৎপা হৌনবা পোৎলমশিংনা মখোয়বু ঈড়াং-পূজা তৌগদবনি।

৩৬-৩৯। দ্রুহিণং মধুপর্কেণ পায়সেন সরস্বতীম্।
শিববিষ্ণুমহেন্দ্রাদ্যাঃ সংপূজ্যা মোদকৈরথ॥
ঘৃতৌদনেন বহ্নিশ্চ সোমার্কৌ তু গুড়োদনৈঃ॥
বিশ্বেদেবাঃ সগন্ধর্বা মুনয়ো মধুপায়সৈঃ॥
যমমিত্রৌ সমভ্যর্চ্যৌ অপূপৈর্মোদকৈস্তথা।
পিতৄন্ পিশাচানুরগান্ সর্পিঃ ক্ষীরেণ তর্পয়েৎ॥
পক্কান্নকেন মাংসেন সুরাসাধুফলাসবৈঃ।
অর্চয়েদ্ ভূতসংঘাংশ্চ চণকৈঃ পয়সাপ্লুতৈঃ॥

অর্থ। লাইশিংদা কৎকদবা পোৎলমশিংদি— ব্রহ্মাদা মধুপর্ক[১] কৎকনি, সরস্বতীদনা শঙ্গোমক্ষীর, শিব, বিষ্ণু অমসুং ইন্দ্রনচিংববুনা অথুম-অহাউ, অগ্নি ( মৈগী মপু ) না যিদা থোংবা চাক, চন্দ্র-সূর্য্য ( মুমিৎ-থা ) গীনা চুহীদা থোংবা চাক, বিশ্বেদেবশিং, গন্ধর্বশিং অমসুং মুনিশিংবুনা খোইহী অমসুং শঙ্গোমক্ষীর, যম অমসুং মিত্রদনা তলগা অথুম-অহাউগা, পিতৃশিং পিশাচ অমসুং উরগ ( উচেক ) শিংবুনা ঘিগা শঙ্গোমগা, ভূতশিংগীনা অতেকপা নত্রগা অথোংবা শাগী মথেল, য়ু মখল-মখল অমদি শঙ্গোম তোৎপা শগোল হরাই নত্রগা হরাই অতৈনা থৌনি পোৎলম ওইনগনি।

মত্তবারণীগী পূজা

৪০-৪৪। অনেনৈব বিধানেন সংপূজ্যা মত্তবারণী।
পক্কান্নকেন মাংসেন সংপূজ্যা রক্ষসাংগণাঃ।
সুরামাংস প্রদানেন দানবান্ প্রতিপূজয়েৎ।
শেষান্ দেবগণান্ প্রাজ্ঞঃ সাপূপোৎকারিকৌদনৈঃ।
মৎস্যৈশ্চ পিষ্টভক্ষ্যৈশ্চ সাগরান্ সরিতস্তথা।
অভ্যর্চ্য বরুণশ্চাপি দাতব্যো ঘৃতপায়সঃ॥
নানামূলফলৈশ্চৈব মুনীন্ সংপ্রতিপূজয়েৎ।
বায়ুংশ্চ পক্ষিণশ্চৈব বিবিধৈঃ ভক্ষ্য ভোজনৈঃ॥
নাট্যস্তু চ তথা মাতৃর্ধনদং চ সহানুগৈঃ।
অপূপৈঃ লোচিতাভিষ্টৈর্ভক্ষ্যভোজ্যৈঃ প্রযত্নঃ॥

অর্থ। হায়রিবা বিধান অসিমক্তমনা 'মত্তবারণী' গী পূজাসু তৌগনি।

লাই অমসুং লাই নত্তবশিংগী পূজা পোৎলম—হিংচাবশিংবু অতেকপা অমসুং অথোংবা শা, দানবশিং ( ক্যশপকী নুপী দমুগী মচাশিং ) গীনা য়ু অমসু শা, অতৈ অতোপ্পা লাইশিংগীনা পুরোডাশ,

---

১। মধুপর্ক—শঙ্গোম অকপা, থ, ঊশিং, খোইহী, তিনিনা মানহনা শেমবা

উৎকরিকা ( তল অমসুং অথুম-অহাউ ? ) অমসুং চাক, সমুদ্র অমসুং তুরেনশিংবু কোনবা লাইশিংগীনা ঙা অমসুং তল ( পিষ্টক ), বরুণবুনা ঘিগা শঙ্গোমক্ষীরগা, মুনিশিংনা উটি-রাটি, বায়ুদেবতা ( নুংশিৎ নিংথৌ ) অমসুং উচেকশিংগীনা মথল-মথা অযাম্বা চীঞ্জাক, নাট্য-মাতৃকশিংবু ( নাট্য লাইরেম্বী ) অমদি মচা-মনাই লোয়নবা কুবেরবুনা তল অমসুং লোচিতা ( লুচিগুম্বা ) অসিনচিংবনা চেকশিন্না ঈড়াংপগী থবক তৌগনি।

৪৫। এবমেষাং বলিঃ কার্যো নানাভোজনসংশ্রয়ঃ।
পুনর্মন্ত্রবিধানেন বলি কর্ম প্রবক্ষ্যতে॥

অর্থ। অসুম তৌনা অচা-অথক কয়া শেমজুনা মথোয়দা থাদোক্কনি। অচা-অথক কৎপা মতমদা শোনগদবা মন্ত্রশিংদি—

৪৬। দেবদেব মহাভাগ পদ্মযোনে পিতামহ।
মন্ত্রপূতমিমং সর্বং বলিং দেব গৃহাণ নঃ॥

অর্থ। ব্রহ্মাগী—লাইগী লাই ওইবা, থম্বালনা নহাক্কী হৌফম ওইবা হে মহাত্মন্, হে পিতামহ। ঐখোয়না কচ্চরিবা মন্ত্র শোল্লবা পোৎলমশিং অসিবু লৌবিয়ু॥

৪৭। দেবদেব মহাদেব গণেশ ত্রিপুরান্তক।
প্রগৃহ্ণতাং বলির্দেব মন্ত্রপূতো ময়োদ্যতঃ॥

অর্থ। শিব—লাইগী লাই ওইবা, ভুত-প্রেত পুম্নমক্কী মপু ওইবা, ত্রিপুর হিংচাবা হাৎপা হে মহাদেব! মন্ত্রনা শেংদোক্লবা ঐনা কচ্চবা পোৎলম অসিবু লৌবিয়ু॥

৪৮। নারায়ণামিতগতে পদ্মনাভ সুরোত্তম।
প্রগৃহ্ণতাং বলির্দেব মন্ত্রসংস্কারসংস্কৃতঃ॥

অর্থ। বিষ্ণু—খোম্নদোদা থম্বাল শাৎপা, য়ৌনীংবদা, য়ৌবা ঙম্বা হে নারায়ণ! মন্ত্রনা শেংদোক্লবা বলি পোৎলমশিং অসিবু লৌবিয়ু॥

৪৯। পুরন্দরামরপতে ব' পাণে শতক্রতো॥
প্রগৃহ্যতাং বলির্দেব বলিমন্ত্রপুরস্কৃতঃ॥

অর্থ। ইন্দ্র ·বজ্রনা খুৎলাই ওইনবা, লাইগামগী নিংথৌ ওইবা হে শতক্রতু। ঐনা কচ্চরিবা মন্ত্রনা শেংদোক্লবা চবান পোৎলম অসি লৌবিয়ু॥

৫০। দেবসেনাপতে স্কন্দ ভগবন্ শঙ্করপ্রিয়।
বলিঃ প্রীতেন মনসা ষণ মুখ প্রতিগৃহ্যতাম্॥

অর্থ। স্কন্দ—মায়থোং তরুক লোঙবা, লাইগী সেনাপতিসু ওইবা, মহাদেবনা থোইনা লুনা তৌবীবা হে কাত্তিক কৌবা লাই, ঐনা পীজবিবা পোৎলম অসি লৌবিদুনা পেনবিয়ু॥

৫১। দেবদেবি মহাভাগে সরস্বতি হরিপ্রিয়ে।
প্রগৃহ্যতাং বলির্মাতর্ময়া ভক্ত্যা সমর্পিতঃ॥

অর্থ। সরস্বতী—লাইগী লাই ওইবী, শ্রীহরিনা চানজবী পূকচেন চাটনী হে ইমা সরস্বতী! ভক্তি লোয়ননা কচ্চরিবা পোৎলমশিং অসিব লৌবিয়॥

৫২। লক্ষ্মীঃ সিদ্ধির্মতির্মেধা সর্বলোকনমস্কৃতাঃ।
মন্ত্রপূতমিমং দেব্যঃ প্রতিগৃহ্ণন্তু মে বলিম্॥

অর্থ। লক্ষ্মী-সিদ্ধি-মতী লাইরেম্বীশিংগী—লক্ষ্মী, সিদ্ধি, মতি অমসুং মেধা কৌবী জগৎ অপুম্বনা ঈড়াৎনরিবী হে দেবী পুম্নমক! ঐনা কচ্চরিবা মন্ত্র শোল্লবা পোৎলমশিং অসিবু লৌবিয়ু॥

৫৩। সর্বভূতানুভাবজ্ঞ লোকজীবনমারুত।
প্রগৃহ্যতাং বলির্দেব মন্ত্রপূতো ময়োদ্যতঃ॥

অর্থ। মারুত—হে মুংশিং নিংথৌ! নঙদি থরায় পানবা অপুম্বগী পাংগল পীনহৈবনি। নঙদি তাইবঙপানবগীসু থরায়গী মশক্তি। মন্ত্রনা শেংদোক্লবা কচ্চরিবা চবান পোৎলম অসি ইবুংঙে

৫৪। নানানিমিত্তসংভূতাঃ পৌলস্ত্যাঃ সর্ব এব তু।
রাক্ষসেন্দ্রা মহাসত্বাঃ প্রতিগৃহ্নন্তিমং বলিম্ ॥

অর্থ। হিংচাবশিং—মরম কয়া কয়াদগী মপোক অমকপা পুলস্ত্যনা পোকপা, কন-থৌরবা হিংচাবগী মূচিংবশিংও—ঐনা পীজরিবা চবান অসিবু লৌবিয়ু ॥

৫৫। দেববক্ত্র সুরশ্রেষ্ঠ ধূমকেতো হুতাশন।
ভক্ত্যা সমুদ্যতো দেব বলিঃ সম্প্রতিগৃহ্যতাম্ ॥

অর্থ। অগ্নি—লাই পুন্নমক্কী মচান্ ওইবা, অথোইবা লাই ও, ধূমকেতুগী শক্তম লোবা, যজ্ঞগী হোম চাবা হে মৈ কোবা লাই। ভক্তি লোয়ননা কচ্চরিবা অসিগুম্বা পোৎলম অসিবু লৌবিয়ু ॥

৫৬। সর্বগ্রহাণাং প্রবর তেজোরাশে দিবাকর।
ভক্ত্যা ময়োদ্যতো দেব বলিঃ সম্প্রতিগৃহ্যতাম্ ॥

অর্থ। সূর্য্য—গ্রহ পুন্নমক্কগী হেনবা, মঙান মপৈগী মশক ওইবা হে নুমিৎ কোবা লাই! ভক্তি তৌনা শেমজজুনা ঐনা কচ্চরিবা পোৎলম অসিবু নীংথিনা লৌবিয়ু ॥

৫৭। সর্বগ্রহপতে সোম দ্বিজরাজ জগৎপ্রিয়।
প্রগৃহ্যতামেষঃবলির্মন্ত্রপূতো ময়োদ্যতঃ ॥

অর্থ। চন্দ্র—গ্রহ অপুম্বগী মপু ওইবা, তাইবঙ্ পানবা অপুম্বনা লুনা তৌনবা দ্বিজরাজ, হে থা কোবা লাই, ঐনা লাঙ্জবা মন্ত্রনা শেংদোক্লবা পোৎলমশিং অসিবু নহাক্না লৌবিয়ু ॥

৫৮। মহাগণেশ্বরাঃ সর্বে নন্দীশ্বরপুরোগমাঃ।
প্রতিগৃহ্নন্তিমং ভক্ত্যা বলিং সম্যঙ্ময়োদিতম্ ॥

অর্থ। নন্দীশ্বরনচিংবা গণাধিপশিংগী—নন্দীশ্বরনচিংবা[1] মহাগণাধিপ ওইবশিং পুন্নমক! ঐনা লাঙ্জবা চবান্ অসি ভক্তি তৌনা কচ্চরি, লৌবিয়ু ॥

---

১। মীওইবগী মকোক খোংবশিং

৫৯। নমঃ পিতৃভ্যঃ সর্বেভ্যঃ প্রতিগৃহ্নন্তিমং বলিম্।
ভূতেভ্যশ্চ নমো নিত্যং তেষামেষ বলিঃ প্রিয়ঃ॥

অর্থ। পিতৃশিং—ইপা-ইপু পূম্নমকপু খুরুমজৈ, কংচরিবা পোৎলমশিং অসি লৌবিয়ু।

ভূত পূম্নমকপু মতম 'পূম্বদা খুরুমজে। অসিগুম্বা থৌনি পোৎলমশিং অসি মখোয়দি য়াম্না পামজবনি॥

৬০ (ক)। কামপাল নমোনিত্যং যস্যায়ং তে বলিঃ কৃতঃ।

অর্থ। কামপাল—হে কামপাল। নঙ্গী চথাম থাজরি। মতম পূম্নমক্তা নঙবু খুরুমজে।

৬০ (খ)-৬১ (ক)।

নারদস্তুম্বুরুশ্চৈব বিশ্বাবসু পুরোগমাঃ।
প্রতিগৃহ্নন্তু মে সর্বে গন্ধর্বা বলিমুদ্যতম্।
[1] যমো মিত্রশ্চ ভগবান্ ঈশ্বরোলোক পূজিতৌ॥

অর্থ। গন্ধর্বশিংগী—নারদ, তুম্বুরু অমসুং বিশ্বাবসুনচিংবা গন্ধর্ব অপূম্বনা ঐনা পীবিবা পোৎলম অসি লৌবিরসনু॥

৬১ (খ)-৬২ (ক)।

যমো মিত্রশ্চ ভগবান্ ঈশ্বরো লোকপূজিতৌ॥
ইমং মে প্রতিগৃহ্নীতাং বলিং মন্ত্রপুরস্কৃতম্।

অর্থ। যম অমসূং মিত্রগী—তাইবঙপানবা অপূম্বনা পূজা তৌনজরিবা লাই অনি হে যম্. হে মিত্র! মন্ত্রনা শেংদোক্লবা ঐনা কচ্চরিবা পোৎলম অসি লৌবিয়ু॥

৬২ (খ)-৬৩ (ক)।

রসাতলচরেভ্যস্তু পন্নগেভ্যো নমো নমঃ॥
দিশন্তু সিদ্ধিং নাট্যস্য পূজিতাঃ পবনাশনাঃ।

---

১। মথাদা চপ মান্নবা শ্লোক অমা লাকপনা অদুগা অর্থ তোংগাম্নরে লৈতনা শ্লোক অনিবা মতাং অসিদা হেন্না লৈরে।

অর্থ। নাগশিংগী—পাতালদা লৈবা ( লৈমুংদা লৈরা ) মুংশিং চাবা লিম নখোয়বুং হন্না-হন্না থুরুমজে, নখোয়বু লাওচরক্লিনা মরম ওইহনা নাট্যাভিনয়বু মথৈ য়াম্নহনবীয়ু॥

৬৩ (খ)-৬৪ (ক)।

সর্বাম্ভসাং পতির্দেবো বরুণো হংসবাহনঃ॥
পূজিতঃ প্রীতিমানস্তু সসমুদ্রনদীনদঃ।

অর্থ। বরুণগী—কাংঙা-শাদোংনবা, ঈশিং পুম্নমক্কী মপু ওইবও হে বরুণদেবতা। কচ্চরিবা পূজা অসিনা সমুদ্র অমদি তু-খোং পুম্নমক্কা লোয়নননা পেনবিয়ু।

৬৪ (খ)-৬৫ (ক)।

বৈনতেয় মহাসত্ত্ব সর্বপক্ষিপতে প্রভো॥
প্রগৃহ্যতাং বলির্দেব মন্ত্রপূতো ময়োদ্যতঃ।

অর্থ। গরুড়গী—কনবদা নপা লৈতবা, উচেক-য়ায়া পুম্নমক্কী মপু ওইবা বিনতাগী মচাও হে, মন্ত্রনা শেংলবা ঐনা লাওজরিবা চবাম শন্না অসি লৌবিয়ু।

৬৫ (খ)-৬৬ (ক)।

ধনাধ্যক্ষো যক্ষপতির্লোকপালো ধনেশ্বরঃ॥
সগুহ্যকৈশ্চ যক্ষৈশ্চ প্রতিগৃহ্ণাতু মে বলিম্।

অর্থ। কুবেরগী—ইনাক খুনবদা নপা লৈতবা, মায়কৈ ভাকপা হে ধনপতি! গুহ্যক অমসুং যক্ষশিং লোয়নননা ঐনা কৎচরিবা পোৎলম অসি লৌবিয়ু।

৬৬ (খ)-৬৭ (ক)।

নমোস্তু নাট্যমাতৃভ্যো ব্রাহ্মণাদিভ্যো নমো নমঃ॥
সুমুখীভিঃ প্রসন্নাভির্বলিঃ সংপ্রতিগৃহ্যতাম্।

অর্থ। নাট্যমাতৃশিংগী—ব্রাহ্মীনচিংবী নাট্যমাতৃকা শিবীক! নখোয়বু হন্না হন্না থুরুমজে। নোংমিজবী মায়থোং মকারাম্না কচ্চরিবা পোৎলম অসিবু লৌবিয়ু।

৬৭ (খ)-৬৮ (ক)।

রুদ্রপ্রহরণং চৈব প্রতিগৃহ্ণাতু মে বলিম্।
বিষ্ণুপ্রহরণং চৈব বিষ্ণুভক্ত্যা ময়োদ্যতম্॥

অর্থ। লাইগী খুৎলাইশিংগী—হে রুদ্র (মহাদেব) গী খুৎলাই! ঐগী চবান্ লৌবিয়ু। হে বৈষ্ণবাস্ত্র (বিষ্ণুগী খুৎলাই)! বিষ্ণুদা ভক্তি তৌনা ঐনা কচ্চরিবা পোৎলম অসি লৌবিয়ু।

৬৮ (খ)-৬৯ (ক)।

বিষ্ণু প্রহরণং চৈব বিষ্ণুভক্ত্যা ময়োদ্যতম্ [১]।
তথা কৃতান্তঃকালশ্চ সর্বপ্রাণিবধেশ্বরৌ॥
মৃত্যুশ্চ নিয়তিশ্চৈব প্রতিগৃহ্ণাতু মে বলিম্।

অর্থ। যমগী—থরায়পানবা পুম্নমক্কী, থবক-থৌরম অপুম্বগী পোলোই পীবা যমগী মশক ওইবা হে মৃত্যু (অশিবা) অমদি হে নিয়তি! (নোংদম্বী—নোংদম্বা লাইগী নুপী) ঐনা কচ্চরিবা পোৎলম অসি লৌবিয়ু।

৬৯ (খ)-৭০ (ক)।

যাশ্চাস্যাং মত্তবারণ্যাং সংশ্রিতা বাস্তুদেবতাঃ॥
মন্ত্রপূতমিমং সম্যক্ প্রতিগৃহ্ণন্তু মে বলিম্।

অর্থ। য়ুমলাইশিং—হে মত্তবারণী অমদি মসিদা লৈবা য়ুমগী লাই পুম্নমক! মন্ত্রনা শেংদোক্লবা ঐনা কচ্চরিবা পোৎলম অসি লৌথিনা লৌবিয়ু।

৭০ (খ)-৭১ (ক)।

অন্যে যে দেবগন্ধর্বা দিশো দশ সমাশ্রিতাঃ।
দিব্যান্তরিক্ষা ভৌমাশ্চ তেভ্যশ্চায়ং বলিঃ কৃতঃ॥

অর্থ। অহৈ লাইগী—স্বর্গ, মর্ত্ত্য, অন্তরীক্ষ ( লাইরৈবাক, মীয়মলেন অমসুং মরক্কী অহাঙ্‌বা লম—আতিয়া ) অমসুং মায়'ক তরামকপু খুত্থুম চন্দুনা লৈরিবা অতোপ-অতোপ্পা লাই খিৰীকী মকাদা অসিগুম্বা চবান্ অসি পীজরি।

৭১ (খ)-৭২ (ক)।

কুম্ভং সলিল পূর্ণং চ পর্ণমালাপুরস্কৃতম্ ॥
স্থাপয়েদ্ রঙ্গমধ্যে তু সুবর্ণং চাত্র দাপয়েৎ।

অর্থ। ঘট চফু—রঙ্গমঞ্চগী ময়ায়দা ঈশিং থম্না হাপ্পবা [১] ঘট-চফু অমা ঊনা ( হৈনৌ মনা—চৎনবীদা ) পরেংগা লৈপরেংগনা লৈতেংহুনা লাত্তুনা থমগনি, সনা মচেৎ অমা মত্থুগী মনুংদা হাপকনি।

৭২ (খ)-৭৩ (ক)।

আতোদ্যানি তু সর্বাণি কৃত্বা বস্ত্রোত্তরাণি তু ॥
গন্ধৈর্মাল্যৈশ্চ ধূপৈশ্চ ভক্ষ্যৈর্ভোজ্যৈশ্চ পূজয়েৎ।

অর্থ। থূৎলাই পূজা—ফিনা কুপশিল্লবা পুং-শেলনচিংবা যন্ত্র পূম্নমক্তা চন্দন, লৈপরেং, ধূপ অমদি অচা-অথক কয়া কত্তুনা পূজা তৌগনি।

ফীরাণ কৎপা ( জর্জর প্রতিষ্ঠা )

৭৩ (খ)-৭৪ (ক)।

পূজয়িত্বা তু সর্বাণি দৈবতানি যথাক্রমম্ ॥
জর্জরঃ প্রতিসংপূজ্যঃ স্যাৎ ততোঽবিঘ্নজর্জরঃ।

অর্থ। মথং-মনাউ নাইনা অসুম্না লাই পূম্নমক্কী পূজা কৎপা লোইরগা য়ৈথাক-খিনগায় থোক্তনবগীদমক জর্জর ( ফীরাণ ) পূজা তৌগনি।

---

১। মথংগী শ্লোক ৮৭-৮৯ দা অহেনবা য়েংউ।

৭৪ (খ)-৭৬ (ক)।

শ্বেতং শিরসি বস্ত্রং স্যাৎ নীলং রৌদ্রে চ পর্বণি ॥
বিষ্ণুপর্বণি স্যাৎ পীতং রক্তং স্কন্দস্য পর্বণি।
মূল পর্বণি চিত্রংতু দেয়ং বস্ত্রং হিতার্থিনাম্ ॥
সদৃশং চ প্রদাতব্যং মাল্যধূপানুলেপনম্ ।

অর্থ। য়াইকনীংবা মীনা ফীরাণ মতোন্দা অতোবা ফি মচেং অমা, রুদ্রগ্রন্থিদনা নিল মচুগী ফি, বিষ্ণুগ্রন্থিদনা লাইঙঙ্ মচুগী ফি, স্কন্দগ্রন্থিদনা অঙাঙ্বা ফি, মথাগী অরোইবা গ্রন্থিদনা [2] ফি অরাংবা মচেং অমা পুনগনি। হৌনবী মতুং ইন্না ফীরাণদা লৈপরেং য়াননগনি, ধূপকী মৈখু খুহনগনি অমসুং চৈথোক্তা চন্দননচিংবা তৈতুনা লৈরেং-গনি।

৭৬ (খ)-৭৭ (ক)।

সর্বমেব বিধিং কৃত্বা ধূপমাল্যানুলেপনৈঃ ॥
বিঘ্নজর্জরণার্থং তু জর্জরং চাভিমন্ত্রয়েৎ।

অর্থ। অসুম্না ধূপ থাতুনা, লৈপরেং য়ান্দুনা অমদি লৈথোক্তা চন্দননচিংবা তৈতুনা হৌনবী শুনা তোরগা য়ৈথায়-থিনগায় থোকহনবীদমক মথাগী মন্ত্র অসিনা ফীরাণদা প্রার্থনা তৌগনি—

৭৭ (খ)-৭৮ (ক)।

বিঘ্নানাং শমনার্থংহি দেবৈর্ব্রহ্মপুরোগমৈঃ ॥
নির্মিতস্ত্বং মহাবীর্যো বজ্রসারো মহাতনুঃ।

অর্থ। য়ৈথায়-থিনগায় পূম্বা থোকহনবীদমক ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা মহাকপু নপাংথল লৈহন্না, বজ্রদগী হেন্না কন্না অমদি চপা-নউ চাউনা শাংনা শেম্বিখিবনি।

---

২। মথংগী শ্লোক ৭৮-৭৯ যেংউ

৭৮ (খ)-৭৯ (ক)।

শিরস্তে রক্ষতু ব্রহ্মা সর্বদেবগণৈঃ সহ ॥
দ্বিতীয়ং চ হরঃ পর্ব তৃতীয়ং চ জনার্দনঃ।
চতুর্থং চ কুমারশ্চ পঞ্চমং পন্নগোত্তমঃ॥

অর্থ। ব্রহ্মানা লাইয়াম অতৈগা লৈহুনা নঙ্গী মতোন থংবা শরুক ঙাকপিসনু, অনুম্না অনিশুবা শরুক্তা মহাদেব, অহুমশুবা শরুকুনা বিষ্ণু, মরিশুবা শরুকুনা কার্ত্তিক অমসুং মঙাশুবা শরুক্তা উচেক-ল্লারাগী মপু শরুকনা ঙাকপিবা ওইসনু।

৮০-৮১ (ক)।

নিত্যং সর্বে হি পান্তু ত্বাং সুরাস্ত্বং চ শিবোদ্ভব।
নক্ষত্রেঽভিজিতি শ্রেষ্ঠে জাতস্ত্বং রিপুসূদনঃ॥
জয়ং চাভ্যুদয়ং চৈব পার্থিবায় প্রযচ্ছ নঃ।

অর্থ। অসুম্না নহাকপু লাইয়াম্না ঙাকপিসনু অমসুং নহাক অসি মঙ্গলগী মশক ওইসনু। [১] 'অভিজিৎ' হায়না কৌবা অথোইবা নক্ষত্রনা পানবা মতমদা যেক্লবা লায়না মাঙ্হনবা ঙম্বা নহাক অসিনা মপোক তম্লকখিবনি। নঙ্না ঐথোয়গী নিংথৌবু মায়পাকপা অমদি চাওখৎপা 'পুম্বা ফংহনবীয়ু।

---

য়েংগদবা—সংস্কৃত বাহৈ 'জর্জর' হায়বসি লাকহৎপা, অবাবা নংবা অসিনচিংববু থংনৈ। য়ৈথায়-থিনগায়বু জর্জর তৌহনবা (লাকহৎহনবা) হায়বদগী ফীরাণবু 'জর্জর' হায়না অহুমক থঙ্নখিবনি।

১। অভিজিৎ—Vega.

দিবাভাগকী শরুক ১/১৫ বু মুহূর্ত্ত কৌই। নিপানশুবা মুহূর্ত্তপন্তিবু 'অভিজিৎ' হায়না কৌই। মাদি নীংজবা 'পুখা থুংহ জ। উত্তরাষাঢ়াগী অরোইবা শরুক ও অহুগা শ্রবণা নক্ষত্রগীনা অহানবা দণ্ড ৪ লৌয়গা মঁস শাবনি।

যজ্ঞগী মৈদা ঘি হৈবা

৮১ (খ)-৮২ (ক)।

জর্জ্জরং পূজয়িত্বৈবং বলিং সর্বং নিবেদ্য চ।
অগ্নৌ হোমং ততঃ কুর্যান্মন্ত্রাহুতি পুরস্কৃতম্॥

অর্থ। অসুম্না জর্জর পূজা তৌদুনা হৌনবী পোৎলমসু কৎলবদা মথ দা যজ্ঞগী মৈ হৌগত্তুনা মন্ত্র লোয়নননা আহুতি তৌরগা (মৈবু কৌরগা) হোম তৌগনি।

৮২ (খ)-৮৩ (ক)।

হুত্বা স এবং দীপ্তাভিরুল্কাভিঃ পরিমার্জনম্॥
নৃপতের্নর্তকীনাং চ কুর্যাদ্দীপ্ত্যভিবর্ধনম্।

অর্থ। হোম তৌরগা অচাকপা মৈরা ফমনা নিংথৌ অমসুং জগোইশাবীবু মার্জন তৌগনি। অসুম্না তৌরগা নিংথৌগী অমদি জগোইশাবাশিংগী মঙান-মশা চাউখৎপা হেল্লি।

৮৩ (খ)-৮৪ (ক)।

অভিদ্যোত্য সহাতোদ্যৈর্নৃপতিং নর্তকীস্তথা।
মন্ত্রপূতেন তোয়েন পুনরভ্যুক্ষ্য তান্ বদেৎ॥

অর্থ। পুং-শেল য়ৈত্নুনা অসুম্না নিংথৌ অমদি জগোইশাবীশিংবু মৈনা ওক্লগা অমুক হন্না মখোয়গী মথক্তা মন্ত্র লোয়নননা ঈশিং খীক-পিরগা মখোযদা হায়গনি—

৮৪ (খ) ৮৫ (ক)।

মহাকুলে প্রসূতাশ্চ গুণৌঘৈশ্চাপ্যলংকৃতাঃ॥
যদ্বো জন্মগুণোপেতং তদ্বো ভবতু নিত্যশঃ।

অর্থ। নখোয় শাগৈ জাৎ অফবদা পোকপনি অমদি মথল-মথ অয়াম্বা গুণনা লৈতেংলবা ঙাক্লি। মপোক ফবনা মরম ওইদুনা

হংলিবা 'পূম্বদু নখোয়গী নশাদা অদুম্মক লেঙ্দনা লৈবা ওইসনু ( নঙ্গী জাতিগী নশাগী ইকাইখুম্নবদু মতম পূম্নমক্তা ভাকনা চংশা ওম্লসনু )।

৮৫ (খ)-৮৬ (ক)।

> এবমুক্ত্বা ততোবাক্যং নৃপতের্জ্যতয়ে বুধঃ॥
> নাট্যযোগপ্রসিদ্ধর্থমাশিষঃ সংপ্রযোজয়েৎ।

অর্থ। নিংথৌগী চাওখৎনবগীদমক পাঙ্থোক্কদৌরিবা নাট্য-থৌরম অদুবু মহৈ য়ালহন্নীংবা অদুগুম্বা অখঙ্-অহৈশিংনা মাহৈশিং অসিনা [১] আশিষ বচন হৌগনি—

৮৬ (খ)-৮৭ (ক)।

> সরস্বতী ধৃতির্মেধা হ্রীঃ শ্রীলক্ষ্মীর্মতিঃ স্মৃতিঃ॥
> পান্তু বো মাতরঃ সর্বাঃ সিদ্ধিদাশ্চ ভবন্তু বঃ।

অর্থ। [০]সরস্বতী, [২]ধৃতি, [৩]মেধা, [৪]হ্রী, [৫]শ্রী, [৬]লক্ষ্মী, [৭]মতি অমদি [৮]স্মৃতি কৌবী মাতৃ খিবীমা নখোযবু ঙাকপি-কনবীহনা মহৈ য়ানবা পীনবীসনু।

ঘট-চক্ষু থুগায়বা

৮৭ (খ)-৮৮ (ক)।

> হোমং কৃত্বা যথান্যায়ং হবির্মন্ত্রপুরস্কৃতম্॥
> ভিদ্যাৎ কুম্ভং ততশ্চৈব নাট্যাচার্য্যঃ প্রযত্নতঃ।

---

১। মাইক-পাউজেন, ০। মহৈ লাইরেম্বী, ২। মস্ত কৌবা কল্পগী নূপী, ৩। দক্ষ প্রজাপতিগী মচানূপী, ধর্মনা লৌবী, ৪। মেধাগা পোকমিন্নবী ধর্ম প্রজাপতিগী নূপী, ৫। ভৃগুগী মচানূপী নারায়ণনা লৌবী, ৬। লক্মেমা, ৭। হিরণ্য কশিপুগী মচানিপা সংহ্লাদগী নূপী মাতৃকা অমনি, ৮। মেধাগী মচানূপীনি।

অর্থ। হৌনবী নিয়ম মতুংইন্না মন্ত্র শোন্দুনা থিন্না হোম তৌবা লোইরপ্না নাট্যাচার্য্য ( ওজা ) না য়াম্না চেকশিন্না ঘট-চক্ষুহু থুগায়গনি।

৮৮ (খ)-৮৯ (ক)।

অভিন্নে তু ভবেৎ কুম্ভে স্বামিনঃ শত্রুতোভয়ম্॥
ভিন্নে চৈবতু বিজ্ঞেয়ঃ স্বামিনঃ শত্রুসংক্ষয়ঃ।

অর্থ। [1] ঘট-চক্ষু অথুনা কায়দ্রবদি নিংথৌনা য়েক্লবদগী অকিবা লংই ; অথুপা কায়রবদি মাগী য়েক্লবা মাঙ্‌ই—মসি খঙ্‌গদবনি।

রঙ্গমণ্ডপা মৈগী লৈতেং

৮৯ (খ)-৯০ (ক)।

মিত্রেকুম্ভে ততশ্চৈব নাট্যাচার্য্যোঽপেতভীঃ॥
প্রগৃহ্য দীপিকাং দীপ্তাং সর্বং রঙ্গং প্রদীপয়েৎ।

অর্থ। ঘট চক্ষু থুগাঽপ্রবদা নাট্যাচার্য্যনা অকিবা লৈতনা মৈরি থোক্লা চাকপা মৈরা পায়দুনা রঙ্গালয় পুম্নমকপু ঙাম্মোকহনগনি।

৯০ (খ)-৯১ (ক)।

ক্ষ্বেড়িতৈঃ স্ফোটিতৈশ্চৈব বল্গিতৈশ্চ প্রধাবিতৈঃ॥
রঙ্গমধ্যে তু তাং দীপ্তাং সশব্দাং সংপ্রয়োজয়েৎ।

---

১। ঘট চক্ষু থুগায়বা—মসি ঐখোয় মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজদসু চৎনৈ। অহো-রাত্র কীর্ত্তননচিংবদা ক্রমেন তৌরবদি ক্রমেনগী পূং য়েরিবিঙৈ পূজা তৌরবা—মঙ্গংদা শঙ্খোম অথম্বগা মাইঙঙ্‌গা হাপ্না চক্ষু পুরোহিতনা মন্ত্র শোন্দুনা পালাসু ভাবোকহু মঙ্গলা থীক্লোকই, মৈরা পায়বা ব্রাহ্মণশিংনা মেউটি মঙ্গল লাউথুনা ঈশৈ ( মহাপ্রভুনা অহানবা হৌদোকপা ) শক্তুনা মাগুণ চিথেক মখিদা চৎকনি। লোইরপা মৈরাশিং অসু নাট্য-মণ্ডপকী মপ্লান্দা পুনশিন্দুনা থাদগনি, মতুগী মথক্তা পুরোহিতনা চক্ষু অসু থুগায়গনি। মসিবু দবি মঙ্গল কৌই। চৈতন্য মহাপ্রভুনা সংকীর্ত্তন লোইশিনকপদা ‘মহান্ত বিদায়’গী মতাংদা মসি তৌহল্লি। ভাব অসি নাট্য-শাস্ত্রদগী লৌকপা মায়নি।

অর্থ। [1] কোযনা লাউদ্বনা. পুংকাম্বী কাগ্গুনা, চোনক-কম্বা কোনচেন চেম্মুগা অচাকপা মৈরা অদুবু মহাক্না রঙ্গালয়দা মতম্মান থোক্না থাদহনা থমগনি।

৯১ (খ)-৯২ (ক)।

শঙ্খদুন্দুভিনির্ঘোষৈর্ম্মৃদঙ্গপণবৈস্তথা॥
সর্বাতোদ্যৈঃ প্রণদিতৈঃ রঙ্গে যুদ্ধানি কারয়েৎ।

অর্থ। মোইবুং, য়াইবুং, মৃদঙ্গ অমদি লাংদেপুংনচিংবা য়ৈন-খোংনবা যন্ত্র খোজেল লোয়ননা রঙ্গালয়দা [1] লান শোক্নগনি।

৯২ (খ)-৯৩ (ক)।

তত্র ভিন্নং চ ছিন্নং চ দারিতং চ সশোণিতম্॥
ক্ষতং প্রদীপ্তমায়স্তং নিমিত্তং সিদ্ধিলক্ষণম্।

অর্থ। [2] শাকক্ম-লানফমদা য়েক্নবগী মশাদগী ঈ তাহনবা, ককথংপা, য়ানথংপা, খিন্দংপা অসি পূম্নমক্তা অচাকপা মৈরা থাদবা অসিদা মখোল হোনা থোকপা অমদি চাক্লিবা মৈবা অহুনা মঙান চাউবা ওইরবদি শোয়দনমক মঙ্গল ওইনবগী খূদমনি (খঙ্নগনি)।

রঙ্গমঞ্চবু সংস্কার তৌবগী (শেংদোকপগী) মথৈ

৯৩ (খ)-৯৪ (ক)।

সম্যগিষ্টৈস্তু রঙ্গে বৈ স্বামিনঃ শুভমাবহেৎ॥
পুরস্যাবালবৃদ্ধস্য তথা জনপদস্য চ।

---

১। ৮৮ (খ)-৮৯ (ক) গী টিকা য়েংউ, ২। মাওপ ময়াইদা দেউটি থাদবহুপা অমত্তনি।

১। মণিপুরদা চৎনবদি অসি ওয়া শা-লানগী মতৌ উৎপগী মহুত্তা হরিসংকীর্তনগী অঙ্গ ওইনা মতম অতুদা এনেন পালাপা মণ্ডলীগী খা-য়াংদা পোংপোক লোংচুপ ইয়া পুংচোল্লা মী ৭। ৭ মাম ওনশিন্নহুনা লেপ্নগা মখোমগী মতুং-মতুং ওইনা ঈশৈ শকপা পালা ময়ামা পূমকোম কোমশিন্না লেপ্নগা পুং-করতালগী খোজেল মরক্তা থবক অসি পাঙ্থোকই। লাইন ইং-লাইশোন খেমন্নকপনা নাট্য শাস্ত্রগী মত অসিগী মখক মথং-মথং মতম, কম্না লোন্নকখিবা ওইনা তৌই।

অর্থ। শীংবা থুংনা চঙ্‌খোয়া জগোইশঙ্‌ শায়বদি নিংথৌগী অমদি প্রজা অঙাং-অহল পুন্নমক্কী ( লৈবাক নিংথৌগী ) য়াইফবা ওই।

১৪ (খ) ১৫ (ক)।

ছুরিষ্টস্তু তথা রঙ্গো দৈবতৈস্ত্ব'রধিষ্ঠিতঃ॥
নাট্যবিধ্বংসনং কুর্য্যাৎ নৃপস্য চ তথাশুভম্।

অর্থ। তৌইগুম্বসুং জগোইশঙ্‌ অহুনা ফত্রবা অহুগা মহুদা লাইবু পূজা তৌহুনা লেঙ্‌শিনহনবা নত্রবদি মহুদা তৌবা কুম্মৈ-ফিয়োং লীলানচিংবশিং অহুগী মহৈ য়ানবা থক ওইদে, নিংথৌগী অমাঙ্‌বা থোকই।

১৫ (খ)-১৬ (ক)।

যস্ত্বেবং বিধিমুৎসৃজ্য যথেষ্টং সংপ্রয়োজয়েৎ॥
প্রাপ্নোত্যপচয়ং শীঘ্রং তির্য্যগ্‌যোনিং চ গচ্ছতি।

অর্থ। অসিগুম্বা হৌনবী থৌরমশিং অসি পাঙ্‌থোক্তনা তৌনীংবা লীলা নত্রগা নাট্য অমা তৌরুবদা মহাক অহু থীন্দনমক অমাঙ্‌-অতা নংই অমসুং অতোনবা মপোক্তা পোকলুই।

১৬ (খ)-১৮ (ক)।

যজ্ঞেন সংমিতং হ্যেতৎ রঙ্গদৈবতপূজনম্॥
অপূজয়িত্বা রঙ্গং তু নৈব প্রেক্ষাং প্রয়োজয়েৎ।
পূজিতাঃ পূজয়ন্ত্যেতে মানিতা মানয়ন্তি চ॥
তস্মাৎ সর্বপ্রযত্নেন কর্ত্তব্যং রঙ্গপূজনম্।

অর্থ। অসিগুম্বা জগোইশঙ্‌গী লাই পূজা তৌবা মতৌ অসিদি যজ্ঞমক তৌবগুম্মী। অসুম্না রঙ্গপূজা তৌদনা থক লীলা শান্নবনচিংবা তৌরোইদবনি। পূজা কৎলবদি মখোয়না ( লাইশিংনা ) লীলা য়াওবা মীশিংবুসু পূজা তৌবি হায়বদি মুংশিবী অমসুং লাইবু ঈকাই-খুম্নবদি মখোয়না মখোয়বুসু ঈকাই খুম্নবিরকই। মরম অহুনা জগোইশঙ্‌গী লাই পূজা অসিদি চঙ্‌খোয়া পাঙ্‌থোক্কদবনি।

## রঙ্গমঞ্চ শেংদোকতবগী কন্তবা

৯৮ (খ)-১০০ (ক)।

> ন তথাহগ্নি দহত্যগ্নিঃ প্রভঞ্জনসমীরিতঃ॥
> যথা হ্যপপ্রয়োগস্তু প্রযুক্তো দহতি ক্ষণাৎ।
> শাস্ত্রজ্ঞেন বিনীতেন শুচিনা দীক্ষিতেন চ॥
> নাট্যাচার্য্যেণ শান্তেন কর্ত্তব্যং রঙ্গপূজনম্।

অর্থ। দোষলৈনা ( অরানবা তৌহুনা ) থৌরম পাঙ্‌থোক্লবদি মহুগী ফলনা তম্বীবা ওজাবু খুদক্তা চাকথেকহল্লি। অকনবা নুংশিংনা হুল্লবা মৈরি ফাওবনসু অহুপ থুনা চাকথেক্তে ( হায়বদি হেক্তমক তেন-বাল্লি )। অহুনা শাস্ত্র খঙ্‌বা, নোল্লকপা, ঈক-মায়থহুনা ফীশেং শেন্তুনা মশা-মউ শেংদোক্লবা, দীক্ষা তৌরবা অমদি মপুক ঈংবা অহুগুম্বা নাট্যাচার্য্যনা ( তম্বীবা ওজানা ) রঙ্গপূজা অসি তৌগদবনি।

১০০ (খ) ১০১ (ক)।

> স্থানভ্রষ্টংতু যো দদ্যাৎ বলিমুদ্বিগ্নমানসঃ॥
> মন্ত্রহীনো যথা হোতা প্রায়শ্চিত্তী ভবেৎ তু সঃ।

অর্থ। মন্ত্র শোন্দনা যজ্ঞদা হোম তৌবগুম মপূক্নীং লাঙ্‌না অমদি মফম লাম্না চবান থাবা ( বলি পীবা ) নচিংবা তৌরবদি মী অহু প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি ( মরাল কোক্লবা তৌগদবনি )। অহুনা লীলা লিংখৎপা মীনা অনৌবা শাবা রঙ্গালয়দা লীলা-চিংবা শাল্লবা তারবদি নিয়ম অসি নীংথিনা ঙাক্না চৎকদবনি।

১০১ (খ)-(গ)।

> এবমেব বিধির্দৃষ্টো রঙ্গদৈবতপূজনে।
> নবে নাট্যগৃহে কার্য্যং প্রেক্ষায়াংতু প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। রঙ্গপূজাগী নিয়মদি অসুম্না তৌনবা উই। অহুনা জগোই শাফমদা লীলানচিংবা তৌনীংবা মীনা হায়রিবা রঙ্গপূজা অসিবু লেপ্পমক তৌগদবনি।

ভরত-নাট্য শাস্ত্রদা রঙ্গদেবতা ( জগোইশঙ্‌গী লাই ) পূজা তৌবা হায়না কৌবা অহুমগুবা তাংকক অহু মতাং অসিদা লোইরে।

---

## মরিশুবা তাংকক

# তাণ্ডব লক্ষণ

ব্রহ্মানা ইহান হান্না নাটক ইত্থনা মদুবু অভিনয় তৌহনখি।

১। এবং তু পূজনং কৃত্বা ময়া প্রোক্তঃ পিতামহঃ।
আজ্ঞাপয় প্রভো ক্ষিপ্রং কঃ প্রয়োগঃ প্রযুজ্যতাম্ ॥

অর্থ। লাইশিংগী পূজা লোইরগা ঐনা ব্রহ্মাদা হংগংখি— করম্বা লীলা শান্নজৌ হায়বগে থুনমক তাকপিরো।

২। ততোঽস্ম্যুক্তো ভগবতা যোজয়ামৃতমন্থনম্।
এতদুৎসাহজননং সুরপ্রীতিকরং মহৎ ॥

অর্থ। অতুগী তুংদা ভগবাননা ঐঙোন্দা তাকপিরকই 'পুক্লীং থৌগৎনীংঙাই ওইবা অমদি লাইশিংনা য়াম্নসু পেন্নজবা 'অমৃত নৈব' গী লীলা অদুবু শান্নৌ।'

৩। যোঽয়ং সমবকারস্তু ধর্মকামার্থসাধকঃ।
ময়া প্রগ্রথিতো বিদ্বন্ স প্রয়োগঃ প্রযুজ্যতাম্ ॥

অর্থ। হে বেদ খঙ্বা! [১]ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কাম পীনহৈবা ঐনা লোংলিবা [২]'সমবকার' অসিবু শান্নবা তৌরো।

৪। তস্মিন্ সমবকারে তু প্রযুক্তে দেবদানবাঃ।
হৃষ্টাঃ সমভবন্ সর্বে কর্মভাবানুদর্শনাৎ ॥

অর্থ। অসিগুম্বা 'সমবকার' অসিবু অভিনয় তৌত্থনা উৎপা মতমদা মতুগী মওঙ্-মতৌ অমসুং ভাব উবদা লাই অমসুং হিংচাবশিং পুক্নমক পেন্নবীখি।

---

১। ধর্ম—মীওইবনা মথৌ-খঙ্বা, অর্থ—শেল তাম্নবগী মথৌ; কাম—পাকপকা শানলোইবা খঙ্হনব। ২। সমবকার ২০। ৬৯ লেংউ।

৫। কস্যচিত্ত্বথ কালস্য মামাহাম্বুজ সম্ভবঃ।
নাট্যং সন্দর্শয়ামেঽহস্য ত্রিনেত্রায় মহাত্মনে॥

অর্থ। মতম খরা লৈরগা ব্রহ্মানা ঐঙোন্দা তাকপিরকখি— ঙসিদি ঐখোয় লীলা অসি ভগবান শিবগী মাঙ্দা উৎলুসি।

৬-৭। ততঃ সার্দ্ধং সুরৈর্গত্বা বৃষভাঙ্কনিবেশনম্।
অভ্যর্চ্চ চ শিবং পশ্চাদুবাচেদং পিতামহঃ॥
ময়া সমবকারস্তু যোয়ং সৃষ্টঃ সুরোত্তম।
শ্রবণে দর্শনে চাস্য প্রসাদং কর্ত্তুমর্হসি॥

অর্থ। মথংদা অতৈ লাইয়াম লোয়ননা শিবালয় (কৈলাস) ভায়না চৎলগা ব্রহ্মানা ইবুংঙো মাবু হৌনবী পূজানচিংবা কৎলগা হংগৎখি—হে লাই অথোইবা, ঐনা লেংজরিবা অসিগুম্বা 'সমবকার' অসিবু চানবীদুনা অমুক্তং যেংবী ভাপিয়ু।

৮। পশ্যাম ইতি দেবেশো দ্রুহিণং বাক্যমব্রবীৎ।
ততো মামাহ ভগবান্ সজ্জো ভব মহামতে॥

অর্থ। লাইগী লাই ওইবা মহাদেবনা ব্রহ্মা য়েংদুনা তাকপিরকই, —যৈ, মদু ঐ যেংগে। মথংদা ভগবাননা ঐঙোন্দা তাকপিরকই— হে পূকচেন চাউবা! শেম-শাবা লোইরো।

৯-১০। ততো হিমবতঃ পৃষ্ঠে নানানগসমাবৃতে।
বহুচূতদ্রুমাকীর্ণে রম্যকন্দরনিঝরে॥
পূর্বরঙ্গে কৃতে পূর্বং তত্রায়ং[১] দ্বিজসত্তমাঃ
তথা ত্রিপুরদাহশ্চ ডিমসংজ্ঞঃ প্রযোজিতঃ॥

অর্থ। হে অথোইবা ব্রাহ্মণ পূম্নমক! থোরমগী অহানবা শরুক (পূর্বরঙ্গ) পাঙথোকপা লোইরবদা মসিগা (অমৃত মন্থন কৌবা সমকার) অমসুং 'ত্রিপুরদাহ' কৌবা '১ ডিম' লীলা অনিমক হৈনৌ

১। নাট্য মথল অমা ২০। ৮৪ শ্লোক।

অমস্তুং অরাংবা উপালতনা থন্না হৌবা অচুগুম্বা চীংতনা কোয়শিনবা, ভূত-প্রেত অমদি মহাদেবগী মনাইশিং ( গণ ) না কোইবা লম, পুক্রীং হুরবা চীংগী লোক অমদি গুহানা থন্না লৈবা ঈফুৎ নত্রগা ঈশিং-চাইবী কয়ানা লৈতেং ওইবা হিমালয় চীংজাউ মথক্তা শান্নখি।

১১-১২। ততো ভূতগণা হৃষ্টাঃ কর্মভাবানুকীর্ত্তনাৎ।
মহাদেবশ্চ সুপ্রীতঃ পিতামহমথাব্রবীৎ॥
অহো নাট্যমিদং সম্যক্ ত্বয়াসৃষ্টং মহামতে।
যশস্যং চ শুভার্থং চ পুণ্যং বুদ্ধিবিবর্দ্ধনম্॥

অর্থ। হান্না থোকপ্রবা থৌদোক অমস্তুং মতুগী ভাবনচিংবশুবু অমুক নৌনা উৎথোরকপা মতৌদা মহাদেবগী মনাইশিং পুন্নমক্তা ( ভূত অমস্তুং গণশিং ) পেন্নখি। মহাদেবনস্ত পেনবিরতুনা ব্রহ্মাদা ভাকপি-রকখি – হে পূকচেন চাউবা। মিংচৎ, মঙ্গল, পুণ্য অমস্তুং লোশিং চাওথৎনবা ওইবা অসিগুম্বা নাট্য ( লীলা ) অসিবু নহাক্না মহৈ য়ান্না শেম্বিরে।

১৩-১৪ (ক।

ময়াপীদং স্মৃতং নৃত্যং সন্ধ্যাকালেষু নৃত্যতা।
নানাকরণসংযুক্তৈরঙ্গহারৈর্বিভূষিতম্॥
পূর্বরঙ্গবিধাবস্মিন্ ত্বয়া সম্যক্ প্রযুজ্যতাম্।

অর্থ। সন্ধ্যা য়াচঙ্বা মতমদা জগোই শানা-শানা অয়াম্বা 'করণ'[১] য়াওবা অচুগুম্বা 'অঙ্গহার'[২] কয়ানা নীংথিহল্লবা অসিগুম্বা জাগোই অসিগী রা ঐনা নীংশিংখি। অসিগুম্বা পূর্বরঙ্গ-বিধি ( হান্না তৌফম থোকপশিং শুনা তৌবা মওং ) অসিদা নহাক্না মসিবু চঙ্-থোন্না পাঙ্থোকপিয়ু। মতু দ—

১, ২। শ্লোক ২৮ দগী হৌনা য়েংউ

পূর্বরঙ্গ মথল অনি

১৪ (খ) ১৬ (ক)।

বর্দ্ধমানকযোগেন গীতেষ্বাসারিতেষু চ ॥
মহাগীতেষু চৈবার্থান্ সম্যগেবাভিনেষ্যসি।
যশ্চায়ং পূর্বরঙ্গস্তু ত্বয়া শুদ্ধঃ প্রযোজিতঃ ॥
এভির্বিমিশ্রিতশ্চায়ং চিত্রো নাম ভবিষ্যতি।

অর্থ। বর্দ্ধমানক[১], আসারিত[২], গীত[৩] অমসুং মহাগীত শকুনা হিরমশিং অসিবু নীংথিনা অভিনয় তৌদুনা উৎপিয়ু। নহাক্না হান্না তৌরিবা অশেংবা পূবরঙ্গগী থৌরমশিং অদুগী মশাদা মসিসু ( জগোই ) হাপকৎপিদুনা মদুগী মমিংনা 'চিত্র' হায়না থোন্দুনা অভিনয় তৌবীগনি।

অঙ্গহার

১৬ (খ) ১৭ (ক)।

শ্রুত্বা মহেশ্বরবচঃ প্রত্যুক্তং চ স্বয়ম্ভুবা ॥
প্রয়োগমঙ্গহারাণামাচক্ষ্ব সুরসত্তম।

অর্থ। মহাদেবগী ৱাথঃ তারগা ব্রহ্মানা হায়রকই—হে লাই অ.পাইবা। অঙ্গহার[৪]শিং শীজিন্নবগী মবম অদু তাকপিয়ু।

১৭ (খ)-১৮ (ক)।

ততস্তণ্ডুং সমাহূয় প্রোক্তবান্ সুরসত্তমঃ।
প্রয়োগমঙ্গহারাণামাচক্ষ্ব ভরতায় বৈ ॥

১। মসিগী মরম ৩১ | ৭৬-১০১,৩২ | ২৫৯ দগী য়েংবীয়ু
২। ,, ,, ৩১ | ৬২—দগী; ১৭০ দগী
৩। ,, ,, ৩১ | ২০০ দগী
৪। ,, ,, সঙ্গীত রত্নাকর-নর্ত্তনাধ্যায় ১৭০ দগী

অর্থ। মথংদা মহাদেবনা তণ্ডুবু কৌহ্না তাকপিরকই— ভবততা অঙ্গহারশিং শীজিন্নবগী মরম তাকপিয়ু।

১৮ (খ)-১৯ (ক।

ততো বৈ তণ্ডুনা প্রোক্তাস্ত্বঙ্গহারা মহাত্মনা ॥
নানাকরণসংযুক্তান্ ব্যাখ্যাস্যামি সরেচকান্।

অর্থ। মথংদা পুকচেন চাউরবা তণ্ডুনা অঙ্গহারশিং অদূবু তাকপিখি। হৌজীক ঐনা তোঙান তোঙানবা করণ অমসুং [1]রেচকশিংগী মরমদা শন্দোক্না হাংজরক্কে।

১৯ (খ)-২৭।

স্থিরহস্তোঽঙ্গহারস্তু তথা পর্যস্তকঃ স্মৃতঃ ॥
সূচীবিদ্ধস্তথা চ স্যাৎ হ্যপবিদ্ধস্তথৈব চ।
আক্ষিপ্তকোঽথ বিজ্ঞেয়স্তথা চোদ্ঘট্টিতঃ স্মৃতঃ ॥
বিষ্কম্ভশ্চৈব সংপ্রোক্তস্তথা চৈবাপরাজিতঃ।
বিষ্কম্ভাপসৃতশ্চৈব মত্তাক্রীড়স্তথৈবচ ॥
স্বস্তিকো রেচিতশ্চৈব পার্শ্বস্বস্তিক এব চ।
বৃশ্চিকশ্চৈব সংপ্রোক্তো ভ্রমরশ্চ তথাপরঃ ॥
মত্তস্খলিতকশ্চৈব মদাদ্বিলসিতস্তথা।
গতিমণ্ডলোঽথ বিজ্ঞেয়ঃ পরিচ্ছিন্নস্তথৈব চ ॥
পরিবৃত্তরেচিতঃ স্যাত্তথা বৈশাখরেচিতঃ।
পরাবৃত্তোঽথ বিজ্ঞেয়স্তথা চৈবাপ্যলাতক ॥
পার্শ্বচ্ছেদোঽথ সংপ্রোক্তো বিদ্যুদ্ভ্রান্তস্তথৈব চ।
উরূদ্বৃত্তস্তথা চৈব স্যাদালীঢ়স্তথৈব চ ॥
রেচিতশ্চাপি বিজ্ঞেয়স্তথৈবাচ্ছুরিতঃ স্মৃতঃ।
আক্ষিপ্তরেচিতশ্চৈব সংভ্রান্তশ্চ তথাপরঃ ॥
অপসর্পস্তু বিজ্ঞেয়স্তথা চার্ধনিকুট্টকঃ।
দ্বাত্রিংশদেতে সংপ্রোক্তাস্ত্বঙ্গহারাস্তু নামতঃ ॥

---

১। ২৪৭ তগী স্লেংউ

অর্থ। **অঙ্গহার মখল ৩১ নি মতুদি**—

স্থিরহস্ত, পর্যস্তক, সূচীবিদ্ধ, অপবিদ্ধ, আক্ষিপ্তক, উদ্‌ঘট্টিত, বিষ্কম্ভ, অপরাজিত, বিষ্কম্ভাপসৃত, মত্তাক্রীড়, স্বস্তিকরেচিত, পার্শ্বস্বস্তিক, বৃশ্চিক, ভ্রমর, মত্তস্খলিতক, মদবিলসিত, গতিমণ্ডল, পরিচ্ছিন্ন, পরিবৃত্তিরেচিত, বৈশাখরেচিত, পরাবৃত্ত, অলাতক, পার্শ্বচ্ছেদ, বিদ্যুদ্‌ভ্রান্ত, উদ্ধৃতক (উদ্বৃত্তক), আলীঢ়, রেচিত, আচ্ছুরিত, আক্ষিপ্ত-রেচিত, সংভ্রান্ত, অপসর্পিত, অর্ধনিকুট্টক।

অঙ্গহার শীজিন্নবা মওঙ্‌

২৮-২৯ (ক)।

**এষাং চৈব প্রবক্ষ্যামি প্রয়োগং করণাশ্রিতম্।**
**হস্তপাদপ্রচারস্তু যথা যোজ্যঃ প্রযোক্তৃভিঃ॥**
**অঙ্গহারেষু বক্ষ্যামি তথাহং দ্বিজসত্তমাঃ।**

অর্থ। মরু ওইনা [১]করণতদা ৩াংগদবা অতুগুম্বা মখোয় অসিগী শীজিন্নবা মওঙ্‌ অতু হায়গে। হে ব্রাহ্মণ অখোইবা 'পূম্বা' জগোই-শাবা মীনা অঙ্গহারগী মতমদা শীজিন্নগদবা খোঙ্‌-খূৎ লেঙ্‌বা-ৎপগী মতৌ মওঙ্‌শিং অতু তাবিয়ু।

করণ

২৯ (খ)-৩০ (ক)।

**সর্বেষামঙ্গহারাণাং নিষ্পত্তিঃ করণৈর্ভবেৎ।**
**তান্যহং সংপ্রবক্ষ্যামি নামতঃ কর্মতস্তথা॥**

অর্থ। অঙ্গহার মখল পূম্নমক করণগী মতেংতনা তৌগদবনি। মখোয় অতুগী মমিং-মথা লোয়ননা মাগী-মাগী মতৌ মওঙ্‌গী মরমদা হায়রক্কে।

---

১। সঙ্গীত রত্নাকর—নর্তনাধ্যায় ৫৪৮ দগী হৌনা

৩০ (খ)-৩৪ (ক)।

হস্তপাদসমাযোগো নর্ত্তস্য করণংভবেৎ॥
দ্বেনৃত্তকরণে চৈব ভবতো নৃত্তমাতৃকা।
দ্বাভ্যাং ত্রিভিশ্চতুর্ভির্বাপ্যঙ্গহারস্তু মাতৃভিঃ॥
ত্রিভিঃ কলাপকো জ্ঞেয়ঃ চতুর্ভিঃ ষণ্ডকস্তথা।
পঞ্চৈব করণানি স্যুঃ সঙ্ঘাতক ইতিস্মৃতঃ॥
ষড়্ভির্বা সপ্তভির্বাপি অষ্টভির্নবভিস্তথা।
করণৈরিহ সংযুক্তা অঙ্গহারাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ॥
এতেষামিহ বক্ষ্যামি হস্তপাদবিকল্পনম্।

অর্থ। জগোইগী মতমদা খোড়্ অমসু, খুৎ অনিমক্কা পুম্না লেঙ্বা-ওৎপা তৌমিন্নববু 'কবণ' কৌই।
করণ অনিনা মাতৃকা অমা শাই।
মাতৃকা অনি অহুম নত্রগা মরিনা অঙ্গহার' অমা শাই।
করণ অহুমনা কলাপক অমা।
করণ মরিনা ষণ্ডক অমা।
কবণ মঙানা সংঘাতক অমা।
করণ তরুক, তবেৎ, নিপাল অমদি মাপন না 'অঙ্গহার' শাবদা নীঙিন্নৈ।

মথাদা কবণ অসি শেম্বগী খোড়্-খুংকা মতৌ অতু হায়গে--

৩৪ (খ)-৫৫ (ক)।

তলপুষ্পপুটং চৈব বর্তিতং বলিতোরু চ॥
অপবিদ্ধং সমনখং লীনং স্বস্তিকরেচিতম্।
মণ্ডলং স্বস্তিকং চৈব নিকুট্টকমথাপি চ॥
তথৈবার্ধনিকুট্টং চ কটিচ্ছিন্নং তথৈব চ।
অর্ধরেচিতকং চৈব বক্ষঃ স্বস্তিকমেব চ॥
উন্মত্তং স্বস্তিকং চৈব পৃষ্ঠস্বস্তিকমেব চ।
দিকস্বস্তিকমালাতং চ তথা চৈব কটীসকম॥

আক্ষিপ্তরেচিতং চৈব বিক্ষিপ্তাক্ষিপ্তকং তথা।
অর্ধস্বস্তিকমুদ্দিষ্টমঞ্চিতং চ তথাপরম্॥
ভুজঙ্গত্রাসিতং প্রোক্তং উর্দ্ধজানু তথৈব চ।
নিকুঞ্চিতং চ মত্তল্লিত্বর্ধমত্তল্লি চৈব হি॥
স্য দ্রেচকনিকুট্টং চ তথা পাদাপবিদ্ধকম।
বলিতং চৈব ললিতং বলিতং চ তথাপরম্॥
দণ্ডপক্ষং তথা চৈব ভুজঙ্গত্রস্তরেচিতম্।
নূপুরং চৈব সংপ্রোক্তং তথা বৈশাখরেচিতম॥
ভ্রমরং চতুরং চৈব ভুজঙ্গাঞ্চিতমেব চ।
দণ্ডরেচিতকং চৈব তথা বৃশ্চিককুট্টিতম্॥
কটিভ্রান্তং তথা চৈব লতাবৃশ্চিকমেব চ।
ছিন্নং চ করণং প্রোক্তং তথা বৃশ্চিকরেচিতম্॥
বৃশ্চিকং ব্যংসিতং চৈব তথা পার্শ্বনিকুট্টকম্।
ললাটতিলকং ক্রান্তং কুঞ্চিতং চক্রমণ্ডলম্॥
উরোমণ্ডলমাক্ষিপ্তং তথা তলবিলাসিতম্।
অর্গলং চাপি বিক্ষিপ্তমাবৃত্তং দোলপাদকম্॥
বিবৃত্তং বিনিবৃত্তং চ পার্শ্বক্রান্তং নিশুম্ভিতম্।
বিদ্যুদ্‌ভ্রান্তমতিক্রান্তং বিবর্তিতকমেব চ॥
গজক্রীড়িতকং চৈব তলসংস্ফোটিতং তথা।
গরুড়প্লুতকং চৈব গণ্ডসূচি তথাপরম্॥
পরিবৃত্তং সমুদ্দিষ্টং পার্শ্বজানু তথৈবচ।
গৃধ্রাবলীনকং চৈব সন্নত সূচ্যথাপি চ॥
অর্দ্ধসূচীতকরণং সূচিবিদ্ধংতথৈব চ।
অপক্রান্তং চ সংপ্রোক্তং ময়ূরললিতং তথা॥
সর্পিতং দণ্ডপাদং চ হরিণপ্লুতমেব চ।
প্রেঙ্খোলিতং নিতম্বং চ স্খলিতং করিহস্তকম্॥
প্রসর্পিতং সমুদ্দিষ্টং সিংহবিক্রীড়িতং তথা।

সিংহাকর্ষিতমুদ্বৃত্তং তথাঽপস্থতমেব চ ॥
তলসংঘট্টিতং চৈব জনিতং চাবহিত্থকম্।
নিবেশমেলকাক্রীড়মূরূদ্বৃত্তং তথৈব চ ॥
মদস্খলিতকং চৈব বিষ্ণুক্রান্তং তথৈব চ।
সংভ্রান্তমথ বিষ্কম্ভমুদ্ঘট্টিতমথাপি চ ॥
বৃষভক্রীড়িতং চৈব লোলিতং চ তথাপরম্।
নাগাপসর্পিতং চৈব শকটাস্যং তথৈব চ ॥
গঙ্গাবতরণং চৈবেত্যুক্তমষ্টাধিকং শতম্।

অর্থ। করণ মশীং পুন্না ১০৮ নি মহুদি।

১। তলপুষ্পপুট, ২। বর্ত্তিত, ৩। বলিতোরু, ৪। অপবিদ্ধ, ৫। সমনখ, ৬। লীন, ৭। স্বস্তিকরেচিত, ৮। মণ্ডলস্বস্তিক, ৯। নিকুট্টক, ১০। অর্ধনিকুট্টক, ১১। কটিচ্ছিন্ন, ১২। অর্ধরেচিত, ১৩। বক্ষঃ স্বস্তিক, ১৪। উন্মত্ত, ১৫। স্বস্তিক, ১৬। পৃষ্ঠস্বস্তিক, ১৭। দিক্ স্বস্তিক, ১৮। অলাত, ১৯। কটীসম, ২০। আক্ষিপ্ত-রেচিত, ২১। বিক্ষিপ্তাক্ষিপ্ত, ২২। অর্ধস্বস্তিক, ২৩। অঞ্চিত, ২৪। ভুজঙ্গত্রাসিত, ২৫। ঊর্ধ্বজানু, ২৬। নিকুঞ্চিত, ২৭। মতল্লি, ২৮। অর্ধমতল্লি, ২৯। রেচকনিকুট্ট, ৩০। পদাপবিদ্ধক, ৩১। বলিত, ৩২। ঘূর্ণিত, ৩৩। ললিত, ৩৪। দণ্ডপক্ষ, ৩৫। ভুজঙ্গত্রস্তরেচিত, ৩৬। নূপুর, ৩৭। বৈশাখরেচিত, ৩৮। ভ্রমরক, ৩৯। চতুর, ৪০। ভুজঙ্গাঞ্চিতক, ৪১। দণ্ডকরেচিত, ৪২। বৃশ্চিক কুট্টিত, ৪৩। কটীভ্রান্ত, ৪৪। লতাবৃশ্চিক, ৪৫। ছিন্ন, ৪৬। বৃশ্চিকরেচিত, ৪৭। বৃশ্চিক, ৪৮। ব্যংসিত, ৪৯। পার্শ্বনিকুট্টন, ৫০। [১]ললাট-তিলক, ৫১। ক্রান্ত, ৫২। কুঞ্চিত, ৫৩। চক্রমণ্ডল, ৫৪। উরোমণ্ডল, ৫৫। আক্ষিপ্ত, ৫৬। তলবিলাসিত, ৫৭। অর্গল, ৫৮। বিক্ষিপ্ত, ৫৯। আবৃত্ত, ৬০। দোল পাদ, ৬১। [২]নিবৃত্ত, ৬২। বিনি-বৃত্ত, ৬৩। পার্শ্বক্রান্ত, ৬৪। নিশুম্ভিত, ৬৫। বিদ্যুদ্ভ্রান্ত,

১। লতাতিলক? ২। বিবৃত্ত?

৬৬। অতিক্রান্ত, ৬৭। বিবর্তিতক, ৬৮ গজক্রীড়িতক, ৬৯। তল-সংস্ফোটিত, ৭০। গরুডপ্লুতক, ৭১ গণ্ডসূচী, ৭২। পরিবৃত্ত, ৭৩। পার্শ্বজানু, ৭৪। গৃধ্রাবলীনক, ৭৫। সন্নত, ৭৬। সূচী, ৭৭। অর্ধসূচী, ৭৮। সূচীবিদ্ধ ৭৯। অপক্রান্ত ৮০। ময়ূরললিত, ৮১। সর্পিত ৮২। দণ্ডপাদ, ৮৩। হরিণপ্লুত ৮৪। প্রেংখোলিত, ৮৫। নিতম্ব, ৮৬। স্খলিত ৮৭। করিহস্ত ৮৮। প্রসর্পিত, ৮৯। সিংহবিক্রীড়িত, ৯০। সিংহাকর্ষিত, ৯১। উদবৃত্ত, ৯২। উপ-সৃত, ৯৩। তলসংঘট্টিত, ৯৪। জনিত, ৯৫। অবহিত্থক, ৯৬। নিবেশ, ৯৭। এলকাক্রীড়িত, ৯৮। উরূদবৃত্ত, ৯৯। মদ-স্খলিত, ১০০। বিষ্ণুক্রান্ত, ১০১। সম্ভ্রান্ত, ১০২। বিষ্কম্ভ, ১০৩। উদঘট্টিত, ১০৪। বৃষভক্রীড়িত, ১০৫। লোলিতক, ১০৬। নাগাপসর্পিত, ১০৭। শকটাস্য, ১০৮ গঙ্গাবতরণ।

৫৫ (খ) ৫৬

> নৃত্তে যুদ্ধে নিযুদ্ধে চ তথা গতিপরিক্রমে ॥
> যানি স্থানানি যাশ্চার্যো ব্যায় যে গদিতানি তু।
> পাদপ্রচারস্ত্বেষাং ( তু ) করণানাময়ং ভবেৎ ॥

অর্থ। অর্থ তাকপা জগোইশাবা লান মী অনিতগী লান, চৎপা গমস্থ, ভাগৌ-ভাহৌ চৎপা, হৌবচাং শাক্তেলগী মতমদা হাযবিবা স্থান[1] চামদি চাবা[2]শি অদুগী মশাগী করণশি দা থাংগদনা খোঙথা দি অসুম্না তৌগনি—

৫৭ যে চাপি নৃত্তহস্তাস্তু গদিতা নৃত্তকর্মণি।
তেষাং সমাসতো যোগঃ করণেষু বিভাব্যতে ॥

অর্থ। জগোইগী মতমদা শীজিন্নবিবা খুৎচা-জগোইশিং অদুবু শমজিন্না লৌতুনা 'করণ' কৌইনা খঙনগনি।

---

১। তাংকক ১১ শ্লোক ৪৯ দগী হৌংউ
২। „ ১১ „ ২ „ „

অর্থ। তল পুষ্পপুট—পুষ্পপুট-হস্তনা ওয়গী নাকন্দা অদুগা খোঙ্না 'অগ্রতলসঞ্চার' তৌগনি, হকচাং নাকম্না হাইফেৎ নমগনি।

৬৪। কুঞ্চিতৌ মণিবন্ধে তু ব্যাবৃতপরিবর্তিতৌ।
হস্তৌনিপতিতৌ চোর্বোর্বর্তিতং করণং তু তৎ ॥

অর্থ। বর্তিত—ব্যাবৃত্ত অমসুং পরিবর্তিত হস্ত অনিনা খুজেং লোমদা কোনখৎলক্লগা খুৎ অদুগী মওঙ্দা অদুম্মক পুথরক্লুনা ফৈ-দা থমগনি।

৬৫। শুকতুণ্ডৌ যদা হস্তৌ ব্যাবৃত্তপরিবর্তিতৌ।
উরূ চ বলিতৌ যত্র বলিতোরু তদুচ্যতে।

অর্থ। বলিতোরু—শুকতুণ্ড মানবা খুৎ অনিনা ব্যাবর্তিত অমসুং পরিবর্তিত শাগনি অদুগা ফৈগল অনিনা 'বলিতাকার' ওইগনি। ( থোংখোঙ্শাবা ? )

৬৬। আবৃত্য শুকতুণ্ডাখ্যং উরুপৃষ্ঠে নিপাতয়েৎ।
বক্ষস্থো বামহস্তশ্চাপ্যপবিদ্ধং তু তদ্ভবেৎ॥

অর্থ। অপবিদ্ধ—য়েৎকী খুৎনা শুকতুণ্ড শারগা য়েৎকী ফৈগন্দা থমগনি অদুগা ওয়গী খুৎনা থবাক্তা লৈগনি।

৬৭। শ্লিষ্টৌ সমনখৌ পাদৌ করৌ চাপি প্রলম্বিতৌ।
দেহঃ স্বাভাবিকো যত্র ভবেৎ সমনখা তু তৎ॥

অর্থ। সমনখ—খুজীম মপা মান্নহন্না খোঙ্ অনিমক মহৈ-মহৈ নপ্পগনি। খুৎ অনিমক শাংনা থাদহনা থমগনি, হকচাংনা মশাগী ওইজবা ফিরেপ্তা অদুম্মক লেপকনি।

৬৮। পতাকাঞ্জলি বক্ষঃস্থং প্রসারিতশিরোধরম্।
নিকুঞ্চিতাংসকূটং চ তল্লীনং করণং স্মৃতম্॥

অর্থ। লীন—পতাকহস্তগী মওঙ্‌দা খূৎ অনিমক্কা থবাক্তা অঞ্জলি শাহ্নুনা লৈগনি, ঙক থাংগৎকনি অতুগা লেং হিকথগনি।

৬৯। স্বস্তিকৌ রেচিতাবিদ্ধৌ বিশ্লিষ্টৌ কটিসংস্থিতৌ।
যত্র তৎ করণং জ্ঞেয়ং বুধৈঃ স্বস্তিকরেচিতম্॥

অর্থ। **স্বস্তিকরেচিত**—রেচিত অমসূং আবিদ্ধ হস্ত অনিনা স্বস্তককী মওঙ্‌দা ঙিন্নগনি, মখংদা থাইদোক্নবগা খ্বাঙ্‌দা থমগনি।

৭০। স্বস্তিকৌ তু করৌ কৃত্বা প্রাঙ্‌মুখোর্ধ্বতলৌ সমৌ।
তথা চ মণ্ডলং স্থানং মণ্ডলস্বস্তিকং তু তৎ॥

অর্থ। **মণ্ডলস্বস্তিক**—হকচাংগী ফিরেপ্পা মণ্ডলস্থানদা লেপ্লগা খূৎ অনিনা খূবাক লোংথোক্লা মান্নবা মওঙ্‌দা অতুম্মক পুখৎলক্লগা স্বস্তিক-কী মওঙ্‌ তাহন্দুনা তিন্নরগনি।

৭১। নিকুট্টিতৌ যদা হস্তৌ স্ববাহুশিরসোঽন্তরে।
পাদৌ নিকুট্টিতৌ চৈব জ্ঞেয়ং তত্তু নিকুট্টকম্॥

অর্থ। **নিকুট্টক**—কোক অমসূং ওন্নতৈনবা পাম্বোম মায়কৈদা খূৎ অনিমক অমগী মখংদা অমনা শিন্দুনা হাইগৎ-হাইথ তৌগনি, খোঙ্‌সু অতুম্না থাংগনি। (মাঙ্‌দা কারণ চম্না থাংগনি)।

৭২। অঞ্চিতৌ বাহুশিরসী হস্তস্ত্বভিমুখাঙ্গুলিঃ।
নিকুট্টিতশ্চ পাদঃ স্যাৎ জ্ঞেয়মর্ধনিকুট্টকম্॥

অর্থ। **অর্ধনিকুট্টক**—খূৎ অনিনা ‘অলপল্লব’ কী মওঙ্‌ শারগা লেংজ্‌মলোমদা কোনশিনগনি অতুগা খোঙ্‌ অনিনা থাংগৎ-থাংথ তৌগনি।

৭৩। পর্য্যায়শঃ কটিচ্ছিন্না বাহু শিরসি পল্লবৌ।
পুনঃ পুনশ্চ করণং কটিচ্ছিন্নং তু তদ্ভবেৎ॥

অর্থ। **কটিচ্ছিন্ন**—ছিন্নগী মওঙ্‌দা খ্বাঙ্‌গী ফিবম লৈরগা খূৎ অনিমক্না 'পল্লব' শারগা অমগা-অমগা ওন্ন-ওন্ননা হন্না-হন্না কোকতা থমগনি ( শোক্কনি )।

**৭৪। [১]অপবিদ্ধঃ করঃ সূচ্যা পাদশ্চৈব নিকুট্টকঃ।**
**সন্নতং যত্র পার্শ্বং চ তদ্ভবেদর্ধরেচিতম্‌॥**

অর্থ। **অর্ধরেচিত**—সূচীমুখ শাবা খূৎনা মনীং তৌনা হাইবা হুগ্বা তৌগনি, খোঙ্‌ অনিমক্না হঙ্গৎ-হন্দা থাংগৎ-থাংথ তৌগনি, হকচাং নাকন্দনা 'সন্নত' কৌবা ফিরেপ ওইগনি।

**৭৫ স্বস্তিকৌ চরণৌ যত্র করৌ বক্ষসি রেচিতৌ।**
**নিকুঞ্চিতং তথা বক্ষো বক্ষঃ স্বস্তিকমেব চ**

অর্থ। **বক্ষঃ স্বস্তিক**—খোঙ্‌ অনিমক্না স্বস্তিককী ফিরেপ্তা লেপ্লগা 'রেচিত' শাবা খূৎ অনিনা মান্নবা মওঙ্‌দা ( খোঙ্‌গুন্না ) থবাক্তা পুশিল্লকনি। অস্মুন্না তৌবদা থা উপকনি ( নিকুঞ্চিত )।

**৭৬। অঞ্চিতেন তু পাদেন রেচিতৌ তু করৌ যদা।**
**উন্মত্তং করণং তত্তু বিজ্ঞেয়ং নৃত্তকোবিদৈঃ॥**

অর্থ। **উন্মত্ত**—খোঙ্‌ অনিনা অঞ্চিত অমসুং খূৎ অনিমক্না রেচিত-হস্ত ওইগনি।

**৭৭। উভাভ্যাং হস্তপাদাভ্যাং ভবতঃ স্বস্তিকৌ যদা।**
**তৎস্বস্তিকমিতি প্রোক্তং করণং করণার্থিভিঃ॥**

অর্থ। **স্বস্তিক**—খোঙ্‌সু খূৎসু অনিমক 'স্বস্তিক' কী মওঙ্‌দা লৈনগনি।

**৭৮ বিক্ষিপ্তাক্ষিপ্তবাহুভ্যাং স্বস্তিকৌ চরণৌ যদা**
**অপক্রান্তার্ধসূচিভ্যাং তৎপৃষ্ঠস্বস্তিকং ভবেৎ॥**

---

১। অপবিদ্ধ—সূচীমুখ

অর্থ। পৃষ্ঠস্বস্তিক—খূৎ অনিনা থক্তা হাইগৎলুবগা স্বস্তিককী মওঙ্‌দা হাইথরকনি অতুগা খোঙ্‌ অনিমকসু 'অপক্রান্ত' অমসুং 'অর্ধসূচী' চারী মওঙ্‌দা স্বস্তিক শাগনি।

৭৯। পার্শ্বয়োরগ্রতশ্চৈব যত্র শ্লিষ্টঃ গতো ভবেৎ।
স্বস্তিকো হস্তপাদাভ্যাং তদ্দিক্ স্বস্তিকমুচ্যতে॥

অর্থ। দিক্‌স্বস্তিক—খোঙ্‌থাং অমত্তগী মনুংদা হকচাং 'পুম্বা নাকন্দগী মাঙ্‌ ফাওবা তাননবা মপূম লৈথোকপা অমসুং লোয়ন-লোয়ননা খোঙ্‌সু-খূৎসু স্বস্তিক-কী মওঙ্‌ তাহনবা।

৮০। অলাতং চরণং কৃত্বা ব্যংসয়েৎ দক্ষিণং করম্।
উধ্ব´জানুক্রমং চৈব অলাতকরণং ভবেৎ॥

অর্থ। অলাত—খোঙ্‌না 'অলাতচারী' শারবা তুংদা খূৎনা লেংজ্‌ম মপাদগী লোথরকনি, মথংদনা 'উর্ধ্বজানু' চারী শাগনি।

৮১। স্বস্তিকাপসৃতঃ পাদঃ করৌ নাভিকটিস্থিতৌ।
পার্শ্বমুদ্বাহিতং চৈব করণং তৎকটীসমম্॥

অর্থ। কটিসম—খোঙ্‌ অনিমক স্বস্তিক-করণ শারম্বদগী থাই-দোক্লগনি, খূৎনা—নামনা খোয়দোদা নামনা খ্বাঙ্‌দা থমগনি, নাকল অনিনা 'উদ্বাহিত' ওইনা লৈগনি।

৮২। হস্তো হৃদি ভবেদ্বামঃ সব্যশ্চাক্ষিপ্তরেচিতঃ।
রেচিতশ্চাপবিদ্ধশ্চ তৎস্যাদাক্ষিপ্তরেচিতম্॥

অর্থ। আক্ষিপ্তরেচিত—ওয়গী খূৎনা থম্মোই শোক্না লৈগনি, য়েৎকী খূৎনা রেচিত শাহনা থক্তা হাইগৎলগা নাকন্দা হাইথরকনি অতুগা মথংদনা খূৎ অনিমক্না রেচিত হস্ত শাহনা 'অপবিদ্ধ-ভঙ্গী' দা লেপকনি।

৮৩। বিক্ষিপ্তং হস্তপাদং তু তস্যৈবাক্ষেপণং পুনঃ।
যত্র তৎ করণং জ্ঞেয়ং বিক্ষিপ্তাক্ষিপ্তকং দ্বিজাঃ ॥

অর্থ। বিক্ষিপ্তাক্ষিপ্তক—খোঙ্‌স্নু খুৎস্নু মথক্তা হুনগৎলগা অমুক মথাদা তারকনি।

৮৪। স্বস্তিকৌ চরণৌ কৃত্বা করিহস্তং চ দক্ষিণম্।
বক্ষঃ স্থানে তথা বামমর্ধস্বস্তিকমাদিশেৎ ॥

অর্থ। অর্ধস্বস্তিক- খোঙ অনিনা স্বস্তিক শাহনা লেপকনি, য়েৎকা খুৎনা 'করিহস্ত' শাগনি ওয়ংগীনা থবাক্তা থমগনি।

৮৫। ব্যাবৃত্তপরিবৃত্তস্তু স এব তু করো যদা।
অঞ্চিতো নাসিকাগ্রে তু তদঞ্চিতমুদাহৃতম্ ॥

অঞ্চিত—অৰ্দ্ধস্বস্তিক-কী ফিবমদা করিহস্ত শাবা খুৎনা মথং-মথং ব্যাবর্তিত অমসু পরিবর্তিতদা ওস্লোক্‌না লাক্লগা নাতোন মতোন য়োৱকপদা হাইথগনি। ( নত্রগা নাতোন মতোন য়োনবা কোস্থরকনি )

৮৬। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য ত্র্যস্রমূরং নিবর্তয়েৎ।
কটিজানু নিবৃত্তৌ চ ভুজঙ্গত্রাসিত ভবেৎ ॥

অর্থ। ভুজঙ্গত্রাসিত—খোঙ্‌ অনিমক 'কুঞ্চিত' গী মওঙ্‌দা মথক্তা হুনগৎকনি, কৈ অনিসু কোস্তক্লা 'নিবর্তনগতি' ওইগনি। খ্বাঙ্‌গা কৈফগদি শাজৎ অমত্তনি।

৮৭। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য জানু হস্তং সমং ন্যসেৎ।
প্রয়োগবশগৌ হস্তাবূধ্বর্জানু প্রকীর্তিতম্ ॥

অর্থ। উধ্বর্জানু—কুঞ্চিতগী মওঙ্‌দা খোঙ্‌ নামনা হুনগৎ-লক্‌না খুকউনা থাংগৎলকনি. অতুগা খুৎ অনিমক্লা চানবা মওঙ্‌দা জগোই শাগনি।

৮৮ করণং বৃশ্চিকং কৃত্বা করং পার্শ্বে নিকুঞ্চয়েৎ।
নাসাগ্রে দক্ষিণং চৈব জ্ঞেয়ং তদ্ধি নিকুঞ্চিতম্॥

অর্থ। নিকুঞ্চিত—খোঙ অনিমক বৃশ্চিক-করণগী মওঙ্দা থাংগনি, খুৎ অনিমক্তা নাকল অনিমক্তা কোল্লপ লৈগনি অদুগা য়েৎকী খুৎনা নাতোন্দা লাক্কনি।

৮৯। বামদক্ষিণপাদাভ্যাং ঘূর্ণমানোপসর্পণৈঃ।
উদ্বেষ্টিতাপবিদ্ধৈশ্চ হস্তৈর্মতল্লি দাহৃতম্॥

অর্থ। মতল্লি—ওয় য়েৎ খোঙ অনিমক্তা তুংদা হনবা মতমদা লৈনা হাইদুনা পুগনি অমসুং খুৎ অনিমক্তা উদ্বেষ্টিত অমদি অপবিদ্ধগী মওঙ্দা হাইদুনা পুগনি।

৯০। স্খলিতাপসৃতৌ পাদৌ বামহস্তশ্চ রেচিতঃ।
সব্যহস্তঃ কটিস্থঃ স্যাদর্ধমত্তল্লি মাদিশেৎ॥

অর্থ। অর্ধমতল্লি স্খলিত করণদা লৈবদা খোঙ্ফমদগী অনিমক চিংশিনগনি অমসু, ওয়গী খুৎনা রেচিত শাবগা কোল্লা খ্বাঙদা থমগনি।

৯১। রেচিতো দক্ষিণো হস্তঃ পাদঃ সব্যো নিকুট্টিতঃ
দোলা চৈব ভবেদ্বামস্তদ্রেচকনিকুট্টকম্॥

অর্থ। রেচিতনিকুট্টিত—য়েৎকী খুৎনা রেচিত-হস্ত ওইগনি, ওয়গী খোঙ্না [1]উদ্ঘট্টিত অদুগা ওয়গী খুৎনা 'দোল হস্ত' ওইগনি।

৯২। কার্যৌ নাভিতটে হস্তৌ প্রাঙ্মুখৌ কটকামুখৌ
সূচীবিদ্ধাবপক্রান্তৌ পাদৌ পাদাপবিদ্ধকে॥

অর্থ পাদাপবিদ্ধক কটকামুখ-হস্ত শাবা খুৎ অনিনা মাঙ্দা মমায় ওম্বোক্লুনা খোয়দৌদা লৈগনি খোঙ্ অনিনা সূচী শাবগা কোল্লা অপক্রান্ত-চারী তাগনি।

---

১। নিকুট্টিত পাঠ। শ্লোক ৭১ গী টীকা য়েংউ

৯৩। অপবিদ্ধো ভবেদ্ধস্তঃ সূচীপাদস্তথৈব চ।
তথা ত্রিকং বিবৃত্তং চ বলিতং নাম তদ্ভবেৎ॥

অর্থ। বলিত—খুৎ অনিনা অপবিদ্ধ, খোঙ্ অনিনা সূচী চারীদা লৈগনি, য়াঙ্লেন শরীর মখানা লৈগনি। ( ভ্রমরী চারী—?—ত্রিক—নীংগোঙ্—খোঙ্ অনিগী হৌরকফমগী শরীর-শয়ফম )

৯৪। বর্তিতো ঘূর্ণিতঃ [1]সব্যো হস্তো বামশ্চ দোলিতঃ।
স্ব[illegible]কাপস্থতঃ পাদঃ করণং ঘূর্ণিতং তু তৎ॥

অর্থ। ঘূর্ণিত ওয়গী খুৎনা 'বলিত-হস্ত' শারগা কোয়না লৈগনি, য়েৎকী খুৎনা 'দোলা-হস্ত' দা লৈগনি। খোঙ্ অনিনা স্বস্তিক-কী ফিবমদা লৈরম্বদগী অমনা অমদগী হন্দোক্লগনি।

৯৫। করিহ[illegible] া ভবেদ্বামো দক্ষিণশ্চ বিবর্তিতঃ।
বহুশঃ কুট্টিতঃ পাদো জ্ঞেয়ং তল্ললিতং বুধৈঃ॥

অর্থ। ললিত - ওয়গী খুৎনা করিহস্তদা লৈরগা য়েৎকীনা অমুক হন্না হকচাং নাকন্দা অপবর্তিত শাগনি, খোঙ্ অনিমক্না থাংগৎ-থাংথ তৌগনি। [2]

৯৬। উর্ধ্বজানু বিধায়ার্থ তস্যোপরি লতাং ন্যসেৎ।
দণ্ডপক্ষং তু তৎ প্রোক্তং করণং নৃত্তবেদিভিঃ॥

অর্থ। দণ্ডপক্ষ উর্ধ্বজানুচারীগী ফিবমদা লৈরগা লতাহস্ত অনিনা খুকউদা থমগনি।

৯৭। ভুজঙ্গত্রাসিতং কৃত্বা যত্রোভাবপি রেচিতৌ।
বামপার্শ্বস্থিতৌ হস্তৌ ভুজঙ্গত্রস্তরেচিতম্॥

অর্থ। ভুজঙ্গত্রস্তরেচিত—খোঙ্ অনিমক্না 'ভুজঙ্গত্রস্ত-চারী' শাগনি অদুগা খুৎ অনিনা রেচিত হস্ত শাদুনা ওয়গী নাকন্দা পুরক্কনি।

---

১। সব্য—মহৌশানা শব্দ অসি ওয়বু থঙ্নবা ওইরবসু য়েৎপুন্থু থঙ্নরকপা য়াওই। মতাং অসিদদি ওয়গী বানা মথৎদা লাকপনা মসি য়েৎকী খুৎতবু থঙ্নগনি।
২। ৯। ১৯১ য়েংউ

৯৮। ত্রিকং সুবলিতং কৃত্বা লতারেচিতকৌ করৌ
নূপুরং চ তথা পাদং করণে নূপুরে ন্যসেৎ॥

অর্থ। নূপুর—য়াঙ্‌লেন শক্লগী মথা থংবা শক্লক ( ত্রিক—নীংজোন নত্রগা নী'গোং ) নীংথিনা লৈগনি ( ভ্রমরী চারীদা ) খুৎ অনিনা মথং-মথং লতাহস্ত অমস্তুং রেচিত হস্ত শাগনি, খোঙ্‌ অনিমক্লা 'নূপুর পাদ-চারী' শাগনি।

৯৯। রেচিতৌ হস্তপাদৌ চ কটিগ্রীবৌ চ রেচিতৌ।
বৈশাখস্থানকেনৈতৎ ভবেদ্বৈশাখ রেচিতম্॥

অর্থ। বৈশাখরেচিত খুৎ অনিমক অমস্তুং খোঙ্‌ অনিমক্লা রেচিত শাত্নুনা লৈগনি, মরম অত্নুনা খ্বাঙ্‌, ভক অমস্তুং হকচাং পুম্নমক 'বৈশাখস্থান' গী ফিরেপ্তা লৈগনি।

১০০। আক্ষিপ্তঃ স্বস্তিকঃ পাদঃ করৌ চোদ্বেষ্টিতৌ তথা।
ত্রিকস্য বলনাচ্চৈব জ্ঞেয়ং ভ্রমরকং তু তৎ॥

অর্থ। ভ্রমরক—খোঙ্‌ অনিনা 'আক্ষিপ্ত-চারী' গী মওঙ্‌দা স্বস্তিক শাগনি, খুৎ অনিনা 'উদ্বেষ্টিত-হস্ত' শাগনি, [১] ত্রিকনা লৈগনি ( ভ্রমরী )।

১০১। অঞ্চিতঃ স্যাৎ করো বামঃ সব্যশ্চতুর এব চ।
দক্ষিণঃ কুট্টিতঃ পাদঃ চতুরং তৎ প্রকীর্তিতম্॥

অর্থ। চতুর—ওয়গী খুৎনা '[২] অঞ্চিত' গী মওঙ্‌ লৌগনি য়েৎকীনা 'চতুরভঙ্গী' শাগনি অত্নুগা য়েৎকী খোঙ্‌না 'কুট্টিত'গী মওঙ্‌দা লৈগনি।

য়েংগদবা—১। ( নীংজোন—থঙ্‌বা মুংচাইনবা মসিবু থ্‌াঙ্‌ হান্নুনা লৌরসি। মনুং হনজিনবা ভারতি খোঙ্‌ অনিগী শম্নকম, হৌফম শক্ল—নীংগোং অসিবু লৈবা হায়বনি ( থক-থা ওইনা থ্‌াঙ্‌গী ফীত্নুপ ফজহন্না লৈবা হায়বনি )।

২। অলপল্লব হস্ত

১০২। ভুজঙ্গত্রাসিতঃ পাদো রেচিতো দক্ষিণঃ করঃ।
লতাখ্যশ্চ করো বামো ভুজঙ্গাঞ্চিতকং ভবেৎ॥

অর্থ। ভুজঙ্গাঞ্চিত—খোঙ্ অনিনা 'ভুজঙ্গত্রাসিত-চারী' শাগনি, য়েৎকী খুৎনা রেচিত শাদুনা লৈরগা ওয়গী খুৎনা 'লতাভঙ্গী' শাগনি।

১০৩। বিক্ষিপ্তং হস্তপাদং তু সমন্তাৎ যত্র দণ্ডবৎ।
রেচ্যতে তদ্ধি করণং জ্ঞেয়ং দণ্ডকরেচিতম্॥

অর্থ। দণ্ডকরেচিত—খোঙ্-খুৎস্থ চৈশু তাবগুম চপ তিংথো-ক্কনি, মথংদনা খোঙ্স্থ খুৎস্থ অনিমক 'রেচিত' দা লৈগনি।

১০৪। বৃশ্চিকং করণং কৃত্বা দ্বাবপ্যথ নিকুট্টিতৌ।
বিধাতব্যৌ করৌ তদ্ধি জ্ঞেয়ং বৃশ্চিককুট্টিতম্॥

অর্থ। বৃশ্চিককুট্টিত—অহানবদা 'বৃশ্চিক করণ' মথংদা খুৎ অনিনা [1]'নিকুট্টিত-গতি' গী মওঙ্দা শাগনি।

১০৫। সূচীং কৃত্বাপবিদ্ধং চ দক্ষিণং চরণং ন্যসেৎ।
রেচিতা চ কটির্যত্র কটিভ্রান্তং তদুচ্যতে॥

অর্থ। কটিভ্রান্ত—সূচী চারী, য়েৎকী খুৎনা অপবিদ্ধ-হস্ত (আবিদ্ধ) শাগনি, খ্বাঙ্ পূমলৈ লৈথোক্কনি।

১০৬। অঞ্চিতঃ পৃষ্ঠতঃ পাদঃ কুঞ্চিতোর্ধ্বতলাঙ্গুলিঃ।
লতাখ্যশ্চ করো বামস্তল্লতাবৃশ্চিকং ভবেৎ॥

অর্থ। লতাবৃশ্চিক—খোঙ্ নামনা তুংদা ওন্থোক্না 'অঞ্চিত' দা লৈগনি, ওয়গী খুৎনা 'লতা-হস্ত' গী মওঙ্দা লৈরগা খুবাক অমস্থং খদোন কোনশিন্দুনা মথক ওনথৎলক্কনি।

---

১। মথক্কী শ্লোক ৭১ গী অর্থ য়েংউ

১০৭। অলপদ্মঃ কটীদেশে ছিন্না পর্যায়শঃ কটী।
বৈশাখস্থানকেনেহ তচ্ছিন্নং করণং ভবেৎ॥

অর্থ। ছিন্ন—'ছিন্ন' গী মওঙ্দা লৈবা খ্বাঙ্দা 'অলপদ্ম-হস্ত' না পায়গনি (শোক্কনি) হকচাং ফিরেপনা বৈশাখস্থানদা লৈগনি।

১০৮। বৃশ্চিকং চরণং কৃত্বা স্বস্তিকৌ চ করাবুভৌ।
রেচিতাপস্থতৌ চৈব কার্যং বৃশ্চিকরেচিতম্॥

অর্থ। বৃশ্চিকরেচিত- খোঙ্না বৃশ্চিককরণ শাগনি, খুৎনা স্বস্তিক ওইগনি, মথংদা মত্থু রেচিত তারক্কনি অমসুং 'বিপ্রকীর্ণভঙ্গী' দা লেপকনি।

১০৯। বাহুশীর্ষাঞ্চিতৌ হস্তৌ পাদঃ পৃষ্ঠাঞ্চিতস্তথা।
দূরসন্নতপৃষ্ঠং চ বৃশ্চিকং তৎ প্রকীর্তিতম্॥

অর্থ। বৃশ্চিক কুঞ্চিতহস্ত অনিনা লেংজম্ম শোক্কনি, খোঙ্ নামনা কুঞ্চিতগী মওঙদা তু ওন্থোক্কনা লৈগনি।

১১০। আলীঢ়ং স্থানকং যত্র করৌ বক্ষসি রেচিতৌ।
উর্ধ্বাধো বিপ্রকীর্ণৌ চ ব্যসিতং তদ্বিদুর্বুধাঃ॥

অর্থ। ব্যসিত—আলীঢ় স্থানদা লেপকনি, খুৎ অনিনা রেচিত শাগনি অমসুং মত্থু থবাক্তা থমগনি, মথংদনা বিপ্রকীর্ণ শাহনা থাংগৎকনি অমুকসু থাংথগনি।

১১১। হস্তৌতু স্বস্তিকৌ পার্শ্বে তথা পাদো নিকুট্টিতঃ।
যত্র তৎ করণং জ্ঞেয়ঃ বুধৈঃ পার্শ্বনিকুট্টকম্॥

অর্থ। পার্শ্বনিকুট্টক খুৎ অনিনা স্বস্তিক শাহনা নাকন্দা থমগনি, খোঙ্ অনিনা 'নিকুট্টিত' ওইগনি।

১১২। বৃশ্চিকং চরণং কৃত্বা পাদস্যাঙ্গুষ্ঠকেন তু।
ললাটে তিলকং কুর্যাল্ললাটতিলকং চ তৎ॥

অর্থ। ললাট তিলক—[১]বৃশ্চিক-করণ শারবা তুংদা (খোঙ্না ?) লাইপক্তা থৃৎপীনা চন্দন নমগনি।

১১৩। পৃষ্ঠতঃ কুঞ্চিতং কুর্যাদতিক্রান্তং সমন্ততঃ।
অক্ষিপ্তৌ চ করৌ কার্যৌ ক্রান্তকে করণে দ্বিজাঃ॥

অর্থ। ক্রান্তক—খোঙ্ নামনা কুঞ্চিত ওইনা নমগন্দা থমগনি, 'অতিক্রান্ত-চারী' ভৌগনি মথংদা খুৎ অনিনা মথাদা থাদগনি।

১১৪। আদ্যঃ পাদোঽঞ্চিতঃ কার্যঃ সব্যহস্তশ্চ কুঞ্চিতঃ।
উত্তানো বামপার্শ্বশ্চ তৎকুঞ্চিতমুদাহৃতম্॥

অর্থ। কুঞ্চিত—খোঙ্ নামনা 'অঞ্চিত' শাগনি অহুগা ওয়গী খৃৎনা খুবাক লোংথোক্লা হকচাং নাকন্দা থমগনি।

১১৫। প্রলম্বিতাভ্যাং বাহুভ্যাং যদ্ গাত্রেণানতেন চ
অভ্যন্তরাপবিদ্ধঃ স্যাৎ তজ্জ্ঞেয়ং চক্রমণ্ডলম্॥

অর্থ। চক্রমণ্ডল—হকচাং নাকল অনিদা চুমদ্রৌং অহুম থাদ-রকপা কুঞ্চিত হস্ত ওইবা পাম্বোম অনিগী কারক্তা লৈবা হকচাংগা লোয়ননা মমুং ওনশিল্লা 'অপবিদ্ধ[২]-চারী' শাহুনা নোম্থমিল্লগনি।

১১৬। স্বস্তিকাপসৃতৌ পাদাবপবিদ্ধক্রমৌ যদা।
উরোমণ্ডলিকৌ হস্ত উরোমণ্ডলকং তু তৎ॥

---

১। ডাঃ মনোমোহন ঘোষনদি নং ১১১ শ্লোকতা অহুম্না ইরি—........... a mark (tilaka) in the forehead to be made with a great toe. মসি ওইথোক্তবমক নক্ৰবহ মায়মক লুবা ওইবনা খৃৎকী খুবীদা লোবা ওইব-বাজে, চৎনবহ ওইবনা।

২। অভিনবগুপ্তনা মসিবু 'অড্ডিতা' হায়না লৌই।

অর্থ। **উরোমণ্ডল**—খোঙ্ অনিমক স্বস্তিক-কী মওঙ্‌দা লৈরম্বদগী চিংশিন্দুনা 'অপবিদ্ধ-চারী' তাহনগনি অদুগা খুৎ অনিমক্তা 'উরোমণ্ডল-ভঙ্গী' শাগনি।

**১১৭। আক্ষিপ্তহস্তপাদং চ ক্রিয়তে যত্র বেগতঃ।**
**আক্ষিপ্তং করণং নাম তদ্বিজ্ঞেয়ং দ্বিজর্ষভাঃ॥**

অর্থ। **আক্ষিপ্ত**—মসিগী করণ অসিদদি খোঙ্-খুৎ অনিমক থুনা-থুনা হাইদোক্কনি অমদি কাওথোক্কনি।

**১১৮। উর্ধ্বাঙ্গুলিতলঃ পাদঃ পার্শ্বেণোর্ধ্বং প্রসারিতঃ।**
**প্রকুর্যাদঞ্চিততলৌ হস্তৌ তলবিলাসিতে॥**

অর্থ। **তলবিলাসিত**—খোঙ্বী-খোঙ্দোল অনিমক থেক্কৎলগা নাকল অমদা রাংনা থাংগৎকনি অদুগা খুৎনা খুবাক অনিমক উমশি-ন্নগনি।

**১১৯। পৃষ্ঠতঃ প্রসৃতঃ পাদো দ্বৌ তালাবর্ধমেব চ।**
**তস্যৈবানুগতো হস্তঃ পুরতস্ত্বর্গলং তু তৎ॥**

অর্থ। **অর্গল**—খোঙ্ অনিমক তুংলোমদা ঈস্নোকথিগনি, তাল[১] ২½ লাপ্পগনি, খুৎ অনিনা খোঙ্গী মতুং ইনগনি।

**১২০। বিক্ষিপ্তং হস্তপাদং তু পৃষ্ঠতঃ পার্শ্বতোঽথবা।**
**একমার্গগতং যত্র তদ্বিক্ষিপ্তমুদাহৃতম্॥**

অর্থ। **বিক্ষিপ্ত**—খোঙ্সু খুৎসু চপমান্নবা মওঙ্ অমত্তদা তুংদা অমসুং নাকন্দা চৎমিন্নগনি (ঈস্নোক্কনি)।

**১২১। প্রসার্য কুঞ্চিতং পাদং পুনরাবর্তয়েদ্ দ্রুতম্।**
**প্রয়োগবশগৌ হস্তৌ তদাবৃত্তমুদাহৃতম্॥**

---

১। তাল—খুৎুপ মথায় অম

অর্থ। আবর্ত—কুঞ্চিত মওঙ্‌দা খোঙ্‌ অনিমক মাঙ্‌দা পুথোক্‌নি অত্থুগা জগোইগা চাননা খূৎ অনিমকস্থু থুনা-থুনা চৎকনি ( খূৎহাই থুগনি )।

১২২। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য পার্শ্বাৎ পার্শ্বং তু দোলয়েৎ।
প্রয়োগবশগৌ হস্তৌ দোলাপাদং প্রকীর্তিতম্‌॥

অর্থ। দোলাপাদ—খোঙ্‌ অনিমক কুঞ্চিত ওইনা থক্তা হাইগৎকনি অত্থুগা খূৎ অনিমক্তা জগোইগা মতিক চাননা নাকল অমদগী নাকল অমদা হাইগনি।

১২৩। আক্ষিপ্তং হস্তপাদং চ ত্রিকং চৈব বিবর্তিতম্‌।
রেচিতৌ চ তথা হস্তৌ বিবৃত্তে করণে দ্বিজাঃ॥

অর্থ। বিবৃত্ত—খোঙ্‌স্থু খূৎস্থু অহানবদা হাইদোক্লগনি, ত্রিক ( নীংগোং ) কোয়না লৈগনি ( turned round ) অত্থুগা খূৎ অনিনা রেচিত হস্ত শাগনি।

১২৪। সূচীবিদ্ধং বিধায়ার্থ ত্রিকং তু বিনিবর্তয়েৎ।
করৌ তু রেচিতৌ কার্যৌ বিনিবৃত্তে দ্বিজোত্তমাঃ॥

অর্থ। বিনিবৃত্ত—খোঙ্‌না সূচী-চারী শাগনি, ত্রিক ( নীংগোং ) লৈথোক্‌নি ( turning ) খূৎ অনিনা রেচিত-হস্ত ওইগনি।

১২৫। পার্শ্বক্রান্তক্রমং কৃত্বা পুরস্তাদথ পাতয়েৎ।
প্রয়োগবশগৌ হস্তৌ পার্শ্বক্রান্তমুদাহৃতম্‌॥

অর্থ। পার্শ্বক্রান্ত - খোঙ্‌না 'পার্শ্বক্রান্ত-চারী' শাগনি, খূৎ অনিনা মাঙ্‌দা হাইদোক্লগা জগোইগা চানবা মওঙ্‌দা লেঙ্‌বা-ওৎপা তৌগনি।

১২৬। পৃষ্ঠতঃ কুঞ্চিতৌ পাদৌ বক্ষশ্চৈব সমুন্নতম্‌।
তিলকে চ করঃ স্থাপ্যস্তন্নিশুম্ভিতমুচ্যতে॥

অর্থ। নিশুম্ভিত—খোঙ্ নামনা তুংলোমদা কুঞ্চিতগী মওঙ্ তৌদুনা কোম্না লৈগনি, থা লোংগনি, খুৎনা লাইপক ময়ায় শোক্কনি।

১২৭। পৃষ্ঠতো বলিতং পাদং শিরোঘৃষ্টং প্রসারয়েৎ।
হস্তৌ চ মণ্ডলাবিদ্ধৌ বিদ্যুদ্‌ভ্রান্তং তদুচ্যতে॥

অর্থ। [1]বিদ্যুদ্‌ভ্রান্ত—খোঙ্ নামনা তুংদা লৈদুনা পুগনি, খুৎ অনিনা '[2]মণ্ডলাবিদ্ধ' হস্তগী মওঙ্ শাদুনা য়াম্না নক্কনা কোক ময়াদা তিংথোক্কনি।

১২৮। অতিক্রান্তক্রমং কৃত্বা পুরস্তাৎ সংপ্রসারয়েৎ।
প্রয়োগবশগৌ হস্তৌ অতিক্রান্তে প্রকীর্তিতৌ॥

অর্থ। অতিক্রান্ত—অতিক্রান্ত চারী শারগা খুৎ অনিনা চানবা জগোই শাদুনা মাঙ্‌দা তিংথোক্কনি।

১২৯। আক্ষিপ্তং হস্তপাদং চ ত্রিকং চৈব বিবর্তিতম্।
পুনশ্চ রেচয়েদ্ধস্তং বিবর্তিতকমেব তৎ॥

অর্থ। বিবর্তিতক—খোঙ্‌সু খুৎসু মাঙ্‌দা হাইদোক্কনি, ত্রিক (নীংগোং) কোয়না লৈগনি অদুগা খুৎ অনিমক্না রেচিত-হস্ত ওইগনি।

১৩০। কর্ণেঽবস্থিতঃ করো বামো লতাহস্তশ্চ দক্ষিণঃ।
দোলাপাদস্তদা চৈব গজক্রীড়িতকে ভবেৎ॥

অর্থ। গজক্রীড়িত—ওয়গী খুৎনা কুঞ্চিতহস্তদা ওয়গী নাকোঙ্ নাকচি য়ৌনা পুখৎলক্কনি, য়েৎকী খুৎনা লতা-হস্ত শাগনি অদুগা খোঙ্ অনিনা 'দোলাপাদ-চারী' তৌগনি।

১৩১। দ্রুতমুৎক্ষিপ্য চরণং পুরস্তাদথ পাতয়েৎ।
তলসংস্ফোটিতৌ হস্তৌ তলসংস্ফোটিতে স্মৃতৌ॥

---

১। মসিগী অর্থ লৌবদা অমত্তা মাল্লদবগুম তৌনৈ।
২। মণ্ডলাবিদ্ধ—নাট্যশাস্ত্রদা মসিগী লক্ষণ তাকপা লৈতে.

—মনোমোহন ঘোষ

অর্থ। তলসংস্ফোটিত—খোঙ্ নামনা মথক্তা ফিংনা থাংগৎ-লগা মাঙ্দা ঈস্থোক্কনি ( হাইদোক্কনি ), খুৎ অনিনা [১]'তলসংস্ফোটিত-হস্ত' শাগনি।

১৩২। পৃষ্ঠপ্রসারিতঃ পাদঃ লতারেচিতকৌ করৌ।
সমুন্নতমুরশ্চৈব গরুড়প্লুতকে ভবেৎ॥

অর্থ। গরুড়প্লুতক—খোঙ্ অনিমক তুংলোমদা ঈনথোক্কনি, য়েৎ অমস্থুং ওয়গী খুৎনা মথংশিংনা লতা অমস্থুং রেচিত হস্ত শাগনি, থা লোংগনি।

১৩৩। সূচীপাদোন্নতং পার্শ্বং একো বক্ষঃ স্থিতঃ করঃ।
দ্বিতীয়শ্চাঞ্চিতো গণ্ডে গণ্ডসূচি তদুচ্যতে॥

অর্থ। গণ্ডসূচী—খোঙ্ অনিনা স্থচী ওইগনি, হকচাং নাকম্না 'উন্নত' ওইগনি, খৎ নামনা থবাক্তা থমগনি অমনা কোনশিল্লকুনা চায়রুং শোক্কনি।

১৩৪। উধ্বাবেষ্টিতৌ হস্তৌ সূচীপাদো বিবর্তিতঃ।
পরিবৃত্তত্রিকশ্চৈব পরিবৃত্তং তদুচ্যতে॥

অর্থ। পরিবৃত্ত—খুৎ অনিমক 'অববেষ্টিত হস্ত' না মথক্তা থাংগৎ-কনি, খোঙ্ অনিনা স্থচী শাত্নুনা লৈরগা য়াঙ্লেন শক্ক মথা ( ত্রিক ) না কোয়না লৈগনি।

১৩৫। একঃ সমস্থিতঃ পাদ উরুপার্শ্বে স্থিতোঽপরঃ।
মুষ্টিহস্তশ্চ বক্ষঃ স্থঃ পার্শ্বজানু তদুচ্যতে॥

অর্থ। পার্শ্বজানু—খোঙ্ নামনা 'সম' দা লৈগনি, অতোপ্পা ফৈগননা মথক্তা থাংগৎকনি, খুৎ নামনা 'মুষ্টি' হস্ত শাত্নুনা থবাক্তা থমগনি।

---

১। মসিগী মরম নাট্য শাস্ত্রদা তাকপা থেংনদে। —মনোঃ ঘোষ

১০৬। পৃষ্ঠপ্রসারিতঃ পাদঃ কিঞ্চিদঞ্চিতজানুকঃ।
যত্র প্রসারিতৌ বাহূ তৎস্যাৎ গৃধ্রাবলীনকম্ ॥

অর্থ। গৃধ্রাবলীনক—খোঙ্ মামনা তুংদা ঈপ্লোকনি, অতোপ্পা খৃকউ অমনা হাইফেং কোনগনি অহুগা পাম্বোম অনি তিংথোকনি। (হাইদোকনি)

১৩৭। উৎপত্য চরণৌ কার্যাবগ্রতঃ স্বস্তিকস্থিতৌ।
সন্নতৌ চ তথা হস্তৌ সন্নতং তদুদাহৃতম্ ॥

অর্থ। সন্নত[১]—চোংলবা তুংদা খোঙ্ অনিনা স্বস্তিক শাহুনা মাঙ্দা ঈনথোকনি, খৃৎ অনিনা [১]সন্নত হস্তদা লৈগনি।

১৩৮। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য কুর্যাদগ্রস্থিতং ভুবি।
প্রয়োগবশগৌ হস্তৌ তৎসূচী পরিকীর্তিতম্ ॥

অর্থ। সূচী—কুঞ্চিত ওইবা খোঙ্ নামনা মথক্তা হাইগৎকনি অহুগা মাঙ্দা লৈতাগনি, খৃৎ অনিনা ফিবম অসিগী চা নবা জগোই শাগনি।

১৩৯ অলপদ্মঃ শিরোদেশে সূচীপাদশ্চদক্ষিণঃ
যত্র তৎ করণং জ্ঞেয়মর্ধসূচীতি নামতঃ ॥

অর্থ। অর্ধসূচী—অলপদ্ম হস্তনা কোক শোকনি, য়েৎকী খোঙ্না সূচীদা লৈগনি।

১৪০। পাদসূচ্যা যদাপাদো দ্বিতীয়স্তুপ্রপীড়্যতে।
কটিবক্ষঃ স্থিতৌ হস্তৌ সূচীবিদ্ধং তদুচ্যতে ॥

অর্থ। সূচীবিদ্ধ—সূচী-চারীগী খোঙ্ নামনা অতোপ্পা খোঙ্গী খৃমিত্তা থমগনি, খৃৎ অনিনা মথংশীংনা খ্বাঙ্ অমসুং থবাক্তা থমগনি।

---

১। সন্নত—দোলাহস্ত (অভিনবগুপ্ত)

১৪১। কৃত্বোরুবলিতং পাদমপক্রান্তক্রমং ন্যসেৎ।
প্রয়োগবশগৌ হস্তাবপক্রান্তং তদুচ্যতে॥

অর্থ। অপক্রান্ত– খোঙ্‌না 'বলিতোরু' গী মথংদা 'অপক্রান্ত চারী' শাগনি, খুৎ অনিনা মতুগা চানবা মওঙ্‌দা জগোই শাগনি।

১৪২। বৃশ্চিকং করণং কৃত্বা রেচিতৌ চ তথাকরৌ।
তথা ত্রিকং বিবৃত্তং চ ময়ূরললিতং ভবেৎ॥

অর্থ। ময়ূরললিত—'বৃশ্চিক-চারী' গী মথংদা খুৎ অনিনা 'রেচিত হস্ত' শাগনি অদুগা মাঙ্‌লেন শক্ক মথা। ( ত্রিক—নীংগোং ) কোয়না লৈগনি।

১৪৩। অঞ্চিতাপস্থতো পাদৌ শিরশ্চ পরিবাহিতম্।
রেচিতৌ চ করৌ যত্র তৎ সর্পিতমুদাহৃতম্॥

অর্থ। সর্পিত—খোঙ্‌ অনিমক 'অঞ্চিত' ওইরবা থাদোরুগনি, কাক্কা 'পরিবাহিত ভঙ্গী' দা লৈগনি, খুৎনা 'রেচিত হস্ত' শাগনি।

১৪৪। নূপুরং চরণং কৃত্বা দণ্ডপাদং প্রসারয়েৎ।
ক্ষিপ্রবিদ্ধং করং চৈব দণ্ডপাদং তদুচ্যতে॥

অর্থ। দণ্ডপাদ—নূপুরচারীগী মথংদা দণ্ডপাদ চারী লাকনি অদুগা খুৎনা থুনমক 'আবিদ্ধ হস্ত' উৎকনি।

১৪৫। অতিক্রান্তং ক্রমং কৃত্বা সমুৎপ্লুত্য নিবর্তয়েৎ।
জঙ্ঘাঞ্চিতোপরিক্ষিপ্তা তদ্বিদ্যাদ্ধরিণপ্লুতম্॥

অর্থ। হরিণপ্লুত—অতিক্রান্ত চারী শাদুনা চোংলগা লেপকনি অমসুং মথংদা খুবোম নামা কোনশিন্দুনা থাংগৎকনি।

১৪৬। দোলাপাদক্রমং কৃত্বা সমুৎপ্লুত্য নিপাতয়েৎ।
পরিবৃত্তংত্রিকং চ তৎ প্রেঙ্খোলিতকমুচ্যতে॥

অর্থ। প্রেংখোলিতক – দোলাপাদ চারীগী তুংদা চোংগনি অহুগা ভ্রমরী চারীগী মওঙ্দা নীংজোন লৈরুরগা লেপকনি ( পোত্থা গনি )।

১৪৭। ভুজাবূর্ধ্ববিনিষ্ক্রান্তৌ হস্তৌ চাভিমুখাঙ্গুলী।
বদ্ধাচারী তথা চৈব নিতম্বে করণে ভবেৎ ॥

অর্থ। নিতম্ব—পাম্বোম অনি হাম্না মথক্তা থাংগৎকনি, খুৎচানা মথক ওনখৎকনি অহুগা বদ্ধাচারীগী মওঙ্ তৌগনি।

১৪৮। দোলপাদক্রমং কৃত্বা হস্তৌ তদনুগাবুভৌ।
রেচিতৌ ঘূর্ণিতৌ বাপি স্খলিতং করণং ভবেৎ ॥

অর্থ। স্খলিত—দোলাপাদ চারীগী তুংদা রেচিত হস্ত অনিনা মহুগা চাননা লৈমিন্নগনি ( turning round )

১৪৯। বামো বক্ষঃ স্থিতো হস্তঃ প্রোদ্বেষ্টিততলোঽপরঃ।
অঞ্চিতশ্চরণশ্চৈব প্রযোজ্যঃ করিহস্তকে ॥

অর্থ। করিহস্ত ওয়গী খুৎনা থবাক্তা থমগনি, অতোপ্পা খৎকী খবাক্তা 'প্রোদ্বেষ্টিততল' শাগনি অহুগা খোঙ্ অনিনা 'অঞ্চিত' ওইগনি।

১৫০। একস্তু রেচিতো হস্তো লতাখ্যশ্চ তথাপরঃ।
সংসর্পিততলৌ পাদৌ প্রসর্পিতমেব তৎ ॥

অর্থ। প্রসর্পিতক—খুৎ নামনা 'রেচিত', অতোপ্পা অমনা 'লতাহস্ত' শারগা খোঙ্ অনিনা 'সংসর্পিততল' দা লৈগনি।

১৫১। অলাতকং পুরঃ কৃত্বা দ্বিতীয়শ্চ দ্রুতক্রমম্।
হস্তৌ পাদানুগৌ চাপি সিংহবিক্রীড়িতে স্মৃতৌ ॥

অর্থ। সিংহবিক্রীড়িত—'অলাত' চারী শারগা থুনা ফিংন চৎকনি অমসুং খুৎ অনিনা খোঙ্গী মতুং ইনগনি।

১৫২। পৃষ্ঠপ্রসর্পিতঃ পাদঃ কুঞ্চিতাবর্তিতৌ করৌ।
পুরস্তথৈব কর্তব্যৌ সিংহাকর্ষিতকে দ্বিজাঃ॥

অর্থ। সিংহাকর্ষিত—খোঙ্ নামনা তুংদা তিংথোকনি, খুৎ অনিনা কোন্তক তৌনা মাঙ্দা লৈরগা অমুক কোনশিন্নগনি।

১৫৩। আক্ষিপ্তহস্তমাক্ষিপ্তপাদমাক্ষিপ্ত দেহকম্।
উদ্বৃত্তগাত্রমিত্যেতদুদ্বৃত্তং করণং স্মৃতম্॥

অর্থ। উদ্বৃত্ত—খোঙ্-খুৎ অমদি হকচাং অপুম্বা চোংথৎলগা উদ্বৃত্তা চারী শাগনি।

১৫৪। আক্ষিপ্তশ্চরণঃ কার্যো হস্তৌ তস্যৈব চানুগৌ।
আনতং চ তথা গাত্রং তথোপস্থতকং স্মৃতম্॥

অর্থ। উপস্থতক— আক্ষিপ্তা চারী' দা মতুংগা চানবা মওঙ্গী হস্তক তৌগনি।

১৫৫। দোলাপাদক্রমং কৃত্বা তলসংঘট্টিতৌ করৌ
রেচয়েচ্চ করং বামং তলসংঘট্টিতে তথা॥

অর্থ। তলসংঘট্টিত—'দোলাপাদ চারী' শারগা খুৎ অনিনা থূবাক্তা-থূবাক্তা তক্নগনি, ওয়গী খুৎনা 'রেচিত হস্ত' ওইগনি।

১৫৬। একো বক্ষঃ স্থিতো হস্তো দ্বিতীয়শ্চ প্রলম্বিতঃ।
লতাগ্রসংস্থিতঃ পাদো জনিতে করণে ভবেৎ॥

অর্থ। জনিত—খুৎ নামা থবাক্তা থমগনি, অতোপ্পা অমনা শাংনা হীকথনা থাদতুনা লৈগনি অতুংগা [1]'তলাগ্রসংস্থিতা' চারীগী ফিবম তৌগনি।

১৫৭। জনিতং করণং কৃত্বা হস্তৌ চাভিমুখাঙ্গুলী।
শনৈর্নিপাতিতৌ চৈব জ্ঞেয়ং তদবহিত্থকম্॥

১। জনিতাচারী ( অভিনবগুপ্ত )

অর্থ। অবহিত্থক—'জনিত করণ' গী খূৎচা তিংথোক্লা খূৎ অনিমক মথক্তা পুখৎকনি অতুগা মথৎদা মতু তপ্না-তপ্না তাম্বরকনি।

১৫৮। করৌ বক্ষঃ স্থিতৌ কার্যাবুরো নির্ভুগ্নমেব চ।
মণ্ডলং স্থানকং চৈব নিবেশং করণং তু তৎ॥

অর্থ। নিবেশ—খূৎ অনিমক 'নির্ভুগ্ন' ওইবা থবাক্তা থমগনি অতুগা জগোই শাবা অতুনা 'মণ্ডল স্থান' ফিরেপ্তা লৈগনি।

৫৯। তলসঞ্চরপাদাভ্যামুৎপ্লুত্য পতনং তু যৎ।
সন্নতং বলিতং গাত্রমেলকাক্রীড়িতং তু তৎ॥

অর্থ। এলকাক্রীড়িত—'তলসঞ্চর[1]' ওইবা খোঙ্‌ফমনা চোংলবা তুংদা লৈমায়দা নোম্থতুনা হকচাং পূম্নমক লৈথোকনি।

১৬০। করম্নাবৃত্তকরণমূরুপৃষ্ঠেহঞ্চিতং ন্যসেৎ।
জঙ্ঘাঞ্চিতা তথোদ্বৃত্তা তদূরূদ্বৃত্তমুচ্যতে॥

অর্থ। উরূদ্বৃত্ত—খূৎ নামনা '[2]আবৃত্ত' হস্ত ওইগনি অতুগা মথুংদা কোনশিল্লগা ফৈগন্দা থমগনি, খুবোমনা অঞ্চিত অমসুং উদ্বৃত্তগী মওঙ্‌দা লৈগনি।

১৬১। করৌ প্রলম্বিতৌ কার্যৌ শিরশ্চ পরিবাহিতম্
পাদৌ চ বলিতাবিদ্ধৌ মদস্খলিতকে দ্বিজাঃ॥

অর্থ। মদস্খলিতক—খূৎ অনিমক শাংনা থাদগনি, কোক্লা 'পরিবাহিত ভঙ্গী' দা লৈগনি, য়েৎ-ওয়গী খোঙ্‌না 'আবিদ্ধা চারী' শারগা কোয়না লৈগনি।

১৬২। পুরঃ প্রসারিতঃ পাদঃ কুঞ্চিতো গমনোন্মুখঃ।
করৌ চ রেচিতৌ যত্র বিষ্ণুক্রান্তং তদুচ্যতে॥

---

১। মসিবু 'অগ্রতল সঞ্চর' সু হায়। তাংকক ১০ শ্লোক ৪৬ য়েংউ
২। আবৃত্ত=ব্যাবর্ত্তিত (মনোঃ ঘোষ)

অর্থ। বিষ্ণুক্রান্ত—চৎপগী মওঙ্‌দা মাঙ্‌দা খোঙ্‌ নামা থারগা কোম্থগনি, খূৎ অনিনা 'রেচিত হস্ত' শাগনি।

১৬৩। করমাবর্তিতং কৃত্বা উরুপৃষ্ঠেনিকুঞ্চয়েৎ।
উরুশ্চৈব তদা বিদ্ধঃ সম্ভ্রান্তং করণং তু তৎ॥

অর্থ। সম্ভ্রান্ত—আবর্তিতগী মওঙ্‌ শাবা খৎ নামনা 'আবিদ্ধ' ওইবা ফৈগন্দা থমগনি।

১৬৪। অপবিদ্ধঃ করঃ সূচ্যা পাদশ্চৈব নিকুট্টিতঃ।
বক্ষস্থশ্চ করো বামো বিদ্ধস্তে করণে ভবেৎ॥

অর্থ। বিদ্ধস্ত—খূৎ নামনা 'অপবিদ্ধ হস্ত', সূচী চারী লোযনবা খোঙ্‌না নিকুট্টিত অমসুং এফগী খূৎনা থবাক্তা থমগনি

১৬৫ পাদাবুদ্‌ঘট্টিতৌ কার্যৌ তলসংঘট্টিতৌ করৌ
নিতম্বপার্শ্বে কর্তব্যৌ বধৈরুদ্‌ঘট্টিতে সদা॥

অর্থ। উদঘট্ট—খোঙ্‌ অনিনা 'উদ্‌ঘট্টিত' গী খোঙ্‌চত্তা লৈবগা খূৎ অনিনা 'তলসংঘট্টিত' গী মওঙ্‌ শাবগা হকচাং নাবন অনিমক্তা থাদনগনি।

১৬৬। প্রযুজ্যালাতকং পাদং হস্তৌদ্বাবপি রেচিতৌ।
কুঞ্চিতাবঞ্চিতৌ চৈব বৃষভক্রীড়িতে স্মৃতৌ॥

অর্থ। বৃষক্রীড়িত—'অলাত-চারী'গী তুংদা খূৎ অনিনা রেচিত হস্ত শাগনি অমসুং মথং তাবদনা মখোয় অদু 'কুঞ্চিত' অমসুং 'অঞ্চিত' ওইগনি।

১৬৭। রেচিতাবঞ্চিতৌ হস্তৌ লোলিতং বর্তিতং শিরঃ।
উভয়োঃ পার্শ্বয়োর্যত্র জ্ঞেয়ং লোলিতকং বুধৈঃ॥

অর্থ। লোলিত—খুৎ অনিমক হকচাং নাকন অনিদা লৈহ্ননা 'রেচিত' অমসুং 'অঞ্চিত'-হস্তগী মওঙ্ তৌগনি অতুগা কোকনা 'লোলিত' অমসুং 'বর্তিত' গী মওঙ্ লৌগনি।

১৬৮। স্থলিতাসর্পিতৌ পাদৌ তথা হস্তৌ চ রেচিতৌ।
পরিবাহিতং শিরশ্চৈব কুর্যান্নাগাপসর্পিতে॥

অর্থ। নাগাপসর্পিত—স্বস্তিক শাবা খোঙ্ অনি তুংদা থাং-দোক্লগনি, কোক্লা 'পরিবাহিত' গী মওঙ্ লৌরগা খুৎনা 'রেচিত হস্ত' গী মওঙ্দা শাগনি।

১৬৯। নিষণ্ণাঙ্গস্তু চরণং প্রসার্য তলসঞ্চরম্।
উদ্বাহিতমুরঃ কৃত্বা শকটাস্যং প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। শকটাস্য—থবক তৌদনা লৈরম্বা হকচাংনা অহানবা হৌরগা 'তলসঞ্চর'[১] গী খোঙ্ফম্না মাঙ্দা চঙ্শিনগনি অমসুং থবাক্লা 'উদ্বাহিত' ওইহনগনি।

১৭০। ঊর্ধ্বাঙ্গুলিতলৌ পাদৌ ত্রিপতাকাবধোমুখৌ
হস্তৌ শিরঃ সন্নতং চ গঙ্গাবতরণং চ তৎ॥

অর্থ। গঙ্গাবতরণ-খোঙ্দোল অমসুং খোঙ্খা (খুয়া) অনিমক মথক ওনখৎকনি, ত্রিপতাক শাবা খুৎকী খুৎচানা মখা ঙম্বগনি, কোক্কী ফিবমনা 'সন্নত' ওইগনি।

---

১। শ্লোক ১৫৬ কী foot note য়েংউ

## অঙ্গহার

১৭১। অষ্টোত্তরশতং হ্যেতৎ করণানাং ময়োদিতম্।
অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি হ্যঙ্গহারবিকল্পনম্॥

অর্থ। অশুম্না করণ ১০৮ গী রারম হায়জববসিনি মথং তাবদা হন্দক্লা 'অঙ্গহার' গী মরম অমুক হায়জগে।

১৭২ ১৭৪।

প্রসার্যোৎক্ষিপ্য চ করৌ সমপাদং প্রযোজয়েৎ।
ব্যংসিতাপসৃতং সব্যমূর্ধ্বং হস্তং প্রসারয়েৎ॥
প্রত্যালীঢ়ং ততঃ কৃত্বা তথৈব চ নিকুট্টকম্।
উদ্বৃত্তং ততঃ কুর্যাৎ আক্ষিপ্তং স্বস্তিকং ততঃ॥
নিতম্বং করিহস্তশ্চ কটিশ্ছিন্নং তথৈব চ।
স্থিরহস্তো ভবেদেষ ত্বঙ্গহারো হরপ্রিয়ঃ॥

অর্থ। স্থিরহস্ত—পাখোম অনি তিংখোকপা অমসুং মথক্তা লংখৎপা, খোঙ্ মপা মান্নবা লেপ্পা ফিরেপ (সমপাদ), ওয়গী খৃৎনা লেংজম মপাদগী হৌনা মথক্তা তিংখকৎনি, মথংদা অমুক প্রত্যালীঢ় স্থান (ফিরেপ মথল অমা) দা লেপকনি, মথংদা মথং-মথং ওইনা তারক্কনি নিকুট্টিত, উদ্বৃত্ত, আক্ষিপ্ত, স্বস্তিক, নিতম্ব, করিহস্ত, কটিচ্ছিন্ন—। অসিগুম্বা অঙ্গহার মথল অসিবু শিবনা য়াম্না পাম্মী।

১৭৫-১৭৬। তলপুষ্পাপবিদ্ধে চ বর্তিতং সংপ্রসারয়েৎ।
প্রত্যালীঢ়ং ততঃ কৃত্বা তথৈব চ নিকুট্টকম্॥
উদ্বৃত্তং তথাক্ষিপ্তমুরোমণ্ডলমেব চ।
নিতম্বং করিহস্তং চ কটিচ্ছিন্নং তথৈব চ॥

অর্থ। পর্যস্তক—মসিদা তৌগদবদি তলপুষ্পপুট অপবিদ্ধ, বর্তিতকরণ, মথংদনা প্রত্যালীঢ়স্থান, মথংদা নিকুট্টক উদ্বৃত্ত, আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল, নিতম্ব, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন[1]।

---

১। করণ অতৈম্ব শাবগী রা এমঃ খোমনা হায়রি

১৭৭-১৭৮।

এষ পর্যন্তকো নাম ত্বঙ্গহারো হরোদ্ভবঃ।
অলপল্লবসূচীং চ কৃত্বা বিক্ষিপ্তমেব চ ॥
আবর্তিতঃ তত. কুর্যাৎ চ নিকুট্টকম্।
উরূদ্বৃত্তং তথাক্ষিপ্তমুরোমণ্ডলকং তথা ॥

অর্থ। সূচীবিদ্ধ—অলপল্লব অমসুং সূচী (অলপদ্ম অমসুং সূচীমুখ-হস্ত) শারগা মথং-মথং তারক্কনি—বিক্ষিপ্ত, আবর্তিত, নিকুট্টক, উরূদ্বৃত্ত, আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল, [২]করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন।

১৭৯ ১৮১ (ক)।

করিহস্তং কটিচ্ছিন্নং সূচীবিদ্ধো ভবেদয়ম্।
অপবিদ্ধং তু করণং সূচীবিদ্ধং পুনর্ভবেৎ ॥
উদ্বেষ্টিতেন হস্তেন ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ।
উরোমণ্ডলকৌ হস্তৌ কটিচ্ছিন্নং তথৈব চ ॥
অপবিদ্ধাঙ্গহারস্তু বিজ্ঞেয়ঃ ৎপ্রয়োক্তৃভিঃ।

অর্থ। অপবিদ্ধ মসিদা তৌগদবদি, অপবিদ্ধ অমসুং সূচীবিদ্ধ করণ খুৎ অনিনা মথংদা উদ্বেষ্টিত (খুৎথেক) শাগনি, নীংজোন লৈথোক্কনি (turning), খুৎ অনিমক্না 'উরোমণ্ডল' ভঙ্গী শারগা মথংদনা 'কটিচ্ছিন্ন' ত.গনি।

১৮১ (খ)-১৮৩ (ক)।

করণং নূপুরং কৃত্বা বিক্ষিপ্তালাতকে পুনঃ ॥
পুনরাক্ষিপ্তকং কুর্যাদুরোমণ্ডলকং তথা।
নিতম্বং করিহস্তশ্চ কটিচ্ছিন্নং তথৈব চ ॥
আক্ষিপ্তকস্তু বিজ্ঞেয়োহঙ্গহারঃ প্রয়োক্তৃভিঃ।

---

২। করণ অনি অসি মথংগী শ্লোকশী লৈখৎপনি, মথাগী শ্লোক য়েংউ

অর্থ। আক্ষিপ্তক—নূপুর, বিক্ষিপ্ত, অলাতক, আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল, নিতম্ব, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন—মখোয় অসি মথং-মথং তৌগনি।

১৮৩ (খ)-১৮৫ (ক)।

উদ্বেষ্টিতাপবিদ্ধস্তু করঃ পাদো নিকুট্টিতঃ॥
পুনস্তেনৈব যোগেন বামপার্শ্বে ভবেদথ।
উরোমণ্ডলকৌ হস্তৌ নিতম্বং করিহস্তকঃ॥
কর্তব্যঃ স কটিচ্ছেদো নৃত্তে তুদ্‌ঘট্টিতে বুধৈঃ।

অর্থ। উদ্‌ঘট্টিত--উদ্বেষ্টিত অমসুং অপবিদ্ধ খুৎ অনি মথক্তা খংথাং থাংগৎকনি, খোঙ্‌ অনিনা নিকুট্টিতদা লৈরম্বদগী মথং তাবদা 'উরোমণ্ডল ভঙ্গী' শাগনি অদুগা মথং-মথং ওইনা নিতম্ব, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন করণ তৌগনি।

১৮৫ (খ)-১৮৮ (ক)।

পর্যায়োদ্বেষ্টিতো হস্তৌ পাদৌ চৈব নিকুট্টিতৌ॥
কুঞ্চিতাবঞ্চিতৌ চ উরূদ্বৃত্তং তথৈব চ।
চতুরস্রং করং কৃত্বা পাদেন চ নিকুট্টকম্॥
ভুজঙ্গত্রাসকং চৈব করং চোদ্বেষ্টিতং পুনঃ।
পরিচ্ছিন্নং চ কর্তব্যং ত্রিকং ভ্রমরকেণতু॥
করিহস্তং কটিচ্ছিন্নং বিষ্কম্ভঃ পরিকীর্তিতঃ।

অর্থ। বিষ্কম্ভ—অমগী মথংদা অমা ওইনা খুৎ অনিনা 'উদ্বেষ্টিত' শাগনি, খোঙ্‌ অনিমক্তা মথং-মথং নিকুট্টিত অমসুং কুঞ্চিত তৌগনি, মথংদনা উরূদ্বৃত্তকরণগী মতৌ তৌগনি, খুৎ অনিনা চতুরস্র, খোঙ্‌ অনিনা নিকুট্টক, মথংনা ভুজঙ্গত্রাসিত করণ, খুৎ অনিনা উদ্বেষ্টিত, নাংজোন লেঙ্‌হনা (ত্রিক) খ্বাঙ্‌না ছিন্ন অমসুং ভ্রমরক-করণ তৌরগা। (হকচাং লৈথোক্লগা) খুৎনা করিহস্ত শাবগা লোয়নননা কটিচ্ছিন্ন (খ্বাঙ্‌ থুম্বগুম্বা জগোই) তৌগনি।

১৮৮ (খ) ১৯১ (ক)।

দণ্ডপাদং করং চৈব বিক্ষিপ্যাক্ষিপ্য চৈব হি॥
ব্যংসিতং বামহস্তং চ সহ পাদেন সর্পয়েৎ।
চতুরস্রং করং কৃত্বা পাদেন চ নিকুট্টকম্॥
ভুজঙ্গত্রাসিতং চৈব করং চোদ্বেষ্টিতং পুনঃ।
নিকুট্টকদ্বয়ং কার্যমাক্ষিপ্তং মণ্ডলোরসা॥
করিহস্তঃ কটিচ্ছেদঃ কর্তব্যস্ত্বপরাজিতে।

অর্থ। অপরাজিত—খোঙ্না 'দণ্ডপাদ করণ' তৌগনি, খুৎ-থাইনা বিক্ষিপ্ত অমসুং আক্ষিপ্তগী মওঙ্নি, মথংদনা 'ব্যংসিত' করণ তৌগনি, ওয়গী খোঙ্গা ওযগী খুৎকা চংমিন্নগনি, মথংদা খুৎ অনিনা চতুরস্র অতুগা খোঙ্ অনিনা নিকুট্টক, ভুজঙ্গত্রাসিত করণ তৌগনি, খুৎ অনিনা উদ্বেষ্টিত শাগনি, মথং তাবদনা অমুক নিকুট্টক অনি, আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন করণ তৌগনি।

১৯১ (খ)-১৯৩ (ক)

কুট্টিতং করণে কৃত্বা ভুজঙ্গত্রাসিতং তথ ॥
রেচিতেন তু হস্তেন পতাকাহস্তমাদিশেৎ।
আক্ষিপ্তকং প্রযুঞ্জীত উরোমণ্ডলকং তথা॥
লতাখ্যং সকটিচ্ছেদং বিষ্কম্ভাপসৃতে ভবেৎ।

অর্থ। বিষ্কম্ভাপসৃত—কুট্টিত অমসুং ভুজঙ্গত্রাসিত করণ, রেচিত হস্তনা পতাকভঙ্গী, মথ দা আক্ষিপ্তক, উরোমণ্ডল, লতা অমসুং কটিচ্ছিন্ন-করণ মথং-মথং ওইনা লাক্কনি।

১৯৩ (খ)-১৯৬ ।

ত্রিকং তু বলিতং কৃত্বা নূপুরং চরণং তথা॥
ভুজঙ্গত্রাসিতং সব্যং চরণং চৈব রেচিতম্।
আক্ষিপ্তকং ততঃ কৃত্বা পরিচ্ছিন্নং তথৈব চ॥

বাহু ভ্রমরকং কুর্যাদুরোমণ্ডল মেব চ।
নিতম্বঃ করিহস্তং চ কটিচ্ছেদং তথৈব চ॥
মত্তা ক্রীড়ো ভবেদেষ অঙ্গহারো ভবপ্রিয়ঃ।
রেচিতং হস্তপাদং চ কৃত্বা বৃশ্চিকমেব চ।

অর্থ। মত্তাক্রীড়া—নীংজোন লৈদুনা ( turning ) নূপুর করণ তাহনবা য়েংকী খোঙ্না রেচিত করণ তৌবা, অদুগী তুংদনা মথং মনাউ নাইনা—আক্ষিপ্তক, ছিন্ন, বাহুভ্রমরক উরোমণ্ডল, নিতম্ব, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছেদ তৌগনি। মমিগী অঙ্গহার মথল অসিবু শিবনা য়াম্না পাম্মী

১৯৭-১৯৮ (ক)।

পুনস্তেনৈব যোগেন কৃত্বা বৃশ্চিকমেবতু।
নিকুট্টকং তথা চৈব সব্যাসব্যকৃতৈঃ ক্রমৈঃ॥
লতাখ্যঃ সকটিচ্ছেদো ভবেৎ স্বস্তিকরেচিতে।

অর্থ। স্বস্তিক-রেচিত—খোঙ্-খূৎ পূন্না রেচিত ওইগনি, মথংদা বৃশ্চিককরণ তাগনি, অসিগুম্বা শাজৎ অসি অমুকস্থ হনগনি ( খোঙ্স্থ খূৎস্থ পূন্না ), মথংদা লাক্কনি নিকুট্টক করণ, অমসুং য়েৎ-ওয়ং খূৎ অনিমক্কা লতাহস্তগী খূৎথেক ওন্না-ওন্না শাগনি, মথংদনা 'কটিচ্ছিন্ন' করণ শাগনি।

১৯৮ (খ)-২০১ (ক)।

পার্শ্বে তু স্বস্তিকং বধ্বা কার্যং ত্বর্ধনিকুট্টকম্॥
দ্বিতীয়স্য তু পার্শ্বস্য বিধিঃ স্যাদেব এব হি।
ততশ্চকরমাবৃত্য উরুপৃষ্ঠে নিপাতয়েৎ॥
উরুদ্বৃত্তং ততঃ কুর্যাদাক্ষিপ্তং পুনরেব চ।
নিতম্বং করিহস্তশ্চ কটিচ্ছেদং তথৈব চ॥
পার্শ্বস্বস্তিক ইত্যেষ হ্যঙ্গহারঃ প্রকীর্তিত.।

অর্থ। পার্শ্বস্বস্তিক – নাকল অমদা লৈছনা দিক্স্বস্তিক শাগনি, মথংদা অর্ধনিকুট্টক তাগনি, মসি নাকল অমরোমদস্থু অমুক হন্না তৌগনি, অদুগী তুংদা আবৃত্ত-হস্ত ( ব্যাবর্ত্তিত হস্ত ) না ফৈগন্দা থমগনি, মথংদা মথং-মনাউ নাইনা মথাগী করণশিং অসি তৌগনি মদুদি—উরুবৃত্ত, আক্ষিপ্ত, নিতম্ব, করিহস্ত অমস্যুং কটিচ্ছিন্ন করণ।

২০১ (খ)-২০৩ (ক)।

বৃশ্চিকং করণং কৃত্বা লতাখ্যাং হস্তমেব চ ॥
তমেব চ করং ভূয়ো নাসাগ্রে সন্নিবেশয়েৎ।
তমেবোদ্বেষ্টিতং কৃত্বা নিতম্বমথ বর্তয়েৎ ॥
করিহস্তং কটিচ্ছেদং বৃশ্চিকাপসৃতে ভবেৎ।

অর্থ। বৃশ্চিকাপসৃত—বৃশ্চিক-করণগী মতুংদা লতাহস্ত শারগা মহুমক ( খুৎ ) নাতোন মতোন্দা থমগনি। মথংদা মহুগী খুৎ অদুমক্কা উদ্বেষ্টিত শাদুনা পুথোরক্লগা মথং-মথং ওইনা নিতম্ব, করিহস্ত অমস্যুং কটিচ্ছিন্ন করণ শাগনি।

২০৩ (খ) ২০৫ (ক)।

কৃত্বা নূপুরপাদং তু তথাক্ষিপ্তকমেব চ ॥
কটিচ্ছিন্নং তু কর্তব্যং সূচীপাদং তথৈব চ।
নিতম্বং করিহস্তং চ উরোমণ্ডলকং তথা ॥
কটিচ্ছেদং ততশ্চৈব ভ্রমরঃ সতু সংজ্ঞিতঃ।

অর্থ। ভ্রমর—মসিগী জগোই মথং-মনাউদি নূপুরপাদ, আক্ষিপ্তক, কটিচ্ছিন্ন, সূচীবিদ্ধ, নিতম্ব, করিহস্ত, উরোমণ্ডল অমস্যুং কটিচ্ছিন্ন —মথোয় অসিনি।

২০৫ (খ)-২০৭ (ক)।

মতল্লিকরণং কৃত্বা করমাবৃত্য দক্ষিণম্ ॥
কপোলস্য প্রদেশে তু কর্তব্যং তু নিকুঞ্চিতম্।
অপবিদ্ধং তথা চৈব তলসংস্ফোটিতং তথা ॥
করিহস্তং কটিচ্ছেদং মত্তস্খলিতকে ভবেৎ :

অর্থ। মত্তস্খলিতক— মতল্লিকরণগী মথংদা য়েংকী খুং লৈথো-ক্লগা কোনশিল্লকুনা য়েংকী চায়রুং মনাক্তা পুশিল্লকনি, মথং তাবদনা অপবিদ্ধ, তলসংস্ফোটিত, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন করণশিং অসি মথং-মথং তারক্কনি।

২০৮ (খ)-২০৯ (ক)।

দোলৈঃ করৈঃ প্রচলিতৈঃ স্বস্তিকাপসৃতৈঃ পদৈঃ॥
অঞ্চিতৈর্বালিতৈর্হস্তৈস্তলসংঘট্টিতৈস্তথা।
নিকুট্টিতং চ কর্তব্যমূরূদ্বৃত্তং তথৈব চ॥
করিহস্তং কটিচ্ছিন্নং মদাদ্বিলসিতে ভবেৎ।

অর্থ। মদবিলসিত খুংনা দোলাহস্ত শারগা খোঙ্চংনা স্বস্তিকাপসৃত ওইগনি, খুং অনিনা অঞ্চিত অমসুং বলিতগী মওঙ্ শাগনি, মথংদনা মখাগী করণশিং অসি তাগনি মতুদি—তলসংঘট্টিত, নিকুট্টক, উরূদ্বৃত্ত, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন।

২০৯ (খ) ২১১ (ক)।

মণ্ডলস্থানকং কৃত্বা তথা হস্তৌ চ রেচিতৌ॥
উদ্ঘট্টিতেন পাদেন মতল্লিকরণং ভবেৎ।
আক্ষিপ্তং করণং চৈব উরোমণ্ডলকং তথা॥
কটিচ্ছেদং তথা চৈব ভবেত্তু গতি মণ্ডলে।

অর্থ। গতিমণ্ডল— মণ্ডলস্থানগী ফিরেপ লৌরবা তুংদা খুং অনিনা রেচিত অতুগা খোঙ্ অনিনা উদ্ঘট্টিত শারগা মথং মথং মখাগী করণশিং অসি তারক্কনি মতুদি মতল্লি. আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল অমসুং কটিচ্ছিন্ন।

২১১ (খ)-২১৩ (ক)।

সমপাদং প্রযুজ্যাথ পারিচ্ছিন্নস্ত্বনন্তরম্॥
আবদ্ধেন তু পাদেন বাহুভ্রমরকং তথা।
বামং সূচ্যা ত্বতিক্রান্তং ভুজঙ্গত্রাসিতং তথা॥
করিহস্তং কটিচ্ছিন্নং পরিচ্ছিন্নে বিধীয়তে।

অর্থ। পরিচ্ছিন্ন—সমপাদস্থান-ফিরেপ লৌরবা তুংদা 'পরিচ্ছিন্ন' করণ তৌগনি, মথংদনা আবিদ্ধগী খোঙ্‌চত্তা [1]ব্যহুভ্রমরী (উপলৈ-ওয়ওইননা লৈবা) তৌগনি অদুগা ওয়গী খোঙ্‌না সূচীকরণ তৌরগা মথাগী করণশিং অসি মথং মথং তাগনি মদুদি অতিক্রান্ত, ভুজঙ্গত্রাসিত, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন।

২১৩ (খ)-২১৭ (ক)।

শিরসস্তু,পরি স্থাপে।ৗ স্বস্তিকৌ বিচ্যুতৌ করৌ॥
ততঃ সব্যং কবংচাপি গাত্রমানম্য রেচয়েৎ
পুনরুত্থাপয়েত্তত্র গাত্রমুন্নম্য রেচিতম্॥
লতাখ্যৌ চ করৌ কৃত্বা বৃশ্চিকং সংপ্রযোজয়েৎ।
রেচিতং করিহস্তং চ ভুজঙ্গত্রাসিতং তথা॥
আক্ষিপ্তকং প্রযুঞ্জীত স্বস্তিকং পাদমেব চ।
পরাঙ্মুখৌ বিধিভূ'য় এবমেব ভবেদিহ॥
করিহস্তং কটিচ্ছেদং পরিবৃত্তকরেচিতে।

অর্থ। পরিবৃত্তকরেচিত—খূৎ অনিমক্কা কোকথক্তা হীকথবা মগুঙ্‌দা স্বস্তিক শাগনি, মথংদা হকচাং নোম্বহুনা ওয়গী খূৎনা রেচিত-হস্ত শাগনি, হকচাং তিংখৎলকপদসু খূৎ অদুমক্কা অমুক হন্না রেচিত শাগনি, মথংদা লতা-হস্ত তাগনি, অদুগা মথংদনা বৃশ্চিক, রেচিত, করিহস্ত, ভুজঙ্গত্রাসিত, আক্ষিপ্তক—করণশিং অসি মথং-মনাউ নাইনা শাগনি, মথংদনা খোঙ্‌ অনিমক্কা স্বস্তিক শাগনি। মথংদা তুংদা মায় ওম্বোক্লগা জগোই মপূম অসি অমুক হন্না শাগনি, অদুগা করিহস্ত শাদুনা লোইশিনগনি।

---

১। অভিনবগুপ্তনা মসিবু 'চারী' ওইনা লৌই। খয়না 'ভ্রমরী' হায়নৈ। মনোঃ ঘোষকী অভিনয় দর্পণ লাঃ ২৮৯ দগী, এ, কে, কুমারস্বামীগী মিরর ওফ জেশ্চর লাঃ ৭৪

২১৭ (খ) ২২০ (ক)।

রেচিতৌ সহ গাত্রেণ হ্মপবিদ্ধৌ করৌ তথা॥
পুনস্তেনৈব দেশেন গাত্রমুন্নম্য রেচয়েৎ।
কার্যং নূপুরপাদং চ ভুজঙ্গত্রাসিতং তথা॥
রেচিতং মণ্ডলং চৈব বাহুশীর্ষং নিকুঞ্চয়েৎ।
উরূদ্বৃত্তং তথাক্ষিপ্তমুরোমণ্ডলমেব চ॥
করিহস্তং কটিচ্ছেদং কুর্যাদ্বৈশাখরেচিতে।

অর্থ। বৈশাখরেচিত—হকচাংগা ঈরোয়ননা খুৎ অনিমক রেচিত শাগনি, অমসুং হকচাংনা নোম্থরকপগা লোয়ননা জগোই অসিসু অমুক হন্না শাগনি, মথংদা তাবক্কদবনা নূপুরপাদচারী অমসুং ভুজঙ্গ-ত্রাসিত, রেচিত, মণ্ডলস্বস্তিক, মথংদনা লেংজ়ম হীকথরগা উরূদ্বৃত্ত, আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন-করণ শাগনি।

২২০ (খ)-২২২ (ক)।

আদ্যং তু জনিতং কৃত্বা পাদমেকং প্রসারয়েৎ॥
তথৈবালাতকং কুর্যাৎ ত্রিকংতু পরিবর্তয়েৎ।
অঞ্চিতং বামহস্তং চ গণ্ডদেশে নিকুট্টয়েৎ॥
কটিচ্ছিন্নং তথা চৈব পরাবৃত্তে প্রযোজয়েৎ।

অর্থ। পরাবৃত্ত—জনিত শাগনি অমসুং খোঙ্ নামনা মাঙদা হাইদোক্কনি, মথংদনা 'অলাতক-করণ' তৌরগা অমদি নীংজোন (ত্রিক) লৈরগা ( turning round ) ওয়গী খুৎনা কোনশিল্লকুনা চায়রুংদা পুশিল্লরুগা মথংদা 'কটিচ্ছিন্ন' করণ শাগনি।

২২২ (খ)-২২৪ (ক)।

স্বস্তিকং করণং কৃত্বা ব্যংসিতৌ চ করৌ ততঃ॥
অলাতকং প্রযুঞ্জীত উর্ধ্বজানু নিকুঞ্চিতম্।
অর্ধসূচীব বিক্ষিপ্তমুদ্বৃত্তাক্ষিপ্তকে তথা॥
করিহস্তং কটিচ্ছেদমঙ্গহারে হ্যলাতকে।

অর্থ। অলাতক—মথং-মথং ওইনা 'স্বস্তিক, ব্যংসিত্ত, অলাতক, উর্ধ্বজানু, নিকুঞ্চিত, অর্ধসূচী, বিক্ষিপ্ত, উদ্বৃত্ত, আক্ষিপ্ত, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন— করণশিং অসি শাগনি।

২২৪ (খ)-২২৬।

নিকুট্য বক্ষসি করাবূর্ধ্বজানু প্রযোজয়েৎ॥
আক্ষিপ্তং স্বস্তিকং কৃত্বা ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ।
উরোমণ্ডলকৌ হস্তৌ নিতম্বং করিহস্তকম্॥
কটিচ্ছেদস্তথা চৈব পার্শ্বচ্ছেদে বিধীয়তে।
সূচীং বামপদং দদ্যাৎ বিদ্যুদ্ভ্রান্তং চ দক্ষিণম্॥

অর্থ। পার্শ্বচ্ছেদ—নিকুট্টিত-হস্তনা থবাক্তা থম্লগা উর্ধ্বজানু, আক্ষিপ্ত, অমদি স্বস্তিক করণ শাগনি, নীংজোন (ত্রিক) লৈগনি, মথংদনা উরোমণ্ডল, নিতম্ব, করিহস্ত অমসুং কটিচ্ছিন্ন করণ শাগনি।

২২৭-২২৮ (ক)।

দক্ষিণেন পুনঃ সূচী বিদ্যুদ্ভ্রান্তশ্চ বামতঃ।
পরিচ্ছিন্নং তথা চৈবং ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ॥
লতাখ্যং সকটিচ্ছেদং বিদ্যুদ্‌ভ্রান্তশ্চ স স্মৃতঃ।

অর্থ। বিদ্যুদ্ভ্রান্ত—ওয়গী খোঙ্‌না হাম্না হৌদুনা সূচীকরণ শারগা, য়েৎকী খোঙ্‌না হাম্না অমুক হৌদুনা 'বিদ্যুদ্‌ভ্রান্ত' করণ শাগনি, য়েৎকী খোঙ্‌ হাম্না থারগা সূচীকরণ শাগনি, মথংদা ওয়গী খোঙ্‌না অমুক হৌদুনা বিদ্যুদ্ভ্রান্ত শারগা মথংদা 'ছিন্নকরণ' শাগনি; নীংজোন (ত্রিক—য়াঙ্‌লেন শরু মথাগী শরুক) লৈরগা লতা অমদি কটিচ্ছিন্ন করণ শাগনি।

২২৮ (খ)-২৩০ (ক)।

কৃত্বা নূপুর পাদং তু সব্যবাম্বৌ প্রলম্বিতৌ॥
করৌ পার্শ্বে ততস্তাভ্যাং বিক্ষিপ্তং সংপ্রযোজয়েৎ।

তাভ্যাং সূচী তথা চৈব ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ॥
লতাখ্যং সকটিচ্ছেদং কুর্যাত্তুদ্‌বৃত্তকে সদা।

অর্থ। উদ্‌বৃত্তক—য়েৎ-ওয়গী খৎ অনিমক নাকন্দা থাদদুনা থয়গা 'নূপুর-পাদ' চারী শাগনি, খৃৎ অনিমক্লা বিক্ষিপ্ত-করণ শাবগা অমুক সূচীকরণ শাগনি অমস্যুং নী'ঙোন (ত্রিক) লৈরগা 'লতা' অমস্যুং 'কটিচ্ছিন্ন' করণ তাগনি।

২৩০ (খ)-২৩২ (ক)।

আলীঢ়ব্যংসিতৌ হস্তৌ বাহুশীর্ষে নিকুট্টয়েৎ॥
নূপুরশ্চরণো বামঃ তথালাতশ্চ দক্ষিণঃ।
তেনৈবাক্ষিপ্তকং কুর্যাদ্‌ উরোমণ্ডকৌ করৌ॥
করিহস্তং কটিচ্ছেদং ত্বালীঢ়ে সংপ্রয়োজয়েৎ।

অর্থ। আলীঢ়—ব্যংসিত করণ শাবা খৃৎ অনিনা লেংজ়মদা থেংগনি, মথংদা ওয়গী খোঙ্‌না হান্ন থাংদুনা নূপুর করণ শাগনি, মথংদনা য়েৎকী খোঙ্‌না অমুক হোত্নুনা 'অলাত' অমস্যু 'আক্ষিপ্তক' করণ শাগনি, খৃৎ অনিনা 'উরোমণ্ডল' ঙঙ্গীদা করিহস্ত অমস্যুং কটি-চ্ছিন্ন করণ শাগনি।

২৩২ (খ)-২৩৪।

হস্তং তু রেচিতং কৃত্বা পার্শ্বমানম্য রেচয়েৎ॥
পুনস্তেনৈব যোগেন গাত্রমুন্নম্য রেচয়েৎ।
কার্যং নূপুরপাদং চ ভুজঙ্গত্রাসিতং তথা॥
রেচিতং করণং কুর্যাদুরোমণ্ডল মেব চ।
কটিচ্ছেদস্তু কর্তব্যং হ্যঙ্গহারে তু রেচিতে॥

অর্থ। রেচিত—রেচিত হস্ত শারগা হকচাং নাকল অমদা কোন্থ-রকপগা লোয়নবা হকচাং অপুম্বা নোম্থরকনি। মতৌ অসিমক অমুক হন্না তৌবা লোইরগা মথং-মথং ওইনা মথাসী করণশিং অসি তারকনি —নূপুর পাদ, ভুজঙ্গত্রাসিত, রেচিত, উরোমণ্ডল অমস্যুং কটিচ্ছিন্ন।

২৩৫-২৩৬।

নূপুরং করণং কৃত্বা ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ।
ব্যংসিতেন তু হস্তেন ত্রিকং চৈব বিবর্তয়েৎ॥
পাদং চালাতকং কৃত্বা সূচীং তত্রৈব যোজয়েৎ।
করিহস্তং কটিচ্ছেদং কুর্যাদাচ্ছুরিতে সদা॥

অর্থ। আচ্ছুরিত—নূপুরচারী শাদুনা নীংজোন লৈগনি (ত্রিক-ভ্রমরী) ব্যংসিত করণ শারগা অমুক হন্না নীংজোন লৈগনি, মথং তাবনা ওয়রোমদগী হৌদুনা 'অলাতক' করণ অমসুং সূচী, করিহস্ত কটিচ্ছিন্ন করণ মথং-মথং পাঙ্থোক্কনি।

২৩৭-২৩৯।

রেচিতৌ স্বস্তিকৌ পাদৌ রেচিতৌ স্বস্তিকৌ করৌ।
কৃত্বা বিশ্লেষমেবং তু তেনৈব বিধিনা পুনঃ॥
পুনরুৎক্ষেপণং চৈব রেচিতৈরেব কারয়েৎ।
উদ্বৃত্তাক্ষিপ্তকং চৈব উরোমণ্ডলমেব চ॥
নিতম্বং করিহস্তং চ কটিচ্ছিন্নং তথৈব চ॥
আক্ষিপ্তরেচিতে ত্বেষ করণানাং বিধিঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। অক্ষিপ্তরেচিত—খোঙ্‌না খুৎনা স্বস্তিকী মওঙ্‌দা রেচিত শাগনি অদুগা রেচিতকী মতৌনা স্বস্তিক ওইনরম্বা থাদোক্কনি, অদুগা হায়রিবা রেচিতকী মতৌ অসিমক্কা মখোয়বু থক্কা হনগৎকনি অদুগা মথং তাবদনা মথাগী করণশিং অসি শাগনি মদুদি - উদ্বৃত্ত আক্ষিপ্ত, উরোমণ্ডল, নিতম্ব, করিহস্ত অমদি কটিচ্ছিন্ন।

২৪০-২৪২।

বিক্ষিপ্তং করণং কৃত্বা হস্তপাদং সুখানুগম্।
বামসূচীকরং কৃত্বা বিক্ষিপেদ্ বামকং করম্॥
বক্ষঃস্থং চ ভবেৎসব্যো বলিতং ত্রিকমেব চ।

নূপুরাক্ষিপ্তকে চৈব অর্ধস্বস্তিকমেব চ॥
নিতম্বং করিহস্তং চ স্যাদুরোমণ্ডলং তথা।
কটিচ্ছেদং চ কর্তব্যং সংভ্রান্তে নৃত্যযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। সম্ভ্রান্ত—বিক্ষিপ্ত করণ শাহুনা সূচী শাবা ওয়গী খুৎ তিংথোক্কনি, য়েৎকী খুৎনা থবাক্তা লৈগনি, নীংজোন ( ত্রিক ) লৈগনি। মথংদনা নূপুর, আক্ষিপ্ত, অর্ধস্বস্তিক, নিতম্ব, করিহস্ত, উরোমণ্ডল অমসুং কটিচ্ছিন্ন—করণশিং অসি শাগনি।

২৪৩ ২৪৪।

অপক্রান্তক্রমং কৃত্বা ব্যংসিতং হস্তমেব চ।
কুর্যাদুদ্বেষ্টিতং চৈব অর্ধসূচীং তথৈব চ॥
বিক্ষিপ্তং সকটিচ্ছেদমুদ্বৃত্তাক্ষিপ্তকে তথা।
করিহস্তং কটিচ্ছিন্নং কর্তব্যমপসর্পিতে।

অর্থ। অপসর্পিত—অপক্রান্তচারী শারগা উদ্বেষ্টিতগী মওঙ্দা খুৎ পুহুনা ব্যংসিত করণ তারগা মথং-মথং ওইনা 'অর্ধসূচী' বিক্ষিপ্ত, কটিচ্ছিন্ন, উদ্বৃত্ত, আক্ষিপ্তক, করিহস্ত অমসুং ( অমুক হন্না ) কটিচ্ছিন্ন — করণশিং অসি তৌগনি।

২৪৫-২৪৬।

কৃত্বা নূপুরপাদং চ দ্রুতমাক্ষিপ্য চ ক্রমম্।
পাৎস্থ চানুগৌ হস্তৌ ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ॥
নিকুট্য করপাদং চাপ্যুরোমণ্ডলকং পুনঃ।
করিহস্তং কটিচ্ছেদং কার্যমর্ধনিকুট্টকে॥

অর্থ। অর্ধনিকুট্টক—অফিংবা 'নূপুরপাদ চারী' গী অথুবা খোঙ্চৎকা চান্নহন্না নীংথিবা খুৎথেক্না জগোই শাগনি, নীংজোন ( ত্রিক ) লৈগনি ( turning round ), মথংদা খুৎসু খোঙ্সু 'নিকুট্টিত' গী মওঙ্ তৌরগা উরোমণ্ডল, করিহস্ত, কটিচ্ছিন্ন অমসুং অর্ধনিকুট্টক—করণশিং অসি মথং-মথং তাগনি।

## রেচক[1]

২৪৭। দ্বাত্রিংশদেতে সংপ্রোক্তাস্ত্বঙ্গহারা দ্বিজোত্তমাঃ।
চতুরোরেচকাংশ্চৈব গদতো মে নিবোধত ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! অঙ্গহার মথল ৩২ গী মরম হায়জর-বসিনি। হৌজীক্না 'রেচক' মথল মরিগী য়া হায়জগে তাবিয়ু।

২৪৮। পাদরেচক একঃ স্যাৎ দ্বিতীয়ঃ কটিরেচকঃ।
কররেচকস্তৃতীয়স্তু চতুর্থঃ কণ্ঠরেচকঃ॥

অর্থ। রেচকশিংগী মপুংদা অহানবনা খোঙ্গীনি, অনিশুবনা খ্বাঙ,, অহুমশুবনা খূৎ অমসুং মরিশুবনা ঙক্কীনি।

২৪৯। রেচিতাখ্যঃ পৃথগ্‌ভাবে বলনে চাভিধীয়তে।
উদ্বাহনাৎ পৃথগ্‌ভাবাচ্চলনাচ্চাপি রেচকঃ॥

অর্থ। রেচিত হায়বা বাহৈ অসিনা খঙ্নরিবদি ( করণ চারীগী মনুং চন্দবা ) তোপ্পা লৈবা ( turning round ) নত্রগা মথক্তা পুখৎপা নত্রগনা পুমতোপ-তোপ্পা চৎপা শাজৎ অসিবু খঙ্নৈ।

২৫০। পার্শ্বাৎ পার্শ্বে তু গমনং স্খলিতৈশ্চলিতৈঃ পদৈঃ।
বিবিধশ্চৈব পাদস্য পাদরেচক উচ্যতে॥

অর্থ। পাদরেচক—খোঙ্কম চোয়হুনা ( নাস্তুগে তৌবা খোঙ্চৎ, অনানবদা ) নাকল অমদগী নাকল অমদা চৎপা খোঙ্চৎ নত্রক্তা পুমতোপ তোপ্পা খোঙ্ অনিগী খোঙ্চৎ মওঙ্বু রেচক কৌই।

২৫১। ত্রিকস্যোদ্বর্তনং চৈব কটীচলনমেব চ।
তথাপসর্পণং চৈব কটীরেচক উচ্যতে॥

---

১। সঙ্গীত রত্নাকর, রেচত, নর্ত্তনাধ্যায় ৮৮৮ দগী লেংউ

অর্থ। **কটিরেচক**—য়াঙ্‌লেন শরা মথাগী শক্কক ( নীং ) কাঙ্‌থংপা, [1]খ্বাঙ্‌ ঈনবা অমশুং হনবা মতৌবু 'কটিরেচক' হায়না কৌই।

২৫২। উদ্বর্তনঃ পরিক্ষেপো বিক্ষেপপরিবর্তনম্।
বিসর্পণং চ হস্তস্য হস্তরেচক উচ্যতে॥

অর্থ। **হস্তরেচক**—খুৎ থাংগৎপা, লংথোকপা, তিংথোকপা, কোযনা লৈবা অমসুং চিংশিংনবা ( হাঞ্জিনবা ) মতৌবু হস্তরেচক হায়না কৌই।

২৫৩। উদ্বাহনং সন্নমনং তথা পার্শ্বস্য সন্নতিঃ।
ভ্রমণং চাপি বিজ্ঞেয়ো গ্রীবায়া রেচকো বুধৈঃ॥

অর্থ। **গ্রীবারেচক**- ভক থাঙৎপা, হাইথবা, নাকল্দা পৈথবা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা মথলদা তৌবা ভকথেক-ভকহাই মতৌবু গ্রীবারেচক হায়না কৌই।

২৫৪-২৫৫। রেচকৈরঙ্গহারৈশ্চ নৃত্যন্তং বীক্ষ্য শংকরম্।
সুকুমারপ্রয়োগেণ নৃত্যতি স্ম চ পার্বতী॥
মৃদঙ্গভেরীপটহৈঃ ঝঞ্ঝাডিণ্ডিমগোমুখৈঃ।
পণবৈর্দর্দুরাদ্যৈশ্চ নানাতোর্যৈঃ প্রবাদিতৈঃ॥

অর্থ। রেচক অমদি অঙ্গহার লোয়নন্না শিবনা জগোই শাবা উবদগী পার্বতীনসু নীংথিবা ( লাস্য ) জগোই শাখি, মৃদঙ্গ, ভেরী, পটহ, [2]ঝঞ্ঝা, ডিণ্ডিম, [3]গোমুখ, পণব অমসুং দর্দুরনচিংবা যন্ত্রশিংনা শান্নবা জগোইগী তুংইন্দুনা য়ৈবা-খোংবনচিংবা তৌখি।

---

১। মনোঃ খোঙনদি মশিবু turning of the waist as well as its drowing back হায়না অর্থ হল্লি।

২। ঝঞ্ঝা—খাংগঙ্‌ নত্রগা ঝাল, ৩। গোমুখ—শিঙ্গা। অতৈ যন্ত্রশিংদি মৈনবা খীরমক্তনি।

২৫৬। দক্ষযজ্ঞে বিনিহতে সন্ধ্যাকালে মহেশ্বরঃ।
নানাঙ্গহারৈঃ প্রনৃত্যল্লয়তালবশানুগৈঃ॥

অর্থ। দক্ষযজ্ঞ মাঙ্‌হল্লবা তুংদা, য়াচঙ্‌বা মতমদা শিবনা মথল মথলগী অঙ্গহার কয়ানা তাল-লয়গা শাগোম্নবা জগোই শাখি।

২৫৭। পিণ্ডীবন্ধাং ততো দৃষ্ট্বা নন্দীভদ্রমুখা গণাঃ।
চক্রুর্নামানি পিণ্ডীনাং বন্ধাংশ্চৈব সলক্ষণান্॥

অর্থ। নন্দী অমসুং ভদ্রমুখনচিংবা মহাদেবগী মনাইশিংনা [1]পিণ্ডীবন্ধশিং অদুবু য়েংলগা মখোয় অদুগী মমিং-মথানচিংবা তাক-পিখি।

২৫৮-২৬৩।

ঐশ্বরী বৃষপিণ্ডী চ নন্দিনশ্চাপি পট্টিসী।
চণ্ডিকায়া ভবেৎপিণ্ডী তথা বৈ সিংহবাহিনী॥
তার্ক্ষ্যপিণ্ডী ভবেৎদ্বিষ্ণোঃ পদ্মপিণ্ডী স্বয়ংভুবঃ।
শক্রস্যৈরাবতী পিণ্ডী ঝষাপিণ্ডী তু মান্মথী॥
শিখিপিণ্ডী কুমারস্য উলূপিণ্ডী যমস্য তু।
বারুণী চ নদীপিণ্ডী যক্ষী স্যাদ্ধনদস্য চ।
হলপিণ্ডী বলস্যার্থ সর্পপিণ্ডী তু ভোগিনাম্॥
গানেশ্বরী মহাপিণ্ডী দক্ষযজ্ঞবিমর্দিনী।
ত্রিশূলাকৃতি সংস্থানাং রৌদ্রী স্যাদন্ধকদ্বিষঃ॥
এবমন্যাস্বপি তথা দেবতাসু যথাক্রমম্।
ধ্বজভূতাঃ প্রযোক্তব্যাঃ পিণ্ডীবন্ধাঃ স্বচিহ্নিতাঃ॥

অর্থ। তোঙান-তোঙানবা লাইশিংগী মমিংগা পক্লবা পিণ্ডীশিংগী মমিংদি—শিবগী - বৃষ, নন্দী—পট্টিসী, চণ্ডিকা ( কালী )— সিংহবাহিনী, বিষ্ণু—তার্ক্ষ্য, স্বয়ম্ভু ( ব্রহ্মা )— পদ্ম, শক্র ( ইন্দ্র )—ঐরাবতী, মন্মথ—ঝষা, কুমার ( কার্তিক )—শিখী ( রাহোং ), শ্রী ( লক্ষ্মী )

---

১। পিণ্ডীবন্ধ—অপুনবা জগোই মথল অমা?

—উলু ( মকু ), জাহ্নবী -- ধারা, যম —পাশ ( অশিবা লাইগী থৌরী ), বরুণ—নদী (ভুরেন), ধনদ (কুবের, লনগী মপু)— যক্ষী বল (বলরাম) —হল (লাঙ্গল), ভোগী (লীন)—সর্প, গাণেশ্বরী –দক্ষযজ্ঞবিমর্দিনী। অন্ধক কৌবা হিংচাবা হাৎপা মহাদেবগীদি ( পিণ্ডী ) মাগী ত্রিশূলগী মশক ওইবী রৌদ্রীনা ওইগনি। অবেস্বা লাই অমস্বুং লাইরেম্বী- শিংগীদি অস্নুম তৌনা মখোয় মখোয়গী ফীরাণগী খুদমশিংনা ওইগনি।

২৬৪-২৬৫।

রেচকাশ্চাঙ্গহারাশ্চ পিণ্ডীবন্ধাস্তথৈব চ।
সৃষ্ট্বা ভগবতা দত্তাস্তণ্ডবে মুনয়ে তদা॥
তেনাপি হি ততঃ সম্যগ্‌গানভাণ্ডসমন্বিতঃ।
নৃত্যপ্রয়োগঃ সৃষ্টো যঃ স তাণ্ডব ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। ভগবান্ শিবনা রেচক, অঙ্গহার অমস্বুং পিণ্ডীবন্ধ পুথোক- পিরগা তণ্ডু মুনিদা মহু পীবিখি। তণ্ডুনা মহুদগী মথং শেমদোরকখিবা পুং-ঈশৈ কোম্নবা জগোই অদুবু [1]'তাণ্ডব' হায়না খঙ্‌নখি।

( ঋষয় উচুঃ )

মুনিশিংনা হায়রকই—

২৬৬। যদা প্রাপ্ত্যর্থমর্থানাং তজ্‌জ্ঞৈরভিনয়ঃ কৃতঃ।
কস্মান্নৃত্যং কৃতং হ্যেতত্ [2]কং স্বভাবমপেক্ষতে॥

অর্থ। অর্থ খুনগৎনবগীদমক অখঙ্-অহৈশিংনা অভিনয়বুদি শেমগ্রে। অদুগা নৃত্য ( জগোই ) অসিবুদি করিগীদমক শেমগ্রিবনো, মসিগী মতৌ-মওঙ্‌না করম তৌবনো?

১। তাণ্ডব হায়বদি তণ্ডুনা শেম হায়বনি—মনোঃ ঘোষ
২। কিং?

২৬৭। ন গীতকার্থসম্বন্ধং ন বাচ্যার্থ ভাবকম্।
কস্মান্নৃত্যং কৃতং হ্যেতং গীতেস্বাসারিতেষু চ॥

অর্থ। অসিগুম্বা নৃত্য অসিবু করিগীদমক্তা আসারিত-ঈশৈগা মরী লৈনহন্না শেম্বনো? মসিগী জগোই অসিদি ঈশৈগী অর্থগা করিস্থ মরী লৈনবস্থ নত্তে, মসিন বাহৈগী অর্থ তাকপস্থ নত্তে।

ভরত উবাচ
( ভরতনা হায়রকই )

২৬৮। অত্রোচ্যতে ন খল্বর্থং নৃত্যং কঞ্চিদপেক্ষতে।
কিন্তু শোভাং জনয়তীত্যতো নৃত্তং প্রবর্ত্তিতম্॥

অর্থ। অসিগুম্বা জগোই অসিদি করিগুম্বা থোইদোকপা কান্নবা অমগীদমক নত্তে হায়। য়েংবদা ফজহল্লি নীংথিহল্লি হায়বগীদমক্তা নৃত্ত ( জগোই ) হান্নবসি শৈমখিবনি।

২৬৯। প্রায়েণ সর্বলোকস্য নৃত্যমিষ্টং স্বভাবতঃ।
মঙ্গল মিতি কৃত্বা চ নৃত্যমেতৎ প্রকীর্তিতম্॥

অর্থ। মহোশা ওইনা মী পুম্নমক্তা জগোইবু পামনৈ। জগোই অসিনা য়াইফ মঙ্গল পী অস্নুম্না নীংনৈ।

২৭০। বিবাহপ্রসবাবাহ[1] প্রমোদাভ্যুদয়াদিষু।
বিনোদকরণং চৈব নৃত্যমেতৎ প্রকীর্তিতম্॥

অর্থ। লুহোঙবা, অঙাং পোকপা, মী ওকপা, হরাউ-তয়াম কুম্মৈ অমসুং চাওখৎ-থোরাঙ্গী থবক্তা মসিনা নুংঙাইবা 'পুম্বা ফংহল্লি।

২৭১। অতশ্চৈব প্রতিক্ষেপাঃ ভূতসঙ্ঘৈঃ প্রকীর্তিতাঃ।
যে গীতকাদৌ যুজ্যন্তে সম্যগ্ নৃত্যবিভাবকাঃ॥

---

১। আবাহ—আবাহন—আবাহন ওইরবদি লাইবু কৌবা থঙকনি।

অর্থ। মরম অসিদগী শিবগী মনাই ভূত মথৈনা ঈশৈগী শরুক্তা অমদি জগোইগী মথল থায়দোকপদা শীজিন্নবা অতুগুম্বা '[১]প্রতিক্ষেপ' অতুগী মগুণ শীংথানৈ।

২৭২। দেবেন বাপি সংপ্রোক্তস্তণ্ডুস্তাণ্ডব পূর্বকম্।
গীতপ্রয়োগমাশ্রিত্য নৃত্যমেতৎ প্রবর্ত্যতাম্॥

অর্থ। শিবনা তণ্ডুদা তাকপিখি—"ঈশৈগা শাগোন্নবা অসিগুম্বা তাণ্ডব জগোই শেমতুনা পুথোকউ।"

২৭৩। প্রায়েণ তাণ্ডববিধির্দেবস্তত্যাশ্রয়ো ভবেৎ।
সুকুমারপ্রয়োগস্তু শৃঙ্গাররস সম্ভবঃ॥

অর্থ। তাণ্ডব জগোইদি অয়াম্বা মতমদা লাইগী স্তুতিতগা ( লাইগী লৈশী-লৈথোনগা ) মন্নী লৈনৈ ; অতুগা মসিগী অথোৎপা অমেঙ্‌বা মতৌ অতুনা শৃঙ্গার রসতগী মতাংদা শীজিন্নৈ।

## বর্ধমানক

২৭৪ তস্য তণ্ডুপ্রত্যুক্তস্য তাণ্ডবস্য বিধিক্রিয়াম।
বর্ধমানকমাসাদ্য সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। 'বর্ধমান'গী মরম নৈনরকপা মতাংদা তণ্ডুনা শেম্বা তাণ্ডব জগোইগী হৌনবী মওঙ্‌-মতৌগী মরম অতু ঐনা নৈনজরক্কে।

২৭৫। কলানাং বৃদ্ধিমাসাদ্য ত্বক্ষরাণাং চ বর্ধনাৎ।
লয়স্য বর্ধনাচ্চাপি বর্ধমানকমুচ্যতে॥

অর্থ। বর্ধমানক হায়বদি চাউখৎহনবা, হেনগৎহনবা হায়বনি। অতুনা মসি শীজিন্নরগা কলা, লয় অমদি অক্ষর ( ময়েক-মশোন ) গী মায়কৈদা নোয়থোক-চাউথোকহল্লি হায়বগীদমক মমিং 'বর্ধমানক' হায়না কৌবনি।

---

১। প্রতিক্ষেপ—"প্রচুরস্তুতিযুক্তো গীতিবিশেষঃ প্রতিক্ষেপ ইত্যাহ ..... .."
নাট্যশাস্ত্র লাঃ ৬৮ শ্লোক ২৭০ গী টিকা—মনোঃ ঘোষ

## আসারিত

২৭৬। কৃত্বা কুতপবিন্যাসং যথাবদ্দ্বিজসত্তমাঃ।
আসারিতপ্রয়োগস্তু তত. কার্যঃ প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পূন্নমক! জগোই শাবা মীশিংনা বাদ্যযন্ত্র-শিংগা লোয়ননা (চুশিন্নন‌া) 'আসারিত' গী থবক পাঙ্‌থোক্কনি।

২৭৭। তত্র চোপোহনং কৃত্বা তন্ত্রীভাণ্ডসমন্বিতম্।
কার্য. প্রবেশো নর্তক্যা ভাণ্ডবাদ্যসমন্বিতঃ॥

অর্থ। মৈয়েন-থীন্নবা অমদি খোংনবা যন্ত্রশিংগা চাশিন্নহুনা শেন্নবা তুংদা জগোইশাবী অমনা পূং (য়াইবুংগুম্বা) তগা লোয়ননা জগোই উৎকমদা (রঙ্গমঞ্চদা) থোক্লক্কনি (চঙ্‌শিল্লক্কনি)।

২৭৮। বিশুদ্ধকরণায়াং তু জাত্যাং বাদ্যং প্রযোজয়েৎ।
গত্যা বাদ্যানুসর্পিণ্যা ততশ্চারীং প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। যন্ত্রশিংগী চুশিন্নহুনা পাঙ্‌থোকপা থোরমদা অশেংব (শুদ্ধ) 'করণ' অমদি 'জাতি' না য়ুম্ফম ওইহুনা শাগৎকনি। মথংদ পূং-শেন মখোল ঈরোয়ননা খোঙ্ থাংহুনা চারী জগোই শাগনি (চারী-জগোই খোঙ্‌চৎ)

২৭৯। বৈশাখস্থানকেনেহ সর্বরেচকচারিণী।
পুষ্পাঞ্জলিধরা ভূত্বা প্রবিশেদ্রঙ্গমণ্ডপম্॥

অর্থ। মথুক্তা লৈ পুরগা (পুষ্পাঞ্জলি– লৈ খুজোক) চঙ্‌লক 'বৈশাখস্থান'দা (ফিরেপ মথল অমা) লৈবী জগোই শাবীনা রেচ মথল শুনা তৌনা-তৌনা (রেচক ৪—খোঙ্, খুৎ, খ্বাঙ অমদি ৱক রঙ্গালয়দা চঙ্‌লক্কনি।

২৮০। পুষ্পাঞ্জলিং বিসৃজ্যাথ রঙ্গপীঠং পরীত্য চ।
প্রণম্য দেবতাভ্যস্তু ততোঽভিনয়মাচরেৎ॥

অর্থ। মথংদা মঙাক্না, লাইশিংদা ) পুষ্পাঞ্জলি কংলগা রঙ্গমণ্ডপগী মায়কৈ মরিমক থুনা কোয়থনা। লাই কোযবগী মণ্ডপদা ) অমসুং লাইশিংবু খুৎকমথনা অভিনয় তৌবা হৌগনি।

২৮১। যত্র।ভিনেয়ং গীতং স্যাৎ তত্র বাদ্যং ন যোজয়েৎ।
অঙ্গহার প্রয়োগে তু ভাণ্ডবাদ্যং প্রযোজয়েৎ॥

অ।। ঈশৈবু অভিনয় তৌবা মতমদদি যন্ত্রনাচংবা থক খোংলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং অঙ্গহার উংপা মতমদদি পুং-শেল পুম্মক শী জন্নগনি।

২৮২। সমং রক্তং বিভক্তং চ স্ফুটং শুদ্ধপ্রহারজম্।
নৃত্যাঙ্গগ্রাহি বাদ্যজ্ঞৈর্যোজ্যং বাদ্যং তু তাণ্ডবে॥

অর্থ। তাণ্ডব জগোই শাবদা বাদ্যদা হে শিংবা মীনা যেবা বাদ্যগী মতৌদি সম, রক্ত, বিভক্ত অমসুং মখোল অতু যাম্না শেংনা তাবা ফংবা অমদি মচা তানা যেবা ওইহনগদবনি অতুগা মতু শাবিবা জগোইগী তাডান-তোঙানবা শাথেক শানোম্নচিংবগা চপ-চপ চানবা ওইগদবনি।

৮৩। প্রযুজ্য গীতমেবং তু নিষ্ক্রামেন্নর্তকী ততঃ।
অনেনৈব বিধানেন প্রবিশন্ত্যপরাঃ পুনঃ॥

অর্থ। অসুম্না শকপা ঈশৈগী ফোংবোয ইম্না জগোই শাবী অতুনা থোকখিগনি অমসুং অতোপ্পা নুপী অমনা অসুম তৌবা মণ্ডপদা ( থোকখিবী নুপী অতুনা তৌখিবগুম ) চঙ্গদা চঙ্শিল্লকনি।

২৮৪। অন্যাশ্চানুক্রমেণাথ পিণ্ডীং বধ্নন্তি তাঃ স্ত্রিয়ঃ।
তাবৎ পর্যস্তকঃ কার্যো যাবৎ পিণ্ডী ন বধ্যতে॥

অর্থ। অতোপ্পা নুপীশিং অতুনা মথং-মথং পিণ্ডী শেমগনি অমসুং মখোয় অতু শেম্বা লোইদ্রিবা ফাওবদি মখোয়না [1]'পর্যস্তক' হায়বা অঙ্গহার মখল অতু তৌথনা লৈগনি।

---

১। পর্যস্ত—অঙ্গহার মখল অমনি, ৪ তাংকক ১৯, ১৭৬, ১৭৭ শ্লোক য়েংউ

২৮৫-২৮৬ (ক)।

পিণ্ডীং বধ্বা ততঃ সর্বা নিষ্ক্রামেয়ুঃ স্ত্রিয়স্তু তাঃ।
পিণ্ডীবন্ধে তু বাদ্যং হি কর্তব্যমিহ বাদকৈঃ॥
পর্যস্তক প্রমাণেন চিত্রৌঘকরণান্বিতম্।

অর্থ। পিণ্ডী শেম্বা লোইরগা নূপী পুম্নমক অদু থোকখ্রগনি। পিণ্ডী শাবা অমদি শেম্বা মতমদা যন্ত্র খোংবশিংনা [১]ওঘ অমদি করণ মথল-মখল য়াওবা যন্ত্রতগী খোন্থোক অমা 'পর্যস্ত' (অঙ্গহার) গী মতমদা ভৌখিবগুম্না তৌগনি।

২৮৬ (খ)-২৮৮।

অথোপবহনং ভূয়ঃ কার্যং পূর্ববদেব হি॥
ততশ্চাসারিতং ভূয়ো গায়নং তু প্রযোজয়েৎ।
পূর্বেণৈব বিধানেন প্রবিশেচ্চাপি নর্তকী॥
গীতকার্থং প্রযোজয়েদ্ দ্বিতীয়াসারিতস্য তু।
তদেব তু পুনর্বস্তু নৃত্যেনাপি প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। মথংদা হান্না ভৌখিবগুম্না [২]উপোহন অমসুং [৩]আসারিত তৌগনি; ঈশৈ অমসু শক্কনি অদুগা হান্না মথক্তা হায়খ্রবা মতৌ অদুদা জগোই শাবী অমা রঙ্গালয়দা চঙ্লক্কনি; মহাক্না অনিশুবা 'আসারিত' গী ঈশৈ শক্লুনা জগোইনা মদুবু মথক্লায় হাপকনি। (মোত তৌগনি)

২৮৯। আসারিতসমাপ্তৌ চ নিষ্ক্রামেন্নর্তকী ততঃ।
পূর্ববৎ প্রবিশেচ্চান্যা প্রয়োগঃ স্যাৎ স এব তু॥

অর্থ। আসারিত তৌবা লোইরগা জগোইশাবী অদু চঙ্খ্রগনি; অদুগা অতোপ্পী জগোইশাবী অমা অমুক চঙ্লক্কনি—হান্নগী মওঙ্ অদুম্না অদুম্মক পাঙ্থোক্কনি।

---

১। ওঘ—পুং-ঈশৈ-জগোই অহুম্মক অথুবা লয়দা ভাক্তা চৎপা শাজৎ।
২। উপোহন—অমত্তা ওইনা লেংশিনবা, ৩। আসারিত—মূর্চ্ছনাগী খেন্নবা
গৌঃ বৈঃ অঃ

২৯০। এবং পদে পদে কার্যো বিধিরাসারিতস্ত তু।
ভাণ্ডবাদ্যকৃতশ্চৈব তথা গানকৃতোঽপি চ॥

অর্থ। অসুম তৌনা থোঙ্‌থাং খুদীংগী ওইনা ঈশৈ শকপা অমদি যন্ত্র থোংবশিংনা 'আসারিত' গী হৌনবী 'পূম্বা ঙাক্লা চৎকনি।

২৯১। একং তু প্রথমং কুর্যাৎ দ্বে দ্বিতীয়ং তু বস্তুকম্।
তিস্রো বস্তু তৃতীয়ং তু চতস্রস্তু চতুর্থকম্॥

অর্থ। ঈশৈগী অহানবা পদনা অমুক শকনি, অনিশুবনা অনিরক। অহুমশুবনা অহুমক অমসুং মরিশুবনা মরিরক অসুম্না।

২৯২। পিণ্ডীনাং বিধয়শ্চৈব চত্বারং সংপ্রকীর্তিতাঃ।
পিণ্ডী শৃঙ্খলিকা চৈব লতাবন্ধোঽথ ভেদ্যকঃ॥

অর্থ। পিণ্ডী অসি শেম্বগী নিয়ম মরিথক শুরি মহুদি—(অশেংবা) [১]পিণ্ডী, [২]শৃংখলিকা, [৩]লতাবন্ধ অমসুং [৪]ভেদ্যক।

২৯৩। পিণ্ডীস্তু পিণ্ডত্বাৎ গুল্মঃ শৃঙ্খলিকা ভবেৎ।
জালোপনদ্ধা চ লতা সনৃত্যে ভেদ্যকঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। পুল্লপ তাশিন্নবা পূনশিন্নবা ( পিণ্ডগুম্না ) ওইবদগী পিণ্ডী নত্রগা পিণ্ডীবন্ধ হায়বা মিং অসি থোন্দুনা অদুবু [১]গুল্ম, শৃংখলিকা অসুম্না খঙ্‌নৈ। লাংদা থুবগুম্বা মহুগী মতৌবুনা লতাবন্ধ কৌই। ভেদ্যক হায়বনা নায়তোম জগোইবু খঙ্‌নৈ।

২৯৪। পিণ্ডীবন্ধঃ কনিষ্ঠে তু শৃঙ্খলা তু লয়ান্তরে।
মধ্যমে চ লতাবন্ধো জ্যেষ্ঠে চৈবাথ ভেদ্যকঃ॥

---

১। পিণ্ডী—জগোই শাবা মী মথৈগী অপুনবা শকম।
২। শৃংখলিকা—জগোই শাবা মীনা অমগা-অমগা খুৎ পায়নহুনা শাবা জগোই।
৩। লতাবন্ধ—মী অনিনা পাম্বোম-পাম্বোম পায়নহুনা শামিন্নবা জগোই।
৪। ভেদ্যক—নায়তোম শাবা জগোই।

১। গুল্ম হায়বদি মউ পান্দবা পাম্বীবু খঙ নৈ, অসিগুম্বা পাম্বীগী মনা-মশা পূংবা অহুগী ভাব লৌহুনা মসিদা মন্নামগী অপুনবা মতৌবু খঙ্‌নৈ।

অর্থ। পিণ্ডীবন্ধনা আসারিতগী অহানবদা খ্বায়দগী তেয়া পাঙ্-থোকনি, শৃংখলানা অতোপ্পা লয় অমদা অহুগা লতাবন্ধনা মধ্যলয়দা অমস্থুং ভেড্ডক হায়বসিনা খ্বায়দগী শাংবা হেনবা ওইনা ( আসারিতগী জগোই মথল ) শীজিন্নগনি।

২৯৫ পিণ্ডীনাং ত্রিবিধা যোনির্যন্ত্রং ভদ্রাসনং তথা।
শিক্ষা কার্যা তথা চৈব প্রযোক্তব্যা প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। পিণ্ডীগী হৌরকফম অহুমনি মহুদি, মরু ওইবা থৌরম, যন্ত্র অমস্থুং [1]ভদ্রাসন। নাট্য পুথোকপশিংনা অহুম অসিবু তম্নগা নীংথিনা শীজিন্নগনি।

## ছন্দক

২৯৬। এবং প্রয়োগঃ কর্তব্যো বর্ধমানে প্রযোক্তৃভিঃ।
গীতানাং ছন্দকানাং চ ভূয়ো বক্ষ্যাম্যহং বিধিম্॥

অর্থ। নাট্য শেম্বশিংনা অসুম তৌনা বর্ধমানবু শীজিন্নগনি। হৃজীক ঐনা ঈশৈ অমস্থুং ছন্দগী মরমদা অমুক হায়রক্কে।

২৯৭-২৯৮।

যানি বস্তূনি বদ্ধানি যানি চাঙ্গ কৃতানি চ।
গীতানি তেষাং বক্ষ্যামি প্রয়োগং নৃত্তবাদ্যয়োঃ॥
তত্রাবতরণং কার্যং নর্তক্যা সার্বভাণ্ডিকম্।
ক্ষেপপ্রতিক্ষেপকৃতং তন্ত্রীগানসমন্বিতম্॥

অর্থ। হৃজীক ঐনা ( ঈশৈগী ) বস্তু অমদি থোইদোক্না মথোয়গী অঙ্গ ময়ামদা পূনশিন্দুনা শেম্বা ঈশৈগা ঈরোয়ননা চংকম থোকপা অহুগুম্বা জগোই অমদি যন্ত্র-সঙ্গীতকী মরমদা হায়রক্কে। ঈশৈ শক্লিডৈ অমস্থুং যন্ত্র থোংলিডৈ অসিদা জগোই শাবী অমনা রঙ্গালয়দা

---

১। ছন্দ?

চংলক্কনি ; মতম অসিদা পুং-শেল পূন্নমক্কী মখোল তাঙনগনি অমসুং মরী পানবা যন্ত্র পূন্নমকসু ( বীণানচিংব ) ক্ষেপ অমসুং প্রতিক্ষেপ লোয়নননা খোংগনি ।*

২৯৯। প্রথমং অভিনেয়ং তু গীতকে সর্ববস্তু তৎ।
তদেব চ পুনর্বস্তু নৃত্যেঽপি প্রদর্শয়েৎ ॥

অর্থ। অহানবদা ঈশৈগী অর্থ ( বস্তু ) পূন্নমক অদূবু অভিনয়না উৎকনি অদুগা মদূবু অমুক জগোইনা উৎকনি।

৩০০। যো বিধিঃ পূর্বমুক্তস্তু নৃত্তাভিনয়বাদিতে।
আসারিতবিধৌ স স্যাৎ গীতানাং বস্তুকেষ্বপি ॥

অর্থ। হান্নবা মথক্তা হায়খ্রবা জগোই, থৃংকা অভিনয় অমসুং যন্ত্রশিংগী হৌনবী অপূনবদু আসারিত-ঈশৈগী মতমদসু চপ মান্নবা শীজিন্নগনি।

৩০১। এষ বস্তুনিবন্ধানাং গীতকানাং বিধিঃ স্মৃতঃ।
শৃন্বুতাঙ্গনিবন্ধানাং গীতানমপি লক্ষণম্ ॥

অর্থ। মরু ওইবা থৌরমগী নিবন্ধ ঈশৈদা শীজিন্নগদবা নিয়মদি মসিনি। মথংদা অমুক অঙ্গগা শাগোন্নবা ঈশৈগী মরমদা হায়জরক্কে তাবিয়ু।

৩০২। য এব বস্তুষু বিধিনৃ'ত্তাভিনয়বাদিতে।
স সর্ব এব কর্তব্যশ্ছন্দকেষু প্রয়োক্তৃভি ॥

অর্থ। থৌরম্না মপুং ওইবা ঈশৈ (গীতবস্তু গা মরী লৈনবা জগোই, অভিনয় অমসুং যন্ত্র সঙ্গীতকী হৌনবী নিয়ম পূন্নমক অদু অঙ্গ লোয়নননা শেম্বা ছন্দগী মতাংদসু মান্নবা অদুম্মক শীজিন্নগনি।

---

*। মসিগী অর্থ অসি মনোঃ ঘোষকী লাইরিক্কগীনি।

৩০৩। বাদ্যং গুর্বক্ষরকৃতং তথাহল্পাক্ষরমেব চ।
মুখে সোপোহনে কুর্যাদ্বর্ণানাং বিপ্রকর্ষকঃ॥

অর্থ। মুখ অমসুং উপোহনগী মতাংদদি যন্ত্র পুন্নমক অরুম্বা অমদি অয়াংবা ময়েক্পা তোপ্পা-তোপ্পা অমদি তশেং তশেং তাহন্দুনা খোংগনি।

৩০৪। যদা গীতবশাদঙ্গং ভূয়ো নির্বততে।
তত্রাদ্যনভিনেয়ং স্যাচ্ছেষং নৃত্তেন যোজয়েৎ॥

অর্থ। করিগুম্বা ঈশৈ অমগী মন্নুংদা অমুক হন্না শকপা শরূক য়াওরবদি অহানবদা শকপা ( অহানবগী শরূক ) থরা অভুদি অভিনয়না উৎকনি অভুগা অরেম্বশিং অদূবুনা জগোইনা উৎকনি।

৩০৫-৩০৬ (ক)।

যদা গীতবশাদঙ্গং ভূয়ো ভূয়ো নিবর্তয়েৎ।
ত্রিপাণিলয়সংযুক্তং তত্র বাদ্যং প্রযোজয়েৎ॥
যথা লয়স্তথা বাদ্যং কর্তব্যং ত্বঙ্গসংশ্রয়ম্।

অর্থ। ঈশৈগী মশাদা অমুক হন্না শকপা মতাং অভুদি ত্রিপাণি লয়গী খোঙ্‌চত্তা যন্ত্রনা মতুং ইনগনি। অসিগুম্বা মতাংদদি য়ৈরিবা যন্ত্র অভু ( বাদ্য ) লয়গী মতুং ইনবা ওইগনি।

৩০৬ (খ)-৩০৯।

তত্ত্বং চানুগতং চাপি ওঘং চ করণান্বিতম্॥
স্থিতে তত্ত্বং প্রয়োক্তব্যং মধ্যে চানুগতং ভবেৎ।
দ্রুতে চৌঘঃ প্রয়োক্তব্যস্ত্বেষ বাদ্যগতো বিধিঃ॥
ছন্দোগীতকমাসাদ্য ত্বঙ্গানি পরিবর্তয়েৎ।
এষ কার্যো বিধির্নিত্যং নৃত্তাভিনয়বাদিতে॥
যানি বস্তুনি বদ্ধানি তেষামন্তে গ্রহো ভবেৎ।
অঙ্গানাং তু পরাবৃত্তাবাদাবেবং গ্রহো মতঃ॥

অর্থ। তত্ত, অনুগত অমসুং ওঘ-দি করণগা মরী লৈনৈ। তত্ত্বনা অতপ্পা লয়দা (বিলম্বিত), অনুগতনা মধ্য-লয়দা অমসুং ওঘ-না দ্রুতলয়দা (অথুবদা) শীজিন্নগনি। পুং-শেলনচিংবা (যন্ত্র-সঙ্গীতকী) বাদ্য যন্ত্রশিংগী নিয়মদি মসিনি। 'ছন্দক' গী মতাংদদি ঈশৈগী শব্দক-শিং অহু হেক-হেক হঞ্জিন্না শকনি ঈশৈ, জগোই অমসুং অভিনয়গী মরাদা মসিনা মতম অপূন্বদা তৌগদবা, চৎকদবা নিয়মনি। বস্তুবন্ধ[1] ওইবা (হায়বদি নিবদ্ধ—পদ অমা) ঈশৈশিংগীদি অরোইবা শরুক্তা গ্রহ লৈগনি। তৌইগুম্বসুং, অমুক হঞ্জিন্না শকপা মতাংশিংগীদি অসিগুম্বা 'গ্রহ' অসি হৌগৎলকপদা থমগনি।

## সুকুমার নৃত্য

৩১০। এবমেব বিধিঃ কার্য্যো গীতেষ্বাসারিতেষু চ।
দেবস্তুত্যাশ্রয়ং হেতৎ সুকুমারং নিবোধত॥

অর্থ। অসিগুম্বা নিয়মশিং অসি 'আসারিত' ঈশৈগী মতাংদা শীজিন্নগনি। লাইগী স্তুতি তৌবা মতমদা মহু পূন্নমক অতপ্পা-অমেঙ্বা জগোই ওইনা তৌগনি, মসি খঙ্বিয়ু।

৩১১। স্ত্রীপুংসয়োস্ত সংলাপো যস্ত কামসমুদ্ভবঃ।
তজ্জ্ঞেয়ং সুকুমারং হি শৃঙ্গাররসসম্ভবম্॥

অর্থ। প্রেম লৈনরবা নিপা-নুপী অনিগী য়ারী-য়াতাই শানবা মতাংদা হায়রিবা 'সুকুমার নৃত' (অতপ্পা-অমেঙ্বা) জগোই অসি মথোয়গী অপাম-মুংশি মতৌদগী অহুম্মক থোক্লকই।

---

১। সঙ্গীত রত্নাকর (প্রবন্ধাধ্যায় ৪) দা হায়রি—ঈশৈ মখল অনি য়ৌদি—নিবদ্ধ অমসুং অনিবদ্ধ। নিবদ্ধ হায়বদি ধাতু অমসুং অঙ্গশিংনা শেম্বনি। অনিবদ্ধগী ঈশৈবু আলপ্তি, নত্রগা আলাপ হায়না খঙ্নৈ। হায়বদি রাইহেগা তালগা য়াওদনা অর্থ লোংদোক্তবা থোয়োক কয়ানা রাগগী মওঙ্ ওইনা উৎপগী মতৌবু হায়বনি। নিবদ্ধ —নিয়মনা পুনবা। অনিবদ্ধ—অকক্নবা লৈতবা।

জগোই শাকম থোকপা থোরমশিং

৩১২। যস্যাং যস্যামবস্থায়াং নৃত্তং যোজ্যং প্রযোক্তৃভিঃ
সর্বগীতকসম্বন্ধং তচ্চ মে শৃণুত দ্বিজাঃ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ থিবীক! তাবিয়ু, ঈশৈগা ঈরোয়নবা অহুগুম্বা জগোইবু জগোই শেম্বা মীনা শেমহুনা উৎফম থোকপা থোরমশিং অহুগী মরমদা হায়জরক্কে।

১৩৩। অঙ্গবস্তুনিবৃত্তৌ চ তথা বর্ণনিবৃত্তিষু।
তথা চাভ্যুদয়স্থানে নৃত্তং তজ্‌জ্ঞঃ প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। ( করিগুম্বা নাট্যগী মম্নুংদা ) ঈশৈগী অঙ্গবস্তু অমদি বর্ণ য়াওদবা মতাংদা ( নিবৃত্ত ) অমদি ( নাট্যাভিনয়দা ) মহৈ য়ানগদবা অহুগুম্বা পাত্রদা ( জগোই শাবা নত্রগা জগোই শাবী ) জগোইগী মরম খঙ্‌বা মীশিংনা জগোই শাহনগদবনি।

৩১৪। যত্র সংদৃশ্যতে কিঞ্চিদ্ দম্পত্যোর্মদনাশ্রয়ম্
তত্র নৃত্তং প্রযোক্তব্যং প্রহর্ষার্থগুণোদ্ভবম্॥

অর্থ। লীলাদা, নিপা-নূপী ( মতৈ-মনাউ ) অনিগী মরক্তা নুংশি-নবদগী থোকপা করিগুম্বা থৌদোক অমা লৈরবদি মহুগী মতাংদা জগোই শাগনি মরমদি, মতাং অদুদা মহু নুংঙাইনা থোকনি।

৩১৫। যত্র সন্নিহিতে কান্তে ঋতুকালাদিদর্শনম্।
গীতকার্থাভিসম্বন্ধং নৃত্তং তত্রাপি চেষ্যতে॥

অর্থ। নুংশিজবা মীনা ইনাক্তা লৈরবা অমদি ঋতুনচিংবা উরকপা ( ঋতুগী য়াওন থেংনরবপা ) মতমদদি লীলাগী করিগুম্বা মতাং অমদ ঈশৈগী অর্থগা মরী লৈনবা জগোই অহু শাগনি ( অর্থ ফোংদোকপ জগোই )।

জগোই শাকদবা মফমশিং

৩১৬। খণ্ডিতা বিপ্রলব্ধা বা কলহান্তরিতাপি বা।
যস্মিন্নঙ্গে তু যুবতির্নৃত্তং তত্র ন যোজয়েৎ ॥

অর্থ। [1]খণ্ডিতা, [2]বিপ্রলব্ধা অমদি [3]কলহান্তরিতা ওইবী মথোন কাবী নূপীগী মকাদা জগোই খক শাহল্লোইদবনি।

৩১৭। সখি প্রবৃত্তে সংলাপে তথাঽসন্নিহিতে প্রিয়ে।
নহি নৃত্তং প্রযোক্তব্যং যস্যা বা প্রোষিতঃ প্রিয়ঃ ॥

অর্থ। সখীগা রা ঙাঙ্‌নরিঙৈদা, চান্নবনা মনাক্তা লৈত্রবদা নত্রগনা লংখৈনচিংবদা লৈগ্রবদা অদুগুম্বা মতাংদদি জগোই হাপ্পা হৌনদে।

৩১৮। দূত্যাশ্রয়ং যদা তু স্যাৎ ঋতুকালাদিদর্শনম্।
ঔৎসুক্যচিন্তাসম্বদ্ধং নৃত্তং তত্র ন যোজয়েৎ ॥

অর্থ। অসিদসু মত্তনা, দূতীগী মচান্দগী অনৌবা ঋতুনচিংবা চঙ্‌লকপগী য়ারম খঙ্‌লকপা, মতুনা মরম ওইদুনা পুক্নীংদা লাঙ্‌তক্নবা পোক্লকপা—অদুগুম্বা মতমদদি জগোই খক হাপলোইদবনি।

৩১৯। যস্মিন্নঙ্গে প্রসাদং তু গৃহ্ণীয়ান্নায়িকা ক্রমাৎ।
ততঃ প্রভৃতি নৃত্তং তু শেষেষ্বঙ্গেষু যোজয়েৎ ॥

অর্থ। ভৌইশুম্বসুং নাট্যগী করিগুম্বা মতাং অমদা তৌবা অভিনয়না নায়িকা অদুবু অসুম পেলহনবা থোক্লবদি লোইবা ফাওবদা জগোই শাবা য়াই।

৩২০। দেবস্তুত্যাশ্রয়গতং যদঙ্গং তু ভবেদিহ।
মাহেশ্বৈররঙ্গহারৈরুদ্ধতৈস্তৎ প্রযোজয়েৎ ॥

---

১। ২৪/২১৬, ২। ২৪/২১৭, ৩। ২৪/২১৫ লেঙউ।

অর্থ। নাট্যগী করিগুম্বা শরুক্তা লাইগী স্তুতি তৌবা মতাং ওইরবদি শিব ( মহাদেব ) না শেম্বা '[১]উদ্ধত-অঙ্গহার' গা লোয়ননা জগোই শাবা য়াই।

৩২১। যত্র শৃঙ্গারসংবদ্ধং গানং স্ত্রীপুরুষাশ্রয়ম্।
দেবীকৃতৈরঙ্গহারৈর্ললিতৈস্তৎ প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। নিপা নূপীগী লৈনবা মরী ফোংদোকপা অহুগুম্বা মুংশিমুংওনগী ঈশৈদনা পাবতীনা শেম্বা অঙ্গহার লোয়নবা জগোইনা মতুং ইনগনি।

## বাদ্যবিধি ( পুং য়ৈবগী নিয়ম )

৩২২। চতুস্পদা নকু'টকে খণ্ডকে পরিগীতকে।
বিধানং সম্প্রবক্ষ্যামি ভাণ্ডবাদ্যবিধিং প্রতি॥

অর্থ। পদ মরিনা শাবা ( চতুস্পদা ) নকু'টক, খণ্ডক অমসুং পরিগীতক-গী মতু' ইনবা অহুগুম্বা পুং ( য়াইবুং ? ) শিং অহু য়ৈবগী নিয়মশিং অহু হুজীক ঐনা হায়জরক্কে।

৩২৩। খণ্ডনকু'টসংযুক্তা ভবেদ্যা তু চতুস্পদা॥
পাদান্তে সন্নিপাতে তু তস্যাং ভাণ্ডগ্রহো ভবেৎ॥

অর্থ। খণ্ড, নকু'ট লোয়নবা পদ মরিনা শাবা ধ্রুবা 'দি অহানবা ঈশৈগী পরেং অমা শরুগা সন্নিপাত গ্রহগা লোয়ননা পুং য়ৈবা হোগনি।

৩২৪। যা ধ্রুবা ছন্দসা যুক্তা সমপাদা সমাক্ষরা।
তস্যাঃ পাদাবসানে তু প্রদেশিন্যা গ্রহো ভবেৎ॥

---

১। উদ্ধত—অকনবা. ( নিপা জগোই )

অর্থ। ছন্দ লোয়নবা সমপাদ অমস্থং সমাক্ষর ( ময়েকস্থ মান্নবা ) ওইবাদ ধ্রুবাগী অহানবা পাদগী মমৈদা খুদোম্বীন্দা গ্রহ লোয়ননা তাম্বা পুংলোন য়ৈগনি।

৩২৫। কৃত্বৈকং পরিবর্তং তু গানস্যাভিনয়ে পুনঃ।
পুনঃ পাদনিবৃত্তৌ তু ভাণ্ডবাদ্যং নিযোজয়েৎ॥

অর্থ। ঈশৈ অসি অভিনয়গা লোয়ননা অমুক হনগনি, মসিবু অমুকস্থ হন্না শক্কনি, অদুগা মসিগী অরোইবা পদ শকপা লোইবদা পুং য়ৈগনি।

পুং য়ৈবা য়াদবা মতম

৩২৬। অঙ্গবস্তুনিবৃত্তেন বর্ণান্তরনিবৃত্তিষু।
তথোপস্থাপনে চৈব ভাণ্ডবাদ্যং প্রয়োজয়েৎ॥

অর্থ। ( ঈশৈগী ) অঙ্গবস্তু নত্রগা বর্ণগী শক্কক লোইথ্রবদি নত্রগনা অহোবমক্তদদি থক পুং য়ৈরোইদবনি।

৩২৭। যেঽপি চান্তরমার্গাঃ স্যুস্তন্ত্র্যা বাক্‌করণৈঃ কৃতাঃ।
তেষু সূচী প্রয়োক্তব্যা ভাণ্ডেন সহ তাণ্ডবে॥

অর্থ। তন্ত্রী নত্রগা করণনা শেম্বা অদুগুম্বা অন্তরমার্গগী মতমদদি মহুদা শাবা নিপা জগোইদা ( তাণ্ডব ) পুংগা লোয়ননা সূচীচারী পাঙ্‌থোক্কনি।

৩২৮। মহেশ্বরস্য চরিতং য ইদং সংপ্রযোজয়েৎ।
সর্বপাপবিশুদ্ধাত্মা শিবলোকং স গচ্ছতি॥

অর্থ। ভগবান শিবনা পুথোকপিবা অসিগুম্বা জগোই অসিবু শাজবা মী মহাক অহুদি পাপ পুম্নমক কোক্তুনা ( শিরগা ) শিবলোক কংজবা ওই।

৩২৯। এবমেষ বিধিঃ সৃষ্টস্তাণ্ডবস্য প্রয়োগতঃ।
ভূয়ঃ কিং কথ্যতাং বিপ্রা নাট্যযোগবিধিং প্রতি॥

অর্থ। শীজিন্নবদগী থোকপা ( শীজিন্নহুনা য়েংলগা কোন্না শেম্বা ) নিপা জগোইগী হৌনবী নিয়মদি মথোয় অসিনি। হে ব্রাহ্মণ পূন্নমক! নাট্য শেম্বগী মরমদা অহেনবা অতৈ নিয়ম করি হায়জখি-গদবা লৈরিবগে তাকপিয়ু।

ভরত নাট্য-শাস্ত্রদা তাণ্ডব-লক্ষণ হায়না কৌবা মরিগুবা ভাংকক অহু মসিদা লোইরে।

---

মণ্ডাশুবা তাংকক

# পূর্বরঙ্গগী হৌনবী

( লীলা নত্রগা নাট্যগী মাঙথানা তৌফম থোকপশিং )

১। ভরতস্য বচঃ শ্রুত্বা নাট্যসন্তানকারণম্।
পুনরেবাব্রুবন্ বাক্যমৃষয়ো হৃষ্টমানসাঃ॥

অর্থ। নাট্যগী মরমদা ভরতনা শন্দোক্লা তাকপা ৱাহৈশিং অদু তারগা হরাউনরবা মুনিশিং অদুনা অমুক হায়রকই।

২-৪। যথা নাট্যস্য বৈ জন্ম জর্জরস্য চ সম্ভবঃ।
বিঘ্নানাং শমনং চৈব দেবতানাং চ পূজনম্॥
ত্বত্তঃ শ্রুতং গৃহীতং চ গৃহীত্বা চাবধারিতম্।
নিখিলেন যথা তত্ত্বমিচ্ছামো বেদিতুং পুনঃ॥
পূর্বরঙ্গং মহাতেজঃ সর্বলক্ষণসংযুতম্।
যথা মন্যামহে ব্রহ্মংস্তথা ব্যাখ্যাতুমর্হসি॥

অর্থ। নাট্য অমদি জর্জরগী হৌরকপা, বিঘ্নশান্তি ( অপন-অহুই ঙাকথোক্লবা তৌবা থৌরম ), লাইবু ঈড়াংপা অসি পূম্নমক নঙগী নকমদগী তাদুনা খঙজরে; মদু পূম্নমক অদু 'তত্ত্ব' গা কোম্না অমুক্কংগা খঙজনীংই। হে নতিক-নঙান চাউরবা ব্রাহ্মণ, হৌনবী মতৌ-মওঙ শুনা যাওবা অদুগুম্বা পূর্বরঙ্গবু ঐখোয়না খঙজবা য়াবা মওঙদা শন্দোক্লা ঐখোয়দা তাকপিয়ু।

৫-৬। তেষাং তু বচনং শ্রুত্বা মুনীনাং ভরতো মুনিঃ।
প্রত্যুবাচ পুনর্বাক্যং পূর্বরঙ্গবিধিং প্রতি॥

**পূর্বরঙ্গং মহাভাগা গদতো মে নিবোধত।**
**পাদভাগাঃ কলাশ্চৈব পরিবর্তস্তথৈব চ॥**

অর্থ। মুনিশিংগী মাহৈ অচু তাবদগী ভরত মুনিনা অমুক হায়রকই —'পূকচেন চাউবা পূম্নমক! পূর্বরঙ্গগী মরমদা অমদি মচুগা মরী লৈনবা [১]পাদভাগ, [২]কলা অমসুং [৩]পরিবর্ত' গী মরমদা হায়জগে তাবিয়ু।

## পূর্বরঙ্গ

৭। **যস্মাদ্রঙ্গপ্রয়োগোঽয়ং পূর্বমেব প্রযুজ্যতে।**
**তস্মাদয়ং পূর্বরঙ্গো বিজ্ঞেয়োঽত্র দ্বিজোত্তমাঃ॥**

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পূম্নমক! অসিগুম্বা রঙ্গপ্রয়োগ অসিদি লীলা নত্রগা নাট্যগী মাঙ্‌থানা পাঙ্‌থোকপা থোরম ওইবদগী মসিবু '[৪]পূর্বরঙ্গ' অসুম্না খঙ্‌নগনি।

## পূর্বরঙ্গগী মন্নুংচনবশিং

৮-১১। **অস্যাঙ্গানি তু কার্য্যাণি যথাবদনুপূর্বশঃ।**
**তন্ত্রীভাণ্ডসমাযোগৈঃ পাঠ্যযোগকৃতৈস্তথা॥**
**প্রত্যাহারোঽবতরণং তথা হ্যারম্ভ এব চ।**
**আশ্রাবণা বক্ত্রপাণিস্তথা চ পরিঘট্টনা॥**
**সংঘোটনা ততঃ কার্যা মার্গ সারিতমেব চ।**
**জ্যেষ্ঠমধ্যকনিষ্ঠা চ তথৈবাসারিতক্রিয়া॥**
**এতানি চ বহির্গীতান্যন্তর্যবনিকাগতৈঃ।**
**প্রয়োক্তৃভিঃ প্রযোজ্যানি তন্ত্রীভাণ্ডকৃতানি তু॥**

---

১। ৩১।২৪ য়েংউ। তালগী মরোদা খঙ্‌নব পারিভাষিক শব্দ অমনি।
২। ঈশৈদা মতমগী চাং খঙ্‌নবা মিংনি। ৩১।১-৪ য়েংউ।
৩। ২৩-২৪, ৬৫-৮৯ য়েংউ।
৪। সাহিত্য দর্পণ ৬।১০ দগী হৌনা য়েংউ।

অর্থ। মসিগী অঙ্গ পূন্নমক ( ভোকম থোকপা পূন্নমক ) অহু মথং-মনাউ নাইনা ততবাদ্য অমসুং ঢাকবাদ্য অহুগা আবৃত্তি লোয়ননা নীংথিনা পাঙ্থোক্কনি। প্রত্যাহার, অবতরণ, আরম্ভ, আশ্রাবণা, বক্ত্রপাণি, পরিঘট্টনা, সংঘোটনা, মথংদা মার্গাসারিত, জ্যেষ্ঠ (অশাংবা), মধ্য ( ময়ায় ওইবা ) অমসুং কনিষ্ঠ ( অতেনবা ) মওঙ্গী আসারিত— অসিগুম্বা মপান থোক্না শকপা ঈশৈশিং অসি যবনিকা ( য়ুথল ) মরক্মদা তত অমসুং ঢাকবাদ্য লোয়ননা পাঙ্থোক্কনি।[২]

১২-১৫। ততশ্চ সর্বকুতপৈর্যুক্তান্যানি কারয়েৎ।
বিঘাট্য বৈ যবনিকাং নৃত্তপাঠ্যকৃতানি চ॥
গীতানাং মদ্রকাদীনামেকং যোজ্যং তু গীতকম্।
বর্ধমানমথাপীহ তাণ্ডবং যত্র যুজ্যতে॥
ততশ্চোত্থাপনং কার্যং পরিবর্তনমেব চ।
নান্দী শুষ্কাপকৃষ্টা চ রঙ্গদ্বারং তথৈব চ॥
চারো চৈব ততঃ কার্যা মহাচারী তথৈব চ।
ত্রিকং প্ররোচনা চাপি পূর্বরঙ্গে ভবন্তি হি॥

অর্থ। মথংদা য়ুথল হাইদোক্তুনা পুং-শেল অতৈগা লোযননা অতোপ্পা জগোই অমসুং আবৃত্তিনচিংবা পাঙ্থোক্কনি। 'মদ্রক' নচিংবা ঈশৈশিংগী মরক্তগী অমথক শক্কনি। বর্ধমান[১] ঈশৈসু শক্কনি, তাণ্ডবসু ( জগোইসু ) শাগনি। মথং তারক্কনি উত্থাপন ( য়াকায়বা ), পরিবর্তন ( কোয়বা ), নান্দী, শুষ্কাপকৃষ্টা অমসুং রঙ্গদ্বার, চারী, মহাচারী, ত্রিক[২] অমসুং প্ররোচনা—মথোয অসি পূর্বরঙ্গী থৌরম ওাক্তনি।[৩]

---

২। পারিভাষিক ওইবা ৱাহৈশিং অসিগী মরম মতুংদা শন্দোক্না তাক্লকথিগনি।

১। ৩১/৭৬-১০১, ৩২/২৫৯ দগী য়েংউ।
২। মতুংদা মসি 'ত্রিগত' অময়া হায়রকলি—২৮ (খ)-২৯ (ক) য়েংউ।
৩। পারিভাষিক শব্দ ( অকক্নবা ৱাহৈ ) শিংগী মরম কোয়া তাক্লকলি।

১৬। এতান্যঙ্গানি কার্যাণি পূর্বরঙ্গবিধৌ তু চ।
এতেষাং লক্ষণমহং ব্যাখ্যাস্যাম্যনুপূর্বশঃ॥

অর্থ। পূর্বরঙ্গগী মতাংদা অসিগুম্বা অঙ্গ-(মশা, তৌফম থোকপা) শিং অসি পাঙথোকফম থোকই। মথোয় অসিগী লক্ষণ (মতৌ-মওঙ) শিং অহ্ মথং-মনাউ নাইনা হায়রক্কে।

১৭। কুতপস্য তু বিন্যাসঃ প্রত্যাহার ইতি স্মৃতঃ॥
যথাবতরণং প্রোক্তং গায়কানাং নিবেশনম্॥

অর্থ। প্রত্যাহার—য়ৈন-খোংনবা যন্ত্রশিংবু শেম-শাহনা থম্ববু 'প্রত্যাহার' কৌই।

অবতরণ—ঈশৈ শকপশিংনা মফমদা ফম্ববু 'অবতরণ' কৌই।

আরম্ভ, আশ্রাবণা

১৮। পরিগীতপ্রিয়ারম্ভ আরম্ভ ইতি কীর্ত্তিতঃ।
আতোদ্যরঞ্জনার্থং তু ভবেদাশ্রাবণা বিধিঃ॥

অর্থ। আরম্ভ—ঈশৈ হৌগৎনবা থৌরাঙবু 'আরম্ভ'[1] হায়না খঙনৈ।

[2]আশ্রবনা—যন্ত্রশিং শেম-শাববু 'আশ্রাবনা' কৌই।

১৯। বাদ্যবৃত্তিবিভাগার্থং বক্ত্রপাণির্বিধীয়তে।
তন্ত্র্যোজ্জঃ করণার্থং তু ভবেচ্চ পরিঘট্টনা॥

অর্থ। [1]বক্ত্রপাণি—বাদ্য যন্ত্রশিংগী য়ৈবা-খোংবগী মখল খায়-দোকপগী থবকপু 'বক্ত্রপাণি' হায়না কৌই।

---

১। ২৯/১৩১ দগী হেংউ।
২। ২৯/১৩৫ „ „
১। ২৯/১৫৭ তগী হেংউ,

[2]পরিঘট্টনা—খোংননবা যন্ত্রগী মরী শেম্বা-শাবগী থবকুনা 'পরিঘট্টনা' দা তৌগনি।

## সংঘোটনা, মার্গাসারিত

২০। তথা পাণি বিভাগার্থং ভবেৎ সংঘোটনা বিধিঃ।
তন্ত্রীভাণ্ডসনাযোগান্ মার্গাসারিতমিষ্যতে॥

অর্থ। [3]সংঘোটনা—পুংনচিংবা য়ৈবদা তোঙান-তোঙানবা খুৎকী মওঙ্ থোক্লবা চাং য়েংববু (rehearsal) 'সংঘোটনা' কৌই।

[4]মার্গাসারিত—মরী পানবা যন্ত্রগা য়ৈন-থীন্নবা যন্ত্রগা পুন্না য়ৈমিন-থোংমিন্নববু 'মার্গাসারিত' কৌই।

২১। কলাপাতবিভাগার্থং ভবেদাসারিতক্রিয়া।
কীর্তনাদ্দেবতানাং চ জ্ঞেয়ো গীতবিধিস্তথা॥

[1]আসারিত—মাত্রাগী মচাং থন্না য়ৈনবা হোৎনবা (অভ্যাস তৌবা) মতৌবু (কলাপাত[2]) 'আসারিত' কৌই।

গীতবিধি—(ঈশৈ শকপগী নিয়ম) লাইগী মতিক মগুণ শকপা শোনববু 'গীতবিধি' কৌই।

২২-২৩ (ক)।

অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি চোত্থাপনবিধিক্রিয়াম্।
যস্মাদুত্থাপয়ন্ত্যাদৌ প্রয়োগং নান্দি পাঠকাঃ॥
পূর্বমেব তু রঙ্গেঽস্মিন্ তস্মাদুত্থাপনং স্মৃতম্।

অর্থ। অসিগী তুংদা 'উত্থাপন'গী ৱা হায়গে। নান্দী-পাঠক-শিংনা অহানবদা রঙ্গালয়দা উত্থাপন (য়াকায়বা) গী থবক তৌই। মরম অদুনা মসিবু 'উত্থাপন' হায়না খঙ্নৈ।

---

২। ২৯/১৪৮ দগী য়েংউ।
৩। ২৯/১৪৩ দগী। ৪। ২৯/১৫১ দগী
১। ৩১/৬২ দগী, ১৭০ দগী

২৩ (খ)-২৪ (ক)।

যস্মাচ্চ লোকপালানাং পরিবৃত্য চতুর্দিশম্ ॥
বন্দনানি প্রকুর্বন্তি তস্মাত্ত পরিবর্তনম্।

অর্থ। মায়কৈ মরিমক্তা কোয়মা চত্তুনা মায়কৈ ঙাকপা লাই-শিংবু খুরুম্মী হায়ত্তুনা মসিগী মমিং 'পরিবর্তন'[২]। হায়না খঙ্নৈ।

২৪ (খ)-২৫(ক)।

আশীর্বচনসংযুক্তা নিত্যং যস্মাৎ প্রবর্ততে।
দেবদ্বিজ নৃপাদীনাং তস্মান্নান্দীতি সংজ্ঞিতা ॥

[১]নান্দী—মতাং অসিদা লাই ব্রাহ্মণ অমসুং নিংথৌশিংগী আশীর্ব্বাদ হাওবা রাহৈ শীজিন্নৈ হায়ত্তুনা 'মসিবু নান্দী' অস্নুমা কৌনৈ।

২৫(খ)-২৭ (ক)। অত্র শুষ্কাক্ষরৈরেব হ্যপকৃষ্টা ধ্রুবাযতঃ।
তস্মাচ্ছুষ্কাপকৃষ্টৈব জর্জরশ্লোকদর্শিতা ॥

[২]শুষ্কাবকৃষ্টা—অর্থ থোক্তবা ময়েক ঙাক্তনা শেম্বা ওইবদগী অবকৃষ্টা ধ্রুবাগী শব্দকপু 'শুষ্কাবকৃষ্টা' অস্নুমা খঙ্নৈ। মসিদি জর্জর-শ্লোক-কুম্ববু হায়বনি।

২৬ (খ)-২৭ (ক)।

যস্মাদভিনয়স্তত্র প্রথমং হ্যবতার্যতে ॥
রঙ্গদ্বারমতো জ্ঞেয়ং বাগঙ্গাভিনয়াত্মকম্।

রঙ্গদ্বার—মতাং অসিদগী অভিনয় ভৌবা হৌগৎলি হায়ত্তুনা (হায়বদি অভিনয়গী থোঙ্জীননি) হায়ত্তুনা মসিবু 'রঙ্গদ্বার' হায়না খঙ্নৈ; মসিদা বাঙাঙ্ (ঔশৈ) অমসুং অভিনয় অনিমক পাঙ্থোকই।

---

১। নান্দী—Jester মনো ঘোষ, শ্লোক ১০৭ য়েংউ।
২। শুষ্কাপকৃষ্টা, ১১৩-১১৫ য়েংউ।
২। পরিবর্ত—৮৫ শ্লোকতা।

২৭ (খ)-২৮ (ক)।

শৃঙ্গারস্য প্রচরণাচ্চারী সংপরিকীর্তিতা ॥
রৌদ্রপ্রচরণাচ্চাপি মহাচারীতি কীর্তিতা।

চারী— শৃঙ্গার-রস ফোংদোকপা শাজংপু চারী কৌই।

মহাচারী— রৌদ্ররস ( অকনবা অশাউবা ) ফোংদোকপা শাজংপু মহাচারী অমুম্না খঙনৈ।

২৮ (খ) ২৯ (ক)।

বিদূষক: সূত্রধারস্তথা বৈ পরিপার্শ্বক: ॥
যত্র কুর্বন্তি সঞ্জল্পং তত্রাপি ত্রিগতং স্মৃতম্।

ত্রিগত—বিদূষক, সূত্রধার অমসুং পারিপার্শ্বিক ( ডিরেক্টার, এসিষ্টেন্ট অমসুং জেষ্টর-Jester ) অহুমনা বা-লান খঙ্নবা মতাং অদুবু 'ত্রিগত' হায়না কৌই ( মী অহুমগী বারী )।

২৯ (খ)-৩০ (ক)।

উপক্ষেপণ কার্যস্য হেতুযুক্তি সমাশ্রয়া ॥
সিদ্ধেনামন্ত্রণা যা তু বিজ্ঞেয়া সা প্ররোচনা।

[1]প্ররোচনা—মহৈ য়াম্না পাঙ্থোক্নবগীদমক যুক্তি-তর্ক ( খন্না নৈনবগী বাঙাঙ্ ) তৌনহুনা শান্নগদোরিবা লীলা অহুগী লংজীন কাঙ্বগী থবকপু 'প্ররোচনা' কৌই।

৩০ (খ) ৩১ (ক)।

অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি হ্যাশ্রাবণাবিধিক্রিয়াম্ ॥
বহির্গীতবিধৌ সম্যগুৎপত্তিং কারণং তথা।

বহির্গীত অমসুং মহুগী মরম—মথংদা বহির্গীতবিধিগী মচুংচনবা 'আশ্রাবণ-বিধিগী হৌরকপা মওঙ্ অমসুং মহুগী মরম অহু হায়গে।

১। ১৪১-১৪২ শ্লোক য়েংউ।

৩১ (খ) ৩২

বিত্রদক্ষিণবৃত্তৌ তু সপ্তরূপে প্রবর্তিতে॥
সোপোহনে সনির্গীতে দেবস্তুত্যভিনন্দিতে।
নারদাদ্যৈশ্চ গন্ধর্বৈঃ সভায়াং দেবদানবাঃ॥

অর্থ। ঈশৈগী মওঙ্ তবেৎতা ( সপ্তরূপ[১] ) অমসুং চিত্র[২] অমদি [৩]দক্ষিণ মার্গ উপোহণ[৪] অমসুং নির্গীর্ত লোয়নবা ঈশৈনা নারদনচিংবা ঈশৈ হৈবশিংনা লাইশিংগী স্তুতিকীর্তন ( খুরুম খাজংবগী থবক ) তৌথি, অদুম তৌনা সভাদা তিনখিবা লাই-হিংচাবশিং পূম্নমকপু নীংথিবা [৬]তাল লয়না তিনবা অতুগুম্বা নির্গীত ( ঈশৈ য়াওদবা পুং-শেলনচিংবগী খোম্বোক ? ) তাহনখি।

৩৩-৩৪ নির্গীতং শ্রাবিতা সম্যক্ লয়তালসমন্বিতম্।
তচ্ছ্রুত্বা তু শুভং গানং দেবস্তুত্যভিনন্দিতম্॥
অভবন্ ক্ষুভিতাঃ সর্বে মাৎসর্যাদ্দৈত্যরাক্ষসাঃ।

অর্থ। মুংঙাইবগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা লাইবু স্তুতি তৌবা ঈশৈ অসি তাবদা হিংচা-মাইতম্বা মখৈনা কল্লক থম্বন রাখলতনা শাউনরকখি।

৩৪ (খ)-৩৬

সংপ্রধার্য চ তেঽন্যোন্যমিত্যবোচন্নবস্থিতাঃ॥
নির্গীতং তু সবাদিত্রামিদং গৃহ্ণীমহে বয়ম্।
সপ্তরূপেণ সন্তুষ্টা দেবাঃ কর্মানুকীর্তনাৎ॥
এবং গৃহ্ণীম নির্গীর্তং তুষ্যামোঽত্রৈব বৈ বয়ম্।
তে তত্র তুষ্টা দৈত্যাস্তু সাধয়ন্তি পুনঃ পুনঃ॥

---

১। ৩১/২২০ দগী, ৩৬৫ দগী ২। ৩১/৩৫৮, ৩। ৩১/৩৫৭।
৪। ৩১/১০৮ দীদ, ৫। বহির্গীত ৪১ (ক)-৪২ (খ) য়েংউ।
৬। ২৮/১৮-২০, ৩১ বা তংকক

অর্থ। ফিবম অসিদা মথোয়না মহৈ মহৈ হায়নরকখি—ঈশ্বে য়াওদবা যন্ত্র সঙ্গীত অসিতবু ঐখোয়না তানীংই। লাইশিংনদি মথোয়গী মতিক মগুণ খাবা ঈশ্বে মথল তরেং অতুতবু তাবদা পেন্নরি। ঐখোয়দি নির্গীত (যন্ত্র সঙ্গীত) তবু তারগা পেনগনি। অস্তুম্না হিংচাবশিংনা মথোয়না পেনজবা মতুংইম্না মদূতবু হন্না হন্না পাংথোক্লবা হায়রকখি।

৩৭-৩৮ 'ক।

দৃষ্টাশ্চাপি ততো দেবাঃ প্রত্যভাষন্ত নারদম্।
এতে তুষ্যন্তি নির্গীতে দানবাঃ সহ রাক্ষসৈঃ॥
প্রণশ্যতু প্রয়োগোহয়ং কথং বৈ মন্যতে ভবান্।

অর্থ। মথংদা লাইমথৈনা শাউরহুনা নারদদা হায়খি, হিংচাবশিং অসিনা নির্গীত (যন্ত্র সঙ্গীত) তবু পামলি। মসি অমুক মথা চথরগন্নু ; মসিদা নহাক্ক করি খনবগে ?

৩৮ (খ)-৪১ (ক)।

দেবানাং বচনং শ্রুত্বা নারদো বাক্যমব্রবীৎ॥
ধাতুবাদ্যাশ্রয়কৃতং নির্গীতং মা প্রণশ্যতু।
কিন্তু পোহন সংযুক্তং ধাতুবাদ্যবিভূষিতম্॥
ভবিষ্যতীদং নির্গীতং সপ্তরূপবিধানতঃ।
নির্গীতেনাববদ্ধাস্তু দৈত্যদানবরাক্ষসাঃ॥
ন ক্ষোভং ন বিনাশং চ করিষ্যন্তীহ তোষিতাঃ।

অর্থ। লাইশিংগী বা তারগা নারদনা হায়রকই, ধাতু[১] অমসুং মরী পনবা বাদ্যনা শিন্না অসিগুম্না নির্গীত অসিসু মাঙদবা ওইসনু

১। ধাতু - কনা কনাগুম্বনা মসিব তত বাদ্য ওইনা খঙনৈ। ধাতু হায়বনা গীতপ্রবন্ধগী মশা (অবয়ব মতৌ ?) ৎ খঙনৈ (২৯/৮২ দগী লোংউ, সঙ্গীতরত্নাকর, আদিয়ার সংস্করণ প্রবন্ধাধ্যায়) তারাতিংবা যন্ত্রবু নাট্যশাস্ত্রনা তন্ত্রী কৌই। ৫/ ১৯,১০ লোংউ।

অসিগুম্বা 'নির্গীত' অসিবু ঐনা উপোহন য়াওনা অমস্থুং মরী তিংবা যন্ত্র সঙ্গীতকী মতেংনা ঈশৈগী মওঙ্ তরেৎ থোক্না শেমগনি। দৈত্য-দানব অমস্থুং হিংচাবশিং পুন্নমক্না নির্গীতপু পাম্বদগী মসিদা শাউবা তৌরোই অমস্থুং হরাউবনা মরম ওইদুনা অকায়বা থোইনা থোকহল্লকপা তৌরোই।

৪১(খ) ৪২ (ক)।

এতন্নির্গীতমেবং তু দৈত্যানাং স্পর্ধয়া দ্বিজাঃ ॥
দেবানাং বহুমানেন বহির্গীতমিদং স্মৃতম্।

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক! অসুম্না নাৱাংলবা হিংচাবশিংবু কাথনবগীদমক 'নির্গীত' হায়বা মিং অসিদা মসিবু খঙ্নখি। অদুগা মসিনা লাইশিংগী পেন্নবা তৌবা ওইবদগীসু (লাইনা পাম্নবদগীসু) মসিবু (নির্গীত) 'বহির্গীত' হায়না খঙ্নখি।

৪২(খ)-৪৪ (ক)।

ধাতুভিশ্চিত্রবীণায়াং গুরুলঘ্বক্ষরান্বিতম্ ॥
বর্ণালঙ্কারসংযুক্তং প্রয়োক্তব্যং বুধৈরথ।
নির্গীতং গীয়তে-যস্মাদপদং বর্ণযোজনাৎ ॥
অসূয়য়া চ দেবানাং বহির্গীতমিদং স্মৃতম্।

অর্থ। [১]চিত্রবীণাদা [২]ধাতু খিবীক্না লোয়ননা গুরু লঘু অক্ষরনা তিনবা অমস্থুং বর্ণ,[৩] অলংকার[৪] য়াওবা অসিগুম্বা (বহির্গীত) অসিবু অখঙ্-অহৈশিংনা শীজিন্নগদবা ওই।

---

১। নাট্যবু মরীকচুমহন্নবা বীণা মথল অমা (অভিনবগুপ্ত), ২৯/১২০ দা য়েংউ
২। ২৯,৮২ দগী য়েংউ। 'সঙ্গীতরত্নাকর (প্রবন্ধাধ্যায়-৭, বাদ্যাধ্যায় ১২৭) দনা বাহৈ অসিবু প্রবন্ধগী মথক্কি হায়না অর্থ তৌরি। বাদ্যযন্ত্র থোংবদগী থোরকপা মগু মথল অমা
৩। ২৯/৮-২২ য়েংউ। ৪। ২৯/২৩দগী য়েংউ।

৪৪ (খ) ৪৫ (ক)।

নির্গীতং যন্ময়া প্রোক্তং সপ্তরূপসমন্বিতম্।
উত্থাপনাদিকং যচ্চ তস্য কারণমুচ্যতে।

অর্থ। মথক্তা হায়খ্রবা নির্গীত মথং তবেং অমদি উত্থাপন-নচিংবগী মরম অমুক হায়রক্কে।

৪৫ (খ)-৫৪।

প্রত্যাহারে যাতুধানাঃ প্রীয়ন্তে সহ পন্নগৈঃ॥
তুষ্যন্ত্যপ্সরসস্তত্র কৃতেহবতরণে দ্বিজাঃ।
তুষ্যন্ত্যপি চ গন্ধর্বা আরম্ভে সম্প্রযোজিতে॥
আশ্রাবণায়াং যুক্তায়াং দৈত্যাস্তুষ্যন্তি সর্বশঃ।
বক্ত্রপাণৌ কৃতে চৈব নিত্যং তুষ্যন্তি দানবাঃ॥
পরিঘটনায়াং তুষ্টা যুক্তায়াং রক্ষসাং গণাঃ।
সংঘোটনক্রিয়ায়াং তু তুষ্যন্ত্যপি চ গুহ্যকাঃ॥
মার্গাসারিতমাসাদ্য তুষ্টা যক্ষা ভবন্তি হি।
গীতকেষু প্রযুক্তেষু দেবাস্তুষ্যন্তি নিত্যশঃ॥
বর্দ্ধমানে প্রযুক্তে তু রুদ্রস্তুষ্যন্তি সানুগঃ।
তথা চোত্থাপনে যুক্তে ব্রহ্মা তুষ্টো ভবেদিহ॥
তুষ্যন্তি লোকপালাশ্চ প্রযুক্তে পরিবর্তনে।
নান্দীপ্রয়োগেহথ কৃতে প্রীতো ভবতি চন্দ্রমাঃ॥
যুক্তায়ামপকৃষ্টায়াং প্রীতা নাগা ভবন্তি হি।
তথা শুষ্কাপকৃষ্টায়াং প্রীতঃ পিতৃগণো ভবেৎ॥
রঙ্গদ্বারে প্রযুক্তে তু বিষ্ণুঃ প্রীতো ভবেদিহ।
জর্জরস্য প্রয়োগে তু তুষ্টা বিঘ্নবিনায়কাঃ॥
তথা চার্যাং প্রযুক্তায়ামুমা তুষ্টা ভবেদিহ।
মহাচার্যাং প্রযুক্তায়াং তুষ্টো ভূতগণো ভবেৎ॥

অর্থ। প্রত্যাহারনা হিংচাবা অমদি পন্নগ ( লিন, যাতুধানা) শিংবু পেলহল্লি। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! অবতরণ ত্তৌবনা অপ্সরাশিংনা পেল্লি। 'আরম্ভ' না গন্ধর্বশিংনা পেল্লি। 'আশ্রাব' না দৈত্যশিংনা পুংপেন পেনবা হায়বছ ওই। 'বক্ত্রপাণি' হায়বসি তৌরগনা দানব শিংনা মতম অপুন্বা পেল্লি। 'পরিঘট্টনা' না হিংচাবশিংনা পেল্লি। 'সংঘোটন' তৌরগনা গুহ্যক[১] শিংনা পেল্লি। 'মার্গাশারিত' অসিবু যংজরবদি যক্ষশিংনা পেনজে। লাই ময়ামগীনা 'ঈশৈ' তদা পেনবা ওই। 'বর্ধমান' শক্রগনা মচা মনাই লোয়ননা মহাদেবনা পেনবি। 'উত্থাপন' অসিনা ব্রহ্মানা পেনবিনবা ওই। 'পরিবর্তন' তৌরগনা মায়গৈ ঙাকপা লাইমথৈনা পেল্লি। 'নান্দী' তৌরগনা চন্দ্র দেবনা পেল্লি। 'অপকৃষ্টা' না নাগশিংনা পেল্লি। 'শুষ্কাপকৃষ্ট' না ইপা ইপুশিংনা ( পিতৃগণ ) পেল্লি। 'রঙ্গাদ্বার' তৌরগনা শ্রীবিষ্ণুনা পেনবি। 'জর্জর' না অপল অছুই থোকহন্দবা [১]বিনায়ক-শিংনা পেল্লি। 'চারী' শারগা উমা ( দুর্গা ) না পেল্লি। 'মহাচারী' হায়বসি তৌরগা ( শারগা ) ভূতশিংনা পেল্লি।

৫৫। প্রত্যাহারাদি চার্যন্তমেতদ্দৈবত পূজনম্।
পূর্বরঙ্গে ময়া খ্যাতং তথা চাঙ্গবিকল্পনম্॥

অর্থ। পূর্বরঙ্গগী মতাংদা প্রত্যাহারনচিংবদগী চারী ফাওবনা লাইগী পূজা তৌবগী অমদি মতুগী শক্তক অতৈগী য়ারম পুন্নমক ঐনা হায়জরবসিনি।

---

১। যক্ষগুহ্যা উপদেবতা মথল অমনি। মখোয় অসি কুবেরগী মনাইনি অমসুং মাগী মরল মথুম ঙাকপা কাঙ্বুনি।

১। কনা কণাগুহনা মসিগী অর্থ তৌবদা leaders of vighnas হায়বদি মৈথায় থিনগায় থোকহনবশিংগী লুচিংবা কাঙ্বুনি। মসিগী অর্থ অসি মক্তি চুয়বগনি নীংদে, মরমদি—ভইয় ( কৌরণ ) না বিন্ম পুন্নমক কোকই হায়না ( ৩,৭৬-৭৮ ) ইরি। 'বিনায়ক (বি-নী ধাতুদগীনি ) শব্দগী অর্থদি বিঘ্নবু কোকহনবা মী হায়বনি। অমম্নোমদা বিনায়ক শব্দনা গণেশতবু হায়রম্বা ওইবা য়াই। মতিক মচা চেনবা ওই দগী বহুবচন শীজিন্নবনি অস্তুম্বক য়াই।

৫৬ দেবস্তুষ্যতি যো যেন যস্য যন্মনসঃ প্রিয়ম্।
তত্তথা পূর্বরঙ্গে তু ময়া প্রোক্তং দ্বিজোত্তমাঃ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুন্নক! লীলা নত্রগা নাট্যগী মাঙ্‌ থানা পাঙ্‌থোকফম থোকপা পূর্বরঙ্গগী মতাংদা করি করম ভৌরগা লাইশিংনা পেনবা ওইবা, কনানা করিদা হেন্না পামশিনবা ওইবা হায়বনচিংবত্থু ঐনা হায়জরবসিনি।

৫৭-৫৮ সর্বদৈবত পূজার্হং সর্বদৈবত পূজনম্।
ধর্মং যশস্যমায়ুষ্যং পূর্বরঙ্গ প্রবর্তনম্॥
দৈত্যদানবতুষ্ট্যর্থং সর্বেষাং চ দিবৌকসাম্।
নির্গীতানি সগীতানি পূর্বরঙ্গ কৃতানি তু॥

অর্থ। পূর্বরঙ্গগী থৌরম পাঙ্‌থোকপা হায়বদি লাইনা পেনবিনবা ঈড়াং থৌনি ভৌবনি—মসিমক থৌফম থোকপা ধর্মনি, মিংচৎ অমদি পুন্সী পীনবা মশক্নি। অসুন্না ঈশৈ য়াওবা, ঈশৈ য়াওদবা থৌরম কয়ানা পাঙ্‌থোকপা অসিগুম্বা পূর্বরঙ্গগী থৌশীলশিং অসিনা লাই-হিংচাবা পুন্নমক্কী পেনহন্নবা মশক ওই।

৫৯ নির্গীতানাং সগীতানাং বর্ধমানস্য চৈব হি।
ধ্রুবাবিধানে বক্ষ্যামি লক্ষণং কর্ম চৈব হি॥

অর্থ। ঈশৈ য়াওবা, ঈশৈ য়াওদবা ভৌফম থোকপশিং অমসুং বর্ধমানগী হৌনবী মতৌ মওঙ্‌ অমদি মত্থুগী পাঙ্‌থোকপা থৌরমশিং মত্থু পুন্নমক ঐনা হুজীক মথংদা [১]'ধ্রুবা' গী নৈনরকপা মতাংদা লোইনা হায়জরক্কে।

অঙ্গ মথল মরি

৬০-৬৩ প্রযুজ্য গীতকবিধি বর্ধমানং তথৈব চ।
গীতকান্তে ততশ্চাপি কার্যাহ্যুত্থাপনী ধ্রুবা॥

---

১। ধ্রুবা—৩২ শুবা তাকক য়েংউ।

আদৌ দ্বে চ চতুর্থং চাপ্যষ্টমৈকাদশে তথা।
গুর্বক্ষরাণি জানীয়াৎ পাদে হ্যেকাদশেঽক্ষরে॥
চতুষ্পদা ভবেৎ সা তু চতুরস্রা তথৈব চ।
চতুর্ভিস্তন্নিপাতৈশ্চ ত্রিলয়া ত্রিযত্তিস্তথা॥
পরিবর্তাস্তু চত্বারঃ পাণয়স্ত্রয় এব চ।
জাত্যা চৈব হি বিশ্লোকাস্তাংশ্চ তালেন যোজয়েৎ॥

অর্থ। ঈশৈ[১] অমস্যুং বধমান[২] আনমক পাঙ্থোকপা লোইরগা ঈশৈগী মমৈদা উথাপনী ( য়াকাযবা ) ধ্রুবা[৩] শরুদবনি। ময়েক তরা-মাথোইনা শাবা ধ্রুবাগী পাদদা অহানবা অনি, মরি, নিপান অমস্যুং তরামাথোইশুবা ময়েকনা গুরুনি। অসিগুম্বা ধ্রুবা অসি চতুরস্র[৪] ( তালদা শরুদবনি ) নি অহুগা মসিদা পাদ মরি, সন্নিপাত[৫] মরি, [৬]লয় অহুম অমস্যুং [৭]যতি নিপান লৈগদবনি। মসিগী পরিবর্ত মরিনি, পাণি-না[৮] অহুমনি, মসিগী জাতিবৃত্তনা বিশ্লোকনি; মথোয়শিং অহু তাল য়াওবা ভাক্তা ওইগনি।

৬৪। শম্যা তু দ্বিকলা কার্যা তালো দ্বিকল এব চ।
পুনশ্চৈককলা শম্যা সন্নিপাতঃ কলাত্রয়ম্॥

অর্থ। [৯]শম্যা—কলা অনিনা শাই,
তাল — কলা অনিনা শাই
অমুকস্থু শম্যা — কলা অমনা শাই
সন্নিপাত—কলা অহুমনা শাই।

৬৫। এবমষ্টকলঃ কার্যঃ সন্নিপাতোঃ বিচক্ষণৈঃ।
চত্বারং সন্নিপাতাস্তু পরিবর্তস্য উচ্যতে॥

---

১। ৩১/২০০ দগী য়েংউ, ২। মথক্কী শ্লোক ১২-১৫ গী টিকা ৩ য়েংউ
৩। মশিং অসি ধ্রুবাধ্যায়দা য়া ওদে (৩২)। ৪। ৩১/৭ য়েংউ
৫। ৩১/৩৯ য়েংউ, ৬। ৩১/৩ য়েংউ, ৭। ৩১/৪৮৬-৪৮৮ য়েংউ
৮। পাণি-খুৎ ৩১/৪১৩-৪৯৫ য়েংউ, ৯। শম্যা—৩১/১৭৩ য়েংউ

[১]পরিবর্ত—অসুম তৌনা অখঙ্ অহৈশিংনা কলা নিপান য়াওনা 'সন্নিপাত' ভৌগনি। পরিবর্তগী সন্নিপাত মরিখক শুই।

৬৬। পূর্বঃ স্থিতলয়ঃ কার্যঃ পরিবর্তো বিচক্ষণৈঃ।।
তৃতীয়ে সন্নিপাতে তু তস্য ভাণ্ডগ্রহো ভবেৎ॥

অর্থ। অহৈবা মীন' অহানবা পরিবর্তদা স্থিতলয় ( বিলম্বিত লয়) অতপ্পা লয়চৎ ) দা লৈগনি মতুগী অহুম শুবা সন্নিপাত-দা পুং য়ৈগনি।

৬৭ একস্মিন্ পরিবর্তে তু গতে প্রাপ্তে দ্বিতীয়কে।
কার্যং মধ্যলয়ে তজ জ্ঞৈঃ সূত্রধারপ্রবেশনম্॥

অর্থ। অহানবা অমুক কোয়না চৎলবা ভুংদা ( পরিবর্ত ) অনিরক শুবা লৈনা চৎপা অহুদি মধ্যলয়দা। ময়ায় ওইনা থুবা লয়চৎ-তা ) মাগী মতেং পাংবা অনিগা লোয়ননা সূত্রধার চঙ্লক্কনি।

৬৮-৬৯ পুষ্পাঞ্জলিং সমাদায় রক্ষামঙ্গলসংস্কৃতাঃ।
শুদ্ধবর্ণাঃ সুমনসস্তথা চাদ্ভুতদৃষ্টয়ঃ॥
স্থানং তু বৈষ্ণবং কৃত্বা সৌষ্ঠবাঙ্গ পুরস্কৃতম্।
দীক্ষিতাঃ শুচয়শ্চৈব প্রাবিশেয়ুঃ সমং ত্রয়ঃ॥

অর্থ। মথোয় অহুমনা ( সূত্রধারগা লোয়নবা মী অনিগা ) পুষ্পাঞ্জলি পুতুনা, রঙ্গালয়দা চঙ্লক্কনি। মতুগী মমাঙ্দা হান্না মথোয় মশাবু ঙাকথোক্লবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা থোরমশিং পাঙ্থোক্লুনা মশা মশাবু শেংদোরক্কনি, তরু তরুবা ফিরোন শেৎ-চাহুনা মথরায় মুংঙাইনা অদ্ভুত দৃষ্টি[১] ( অঙকপা মিৎয়েং ) লোয়নবা বৈষ্ণব স্থান[2] ( ফিরেপ মখল অমদা ) দা য়েংবদা মুংঙাইহন্না ফজনা পুল্লগা চংমিন্নরক্কনি।

---

১। পরিবর্ত—কোয়না লৈবা ( কোয়না চৎপা শাজৎ walking round )

১। ৮/৪৮ য়েংউ

২। ১১/৫০-৫২ য়েংউ

৭০। ভৃঙ্গারজর্জরধরৌ ভবেতাং ³পারিপার্শ্বকৌ।
মধ্যে তু সূত্রধৃক্ তাভ্যাং বৃতঃ পঞ্চপদীং ব্রজেৎ॥

অর্থ। লোম্বনবা মী অনি অহুনা অমনা জর্জর পাযগনি, অমনা সনানা শাবা ঈশিংগী পাত্র অমা পায়গনি। সূত্রধার (ওজা) না মথোয় অনিগী মরক্তগী খোঙ্‌ফম মঙাথক চথোক্কনি।

৭১। পদানি পঞ্চ গচ্ছেয়ুর্ব্রহ্মণো যজনেচ্ছয়া।
পাদানাং চাপি বিক্ষেপং ব্যাখ্যাস্যামি যথাক্রমম্॥

অর্থ। ব্রহ্মাবু পূজা কৎনবগীদমক মহাক্না খোঙ্‌ফম মঙা চৎখৎ-কনি। মহুগী খোঙ্‌থাং মওঙ্ অহু মথং মথং হায়গে।

৭২। ত্রিতালান্তরবিষ্কম্ভমুৎক্ষিপেচ্চরণং শনৈঃ
পার্শ্বোত্থানোত্থিতশ্চৈব তন্মধ্যে পাতয়েৎ পুনঃ॥

অর্থ। মাগী খোঙ্‌থাং তাল[1] অহুম লাপ্পনা থাংগনি অহুগা তগ্না তপ্না থাংহুনা [2]বিষ্কম্ভগী মওঙ্ তৌগনি (খোঙ্ অনিমক মাগী মাগী নাকন্দা অহুমক থাংগৎ থাংথ তৌগনি) অমসুং খোঙ্ অনিমক মপা মাম্নন লৈমায়দা লৈতাহুনা লেপকনি।

৭৩। এবং পঞ্চপদীং গত্বা সূত্রধারঃ সহেতরৈঃ।
সূচীং বামপাদং দদ্যাৎ বিক্ষেপং দক্ষিণেন তু॥

অর্থ। অসুম তৌনা খোঙ্‌ফম মঙাথক চৎলগা অতৈহুগা লোয়-ননা মহাক্না ওযগী খোঙ্‌না হান্না হৌরগা য়েৎকী খোঙ্‌না কোন্না থাংহুনা সূচী (চারী) তৌগনি।

---

৩। পারিপার্শ্বিক অনিগী মরক্তা অমনা বিদূষক (Jester) শী থবক তৌগনি। মথক্তী ২৮-২৯ শ্লোক য়েংউ, ১৩৭-১৪১ সু য়েংউ।

১। তাল—অরাপ্পা ওন্নবা মচাংনি—খুজেংদগীনা খুৎন্নার মতোন কাওবনু খঙ্‌নৈ, মোত অমদনা মসিবু খুঁপ ই নি হায়। ৩/২১ টিকা

২। মসিগী মমিংদা অঙ্গহার (৪(২১) অমসুং করণ (৪/৪৩) অনিমক লৈ।

৭৪। পুষ্পাঞ্জল্যপবর্গশ্চ কার্যো ব্রাহ্মেঽথ মণ্ডলে।
রঙ্গপীঠস্য মধ্যে তু স্বয়ং ব্রহ্মা প্রতিষ্ঠিতঃ॥

অর্থ। মথংদা ব্রহ্মাগী লৈকমদা লৈ কৎকনি। রঙ্গপীঠগী ময়ায়দা অসুম্না ব্রহ্মাগী খুবম লৈ।

৭৫-৭৭ (ক)।

ততঃ সললিতৈর্হস্তৈরভিবন্দ্যঃ পিতামহঃ।
অভিবাদনানি কার্যাণি ত্রীণি হস্তেন ভূতলে॥
কালপ্রকর্ষহেতোশ্চ পাদানাং প্রবিভাগতঃ।
সূত্রধার প্রবেশাদ্যো বন্দনাভিনয়াত্মকঃ॥
দ্বিতীয় পরিবর্তস্তু কার্যো মধ্যলয়াশ্রয়ঃ।

অর্থ। মথংদা [১]ললিতহস্ত' না ব্রহ্মাবু খুরুমগনি। খুৎনা অহুম্নক লৈপাক শোক্তুনা খুরুমগনি। অনিশুবরকপা খুৎকোগ অসিদদি মতমগী মচাং মাম্নহন্নবণীদমক 'মধ্যলয়' ( ম-ায় ওইনা থুবা ) দা খোঙ্ থাংহুনা কোয়গনি, মসিদা সূত্রধার ( ওজা ) না হাম্না চঙ্গনি অহুগা মমৈদা খুরুম্বগী অভিনয় তৌগনি।

৭৭ (খ)-৭৮ (ক)।

অতঃ পরং তৃতীয়ে তু মণ্ডলস্য প্রদক্ষিণম্॥
ভবেদাচমনং চৈব জর্জরগ্রহণং তথা।

অর্থ। মথংদা অহুম শুবা ওইনা মণ্ডলীবু কোয়গনি, আচমন[১] তৌগনি অমসুং জর্জর পায়গনি।

৭৮ (খ)-৮০ (ক)।

উত্থায় মণ্ডলাৎ তূর্ণং দক্ষিণং পাদমুদ্ধরেৎ॥
তেনৈব বেধং কুর্বীত বিক্ষেপং বামকেন চ।

---

১। তোঙান তো নব হস্তমুদ্রাগী মরম ৯/২০১ দা য়েংউ।
১। আচমন হকচাং মন্থুং শেংদোক্নবা ঊশিং শকপা বিধি অমা।

পুনশ্চ দক্ষিণং পাদং পার্শ্বসংস্থং সমুদ্ধরেৎ ॥
ততশ্চ বামবেধস্তু বিক্ষেপো দক্ষিণস্তু তু।

অর্থ। অসুম্না ব্রহ্মাগী মণ্ডলীদগী লেপখৎলগা থীন্দনা য়েৎকী খোঙ্ থাংগৎকান অমসু [২]সূচী চারী খোঙ্থাংদা মাঙ্দা থাগনি, ওয়গী খোঙ্না মতু ইনগনি। নাকন্দা লৈবা য়েৎকী খোঙ্ অছু অমুক হন্না থাংগৎকনি। মথংদনা ওযগী খোঙ্না হান্না মাঙ্ থাহুনা সূচী-চারী অমুক তৌগনি, যেৎবী খোঙনা মতুংইন্দুনা কোন্না থাংগনি।

৮০ (খ)-৮৩।

ইত্যেনন বিধানেন সম্যক্ কৃত্বা প্রদক্ষিণম্ ॥
ভূঙ্গারধারমাহুয় শৌচং চাপি সমাচরেৎ।
যথান্যায়ং তু কর্তব্যা তেন হ্যাচমনক্রিয়া ॥
আত্মপ্রোক্ষণমেবাদ্ভিঃ কর্তব্যং তু যথাক্রমম্।
প্রযত্ন কৃতশৌচেন সূত্রধারেণ যত্নত ॥
সন্নিপাতসমং গ্রাহ্যো জর্জরো বিঘ্ন—জর্জরঃ।
প্রদক্ষিণাদ্যো বিজ্ঞেয়ো জর্জরগ্রহণান্তকঃ ॥

অর্থ। হায়বিবা নিয়ম অসিগী মতু ইন্না নীংথিনা কোযবহু লোইরগা ভৃঙ্গার ( সনানা শাবা ঈশিং হাপ্পবা পোৎ ) দগী ঈশিংনা শেংদোকপগী থবক তৌগনি। মহুগী ঈশিংনা অহানবদা হৌনবী আচমন তৌগনি। লোইরগা ঈশিং অহুনা মশাদা থীকত্নুনা শেং-দোকনি। অসুম্না শেংদোকপগী থৌরম অসি পাঙ্থোকপা লোইরগা সূত্রধারনা ( ওজা নত্রগা ডিবেক্টর 'সন্নিপাত'কা লোযননা য়ৈথায থিনগায় পূম্নকপু মাঙ্হন্নবগী মশক ওইবা অহুগুম্বা জর্জরবু পায়গনি। অহুমগুবা খুৎকোয় অসিদি অথুবা লয়চত্তা চৎকনি; থৌরম অসিগী অহানবা শরুক্তা কাগনি, মবৈদনা জর্জরবু পাযবগী থবক তৌগনি।

---

২। অভিনবগুপ্তগী মতদা বেধ হায়বদি সূচীচারী ওইনা লৌই।

৮৪-৮৭ (ক)।

তৃতীয়ঃ পরিবর্তস্তু বিজ্ঞেয়ো বৈ দ্রুতে লয়ে।
গৃহীত্বা জর্জরং চাষ্টৌ কলা জপ্যং প্রযোজয়েৎ॥
বামবেধস্ততঃ কার্যো বিক্ষেপো দক্ষিণেন তু।
ততঃ পঞ্চপদীং চৈব গচ্ছেৎ তু কুতপোন্মুখঃ॥
বামবেধস্তু তত্রাপি বিক্ষেপো দক্ষিণস্তু চ।
জর্জরগ্রহণাদ্যোইয়ং কুতপাভিমুখান্তগঃ॥
চতুর্থঃ পরিবর্তস্তু বিজ্ঞেয়ো বৈ দ্রুতে লয়ে।

অর্থ। জর্জর পায়রগা কলা নিপানগী মতমদি মন্ত্রজপ তৌগদবনি। মর্থংদা ওয়গী খোঙ্না হান্না থাহনা সূচীচারী তৌগনি অদুগা মথক্তা য়েৎকী খোঙ্ থাংগনি (বিক্ষেপ)। মথং তাবদা য়ৈন-খোংনবা যন্ত্র শিংগী মায়কৈদা খোঙ্ফম মঙা চঙ্শিনগনি। মতুদসু ওয়গী খোঙ্না চারী অদুগা য়েৎকী খোঙ্না বিক্ষেপ তৌগনি হায়বদি ওয়গী খোঙ্না মাঙ্ থায়গা য়েৎকী খোঙ্নাকোম্না থাংগনি। মরিশুবা থুংকোয়দি অথুবা লয়চং ওইগনি। মসিগী অরোবদনা জর্জরবু পায়বা অদুগা লোই-শিন্নবপদনা পুং-শেলগী মায়কৈদা চঙ্শিনবা অসি ওইগনি।

৮৭ (খ) ৮৮ (ক)।

করপাদনিপাতাস্তু ভবন্ত্যত্র তু ষোড়শ॥
ত্র্যশ্রে পাতা হি দ্বাদশ ভবন্তি করপাদজাঃ।

অর্থ। মসিদা (হায়বদি চতুরস্রগী মওঙ্দা পাঙথোকপা পূর্ব-রঙ্গদা) তৌফম থোকপা খোঙ্-খুৎকী থবক পুম্নমক কলা তরাতরুক্কী মমুংদা পাংথোক্কনি, অদুগা [১]ত্র্যস্রগী মওঙ্গী পূর্বরঙ্গ ওইরগনা খোঙ্চৎ-খোংলোন অদু কলা তরানিথোইগী মতমতমক ওইগনি।

---

১। ত্র্যস্রগী মিংদা ত্রুব, অমংদুং তাল অমিয়ক লৈ।

৮৮ (খ)-৯০ (ক)।

এবমুত্থাপনং কার্যং ততশ্চ পরিবর্তনম্॥
চতুরস্রে লয়ে মধ্যে সন্নিপাতৈস্তথাষ্টভিঃ।

অর্থ। অহুম তৌহুনা চতুরস্রদনা মধ্যলয়দা সন্নিপাত নিপান ওইহল্লা উত্থাপন তৌগনি, অদুগী তুংদনা পরিবর্তন তৌগনি।[১]

৯০ (খ)-৯১ (ক)।

যস্যাং লঘূনি সর্বাণি কেবলং নিধনং গুরু॥
ভবেদতিজগত্যাং তু সা ধ্রুবা পরিবর্তনী।

অর্থ। 'ধ্রুবা ঈশৈগী অতিজগতীদা ময়েক থৃদীংবক লঘু ওইবা মতুংদা অরোইবা অক্ষরতনা গুরু ওইরবদি মদুবু পরিবর্তনী' কৌই।

৯১ (খ)-৯২ (ক)।

বামকেন তু মার্গেণ বাদ্যেনানুগতেন চ॥
ললিতৈঃ পাদবিন্যাসৈঃ বন্দ্যদ্দেবান্ যথাদিশম্।

অর্থ। পুংখোল লোয়নবা ফজবা খোঙচত্তা ওয় ওইনবা কোয়না চত্তুনা মাগী মাগী মায়কৈ মতুং ইন্না মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংবু খুরুম্‌গনি। (ধ্রুবা ঈশৈগী মরক্তা ডিরেক্টরনা পুংগীতাল চানা— মনো-ঘোষ)

৯২(খ)-৯৩ (ক)।

দ্বিকলং পাদপতনং পাদচার্যাং বিধীয়তে॥
একৈকস্যাং দিশি তথা সন্নিপাতদ্বয়ং ভবেৎ।

---

১। মনো· ঘোষকী অর্থদ— অহুম তৌনা মখোয়না উত্থাপন (হাকাবা) গী থবক তৌগনি। মথংদা মাক্কে পরিবর্তন ধ্রুবা (কোয়না চৎপগী থবক)। মসি চ, স্র (তালদা), মধ্যলয় অমসুং সন্নিপাত ৮ মা লাগনি।

২। অরোইবা syllable গী পাদ মরক syllable ওয়াবাগোই ওইবা ঈশৈবু 'পরিবর্তনী' কৌই। (walking round) মনো-ঘোষ 88 p.

অর্থ। খোঙ্‌চৎ অসিগী খোঙ্‌থাং থূদীংমক্তা কলা অনিগী মতম চঙ্‌হনগনি অদুগা মায়কৈ অমমমদা চৎপগী মতমদনা সন্নিপাত অনি অনি ওইগনি।

৯৩ (খ) ৯৪ (ক)।

বামপাদেন বেধস্তু কর্তব্যো নৃত্তযোক্তৃভিঃ ॥
দ্বিতালান্তরবিষ্কম্ভো বিক্ষেপো দক্ষিণস্য তু।

অর্থ। জগোই শাবা মীনা ওয়গী খোঙ্‌না সূচীচারী তৌগনি। ওয়গী খোঙ্‌চত্তা ( খোঙ্‌থাংদা ) তাল অনি ( কাপ অনি ) কান্নরগা বিষ্কম্ভ ওইগনি অদুগা য়েৎকী খোঙ্‌ থাংগনি।

৯৪ (খ)-৯৫ (ক ।

ততং পঞ্চপদীং গচ্ছেদতি ক্রান্তৈঃ পদৈরথ ॥
ততোঽভিবাদনং কুর্যাদ্দেবতানাং যথাদিশম্।

অর্থ। মথংদা অতিক্রান্ত[1] খোঙ্‌থাংদা খোঙ্‌ফম মঙা গুনা চংলগা মাগী মাগী মায়কৈ ওন্দুনা লাইশিংবু ( মায়গে ঙাকপা ) খুরুমগনি।

৯৫ (খ)-৯৭ (ক)।

বন্দেত প্রথমং পূর্বাং দিশং শক্রাধিদেবতাম্ ॥
দ্বিতীয়াং দক্ষিণামাশাং বন্দেত যমদেবতাম্।
বন্দেত পশ্চিমামাশাং ততো বরুণ-দেবতাম্ ॥
চতুর্থীমুত্তরামাশাং বন্দেত ধনদাশ্রয়াম্।

অর্থ। নোংপোক মায়কৈদা ইন্দ্রবু হান্না খুরুমগনি, মথংদা খা মায়কৈদা ওন্দুনা মঙুগী মপু যমদেবতাবু খুরুমগনি। নোংচুপ মায়কৈ ওন্দুনা বরুণ দেববু খুরুমগনি অদুগা অরোংদনা মরিবক গুবদা কুবেরবু খুরুমগনি।

---

১। অতিক্রান্ত—১১/২৯ য়েংউ।

৯৭ (খ) (ক)।

দিশাং তু বন্দনং কৃত্বা বামবেধং প্রযোজয়েৎ॥
দক্ষিণেন তু কর্তব্যং বিক্ষেপ পরিবর্তনম্।

অর্থ। অহুম্মা মায়কৈ থুংনা কোয়না খুরুম্নগা ওয়গী খোঙ্না সূচীচারী শাগনি। মথংদনা য়েৎকী খোঙ্ থাহনা কোয়না চংপহ হৌগনি।

৯৮ (খ) ৯৯(ক)।

প্রাঙ্মুখস্তু ততঃ কুর্যাৎ পুরুষস্ত্রীনপুংসকৈঃ।
ত্রিপদৈঃ সূত্রধৃক্ রুদ্রব্রহ্মোপেন্দ্রাভিবন্দনম্॥

অর্থ। মথংদা সূত্রধার (জগোই ওজা) অহুনা মায় নোংপোক ওন্না [1]পুরুষ, স্ত্রী অমসুং ক্লীব (নিপা নুপী অমসুং নিপা নুপী খঙ্দবা নপুংসক) হায়না খঙ্নবা অহুগুম্বা খোঙচং অহুমদা চত্তুনা মথং মনাউ নাইনা শিব, ব্রহ্মা অমদি বিষ্ণুবু খুরুমগনি।

৯৯(খ) ১০০(ক)।

দক্ষিণং তু পদং নৃণাং বামং স্ত্রীণাং প্রকীর্তিতম্॥
দক্ষিণং তু পদং জ্ঞেয়ং নাভ্যুৎক্ষিপ্তং নপুংসকম্॥

অর্থ। য়েৎকী খোঙ্না নিপা (পুরুষ), ওয়গী খোঙ্চংনা নুপী (স্ত্রী) অহুগা হাইফেৎ কাঙ্বা য়েৎকী খোঙ্বুনা 'নপুংসক' (ক্লীব) হায়না কৌই।

১০০(খ)-১০১(ক)।

বন্দেত পৌরুষেণেশং স্ত্রীপদেন জনার্দনম্॥
নপুংসকপদেনাপি তথৈবাম্বুজসম্ভবম্।

অর্থ। নিপাখোঙ্চংনা (য়েৎ) হান্না থাহনা মহাদেববু, নুপী খোঙ্চংনা বিষ্ণুবু অহুগা নপুংসক খোঙ্চংনা ব্রহ্মাবু খুরুমগনি।

---

১। মথংগী শ্লোক অর্থ য়েংউ

১০১(খ)-১০২(ক)।

পরিবর্তনমেবং স্যাৎ তস্যান্তে প্রবিশেৎ ততঃ॥
চতুর্থকারঃ পুষ্পাণি প্রগৃহ্য বিধিপূর্বকম্।

অর্থ। অসুম্না কোয়না চৎপগী থবক অসি লোইরবদা মরিগুবা মী অমা মখুত্তা লৈ পায়ডুনা রঙ্গালয়দা নীংথিনা চঙ্লকনি।

১০২ (খ)-১০৩(ক)।

যথাবৎ তেন কর্তব্যং পূজনং জর্জরস্য তু॥
কুতপস্য চ সর্বস্য সূত্রধারস্য চৈব হি।

অর্থ। চঙ্লরগা মহাক্না হৌনবী তৌডুনা জর্জর পূজা তৌগনি। মথংদা কুতপ[১] (য়ৈন-খোংনবা যন্ত্রশিং) অমসুং সূত্রধার (ওজা) অদুবু পূজা কৎকনি।

১০৩(খ)-১০৪(ক)।

তস্য ভাণ্ডগতঃ কার্যঃ তজ্জৈর্গতিপরিক্রমঃ॥
ন তত্র গানং কর্তব্যং তত্র স্তোভক্রিয়া ভবেৎ।

অর্থ। অসুম্না মানা পূজা তৌবগী চৎপা খোঙ্চৎশিং অসি য়ৈরিবা পুংগা তাল চায়হনগদবনি। মসিদা ঈশৈদি শক্লোই, চুম্নগী অর্থ থোক্তবা খোম্বোক্তনা স্তোভ[৩] লাউগনি।

## অপকৃষ্টা ধ্রুবাগী ঈশৈ

১০৪(খ)-১০৫(ক)।

চতুর্থকারঃ পূজাং তু নিষ্ক্রামেৎ সম্প্রযুজ্য হি॥
ততো গেয়াপকৃষ্টা তু চতুরস্রা স্থিতা ধ্রুবা।

---

১।২। ৩/১১-১৩ য়েংউ

৩। সায়পাদদা য়াওবা হ হো, ও হা নচিংবা অর্থ থোক্তবা খোম্বোকশিং

অর্থ। অস্থুম্না পূজা তৌবা লোইরগা অকোনবা চঙ্‌অকপা মরি শুবা নিপা অহু থোকপ্রগনি। মথংদা চতুরস্র-তালদা অতগা লয়চৎতা '[৪]অপকৃষ্টা' ধ্রুবা ঈশৈ শকনি।

১০৫(খ) ১০৬(ক)।

গুরুপ্রায়া তু সা কার্যা তথা চৈবাবপাণিকা॥
স্থায়িবর্ণা শ্রয়োপেতাং কলাষ্টকবিনির্মিতাম্।

অর্থ। ঈশৈ অসিগী ময়েক পূম্নমক গুরু ওয়াক্তা ওইগনি, তালনা 'অবপাণিকা' ওইগনি; মসি স্থায়ীবর্ণদা তৌগনি অমদি কলা নিপাননা শাগনি।

১০৬(খ)-১০৭(ক)।

চতুর্থং পঞ্চমং চৈব সপ্তমং চাষ্টমং তথা॥
লঘুনি পাদে পঙ্‌ক্ত্যাস্তু সাপকৃষ্টধ্রুবা স্মৃতা।

অর্থ। পাদগী মরি, মঙা, তরেৎ অমসুং নিপানশুবা ময়েক পূম্নমক লঘু ওইবা অহুশুবা ধ্রুবা ঈশৈবু 'অপকৃষ্টা' হায়না কৌই।

## নান্দী

১০৭(খ)-১০৮(ক)।

সূত্রধারঃ পঠেন্নান্দীং মধ্যমং স্বরমাশ্রিতঃ॥
ততঃ পদৈর্দ্বাদশভিরষ্টাভির্বাপ্যলঙ্কৃতাম্।

অর্থ। মথং তাবদা সূত্রধারনা (ওজা নত্রগা director) মধ্যমস্বরদা (ঋাংবস্থ নত্তবা নেম্বস্থ নত্তবা) স্বরদা নান্দীপাঠ তৌগনি; মসিদা [১]পদ ১২ নত্রগা ৮ থক লৈগনি।

---

৪। ধ্রুব মথল অমনি। ৩২/১৫৫-১৬০ শ্লোক

১। ২৯/১৭ শ্লোক।

## নান্দীগী থুদম

১০৮ (খ)-১০৯(ক)।

নমোঽস্তু সর্বদেবেভ্যো দ্বিজাতিভ্যঃ শুভং তথা ॥
জিতং সোমেন বৈ রাজ্ঞা আরোগ্যং গোভ্য এব চ।

অর্থ। লাই খিবীকপু ঐনা খুরুমজৈ। ব্রাহ্মণশিংগী মঙ্গল ওইসনু। সোম যজ্ঞ তৌবগী মহেনা নিংথৌশিংনা জয় ওইবা ওইসনু অমসুং যণ-মখৈশু তিনজেন লাংচেন্দবা ওইসনু।

১০৯ (খ) ১১০(ক)।

ব্রহ্মোত্তরং তথৈবাস্তু হতা ব্রহ্মদ্বিষস্তথা ॥
প্রশাস্ত্বিমাং মহারাজঃ পৃথিবীং চ সসাগরাম্।

অর্থ। ব্রাহ্মণশিংগী মথং মথং চাওখৎপা ওইসনু। ব্রহ্মণশিংগী য়েক্কবা মক্ন ফুক্তক্লসনু। সমুদ্রনা খ্বাংঙ্লক ওইবী পৃথিবীবু নিংথৌরেননা রায়েন থৌদাগী থবক তৌবীসনু।

১১০ (খ) ১১১ (ক)।

রাজ্যং প্রবর্ধতাং চৈব রঙ্গশ্চায়ং সমৃধ্যতাম্ ॥
প্রেক্ষাকর্তুর্মহান্ ধর্মো ভবতু ব্রহ্মভাবিতঃ।

অর্থ। লৈবাক্কী চাওখৎপা ওইরসনু, কুম্মৈ ফিরোংগী চাওখৎপা ওইসনু, লীলা পুথোকপা মীগী পুক্নীংদা ব্রহ্মাবু কাউদবা হায়বা খ্বাংদগী হেনবা জ্ঞান অঙ্গনা লৈতাবা ওইরসনু।

---

১। অভিনবগুপ্তগী টীকাদা রাহৈ অসিগী অর্থদা শ্লোক-কী মতৌদা তিরক্ত নত্রগা স্মস্থ পদ ওইগনি শ্লস্তী পাং নম্মা শব্দক মখি থোকপগী অমা—থোক্ইনা মক্ত ওইদবা হায়বদি শ্লোকী মরক্তা লৈবা রাংলৈশিং। অভিজ্ঞান শকুন্তলাগী অহানবা শ্লোকী মরক্তা লৈবা রাংলৈশিং। অভিজ্ঞান শকুন্তলগী অহানবা শ্লোকী অর্থ তৌবদা রাঘব ভট্টনা পীবা ব্যাখ্যা অমসুং চন্দ্রশিখরগী নাট্যপ্রদীপ য়েংগদবনি।

২। ব্রহ্ম—বেদ, নত্রগা ব্রাহ্মণ নত্রগা ব্রহ্মাবু খঙনৈ। মতাং অসিদা মসি—বেদনা হায়বা, নত্রগা ব্রাহ্মণগী আশীর্বাদনা তিনবা, নত্রগ ব্রহ্মামক্তা মথবায় হংদবা 'সিগী মরক্তা অমা ওইবা মতই নাট্য হৌরকপগী বাক্যগা নত্রগা মখী লৈনবাদি ব্রহ্মানি।

১১১(খ)-১১২ (ক)।

কাব্যকর্তুর্যশশ্চাস্ত ধর্মশ্চাপি প্রবর্ধতাম্॥
ইজ্যয়া চানয়া নিত্যং প্রীয়ন্তাং দেবতা ইতি।

অর্থ। কাব্যকার (লীলা লেংবা, নাটক ইবা মী) গী মিংচং ফংবা ওইসনু, মাগী ধর্ম চাওখৎপা ওইসনু, মসিগী যজ্ঞ অসিনা (যজ্ঞগী মশক ওইবা লীলা নচিংবসিনা) মতম পুম্নমক্তা লাইশিংনা পেনখিবা ওইরসনু।

১১২ (খ)-১১৩(ক)।

নান্দীপদান্তরেষ্বেষু হ্যেবমস্ত্বিতি নিত্যশঃ॥
বদেতাং সম্যগুক্তাভির্গীর্ভিস্তৌ পারিপার্শ্বকৌ।

অর্থ। অসিগুম্বা নান্দীগী মন্ত্রশিং (Benedictory poems) অসিগী মরক মরক্তা লোয়নখিবা মী অনি অদুনা 'মদুমক ওইরসনু, ওইরসনু' অসুম্না খোঞ্জেন লাউনা, ময়েকশেংনা হায়দুনা মঙ্গল ওই-হন্নবগী থাখল ফোংদোকনি।

১১৩(খ) ১১৪(ক)।

এবং নান্দী বিধাতব্যা যথোক্তা লক্ষণৈর্ময়া॥
ততঃ শুষ্কাপকৃষ্টা স্যাজ্জর্জরশ্লোকদর্শিকা।

অর্থ। অসুম্না ঐনা হায়জখিবা মওংশিং অসিদা নান্দী তৌগদবনি। মথংদদি-জর্জরগী শ্লোক য়াওবা শুষ্কাপকৃষ্টা লাকগনি।

১১৪(খ) ১১৫(ক)।

নবগুর্বক্ষরাণ্যাদৌ ষট্ লঘুনি গুরুত্রয়ম্॥
কলাশ্চাষ্টৌ প্রমাণেন পাদৈর্হ্যষ্টাদশাক্ষরৈঃ।

অহানবা ময়েক মাপননা গুরু, মথং তরুক্কা লঘু, মতুংগী মথং অহুমনা গুরু, কলানা নিপান, ময়েক ভয়ানিপাননা তিনবা পদশিংন্না 'শুষ্কাপকৃষ্টা' শেমগনি।

১১৫(খ)-১১৬(ক)। যথা

ঝণ্ডে ঝণ্ডে দিগ্নে দিগ্নে॥
জম্বুক বলিতক তেতেন্নাম্।

অর্থ। মতুংদি—

ঝ ণ্ডে ঝ ণ্ডে দি গ্নে দি গ্নে
জ ম্বু ক ব লি ত ক তে তে ন্না ম্।

১১৬(খ)-১১৮(ক)।

কৃত্বা শুষ্কাপকৃষ্টাং তু যথাবদ্ দ্বিজসত্তমাঃ॥
ততঃ শ্লোকং পঠেদেকং গম্ভীরস্বরসংযুতম্।
দেবস্তোত্রং পুরস্কৃত্য যস্য পূজা প্রবর্ত্ততে॥
রাজ্ঞো ভক্তিশ্চ যত্র স্যাদথবা ব্রহ্মণস্তবঃ।

অর্থ। হে ব্রহ্মণ খিবীক্! শুষ্কাপকৃষ্টানা লাইগী পূজা তৌভ্রিন্দা হান্নবা লাইগী স্তোত্র ( লৈশী লৈথোন ) পাঠ তৌরগা য়াম্না গম্ভীর লৈবা খোস্থোক্না নিংথৌদা ভক্তি অমদি ব্রাহ্মণগী ঈকাই খুম্নবা লেঙ্দনা লৈহন্নবা মগুঙ্দা শ্লোক অমা থীগনি।

## রঙ্গদ্বার

১১৮(খ-১১৯(ক)।

পদিত্বা জর্জ্জরশ্লোকং রঙ্গদ্বারে চ যৎ স্মৃতম্॥
পঠেদন্যং পুনঃ শ্লোকং জর্জ্জরস্য বিনা মনম্।

অর্থ। রঙ্গদ্বার হায়না খঙ্নরিবা মফম অদুদা জর্জ্জরশ্লোক থীরগা অতোপ্পা শ্লোক অমা অম্মুক থীনা থীনা জর্জ্জর অদু থমগনি।

## চারী

১১৯(খ) ১২০(ক)।

জর্জরং নময়িত্বা তু ততশ্চারীং প্রযোজয়েৎ ॥
পারিপার্শ্বকয়োশ্চ স্যাৎ পশ্চিমেনাপসর্পণম্।

অর্থ। অসুম্মা জর্জরবু থারগা (থম্লগা) মহাক্কা চারী শাগনি, লোয়নবা মী অনিনা খোঙ্থাং তুংহন্নখিগনি (তুংহন্না খোকখিগনি)।

১২০(খ)-১২১(ক)।

অড্ডিতা চাত্র কর্তব্যা ধ্রুবা মধ্যলয়ান্বিতা ॥
চতুর্ভিঃ সন্নিপাতৈস্তু চতুরস্রা প্রমাণতঃ।

অর্থ। মতাং অসিদা মধ্যলয়দা (ময়ায় ওইনা থুবা লয়চংতা) সন্নিপাত ৪ গা লোয়ননা চতুরস্র তালদা অড্ডিতা ধ্রুবা শকনি।

১২১(খ)-১২২(ক)।

অাদ্যমন্তং চতুর্থং চ পঞ্চমং চ তথা গুরু ॥
যস্যাং তু জাগতে পাদে সা ভবেদড্ডিতা ধ্রুবা।

অর্থ। [1]জগতী ছন্দগী পাদদা অহানবা, অরোইবা, মরিশুবা অমস্যুং মঙা শুবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি মহু 'অড্ডিতা' ধ্রুবানি।

১২২(খ)-১২৩(ক)।

অস্যাঃ প্রয়োগং বক্ষ্যামি যথা পূর্বং মহেশ্বরঃ ॥
সহোময়া ক্রীড়িতবান্ নানাভাববিচেষ্টিতৈঃ।

অর্থ। মমাঙৈঙদা শিব-পার্বতী অনিনা ভাব অমস্যুং শাক্তং মখল কয়া লোয়ননা শেম্বিখিবা মতুংইন্না হৌজিক ঐনা মসি শীজিন্নবগী মওঙ্ অহু হায়গে।

---

[1]। জগতী ছন্দ—বৈদিক ছন্দ অমগী মমিংনি। মসিদা ময়েক ১২ না শাব পন্থং লৈগনি।

১২৩(খ)-১২৫(ক)।

কৃত্বাবহিত্থং তু বামং চাধোমুখং ভুজম্॥
নাভিপ্রদেশে বিন্যস্য জর্জরং চ তলাধৃতম্।
বামপল্লবহস্তেন পাদৈস্তালান্তরস্থিতৈঃ॥
গচ্ছেৎ পঞ্চপদীং চৈব সবিলাসাঙ্গচেষ্টিতৈঃ।

অর্থ। [1]অবহিত্থস্থানদা লৈরগা ( দিরেপ মখল অমা ) অমস্তং খৃবাক মথা ওন্থবা ওয়গী খৃংনা খোয়দোদা থম্লগা য়েৎকী খৃংনা জর্জরবু পায়গনি। ওয়গী খৃংনা পল্লবহস্ত শারগা তাল অমমম কান্ন কান্ন খোঙ্ থাংথুনা জগোই ওইবা নীংথিবা শ্মাজংতা খোঙ্কম মঙা চংকনি।

১২৫(খ)-১২৭(ক)।

বামবেধস্তু কর্তব্যো বিক্ষেপো দক্ষিণেন তু॥
তত. শৃঙ্গারসংযুক্তং পঠেচ্ছ্লোকং বিচক্ষণঃ।
চারী শ্লোকং পদিত্বা তু কৃত্বা চ পরিবর্তনম্॥
তৈরেব চ পদৈঃ ক র্যং প্রঙ্মুখেনাপসর্পণম্।

অর্থ। ওয়গী খোঙ্না স্থচীচারী তৌরগা য়েৎকী খোঙ্ কোন্না থাংদোকনি। মপংদা অথঙ্অহৈ ( ডিরেক্টর গুম্বা ) না শৃঙ্গার রসনা তিনবা অহুগুম্বা শ্লোক অমুথীগনি। অম্নুম্না শ্লোক মরিথক থীনা থীনা লৈথোক্লুনা হান্নগী খোঙ্থাং অহুমক্কা মান্নবা মাঙ্লোমদা ভন্থোক্লগা খোঙ্কম ভুংহম্লগনি।

১২৭(খ)-১৩০(ক)।

পারিপার্শ্বকয়োর্হস্তে ন্যস্য জর্জরমুত্তমম্॥
মহাচারীং ততশ্চৈব প্রযুঞ্জীত যথ বিধি।
চতুরস্রা ধ্রুবা যত্র তথা দ্রুতলয়াশ্রয়া॥

---

১। ১০/১৬৪-১৬৫ য়েংউ

চতুর্ভিঃ সন্নিপাতৈশ্চ কলাস্বষ্টৌ প্রমাণতঃ।
আদ্যং চতুর্থমন্ত্যং চ সপ্তমং দশমং গুরু॥
লঘুশেষং ধ্রুবা যোগে ত্রৈষ্টুভে চরণে যথা।

অর্থ। মথংদা লোয়নন্নিবা নিপা অনিহুগী মথুক্তা জর্জরবু শিন্নগা মহাক্লানিয়ম চুম্না মহাচারী শাগনি—মহুগী চতুরস্রা, ধ্রুবাসা, দ্রুতলয়দা সন্নিপাত মরি লৈগনি অমস্তুং কলা ৮ ন্না তিনগনি, অহুগা ত্রিষ্টুভ্১ ছন্দগী পাদগী ১, ৪, ৭, ১০ অমস্তুং অরোইবা ময়েকশিং অহুনা গুরু ওইরগা অতৈনা লঘু ওইগনি।

খূদম্—

১৩০(খ)-১৩১ (ক)।

পাদতলাহতপাতিত শৈলং
ক্ষোভিতভূতসমগ্রসমুদ্রম্।
তাণ্ডবনৃত্তমিদং প্রলয়ান্তে
পাতু হরস্য সদা সুখদায়ি॥

অর্থ। প্রলয়গী মমৈ তাবদা শাখিবা মতম পুন্নমক্তা পেন্নবা ওইবা অহুগুম্বা অকনবা তাণ্ডব জগোইগী খোঙ্গাওদা চীংমান পুন্নমক তেমখিবা, অমদি (মহুগী অন্নম্বা খোঙ্থাংনা) ঈশিংগী জীবশিংগা লোয়ননা সমুদ্রবু থক-খা ওলহনলিবা (অচৌবা ঈথক ইপোম হোইন-খিবা) অহুগুম্বা ভগবান শিবনা (নখোয় খ্বায়বু) ঙাকপি কমবীসনু।

১৩১(খ) ১৩২(ক)।

ভাণ্ডোন্মুখেন কর্তব্যং পাদবিক্ষেপণং ততঃ॥
সূচীং কৃত্বা পুনঃ কুর্যাদ্ বিক্ষেপপরিবর্তনম্।

অর্থ। মথংদা মহাক্লা য়াইবুং মখোলগা লোয়ননা মখোঙ্ থাংব হোগনি। খোঙ্ফম অসি সূচী চারীদা ওন্না ওন্না থাংবা ওইগনি।

---

১। ত্রিষ্টুভ—বৈদিক ছন্দনি। মসিগী পদ খুদীংমক্তা মরেক ১১ লৈখনি।

১৩২(খ)-১৩৩ (ক)।

অতিক্রান্তৈঃ সললিতৈঃ পদৈঃ দ্রুতলয়ান্বিতৈঃ।
ত্রিতালান্তরমুৎক্ষেপৈঃ গচ্ছেৎ পঞ্চপদীং ততঃ।
তত্রাপি বামবেধস্তু বিক্ষেপো দক্ষিণস্য চ॥

অর্থ। মথংদা মহাক্কা অথুবা লয়দা তাল অহুম অহুম কাল্লগা উৎক্ষিপ্ত ওইবা নীংথিবা অতিক্রান্ত চারীগী মওংদা খোঙ্ ফম মঙাথক চৎকনি। মথংদা মহাক্কা ওয়গী খোঙ্না বেধ ( সূচীচারী শাগনি ), য়েৎকী খোঙ্না মাঙ্থাগনি।

১৩৪-১৩৫ (ক)।

তৈরেব চ পদৈঃ কার্য্যং প্রাঙ্মুখেনাপসর্পণম্।
পুনঃ পদানি ত্রীণ্যেব গচ্ছেৎ প্রাঙ্মুখ এব চ॥
ততশ্চ বামবেধঃ স্যাৎ বিক্ষেপো দক্ষিণস্য চ॥

অর্থ। মথক্কী খোঙ্থাং অসিদা অহুম্মক মহাক্কা মাঙ্দা মমায় ওন্না তুংহন্নবা চৎকনি ( অপসর্পণ )। অমুক হন্না মাঙ্দা মায় ওন্দুনা খোঙ্ফম অহুম মাঙ্দা চংথৎকনি। মথং তাবদনা ওয়গী খোঙ্না হাম্না হৌরগা য়েৎনা তুংইন্দুনা সূচী-চারী শাগনি।

১৩৫(খ)-১৩৭ (ক)।

ততো রৌদ্ররসশ্লোকং পদসংহরণং পঠেৎ॥
তস্যান্তে তু ত্রিপদ্যাঽথ ব্যাহরেৎ পারিপার্শ্বকৌ।
তয়োরাগমনে কার্যং গানং নর্কুটকং বুধৈঃ॥
তত্রাপি বামবেধস্তু বিক্ষেপো দক্ষিণস্য চ।

অর্থ। মথংদা মহাক্কা মখোঙ্ আনিমক পূম্না থামিন্নরবদা (পদ সংহরণ ) রৌদ্ররসনা তিনবা শ্লোক অমা থীগনি। মথংদা খোঙ্ফম অহুম চত্তুনা লোয়নবা মী অনিমকপু কৌগনি। মখোয়না লাক্লবদা

ঈশৈ হৈবশিংনা 'নর্কূটক' হায়বা ঈশৈ মখল অতু শঙনি। মতম অতুদগী ওয়গী খোঙ্না হান্না সূচী চারী তৌরগা য়েৎকী খোঙ্না কোন্না থাগনি।

## ত্রিগত

( মী অহুম রা-লাল ভাঙ্নবা )

১৩৭(খ)-১৩৮।

তথা চ ভারতীভেদে ত্রিগতং সম্প্রযোজয়েৎ॥
বিদূষকস্ত্বেকপদে সূত্রধারস্মিতাবহাম্।
অসম্বদ্ধকথা প্রায়াং কুর্যাৎকথনিকাং তথা॥

অর্থ। মথংদা ভারতী বৃত্তি ( চীনগী খোন্থোক্না শান্নবা লীলা ) দা 'ত্রিগত' ( মী অহুমনা রা-লাল ভাঙ্নবগী থবক ) তৌগনি। বিদূষক ( Jester )না খংহৌদনা নাতৈ হোবা রা ভাক্না ফৈরেং তুরেং ভাঙহুনা সূত্রধার অদুবু নোকহন্নবা তৌগনি।

১৩৯। বিতণ্ডাং গণ্ডসংযুক্তাং নালিকাং চ প্রযোজয়েৎ।
কস্তিষ্ঠতি জিতং কেনেত্যাদি কাব্যপ্ররূপিণীম্॥

অর্থ। উংকদোরিবা লীলা-কাব্য অতুগা চান্নবা মওঙ্দা খংহায়-খংজিন তৌনা অবায়-অথুম তৌনগনি (গণ্ড), নাতৈ-উতৈ চাদবা ভাক্না ভাঙ্গনি ( বিতণ্ডা ), অমসুং 'নালিকা' য়াওগনি। অতুগা 'কনা লৈ, কনানা ভমলে? অসিনচিংবা রাশু হায়গনি।

১৪০। পারিপার্শ্বিকসঞ্জল্পো বিদূষকবিদূষিতঃ।
স্থাপিতঃ সূত্রধারেণ ত্রিগতে সম্প্রযুজ্যতে॥

অর্থ। অসুন্না মী অহুম রাভাঙ্নবা ( ত্রিগত ) অসিদা মী অমনা ভাঙ্লকপদা বিদূষকনা (Jester) মদুবু অরানবা শীরকপদা সূত্রধার ( Director ) না শোগৎকনি।

---

১। নালিকা— কনাগুমনদি মসি থুনা জয় হেক্না হায়বা অদুগুমবী মওঙ্নি হায়রৈ।

## প্ররোচনা

১৪১ প্ররোচনাথ কর্তব্যা সিদ্ধেনোপনিমন্ত্রণা।
রঙ্গসিদ্ধৌ পুনঃ কার্যং কাব্যবস্তুনিরূপণম্॥

অর্থ। মথংদা সিদ্ধনা ( সূত্রধারনা ) প্ররোচনা ( Laudation-স্তুতি ) অমসুং উদ্বোধন ( হাংদোকপা i. e invitation to members of the aundience ) তৌগনি। পাঙ্খোবদৌরিবা লীলা-মহৈ য়াম্নবগীদমক লীলাগী হারম অহু অমুক হন্না নীংশিংগনি।

১৪২ সর্বমেবং বিধিং কৃত্বা সূচীবেধকৃতৈরথ।
পাদৈরনাবিদ্ধগতৈর্নিষ্ক্রামেয়ুঃ সমং ত্রয়ঃ॥

অর্থ। অসুম্না হৌনবী 'পূণা তৌবা লোইহুনা সূচীচারী তৌরগা 'আবিদ্ধ' মতৌবা অকোঙ্ক চাবী খোঙপাং অমদা মখোয় অহুমক মপান থোকথিগনি।

১৪৩-১৪৪

এবমেব প্রয়োক্তব্যঃ পূর্বরঙ্গো যথাবিধি।
চতুরস্রো দ্বিজাঃ শ্রেষ্ঠাস্ত্র্যস্রং চাপি নিবোধত॥
অযমেব প্রয়োগ স্যাদঙ্গান্যেতানি চৈব হি।
তাল প্রলাপং সংক্ষিপ্তং কেবলং তু বিশেষকৃৎ॥

অর্থ। হে অথোইবা ব্রাহ্মণ খিবীক। অসুম তৌনা হৌনবী ঙাক্লুনা চতুরস্র পূর্বরঙ্গী থবক পাং থোকনি। হৌজিক 'ত্র্যস্র'গী মরমদসু তাবিয়ু। মসিসু অসুম্না অহুমক তৌগনি। [১]অঙ্গশিংসু অসি মঙায়। থোইদোক্লিবা হায়বমক্তদু মসিদা শীজিন্নবা তাল পুম্নমক তেনশিনগনি (সংক্ষিপ্ত—abridged measure of Tala)।

১৪৫-১৫৬

শম্যা তু দ্বিকলা কার্যা তাল এককলস্তথা।
পুনশ্চৈককলা শম্যা সন্নিপাতঃ কলাদ্বয়ম্॥

১। হৌনবী থৌরম অতৈসু

অনেন হি প্রমাণেন কলাতাললয় ন্বিতঃ।
কর্তব্যঃ পূর্বরঙ্গস্তু ত্র্যস্রেঽপ্যুত্থাপনাদিকঃ॥

অর্থ। মসিগী শম্যাদি কলা অনিমা শাগনি, তালনা কলা অমগী ওইগনি, অমুক হন্না শম্যাদা কলা অমগী ওইগনি, সন্নিপাতনা কলা অনি ওইগনি। ত্র্যস্র-পূর্বরঙ্গদা অসিগুম্বা শাজংনা অহুমক কলা তাল অমসুং লয়চংকী মচাং ওইনহুনা উত্থাপননচিংবা হৌনবীগা লোয়ননা শাঙ্‌থোকনি।

১৪৭। আদ্যং চতুর্থং দশমমষ্টমং নৈধনং গুরু।
যস্যাস্তু জাগতে পাদে সা ত্র্যস্রোত্থাপনী ধ্রুবা॥

অর্থ। জগতী ছন্দগী পাদ মরিমক্তা অহানবা, মরিগুবা, নিপান গুবা তরাগুবা অমসুং অরোইবা ময়েক্লা গুরু ওইরবদি মতুংগী মমিংবু ত্র্যস্রগী পূর্বরঙ্গগী মখলদা উত্থাপনী ধ্রুবা' হায়না কৌই।

১৪৮। বাদ্যং গতিপ্রচারশ্চ ধ্রুবা তালস্তথৈব চ।
সংক্ষিপ্তান্যেব কার্যাণি ত্র্যস্রে নৃত্তপ্রবেদিভিঃ॥

অর্থ। জগোই হৈবশিংনা ত্র্যস্রদদি পুং-জগোই নত্রগা শাজং, ঈশৈ ( ধ্রুবা ) অমসুং তাল— পুন্নমক শূপচিন তেনশিনগনি।

১৪৯ বাদ্য গীত প্রমাণেন কুর্যাৎ গতিবিচেষ্টিতম্।
বিস্তীর্ণমথ সংক্ষিপ্তং দ্বিপ্রমাণবিনির্মিতম্॥

অর্থ। শাজং-শানোমনচিংবা পুন্নমক পুং অমসুং ঈশৈগী অতেল অশাং মতুংইন্না শূপচিনবা নত্রগা শাংদোকপা তৌগনি।

১৫০-১৫১ (ক)।

হস্তপাদপ্রচারস্তু দ্বিকলঃ পরিকীর্তিতঃ।
চতুরস্রে পরিক্রান্তে পাতাঃ স্যুঃ ষোড়শৈব হি॥
ত্র্যস্রে তু দ্বাদশপাতা ভবন্তি করপাদজাঃ।

অর্থ। অসুম্না হায় মহুদি, খেঙ.চং খুৎথেক পুম্নমকী শাজং—কলা অনিগী মতম ওইগনি। চতুরস্র পূর্বরঙ্গগী খোঙ.চংতা ( খুৎকোয় ) খোংচং-খুৎথেক অনিমক মনী' ১৬ ওইগনি। অদুগা ত্র্যস্র পূর্বরঙ্গগী-দনা মসি ১২ তমক ওইগনি।

১৫১(খ) ১৫২।

এতৎ প্রমাণং নির্দিষ্টমুভয়োঃ পূর্বরঙ্গয়োঃ॥
কেবলং পরিবর্ত্তে তু গমনে ত্রিপদী ভবেৎ।
দিগ্বন্দনে পঞ্চপদী চতুরস্রে বিধীয়তে॥

অর্থ। পূর্বরঙ্গ মথল অনিমক্তা মপক্তা তাগয়িবা অসুম্না মচাং য়াংলম্মী। তৌইশুম্বসুং কোযনা চংপগী মতমংদি ( পরিবর্ত ) খোঙ.কম অহুম ওইগনি। চতুরস্র পূর্বরঙ্গগীদি মায়কৈ পুকম্নদা খোঙ.কম মঙা শুনা চংকদবনি।

১৫৩। আচার্যবৃদ্ধ্যা কর্তব্যাস্ত্র্যস্রতাল প্রমাণতঃ।
তালমূলক্ষণং প্রোক্তং পুংরুক্তং ভবেত্ততঃ॥

অর্থ। তৌইংসুম্বসুং হাংয়িবা পূম্নমক অসি নাট্যাচার্য্য ( ওস্তাদ ওজা ) গী অপাম্বা তালগী শাজং মতুংইন্না ত্র্যস্রগী পূর্বরঙ্গদা তৌগনি। মরম অদুনা মসিগী মতৌ মওঙ্ পুম্ননকী মরমদি অমুক হনবা খোক্লনি থন্দুনা হায়রে।

১৫৪-১৫৫(ক)।

এবমেব প্রযোক্তব্যঃ পূর্বরঙ্গো দ্বিজোত্তমাঃ।
ত্র্যস্রশ্চ চতুরস্রশ্চ শুদ্ধো ভারত্যপ্রাশ্রয়ঃ॥
এবং তাবদয়ং শুদ্ধঃ পূর্বরঙ্গোময়োদিতঃ।

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ খিবীক! অসুম্না অসিগুম্বা ত্র্যস্র, চতুরস্রগী অশেংবা পূর্বরঙ্গশিং অসিদি য়াঙাঙ্ শাঙাঙ্গী ওইবা নাট্যদা শীজিন্নকপা ওই।

## য়াম্নবা মণ্ডপ্‌গী পূর্বরঙ্গ

**১৫৫(খ) ১৫৭।**

চিত্রস্যমস্য বক্ষ্যামি যথাকার্যং প্রয়োক্তৃভিঃ ॥
বৃত্তেহ্যুত্থাপনে বিপ্রাঃ কৃতে চ পরিবর্তনে।
উদাত্তগানৈর্গান্ধর্বৈঃ পরিগীতৈঃ প্রমাণতঃ ॥
চতুর্থকারদত্তাভিঃ সুমনোভিরলঙ্কৃতে।
দেবদুন্দুভয়শ্চৈব নিনদেয়ুর্ভৃশংততঃ ॥

অর্থ। নাট্যশেম্বা মীশিংনা পূর্বরঙ্গ অসিবু য়ানশিন্নবা মণ্ডপ্‌দা করম্না পাঙ্‌থোকদবগে হায়বদু হায়জগে। হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক। উত্থাপন ( যাকায়বা ) অমদি পরিবর্তনগী ( কোয়না চৎপা ) থবক পুম্নমক লোইববদা থোঙ্জেল য়াংনা চৈশে শকপা অচুকম্বা চৈশ হৈবশিংনা কোয়শিন্দুনা মরিগুবা মী অচুনা লৈ চাইদুনা রঙ্গালংবু নীংথিজহনবদা হন্না ২ য়াইদুং থীনগনি।

**১৫৮।** [1]শুক্লাঃ কুসুমমালভির্বিকিরেয়ুঃ সমন্ততঃ।
অঙ্গহারৈশ্চ দেব্যশ্চ উপনৃত্যেয়ুরগ্রতঃ ॥

অর্থ। অশেংবা মীনা মাযকৈ মরিমক্তা লৈ পরেং চাইথোকনি। লাইরেম্বীশিংনা অঙ্গহার লোয়ননা মাঙদা জগোই শাগনি।

**১৫৯-১৬০।**

যস্তাণ্ডববিধিঃ প্রোক্তো নৃত্তং পিণ্ডীসমন্বিতঃ।
রেচকৈরঙ্গহারৈশ্চ ন্যাসোপন্যাসসংযুতঃ ॥
নান্দীপদানাং মধ্যে তু একৈকস্মিন পৃথক্ পৃথক্।
প্রযোক্তব্যো বিধিঃ সম্যক্ চিত্রভাবমভীপ্সুভিঃ

---

১। শুদ্ধ— মনো থোকনা বাক্তৈ অসিবু লৈ অঙৌবা ওইনা অর্থ তৌই।

অর্থ। পূর্বরঙ্গবু য়াম্নবা মওঙ্দা পাঙ্থোক্লীংবা মীনা—[1]নান্দী পাদশিংগী মরক্তা ( হায়বদি পাদ অমমমগী মথংদা ) মথক্তা হাম্না হায়গ্রবা পিণ্ডী লোয়নবা রেচক, অঙ্গহার, ন্যাস, উপন্যসনা তিনবা অহুগুম্বা তাণ্ডব জগোইশিং অহু তোপ্পা তোপ্পা চঙ্খোম্না পাঙ্থোকদবনি।

১৬১। এবংকৃত্বা যথান্যায়ং শুদ্ধং চিত্রং প্রযত্নতঃ।
ততস্ত্বন্তর্হিতাঃ সর্বা ভবেয়ুর্দিব্যযোষিতঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা মওঙ্দা হৌনবী কায়দনা চেকশিন্না অশেংবা পূর্বরঙ্গবু য়াম্নবা মওঙ্দা নীংথিনা পাঙ্থোকপা লোইরবদা লাইরেম্বী-শিং অহু মাঙ্খিগনি ( উহন্দনা থোকখিগনি )।

১৬২। নিষ্ক্রান্তাসু চ সর্বাসু নর্তকীষু ততঃ পরম্।
পূর্বরঙ্গে প্রযোক্তব্যমঙ্গজাতমতঃ পরম্॥

অর্থ। অসুম্না জগোইশাবী পুম্নমক থোক্লপ্রবদা পূর্বরঙ্গগী অতৈ অতৈ তৌফম থোকপশিং ( অঙ্গশিং ) চখ্রগনি।

১৬৩। এবং শুদ্ধো ভবেচ্চিত্রঃ পূর্বরঙ্গবিধানতঃ।
কার্যো নাতিপ্রসঙ্গোঽত্র গীতনৃত্তবিধিং প্রতি॥

অর্থ। অসুম্না পূর্বরঙ্গগী হৌনবী বিধি মতুংইন্না শুদ্ধ চিত্র (অশেংবা য়াম্নবা মওঙ্গী ) পাঙ্থোকনি। মসিদা ঈশৈ অমসুং জগোই মরাক কায়না তৌগনি।

১৬৪। গীতে বাদ্যে চ নৃত্তে চ প্রবৃত্তেঽতিপ্রসঙ্গতঃ।
খেদো ভবেৎ প্রয়োক্তৄণাং প্রেক্ষকানাং তথৈব চ॥

অর্থ। পুং ঈশৈ জগোইগী শক্তা হেনমল্লবসু মতুদা শক্তক য়াথিবা মীশিং অমদি ভাবক ( অয়েংবা মী ) শিংগী বানবা মরম ওইহল্লি।

---

১। নান্দী পাদ—Benedictory poems—m. ghosh.

১৬৫। খিন্নাণাং রসভাবেষু স্পষ্টতা নোপজায়তে।
ততঃ শেষপ্রয়োগস্তু ন রাগজনকো ভবেৎ॥

অর্থ। মশা চোকথরবা মীশিংগী মফমদা রস ভাবকী অশেংবা মস্তৌ থক ফাওদে। অছুনা মথং তারকদবা কৃৎমেদা মুংঙাইহনবস্থ ভমদে।

১৬৬। ত্র্যস্রং বা চতুরস্রং বা শুদ্ধং চিত্রমথাপি বা।
প্রযুজ্য রঙ্গান্নিষ্ক্রামেৎ সূত্রধারঃ সহানুগঃ॥

অর্থ। অসুম্না ত্র্যস্রগীবু ওইরবসু, চতুরস্রগীবু ওইরবসু অছুনা শুদ্ধবু ওইরবসু নত্রগা য়াম্নবা মওঙ্‌গীবু ওইরবসু হৌনবী পাঙ্‌থোক্লস্না লোইরগা সূত্রধার ( Director ) না লোয়নবা মীশিংগা লোয়ননা মপান থোকখিগনি।

নাট্য স্থাপন তৌবা

১৬৭। প্রযুজ্য বিধিনৈবং তু পূর্বরঙ্গং প্রয়োগতঃ।
স্থাপকঃ প্রবিশেৎ তত্র সূত্রধারগুণাকৃতিঃ।

অর্থ। অসুম্না পূর্বরঙ্গগী হৌনবী তৌবা লোইরবদা মশক্তা মগুণদা সূত্রধারগা মান্নবা অহুগুম্বা থাক্কী মীওই অমনা [1]স্থাপক ওইনা রঙ্গা-লয়দা চঙ্‌লকনি।

১৬৮। স্থানং তু বৈষ্ণবং কৃত্বা সৌষ্ঠবাঙ্গপুরস্কৃতম্।
প্রবিশ্য রঙ্গং তৈরেব সূত্রধারপদৈর্ব্রজেৎ॥

অর্থ। [1]অঙ্গসৌষ্ঠব ( ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা ) লোয়ননা বৈষ্ণব[2] স্থানদা ( ফিরেপ মথল অমা ) লৈরগা রঙ্গালয় ( stage ) দা চঙ্‌ছুনা সূত্রধারগুম্না মহাক্না মখোঙ্‌ থাংদুনা চৎকনি।

১। অভিনবগুপ্তগী মতমদি স্থাপক অসিবু সূত্রধারমক্কি হায়
১। ১১/৫০,৫১ য়েংউ, ২। ১১/৮০,৯১ য়েংউ।

১৬৯ স্থাপকস্য প্রবেশে তু কর্তব্যার্থানুগা ধ্রুবা।
চতুরস্র থবা ত্র্যস্রা তত্র মধ্যলয়শ্রিতা॥

অর্থ। স্থাপক ( Introducer ) অহুনা চঙ্‌লকপা মতমদা চতুরস্র নত্রগা ত্র স্রদা মযায় ওইবা লয়চৎতা ধ্রুবা ঈশৈ শকনি অমসুং মহু, ভৌরিবা শিল্লম অহুগা মরী লৈনবা ওইগনি।

১৭০। কুর্যাদনন্তরচারীং দেহব্রাহ্মণশাংসিনীম্।
সুবাক্যমধুরৈঃ শ্লোকৈর্নানাভাবরসান্বিতৈঃ॥

অর্থ। অসিগী তুংদা মশাক্না নীংথিবা অবুপ্পা ধাইনা শেম্বা অমদি তোঙান তোঙানবা ভাব রসনা তিনবা অচুগুম্বা শ্লোকনা লাই অমসুং ব্রাহ্মণগী লৈশী লৈথোন তৌহুনা মহাক্না চারী থোঙ্‌চৎ তৌগনি।

১৭১। প্রসাদ্য রঙ্গং বিধিবৎ কবের্নামানুকীর্তয়েৎ।
প্রস্তাবনাং ততঃ কুর্যাৎ কাব্যপ্রখ্যাপনাশ্রয়াম্॥

অর্থ। অসুম্না রঙবু হায়বদি থিক্লিবা পুক্নমকপু পেলহনবা লোইরগা মহাক্না কবিগী ( কাংলা ইবা মী ) মমিং হায়গনি। মথংদা মহাক্না কাব্যগী ( লীলাগী ) মশক তাকুনা প্রস্তাবনা তৌগনি (Prologue).

১৭২-.৭৪।

দিব্যো দিব্যাশ্রয়ৈর্ভুক্ত মানুষো মানুষাশ্রয়ৈঃ।
দিব্যমানুষসংযোগো দিব্যো বা মানুষোঽপি বা॥
মুখবীজানুসদৃশং নানা মার্গসমাশ্রয়ম্।
নানাবিধৈরুপক্ষেপৈঃ কাব্যোপক্ষেপণং ভবেৎ॥
প্রস্তাব্যৈবং তু নিষ্ক্রামেৎ কাব্যপ্রস্তাবকস্ততঃ।
এবমেষ প্রযোক্তব্যঃ পূর্বরঙ্গো যথাবিধি॥

অর্থ। মথংদা লাইগী লীলাদনা লাই অমগী, মীগী লীলাদনা মী অমগী অহুগা মী-লাই শরুবগুম্বগী লীলা ওইরগনা লাইনত্রগা মীগী

মমিং থাগৎপগা লোয়ননা শাম্নগদৌরিবা লীলা অমুগী লংজীন কাঙ্হনা মমুগী মথীংবাঙ্ (বীজ-germ) উৎনবগীদমক লম কয়া থোক্লা শুগায়না তাকুনা খঙ্হনগনি।

অসুম্না প্রস্তাবনা তৌবা লোইরগা প্রস্তাবক ব্রাহ্মণ অমু মরুদগী থোকখিগনি। অসুম্না পূর্বরঙ্গগী হৌনবী অসি পাঙ্থোকনি।

১৭৫। য ইমং পূর্বরঙ্গং তু বিধিনৈব প্রযোজয়েৎ।
নাশুভং প্রাপ্নুয়াৎ কিঞ্চিৎ স্বর্গলোকং চ গচ্ছতি॥

অর্থ। অসিগুম্বা পূর্বরঙ্গবু মওঙ্চুম্না নীংথিনা পাঙ্থোক্লবদি অমুগুম্বা মী মথল অমুগী ফত্তবা অমঙ্গল থক থোক্কে, শিরগমু স্বর্গ ফংই।

১৭৬। যশ্চৈবং বিধিমুৎসৃজ্য যথেষ্টং সংপ্রযোজয়েৎ।
প্রাপ্নোত্যপচয়ং ঘোরং তির্যগ্ যোনিং চ গচ্ছতি॥

অর্থ। অসিগুম্বা চৎনলোন অসিবু হন্দোক্নুনা তৌনীংবতা তৌবা মী অমুদি অকিবা ফংনা অমাঙ্ অতা থোকই অমুগা তীল কাঙ্গী মপোক্তা পোক্লকই।

১৭৭। ন তথাগ্নিঃ প্রদহতি প্রভঞ্জন সমীরিতঃ।
যথহ্যাপপ্রয়োগস্তু প্রযুক্তো দহতি ক্ষণাৎ॥

অর্থ। হৌনবী চুম্না পূর্বরঙ্গ অসি তৌদবগী মহৈনা থূদক্তা চাকথেকপা অমুগুম্নদি নুংশিৎ শউম্না হুম্নবা অকনবা মৈরী ফাওবনা থক ওইহনবা ওমদে হায়বদি থূদক্তা ফত্তবা মহৈ ফংই।

১৭৮। ইত্যেবাবন্তিপাঞ্চালদক্ষিণাত্যৌড্রমাগধৈঃ।
কর্তব্যঃ পূর্বরঙ্গস্তু দ্বিপ্রমাণবিনির্মিতঃ॥

অর্থ। অবন্তি ( মালব ), পঞ্চাল ( হৃজীকী ফরক্কাবাদ হায়না খঙ্‌নবা লম ), দক্ষিণাত্য ( খা-ভারত--কর্ণাট ) ওড্র ( উড়িষ্যা ) অমসুং মগধ ( বিহার ) লৈবাকী মীশিংদি মওঙ্‌ অনি থোক্না শেম্বা অসিগুম্বা পূর্ব্বরঙ্গ অসিবু লেপ্পমক পাঙ্‌থোক্লগদবা ওই।

১৭৯। এষ বঃ কথিতো বিপ্রাঃ পূর্ব্বরঙ্গশ্রিতো বিধিঃ।
ভূয়ঃ কিং কথ্যতাং সম্যঙ্‌ নাট্য-বেদ-বিধিং প্রতি॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ থিবীক! অসিগুম্বা পূর্ব্বরঙ্গগা মরী লৈনবা নিয়ম পুম্নমক নখোয়দা হায়জরবসিনি। নাট্যবেদগা মরী লৈনবা নিয়মশিংগী মরমদা অমুক মপুং ফানা হায়জখো হায়বরা ?

ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা পূর্ব্বরঙ্গগী হৌনবী হায়না কৌবা মঙা শুবা তাংকক অদু মতাং অসিদা লোইরে।

---

## তরুকশুবা তাংকক

# রসকী মথক্

### মুনিশিংগী হাং

১-৩। পূর্বরঙ্গবিধিং শ্রুত্বা পুনরাহুর্মহত্তমাঃ
মুনয়ো ভরতং সর্বে প্রশ্নান্ পঞ্চ ব্রবীহি নঃ ॥
যে রসা ইতি পঠ্যন্তে নাট্যে নাট্যবিচক্ষণৈঃ।
রসত্বং কেন বা তেষামেতদাখ্যাতুমর্হসি ॥
ভাবাশ্চৈব কথং প্রোক্তাঃ কিং বা তে ভাবয়ন্তি হি।
সংগ্রহং কারিকাং চৈব নিরুক্তং চৈব তত্ত্বতঃ ॥

অর্থ। অথোইবা মুনিশিং অদুনা পূর্বরঙ্গগী চৌনবী নিয়ম পুম্নমক তারগা অমুকহন্না হায়রকই--ঐখোয়না হংজবা হাহং মঙাদংগী পাউখুম পীবিয়ু। লীলা হৈবা মীশিংনা লীলাদা রসনি হায়নরিবা—মখোয় অদুনা করম্না রস ওইরকপ্রিবা, মদু শন্দোকনা তাকপিয়ু। ভাব হায়নরিবশিং অদুসু করম্না হায়রিবনো, মখোয় অদুনা করিবু থলহ-রিবনো? সংগ্রহ[1], কারিকা[2] অমদি নিরুক্ত[3]—মখোয় অসিগী তত্ত্ব (অওইবা মথক) না করিবনো?

---

১। সংগ্রহ—পুনশিনবা খোমজিনবা তাশিনবা
২। কারিকা—নীংশিংবদা য়াংজং পীবা শ্লোক
৩। নিরুক্ত—শব্দকী ব্যুৎপত্তি (হৌরকফম) প্রকৃতি প্রত্যয় চিংবগী মথক লেখা।

অহুম অসগী মরম মথাদা হায়রকলি য়েংউ।

## ভরতকী পাউখুম

৪। তেষাংতু বচনং শ্রুত্বা মুনীনাং ভরতো মুনিঃ।
প্রত্যুবাচ পুনর্বাক্যং রসভাববিকল্পনম্ ॥

অর্থ। মুনিশিংগী ৱা তাবদা ভরতমুনিনা রস অমসুং ভাবকী খেন্নবা মতৌগী ৱারমদা হায়রম্লই।

৫-৭। অহং বঃ কথয়িষ্যামি নিখিলেন তপোধনাঃ।
সংগ্রহং কারিকাং চৈব নিরুক্তং চ যথাক্রমম্ ॥
ন শক্যমস্য নাট্যস্য গন্তুমন্তং কথঞ্চন।
কস্মাদ্ বহুত্বাদ্ জ্ঞানানাং শিল্পানাং চাপ্যনন্ততঃ ॥
একস্যাপি ন বৈ শক্যস্ত্বন্তং জ্ঞানার্ণবস্য হি।
গন্তুং কিমুত সর্বেষাং জ্ঞানানামর্থতত্ত্বতঃ ॥

অর্থ। হে তপ তৌবদা থোয়দোকলবা পুন্নক! মথং মনাউ নাইনা নখোয়দা হূঙ্গীক সংগ্রহ, কারিকা অমসুং নিরুক্তগী মওং পুম্নমক হায়রক্কে। নাট্যদি মপান লাইদে কৈদৌঙৈদসু মাগী অরোইবা উমথৈ থক য়োক্লবা ঙমদে; করিনা হায়রবদি মসিগী জ্ঞান[1] অমদি শিল্প[2] অনিমক্কী উমথৈ থক লৈতে। জ্ঞান সমুদ্রগী ঈপাক্ক ইরেল ফাওবদা চাংজো ফংনরুবা থক উ দে, অদুনা জ্ঞান পুম্নমক্কা অর্থ অমদি মখোয়গী অশেংবা মশক্কিশিংগী (তত্ত্ব) মরমদি হন্নরু হায়বা ঙমগদগে?

৮। কিন্ত্বল্পসূত্রগূঢ়ার্থমনুমানপ্রসাধকম্।
নাট্যস্যাস্য প্রবক্ষ্যামি রসভাবাদিসংগ্রহম্ ॥

অর্থ। তৌইপুন্সু নাট্য অসিগী সূত্রনা শঙ্কীকমক ওইবনা অরুবা অর্থ চেনবা অমদি অনুমানগী (মপা লাকপগী) মতেং ওইনবা অদুগুম্বা রস, ভাবনচিংবগী সংগ্রহবু হায়গে।

---

১। ব্যাকরণনচিংবা শাস্ত্র (অভিনবগুপ্ত). ২। চিত্রপুস্তাদিকম্—পুস্ত হায়বদি অভিনবগুপ্ত মতেং পীবা লৈপাক্কচিংবনা শেম্বা নত্রগা শাবা মওংগী মথলশিং।

### সংগ্রহ, কারিকা অমসুং নিরুক্ত

৯। বিস্তরেণোপদিষ্টানামর্থানাং সূত্রভাষ্যয়োঃ।
নিবন্ধো যঃ সমাসেন সংগ্রহং তং বিদুর্বুধাঃ॥

অর্থ। শন্দোক্না তাকপা হিরমশিংগী সূত্র[1] অমসুং ভাষ্যগী[2] শূপচিন্না নিবন্ধবু (অশম্বা খুৎই) পণ্ডিতশিংনা 'সংগ্রহ' হায়না খঙলৈ।

১০। রসা ভাবা হ্যভিনয়া ধর্মী বৃত্তিপ্রবৃত্তয়ঃ।
সিদ্ধিস্বরাস্তথাতোদ্যং গানং রঙ্গশ্চ সংগ্রহঃ॥

অর্থ। নাট্যগী সংগ্রহদা য়াওরিবদি রস, ভাব, অভিনয়, ধর্মী[3], বৃত্তি, প্রবৃত্তি, সিদ্ধি, স্বর, আতোদ্য (বাদ্য পুং-শেন) [illegible]শ অমসুং রঙ্গ অসিনচিংবনী নৈনরোননি।

১১। অল্পাভিধানেনার্থো যঃ সমাসেনোচ্যতে বুধৈঃ।
সূত্রতঃ সা তু বিজ্ঞেয়া কারিকার্থপ্রদর্শিনী॥ ?

অর্থ। করিগুম্বা হিরম অমবু পণ্ডিতশিংনা য়াম্না শমজিন্না বাহৈ খরতনা সূত্র ওইনা (শূপচিন্না) হায়দুনা অর্থ তাকপা অদুবু কারিকা কৌই।

১২ ৩।
নানানামাশ্রয়োৎপন্নং নিঘণ্টুং নিগমান্বিতম্।
ধ ধুর্থহেতুসংযুক্তং নানাসিদ্ধান্তসাধিতম্।
স্থাপিতোঽর্থো ভবেদ্যত্র সমাসেনার্থসূচকঃ।
ধাত্বর্থবচনেনেহ নিরুক্তং তৎ প্রচক্ষতে॥

---

১। সূত্র—অশম্বা বাহৈ (aphorism).
২। ভাষ্য—সূত্রবু খঙনবা শন্দোক্না তাকপা মশক
৩। ৬/২৪ য়েংউ

অর্থ। তোঙান তোঙানবা মমিংদা থঙ্নবা নিগম[১] লোয়নবা ধাতু (শব্দমূল) অর্থ অমদি যুক্তিনা তিনবা সিদ্ধান্ত কয়া কয়াগা লেপ্পবা নিঘন্টু[২], অমসুং শব্দা অর্থ কোংদোকপা ধাতু অমদি অর্থনা করিগুম্বা হিরম অমগী মশক লেপ্পবদি মদুবু 'নিরুক্ত' বায়না কৌই।

১৪। সংগ্রহো যো ময়া প্রোক্তঃ সমাসেন দ্বিজোত্তমাঃ।
বিস্তরং তস্য বক্ষ্যামি সনিরুক্তং সকারিকম্ ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ খিবীক ! হক্তীক ঐনা শব্দা তাকখ্রিবা 'সংগ্রহ' অসিগী শন্দোকপা মশক অদু নিরুক্ত অমসুং কারিকাগা লোয়ননা অমুক হায়গে।

### রস মথল নিপান

১৫ শৃঙ্গারহাস্যকরুণা রৌদ্রবীরভয়ানকাঃ।
বীভৎসাদ্ভুতসংজ্ঞৌ চেত্যষ্টৌ নাট্যে রসাঃ স্মৃতাঃ

---

মথকী শ্লোক অসি অসিগী অর্থগী মতাংদা M Ghosh কী ইংরাজী অহবাদ অদু মশক কায়দনা উৎলি মথুদি—

12. The Etymology (nirukta) is that which arises in connexion with various nouns, is helped by dictionaries and rules of grammatical interpretation, includes the meaning of the root involved as well as the reasons modifying it, and is helped by various findings ( of Sastras ).

13. When the meaning (of a noun) is established from a consideration of its root (and pratyaya or affix) words expressing ( such ) meaning in brief are called Etymology.

১। বেদ, বেদান্ত, অশেংবা শাউতাক, হাটেংগী মক, অয়েক্পা থঙ্হনবা, যুক্তি অসিং চিংবা।

২। কোষ,—তিক্সনাবী। থাকনা ইবা 'নিরুক্ত' কৌবা[illegible] অদু মসিং অসিদা থমলে।

অর্থ। শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস অমসুং অদ্ভুত হায়না খঙ্‌নবা মথল ৮° অসিবু নাট্যরস হায়না খঙ্‌নৈ।

১৬। এতেহ্যষ্টৌ রসাঃ প্রোক্তা দ্রুহিণেন মহাত্মনা।
পুনশ্চ ভাবান্ বক্ষ্যামি স্থায়িসঞ্চারিসত্ত্বজান্॥

অর্থ। মহাত্ম ব্রহ্মানা রস মথল নিপান অসিগী বা তাকপিখি। হৌজিক অমুক মথংদা ঐনা স্থায়ী, সঞ্চারী অমসুং সাত্ত্বিক ভ বশিংগী মরম হায়জগে—

১৭॥ রতির্হাসশ্চ শোকশ্চ ক্রোধোৎসাহৌ ভয়ং তথা।
জুগুপ্সা বিস্ময়শ্চেতি স্থায়িভাবাঃ প্রকীর্তিতাঃ॥

অর্থ। রতি ( অ'ান্বা ), হাস ( অনোকপা ), শোক ( অবাবা ), ক্রোধ ( অশাউবা ), উৎসাহ ( থৌনা ), ভয় ( অকিবা ), জুগুপ্সা ( তুরুচবা, হ গোইবা ), অমসুং বিস্ময় ( অঙকপা ) মখোয় অসিবু 'স্থায়ি' ভাব ( অবেঙ্গা নশক ) হায়না খঙ্‌নৈ।

১৮ ২১।

নির্বেদগ্লানিশঙ্কাখ্যাস্তথাসূয়ামদশ্রমাঃ।
আলস্যং চৈব দৈন্যং চ চিন্তা মোহঃ স্মৃতির্ধৃতিঃ॥
ব্রীড়া চপলতা হর্ষ আবেগো জড়তা তথা।
গর্বো বিষাদ ঔৎসুক্যং নিদ্রাপস্মার এব চ॥
সুপ্তং প্রবোধোহমর্ষশ্চাপ্যবহিত্থমথোগ্রতা।
মতির্ব্যাধিরথোন্মাদস্তথা মরণমেব চ॥
ত্রাসশ্চৈব বিতর্কশ্চ বিজ্ঞেয়া ব্যভিচারিণঃ।
ত্রয়স্ত্রিংশদমী ভাবাঃ সমাখ্যাতাস্তু নামতঃ॥

অর্থ। ব্যভিচারী ভাব পুন্না ৩, ৩নি মহুদি—
[১] নির্বেদ, গ্লানি, শংকা, অসূয়া, মদ, শ্রম, আলস্য, দৈন্য, চিন্তা, মোহ,

---

৩। মথ দা লাকপা অলঙ্কারণ অরদ 'শান্ত' হায়না কৌবা রাগন অমা রস অমগী বা হেনগৎনা যাওর

১। মখোয় খুদীংমক্কী মরমদা মথাদা মচা তানা তাক্কখিগনি।

স্মৃতি, ধৃতি, ব্রীড়া, চপলতা, হর্ষ, আবেগ, জড়ত্ব গর্ব বিষাদ ঔৎসুক্য, নিদ্রা, অপস্মার, সুপ্ত প্রবোধ, অমর্ষ, অবহিত্থ, উগ্রতা, মতি, ব্যাধি, উন্মাদ, ত্রাস, বিতর্ক।

## সাত্ত্বিক ভাব নিপান

২২। স্তম্ভঃ স্বেদোঽথ রোমাঞ্চঃ স্বরসাদো হথ বেপথুঃ।
বৈবর্ণ্যমশ্রুপ্রলয় ইত্যষ্টৌ সাত্ত্বিকাঃ স্মৃতাঃ॥

অর্থ। সাত্ত্বিক ভাব মখল ৮নি মহুদি—১। স্তম্ভ (চোকথ হুইথবা), ২। স্বেদ (হমাং পাথংপা), ৩। রোমাঞ্চ (তুজুং মানজুবা), ৪। স্বরসাদ (খোনকম কাএবা) ৫। বেপথু (তনিক তানিকপা), ৬। বৈবর্ণ্য (কুচু তাইবা), ৭। অশ্রু (পি শিঙ্গবা), ৮ প্রলয় (অ্যান মাঙবা, মূর্ছা ওইবা)—

## অভিনয় মখল ৪

২৩। আঙ্গিকো বাচিকশ্চৈব আহার্যঃ সাত্ত্বিকস্তথা।
চত্বারো হভিনয়া হ্যেতে বিজ্ঞেয়া নাট্যসংশ্রয়াঃ॥

অর্থ। নাট্যদা অভিনয় মখল মরিনি মহুদি—[১]আঙ্গিক, [২]বাচিক [৩]আহার্য্য, [৪]সাত্ত্বিক।

## বৃত্তি মখল ৪

২৪ ২৫ (ক)।

লোকধর্মী নাট্যধর্মী ধর্মী তু দ্বিবিধঃ স্মৃতঃ।
ভারতী সাত্বতী চৈব কৈশিক্যারভটী তথা॥
চতস্রো বৃত্তয়ো হ্যেতা যাসু নাট্যং প্রতিষ্ঠিতম্।

---

১। অংকক ৮-১২ ফাওবদা য়েংউ।
২। ,, ১৫-২২ ,, ,,
৩। ,, ২৩ ,, ,,
৪। ,, ২৪ ,, ,,

অর্থ। ধর্মী ( তৌফম থোকপা হৌনবী চৎনবী ) মখক্ক অনিনি—লোকধর্মী অমসুং নাট্যধর্মী ( মীবমচং অমসুং লীলাগী চৎনবী ) অসুম্বা নাট্যধর্মীদা মখল মরি থোকই মহুদি—[1]ভারতী, সাত্বতী কৈশিকী, আরভটী—[2]বৃত্তিশিং অসিনি।

## প্রবৃত্তি মখল ৪

২৫ (খ) ২৬ (ক)।

আবন্তী দক্ষিণাত্যা চ তথা চৈবৌড্রমাগধী॥
পাঞ্চালী মধ্যমা চৈব জ্ঞেয়া নাট্যপ্রবৃত্তয়ঃ।

অর্থ। [3]নাট্যপ্রবৃত্তিসু মরি গুই মহুদি—আবন্তী, দাক্ষিণাত্যা, ওড্রমাগধী অমসুং পাঞ্চালী মধ্যমা—।

## সিদ্ধি অনি

২৬ (খ)।

দৈবকী মানুষী চৈব সিদ্ধিঃ স্যাদ্দ্বিবিধৈব চ॥

অর্থ। [4]সিদ্ধি মখল অনিনি মহুদি, দৈবী অমসুং মানুষী।

## স্বর মখল তরেৎ

২৭ (ক)।

শারীরা বৈণবাশ্চৈব সপ্ত ষড়্জাদয়ঃ স্বরা।

অর্থ। ষড়্জনচিংবা স্বর মখল তরেৎনি[1]। মখোয় খুদোংমকী অনি অনি অমুক থায়দোকই মহুদি—হকচা দগী ( চৌন্দগী ) থোকপা অমসুং [2] বাঁশী, বীণানচিংবদগী থোকপা।

---

১। অভিনয়গী চৎনবী মওঙ্ মতৌ, ২। বৃত্তি—২২।১ দগী য়েংউ
৩। ১৪। ৩৬-৩৬ য়েংউ, ৪। ২৭। ১দগী য়েংউ।
৫। ২৮। ২১ য়েংউ
৬। ২৮। ১, ২ য়েংউ,

২৭ (খ) ২৯ (ক)।

ততং চৈবাবনদ্ধং চ ঘনং সুষিরমেব চ ॥
চতুর্বিধং চ বিজ্ঞেয়মাতোদ্যং লক্ষণান্বিতম্ ॥
ততং তন্ত্রীগতং জ্ঞেয়মবনদ্ধং তু পৌষ্করম্ ॥
ঘনঃ স্তু তালো বিজ্ঞেয়ঃ সুষিরো বংশ এব চ।

অর্থ। তোপতোপ্পা মশা মশাগী মতৌনা তিনবা মৈন-থোংনবা যন্ত্র (বাদ্য) মথল মরিনি মহুদি— তত, অবনদ্ধ ঘন অমসুং সুষির। মশিংগী মঙ্গদা—

১। তত— তারানচিংবা তি তুনা শেম্বা যন্ত্র
২। অবনদ্ধ—শউন তিংবা যন্ত্র পুং মাইবু নচিংবা
৩। ঘন—মাঙ্গও, ঝাংনচিংবা (করাতালগুম্বগু)
৪। সুষির—বাঁশীনচিংবা কামহুনা খোবা যন্ত্র

## ধ্রুবা মথল মঙা

২৯ (খ) ৩০ (ক)।

প্রাবেশাক্ষেপনিষ্ক্রাম প্রাসাদিকমথ ন্তরম্ ॥
গানং পঞ্চবিধং জ্ঞেয়ং ধ্রুবাযোগসমন্বিতম্।

অর্থ। [1]ধ্রুবা ঈশৈ মথল মঙানি মহুদি· প্রবেশ, আক্ষেপ, নিষ্ক্রাম, প্রাসাদিক অমসুং আন্তর।

## রঙ্গ মংল অহুম

৩০ (খ)।

চতুরস্রো বিকৃষ্টশ্চ রঙ্গস্ত্র্যস্রশ্চ কীর্তিত ॥

অর্থ। রঙ্গ মথল অহুমনি মহুদি— চতুরস্র বিকৃষ্ট অমসুং ত্র্যস্র।

---

১। ৩২। ৬০ দগী লেংউ। সঙ্গীতরত্নাকরগীনা প্রবন্ধাধ্যায় ৭ তগী।

৩১। এবমেষোঽল্পসূত্রার্থো ব্যাদিষ্টো নাট্যসংগ্রহঃ।
অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি সূত্রগ্রন্থবিকল্পনম্।

অর্থ। অস্থুম তৌনা সূত্র খরতনা অর্থ খঙ নবা অন্থুগুম্বা নাট্য-সংগ্রহগী মরম হায়রবসিনি। মথং অসিদদি ঐনা সূত্রগী পরিংগী মরমদা অমুক হায়জগে।

## রসকী মশক তাকপা

তত্র রসানেব তাবদাদাবভিধাস্যামঃ।
নহি রসাদৃতে কশ্চিদাপ্যর্থঃ প্রবর্ততে।
তত্র বিভাবানুভাবব্যভিচারিসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ।
কো বা দৃষ্টান্ত ইতি চেৎ—উচ্যতে যথা—
নানাব্যঞ্জনৌষধিদ্রব্যসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ,
তথা নানাভাবোপগমাদ্রসনিষ্পত্তিঃ। যথা হি
গুড়াদিভির্দ্রব্যৈর্ব্যঞ্জনৈরোষধীভিশ্চ ষড় রসা নির্বর্ত্তন্তে,
এবং নানাভাবোপহিতা অপি স্থায়িনো ভাবা রসত্ব-
মাপ্নুবন্তি। অত্রাহ—রস ইতি কঃ পদার্থঃ? উচ্যতে—
আস্বাদ্যত্বাৎ। কথমাস্বাদ্যতে রসঃ? অত্রোচ্যতে—
যথাহি—নানাব্যঞ্জনসংস্কৃতমন্নং ভুঞ্জানা রসানাস্বাদয়ন্তি
সুমনসঃ পুরুষা হর্ষাদীংশ্চাপ্যধিগচ্ছন্তি, তথা
নানা ভাবাভিনয়ব্যঞ্জিতান্ বাগঙ্গসত্ত্বোপেতান
স্থায়িভাবানাস্বাদয়ন্তি সুমনসঃ প্রেক্ষকা হর্ষাদীং-
শ্চাধিগচ্ছন্তি। 'তস্মান্ নাট্যরসা;' ইতি ব্যাখ্যাতাঃ।
অত্রানুবংশ্যৌ শ্লোকৌ ভবতঃ—

অর্থ। মতুগী মথুংদা অহানবা ওইনা রসশিংগী মরম হায়গে। রস য়াওদনা করিগুম্বা অমতা থক ওইদে। বিভাব, অনুভাব অমসুং ব্যভিচারী (ভাবকা) তিন্নগা[1] রস থোক্কই। থুদমদি করিনো?

১। স্থায়িভাবকা তিন্নবা।

য়াহং অসিগী পাউথুমদি—অয়াম্বা ইনশাং মথেল, অথাবা অথুম্বা কয়াগা তিন্নহনা চাবদা মহাউ-ফংবা অহুমকুম্না মথল মথা অয়াম্বা জাবনা িন্নগা রস থোক্লকই। চুগী চিনিনচিংবা পোৎশিং, ইনশাং মথেল অমদি অথাবা-অথুম্বা কয়ানা পুন্নগা তোঙান তোঙানবা মহাউ তন্নকথক থোকপগুম অয়াম্বা ভাব মথলশিংগা তিন্নরগা স্থাযিভাব (লেঙদবাভাব) শিংনা রসকী মশক লৌরকই। মসিগী মরমদা অমুক হায়রি—রস হায়বসিবু করিনো? পাউথুম—তংহনা মহাউ থঙবহুবু হায়বনি। কমদোনা মহাউ তংবগে? মসিগী পাউথুমনা—মহাউ থঙবা মীনা ইনশাং-মথেল মকোয় ময়াম্না হেন্না হাউহন্নবা অহুগুম্বা চাক অদুবু চাহনা তোঙান তোঙানবা মহাউ থঙবগুম অমম্মুং মহাউ অহু তংলগা মুংঙ ইবা ফাওবগুম য়েংবা হৈবা ভাবোকশিংনা ভাব মথল বয়াগী মরমদা হকচাংনা, বাচাঙ শাঙাঙ নন্নগা ঈশৈনা অমদি সাত্ত্বিক অভিনয়না কোংদোরবপা স্থায়িভাবশিংবু মহাউ তংই অমম্মুং তংলগা মুংঙাইবনচিংবা ফাওই। অম্মুম্না নাট্যরসকী (নাটদা লীজিন্নবা রস) মরমদা শন্দোক্না তাকপা হায়বহু মসিনা ওইরে। মসিগী মরমদা মথং মথং চংনরকপা শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

৩। ৩৩।

যথা বহুদ্রব্যযুতৈর্ব্যঞ্জনৈর্বহুভির্যুতম্।
আস্বাদয়ন্তি ভুঞ্জানা ভক্তং ভক্তবিদো জনাঃ॥
ভাবাভিনয়সংযুক্তাঃ স্থায়িভাবাংস্তথা বুধাঃ।
আস্বাদয়ন্তি মনসা তস্মান্নাট্যরসাঃ স্মৃতাঃ॥

অর্থ। মহাউ থঙনা চাবা হৈবা মীনা অহাউবা পোৎলম কয়া অমদি ঈনশাং মথেল য়াওনা চারগা মহাউ তংবা অহুগুম অথঙ অহৈশিংনা করিগুম্বা ভাবকী অভিনয়না মহাউ হাপ্নবা অহুগুম্বা স্থায়িভাবশিং অদুবু পুক্নীংনা অহুম মহাউ তংই। নাট্যরসনা অথোইবা মগুণ চেন্নিবসি মরম অসিতননি।

অন্বয়—

কিং রসেভ্যো ভাবানামভিনির্বৃত্তিরুতাহো ভাবেভ্যো রসানামিতি ? তত্র কেষাঞ্চিন্মতং পরস্পরসম্বন্ধাদেযামভিনির্বৃত্তিরিতি। তত্র। কস্মাৎ ? দৃশ্যতে হি ভাবেভ্যো রসানামভিনির্বৃত্তিরিতি ন তু রসভ্যো ভাবানামভিনির্বৃত্তিরিতি। ভবন্তি চাত্র শ্লোকা :—

অর্থ। হিরম অসিদা হায়রিবদি—

রসশিং অসিদগী ভাব মখল ময়াম নত্রগা ভাবশিংদগী রসগী মখল ময়াম অসি পোক্লকপর ? হিরম অসিদা কনাগুম্বনা হ য়রিবদি অনিমক্কী ভিন্নবা মতোদগী মখোয় অসি থোক্লক্লিবনি। মতুমক্তি নত্তে, অতুদি করিনে ? ভাবত-দগী রস পোকপা উনৈ, তোউশুম্বন্নুং রসতগী ভাব পোক্লকপদি থক ওইদে। মসিগী মরমদা শ্লোক লৈ মতুদি—

৩৪-৩৫।

নানাভিনয়সম্বন্ধান্ ভাবয়ন্তি রসানিমান্।
যস্মাত্তস্মা দমী ভাবা বিজ্ঞেয়া নাট্যযোক্তৃভিঃ॥
নানাদ্রবৈ বহুবিধৈর্ব্যঞ্জনং ভাব্যতে যথা।
এবং ভাবা ভাবয়ন্তি রসানভিনয়ৈঃ সহ॥

অর্থ। মরমদি, মখোয়শিং অসিনা মখল কয়াগী অভিনয়গা মরী লৈনবা অসিগুম্বা রসশিং অসিবু ভাব তোউহনবনা (থলহনবনা) নাট্য শেম্বা মীশিংনা মখোয় অসিবু 'ভাব' হায়না খংনৈ। পোৎ মখল কয়ানা ইনশাংগী মশক পূক্লীংদা ফাওহনবগুম (ভাব তোউহনবগুম, হাউহনবগুম) অভিনয়গী মতেংনা ভাবনা রসবু পূক্লীংদা ফাওহল্লি (ভাব তোউহল্লি)।

৩৬ ন ভাবহীনোঽস্তি রসো ন ভাবো রসবর্জ্জিতঃ।
পরস্পরকৃতা সিদ্ধিস্তয়োরভিনয়ে ভবেৎ॥

অর্থ। ভাব য়াওদবা রস, রস য়াওদবা ভাব থক ওইদে। অনি অসিগী অভিনয়দা অমনা অমগী মতেং ওইনদুনা মহৈ মালহনবা ওই।

৩৭। ব্যঞ্জনৌষধিসংযোগো যথান্নং স্বাদুতাং নয়েৎ।
এবং ভাবা রসাশ্চৈব ভাবয়ন্তি পরস্পরম্॥

অর্থ। ইনশাং অমদি অথাবা অথুম্বনচিংবা য়াওনা চাহগা চাক্‌পী মহাউ হাপ্লগুম ভাব অমসুং রসশিং পুল্লগা মহৈ মহৈ অমনা অমবু ফোঙ্‌দোক্লহল্লি।

৩৮। যথা বীজাদ্ ভবেদ্ বৃক্ষো বৃক্ষাৎ পুষ্পং ফলং যথা।
তথা মূলং রসাঃ সর্বে ততো ভাবা ব্যবস্থিতাঃ॥

অর্থ। মরুদগী পাম্বী, পাম্বীদগী মপাল মহৈ মথং মথং লাকপগুম রস মথল পুম্নমক ভাব থিবীক্কী হৌফমনি, অদুগা ভাব থিবীক অদুসু অমরোমদা অমুক রস অপুম্বগী হৌফমনি।

এতেষাং রসানামুৎপত্তিবর্ণদৈবতনিদর্শনান্যভিব্যাখ্যাস্যামঃ। তেষামুৎপত্তি হেতবশ্চত্বারো রসাঃ। তদ্ যথা— শৃঙ্গারো রৌদ্রোবীরো বীভৎস ইতি[1]।

অর্থ। শৃঙ্গারদগী হাস্য (অপাম য়ুংশি থোওক্‌দগী থোকপা) রৌদ্রদগী করুণ (অশাউবদগী অরাবা), বীরদগী অদ্ভুত (অকল অথৌগী থৌওঙ্‌দগীনা অঙকপা) অমসুং বীভৎসদগীনা ভয়ানক (তুকচবদগীনা অকিবা) পে ক্লকই।

৪০-৪১।

শৃঙ্গারানুকৃতির্যা তু স হাস্য ইতি সংজ্ঞিতঃ।
রৌদ্রস্যাপি চ যৎ কর্ম স জ্ঞেয়ো করুণো রসঃ॥

---

১। ভোজনাথ দত্ত অসিবু সমালোচনা তৌই। রামস্বামী শাস্ত্রী, ভাবপ্রকাশন Introduction p, 28; ভি, রাঘবন ' শৃঙ্গারপ্রকাশ ২৭ য়েংনবিয়ু।

বীরস্যাপি চ যৎকর্ম সোহরতঃ পরিকীর্তিতঃ।
বীভৎসদর্শনং যচ্চ ভবেৎস তু ভয়ানকঃ॥

অথ বর্ণাঃ—

অর্থ। শৃঙ্গারগী মতোদগী হাস্য, রৌদ্রগী থোঙও, থোদোনা করুণ, বীরগী থবক্তগীনা অদ্ভুত লাকই। উবদা তুকচবা পোকপা অহুগুম্বা পোংতগী ভয়ানক পোক্লকই।

বর্ণ ( রসশিংগী মচুমমেন )

৪২-৪৩ ।

শ্যামো ভবেত্তু শৃঙ্গারঃ সিতো হাস্যঃ প্রকীর্তিতঃ।
কপোতঃ করুণশ্চৈব রক্তো রৌদ্রঃ প্রকীর্তিতঃ।
গৌরো বীরস্তু বিজ্ঞেয়ঃ কৃষ্ণশ্চাপি ভয়ানকঃ।
নীলবর্ণস্তু বীভৎসঃ পীতস্তেবাদ্ভুতঃ স্মৃতঃ॥
অথ দেবতানি—

অর্থ। শৃঙ্গারগী মচু অশংবনি, হাস্যনা অঙৌবা, করুণগীনা খুমু মচু ( বাউথাংনবা ), রৌদ্রগীনা অঙাঙ্বা, বীরগীনা নাপু হাইফেং মাল্লি, ভয়ানক ( অকিবা ) না অমুবনি, বীভৎস ( তুকচবা ) গীনা শংমুনবনি ( নিমমচু ) অহুগা অদ্ভুতকীনা য়াইঙঙ্ মচুনি।

দেবতা ( রসকী মপুশিং )

৪৪ ৪৫

শৃঙ্গারো বিষ্ণুদৈবতো হাস্যঃ প্রমথদৈবতঃ।
রৌদ্রো রুদ্রাধিদেবশ্চ করুণো যমদৈবতঃ॥
বীভৎসস্য মহাকালঃ কালদেবো ভয়ানকঃ।
বীরো মহেন্দ্রদেবঃ স্যাদদ্ভুতো ব্রহ্মদৈবতঃ॥

অর্থ। শৃঙ্গারগী মপুনা বিষ্ণুনি, হাস্যগী মা প্রমথ ( শিবগী মনাই অমা ), রৌদ্রগীনা রুদ্রনি ( মহাদেব, প্রলয়গীমপু ), করুণগী না যমনি ( অশিবগী লাই ), বীভৎসগীনা মহাকাল ( মহাদেব ) ভয়ানককীনা কাল ( মৃত্যুগী মপু, অমরোমদা যম ), বীরগীনা মহেন্দ্র ( ইন্দ্র শোরারেন ), অদ্ভুতকীনা ব্রহ্মা ( নোংদম্বা লাই ) নি।

এবমেতেষামুৎপত্তির্বর্ণ দৈবতান্যভিব্যাখ্যাতানি। ইদানীং বিভাবানুভাবব্যভিচারিসংযুক্তানাং লক্ষণনিদর্শনা ন্যভিব্যাখ্যাস্যামঃ। স্থায়িভাবাংশ্চ রসত্বমুপনেষ্যামঃ। তত্র শৃঙ্গারো নাম রতস্থায়িভাবপ্রভব উজ্জ্বলবেষাত্মকঃ যথা— যৎকিঞ্চিল্লোকে শুচি মেধ্যং দর্শনীয়ং বা তচ্ছৃঙ্গারেণো-পমীয়তে। যস্তাবদুজ্জ্বলবেষঃ স শৃঙ্গারবানিত্যুচ্যতে। যথা চ গোত্রকুলাচারোৎপন্না ন্যাপ্তোপদেশসিদ্ধানি পুংসাং নামনি ভবন্তি তথৈবৈষাং রসানাং ভাবানাং চ নাট্যা-শ্রিতানাং চার্থানামাচারোৎপন্নান্যাপ্তোপদেশসিদ্ধানি না-মানি এবমেব আচারসিদ্ধো হৃদ্যোজ্জ্বলবেষাত্মকত্বা চ্ছৃঙ্গারো রসঃ। স চ স্ত্রীপুংসহেতুক উত্তম যুবপ্রকৃতিঃ।

তস্য দ্বে অধিষ্ঠানে সম্ভোগো বিপ্রলম্ভশ্চ। তত্র সম্ভোগ-স্তাবদ্ ঋতুমাল্যানুলেপনালঙ্কারেষ্টজন বিষয়বরভবনোপ ভোগোপবনগমনানুভবনশ্রবণদর্শন ক্রীড়ালীলাদিভির্বিভাবৈ-রুৎপদ্যতে। তস্য নয়নচাতুর্যভ্রূবিক্ষেপকটাক্ষসঞ্চারললিত মধুরাঙ্গহারবাক্যাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ। ব্য-ভিচারিণস্ত্রাসালস্যৌগ্য? জুগুপ্সাবর্জঃ। বিপ্রলম্ভকৃতস্তু নির্বেদগ্লানিশঙ্কাসূয়া শ্রমচিন্তৌৎসুক্যনিদ্রাসুপ্ত স্বপ্নবিবোধব্যাধু ন্মাদাপস্মরজাড্যমোহমরণাদিভিরনুভাবৈরভিনেতব্যঃ। অত্রাহ—যদ্যয়ং রতিপ্রভবঃ শৃঙ্গারঃ কথমস্য করুণাশ্রয়িণো

ভাবা ভবন্তি ? অত্রোচ্যতে—পূর্বমেবাভিহিতং সম্ভোগ-বিপ্রলম্ভকৃতঃ শৃঙ্গার ইতি। বৈশিকশাস্ত্রেশ্চ দশাবস্থে হভি-হিতঃ। তাশ্চ সামান্যাভিনয়ে বক্ষ্যামঃ।

করণস্তু শাপক্লেশবিনিপতিতেষ্টজনবিপ্রয়োগবিভবনাশ-বধবন্ধনসমুত্থো নিরপেক্ষভাব ঔৎসুক্যচিন্তাসমুত্থ. সাপেক্ষ ভাবো বিপ্রলম্ভকৃতঃ। এবমন্যঃ করুণঃ অন্যশ্চ বিপ্রলম্ভঃ। এবমেষ সর্বভাবসংযুক্তঃ শৃঙ্গারো ভবতি। অপি চ—

অর্থ। অসুমা মখোয়গী হৌরকফম, বর্ণ ( মচু ), অমদি মখোয়গী মপু ( দেবতা ) গী মরম হায়রবসিনি। হৃজীক্কা অমুক [১]বিভাব, [২]অনুভাব অমসুং [৩]ব্যভিচারী ভাবকী মওঙ্ মতৌ ( লক্ষণ ) অমদি খূনমগী মরম হায়জরক্কে। হৃজীক স্থায়িভাবশিংনা রস ওইরকপগী মরমশিং হায়গে—।

মখোয় অসিগী মমুংদা শৃংগার রসনা অপাম নুংশি হায়বা মরু ওইবা ভাব অহুদগী পোক্লকপনি—মসিগী মতৌদি ফিজেৎ লৈতেং কয়া তৌদুনা কেবা মৌবনচিংবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা অচৌবা অপানবা, অশেংবা, য়েংবদা নীংথিবা ফজবা পূম্নমক্কা শৃংগার অসিগী চাংদমনি। খূদমদি—নীংথিবা ফিরোলনচিংবনা লৈতেংবনু [৪]শৃংগার তৌবা হায়না খঙ্নৈ। কনাগুম্বা মী অমগী মমিং খোনবদা মী অহুনী মশাগী গোত্র, শাগৈ ( বংশ ) অমদি মনাৎ মশিনদগী ( আচার ) থাকই অমসুং মহু মতিকচাবা মীগী পাউতাক মতুংইন্না পাঙ্থোকনৈ। অহুগুমহুনা নাট্যগা মরী লৈনবা অসিগুম্বা রস অমদি ভাবশিং অসিগী অমসুং অতোপ অতোপ্পা চোঙানবা হিরম কয়াগী লৈরিবা মমিং পূম্নমক হৌনবী

---

১। বিভাব—Determinants.
২। অনুভাব—Consequents.
৩। ব্যভিচারী—Transitory
} M. Ghosh.

৪। শৃংগার—সিঙার.

চৎনবী ( আচার ) শিংদগী অমদি মতিকচাবা ( অখণ্ড্বা ) মীগী পাউ-তাক মতুং ইন্না থোকই। অসুম্না চৎনবদগী ওইরকপা, থম্মোইগী পেন্নবা ওইবা ( পুক্নিংনা লৌশিনগদবা ওইব—হৃদয়গ্রাহী ) অসিগুম্বা রসনা নীংথিনা যিজেং-লৈহেংবগী মশক ওইবদগী ( কেবা মোবা মতৌনা তিনবদগী ) শৃংগার হায়বা মি' অসিদা থংনখি। অসিগুম্বা শৃংগার রস অসিদি নিপা অমদি নুপীগী মফমদগী থোকই অমসুং মহু পাথং চৈশাবীতগা মরী লৈনৈ।

অসিগুম্বা শৃংগার রস অসিগী চৌফম অনিনি মতুদি—সম্ভোগ অমদি বিপ্রলম্ভ। মসিগী মনুংদা সম্ভোগ হায়বা শৃংগার অসিদি ঋতু হোংলকপগী মুংঙাইবা, লৈপরেং শিবা, চন্দন-চরানচিংবা, ফিজেং-লৈতেং. চাম্নবগা লোয়নবা ফজবা নীংথিবা য়ুমদা লৈবা, হৈকোন-লৈকোনমুংদা চৎপা, কোযবা, পুক্নীংদা ফাওবা, শাংকাড্না তাবা (মুংশিবগী মকোল মরানচিংবা ), মুশিবা মীগী মশক উবা পামজবা মীগা শান্নরিস্নবা, অমদি শোক শমুনচিংবদগী থোক্লকই। মিংয়োং-নাযেংশিংবা, পীশূম থেকপা, মিংচিনা যেংবা, শাকং-শেমহুনা চৎপা, নীথিবা শাথেক শানোম অমসুং ফথুম্না রাহৈ বাত্তাগী অনুভাব মতৌনা হায়রিব' রস অসিগী অভিনয় তৌগদবনি। মসিগী ব্যভি-চারীশিংগী মনুংদা অকিবা, অত্তনবা অমদি তুংশচবা অসিগুম্বগী ভাব য়াওদে।

বিপ্রলম্ভশৃংগার—নির্বেদ ( তুকক তুফাইচনবা ) গ্লানি ( চোকথ হুইথবা ), শংকা ( ইংগিংশিনবা মতৌ ) অসূয়া ( বল্লক থম্মনবগী শাউবা ), শ্রম ( হকচাং রাবা মতৌ চিন্তা ( লেংইন ইদনা খনবা ) ঔৎসুক্য ( লাংতেরব ), নিদ্রা ( হকাম চনবা ), স্বপ্ন ( মঙ্‌ হাদা উবা ) জাগরণ ( তুম্বা চঙ্‌চবা ), রোগ ( লাইমন হোবা ), উন্মাদ ( ঙাও-চৎনবা ), অপস্মার ( শারৈ হোবক্ম্বা মতৌ , জড়তা ( হৈনীংদবা,

ক্ষকচিনবা ), মোহ ( ইপুম পুক্সাংপা ), মরণ ( শিবগুম্বা মতৌ ) অসিন-চিংবা অনুভাবশিংনা অভিনয় তৌগনি।

অসিগুম্বা রস হায়বা পোৎ অসিনা অপাম মুংশিদগী থোকখিবা ওইরবদি মসিগী ভাবশিংনা কমদৌনা করুণ রসগী মশক লৌরিবনো অমুম্না হংবা থোক্রবদি মতুগী পাউথুম ওইনা—ভাম্নমু মথক্তা হায়খ্রে মতুদি শৃগার হায়ংসি সম্ভোগ অমসুং বিপ্রলম্ভ অনিনা শাই। [1]বৈদিক শাস্ত্রনা শৃংগারবু মওঙ্ ( অবস্থা ) তরানি হায়না থঙ্নৈ। (শেৎন-থাইনরবা মীগী মকাদা ওইবা অরাবা মতৌবু হায়বনি )। ঐথোয়না অবস্থাশিং অসিগী মরম অহু অচম্বা ( Common ) অভিনয়গী[1] মতাংদা নৈনরক্কনি।

করুণ রসকী পেক্রকক্কমদি—শাপ তৌবা, অরাবা, লৈথা তাবা ( লাইরক থীবা ফংবা ), মুংশিবগা কায়নবা, লনথুম মাংবা, হাৎপা, পুনবা অসিনচিংবদগী থোক্লকপা নীংবা কায়বদগী ওইরকই। বিপ্রলম্ভ শৃংগারদি লাঙ্তক্কবা অমদি মুংঙাইতবা রাখলদগী পোকই অমসুং আশাগী মতৌনা তিল্লি। অমুন তৌনা করুণ রসকা বিপ্রলম্ভ শৃংগারগা অনিসি তোঙান্নবা মশক্কি অমুম তৌনা শৃংগার হায়বসিদা ভাব পুম্নমক শুনা অদুম্মক য়াওই।

৪৬। সুখপ্রায়েষ্টসম্পন্ন ঋতু মাল্যাদি সেবকঃ।
পুরুষপ্রমদাযুক্তঃ শৃঙ্গার ইতি সংজ্ঞিতঃ॥

অর্থ। মুংঙাইবা মরাং কায়বা, ফংনীংবা পোৎ ফংবা, অনৌবা ঋতু চঙ্লকপদা পুক্নীং ঊরাং হোৌবা, লৈ পরেং শিবদগী পুক্নীংগী মচু ওল্লকপা, নিপা নুপীগা নুপীগী অপাম-মুংশিগা মরী লৈনবা অসিনচিংবা রস অসিবু 'শৃঙ্গার' হায়না কৌই। নিপা নুপীগী অপাম মুংশিগা মরী

১। ars amatoria—M. Ghosh.
১। ভাংকক ২৪ ওক্সা য়েংউ

লৈনবা অহুঙবা মরাং কায়বা মুংঙাইবা, অপাম্বা পোংকংবা, কতুনা, অমদি লৈপরেংনচিংবা শিবদা হৈনীংবা পোকপা অহুঙবা মতোমু 'শৃংগার' হায়না কৌই।

অপি চাত্র সূত্রানুবন্ধে আর্যে ভবতঃ —

মথক্তা হায়রিবা সূত্র অসিগা মন্নী লৈনবা ( শাগোরবা ) আর্যা-ছন্দগী শ্লোক অনিমু লৈরি মথুদি—

৪৭-৪৮।

ঋতুমাল্যালঙ্কারৈঃ প্রিয়জনগান্ধর্বকাব্যসেবাভিঃ।
উপবনগমনবিহারৈঃ শৃংগাররসঃ সমুদ্ভবতি॥
নয়নবদনপ্রসাদৈঃ স্মিতমধুরবচো ধৃতিপ্রমোদৈশ্চ।
মধুরৈশ্চাঙ্গবিকারৈস্তস্যাভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ॥

অর্থ। ঋতু চঙ্লকপা, লৈপরেং, ফিজেৎ লৈতেং, চান্নবা উন্নবা, ইশৈ তাবা নত্রগা কাবা পাবা নত্রগা তাবা, হৈকোন লৈকোন্দা কোয়না শান্নবা অসিনচিংবদগী শৃংগার রস পোক্লকই। মথুগী অভিনয়দি—মিৎ-মায়থোং মবারামগনি, মোমোন মীনোক্কনি, রাভাঙ্ খুমগনি, অপেনবা অমদি হরাউজবা মতৌ কোংদোক্কনি শাকং-শাথেক পুক্নীং হুবা ওইহনগনি।

## হাস্যরস

অথ হাস্যো নাম হাসস্থায়িভাবাত্মকঃ। স চ বিকৃতবেষালঙ্কারধার্ষ্ট্য লৌল্যকুহকাসৎপ্রলাপব্যঙ্গদর্শন দোষোদাহরণা দিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যোষ্ঠদংশন নাসা কপোল স্পন্দনদৃষ্টিব্যাকোশাকুঞ্চন স্বেদাস্যরাগপার্শ্বগ্রহণাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ ব্যভিচারিণশ্চাস্য আলস্যাবহিত্থা

তন্দ্রানিদ্রাস্বপ্নপ্রবোধাসূয়াদয়ঃ। দ্বিবিধশ্চায়মাত্মস্থঃ পরস্থশ্চ। যদা স্বয়ং হসতি তদাত্মস্থঃ। যদাপরং হাসয়তি তদা পরস্থঃ।

অর্থ। নোংঙ্খীংবগী মরুওইবা ভাবতি (স্থায়ি) নোকপনি। অসিগুম্বা মোঙ্খীংহনবগী অভিনয়দি—ওন্ন তৈনবা ফিজেৎ-লৈতেং, ঈকাই ঈকি খঙ্দবা মতৌ, মিতাবা, নমথাক তৌবা (কুহক) চোইয়োন পারোনগুম্বা মথোঙ্ হক্কবা মা ভাঙ্বা, শোইনাইবা মী উবা, মীগী মরাল ভাঙ্বা অসিনচিংবা বিভাবশিং অসিদগী পোকলকই।

চীনবান চীকপা, নাতোন অমদি খজাই নীকপা, মিং লাওথোকপা অমসুং খুজিনবা (ফাক্কোকপা খুজিনবা), হুমাং শোবা, মায়-মিৎতো য়েকশিনবা, হকচাং নাকন্দা থুং থক্ষম ওইবা অসিনচিংবা অনুভবনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

মসিগী ব্যভিচারি ভাবনা তম্বুবা, অশেংবা পুক্নীংগী মতৌ মপান্দা ফোংদোক্তবা (অবহিত্থা[১]), উরোন শারোন তৌবা, তুম্বা, মঙ্-মঙ্বা, মিংশেঙ্ থাঙ্বা অমসুং কল্লক খম্নন চাউবা অসিনচিংবা মতৌনি।

মসিগী রস অসি মখল অনিনি মহুদি—'আত্মগত' অমসুং 'পরগত'। ১। আত্মগত—মশা মথন্তনা নোকপা, ২। পরগত—অতোপ্পা মীবু নোকহনবা।

অত্রানুবংশ্যে আর্যে ভবতঃ—

অর্থ। হিরম অসিদা মথাঙ্ অসুম য়ৈরকপা আর্যা শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

৪৯-৫০।

বিপরীতালঙ্কারৈর্বিকৃতাচারাভিধানবেবৈশ্চ।
বিকৃতৈরঙ্গবিকারৈর্হসতীতি রসঃ স্মৃতো হাস্যঃ॥

১। অবহিত্থা—১৮-২১ শ্লোককী টীকা য়েংউ

বিকৃতাকারৈর্বাক্যৈরঙ্গবিকারৈর্বিকৃতবেষৈশ্চ।
হাসয়তি জনং যস্মাৎ তস্মাদ্ জ্ঞেয়ো রসে হাস্যঃ॥

অর্থ। ওয় তৈনবা ফিজেৎ লৈতেং, ওয়া তৈনবা লোনচৎ, ওয়-তৈনবা য়াঙাঙ্, শাঙাঙ্, ওয় তৈনবা শাজৎ-শাথেকচিংবা উবদগী কনাগুম্বনা নোকপদা চঙ্লিবা মাগী নোকপীংবা রস অদুবু হাস্য (নোকপীংবা) হায়না কৌই। ওয়-তৈনবা মওঙ্গী শকলোন, য়াইহে খোনকম, শাজৎ-শাথেক অমদি ফিজেৎ চাকচানা ময়ম ওইহনা মীবু নোকহল্লি হায়বদগী রস অসিবু হাস্য হায়না খঙ্গৈ।

৫১। স্ত্রীনীচ প্রকৃতাবেষ ভূয়িষ্ঠং দৃশ্যতে রসঃ।
ষড়্ ভেদাশ্চাস্য বিজ্ঞেয়াস্তাংশ্চ বক্ষ্যামহং পুনঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা হাস্য রস অসিদি অয়াম্বা মতমদা নুপী অমসুং জাত অতোনবা মীগী মরক্তা তোয়না থোকপা উই। মসিগী মথল ৬ থক লৈ; মথোয় অহুগী ময়ম হায়রকলি।

৫২। স্মিতমথ হসিতং বিহসিতমুপহসিতপাপহসিতমতিহসিতম্।
দ্বৌ দ্বৌ ভেদৌ স্যাতামুত্তম মধ্যমাধম প্রকৃতৌ॥

অর্থ। স্মিত হাস্য হসিত, বিহসিত, উপহসিত, অপহসিত অতিহসিত। তরুক অসিগী অনি অনিনা মীথোই মীহেনবা-মী, ময়াম ওইবা অমসুং অতোনবা মীওইশিংগী মরক্তা ওইবা মতৌনি।

৫৩। স্মিতহসিতে জ্যেষ্ঠানাং মধ্যানাং বিহসিতোপহসিতে চ।
অধমানামপহসিতং হ্যতিহসিতং চাপি বিজ্ঞেয়ম্॥

অর্থ। মীথোই মীহেনবশিংগী মতৌনা—স্মিত অমসুং হসিত, ময়াম ওইবা মীগীনা—বিহসিত অমসুং উপহসিত অহুগা অতোনবা চাওখত্তবা মীগীনা—অপহসিত অমসুং অতিহসিত অসিনি।

অত্র শ্লোকাঃ—

অর্থ। মসিগী শ্লোকশিং—

৫৪। উত্তমানাম্—

ঈষদ্বিকসিতৈর্গণ্ডৈঃ কটাক্ষৈঃ সৌষ্ঠবান্বিতৈঃ।
অলক্ষিতদ্বিজং ধীরমুত্তমানাং স্মিতং ভবেৎ॥

অর্থ। মীথাই মীহেন নত্রগা অচৌ অশাংশিংগী মীনোক্তি চায়রুং হাইকেৎ ফনগনি, অতপ্পা অরেম্বা মিৎচি মিৎযেং লোয়নমা অপ্পা নোকফেৎ তৌগনি ; মসিদা যা উগদবদি নত্তে।

৫৫। উৎফুল্লাননৈর্নেত্রৈ গণ্ডৈর্বিকসিতৈরথ।
কিঞ্চিল্লক্ষিতদন্তং চ হসিতং তদ্বিধীয়তে॥

অর্থ। মায় মিৎ খজাই অচুম অসি মকার,খবু' হসিত' হায়না কৌই, মসিদা য়াতোনগী অরংবা হাইফেৎ উগনি।

অথ মধ্যানাম্—

অর্থ। ময়ায় ওইবা মীওইশিংগী মতৌদি—

৫৬। আকুঞ্চিতাক্ষিগণ্ডং যৎ সস্বরং মধুরং তথা।
কালাগতং সাস্যরাগং তদ্বৈ বিহসিতং ভবেৎ॥

অর্থ। মিৎ-চায়রুং (খজাই) চপশিনবা, খোম্বোক য়াওবা, খোয়থুম্বা, ওইরিবা থৌওঙ্ অত্তগা মতিকচানবা ওইবা অমস্তুং মায়থোং মকা রাম্বা ওইগনি। মসিনা 'বিহসিত' গী মতৌনি।

৫৭। উৎফুল্লনাসিকং যচ্চ জিহ্মদৃষ্টিনিরীক্ষণম্।
নিহঞ্চিতাংসকশিরস্তচ্চোপহসিতং ভবেৎ॥

অর্থ। উপহসিতগী লক্ষণদি— নাতোল ফনবা, মিৎয়েং খোয়বা অমস্তুং কোক-লেংজুম অনিমক হাইথবা (নোম্বা)।

অধমানাম্—

অর্থ। আতোপ্প অতাশিংগী নোকপা মীনোক্তি—

৫৮। অস্থানহসিতং যত্র সাশ্রুনেত্রং তথৈব চ।
উৎকম্পিতাংসকশিরস্তচ্চাপহসিতং ভবেৎ॥

অর্থ। অপহসিতগী মতৌদি— মতা ইচা চাদনা নোকপা, মিৎতা পি হেক তাবা, লেংজুমস্থ কোকস্থ অনিমক থপ্তুনা লৈবা।

৫৯। সংরব্ধসাশ্রুনেত্রং চ বিক্রুষ্টস্বরমুদ্ধতম্।
করোপগূঢ়পার্শ্বং চ তচ্চাতিহসিতং ভবেৎ॥

অর্থ। অতিহসিতগী মতৌ—

মিৎ লাওথোকপা, পিতাবা, খোঞ্জেল য়াকপা অমস্থং হৌবা (খাকনা খাকনা নোকপা) অমস্থং খুৎনা খ্বাঙ্‌দা থম্বা।

৬০। হাস্যস্থানানি যানি স্যুঃ কার্যোৎপন্নানি নাটকে।
উত্তমাধমমধ্যানামেবং তানি প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। লীলাগী মতাংনা অমদি থবক থোওঙ্‌না ওইহল্লকপা অচৌ অশাংগী, ময়ায় ওইবা মীওইগী অমদি অত্তোনবা মীশিংগী নোকপগী মতৌদি অস্থুম্না পাঙ্‌থোকনি।

৬১। এবমাত্মসমুত্থং চ তথা পরসমুত্থিতম্।
দ্বিবিধস্ত্রি প্রকৃতিকঃ ষড়্ভেদোঽর্থ রসঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা ( অনোকপা ) রস অসি আত্মোদ্ভূত ( মশাগী ওইবা ) অমস্থং পরোদ্ভূত ( অতোপ্পগী ওইবা ) অস্থুম্না মখল অনি লৈ। মখল অনিমক অসিগী অমমমগী মওঙ্‌ ৩/৩ অমুক ওইবনা পূম্না মখল ৬ লৈ।

অথ করুণো নাম শোকস্থায়িভাবপ্রভবঃ। স চ শাপ ক্লেশবিনিপাতেষ্টজনবিপ্রয়োগবিভবনাশবধবন্ধবিদ্রবোপঘাত-ব্যসন সংযোগাদিভির্বিভাবৈঃ সমুপজায়তে। তস্য

চাশ্রুপাতনপরিদেবন মুখ শোষণ বৈবর্ণ্য স্রস্তগাত্রতানি শ্বাস-
স্মৃতিবিলোপাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ। ব্যভি
চারিণশ্চাস্য নির্বেদগ্লানিচিন্তৌৎসুক্যাবেগমোহশ্রমভয়বিষাদ-
দৈন্যব্যাধিজড়তোন্মাদাপস্মারত্রাসালস্যমরণস্তম্ভবেপথুবৈব-
র্ণ্যাশ্রুস্বরভেদাদয়ঃ।

অর্থ। অমাবা মতৌদগী করুণরস থোক্লকই! মসিগী হৌরক-
ফমদি শাপনা লাকহৎপা, নুংশিবা কায়নবা, মরল-মথুম মাঙ্‌বা, অশি-
অনা নংবা, ফাবা-পূনবা (অফা অপুন নংবা), চেনবা চোংবা, খুদোং
থীবা থোকপা (অশোক অপন নংবা?), নত্রগা লাইবক থীবা মতৌ
নংবা (দশা তাবা) অসিনচিংবদগী ওই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—পি শিন্থবা, নীংঙমদবা, মায়থোং লাং-
শিনবা, কুচু তাইবা, ইহিক হিকথবা, স্বর মপী হোনবা, বুদ্ধি থোক্তবা
(নীংশিংবগী পাঙ্গল লৈরক্তবা, ঙাউবনা হেনবা) অসিনচিংবা অনু-
ভাবকী মতৌশিংনি।

মসিগী ব্যভিচারি ভাবশিংদি—হৈনীংদবা, চোকথবা, লোইনাইদনা-
থনবা, ঙাইঙমদবা, লাঙ্‌তক্লবা, শুঙ্কাংলাংচুবা (পঙ্‌থবা), পাঙ্গল
য়াওদবা, অকিবা, হামচৎনবা, তোম্থবা, লাইমন চুবা, তম্থবা, ঙাওচৎনবা
মুংশা থীবা, হকামচনবা, জ্ঞানমাঙ্‌বা, মুখ্যীগুম চপ লেপ্পা, কুচু মাঙ্‌বা,
পিশিন্থবা, খোনফম কায়বা

অত্রার্যে ভবতঃ—

অর্থ। মসিগী মরদা আর্যাছন্দগী শ্লোক অনিথক লৈ মথুদি—

করুণ রস

৬২। ইষ্টবধদর্শনাদ্বা বিপ্রিয়বচনস্য সংশ্রবাদ্বাপি।
এভির্ভাববিশেষৈঃ করুণরসো নাম সংভবতি॥

অর্থ—চান্নবনু ইমাঙ্‌দা হাৎপা উবা, তানীংদবা ৱাহে খোনফম
তাক্লবা, অসিনচিংবা ভাবশিংদগী করুণ-রস (অমাবা মতৌ) অসি
ঙাওরকই।

৬৩। সস্বনরুদিতৈর্মোহাগমৈশ্চ পরিদেবিতৈর্বিলোপিতৈশ্চ।
অভিনেয়ঃ করুণরসো দেহায়াসাভিঘাতৈশ্চ ॥

অর্থ। খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা, রাম্ববা, হৌগ্রবা থৌদোকী রাখল্লা নীংঙম্মক্তবা ( অমুতাপ ), তেংথাবা, হকচাংগী অরাবা অমদি হকচাংদা য়েবা-ফুবনচিংবগী চৈনা ফংবা অসিনচিংবদা 'করুণ রস' অসিনা অভিনয় তৌগনি।

অথ রৌদ্রো নাম ক্রোধস্থায়িভাবাত্মকঃ রক্ষো দানবোদ্ধতমনুষ্য প্রভবঃ সংগ্রাম হেতুকঃ। স চ ক্রোধধর্ষণাধিক্ষেপাবমানানৃতবচনবাক্ পারুষ্যাভি দ্রোহমাৎসর্যাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে তস্য চ তাড়নপাটন পীড়ন ছেদন ভেদন প্রহরণাহরণ শস্ত্রসংপাত সংপ্রহার রুধিরাকর্ষণাদ্যানি কর্মাণি। পুনশ্চ রক্তনয়ন ভ্রূকুটিকরণাবষ্টম্ভদন্তৌষ্ঠ পীড়ন গণ্ডস্ফুরণহস্তাগ্রনিষ্পেষাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ। ভাবাশ্চাস্য সম্মোহোৎসাহবেগামর্ষচপলতৌগ্র্যস্বেদ বেপথুরোমাঞ্চগদ্গদাদয়ঃ। অত্রাহ যদভিহিতং রাক্ষসদানবাদীনাং রৌদ্রো রসঃ, কিমন্যেষাং নাস্তীত্যুচ্যতে। অস্ত্যন্যেষামপি রৌদ্রঃ। কিন্ত্বাধিকারোঽত্র গৃহ্যতে। তে হি স্বভাবত এব রৌদ্রাঃ। কস্মাৎ বহুবাহবো বহু মুখাঃ প্রোদ্ধতবিকীর্ণপিঙ্গলশিরোজাঃ রক্তোদ্বৃত্তবিলোচনা ভীমাসিতরূপিণশ্চৈব। যচ্চ কিঞ্চিৎ সমারভন্তে স্বভাব চেষ্টিতং বাগঙ্গাদিকং বা তৎসর্বং রৌদ্রমেবেতি। শৃঙ্গারশ্চ তৈঃ প্রায়শঃ প্রসভং সেব্যতে। তেষাং চানুকারিণো যে পুরুষাস্তেষামপি সংগ্রাম সংপ্রহারকৃতো রৌদ্ররসোঽনু মন্তব্যঃ। অত্রানুবংশ্যে আর্যে ভবতঃ—

অর্থ। রৌদ্র রসকী স্থায়িভাবতি ( মরুওইবা ভাবতি ) অশাউ-বনি। হিংচা কোৎচাবা অমদি নাপন চাউবা ( থোয়চৎনবা ) মীগী মশাদগী থোকই, মসিগী ওইররুবা মরমনা লান-ভৌবচিংবনি ( খৎন চৈনবনচিংবা অঙম তান্নবগী থবক )। অশাউবা, নমহাবা মতৌ (ধর্ষণ), চৈবাথাংবা, ঈকাইবা পীবা, ওইদবা ভাঙ্‌বা, অয়াকপা বাহৈ-থোনকম, ফুবা-য়ৈবা, কল্লক-কঞ্জাউবা, লমন থুস্বা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী থোকই।

মসিগী মতৌদি— ফুবা, থুগায়-য়ানথায়বা, শাপ ভৌবা, ককথৎ-য়াম্লৎপা, মচেৎ মচেৎ শেগায়বা ফোয়দৎপা, খুৎলাই পায়থৎপা ( য়েক্ক-বগী খুৎলাই মুনবা ? ), খুৎলাই থাবা ( ফুবা ), থরায় ফুকপমথৈ-বন্‌শিন্না ফুবা, ঈ-শিস্থবা অসিনচিংবনি।

মসিগী অভিনয় মতৌদি

মিৎত ঈনাবা পীশুম শুকপা, রাশক চেৎপা ( অবষ্টম্ভ ? ), য়াথক্কা চৌনবান চীকপা ওকৃসি শোনবা ), খজাই ক্রিং ক্রিং চোংবা, খুৎ শা থোকপা অসিনচিংবা অনুভাব কয়া ভৌগনি।

মসিদা ওইগদবা ভাবকা মওং শিংদি—

শুম্মৎপা ( সম্মোহ ), থৌনা, পুক্কী লৈতাফম খঙদনা ফিংনা ফিংনা চংপা ( বেগ ) প্রোক প্রোক চাকপা, তফিং তফিংবা ( থক-চানবা ), অয়াকপা মতৌ, হুমাং পাজৎপা, থক থক নীকপা, তুজুং মানজুংবা, বাহৈ মতেক ভাঙ্‌বা ( রা মপুম ফানা ভাঙ্‌ওমদবা ) অসিনচিংবনি।

মসিদা হংফম থোকপা অমা লৈরবদি- হিংচা য়াইতম্বশিংভগী ওইনা রৌদ্ররস অসিবু উৎলি ; অতোপ্পগী কাদদি থক মসিগী রস অসি লৈতবরা ? অতোপ্পগী মফমদস্থ রৌদ্ররস লৈ। অহুমদি ওইরগা মসি হিংচাবশিংগীতা ওইনা অপান্নন্না লৈবশুম তৌই। মথোয় অসিদি মশানা অহুমক মতম পুন্নমক্কা অশাউবগী ফিবমতদা লৈ। করিনা

**অর্থ।** অসুম তৌনা রৌদ্ররস উংকনি ; মসিদা রাঙাঙ্ শাঙাঙ্, হকচাংগী ফিবম অমসুং তৌথোরকপা থৌদো-থোঙ্ পুন্নমক অকিবগী মশক ঙাক্তনি, থুংলাই তোয়না য়াম্না থাগনি অমসুং শাজং-শাথেক পুন্নমকসু অকনবা অয়াকপা ঙাক্তগী মতৌ ওইগনি।

## বীর রস

অথ বীরো নাম উত্তম প্রকৃতিরুৎসাহাত্মকঃ। স চ অসংমোহাধ্যবসায়নয়বিনয়বলপরাক্রমশক্তিপ্রতাপপ্রভাবাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য স্থৈর্য শৌর্য ধৈর্যত্যাগবৈশারদ্যাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ সঞ্চারিভাবাশ্চাস্য ধৃতিমতিগর্ববেগৌগ্রভামর্ষস্মৃতিরোমাঞ্চদয়ঃ

অর্থ। বীররসতি উত্তম প্রকৃতি ( মরাংবা থাক্কী ) ওইবা অমসুং থৌনান মাং ওইনবা মতৌন তিল্লি।

রস অসিগী হৌফমদি -বুদ্ধি মাঙ্দবা, হোৎনবা কনবা, নীতি থঙ্বা, নোল্লুকপা পাঙ্গল কনবা, থৌন লৈবা, তৌবা ঙম্বা, মতিক চাউবা, মঙান চেনবা ( মতিক মথৌনা মরি লেন লৈব ) অসিনচি শা বিভাবশিং অসিনি।

মসিগী অভিনয়দি—পুক্নীং লেঙবা, অংধৌবা মতৌ, অথাঙ্ কনবা, ওইজবা থাদোকশা, হৈশিংবা অসিনচিংবা অনুভাবশিং অসিনা উংকনি।

মসিগী সঞ্চারিভাবশিংদি—

হোৎনবা কনবা, বুদ্ধি থৌবা, নাপন, থিঙ্বা, অহকপা মতৌ, অশাউবা, নীংশিংবগী পাঙ্গল থৌবা, তু-চুংবা অসিনচিংবনি।

৬৭। উৎসাহাধ্যবসায়াদবিষাদিত্বাদবিস্ময়ামোহাৎ।
বিবিধাদর্থবিশেষাদ্বীররসো নাম সম্ভবতি॥

অর্থ। থৌমা, হোৎনবা কনবা, অন্নাবা রাখলনা লাকহৎপা ঙমদবা, অঙকপা অমসুং শুঙ্কৎপা ( তৌফম খঙ্দবা কুম্বঙ্নবা মতৌ ) য়াওদবা অসিগুম্বা থোইদোকপা ভবশিংদগী 'বীর-রস' পোকই।

৬৮। স্থিতি ধৈর্যবীর্যগর্বৈরুৎসাহপরাক্রমপ্রভাবৈশ্চ।
বাক্যৈশ্চাক্ষেপকৃতৈবীর-রসঃ সম্যগভিনেয়ঃ॥

অর্থ। খুবম চেৎপা ( মশাগী ফিরেপ হোংদবা ), অথাঙ্কনবা পাঙ্গল, নাপল, ইচঙ্থৌবা, মথৌনা লৈবা, মতিক মগুণ অমসুং নিন্দা তৌবা খঙ্নবা ৱাহৈ ৱাতানা বীর-রস অসিবু চঙ্থোক্না অভিনয় তৌগদবনি।

## ভয়ানক রস

অথ ভয়ানকো নাম ভয়স্থায়িভাবাত্মকঃ।

স চ বিকৃতরবসত্ত্বদর্শনশিবোলূকত্রাসোদ্বেগশূন্যাগারারণ্যপ্রবেশস্মরণস্বজনবধবন্ধদর্শনশ্রুতিকথাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য প্রবেপিতকরচরণনয়নচলনপুলকমুখবৈবর্ণ্য স্বরভেদাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ। ব্যভিচারিভাবাশ্চাস্য স্তম্ভস্বেদগদ্গদরোমাঞ্চবেপথুস্বরভেদ বৈবর্ণ্যা শঙ্কামোহদৈন্যাবেগচাপল্যজড়তাত্রাসাপস্মারমরণাদয়ঃ।

অর্থ। ভয়ানক রস-গী [১]স্থায়ি ভাবতি অকিবনি। মসি ওইরক্নবগী বিভাবশিংদি—থোস্নোক থোনফম কায়বা, ভূত-প্রেত হিংচায়াইভম্বা, ভম্মলাইনচিংবা উবা, লমহুই নত্রগা মকু উবদা কিবা, লাঙ্ভক্নবা, য়ুম অহাঙ্বা, অশূকপা বনদা চঙ্বা, হৌথিবা থৌদোক নীংশিংবা, লম্নাই ওইবা মীবু ইমাঙ্দা হাৎপা, পূনবা উবা নত্রগা মতুগী পাউ তাবা অসিনচিংবনি।

---

১। স্থায়ি—হৌফম।

মসিগী অভিনয় মওঙ্দি— থোঙ্, খুং অনিমক নীকপা, মিং লৈবা, ভুচুংবা, মাংথোংদা ঈ থাদবা, খোনফম কায়বা অসিনচিংবা অনুভাব-শিং অমিনি।

মসিগী ব্যভিচারী ভাবশিংদি— ত্রিক্থবা মতৌ, হমাং কাংবা, মাহৈ মতেক মতেক ভাঙ্বা, তু-চুংবা, নীকপা, খোনফম কায়বা, কুচু তাইবা কিবা, তৌফম খঙদবা, তোম্বা, লাঙ্তক্লবা, ইথক থকংপা, লেঙ্বা ওংপা ঙমদবা, পাখংপা (ইপাই-থাবাইবা মতৌ), জ্ঞান মাঙ্বা, শিবগুম্বা মতৌ ওইবা অসিনচিংবা।

অত্রানুবংশ্যা আর্যা ভবন্তি

অর্থ। হিরম অসিদা হায়দগী হৌনা লৈরম্লবা আর্যা ছন্দগী শ্লোক অনিথক্তি—

৬৯। বিকৃতরবসত্ত্বদর্শনসংগ্রামারণ্যশূণ্যগৃহগমনাৎ।
গুরুনৃপয়োরপরাধাৎ কৃতকশ্চ ভয়ানকো জ্ঞেয়ঃ॥

অর্থ। খোনফম কায়না লাউবা খোংবা তাবা, ভূত উবা, লানফম, ঊমং নত্রগা অহাঙ্বা যুম মনুং চঙ্বা, গুরু নত্রগা নিংথৌগী কাদা লাল্লুবদগী ওইবা মতৌস্থ হায়রিবা 'ভয়ানক' অসিগী মনুং চবগনি।

৭০। গাত্র মুখদৃষ্টিভেদৈরূরুস্তম্ভাভিবীক্ষণোদ্বেগৈঃ।
সন্নমুখশোষহৃদয়স্পন্দনরোমোদ্গমৈশ্চ ভয়ম্॥

অর্থ। হকচাং, মায় অমসুং মিংকী ফিবম কায়বা, খৈগী মপাঙ্গল শোম্বা, মায়কৈ মরিদা লাঙ্তক্লনা য়েংবা, মায় মকশিন্না নোম্বা, থম্মোই মিহুল থম্না অমসুং তু-মান চুংবা অসিগুম্বা মতৌনা অকিবা ফোংদোকই।

৭১। এতৎ স্বভাবজং স্যাৎ সত্ত্বসমুত্থং তথৈব কর্তব্যম্।
পুনরেভিরেব ভাবৈঃ কৃতকং মৃদুচেষ্টিতৈঃ কার্যম্॥

অর্থ। মথক্তা হায়রিবসিনা চুম্না কিবগী মওঙ্নি। অতোপ্পা থবাক্ত পানবা অতৈদগী থোকপা ( ফংবা ) অকিবসু উৎকদবনি। মথক্কী ভাবশিং অসিবু অমুক থবা ত্তপথবা হম্ব, মওঙ দা উৎলগনা মচু পুমমক্কী তৌশিন্নব ভাব ফোংদোকই ( কিবা শাবগী মওঙ্ )।

৭২। করচরণবেপথুস্তম্ভগাত্রসঙ্কোচহৃদয়প্রকম্পেন।
শুষ্কৌষ্ঠতালুকণ্ঠৈর্ভয়ানকো নিত্যমভিনেয়ঃ॥

অর্থ। খোঙ্ খুৎ নিকপা অংদি শিথবা ( হিকথবা, পঙ্থবা ), হকচাং তাশিনবা, থম্মোই নিকপা, চৌনবান, ভো অনম্বুং থোবী চরম থক-থক কংশিনবা- অসিগুম্বা মতৌনা ভয়ানক রস ( অকিবগী মতৌ ) অভিনয় তৌগদবনি।

## বীভৎস রসঃ

অথ বীভৎসো নাম জুগুপ্সাস্থায়িভাবাত্মকঃ। স চ হৃদ্যাপ্রিয়াচোক্ষানিষ্টশ্রবণদর্শন পরিকীর্তনাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য সর্বাঙ্গসংহারমুখনেত্রবিকূণনোল্লেখনানিষ্ঠীবনোদ্বেজনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ। ব্যভিচারিভাবাশ্চাস্যাপস্মারাবেগমোহব্যাধিমরণাদয়ঃ।

অর্থ। মথংদা লাক্লে বীভৎসরস। মসিগী হৌফমদি তুক্কচবনি। মসিগী ওইরক্কবা মওঙ্দি—থরায় তাদবা, পামদবা, ফত্তবা শেংদবা পোৎ অমদি মাঙ্বা তাকপা থোকহনবা অহুগুম্বা করিগুম্বা অমগী মরম তাক্কবা, উক্কবা, অমদি মচুগী মরমদা নৈনক্কব। অসিনচিংবা বিভাবশিং অসিমা ওই।

মসিগী অভিনয়দি - মায়-মিৎ অনিমক শুগত্তুনা খাঙ্বা, হকচাং পুম্নমক তাশিনবা ( with drawal ) ওবা, তিন শিৎপা, লাঙ্তক্পা ( লৈফম খঙ্দবা ? ) অসিনচিংব অনুভাবশিংনি।

মসিগী ব্যভিচারি ভাবশিংদি—শারৈ হৌবা, ক্রিং ক্রিং চোংবা ( লৈত্তাদবা ), শুম্মাংলাই চুবা, লায়না পোকপা ( নাবা ) অমস্তুং শিবগুম্বা মওঙ্ তৌবা।

অত্রানুবংশ্যে আর্যে ভবতঃ—

অর্থ। মসিগী মরমদা হায়দগী লৈরক্পা আর্যা ছন্দগী শ্লোক অনিথক্তি –

৭৩। অনভিমতদর্শনেন চ রসগন্ধস্পর্শশব্দদোষৈশ্চ।
উদ্বেজনৈশ্চ বহুভির্বীভৎসরসঃ সমুদ্ভবতি॥

অর্থ। পামদবা হৈনদব পেংৎ উবা, চাক্পা, নমলুবা, শোকলুবা অমস্তুং তাক্পা অসিনচিংবা লৈত্তাফম খঙ্দবা কয়াদগী 'বীভৎস' রস ( তুক্কচবা মতৌ ) অসি ওইহল্লি।

৭৪। মুখনেত্রবিকূণনয়া নাসাপ্রচ্ছাদনাবনমিতাস্যৈঃ।
অব্যক্তপাদপতনৈর্বীভৎসঃ সম্যগভিনেয়ঃ॥

অর্থ। মায়-মিৎ শুগত্তুনা খাঙ্বা, নাতোন মেনশিনবা, মায নোম্বা অনদি মশানা খঙ্দনা খোঙ্ অহুম খাংদোকখিবা ( অব্যক্তপাদ imperceptibly )।

## অদ্ভুত রস

অথাদ্ভুতো নাম বিস্ময়স্থায়িভাবাত্মকঃ। স চ দিব্যদর্শনেপ্সিতমনোরথাবাপ্ত্যুত্তমভবনদেবকুলাভিগমনসভাবিমানমায়েন্দ্রজালসাধনাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে তস্য নয়নবিস্তারানিমিষপ্রেক্ষণরোমাঞ্চাশ্রুস্বেদহর্ষসাধুবাদপ্রদানপ্রবন্ধ

হাহাকারকরবাহুবদনচেষ্টাঙ্গুলিভ্রমণাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ। ব্যভিচারি-ভাবাশ্চাস্য অশ্রুস্তম্ভস্বেদগদ্গদ-রোমাঞ্চাবেগসম্ভ্রমজড়তাপ্রলয়াদয়ঃ।

অর্থ। মথঃদি 'অদ্ভুত রস' লাক্লে। মসিগী চৌফমদি 'চঙরুবনি' ( পূমকাউ কাউথোকপা, নীংশিংদবা )।

মসিগী ওইরকফমদি— লাইগী উপদ্রবনচিংবা উবা, য়াম্না থৌবাংলম্বা পোৎ ফংবা, থোইদাক্না ফজবা, বুন দম্ব্রগা লাইশংদা চঙবা, মীয়াম তিনফমদা চঙবা, দোলাই অপাইনী তৌবা দম্ব্রগা মথোন তরেৎ বাংবা য়ুমদা লৈবা, মায়া, মিত্রং শচিংবা উবা অসিনচিংবা বিভাবশিং অসিদগী ওই।

মসিগী অভিনয়দি মিৎ লাংথোকপা, মিৎকুপ্পবা মিংয়েং, তুচুংবা, পি তাব ( নুংঙাইবগী ) থুনা শংবা, চরাউবা নুংঙৈনগী কাবা, থাগৎপা, পী থাকপা মনল যাওদনা নুদোন পীবা। হাহাকার লাউবা, খুৎ-পাহোম, মখুৎ মৈৎ অমদ ফী ফীনা হাইবা লক। অসিনচিবা অনুভাবশিং অসিন তৌগনি।

মসিগী ব্যভিচারভাবশিংদি—পি শিন্থবা, চোকথ হুইপবা, হুমাং কাংবা, রাগৈ মপুন ঙাঙবা ঙনদবা ( মতেক মচেক হাঙবা ), তু চুংবা, লৈতাদব, ফিংংৎপা, লেঙবা ৎপা ঙনদবা অমসুং রাম্বা অসিনচিংবা—।

অত্রানুবংশ্যে আর্যে ভবতঃ—

অর্থ। হিরম অসিদা থায়নদগী লৈরক্লবা আর্য ছন্দগী শ্লোক অনিথক্কী মশক্তি --

৭৫। যত্ত্বতিশয়ার্থযুক্তং বাক্যং শীলং চ কর্ম রূপং চ।
তত্ত্বভিস্ত্বর্থবিশেষৈ রসোঽদ্ভুতো নাম বিজ্ঞেয়ঃ॥

ভৌবদা মথরায় ফাওবা পান্মুববা ), অমস্তুং যুদ্ধবীর ( শাকম-লানফমদা থক মায়-ওন্দবা )।

৮০। ব্যাজাচ্চৈবাপরাধাচ্চ বিত্রাসিতকমেব চ।
পুনর্ভয়ানকং চাপি বিদ্যাৎ ত্রিবিধমেব চ॥

অর্থ। ভয়ানক ( অকিবা ) রসস্তু অহুমনি মতুদি—ভৌশিন্নবা নজ্ঞগা শাশিন্নবা, অবানবা তৌরুবদগী অমস্তুং অকিবা নংবদগী ওইবা।

৮১। বীভৎসঃ ক্ষোভজঃ শুদ্ধ উদ্বেগী স্যাৎ তৃতীয়কঃ।
বিষ্ঠাকৃমিভিরুদ্বেগী ক্ষোভজো রুধিরাদিজঃ॥

অর্থ। বীভৎসরস অহুমনি —পূটী লাওবদগী ওইবা, অশেংবা মতৌদগী ওইবা অমসুং তপথফম থংদবদগী ওইবা।

৮২। দিব্যশ্চানন্দজশ্চৈব দ্বিধা খ্যাতে হদ্ভুতো রসঃ।
দিব্যদর্শনজো দিব্যো হর্ষাদানন্দজঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। অদ্ভুত রসনা মথল অনিনি মতুদি—লাইগী থোদোকদগী অমস্তুং মুংঙাইবদগী ওইবা ( দিবা অমস্তুং আনন্দোত্থ )। লাইগী থোদোক থোংজ ( অঙকপা মতৌ, হাম্না থেংনজ্রিবা ) উবদগী ওইবনা 'দিব্যদর্শনজ', অদুগা হরাউবা চাও হেনবনসিংবদগী ওইবনা 'আনন্দোত্থ' হায়বসিনি।

৮৩। এবমেতে রসা জ্ঞেয়াস্ত্বষ্টৌ লক্ষণলক্ষিতাঃ।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি ভাবানামপি লক্ষণম্॥

অর্থ। অস্মুম্না মথক্তা রস মথল নিপালগী মতৌ উৎলবসিনি। মথংদি ভাবশিংগী মতৌ অনুক হায়গে।

ভরতকী নাট্য-শাস্ত্রদা রস-গী মথল কৌবা ৬ শুবা তাংকক' অদু মতাং অসিদা লোইরে।

---

## তরেৎশুবা তাংকক্

# ভাবকী মশক তাকপা

ভাবানিদানীং বক্ষ্যামঃ অত্রাহ—ভাবা ইতি কস্মাৎ, কিং ভাবয়ন্তীতি ভাবাঃ? উচ্যতে—বাগঙ্গসত্ত্বোপেতান্ কাব্যার্থান্ ভাবয়ন্তীতি ভাবাঃ। ভাব ইতি করণসাধনম্ যথা ভাবিতঃ বাসিতঃ কৃত ইত্যনর্থান্তরম্। লোকেঽপি সিদ্ধম্ অহো হ্যন্যোন্যগন্ধেন রসেন বা সর্বমেব ভাবিতম্। অপি চ ব্যাপ্ত্যর্থং, শ্লোকাশ্চাত্র ভবন্তি—

অর্থ। হুজ্জীক ভাবশিংগী মরমদা হায়গে। মসিগী মরমদা হায়রি—ভাব কৌরিবসিবু করিগীদমকনো? থলহল্লি অস্থুম্মা হায়রিবরা! মসিগী পাউথুমদি—চুম্মী, থলহনবা মতৌবু ভাব কৌবনি। য়াহৈ য়াতা (ঈশৈস্থু খঙ্নগনি), হকচাংগী লেঙ্বা ওৎপনচি বা (ফিরেপ শাথেক্লচিংবা), অমস্তুং সাত্ত্বিক (তৌশিন্নবা নত্তবা অশেংবা মওঙ্গী) অভিনয়না কাব্যগী হায়বদি লীলা-নচিংবগী হিরমশিংবু ভাবোকী পূক্নীংদা মমি তাহল্লি অমদি থলহল্লি হায়বগীদমক 'ভাব' হায়না খঙ্নথিবনি।

ভাব হায়বা য়াহৈ অসি করণবাচকনি—ভাবিত, বাসিত, কৃত—য়াহৈশিং অসি অর্থ অমত্তগীনি। মী মরক্তস্থু অস্থুম্মা হায়নবা লৈ—ওস্থোকপনি মী পূম্নমক্না অমগা অমগগী মুংশিবা মনম অমদি পোৎ অমগা অমগগী মহাউ (রস) না মহৈ-মহৈ য়াথলদা মমি তাহল্লি, (থরৈ)। মসিনা পাকথোক শন্দোক্লবা মরমস্থু ওইহল্লি। মসিগী মরমদা ইবা শ্লোকস্থু লৈ মহুদি—

## ভাবকী মশক তাকপা

১। বিভাবৈরাহৃতো যোঽর্থস্ত্বনুভাবেন গম্যতে।
বাগঙ্গসত্ত্বাভিনয়ৈঃ স ভাব ইতি সংজ্ঞিতঃ।

অর্থ। ৱাহৈনা হকচাংনা অমদি সাত্বিক অভিনয়গী মতৌংনা বিভাবশিংনা পুশিল্লকপা অহৌগা অনুভাবকী মতৌংনা মশক কোংদোকপা (খঙ্‌নরকপা) অহৌগুম্বা হিরমশিং অদুবু 'ভাব' হায়না কৌই।

২। বাগঙ্গমুখরাগৈশ্চ সত্ত্বেনাভিনয়েন চ।
কবেরন্তর্গতং ভাবং ভাবয়ন্ ভাব উচ্যতে॥

অর্থ। ৱাহৈনা ৱাতানা, হকচাংগী লেঙ্‌বা ওৎপনচিংবা তোঙান তোঙানবা ফিরেপ শাথেল্লা, মায় মিৎতা মচু মমেন্নচিংবা তৈবনা (চন্দনচরান চিংশু) হমদি সাত্বিক অভিনয়না কবিগী (হায়বদি লীলা ইবা মীগী) পুক্নীংনা পামল্লিবা ভাব অদুবু (ভাঁলোকতা) পুশিন্দুনা খল্লহনবা মরমদগী মসিবু 'ভাব' হায়না খঙ্‌নখিবনি।

৩। নানাভিনয়সম্বন্ধান্ ভাবয়ন্তি রসানিমান্।
যস্মাত্তস্মাদমী ভাবা বিজ্ঞেয়া নাট্যযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। মখল মখা অয়াম্বা অভিনয়গা মরী লৈনবা অসিগুম্বা রসশিং অসিবু ভাব তৌহল্লি (পুক্নীংদা ফাওহল্লি নত্ত্রগা খল্লহল্লি) হায়দুনা মখোয়বু লীলা শেম্বশিংনা 'ভাব' হায়না কৌদুনা খঙ্‌নগনি।

বিভাব হায়ব ৱাহৈগী মশক অমসুং মমিং মথানচিংবা।

অথ বিভাব ইতি কস্মাদুচ্যতে। বিভাবো বিজ্ঞানার্থঃ। বিভাবঃ কারণং নিমিত্তং হেতুরিতি পর্যায়াঃ। বিভাব্যতেঽনেন বাগঙ্গসত্ত্বাভিনয়া ইতি বিভাবঃ। যথা বিভাবিতং বিজ্ঞাতমিত্যনর্থান্তরম্।

অর্থ। মথং তাবদা, বিভাব হায়বা মিং অসি করিগীদমক্তা হায়রিবনো? বিভাব হায়বা রাহৈ অসিদি থোইদোকপা মশক অমা থঙ্নবগীমক্তা ওইনা শীজিন্নৈ। বিভাব, কারণ ( মরম ), নিমিত্ত ( মরম ? ), হেতু ( মরম )—রাহৈশিং অসি অর্থ মাম্নবা মক্তনি। মসিগী মতেংনা রাহৈগী, হকচাংগী অমসুং সাত্ত্বিককী অভিনয়বু ফংগায়হল্লি হায়রুনা মসিগী মমিং বিভাব কৌবনি। ফংগায়হল্লি হায়রুনা মসিগী মমিং বিভাব কৌবনি। ফংগায়হনবা, ভাঙ্খোকহনবা, থঙ্হনবা ( বিভাবিত, বিজ্ঞাত ) রাহৈশিং অসি অর্থ অমত্তগীনি।

অত্র শ্লোকঃ

মসিগী শ্লোকতি—

৪। বহবোঽর্থা বিভাব্যন্তে বাগঙ্গাভিনয়াশ্রিতাঃ।
অনেন যস্মাত্তেনায়ং বিভাব ইতি সংজ্ঞিতঃ।

অর্থ। ৪। রাহৈগী ( ঈশৈ ) অমসুং হকচাংগী অভিনয়দা তুংবা ( শাগোল্লবা ) হিরম অয়াম্বা মসিগী মতেংনা পাঙ্থোকপা মরম্মা মসিগী মমিং 'বিভাব' হায়না কৌবনি।

অনুভাব হায়বা রাহৈগী মশক মমিং তাকপা

অথানুভাব ইতি কস্মাদ্ উচ্যতে। অনুভাব্যতেঽনেন বাগঙ্গসত্ত্বৈঃ কৃতোঽভিনয় ইতি।

অর্থ। মথংদা, অনুভাব হায়বা মিং অসি করিগীদমক্তা হায়বনো মসিনা হকচাংগী, রাহৈগী অমসুং সাত্ত্বিককী অভিনয় অপুম্ববু থঙ্হনবা থবক তৌই।

অথ শ্লোকঃ—

অর্থ। মসিগী শ্লোকতি—

৫। বাগঙ্গাভিনয়েনেহ যতস্ত্বর্থো ঽনুভাব্যতে।
বাগঙ্গোপাঙ্গসংযুক্তস্ত্বনুভাবস্ততঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। রাইহৈনা অমদি হুকচাংগী অভিনয়না মরম ফোংদোকপদগী রাইহে, হুকচাংগী যিরেগ-শাধেক অমদি অতৈ অতোপ্পা কয়থংশিংগা শাগোরবা মতৌবু 'অনুভাব' হায়না খঙ্‌নৈ।

এতেষাং বিভাবানুভাবসংযুক্তানাং লক্ষণনিদর্শনান্যভি ব্যাখ্যাস্যামঃ। তত্র বিভাবানুভাবৌ লোকপ্রসিদ্ধাবেব লোক-প্রভাবোপগতত্বাচ্চৈষাং লক্ষণং নোচ্যতে। অতিপ্রসঙ্গনিবৃ-ত্ত্যর্থঞ্চ। ভবতি চাত্র শ্লোকঃ--

অর্থ। হৃজীক বিভাব অমসুং অনুভাবনা তিনবা মখোয় অসিগী মওঙ্ মতৌ ( লক্ষণ ) অমসুং খুদম ( নিদর্শন ) অদু শন্দোক্না হায়গে। মদুগী মখুংদা বিভাব অমসুং অনুভাবতি মীয়াম্না খঙ্‌নৈ। মসিগী ভাবতগী অতুম্মক খঙ্‌নবা মরম্না মখোয়গী মতৌ মওঙ্ তোপ্না অমুক হায়বা তৌরে। চাউথোকমনবিগদবদগী কন্নবসু ওইনা মসি হায়দবনি॥ মসিগী মরমদা লৈব শ্লোকতি -

৬। লোকস্বভাবসংসিদ্ধা লোকযাত্রানুগামিনঃ।
অনুভাববিভাবাশ্চ জ্ঞেয়াস্ত্বভিনয়ৈর্বুধৈঃ॥

অর্থ। পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা মসিবু মীওইবগী হৌনশা ওইবা মনাৎ অমদি লোমচৎ-শানৎনফিংবগী মতুংইনবা অদুগুম্বা অনুভাব অমদি বিভাবকী মতৌ পুম্নমক অদুবু অভিনয়গী মতেংনা খঙ্‌নগদবা ওই।

তত্রাষ্টৌ ভাবাঃ স্থায়িনঃ, ত্রয়স্ত্রিংশদ্ ব্যভিচারিণঃ, অষ্টৌ সাত্ত্বিকা ইতি ভেদাঃ এবমেতে কাব্যরসাভিব্যক্তিহেতব একোনপঞ্চাশদ্ ভাবাঃ প্রত্যবগন্তব্যাঃ। এভ্যশ্চ সামান্য-গুণযোগেন রসা নিষ্পদ্যন্তে। ভবতি চাত্র শ্লোকঃ—

অর্থ। স্থায়িভাব ৮নি, ব্যভিচারীনা ৩৩ নি, সাত্ত্বিকনা ৮নি অমুম্না কাব্যরস ফোঙ্‌দোক্নবগী মরম ওইরিবা ভাব অসিগী মথল পুম্না

৪৯ থক শুই। খ্বায় পুম্নমক্কী ওইবা ( Commonness ) অচুগুম্বা গুণগা ভিন্নরগা মখোয় অসিদগী রস পোক্লকই।

মসিগী মরমদা লৈবা শ্লোকতি—

৭। যে হর্থো হৃদয়সংবাদী তস্য ভাবো রসোদ্ভবঃ।
শরীরং ব্যাপ্যতে তেন শুষ্কং কাষ্ঠমিবাগ্নিনা॥

অর্থ। থম্মোইগী পানবা মতৌনা ভাব রসকী হৌকমনি। অকংবা উদা লায়না মৈ থাযবগুম (খূদক্তা শন্দোকখিবগুম) মতুনা হকচাং অপুম্বদা শীন্দোকখি।

অত্রাহ—

যদন্যোন্যার্থসংশ্রিতৈর্বিভাবানুভাবব্যঞ্জিতৈরেকোনপঞ্চাশদ্ভাবৈঃ সামান্যগুণযোগেনাভিনিষ্পদ্যন্তে রসাস্তং কথং স্থায়িন এব ভাবা রসত্বমাপ্নুবন্তি? উচ্যতে -যথা হি সমানলক্ষণস্তুল্যপাণিপাদোদরশরীরাঃ সমানপ্রত্যঙ্গা অপি পুরুষাঃ কুলশীলবিদ্যাকর্মশিল্পবিচক্ষণত্বাদ্ রাজত্বমাপ্নুবন্তি তত্রৈব চান্যেঽল্পবুদ্ধয়স্তেষামেবানুচরা ভবন্তি, তথা বিভাবানুভাবব্যভিচারিণঃ স্থায়িভাবানুপাশ্রিতা ভবন্তি। আশ্রয়ত্বাৎ স্বামিভূতা স্থায়িনো ভাবাঃ। তদ্বৎ স্থায়িনি বপুষি গুণীভূতা অন্যে ভাবাঃ তান্ গুণবত্তয়াঽঽশ্রয়ন্তে। পরিজনভূতা ব্যভিচারিণো ভাবাঃ। কো দৃষ্টান্ত ইতি? যথা নরেন্দ্রো বহুজনপরিবারোঽপি সন্ স এব নাম লভতে, নান্যঃ সুমহানপি পুরুষঃ, তথা বিভাবানুভাবব্যভিচারিপরিবৃতঃ স্থায়ী ভাবো রসনাম লভতে। ভবতি চাত্র শ্লোকঃ—

অর্থ। হিরম অসিদা মীনা হায়নবা লৈ মতুদি—অমগা অমগা মরী লৈনবা অর্থ চেন্নবদগী বিভাব ওৌই অচুগা, অনুভাবনা ফোঙ্দোকপা ভাব ৪৯ না অচম্বা গুণনা এরম ওইদুনা রস ময়াম পোকহল্লি, অদু ওইরবদি স্থায়িভাব অপুম্বনা কমদোনা রসকী মশক লৌরকপিবনো? পাউথুম মশক মতৌ চপমান্নবা, মখোঙ্ মথুৎ, পুক অমদি

মশাহ্ন চপমান্নবা মীওইশিংগী মবক্তা কনা অমনা মশাগী মরমচং, মহৈ, মথৌ-মশিন অমদি হৈবা-শিংবনা মরম ওইহুনা নিংথৌ খুবম ফংই, অহুগা অপঙ্বা মীশিংনা মহাক্কী মনাই ওইহুনা তোকই। মওঙ্ অসিমক্তা মান্ননা বিভাব, অনুভাব অমস্মুং ব্যভিচারী ভাব মথোম্ন অসিনা স্থায়িভাবতা (মকওইবা ভাব অহুনা) তাঙজহুনা লৈ। অম্নুনা মথোয়না তাংজবনা স্থায়ি ভাবতি মথোগগী মবুংডো ওম্মী। অহুগুম-হুনা অতোপ্পা অচম্ব ভাবশৈংনা গুণ হেনবা হৌকচংগী মশক ওইবা স্থায়ি-ভাবশিংতদা চঙ্লৈ। ব্যভিচারী ভাব মখৈনা স্থায়িভাবশিংগী থবক তৌবা কাঙ্লুপ ওম্মী। করমদি বরিনে? মী ময়ামনা কোযশিন্দুনম্ন নিংথৌবুগা নিপৌনি হায়নৈ, ফনমক চাউবা মীওই ওইহুনম্ন মী অতৈরবদি থক নিংথৌ কৌরে, অহুগুম্না বিভাব, অনুভাব অমস্মুং ব্যভিচারী ভাবনা কোযশিন্দুনা স্থায়িভাবনা রস হায়বা মিংথোল অসি ফংলকই।

মসিগী মরমদা লৈবা শ্লোকতি -

৮। যথা নরাণাং নৃপতিঃ শিষ্যাণাং চ যথা গুরুঃ।
এবং হি সর্বভাবানাং ভাবঃ স্থায়ী মহানিহ॥

অর্থ। মীওইবগী নিংথৌ অহুগা শিষ্যশিংগীনা গুরু অসিগুম্না ভাব পুম্নমক্কী মনুং দা স্থায়িভাবনা অহৈনবনি।

## স্থায়িভাব রতি

লক্ষণং খলু পূর্বমভিহিতমেতেষাং রসসংজ্ঞকানাম্। ইদানীং তু ভাবসামান্যলক্ষণমভিধাস্যামঃ। তত্রাদৌ স্থায়ি-ভাবান্ ব্যখ্যাস্যামঃ। তত্র রতির্নাম আমোদাত্মকো ভাবঃ ঋতুমাল্যানুলেপনাভরণপ্রিয়জনবরভবনানুভবনা প্রতিকুল্যা-দিভির্বিভাবৈঃ সমুৎপদ্যতে। তামভিনয়েৎস্মিতমধুরবচন ভ্রূক্ষেপকটাক্ষাদিভিরনুভাবৈঃ। ভবতি চাত্র শ্লোকঃ—

১০। পরচেষ্টানুকরণাদ্ধাসঃ সমুপজায়তে।
স্মিতহাসাতিহসিতৈরভিনেয়ঃ স পণ্ডিতৈঃ।

অর্থ। অতোপ্পগী থৌদো থৌওঙ্ মতৌ ঙম্বদগী অনোকপা হায়বসি থোকই। থোইক্নম যোমোন নোকপা অমসুং হৌনা কাক কাক নোক্নুনা অথঙ্বশিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

শোক ( অরাবা )

শোকো নাম ইষ্টজনবিয়োগবিভবনাশবধবন্ধনদুঃখানুভবনাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যাশ্রুপাতবিলপিতপরিদেবিতবৈবর্ণ্যস্বরভেদস্রস্তগাত্রত্ভূমিপাতাক্রন্দিতদীর্ঘনিঃশ্বসিতজড়তোন্মাদমোহনমরণাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ। রুদিতম্ অত্র ত্রিবিধম্। আনন্দজমার্তিজমীর্ষ্যাসমুত্থং চেতি। তত্রার্থঃ—

অর্থ নুংশিবা কান্নবা লন থুম মাংবা, হাৎপা, পুনবা, অরা-অনা থোকপা-নংবনচিবা হংভাবশিংদগী থোকই। পি শিন্থনবা, ভেংথাবা, নিন্দা তৌবা, কুচু মাংবা, খোনফম কায়বা, হকচাং হীকথ-কোমথবা, লৈমায়দা হাইহৎপা, কপ্পা, নুংশা মপী হোনবা, লেঙম-শাঙমদবা, ভাংচৎনবা, শুন্মাংলাহচুবা ( পঙ্শিনবা ) অমসুং শিবগুম্না মতৌ তৌবা অনিনচিবা অনুভাবশিং না মসিগী অভিনয় তৌগনি।

মসিগী মতু দা য়াওরিবা কপ্পা অসিগী মখল অহুম গুই নুহুদি-নুংঙাইমন্দুনা কপ্পা, অরা অনা পোকপদগী কপ্পা। অমদি কপ্পক মিহৌদগী থোকপা মকপ।

মসিগী মরমদা লৈবা আর্যা ছন্দগী শ্লোকতি—

১। হর্ষোৎফুল্লকপোলং সানুস্মরণং চ বাগনিভৃতাস্রম্।
রোমাঞ্চাঙ্গিতগাত্রং রোদনমানন্দজং ভবতি॥

অর্থ। মুংঙাইবগী মিকপ্তা হৱাউবনা চায়ৱুং ফন্দোকই, হৌখিবা নীংশিংনিঙাই ওইবা ৱাঙাঙ্‌, ফোংনা পি শিন্থবা, তু-জুংবা অমস্থুং হকচাং থুপচিন তাশিনবা তৌগনি।

১২। পর্যাপ্তবিমুক্তাস্রং সস্বনমস্বস্থগাত্রগতি চেষ্টম্।
ভূমিনিপাতিতচেষ্টিতবিলপিতমিত্যার্তিজং ভবতি॥

অর্থ। অন্না-অনা নংবগী মিকপুদি পি মৱাংকায়না তাগনি, খোল্লেল থোক্কনি, হকচাং শোন্থগনি, চৎপা খোঙ্‌থাং তপকনি অমস্থুং থবক থনাদা খীংনা তৌবা ঙমলোই, লৈমায়দা হাইথব। নল্লগা ওনথোইবা তৌগনি, তেংথাগনি।

১৩। প্রস্ফুরিতৌষ্ঠকপোলং সশিরঃকম্পং তথা সনিঃশ্বাসম্।
ভ্রূকুটীকটাক্ষকুটিলং স্ত্রীণামীর্ষ্যাকৃতং ভবতি॥

অর্থ। কল্লক-খস্বনৱাখন্দগী নূপীনা কপ্লবদি চীনবান অমস্থুং খজাই নীক্কনি কোক হাইগনি, স্বরমপী হোনগনি, পীশূম শূকনি (থেক্কনি) অমস্থুং মিৎচি মিংয়েংনগনি।

ভবন্তি শ্লোকঃ—

অর্থ। মসিগী মৱমদা শ্লোক অমা লৈ মন্থুদি—

১৪। স্ত্রীনীচপ্রকৃতিঃ হ্যেষ শোকো ব্যসনসংভবঃ।
ধৈর্যেণোত্তম মধ্যানাং নীচানাং রুদিতেন চ॥

অর্থ। অসিগুম্বা খুদোং থীবা নংবদগী ফংবা অৱাবা মতৌ অসি অয়াম্বা মতমদা নূপীদা অমদি অতোনবা (জাতিগী) মীওইশিংগী মৱক্তদা ওই। অসিগুম্বা মওঙ্‌দা মথক থোংবা অমস্থুং ময়ায় ওইবা জাতিগী মীওইশিংদদি খাঙ্‌বা ঙম্মী, অতোনবা জাতিগীনা মখোল থোক্লা কপথোকয়কই।

ক্রোধ ( অশাউবা )

ক্রোধো নাম আধর্ষণাক্রুষ্টকলহবিবাদ প্রতিকুলাদিভি- বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যাভিনয়েদ্ উৎফুল্লনাসাপুটোদ্বৃত্ত- নয়নসন্দষ্টৌষ্ঠপুটগণ্ডস্ফুরণাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। অফা-অপুন, চৈবা থাংবা, খৎন চৈনবা, মরৈয়েংনবা ( চীনগী লান ), মায়োক্লবা অসিনচিংবা বিভাবতগী ক্রোধ ( অশাউবা ) থোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি নাতোন ফনবা, মিৎ-ফাক্তোকপা ( ওনথৎপা ), চীনবান থক খা চীকপা, চায়রুং নীকপা—অসিনচিংবা অনুভাবশিং তৌগনি।

১৫। রিপুজো গুরুজশ্চৈব প্রণয়িপ্রভবস্তথা॥
ভৃত্যজঃ কৃতকশ্চেতি ক্রোধঃ পঞ্চবিধঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। অশাউবা মখল মঙানি মহুদি—য়েক্লবদগী, ইথক থাংবদগী, মুংশিনবা মীদগী, মীনাইগী মফমদগী অমসু শাউশিন্নবা মতৌ॥

অত্রার্যা ভবন্তি—

অর্থ। হিরম অসিগী আর্যাছন্দদা লৈবা শ্লোকতি—

১৬। ভ্রুকুটিকুটিলোৎকটমুখসন্দষ্টৌষ্ঠঃ স্পৃশন্ করেণ করম্।
ধৃষ্টভুজশিখরবক্ষাঃ শত্রোবিনিয়ন্ত্রণং কুপ্যেৎ॥

অর্থ। য়েক্লববু লকশিন্নবা অশাউবা ফোংদোকপা মী অহুনা তৌগদবদি—মীশূম শূক্তুনা মিৎয়েং খোয়না য়েংবা, মায়থোংদা অকিবা শক্তম লোবা, চীনবান চীকপা, খুৎ-অমনা অমদা শোকপা ( ফুবা ), অমসুং পাম্বোম, কোক অনদি থবাক্কী মতৌদা অকিবা উৎপা।।

১৭। কিঞ্চিদবাঙ্মুখদৃষ্টিঃ কিঞ্চিৎস্বেদাপমার্জনপরশ্চ।
অব্যক্তোল্বণচেষ্টো গুরোর্বিনিয়ন্ত্রণং কুর্য্যাৎ॥

অর্থ। ইথক থোংবদা শাউবা উৎপদি মিৎয়েং হন্থনা য়েংগনি, হাইফেৎনা হুমাং ভৈথোকপগী মতৌ তৌগনি, কাহেনবা করিগুম্বা মতৌ অমম্তা তৌকরোই।

১৮। অন্তরপ্রবিচারো বিকিরন্নশ্রূণ্যেপাঙ্গবিক্ষেপৈঃ।
সভ্রুকুটীস্ফুরদোষ্ঠঃ প্রণয়াভিগতাং প্রিয়াংরুদ্ধ্যেৎ॥

অর্থ। মুংশি মুংওন মতৌদগী চান্নজবগী মকাদা শাউবগী মতৌদি মশা অদু খংতমক লেঙ্‌বা ওৎপা তৌগনি, মমিত্তা মপি শিন্থগনি, মিৎচিনা য়েংগনি, পীশূম লৈগনি অমসুং চীনবান নীকনি।

১৯। যঃ পরিজনে তু রোষস্তর্জননির্ভৎসন ক্ষিবিস্তারৈঃ।
বিপ্রেক্ষণৈশ্চ বিবিধৈস্তস্যাভিনয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ॥

অর্থ। ইমুং মনুং মচা মনাইদা শাউবা মীনা অভিনয় তৌরবদি কিহনগনি, চৈবা থাবা তৌগনি, মিৎ লাওথোকনি, অমসুং তোঙান তোঙানবা মিৎয়েং মথল কথা থোক্না য়েংগনি।

২০। কারণমপেক্ষমাণঃ প্রায়েণায়াসলিঙ্গসংযুক্তঃ।
উভয়রসান্তরচারী কার্যঃ কৃতকো ভবেদ্রোষঃ॥

অর্থ। শাউশিন্নবা হায়বসি করিগুম্বা অমদমু হেক্তমক তৌবা য়াই ; মসিদা য়াম্না হেন্না থবক্কী অবাবা উৎকনি ( চোকথবা মতৌ ) অতুগা মসি রস[1] অনিগী মরক্তা লৈগনি।

উৎসাহ ( থোনা )

উৎসাহো নাম উত্তমপ্রকৃতিঃ। স চাবিষাদশক্তিধৈর্যশৌর্যাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য স্থৈর্যত্যাগারম্ভবৈশারদ্যাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

---

১। মনো, ঘোষনা টীকাদা হায়রবাদ—রস অনিগী মরক হায়বসিদা ধৈর্য অমসুং স্থৈর্যদি য়াওরোইদবনি - লাঃ ১২৩

অর্থ। উৎসাহ ( থৌনা ) হায়বসি মীথোই মীহেনশিংতদা ওই। অরা অন'না লাকহৎপা গুমদবা, মপাঙ্গল চাউবা, অখাঙ্ কনবা, অমদি অথৌবা মতৌনা মাগী ওইবা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী থোকই। পূক্নীং লৈতাবা ( খুবম চেৎপা ), ওইজবা থাদোকপা ভম্বা, পায়থৎলুবা থবক্তা থক নীংহন্নদবা, অমস্তুং হিরম খুদীংমক্তা হৈ শিংবগী মগুণ চেনবা মওঙ্শিং অসিনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

অত্র শ্লোকঃ—

অর্থ। মসিগী শ্লোকতি—

২১ অসম্মোহাদিভির্ব্যক্তো ব্যাবসায়নয়াত্মকঃ।
উৎসাহস্ত্বভিনেয়োহসাবপ্রমাদক্রিয়াদিভিঃ॥

অর্থ। কুপ্তঙ্নবা, চক্কুবা মতৌনচিংবা থক য়াওদবা মতৌনা উৎথোয়কপা ( হৈনাংনা ইচঙ্থোনা তৌথোরকপা ) মথৌনা লৈবগী থবক থৌওঙ্ পূম্নমক্তা মরু ওইরিবদি মী অতুগী মশাগী আত্মা নত্রগা য়োনা পাঙ্থোক্লাংবা পূক্নীং অমদি ন'ংগনি, অসিগুম্বা থৌনাগী থবক অসি উৎপদা অশোয় অঙাম য়াওদবা থবক্চিংবনা অভিনয় তৌগনি।

ভয় ( অকিবা )

ভয়ং নাম স্ত্রীনীচপ্রকৃতিকং গুরুরাজাপরাধশূন্যাগারাটবীপর্বতদর্শনানির্ভৎসনদুর্দিননিশান্ধকারোলূকনক্তঞ্চারারাবশ্রবণাদিভিবিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য প্রবেপিতকরচরণহৃদয়কম্পনস্তম্ভমুখশোষণজিহ্বাপরিলেহনস্বেদবেপথুপরিত্রাণমন্বেষণধাবনোৎক্রুষ্টাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। অকিবা হায়বসি নূপী অমস্তুং অতোনবা ( থবায় শোনবা, পাখৎচাউবা নত্রগা হুম্বা জাতিদা পোকপা ) মথলগী নিপাশিংদা ওই।

অকিবা পোক্লকৃবা বিভাবশিংদি—গুরু ( ইথকথোংবা ) অমদি নিংথৌগী মফমদা ( অশুম অথৌনচিংবস্তু ) লাল্লুবা, অচাঙ্‌বা য়ুম নত্রগা চীংমান উবা, ( য়ুম অচাঙ্‌বদা লৈবা, চীংমান্দা কাবা ), চৈহৎপা, অমম্বা অহিংদা নোং কল্লা তাবা, মকু অমদি অহিং চাক্তাবা শা-কৈনচিংবনা থোংবা তাবা, অসিনচিংবনি।

মসিগী অভিনয় তৌননবা অনুভাবশিংদি—থোঙ্‌-খুৎ থক-থক নীকপা, থম্মোই মিহুন খপ্পা, পাঙ্গল য়াওদবা ( হীকথবা ). মায়থোং লাংশিনবা ( ফকচিনবা ), লৈন চিনবান লেকপা, হুমাং কাংবা, হকচাং নীকপা, হিংননবা হোৎনবা, পাস্বে থিরা ( চত্তুনা নত্রগা মিৎনা য়েংহুনা ), চেনবা, লাউবা অসিনচিংবনি।

অত্র শ্লোকঃ—

মসিগী মরমদা লৈবা শ্লোকশিংদি--

২২। গুরুরাজাপারাধেন রৌদ্রাণাঞ্চাপি দর্শনাৎ।
শ্রবণাদপি ঘোরাণাং ভয়ং মোহেন জায়তে॥

অর্থ। গুরু নত্রগা নিংথৌগী মফমদা লঙ্‌জবা, অকিবা পোৎ উবা, থেংনবা, অকিবা পাউদমনচিংবা তাবা অসিনচিংবা মরমশিং অসিদগী ফকচিনখিহুনা অকিবা পোকই।

২৩। গাত্রাদি কম্পবিত্রাসৈঃ বক্ত্রশোষণসম্ভ্রমৈঃ।
বিস্ফারিতেক্ষণৈঃ কার্যমভিনেয়ং ক্রিয়াগুণৈঃ॥

অর্থ। হকচাং 'পুম্বা নীকপা, পাখৎপা, মরেক মহাউ থোক্তবা ( লাংশিনবা ), ফিংগৎপা, মিৎ লাওথোকপা অসিনচিংবা থৌওঙ্‌ কয়ানা অকিবগী অভিনয় তৌগনি।

২৪। সত্ত্ববিত্রাসনোদ্ভূতং ভয়মুৎপদ্যতে নৃণাম্।
স্রস্তাঙ্গাক্ষিনিমেষৈশ্চাপ্যভিনেয়ংতু নর্তকৈঃ॥

অর্থ। মীওইবনা ভূতশিংদগী অকিবা নংই। মসিগী অভিনয় তৌবদা (ভূত ওক্লবগী) অহৈবশিংনা তৌগদবদি হকচাং ভূকথবা (শোম্বা, হীকথবা) অমসুং মিংকুপ্তনা য়েংবা অসিনচিংবা তৌগনি।

অত্রার্যা—

হিরম অসিগী আর্যাছন্দগী শ্লোকতি –

২৫। করচরণহৃদয়কম্পৈঃ স্তম্ভনজিহ্বোপলেহমুখশোষৈঃ।
স্রস্তস্রবিষন্নগাত্রৈরস্যাভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ॥

অর্থ। খোঙ্, খুৎ থম্মোই নীকপা, হকচাং পূম্বা হিকথবা, চীনবান্দা লৈনা লেকপা, মায় মঙশিনবা (লাংশিননবা), ইচোক চোকথবা মতৌ অমসুং অরাবনা লাকহৎপা হকচাংগী মতৌনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

জুগুপ্সা (ভুক্কচবা, থংগোইবা)

জুগুপ্সা নাম স্ত্রীনীচপ্রকৃতিকা। সা চাহৃদ্যশ্রবণদর্শনাদি-বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যাঃ সর্বাঙ্গসঙ্কোচনিষ্ঠীবনমুখবিকূণন-হৃল্লেখাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ॥

অর্থ। ভুক্কচগনবা হায়বসি অয়াম্বা মতমদা নুপী অমসুং অত্তোনবা মীওইশিংগী মরক্তদা লৈ। তানীংদবা রা তাবা, পামদবা পোৎ উবা অসিনচিংবা বিভাবশিংনা ভুক্কচবগী হৌফমনি। হকচাং অপুম্বা তাশিন খোমজিনবা (পীকশিনবা) লোক-তিন শীৎপা, মায়-মিৎ হঞ্জিনবা, নিংদোন পোম্বা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

ভবতাত্র শ্লোকঃ—

অর্থ। হিরম অসিদা লৈবা শ্লোকতি—

২৬। নাসাপ্রচ্ছাদনেনেহ গাত্রসঙ্কোচনেন চ।
উদ্বেজনৈঃ সহৃল্লেখৈর্জুগুপ্সামভিনিদিশেৎ।

অর্থ। নাতোন মেনবা, হকচাং তাশিনবা (থুপচিনবা), লাঙ-ডক্লবা অমসুং হংগোইফম থোকপা চীঙাক্লচিংবনা তুক্কচববু ফোংদোক্লবা ওই।

বিস্ময় (অঙকপা)

বিস্ময়ো নাম মায়েন্দ্রজালমানুষকর্মাতিশয়বিদ্যাচিত্রপুস্তচ্ছিল্পাতিশয়াদ্যৈর্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য নয়নবিস্তারানিমিষপ্রেক্ষণভ্রূক্ষেপণরোমহর্ষসাধুবাদাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। মায়া (নত্তববু অশেংবা ওইনা উৎপা), মিত্রং, মীনা তৌঙমদবা থবক তৌবা, ওইথোক্তবা মহৈ (হায়না থেংনথিদ্রিবা), লাইয়েকপা থোৎপগী থবক, নাটদা চঙবা থৃৎশেনগী পোৎচঙশিং (পুস্ত) অমসুং থৃৎ-শা হৈবগী থবক (শেম্না-শাবা) অসিনচিংবা বিভাবশিংনা অঙকপা পোকহল্লি।

মিৎ ফাক্লোকপা, মিৎকৃপ্তনা য়েংবা, পীশূন থাগ্নবা, তু-মান চুংবা, থাগৎপা অচিনচিংবা অনুভাবশিংন নসিগী অভিনয় তৌগনি।

অত্র শ্লোকঃ—

হিরম অসিগী শ্লোকতি—

২৭। কর্মাতিশয়নির্বৃত্তো বিস্ময়ো হর্ষসম্ভবঃ।
সিদ্ধস্থানে ত্বসৌ সাধ্যো প্রহর্ষপুলকাদিভিঃ।

অর্থ। মীনা তৌবঙবা থবক্লগী হেন্দোকপ্রবা থবক্লা অমসুং [1]হরাউমনবনগী ওইবা অঙকপা মতৌ (পি তাবনচিংবা), অমদি তুমান চুংবনচিংবা মতৌনা থবক মহৈ য়ানবগী থোদোক্লা উৎকনি।

---

[1] Should be represented by means such as joytears, fainting and the like—M. Ghosh—125 p.

এবমেতে স্থায়িভাবাঃ প্রত্যবগন্তব্যাঃ।

অর্থ। অসুম তৌনা স্থায়িভাবশিং অসিবু খঙ নগদবনি।

## ব্যভিচারিভাব

ব্যভিচারিণ ইদানীং বক্ষ্যামঃ :-

তত্রাহ ব্যভিচারিণ ইতি কস্মাদ্ উচ্যতে? বি অভি ইত্যেতাবুপসর্গৌ। চর্ গতৌ ধাতুঃ। বিবিধম্(আ)ভিমুখেন রসেষু চরন্তীতি ব্যভিচারিণঃ। চরন্তি নয়ন্তীত্যর্থঃ। কথং নয়ন্তি? উচ্যতে—যথা সূর্য ইদং নক্ষত্রমমুং বাসরং নয়তীতি। ন চ তেন বাহুভ্যাং স্কন্ধেন বা নীয়তে। কিংতু লোকপ্রসিদ্ধমেতৎ। যথায়ং সূর্যো নক্ষত্রং দিনং বা নয়তীতি এবমেতে ব্যভিচারিণ ইত্যবগন্তব্যাঃ। ইমে এবং গৃহীতাস্ত্রয়স্ত্রিংশদ্ভাবাঃ তান বর্ণয়িষ্যামঃ।

অর্থ। হৌজিক ব্যভিচারি ভাবশিংগী মরমদা হায়রক্কে। মসিদা হায়ব্রদি—ব্যভিচারী হায়বসি কারণ্দা কায়রবনে? বি অভি হায়বা উপসর্গ[1] অনিদি। চর্ ধাতুনি। চৎপা খঙ্হল্লি, রসশিংনা খোঙজেল চৎখনবা পোক্নবী মাওংদা হৌদ্লি হায়দুনা 'ব্যভিচারী' হায়রবনি। চরন্তি হায়বদি নয়ন্তি নত্রগা পুরুন চৎলি অসিনি। করম্দৌনা পুরি? পাউখুম—সূর্যনা নক্ষত্রবু, নোমা সূর্যনা অমবু পুরুনা চৎলি। মপান্দোম নত্রগা মকোকতা খোংহুনা মানা থক পুবা নত্তে। তৌইত্লবসুং সূর্যনা নক্ষত্রবু পুই হায়বসিদি পূর্ণমক্কা হায়নরিবা ওয়াশকনি। অসুম্না সূর্যনা (সূর্য্য) ন নক্ষত্র নত্রগা নোংমনা শাবা সূর্যনা পুরুনা চৎপা অসিগুম্না ব্যভিচারিভাবশিং অসিবুসু অস্থমক খঙ্নগদবনি। অসুম তৌনা ব্যভিচারি ভাব মথল কুম্হাহুম-দোই (৩৩) বু লৌখৎলি। মথোয় অমুগী মরমদা হায়রক্কে।

১। উপসর্গ—(prefix) ধাতুগী মথক্তা য়মনা তোঙান্বা অর্থ অমা থোকহনবা—

অর্থ। মুংশি শেংনবা, ( চান্নবা মীগা কায়নবা ), লাযরবা, অনাবা ( লাযথুংপানবা ) অমদি পুক্নীং হ্লাবদগী নত্রগা অতোপ্পা মীগী চাওখৎপা মতৌ উবদগীসু নির্বেদ অসি পোকই।

৩০। বাষ্পপরিপ্লুতনয়নঃ পুনশ্চ নিশ্বাসদীনমুখনেত্রঃ।
যোগীব ধ্যানপরো ভবতি হি নির্বেদবান্ পুরুষঃ॥

অর্থ। নির্বেদ শুইরবা মীগী মনিত্তা পিন চোনগনি ( ঈরা চেনগনি ), স্বরমপী হোনবদা মমিৎ মমায় মকশিনগনি; যোগী অমনা তৌবগুম মহাক ধ্যানদা লুপকনি হায়বদি হাখলম্দা লুপকনি।

গ্লানি ( চোকথ হুইপবা )

গ্লানির্নাম বান্তবিরিক্তব্যাধিতপোনিয়মোপবাসমনস্তাপাতিপানমদনসেবাতিব্যায়ামাধ্বগমনক্ষুৎপিপাসানিদ্রাচ্ছেদাদিভির্বিভাবৈঃ সমুৎপদ্যতে তস্যাঃ ক্ষামবাক্যনয়নকপোলমন্দপদোৎক্রমণানুৎসাহতনুগাত্রবৈবর্ণ্যাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ।

অর্থ। গ্লানি হায়বা, খোঙ্ হুমথবা ( মাংথোকপা ), অনাবা ( লায়থু ), য়াঙ্কংথহনব, চরাহেনবা পুক্নীং ওলাঙ্গা, কা-হেন্না য়ুথকপা, হকতিন্নবা ( সম্ভোগ ), কা-হেন্না শাজেন তৌবা ( হকচাংগী ), লম্বী অশাংবা চৎপা, অরান থোবাংবা, অহিং তুমদবা, অসিনচিংবা বিভাবশিং অসিদগী গ্লানি ( চোকথ হুইথবা ) হায়রবনি পোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি – খোঙ্জেল পীক্না হা ঙাঙ্বা ( হা ঙাঙ্বদা মেমে লাউবা ), মিৎ থৃজিনবা ( কুৎপা ) থজাই নত্রগা চায়রুং চপশিনবা, কন্না চৎপা ঙমদবা ( খোঙ্থাং শোনবা ), হৈনৌ বা পোক্কবা, য়াঙ্কংশিনবা, কুচু য়াওদবা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা তৌগদবনি।

অত্রার্যে ভবতঃ—

অর্থ। মসিগী মরমদা আর্যা শ্লোক অনিথক লৈ মতুদি—

৩১। বান্তবিরক্তব্যাধিষু তপসা জরসা চ জায়তে গ্লানিঃ।
কার্শ্যেন সাভিনেয়া মন্দক্রমণানুকম্পেন॥

অর্থ। ওথোকপা, ফায়দোকপা অমদি নাবা-য়েকপা অমসুং য়াঙ কংশিনবা অমসুং লায়থুং পকপদগী গ্লানি অসি পোকই। মসিগী অভিনয়দি—য়াঙ্ কংবা, তপ্না-শোন্না চৎপা, অমসুং হকচাং তনিক তনিক তোবা মথোয় অসিনা তৌগনি।

৩২। গদিতৈঃ ক্ষামক্ষামৈর্নেত্রবিকারৈশ্চ দীনসঞ্চারৈঃ।
শ্লথভাবাচ্চাঙ্গানাং মুহুর্মুহুর্নির্দিশেদ্গ্লানিম্॥

অর্থ। রা শোন্না ভাঙ্বা, মিৎকম কায়বা, য়াম্না তোম্বা শাজৎনা চৎপা ( লেঙ্বা ওৎপা ) অমসুং হকচাং কায়াৎ পুন্নমক কোমথ-হীকথবা মতৌনা হন্না হন্না গ্লানিগী মওঙ্ উৎকদবনি।

শংকা ( ইচিং চিংনবা মতৌ )

শঙ্কানাম সন্দেহাত্মিকা স্ত্রীনীচানাং চৌর্যাদ্যভিগ্রহণনৃপাপরাধপাপকর্মকরণাদিভির্বিভাবৈঃ সমুৎপদ্যতে। সা চ মুহুর্মুহুরবলোকনাবকুণ্ঠিতমুখশোষণজিহ্বাপরিলেহনমুখবৈবর্ণ্যবেপনশুষ্কোষ্ঠকণ্ঠাবসাদাদিভিরনুভাবৈরভিনীয়তে।

অর্থ। শংকা—চিংনবা। নুপী অমদি মপুক পীকপা মীগী মশাদা হুরান্দুনা মীগী মপোৎ লৌবা, নিংথৌগী মফমদা অরানবা তৌরবা, পাপকী থবক তৌরবা অসিনচিংবা বিভাব কয়াদগী শংকা অসি পোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি— হন্না হন্না য়েংবা, নীংজিং মাঙ্জিংনবা কোরবা হোংনবা, মমায় মকশিনবা ( ফকচিনবা, মঙান চেন্দবা ) লৈনা

মচীনবান লেকপা, কুচু তাইশিনবা, নীকপা, চীনবান খোয়ীচরম অনিমক কংবা অসিনা চিংবা অনুভাবশিং অসিনা ভৌগান।

অত্র শ্লোকঃ—

৩৩। চৌর্যাদিজনিতা শঙ্কা প্রায়ঃ কার্যা ভয়ানকে।
প্রিয়ব্যলীকজনিতা তথা শৃঙ্গারিণী মতা॥

অর্থ। মসিগী শ্লোকতি—

হুরানবদি-বদগী (লাকপা শঙ্কাদি (চিংনবদি) অয়াম্বা মতমদা অকিবা মভোনা অভিনয় তৌগনি। অপাম হুন শি খৌদোংদা চিংনবগীনা চাম্বগী মথাক মতৌদগী ওইগনি।

অত্রাকারসংবরণমপি প্রচিন্দক্রান্ত। তচ্চ বুশলৈরুপাধিভিরিঙ্গিতৈশ্চোপলক্ষ্যম্

অর্থ। কনা কনাগুম্বনা মসাদা মশানা লোৎনবগুম্বা লোৎনবা, খঙ্হন্দনবা য়াওই। মহুমাক্তু য়াম্না লৈশিংবা মতৌগী তাং ওইগদবনি অমসুং ইঙ্গিত পোইরৈতনা উংকদবনি।

অত্র্যে ভবতঃ—

৩৪। দ্বিবিধা শঙ্কা কার্যাহ্যাত্মসমুত্থা চ পরসমুত্থা চ।
যা তত্রাত্মসমুত্থা সা জ্ঞেয়া দৃষ্টিচেষ্টাভিঃ॥

অর্থ মসিগী মথমদা আর্যাছন্দগী শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—অসিগুম্বা শঙ্কা (চিংনবা, আস মওঙ্ অনি থোক্না তৌবা য়াই—মশাগী ওইবা অম, অতোপ্পা মীদগী ওইবা অমা। মসিগী মনুংদা মশাগী ওইবা শংকাদি—মাগী মিংয়েং, নায়েং অমাদ মওঙ্ মতৌ (চৎপা খোংপা) উবদগী খঙ্নবা ঙম্মী।

৩৫। কিঞ্চিৎ প্রবেপিতাঙ্গো ভথোন্মুখো বীক্ষতে চ পার্শ্বানি।
গুরুসজ্জমানজিহ্বঃ শ্যাবাস্যঃ শঙ্কিতঃ পুরুষঃ॥

অর্থ। মশানা শংকা তৌরবা ( চিংনয়বা ) অহুগুম্বা মীশক অহুদি মাগী মশা অহু ভনিক ভনিক তৌবগুম ঊগনি, মায়কৈ মরিমক্তা মম্রিং মিৎয়েং খোনা খোনা য়েংগনি, মাগী লৈয়েঙ্ ( মরৈ ) অহু থাগৎকনি ( লুমথগনি ) অমস্থুং শাংবা হেনগনি অহুগা মশাগী মচু মুশিনগনি ( কুচু লাংশিনগনি )।

অসূয়া ( কল্লকথগম্না শাউবা )

অসূয়া নাম নানাপরাধদ্বেষপরৈশ্বর্যসৌভাগ্যমেধালীলা-বিদ্যাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যাশ্চ পরিষদি দোষপ্রখ্যাপনং গুণোপঘাতো র্যা চক্ষুঃ প্রদানাধোমুখভ্রূকুটিক্রিয়াবজ্ঞান-কুৎসনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। অরানবা মথল নয়া তৌবা, কল্লকপ, অতোপ্পগী য়াইফবা মতৌ,--মরল মথুম চাওখৎখিবা, মবুদ্ধি মরৌশিং, মহৈ, শাস্ত্র-খোৎনবা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী অসিগুম্বা বল্লক-থম্বন থাথম্না শাউবা ( অসূয়া ) অসি পোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—মায়ামাতনবদা মীগী দোষ পুখোক্তুনা ভাঙবা, মীগী মগুণবু নিন্দা তৌবা ( ভাথীবা ), বল্লক-মিহোনা থনবা মিৎয়েং, মরমলুবথবা, শাশুম শূবপা, থোবা শাদবা, মাল্লা মিপাউ শন্দোকপা অসিনচিংবনি।

অত্রার্যে ভবতঃ—

৩৬। পরসৌভাগ্যেশ্বরতা মেধালীলাসমুচ্ছ্রয়ং দৃষ্ট্বাঃ।
উৎপদ্যতে হ্যসূয়া কৃতাপরাধো ভবেদ্যশ্চ॥

অর্থ। মসিগী মরমদা আর্যাছন্দগী শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

অতোপ্পনা মরাইবক ফখিবা, মপু ওইখিবা, বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎ-খিবা, শাস্ত্র-খোৎনবদা মিংচং ফংখিবা অমাদি চাওখৎখিবা মতৌ উবদগী

মতৌনি ; মরৈ থাগৎলি ( লুমথৈ, বাঙাঙ, ময়েক শেংদে ) অমম্ফুং শাংদোকই অহুগা লোক·ভিন ভোয়না ভোয়না শিংলি ।

৪৪। রঙ্গে পিবতঃ কার্বা মদবৃদ্ধিনাট্য যোগমাসাদ্য।
কার্যো মদক্ষয়ো বৈ যঃ খলু পীত্বা প্রবিষ্টঃ স্যাৎ ॥

অর্থ। লীলাদা উৎপা মতমদা রঙ্গমঞ্চদা ( লীলা ফম্বাক্তা ) চঙ্-লগা য়ু থক্লবদি অম্মম অম্মন ভাওবা হেনগৎলকপা মতৌ উৎকনি। অহুগা হায়না থকপ্রগা কোয়া চঙ্লকপা ওইরগনা ভাওবগী চাং হন্থনা উৎকনি।

৪৫। সন্ত্রাসাচ্ছোকাদ্বা ভয়প্রকর্ষাচ্চ কারণোপগতঃ।
উৎক্রম্যাপি হি কার্যো মদপ্রণাশস্তথা তজ্জ্ঞৈঃ ॥

অর্থ। পাথৎপা, পুক্নীং য়াবা, ক্রোধ-কিয়া কিবা নত্রগনা অভোম্বা মরম অমদগী নথক্তা ত য়থ্রিবা মপং মনাউ অসিবু থাদোক্লগম্ম ( খন্দো-ক্লগম্ম ) অশিংবশিংনা অভাওবা মতৌ অদ কোকহন্নবা ভৌগনি।

৪৬। এভির্ভাববিশেষৈর্মদো দ্রুতং সংপ্রণাশমুপযাতি।
অভ্যুদয়সুখৈর্বা কৈস্তথৈব শোকঃ ক্ষয়ং যাতি ॥

অর্থ। অসিগুম্বা শোইদোকপা ভাবশিং অসিনা ময়াই কাহ্নবা পাওবা মতৌবু খুদক্তা লোইশিনহনবা যাই। কয়িগুমনা— নুংঙাই-হনবা য়াভাঙ শান্ডাঙ্না অয়াবা কোকহনবগুম্না।

শ্রম ( চোকথবা )

শ্রমো নাম অধ্বগতিব্যায়ামসেবাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যসংবাহননিশ্বসিতমুখবিকূণনজৃম্ভণাঙ্গমর্দমন্দপাদোৎক্ষেপণনয়নবিঘূর্ণনসীৎকারাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। শ্রম ( চোকথ ছুইথবা মতৌ )

লম্বী শাংনা চৎপা, হকচাং শাজেন তৌবা অমস্থুং সেবা তৌবন-চিংবা বিভাবশিংদগী মসি থোকই। ভীংলী য়াঙ্‌লীবা, স্বর-মপীহোনবা, মায়থোং হনজিনবা ( শুকথবা ), হকামচনব, হকচাংদ নোইবা—নানবা, খোঙ্‌থং তপ্ন থাংছনা চৎপা, মিৎয়েং লৈবা, ইস্‌ ইস্‌ (সি-শা) লাউবা, অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা চোকথ-ছুইথবগী মতৌ উৎকনি।

অত্রার্যা—

৪৭। অধ্বগতিব্যায়ামৈর্নরস্য সঞ্জায়তে শ্রমো নাম।
নিঃশ্বাসখেদগমনৈস্তস্যাভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ॥

অর্থ। মসিগী মরমদা লৈবা আর্যা ছন্দগী শ্লোকতি অশাংবা লম্বী চৎপা অমস্থুং হকচাং শাক্লেন তৌবনা ( নোম্বা লীকপনচিংবস্থু ) মীওইবনা চোকথ ছুইথবা ওই। স্বর ফুয়না হোনবা অমস্থুং অবাবা শাজংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি

আলস্য ( তম্থবা, অখোন চনবা )

আলস্যং নাম স্বভাবখেদব্যাধিসৌহিত্যগর্ভাদিবিভাবৈঃ সমুৎপদ্যতে স্ত্রীনীচানাম্। তদভিনয়েৎ সর্বকর্মপ্রদ্বেষশয়নাসনতন্দ্রানিদ্রাসেবনাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। নুপী অমস্থুং অত্তোনবা থাক্কী মিপাশিংগী তম্থবা ( আলস্য ) মতৌদি—মহোশানা, চোকথ ছুইথবা ( নীংবা কায়বা ), লায়না চেনবা, হেন্না চাশিন-থকচিনবা, মীরোনবা অসিনচিংবা মরমদগী ওই। থবক অমত্তদসু পুক্নীং চঙ্‌দবা ( থবক অমতসু তৌনীংব লৈতবা ), হীপ্পুনা লৈবা, কম্বা, তুম্বোই-তুমদবোই তৌবা ( উইবা ), তুম্বা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা মসিবু উৎকনি।

অত্রার্যা—

৪৮। আলস্যং ত্বভিনেয়ং খেদব্যাধিস্বভাবজং বাপি।
আহারবর্জিতানামারম্ভাণামনারম্ভাৎ॥

মসিগী আর্য্য ছন্দগী শ্লোকতি—

অর্থ। পুক্নীং য়াবা ( চোকথবা ), অমদি লায়না পুবদগী তম্বা ( হৈনী দবা ) অমদি মহৌশাগী তম্বা হৌনবা চাবা থকপা মতৌ অদুতং নত্তবা অতৈ থবক খিবীক পুম্নমক থাদোক্লগা হায়বদি থবক অময়তুম্ন পাঙ্থোক্তবা মতৌনা মসিগী অভিনয় তৌগদবনি।

দৈন্য ( তোম্বা )

দৈন্যং নাম দৌর্গত্যমনস্তাপাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যাধৃতিশিরোরোগগাত্রগৌরবমৃজাপরিবর্জনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্য।

অর্থ। দৈন্য— লাইবকথীবা, পুক্নীংলুংঙাইতবা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী থোকই।

মসিগী অভিনয়দি—

তপথফম খঙদবা, কোকচীকপা ( কোক লুম্বা ), হকচাং হীকথশোম্বা ( থয়েক থয়েকপা ), চমোং চমোং লাউবা অসিনচিংবনি।

অত্রার্যা—

৪৯। চিন্তৌৎসুক্যসমুত্থা দুঃখাদ্যা দীনতা ভবেৎপুংসাম্।
সর্বমৃজাপরিহারৈর্বিবিধোহভিনয়ো ভবেত্তস্য॥

অর্থ মসিগী ময়মদা লৈবা আর্য্যাছন্দগী শ্লোকতি —

বাথল থনবা নত্রগা লাঙতকবা নত্রগা অরা অনা নংবদগী মীওইবনা তে হুয়কই। মসিগী তৌফম থোকপা অভিনয় পুম্নমকতা লুবাহেনবগী মতৌ থাদোকনি।

## চিন্তা ( ঙুংঙাইতবা রাখল )

চিন্তা নাম ঐশ্বর্যভ্রংশেষ্টদ্রব্যাপহারদারিদ্র্যাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তামভিনয়েন্ নিঃশ্বসিতোচ্ছ্বসিতসন্তাপধ্যানাধোমুখচিন্তনতনুকার্শ্যাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। লনথুম মাঙখিবা, লুনা তৌজবা পোৎ হুখিবা অমদি লাইরবা ( অনংবা ) অসিনচিংবা বিভাবনা চিন্তা ( ঙুংঙাইতবা রাখল ) পোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—

স্বর-মপী হোনবা, ফুনগৎপা, ওমচাক্লবা, থন্দুনজা লৈবা ( কাউ-ঙমদবা মতৌ ), মায়থোং লুক্লা থনবা, য়াঙকংশিনবা ( হকচাং মঙ্গেং তাথবা ) অসিনচিংবা অনুভাবশিং অসিনা তৌগনি।

অত্রার্থে ভবতঃ—

মসিগী মরমদা অর্থছন্দগী শ্লোক অনিথক লৈ—

৫০। ঐশ্বর্যেষ্টদ্রব্যাপহারজনিতা বহুপ্রকারা তু।
হৃদয়োৎস্বক্যোপগতা চিন্তা তু নৃণাং সমুদ্ভবতি॥

অর্থ। মরল মথুম অমদি লুনা তৌজবা পোৎ হুখিবদগী মীওইবনা মাগী থম্মোইগুংদা লাঙতক্লবনচিংবা রাখল মথং মথং কয়া থল্লকই॥

৫১। সোচ্ছ্বাসৈর্নিঃশ্বসিতৈঃ সন্তাপৈশ্চৈব হৃদয়শূন্যতয়া।
অভিনেতব্যা চিন্তা মৃজাবিহীনৈরধৃত্যা চ॥

অর্থ। ফুনগৎপা, স্বরমপী হোনবা, ওমচাক্লবা, থম্মোই হামচৎনবা, চমোৎ-চমোৎনবা অমসুং তপথফম খঙদবা মতৌনা চিন্তা অসিগী অভিনয় তৌগনি?

## মোহ ( শুক্নাৎপা, চম্মব্বা )

মোহো নাম দৈবোপঘাতব্যসনব্যাধিভয়াবেগপূর্ববৈর-স্মরণাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্যনিশ্চেষ্টিতাঙ্গভ্রমণপতন-ঘূর্ণনাদর্শনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। লাইগী নোংদমখোন-থীবা, খুদোংথীবা, অনাবা, অকিবা, লাঙ্‌তক্লবা, হান্নগী য়েংথীনবা নীংশিংলকপা অসিনচিংবা বিভাবশিংনা মোহ ( শুক্নাৎপা মতৌ ) থোকহল্লি।

মসিগী অভিনয়দি—

হকচাং লেঙ্‌বা-ওৎপা ঙমদবা, কোয়না চৎপা, লৈপাক্তা হাইথবা, কোক উরু-উরু লৈবা ( কোক ঙাওবা ), মিৎ-না উদবা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

৫২। অস্থানে তস্করান্ দৃষ্ট্বা ত্রাসনৈর্বাপৃথগ্বিধঃ।
তৎপ্রতীকারশূন্যস্তু মোহঃ সমুপজায়তে॥

অর্থ। মফম চাদবদা হুরানবা ডাকু থেংনবা অমদি অতৈ অতোপ্পা মথলগী অকিবা নংবদা পান্থৈ উব্রবদি হায়রিবা মোহ ( চমম্বা ) অসি ওই।

অত্র শ্লোকঃ—

মনিগী শ্লোকতি—

৫৩। ব্যসনাভিঘাতভয়পূর্ববৈরস্মরণজো ভবতি মোহঃ।
সর্বেন্দ্রিয়-সম্মোহাদস্যাভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ॥

অর্থ। খুদোংথীবা, মুখা নত্রগা আক্রমণ তৌবা, অকিবা নংবা, হান্নগী য়েক্নবনু নীংশিংবা, অসিনচিংবা মতৌদগী 'মোহ' ( চমম্বা, মুম্বঙ্‌নবা, তৌফম থঙ্‌দবা ) অসি থোক্কই।

মসিগী অভিনয় তৌবদি—খোঙ্-খূৎ-মায়-মিৎনচিংবা [1]ইন্দ্রি পুম্মক-কী পঙ্থবা মতৌনা উৎকনি।

## স্মৃতি ( নীংশিংদবা )

স্মৃতির্নাম সুখদুঃখকৃতানাং ভাবানামনুস্মরণম্। সা চ স্বাস্থ্যজঘন্যরাত্রিনিদ্রাচ্ছেদসমানদর্শনোদাহরণচিন্তাভ্যাসাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তামভিনয়েৎশিরঃকম্পনাবলোকনভ্রূসমুন্নয়াদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। অৱাবা অনসুং নুংঙাইবগী থাথল খনববু স্মৃতি কৌই। মসিগী হৌঘমদি- হকচাং ফরম্বা মতৌ, অৱাবগী মশক ওইবা অহিং, তুম্বায়াদবা, মান্নবা থৌদোক নত্রগা মান্নবা পোৎ থেংনবা, খূদম; থাখল, অমদি মহৈতম্বগী অভ্যাস অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী মসি পোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—

কোক হাইবা ( নোম্বা ), [2]মুন্না য়েংবা, পীশূম থেকৎপা, অসিনচিংবা অনুভাবশিং অসিনা তৌগনি।

অত্র শ্লোকার্যে ভবতঃ—

মসিগী মরমদা আর্যাছন্দগী শ্লোক অনিখক লৈ—

৫৪। সুখদুঃখমতিক্রান্তং তথা মতিবিভাবিতম্।
বিস্মৃতং চ যথাবৃত্তং স্মরেদ্ যঃ স্মৃতিমানসঃ॥

---

১। ইন্দ্রি— মিৎ-নাকোঙ-নাতোন-লৈ অমসুং উনশা মত্রা অসিনা জ্ঞানে'ন্দ্রিয়নি। খাহৈ, খূৎ, খোঙ্, শোচখোঙ অমসুং ঙৈ শং চৎফম—মত্রা অসিনা কর্মে'ন্দ্রিয়নি। অদুগা পুক্কী:, কোশিং, নাপল, অমসুং চিত্ত ( মুংগী খঙ্ননবা ইন্দ্রি ) মখি অসিনা মুংগী ইন্দ্রিনি।

২। এম, খোযবী অর্থদা—মথাদা য়েংথবা—

অর্থ। স্মৃতিমান্ ( নীংশিংবা মী ) অমনা হৌগ্রবা অরা-মুংঙাইগী মরম খল্লকই, কাউথোকপ্রবা অওইবা ওইদবা থৌদোক কয়াম্বু নীংশিংলকই।

৫৫। স্বাস্থ্যাভ্যাসসমুত্থ শ্রুতিদর্শনসংভবা স্মৃতির্নিপুণৈঃ।
শিরউদ্বাহনকম্পেভ্রূবিক্ষেপৈঃ সাভিনেতব্যা॥

অর্থ। মশা মউফরবা মতৌ, মইকৈ-মশিন খঙ্গী মরমদা হোৎনখিবা অভ্যাসকী মওঙ্, তাখিবা অমদি উখিবা মনাম অমুগী মরম নীংশিংবগী মতৌদা অহৈবশিংনা মওক শাইগংকনি অমসুং মকোক হাইগনি অমুগা মীশুমনা মথক্তা কাপ্লংকনি।

## ধৃতি ( ধৃতী লৈতাবা )

ধৃতির্নাম শৌর্য্য জ্ঞান শ্রুতি বিভব শৌচাচার গুরুভক্ত্যধি-
কর্থলাভক্রীড়াদিভির্বিভাবৈঃ সমুৎপদ্যতে তামভিনয়েৎ-
প্রাপ্তানাং বিষয়াণামুপভোগাদপ্রাপ্তাতীতোপহৃত বিনষ্টানা-
মননুশোচনাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। ধৃতি — থৌনবা শৌর্য্য আধ্যাত্মিককী ওইবা জ্ঞান, বেদ হৈবা, শৌচর্য্য, শাস্ত্রগী মীথি মচৌ ( পামগী চৎনবা, লোনচৎ ফজবা, মপক থোকবদা গুরুনচিংবা ) ভক্তি থাজবা ( একপি থাসি খঙনা চৎপা ), শেল থুম্‌ কাগম ফংবা, শান্ত্ব থেংনবদা পুক্নীংচঙ্‌বা অসিন চিংবা বিভাবশিংদগী মসি থোকই।

মসিগী অভিনয়দি ফংলকপা পোৎ অমুত্তদা লেপ্নজবা, ফংদবা পোৎ, চৌরবা শেংঙ্গ্রবা থেৎবন, অমাঙ্‌ শক্তা থোকপ্রবা অমদি মাঙ্‌-তাকপ্রবা অমুগুম্বা পোৎশীনমক থক নীংঙমদবা তৌদবা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা তৌগনি।

অত্রার্যে—

মসিগী মরমদা আর্যাশ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

৫৬। বিজ্ঞান শৌচবিভবশ্রুতিশক্তিসম্ভবা ধৃতিঃসদ্ভিঃ।
ভয়শোকবিষাদাদ্যৈরহিতা তু সদা প্রযোক্তব্যা॥

অর্থ। বিজ্ঞান হৈবা, অশেংবা, মরল লৈবা, বেদ হৈবা অমসুং মপাঙ্গল কনবদগী পোকপা অসিগুম্বা ধৃতিগী ( পূর্ক্লীং লৈতাবা নত্রগা থুবম চেংপা ) মতৌ উংপদা পুকচেন চাউবা মীনা অকিবা, অবাবা, হামচংনবা অসিনচিংবগী মতৌ থক য়াওহল্লোইদবনি।

৫৭। প্রাপ্তানামুপভোগঃ শব্দস্পর্শরসরূপগন্ধানাম্।
অপ্রাপ্তৌ নহি শোকো যস্যাংহি ভবেদ্ ধৃতিঃসাতু॥

অর্থ। অফংবা পোং হায়বদি শব্দ ( খোঞ্জেল ), স্পর্শ (শোকপা), রস ( মহাউ ), রূপ ( শকু ) অমসুং গন্ধ ( মনম ) অসিতদা পেনজবা অছুগা ফংদ্রেদনা মহুৎনীদমক ৱারুবা লৈতবা হায়বদি পেলহৈবা মতৌনা তিনবা মী মহাক অদুবু ধৃতি ( থুবম চেংপা ) হায়না কৌই।

## ব্রীড়া ( ঈকাইবা নংবা )

ব্রীড়া নাম অকার্যকরণাত্মিকা গুরুব্যতিক্রমণাবজ্ঞানপ্রতিজ্ঞানির্বহণকৃতপশ্চাত্তাপাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তাং নিগূঢ়বদনাধোমুখচিন্তনোর্বীলেখনবস্ত্রাঙ্গুলীয়কসংস্পর্শননখনিকৃন্তনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ।

অর্থ : ঈকাইবা নংবা—মসি অৱানবা থবক তৌরুবদগী থোকই। গুরুগী য়াথং হীক্তোকপা ( ঈথক থোংবনা হায়বা ইন্দবা ), গুরুবু উখীংহনুদবা, ইশাগী ৱাশক ভাক্তবদগী ( ৱবান শোয়বা ) নীংঙমদবনচিংবদগী ঈকাইবা নংই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—

মায়-খুমজিনবা ( লৈথোকপা ), লু-লুক্না থনবা, লৈমায়দা লৈই চিংবা, ফি নত্রগা খুদোপ পায়বা, খুজীন চীকপা অসিনচিংবা অনুভাবশা তৌগনি ।

অত্রার্থে ভবতঃ—

মসিগী মরমদা আর্যাশ্লোক অনিথক লৈ মন্থদি—

৫৮। কিঞ্চিদকার্যং কুর্বন্ যো হি নরো দৃশ্যতে শুচিভিরন্যৈঃ।
পশ্চাত্তাপেন যুতো ব্রীড়িত ইতি বেদিতব্যোঽসৌ॥

অর্থ। ফত্রবা করিগুম্বা থবক অমা তৌরুবদা মদুবু অফবা অশেংবা মী কনাগুম্বনা উথিবা তোক্লবদি মীওমদত্রনা ঈকাইবা নংই ।

৫৯। লজ্জানিগূঢ়বদনো ভূমিং বিলিখন্ নখাংশ্চ বিনিকৃন্তন্।
বস্ত্রাঙ্গুলীয়কানাং সংস্পর্শং ব্রীড়িতঃ কুর্যাৎ॥

অর্থ। ঈকাইবা নংলবা মী অমনা তৌবা থৌনগা মতৌদি, ঈকাই-জবনা মরম ওইত্রনা মমায় খুনক্লিল্লগা লৈমায়দা লৈই চিংই অমস্তুং খুজীন চীকই অত্রগা মশাগী মফি নত্রগা খুদোপ পায়ত্রন ( শীং নান্দুনা ) থাজই ।

চপলতা ( থকচানবা অফিংবা )

চপলতা নাম রাগদ্বেষমাৎসর্যামর্ষেষ্যাপ্রতিকূলাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। অস্যাশ্চ বাক্পারুষ্যনির্ভৎসনসম্প্রহারবধবন্ধতাড়নাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ।

অর্থ। চপলতা ( থকচানবা, অফিংবা ) অপাম্বা, কল্লক য়েংথীবা, নাপলনা মাঙ্ওইনবা, অশাউবা, মীকৌচাউবা অমস্তুং মরৈ-মরাং তৌগমবা, য়েংকনবা ( প্রতিকূলতা ) অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী পোক্কই ।

মসিগী অভিনয়দি—

অয়াকপা য়াত্নে, চৈবা থাংবা, ফুবা, হাৎপা, ফাব-পুনবা তৌবা, ওৎ-নৈবা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা তৌগনি।

অত্রার্যা—

মসিগী মরমদা লৈবা অর্যা শ্লোকতি—

৩০। অবিমৃশ্য তু যঃ কার্য্যং পুরুষো বধতাড়নং সমারভতে।
অবিনিশ্চিতকারিত্বাৎ স তু খলু চপলো বুধৈর্জ্ঞেয়ঃ।

অর্থ। করিসু খল্লব তৌদনা হেক্তমক মীহাৎ-মীপুন তৌবা, থোক্ল থোক্লবা থবক্তা হেক্তমক খুত্থাবনা হানবা অসিগুম্বা মীওইবু অশিংবশিংনা চপল হায়বদি মায়থংপা, নত্রা অকি বা অহুম্মা খঙনৈ।

হর্ষ (হরাউবা)

হর্ষো নাম মনোরথলাভেষ্টজনসমাগমপরিতোষদেবগুরু-রাজভর্তৃপ্রসাদভোজনাচ্ছাদনধনলাভোপভোগাদিভির্বিভাবৈ-রুৎপদ্যতে। তমভিনয়েৎ নয়নবদনপ্রসাদপ্রিয়ভাষণালি-ঙ্গনকণ্টকিতাশ্রুস্বেদাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। হর্ষ (হরাউবা)

নীংবা থুংবা, চায়বা লাকপা, পুক্নীং পেনবা, লাই, গুরু, নিংথৌ, মপুগী (নত্রগা মপুরোয়বা) থৌজাল ফংবা (মপুনা নত্রগা মপুরোয়না য়াবা, চানবা), অচা-অথক, ফিরোল, লনথুমনচিংবা ওইজ ওইথক ফংবা অমদি মত্ত পুম্নমকপু শীজিন্নহুনা মুংতাইবা ফংবা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী মসি পোকই।

মসিগী অভিনয়দি—

মায়গী মিংকা অপেনবা মতৌ, মুশিবা য়াঙাঙ শাঙাঙ, কোম্বা, ছুজুং-মানজুংবা, পিশিন্থবা অমসু হুমাং-কাংবা অসিনচিংবা অনুভাবশিং অসিনা তৌগনি।

অত্রার্যে ভবতঃ—

মসিগী মরমদা আর্যাছন্দগী শ্লোক অনিথক লৈ মত্থদি –

৬১। প্রাপ্যে বা অপ্রাপ্যে বা লব্ধেঽর্থেপ্রিয়সমাগমে বাপি।
হৃদয়মনোরথলাভে হর্ষঃ সংজায়তে পুংসাম্॥

অর্থ। ফংকম থোকপা নত্রগা থে ক্তবা লন-থুমনচিংবা ফংখদা, মুংশিবা চান্নবা মী লাকপদা নত্রগা থম্মোইনা থৌরাংলশ্ব পোৎনচিংবা ফংখদা মীনা হরাউজবা ওই।

৬২। নয়নবদনপ্রসাদপ্রিয়ভাষালিঙ্গনৈশ্চ রোমাঞ্চৈঃ।
ললিতৈশ্চাঙ্গবিহারৈঃ স্বেদাদ্যৈরভিনয়স্তস্য॥

অর্থ। মায়মু মিংমু অপেনবন থনবা, খে'য়খুম র ভাঙ্বা, কোন্নবা, তুজুংবা, নীংথিবা শাজৎ শাথেক অমদি হুমাং কাংবনাচংবা থৌরমনা মসিগী অভিনয় তোগনি।

## আবেগ ( পাখৎপা, লাঙ্তক্লবা )

আবেগো নাম উৎপাতবাতবর্ষাগ্নিকুঞ্জরোদ্ভ্রমণপ্রিয়াপ্রিয়শ্রবণব্যসনাভিঘাতাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তত্রোৎপাতকৃতো নাম বিদ্যুদুল্কানির্ঘাতপ্রপতনচন্দ্র র্যোপরাগকেতুদর্শ নাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তমাভিনয়েৎ সর্বাঙ্গস্রস্ততাবৈমনস্যমুখবৈবর্ণ্যবিস্ময়াদিভিঃ। বাতকৃতং পুনরবগুণ্ঠনাক্ষিমর্দনবস্ত্রসংগ্রহণত্বরিতগমনাদিভিরনুভাবৈঃ। বর্ষকৃতং নাম সর্বাঙ্গসংপিণ্ডনপ্রধাবনচ্ছন্নাশ্রয়ণাদিভিঃ। অগ্নিকৃতং তু ধূমাকুলনেত্রসংকোচনাঙ্গসংবেগাতিক্রান্তপাদাদিভিঃ। কুঞ্জরোদ্ভ্রমণকৃতমপি ত্বরিতাপসর্পণচপলগমনভয়স্তম্ভবেপথুপশ্চাদবলোকন বিস্ময়াদিভিঃ প্রিয়শ্রবণকৃতং তু অভ্যুত্থানালিঙ্গনবস্ত্রাভরণপ্রদানাশ্রুপুলকাদিভিঃ। অপ্রিয়শ্রবণকৃতং

ভূমিপতনপরিদেবিতবিষণ্ণপরিবর্তিতপরিধাবিতবিলাপরুদিতাভিঃ। ব্যসনাভিঘাতকৃতং তু সহসাপক্রমণশস্ত্রবর্মধারণগজতুরগরথারোহণসম্প্রেরণাদিভিরভিনয়েৎ।

অর্থ। আবেগ ( পাখৎপা-মিপাইবা )

উৎপাত ( অথাক অরাউ নক্ত্রগা মৈচাক মৈহৌনচিংবগী অকিবা ), অকনবা নোং-মুংশিং, মৈ, শামুনা কোয়চেন চেনবা, তানীংবা নক্ত্রগা তানীংদবা ঈ-পাউ তাবা. খুদোংথীবা, ফুবা-য়েৎনচিংবা বিভাবশিংদগী মসি থোকই। মসিগী মনুংদা—

উৎপতকী অকিবনা পাখৎপা—নোংথাঙ., শঙাইশেল পাইবা অমম্থুং অথাক অরাউ তাবা ( বজ্র ), নুমিৎ-থাবু শানা ফংবা ( গ্রহণ লাকপা ), [1]কেতুবু উবা (Comets-থবান্মীচাক মমৈ পানবা), অসিনচিংবা বিভাবশিংনা ওইরকই।

মসিগী অভিনয়দি—

হকচাং অপুম্বা শিথবা, হীকথবা, পুক্নীংরাবা, মায়গী কুচু তাইবা, অমম্থুং অঙকপা ( ইথং থংবা ) অসিনচিংবনা তৌগনি।

ঝড় ( অকনবা মুংশিং ) দগী পাখৎপা ( মিপাইবা ) মতৌ—মায়থুম্বা, মিৎ নোইবা, ফি থোমজিন তাশিনবা, ইপা পাখৎনা চৎপা অসিনচিংবা অনুভাবনা উৎকনি।

অকনবা নোংজুদগী ওইবা মিপাইবগী মতৌ—

হকচাং পুম্নমক তাশিনবা, চেনবা অমম্থুং মথক কুপ্পা ( নোংমুদবা ) মকমদা থুপ্পা অসিনচিংবা মতৌনা উৎকনি।

---

১। রাহু, কেতু—বিষ্ণুনা মগুক ককথিবা হিংচাবা অমগী তোঙান তোঙান তায়বা মকোক অমম্থুং মপা। রাহু-মকোক, কেতু-মকোক থাওদবা মপা।

মৈগী অকিবা নংবদগী ওইবা মীপাইবগী মতৌদি—

মৈথু চঙ্‌বদগী মিৎ উইশিনবা, হকচাং পুম্নমক ইয়েঙ্‌-লেঙ্‌বা, খোঙ্‌কাপ লাওনা থাংহুনা চেনবা অসিন চিংবা মতৌ তৌগনি।

শাম্নু ভাওবদগী ওইবা পাথৎপা মতৌ—

থুনা চেনবা, ফিংগৎপা শাজৎ, অকিবা, চোকথবা, নিকপা, তুংহম্নবা-মিৎয়েং অমম্নুং চঙক্রবা মতৌ অসিনচিংবনা অভিনয় তৌগনি।

তানীংবা পাঙ্‌ভাবদগী ওইবা লাঙ্‌তক্কবা মতৌদি –

হৌগৎপা, কোম্নবা, ফি নত্ত্রগা লৈতেংনচিংবা পীবা, পি-শিন্থবা অমদি তুজুংবা ( হৱাউ তুজু বা ) অসিনচিংবনা উৎকনি।

তানীংদবা পাঙ্ডিত্‌বদগী ওইবা লাঙ্‌তক্কবা মতৌ—

লৈমায়দা ওনবা ( হাইহৎপা ), নিঙমদব, খোয়ডাওনবা শাজৎ, চেনবা, তেংথাব অমম্নুং খোঙ্গেল থোক্নুনা বপ্প অসিনচিংবনা উৎকনি।

থুদোংথাবা অমদি ফুবা য়ৈবদগী ওইবা পাথৎপা মতৌ—থংচেন চেনবা, থাঙ্‌-চুঙ্গোয় পায়বা ( লাখা ) শগোল, শামু নত্ত্রগা দোলাই তোংথৎপা অমম্নুং [1]মী থাবনচিংবা লৌহুনা চেকশিন খোয়াঙ বনচিংবা তৌগনি।

৬২। ইত্যেষোঽষ্টবিধো জ্ঞেয় আবেগঃ সংভ্রমাত্মকঃ।
স্থৈর্যেণোত্তমমধ্যানাং নীচানাং চাপসর্পণাৎ॥

অর্থ। মথক্তা হায়রিবা মখল ৮ অসিনা অকিবা নংবদগী ওইবা পাথৎপা নত্ত্রগা মিপাইবগী মতৌনি। মতৌশিং অসিদা মীথোই মীহেনবা অমদিময়ায় ওইবা থাক্কী মীওইশিংদি থাঙ্‌হৈবা মতৌনা তিনবা ওইগনি অদুগা অতোনবা থাক্কী মীওইশিংগীদা চেনবনা শক্তক ওইগনি।

---

১। মনোমোহনকী অর্থদা ফুবা মানবগী মতৌ তৌগনি হায়। মসি মক্তেদা খোৎবনি, মাগীদা 'সম্প্রহরণা' হায়না টীকাদা উৎনি, মসিগী অর্থ হৈনবান থক্কি। পাঠান্তর লৈবদগী ওইবনি।

অত্রার্যে ভবতঃ—

মসিগী মরমদা আর্যা শ্লোক অনিথক লৈ মত্থুদি—

৬৪। অপ্রিয়নিবেদনাদিশ্রবণাদবধীরিতবচনস্তু।
শস্ত্রক্ষেপত্রাসাদাবেগো নাম সম্ভবতি॥

অর্থ। তানীংদবা পাউ তাক্লবদগী ওইবা পাথৎপগী মওঙ্‌দি—মায়থোং লাংশিনবনা মত্থুগী অনুভাবনি। থঙ্‌হৌদনা মাঙ্‌দা য়েক্লবা উবগী মতৌনা থুৎস্থু-থুৎলাই তরুগনি।

জড়তা (ফকচিনবা, পঙ্‌থবা)

জড়তা নাম সর্বকার্যাপ্রতিপত্তিঃ ইষ্টানিষ্টশ্রবণদর্শন ব্যাধ্যাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তামভিনয়েৎ কথনাভাষণতুষ্ণীংভাবানিমেষনিরীক্ষণপরবশত্বাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা লৈতবা, তানীংবা তানীংদবা পাউ-তাবা, অপাম্বা-পামদবা পোৎ উবা, হকচাংগী লায়থুং-লায়না অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী পঙ্‌থবা নত্রগা ফকচিনবা মতৌ ওই। রা-লান ঙাঙ্‌দবা, মীকৌ-মীরাম তৌদবা, তুমিন লৈবা, মিৎকম হোংদনা লৈবা, অতোপ্পা মীগী কাদা তাংজবা অসিনচিংবা অনুভাবনা মসি উৎকনি।

অত্রার্যা—

মসিগী মরমদা লৈবা আর্যা শ্লোকতি—

ইষ্টং বানিষ্টংবা সুখদুঃখবা ন বেত্তি যো মোহাৎ।
তুষ্ণীকঃ পরবশগঃ স ভবতি জড়সংজ্ঞকঃ পুরুষঃ॥

অর্থ। গুম্বৎপা নত্রগা পঙ্‌থবনা মরম ওইদুনা অপাম-পামদ অমদি অরা-নুংঙাইনচিংবা করিসু খঙ্‌দবা, তুমিন ভুমিন্না লৈবা (রা-লান ঙাঙ্‌দবা), মাগী মপান তাংবা অদুগুম্বা মীওইবু 'জড়' হায়না খঙ্‌নগনি।

### গর্ব ( নাপল )

গর্বো নাম ঐশ্বর্যকুলরূপযৌবনবিদ্যাবলধনলাভাদিভির্বি-ভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য রহস্যধর্ষণানুত্তরদানাসংভাষণাং-সাবলোকনবিভ্রমাপহসনবাক্পারুষ্যগুর্বতিক্রমণাধিক্ষেপাদিভির-নুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। গর্ব ( নাপল )— মীওক মগুণ চাউবা ( খুংকন পাংগনবা ), শাগৈ জাতকবা, শকফজবা, ঈমলংলকপা চহি মকা, মচৈ, পাজল, মরল মথুম অফিনবা [illegible] নাপল ( গর্ব ) পোকই।

মসিগী অভিনয় তৌবগী মচাক্তি পোৎবা শাদবা, মীকা মীপূন যোবা, মীৎকী [illegible] ক্যাদন, মশাগী [illegible] নিংথৌ থগ্না, তফিং তফিংবা, উষীৎ-[illegible], [illegible], গুরুজন শংগী য়াথং ঈনবা [illegible]). মীবু ঈকাইবা পীবা, অসিনচিংবা অমুক [illegible]

আর্য্যা -

মাসনী আর্য শ্লোকঃ

৬৭। বিদ্যাবাপ্তং রূপমৈশ্বর্যমথ বা ধনাগমমাত্মাপি।
গর্বঃ খলু নীচানাং দৃষ্টাঙ্গবিচেষ্টিতৈঃ কার্যঃ॥

অর্থ। অ[illegible] শকফজবা, মতিক মগুণ [illegible] মথুম [illegible] অহুগুম্বা মথলগী নাপলদি [illegible] অভিনয় তৌগনি।

### বিষাদ ( [illegible], পুক্নীং বাবা )

বিষাদো নাম কার্যানিস্তরণদৈবোপহতবিপত্তিসমুত্থঃ। তমভিনয়েৎসহায়ান্বেষণোপায়চিন্তনোৎসাহবিঘাতবৈমনস্য-নিঃশ্বসিতাদিভিরনুভাবৈরুত্তমমধ্যমানাম্। অধমানাংতু

পরিধাবনাবলোকনমুখশোষণসৃক্কপরিলেহননিদ্রাশ্বসিতধ্যানাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। বিষাদ ( ককচিনবা )

পায়থৎলুরবা থবক লোইশিন্দবদগী অমস্তুং লাইগী মোংদম থীবগী মসি পোকই।

মথক থোংবা অমস্তুং ময়ায় ওইবা থাক্কী মীওইশিংদি থবক পাঙ্-থোক্নবা সহায় উপায় ( মতেং ) কোননা থিবা, করম তৌসিগে হায়না খনবা, হৈনীংবা তুংথথিবা, থরায় মুংঙাইতবা, স্বর-শাংনা হোনবা ( স্বরমণী ), আসিনচিংবা অনুভাবনা অভিনয় তৌগনি।

অতোনবা থাক্কী মীওইশিংদি মায়কৈ মরিমক্তা কোয়চেন চেনগনি, লৈমায়দা য়েংগনি, মমায় কংশনগনি, মথক্সাং লেক্কনি (লৈনা লেকপা), তুমজ্নক্ত লৈগনি ( মুক্ত। থীবনা মীকপ লোক্তবা মতোগুম্বা ), স্বরমণী হোনগনি, রাথল্না উংগনি —অসিনচিংবা অনুভাবনা অভিনয় তৌগনি।

অত্রার্য্যাশ্লোকঃ —

মসিগী মরমদা লৈবা আর্য্যা শ্লোকতি—

৬৮। কার্য্যানিস্তরণকৃতশ্চৌর্য্যাদিগ্রহণরাজদোষাদ্যৈঃ।
দৈবাদিষ্টো যোহর্থস্তদসংপ্রাপ্তৌ বিষাদঃ স্যাৎ॥

অর্থ থবক লোইশিন ঙমদবা, হুরানবনচিংবা মরালনা অফা অপুন নংবা, নিংথৌগী কাদা লঙ্জরুবা অমস্তুং লাইনা ফংউ তমথা লনথুম ফংবদা রাবা ওই।

৬৯। চৈন্তিত্যোপায়চিন্তা ত্যাং কার্য্যমুত্তমমধ্যমযোঃ।
নিদ্রানিঃশ্বসিতধ্যানৈরধমানাংতু দর্শয়েৎ॥

অর্থ। মথক্কী অমদি মধ্যয় ওইবা থাক্কী মী ওইশিংগীদি—তোঙান তোঙানবা হীরমদা খনবা, রাথল মথাং মথাং থন্দুনা পাম্বৈ থিবা মতৌশিং অসি তৌগনি।

অভোনবা থাক্কী মীওইদি—তুমগনি, শ্বয়মপী হোনগনি অমসুং য়াথন্দা উংহনভা লৈগনি।

## ঔৎসুক্য ( লাঙ্‌তক্কবা )

ঔৎসুক্যংনাম ইষ্টজনবিয়োগানুস্মরণোদ্যানদর্শনাদিভি-র্বভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য দীর্ঘনিঃশ্বসিতাধোমুখবিচিন্তননিদ্রা-তন্দ্রাশয়নাভিলাষাদিভিরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

অর্থ। ঔৎসুক্য ( লাঙ্‌তক্কবা ) –

চান্নবা কাযনবা অমদি মথোয় অদুবু নীংশিংবদগী অমদি লৈকোল উবদগী লাঙ্‌তক্কপা ( ঔৎসুক্য ) অসি পোকই শ্বয়থাংনা হোনবা, লুলুক্না থনবা, তুম্বা, উবোন শায়োন তৌবা তুম্নীবা), হিপ্পা অমসুং হিপনীংবা মতৌশিং অসিনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

অত্রার্যা—

হিয়ম অসিদা লৈবা আর্যা শ্লোকতি—

৭০। ইষ্টজনাদিবিয়োগাদৌৎসুক্যং জায়তে হ্যনুস্মৃত্যা।
চিন্তানিদ্রাতন্দ্রাগাত্রগুরুত্বৈরভিনয়োঽস্য॥

অর্থ। চান্নবনচিবা কায়নব, শেৎনবা অমদি মথোয়বু নীংশিং-লুবদগী ঔৎসুক্য ( লাঙ্‌তক্কবা ) অসি পোকই। য়াথলনা উংবা, তুম্বা, তুম্থোই-তুমদবোই তৌবা ( ইত্তনভন্থবা ), হিপথনীংবা অসিগুম্বা হকচাংগী মতৌনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

## নিদ্রা ( তুম্বা )

নিদ্রানামদৌর্বল্যশ্রমক্লমালস্যচিন্তাত্যাহারস্বভাবাদি-বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তামভিনয়েদ্ বদনগৌরবগাত্রপরি-লোড়ননেত্রাবিঘূর্ণনজৃম্ভণগাত্রবিমর্দোচ্ছ্বসিতনিঃশ্বসিতসন্নগাত্র-তাক্ষিনিমীলনসম্মোহাদিভিরনুভাবৈঃ।

**অর্থ।** নিদ্রা—( তুম্বা )

শোম্হবা, তুকথবা ( থবক য়াবা ), চোকচ হুইথবা, তম্হবা, য়াখল্লা ভাউবা, হেন্না চাশিনবা, তুমগনবগী মতৌনা তিনবা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী তুম্বা ( নিদ্রা ) অসি পোকই

মসিগী অভিনয় তৌবদি—

মায়-লুমথবা, থোক থোকচিংবা ( নত্রগা থরো মাঙ্গো ওনবা ), মিৎ লুমথবা [1]নেত্রবিঘূর্ণন (rolling of the eyes ), হকাম চনবা, হকচাংদা তকপা নানবা, শোর শা না হেল্লকপা ( স্বর চাউথোকপা ? হকচাং ইমুন মুম্হনকপা, মিৎ উংথরকপা, পঙ্‌থরকপা অসিনচিংবা অনুভাবশিং অসিনা তৌগনি।

অত্রার্যা ভবতঃ—

মসিগী মরমদা আর্যাছন্দগী শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

৭১। আলস্যাদ্ দৌর্বল্যাৎ ক্লমাচ্ছ্রমাচ্চিন্তনাৎ স্বভাবাচ্চ।
রাত্রৌ জাগরণাদপি নিদ্রা পুরুষস্য সংভবতি॥

**অর্থ।** তম্হবা, শোম্হবা, চোকথবা, য়াবা ( পাঙ্গল ), য়াখল খনবা অমম্পুং তুমগনবা নীওই ওইবা অমদি অহিং মিৎশেঙ্‌ থাঙ্‌বা অসিনচিংবদগী মীনা তুম্বগী থবক তৌই।

৭২। তাং মুখগৌরবগাত্রপরিলোড়ননয়ননিমীলনজড়তৈঃ
জৃম্ভণগাত্রবিমর্দৈরনুভাবৈরভিনয়েৎ প্রাজ্ঞঃ॥

**অর্থ।** মায়লুমথবা, হকচাং থোক থোকচিংবা, মিৎউইথবা, পঙ্‌থবা হকাম চনবা, হকচাং নানবা খোংপা তৌবা অসিগুম্বা অনুভাবশিংসগী মতেংনা অথঙ্‌বশিংনা তুম্বগী অভিনয় তৌগনি:

---

১। তুমীংবা মীনা মিৎ উকক্ক লৈবদি তুমীংবগী তম্হবা মতৌ অহ বাৎপনা মর্মিৎ-লুমথরকপা হায়বনা কগত্রা থজি। মসি 'পা-তোমনা হুমবুব' হায়রবা য়াই।

## অপস্মার ( শারৈ হৌবা, বাহ্বা )

অপস্মারো নাম দেবনাগযক্ষরাক্ষসপিশাচাদীনাং গ্রহণাদনুস্মরনাদ্ উচ্ছিষ্টশূন্য গারসেবনাশুচিকালান্তরাতিপাতধাতুবৈষম্যাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তস্য স্ফুরিতকম্পিতনিঃশ্বসিতধাবনপতনস্বেদবদনফেনহিক্কাজিহ্বাপরিলেহনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ।

অর্থ। অপস্মার ( শারৈ হৌবা )—

লাই, নাগ ( হকচাং মন্নুংগী মুংশিৎ মথল অমা ), যক্ষ ( কুবের মনাই ), রাক্ষস ( হিংচাবা ), পিশাচ ( তম্নলাই, ভূত-প্রেত ) অসিনচিংবনা তোংলবা ( মুংশিৎচণ্ড্বা ? ), মখোয়বু নীংশিংলুবা, মখোয় অসিনা তোংলবা নত্রগা চঙলবা মীনা লেম্বা ( লুখাক ) চাক্কবা, অহাঙবা যুম্নদা লৈবা, অমাং অশেং মখোঙ্ শঙদবা, তুম্বা চাবা অনিমক্তা মতমগী চাং থএদবা, হকচাংগী ধাতুশিংগী মু শিং, ফীবাক অমস্তুং লোক ) মরম কায়রকপা অসিগুম্বা বিভাবশিংদগী শারৈ হায়বা লায়না অসি পোকই।

মসিগী অভিনয় তৌগদবা মওঙ্দি—

মিহুন থপ্পা, নীকপা, স্বর-মপী হোনবা, চেনবা, তুবা তাবা, হমাং পাথৎপা, চীন্দা কোঙ্গোন কাবা, থাগোকপা, লৈনা চীনবান লেকপা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

অত্রার্যে ভবতঃ—

হিরম অসিদা আর্যা শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

৭৩। ভূত পিশাচগ্রহণানুস্মরণোচ্ছিষ্টশূন্যগৃহগমনাৎ।
কালান্তরাতিপাতাদশুচেশ্চ ভবেদ্ অপস্মারঃ॥

অর্থ। ভূত-প্রেতনচিংবা লাইফত্তবনা তোংবা, মথোয়বু নীংশিং-দুবা, লুখাক চাবা, অহাঙ্‌বা মুমদা চঙ্‌বা ( মী লৈনদ্রবাগুম্বা ), মতমগী চাং থুগায়বা অমস্তুং মশা মউ শেংহন্দবা ( অমাং অশেং নাইদবা ) অসিনচিংবদগী শারে পোকই।

৭৯। সহসা ভূমৌ পতনং প্রকম্পনং বদনফেনমোক্ষশ্চ।
নিঃ সংজ্ঞস্তোত্থানং রূপণ্যেতান্যপস্মারে ॥

অর্থ। খঙ্‌হৌদনা লৈমায়দা ছাইথবা, নীকপা, চীন্দা ফোজোম কাবা, জ্ঞান তাদবা ফুক হেক হৌগৎপা অসিগুম্বনা মতৌনি।

[1]সুপ্ত ( তুম্বা, মঙ্‌ মঙ্‌বা )

সুপ্তং নাম নিদ্রাসমুত্থম্‌। নিদ্রাভিভবেন্দ্রিয়বিষয়োপগমন-মোহনক্ষিতিতলশয়নপ্রসারণানুৎকর্ষণাদিভির্বিভাবৈঃ সমুৎ-পদ্যতে। তদুচ্ছ্বসিতনিঃশ্বসিতসন্নগাত্রাক্ষিনিমীলনসর্বৈন্দ্রিয়-সম্মোহোৎস্বপ্নাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ ॥

অর্থ। সুপ্ত ( মঙ্‌ মঙ্‌বা )—

মসি তুম্বদগী থোকই। তুম্বগী হৌনবী মতৌ ( প্রভাব ), ইন্দ্রিনা লৌশিনবা হৌনবা হিরম থিবীক লৌশিনবা মতৌ ( হায়বদি পৃথিবীগা মরী লৈনবা— রূপ-রস-গন্ধ-স্পর্শ অমসুং শব্দ-মিৎনা-ফজবা, লৈনা মহাউ, নাতোননা মনম, থূংনা-শোকপা, নাকোঙ্‌না-তাবা ), পঙ্‌থবা ( মোহ ), লৈমায়দা ফমথচুনা য়াতাবা ( হিপ্পা ), খোঙ্‌থূং তিংথোকপা খোঙ্‌-থূং-চিংশিন্দবা' ( অনুৎকর্ষণ ) অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী মসি পোকই।

১। তুম্বগী মঙ্‌ অহমনি মদু'দ সুপ্ত, প্রসুপ্ত, সুষুপ্ত। মস তুম্বগী থাক অহুমনি। মঙ্‌ নঙ্‌বাদি কয়া তুমখুন চন্দবা মতৌনি। সুপ্ত অসি অহুম্ববা মতৌগী ওইবয়া মজা খোমনা মাবু মঙ্‌ ওইনা লৌবা ওইবা অাই।

মসিগী অভিনয় তৌবদি।

খর শাংনা হোনবা, হকচাং হীকথবা ( পত্রাক পত্রাক লাউবা ), মিং উইশিনবা, ইন্দ্রি পুম্নমক পঙ্‌থবা, চোইরোন লোনবনচিংবা অনুভাবশিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

অত্রার্থে—

মসিগী মরমদা লৈবা আর্যা শ্লোক অনিথক্তি—

১৫। নিদ্রাভিভবেন্দ্রিয়োপগমনমোহনৈর্ভবেৎ সুপ্তম্।
অক্ষিনিমীলোচ্ছ্বসনৈঃ স্বপ্নায়িতজল্পিতৈঃ কার্যঃ॥

অর্থ। মঙ্‌ হায়বসি তুম্বদগী ওইবা মওঙ্‌নি. ইন্দ্রিনা লৌশিনবা য়াবমথৈ মঙ্‌দসু অতুম্মক লৌই. অমদি মসি পঙ্‌থবা জ্ঞান তাদবা মতৌনা তিল্লি মসিগী অভিনয়দি মিং উইশিনবা, শোর শাংনা হোনবা, চোইরোন লোনবনচিংবনা তৌগনি।

১৬। সোচ্ছ্বাসৈর্নিঃশ্বাসৈর্মন্দাক্ষিনিমীলনেন নিঃস্পন্দৈঃ।
সর্বেন্দ্রিয়সম্মোহাৎ সুপ্তং স্বপ্নৈঃ প্রযুঞ্জীত॥

অর্থ। শোর চাউনা শাংনা হোমবা, মিং য়াম্না চেৎনা উইশিন্দবা, লেঙ্‌বা ওৎপা লৈতবা, ইন্দ্রি পুম্নমক মথৌ তৌদবা অমসুং মঙ্‌ মঙ্‌বা মতৌ—অসিনচিংবা তৌগনি।

## বিবোধ ( মিকপ থোকপা )

বিবোধো নাম নিদ্রাচ্ছেদাহারপারণাশব্দঃস্বপ্নতীব্রশব্দস্পর্শাদিভববিভাবৈরুৎপদ্যতে। তং জৃম্ভণাক্ষিমর্দনশয়নমোক্ষাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ॥

অর্থ। বিবোধ হায়বদি তুম্বা কয়থনি। পুক্তা চীঙ্গাক য়াওদবা, ককত্না মঙ মঙ্‌বা, অযাকপা মখোনতাবা অমদি শোকপা—বিভাবশিং অসিদগী থোকই।

মসিগী অভিনয়দি —

হকাম চনশ, মিং নোইবা, হিপ্পকম থাদোকপা অসিনচিংবা অনু-ভাবশিং অসিনা তৌগনি।

অত্রার্যা—

মসিগী আর্যা শ্লোকতি—

৭৭। আহারবিপরিণামাচ্ছ্রমস্পর্শাদিভিস্তথা সম্ভূতঃ।
প্রতিবোধস্ত্বভিনেয়ো জৃম্ভণবদনাক্ষিপরিমর্দৈঃ॥

অর্থ। চতৎনবা হায়বদি পুক্না চাক য়াওদবা, মখোল, শোকপা; অসিনচিংবদগী থোকপা মিকপ থোকপ' মতমদা হকামচমবা, মায়-মিং নোইবনচিংবা তৌগনি।

## অমর্ষ (লাবচ-থিবা)

অমর্ষো নাম বিদ্যৈশ্বর্যধনবলাধিকৈরধিক্ষিপ্তস্যাবমানিতস্য বা সমুৎপদ্যতে। তং শিরঃকম্পনপ্রস্বেদাধোমুখবিচিন্তনাধ্যবসায়ধ্যানোপায়ান্বেষণাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ॥

অর্থ। অমর্ষ (লাকচথিবা)--

মহৈ য়াম্না হৈবা, মতিকগুণ চেনবা, লৈন্নবা অমদি মপাঙ্গল কনবা মীশিংনা চৈহৎশিবা নত্রগা ইকাইবা নংলবা মাওইশিংগী মকাদা অমর্ষ অসি ওই।

মসিগী অভিনয়দি—

কোক হাইবা, হুমাং অনপ্পা কাবা, লু লুক্না থনবা, বাশক লৌবা, কাউগুমদনা থন্দুনতা লৈবা, মতুগী পাম্বৈ থিবা অসিনচিংবা অনুভাব-শিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি

**অত্র শ্লোকঃ—**

মসিগী মরমগী শ্লোকতি—

৭৮। আক্ষিপ্তানাং সভামধ্যে বিদ্যৈশ্বর্যবলাধিকৈঃ।
নৃণামুৎসাহসংপন্নো হ্যমর্ষো নাম জায়তে ॥

**অর্থ।** মহৈদা, মতিক মঙ্গলদা অমদি মপাঙ্গল অসিনচিংবদা হেনগৎখিবা মীনা মীয়াম মমাংতদা তুকৎপিখিবা অমদ কারম বথাই-নশিখিবা মরিংদা লৈবা অতুশুদা মীশিং অতুদা 'অমর্ষ' অসি ওই।

৭৯। উৎসাহাধ্যবসায়াভ্যামধোমুখবিচিন্তনৈঃ।
শিরঃপ্রকম্পস্বেদাদ্যৈস্তং প্রযুঞ্জীত নাট্যবিৎ ॥

**অর্থ।** লৌলা লৈবা মীনা মথৌনা, হোৎনবা, মায়থোং লুক্না খনবা, মকোক হাইবা, হমা কাংবা অসিনচিংবা মতৌনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

## অবহিত্থ (মশক লোৎপা)

অবহিত্থং নাম আকারপ্রচ্ছাদনাত্মকম্। তচ্চ লজ্জাভয়াপজয়গৌরবজৈহ্ম্যাদিভির্বিভাবৈঃ সমুৎপদ্যতে। তস্যান্যথাকথনাবলোকিতকথাভঙ্গকৃতকধৈর্যাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযোক্তব্যঃ।

**অর্থ।** অবহিত্থা (মশক লোৎপা)

ইকাইবা, অকিবা মায়থী, ইনাইখুম্নবা, শাজ্ঞং থোয়বা অসিন-চিংবা বিজ্ঞাবশিংদগী …

মসিগী অভিনয় মতৌদি—

মীতেং … তৌবা, বাহৈ মপুম ফাদনা তাংবা, পুক্নীং লৈতাশিন্নবা, অসিনচিং। অনুভাবনা মসিগী অভিনয় উৎকনি।

অত্র শ্লোকঃ

মসিগী শ্লোকতি —

৮০। ধার্ষ্ট্যজৈহ্ম্যাদিসংভূতমবহিত্থং ভয়াত্মকম্।
তচ্চাগণনয়া কার্যং নাতিচোত্তরভাষনাৎ ॥

অর্থ। মতাং চাঙ্গনা অমদি নমথাক তৌবা ( পুকচেন শেংদবা ? ) মতৌদগী থোকপা 'অবহিত্থা'গী ( শকলোন পুবা ) মতৌদি অকিবগী মশক্কি। মসিগী অভিনয় মতৌদি—

কনাগুম্বা. কনিগুম্বা অমত্তবু শীংথানবা লৈতবা, পাউথুমতেন্না পীবা, বা য়াম্না ভাঙ্দবা—অসিনচিংবনি।

## উগ্রতা ( অয়াকপা মতৌ )

অথোগ্রতা নাম চৌর্য ভিগ্রহনৃপাপরাধাসৎপ্রলাপাদিভি-বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তাং চ বধবন্ধনতাড়ননির্ভৎসনাদিভি-রনুভাবৈরভিনয়েৎ।

অর্থ। উগ্রতা ( অয়াকপা মতৌ )

হুরাঙ্বদগী ফাবা, নিংথৌগী কাদা লাল্লুবা, অকাম্বা বা ভাঙ্বা অসিনচিংবা বিভাবশিংনা থোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—

হাৎপা তূম্না, ফাবা-পুনবা, শংপা-নৈবা, চৈবা থাংবা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা তৌগনি।

মসিগী আর্যাশ্লোকতি —

৮১। চৌর্যাভিগ্রহযোগান্নৃপাপরাধাত্তথোগ্রতা ভবতি।
বধবন্ধতাড়নাদিভিরনুভাবৈরাভনয়স্তস্যাঃ ॥

অর্থ। হুরানবা ফাবা অমসুং নিংথৌগী কাদা অরানবা তৌবদা ময়ম ওইহনা উগ্রতা ( য়াকশিনবা. মু'শি হৈতবা ) মতৌ অসি ওইরকই। হাৎপা, পুনবা, ওং-নৈবা অসিনচিংবা অনুভাবনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

মতি ( বুদ্ধি থৌবা )

মতির্নাম নানাশাস্ত্রার্থচিন্তনোহাপোহাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তামভিনয়েচ্ছিষ্যোপদেশার্থবিকল্পনসংশয়চ্ছেদনাদিভিরনুভাবৈঃ।

অর্থ। অয়াম্বা শাস্ত্রগী মমমতমক খন্দুনা নৈবা উহ, অপোহনচিংবা বিভাবশিংনা মসি পোকহল্লি।

মসিগী অভিনয়দি -

শিষ্যা ( ছাত্র ) পাউতাক পীবা, শাস্ত্রগী অর্থ নৈনবা, চিংমথা কোকহনবা অসিনচিংবা অনুভাবনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

অত্র শ্লোকঃ—

মসিগী শ্লোকতি—

নানাশাস্ত্রবিনিষ্পন্না মতিঃ সংজায়তে নৃণাম্।
শিষ্যোপদেশার্থকৃতস্তস্যাস্ত্বভিনয়ো ভবেৎ॥

অয়াম্বা শাস্ত্র হৈবনা মীওইবগী মতি ( বুদ্ধি নৈবা ) হারক্লু ওই। শিষ্যাবু ( ছাত্রবু ) পাউতাক পীবা অমদি শাস্ত্রনা হায়বা অর্থগী ব্যাখ্যা তৌবা ( শব্দোক্তা তাকপা ) অসিনচিংবা মতৌনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

ব্যাধি ( লায়না-লাযথু )

ব্যাধির্নাম বাতপিত্তকফসংনিপাতপ্রভবঃ। তস্য জ্বরাদয়োবিশেষাঃ জ্বরস্তু খলু দ্বিবিধ সশীতঃ সদাহশ্চ। সশীতস্তাবৎ প্রবেপিতসর্বাঙ্গোৎকম্পনকুঞ্চিতহনুচলননাসাবিকূণন-

মুখশোষণরোমাঞ্চপরিদেবিতাদিভিরনুভবৈরভিনয়ে প্রযোক্তব্যঃ। সদাহস্তবিক্ষিপ্তবস্ত্রকরচরণভূম্যভিলাষানুলেপনশীতাভিলাষপরিদেবিতোৎক্রুষ্টাদিভিঃ। যে চান্যেঽপি ব্যাধয়ঃ তেঽপি খলু মুখাবঘূর্ণনগাত্রস্তম্ভনিঃশ্বসনস্তনিতোৎক্রুষ্টবেপমাদিভিরনুভাবৈরভিনেয়াঃ।

অর্থ। ব্যাধি ( অনাবা )—হকচাং মমুংগী মুংশিং, ফীরাক অমসুং লোক-কী ফিবম চুমদবা মতৌদগী থোকই। অরুম-লাইহৌনচিংবনা মসিগী মথলনি। অরুম-লাইহৌ মথল অনিনি—অঙীংবা অমসুং অশাবা। অইঙ্বা অরুমদি হকচাং পুম্নমক নীকই, হকচাং তেনশিনকোনশিল্লি, চায়রুং কপ্ কপ্ লাউই, নাতোন চপশিল্লি, মায়দা মরেক মহাউ থোক্কে ( কংশিল্লি ). তু চুই, নাহেবা মখোল থোকই, অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

শাগৎপা ( লাইহৌগীজাৎ ) না মকি মরোন, খুৎ অমসুং খোঙ্গী কাওথোকপা লংথোকপা মতৌ, লৈশাক্তা থরো থরো ওন্নীংবা, হকচাংদা অঙীংবা পোৎ তৈনীংবনচিংবা তৌবা, তেংথাবা লাউবা খোংবা অসিনচিংবা মতৌনা অভিনয় তৌগনি।

অতোপ অতোপ্পা লায়নশিংদসু কোক হাইবা নত্রগা মায় পৈথবা, ইহৈ হৈনীংদবা মতৌ শোর চাম্না লুমথনা হোনবা মতৌ, অঙকপা মরোন লোনবা, লাউবা, খোংবা, নীকপা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা অভিনয় তৌগনি।

অত্র শ্লোকঃ—

মসিগী শ্লোকতি—

৮৩। সামান্যতস্তু ব্যাধীনাং কর্ত্তব্যোঽভিনয়ো বুধৈঃ।
স্রস্তাঙ্গগাত্রবিক্ষেপৈ রুজা মুখবিঘূর্ণনৈঃ॥

অর্থ। অথঙ্‌বশিংনা মহৌশাগী ওইবা মওঙ্‌দা লায়থুং-লায়নাগী অভিনয় তৌবদা হকচাং হিকথবা ( শে স্থবা তন্থবা ), খোঙ্‌ খুৎনচিংবা হকচাং শিংথোনপা ( কাওবা, থীনবা ), চৈনাখোন খাঙ্‌বদা কোক হায়বা অসিগুম্বা মওঙ দা চউরাকপা ওইনা অনাবগী অভিনয় তৌনৈ।

## উন্মাদ ( ঙাওবা )

উন্মাদো নাম ইষ্টজনবিয়োগবিভবনাশব্যসনাভিঘাতবাত-পিত্তশ্লেষ্মপ্রকোপাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তমনিমিত্তহসিত-রুদিতোৎক্রুষ্টাসম্বদ্ধপ্রলাপশয়িতোপবিষ্টোত্থিতপ্রধাবিতনৃত্ত-গীতপঠিতভস্মপাংশ্বধূলনতৃণনির্মাল্যকুচেলচারঘটকশরা-বাভারণধারণোপভোগৈরন্যৈশ্চানবস্থিতচেষ্টাকরণাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ ॥

অর্থ। উন্মাদ—( ঙাওবা )

নুংশিবা চান্নবা কায়নবা, লনথুম মাঙ্‌বা, খুদোংথীবা নবা, ঈশিং-নুংশিংনচিংবা ( হকচাংগী ) মহৌশা ফিবমদগী কায়রকপা অসিনচিংবা বিভাবশিংদগী থোকই।

মরম লৈতনা নোকপা, কপ্পা, লাউবা থোংবা, চোইরোন পারোন ( মথোঙ্‌থঙ্‌দনা ) লোনবা, হিপ্পা, ফম্বা, লেপথৎপা, চেনবা-চাংবা, জগোইশাবা, ঈশৈ শকপা, লাইহিরিক নত্রগা প্লোকনচিংবা থীবা, শোনবা, মশাদা উং নত্রগা উফুন তৈশিন-থোমজিনবা, নাপী, লৈপরেং অমনবা ( লাইদা কৎলুবা ), ফি অনাৎ অকায়, ফাচেৎ, চফু মপান অকোন্নবা, নত্রগা চফু মথুমচিংবনা মশাগী শেলতেং ওইনা শীজিন্নবা, অমসুং মথোয়শিং অদুবু পাম্না লুনা তৌবা অমদি অতোপ অতোপ্পা, মওঙ্‌গী লৈতাদবা থোদো-থোওঙ্‌শিংনা মসিনী মতৌ উৎকান।

অন্যার্থে ভবতঃ

মসিগী মরমদা আর্যা শ্লোক অনিথক লৈ মহুদি—

ইষ্টজনবিভবনাশাদভিঘাতাদ্বাতপিত্তকফকোপাৎ।
বিবিধাচ্চিত্তবিকারাদুন্মাদো নাম সংভবতি॥

অর্থ। চান্নবা মুংশিবা মী শিবা, লনথুম মাঙ্বা, থুদোংথীবা নংবা, মুংশিং ফীরাক অমসুং লোক কী মরম ফায়বা ( বায়ু, পিত্ত,কফ ) অমসুং পুক্নীংগী শেরাম্নবা অতৈ মথল কয়াদগী অঙাওবা ওইরকই।

৮৫। অনিমিত্তহসিতরুদিতোপবিষ্টগতিপ্রধাবিতোৎক্রুষ্টৈঃ।
অন্যৈশ্চ বিকারকৃতৈরুন্মাদং সংপ্রযুঞ্জীত॥

মৃত্যু ( শিবা )

মরণং নাম ব্যাধিজমভিঘাতজং চ। তত্র যদান্ত্রযকৃচ্ছূল-দোষবৈষম্যগণ্ডপিণ্ডকজ্বরবিষূচিকাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে-তদ্ব্যাধিপ্রভবম্। অভিঘাতজং তু শস্ত্রাহিদংশবিষপানশ্বা-পদগজতুরগরথযানপাতবিনাশপ্রভবম্। এতয়োরিদানীম-ভিনয়বিশেষং বক্ষ্যামি। তত্র ব্যাধিজং বিষন্নগাত্রংব্যায়-তাঙ্গবিচেষ্টিতংনিমীলিতনয়নং হিক্কা শ্বাসোপেতমনবেক্ষিত-পরিজনমব্যক্তাক্ষরকথনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ॥

অর্থ। মৃত্যু ( শিবা )

লায়নাদগী অমসুং য়ৈবা-ফুবনচিংবদগী শিবা, ওই। মতুগী মমুংদা থোয়রিন-লিনশাং, ফীরাক, য়েকপা-থিনবা, চীকপা ( শূল ), ঈশিং মুংশিং মরম চুমদবা, য়েন্থীনচিংবা হকচাংদা শোগংপা লায়না ( tumer ), বাগি-য্নায়রোঙ্নচিংবা বিভাবশিংদগী থোকই অমসুং মহু লায়থুং লায়নাদগী ওইরকই।

খুৎলাইনা থাবা, লিননা চীকপা, হু-থকপা চাবা, হিংসা তৌবা ( শাহিং চাবা ) শানা শোকপা, শৃগোল শামু দোলাই ( রথ ) অমত্তুং অতৈ অতোপ্পা তোংননবা পোৎ কায়বা তেকপনচিংবদগী পেংনবা অশিবনা—য়ৈথা-ফুবগী মত্তুং চল্লি।

মথল অনিসিগী অভিনয়দা খেন্নবা হায়গে।

লায়নাদগী শুইবা ( শিবা )—

হকচাং লেকথবা, তিংথোকপা খোঙ্, খুংনা চেংবা. ( ক্রি ক্রিং ) মিৎ উইশিনবা, থগে কপা, শোর চাইবা, ইমুং মত্তুংগী মীবু হন্না য়েংদবা, মরোল মরি শেংদবা অসিনচিংবা অনুভাবনা ভৌগনি।

অত্র শ্লোকঃ—

মসিগী শ্লোকতি—

৮৬। ব্যাধীনামেকভাবো হি মরণাভিনয়ঃ স্মৃতঃ।
বিষণ্ণগাত্রৈর্নিশ্চেষ্টৈরিন্দ্রিয়ৈশ্চ বিবর্জিতঃ॥

লায়নানা নাহুনা শিবগী অভিনয়দি মখেঙ্ অমত্তুনি; মত্তুদি হকচাং লেকথবা, খোঙ্খুৎনচিংবা ইন্দ্রিশিংনা মাগী মথৌ তৌবা ঙমদবা অসিনচিংবা মতৌনা উৎকনি।

অভিঘাতজে তু নানা প্রকারাভিনয়বিশেষাঃ। যথা শস্ত্র-ক্ষতে তাবৎ সহসাভূমিপতনাদিভিরনুভাবৈরভিনয়ঃ প্রযো-ক্তব্যঃ। অহিদষ্টে তু বিষপীতে বা বিষবেগা, যথা কার্শ্যবে-পথুদাহহিক্কাফেনস্কন্ধভঙ্গজড়তামরণানীত্যষ্টৌবিষবেগাঃ।

অর্থ। য়ৈবা-ফুবদা শিবগী অভিনয়দি মথল য়াম্মী, মত্তুদি—খুৎলাইনা থাবদনা লৈমায়দা থংতা তাবা ( তুথবা ) অসিনচিংবা অনু-ভাবনা অভিনয় ভৌগনি।

লিয়া চীকপগী— নত্রগা হু চাবগীনা হু কাবগী মত্তৌ উৎকনি, । অসিগী মথল নিপান গুই মহুদি—হকচাং চপশিন থুইজিনবা, নীকপা, মৈচাক ফংবা, থগোকপা, চীন্দা কোঙ্গোন শৌবা, গুক লেকথবা ( লেং-হীকথবা ) পঙ্থবা অমসুং শিব' ।

অত্রানুবংশৌ শ্লোকৌ ভবতঃ—

হিরম অসিদা হায়দগী হোনা শ্লোক অনিথক লৈ—

৮৭। কার্শ্যং তু প্রথমে বেগে দ্বিতীয়ে বেপথুস্তথা ।
দাহং তৃতীয়ে হিক্কাং তু চতুর্থে সংপ্রয়োজয়েৎ ॥

অর্থ। অহানবদা হু কাবনা হকচাং মযেং তাই, অনিশুবদনা নীকই, অহুম শুবনা মৈচাক ফাওই অমসুং মরি শুবনা থগোকই—অসুম্না উৎকদবনি ।

৮৮। ফেনং তু পঞ্চমে কুর্যাৎ ষষ্ঠে তু স্কন্ধভঞ্জনম্ ।
জড়তাং সপ্তমে কুর্বাদষ্টমে মরণং তথা ॥

মঙাশুবনা চীন্দা কোঙ্গোন কাগনি, তরুকশুবনা লেংজুন হিকথগনি ( গুক লেকথগনি ), তরেৎশুবনা পঙ্থগনি অহুগা নিপান শুবনা শিবগী মত্তৌ তৌগনি ।

অত্রার্যা ভবতি—

মসিগী অর্যাছন্দদি—

৮৯। শ্বাপদগজতুরগরথোদ্ভবং তু পশুযানপতনজং চাপি ।
শস্ত্রক্ষতবৎ কুর্যাদনপেক্ষিতগাত্রসঞ্চারম্ ॥

অর্থ। শাহিংচাবা শা, শগোল, শামু অমসুং রথতগী ( দোলাই-নচিংবা তোংনবা ) থোকপা অমদি শাদোং মথক্তগী তাবা থোৎপদগী শিবদদি থুৎসু-থুৎলাইনা শোক্তুনা শিবগুম্না হকচাংগী লেঙ্বা-ওৎপা মত্তৌ অহু য়াওরোই।

৯০। ইত্যেবং মরণং জ্ঞেয়ং নানাবস্থান্তরাত্মকম্।
প্রয়োক্তব্যং বুধৈঃ সম্যগ্ যথাবাগঙ্গচেষ্টিতৈঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা মখল কয়াগী অবস্থাদগী শিবা হায়বসি ওইহন্নি-বনি— মসি খঙ্দবনি।

## ত্রাস ( মিপাই থবাইবা )

ত্রাসোনাম বিদ্যুদুল্কাশনিপাতনির্ঘাতাম্বুধরমহাসত্ত্বদর্শন-পশুরারাবাদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। সংক্ষিপ্তাঙ্গোৎকম্পন-বেপথুস্তম্ভরোমাঞ্চগদ্গদপ্রলাপাদিভিরনুভাবৈরভিনয়েৎ।

অর্থ। ত্রাস—( মিপাই থবাইবা )

নোংথাঙ, থরান্মীচাক মথা ( উল্কা-meteor ), অথাক অরাউ তাবা, অকনবা নোংনৈ মুংশিংনচিংবা অকিবা মতৌ ( নির্ঘাত— মুহা-রাবা ? ), অকনবা নোংজু, অচৌবা ভূত ওক্নবা, শা-উচেক্কুচিংবগী মখোল— অসিনচিংবা বিভাবশিংগী থোকই।

মসিগী অভিনয় মতৌদি—

হকচাং তাপ্লিন কোনশিনবা, নীকপা, শোম্থবা মতৌ, তু-চুংবা, কিবনা কপ্না কপ্না হা মখেক মতেক ভাঙ্বা অসিনচিংবা অনুভাবশিংনা তৌগনি।

অত্র শ্লোকঃ—

মসিগী শ্লোকতি—

৯১। মহাভৈরবনাদাদ্যৈস্ত্রাসঃ সমুপজায়তে।
ত্রস্তাঙ্গার্ধনিমেষাদ্যৈস্তস্য ত্বভিনয়ো ভবেৎ॥

অর্থ। মখোল হৌবা অমদি অকিবা খোঙ্গেলনচিংবদগী মিপাইবা পোকই। হকচাং তুকথবা, অমদি মিৎ তংথায় অমা উইশিন্দুনা উৎকনি।

## বিতর্ক ( খন্ন নৈনবা )

বিতর্কো নাম সন্দেহবিমর্শবিপ্রতায়াদিভির্বিভাবৈরুৎপদ্যতে। তমভিনয়েদ্ বিবিধবিচারিতসংজ্ঞাসংপ্রধারণমন্ত্রসংগূহনাদিভিরনুভাবৈঃ।

### বিতর্ক ( খন্ন নৈনবা )

চিন্নবা, বিচার নত্রগা নৈনবা লংজীন ফংদহুনা ষাবা (ফুসঙ্নবা?) অসিনচিংব বিভাবশিংদগী থোকই।

মসিগী অভিনয়দি—

মথক কয় থোরা বিচার তৌবা ( খন্নবা ), করিদা পান্নগা চান্নবগে হায়না খিব শোংনবা খন্নবা হিরম লোনজ্ঞানবা ( মীহাযদোক্কবা ) অসিনচিংবা অনুভাবকী মতৌনা মসি উৎকনি।

অত্র শ্লোকৌ -

৯২। বিচারণাদিসংভূতঃ সংদেহজননাত্মকঃ।
বিতর্কস্ত্বভিনেয়ঃ স্যাচ্ছিরোভ্রূপসকম্পনৈঃ।

অর্থ। বিচার তৌবদগী ( খন্ন-নৈনবদগী ) থোকপা ফল অহুগা চিংনবি [illegible] মতৌদা কোক হাইবা, পীশূব শূকপা অমদি মিৎকী [illegible] কুপ্প অসিনচিংবনা কোকোক্কনি

এবমেতে ত্রয়স্ত্রিংশদ্ ব্যভিচারিণো ভাবা দেশকালাবস্থানুগতমধ্যমোত্তমৈঃ স্ত্রীপুংসৈঃ প্রয়োগবশাদুৎপদ্য ইতি।

অর্থ অসুয়া ব্যভিচারী ভাব ৩৩ অসি মফম, মতম, ফিবম য়েংনা অথোইবা ময়ম হুহনা অমদি অতোনবা পাক্কা মীওই ওইবা নিপা নত্রগা নুপীশিংনা পীদা নত্রা নটকনচিংবদা অভিনয়গী মতাং মতাংদা শীজিন্নগদবা ওই।

অত্র শ্লোকঃ—

মসিগী শ্লোকতি—

৯৩। ত্রয়স্ত্রিংশদিমে ভাবা বিজ্ঞেয়া ব্যভিচারিণঃ।
সাত্ত্বিকাংস্তু পুনর্ভাবান্ ব্যাখ্যাস্যাম্যনুপূর্বশঃ॥

অর্থ। ভাব মখল ৩৩ অসিবু 'ব্যভিচারী' হায়না খঙ্‌নগনি। মথংদা অমুক [১]সাত্ত্বিক ভাব পুম্নমক মথং মনাউ নাইনা হায়রক্তে।

## সাত্ত্বিক ভাব

অত্রাহ-

কিমন্যে ভাবাঃ সত্ত্বেন বিনাভিনীয়ন্তে যত এতে সাত্ত্বিকা-ইত্যুচ্যন্তে? অত্রোচ্যতে—ইহ সত্ত্বং নাম মনঃ প্রভম্। তচ্চ সমাহিত মনস্ত্বাদ্ উৎপদ্যতে। মনঃসমাধানাচ্চ সত্ত্বনিষ্প-ত্তির্ভবতি। তস্য চ যোঽসৌ স্বভাবঃ রোমাঞ্চাস্রবৈবর্ণ্যাদি-কো ন শক্যতেঽন্যমনসা কর্তুম্ ইতি লোকস্বভাবানুকরণত্বাচ্চ নাট্যস্য সত্ত্বমীপ্সিতম্। কো দৃষ্টান্ত ইতি চেৎ, অত্রোচ্যতে—ইহ হি নাট্যধর্মীপ্রবৃত্তাঃ সুখদুঃখকৃতা ভাবাঃ তথা সত্ত্ববিশুদ্ধাঃ কার্যঃ যথা স্বরূপা ভবন্তি। তত্র দুঃখং নাম রোদনাত্মকম্। তৎকথমদুঃখিতেন, সুখং প্রহর্ষাত্মকম্, অসুখিতেনাভিনেতুং শক্যতে ইতি সত্ত্বসমীপ্সিতমিতি কৃত্বা সাত্ত্বিকো নাম ইতি ভাবঃ। এতদেবাস্য সত্ত্বং যদ্ দুঃখিতেন সুখিতেন বা অশ্রু-রোমাঞ্চৌদর্শয়িতব্যাবিতি ব্যাখ্যাতম্। ইমে।

---

১। ৬/২২ শ্লোক য়েংউ।

অর্থ। হিরম অসিদা হাযরিবদি—

সত্ত্ব যাওদনা অভিনয় তৌবা ভাব অতে অদুবুদি 'সাত্ত্বিক' হায়না খঙ্‌নবা লৈবরা? মসিগী পাউখুমদি—মতাং অসিদা সত্ত্ব হায়বা বাহৈগী অর্থদি পুক্নীংদগী থোকপা হায়বনি। মদু অরেপ্পা লৈতাবা পুক্নীংতদগী থোবই। অস্নম্না পুক্নীংগী লৈতাবা, অরেপ্পা মতৌদগী সত্ত্ব হায়বসি থোকই মসিগী মতৌশিংদি—তু-চুংবা, পি শিন্থবা, কুচু তাইবা (ঈ থাংদনা), অসিনচিংবসি অতোপ্পা অমা খনবা মীদদি খক থোক-হনবা ঙমদে। মরম অসিনা মীওইবগী মাগী মাগী হৈনবী মনাং মশিন মতুংইন্না লীলা নত্রগা নাটকনচিংবদা অসিগুম্বা সত্ত্ব অসি য়াওনা উৎকদবনি খৃদনদি করি? অস্নুম্না হংবগী পাউখুমদি—লীলা (নাটক) শাম্নবদা অরা থুংঙাইদগী ওইবা ভাব পুম্নমক অতুগী অশেংবা মশক মতৌ তমগদৌরিবা মী নত্রগা পোৎকী মশাগী ওইবা অশেংবা মতৌ। ওইননবগীদমক হায়রিবা অশেংবা-সত্ত্ব অসি তৌগদবনি। মতুগী মনুংদা অরাবগীদি কপ্পন মরুনি। মতৌ অদুবু য়াদবা মীনদি করম তৌনা মাগী অভিনয়দা উৎলুগনি? অস্নুম্না সত্ত্ব অসিতবু (অশেংবা মতৌবু) পাম্নবদগী মসিগী ভাব অসিবু 'সাত্ত্বিক' অস্নুম্না খঙ্‌নখি অরাবা অমদি নুংঙাইবা মনা। পিশিন্থবা অমদি মতু-মমান-চুংবা মতৌ উৎকদবনি মসিনা মতুগী সত্ত্ব হায়বদুনি—অস্নুম্না উত্তনা মখাদা তাক্ল কলি। মতুদি—

৯৪। স্তম্ভঃ স্বেদোঽথ রোমাঞ্চঃ স্বরসাদোঽথ বেপথুঃ।
বৈবর্ণ্যমশ্রুপ্রলয় ইত্যষ্টৌ সাত্ত্বিকাঃ স্মৃতাঃ॥

অর্থ। চোকথ হুইথবা মতৌ, হুমাংকাংবা, তুজং—মানজংবা, খোনফম কাযবা, নীকপা, কুচু তাইবা মতৌ, পি শিন্থবা অমস্নুং য়াম্ববা (জ্ঞান মাঙ্‌বা)— নিপান অসিবু 'সাত্ত্বিক' হায়না কৌই। মতুগী মনুংদা

## ঘর্ম ( হুমাং কাংবা )

৯৫। ক্রোধভয়হর্ষলজ্জাদুঃখশ্রমরোগতাপঘাতেভ্য।
ব্যায়ামক্লমধর্মাৎ স্বেদঃ সংপীড়নাচ্চৈব॥

অর্থ। অশাউবা, অকিবা, হরাউবা, ঈকাইবা, অরাবা, পাঙ্গল রাবা, অনাবা ( লায়না ), মৈশা লাংবা, হকচাং শাজেল, চোকথবা লাক্ল-ফানবা ( সংপীড়ন ) অসিদগী হুমাং শোবা হায়বসি ওই।

## স্তম্ভ ( চোকথ হুইথবা )

হর্ষভয়রোগবিস্ময়বিষাদরোষসংভবঃ স্তম্ভ.
শীতভয়হর্ষরোগস্পর্শজরাসম্ভব. কম্প॥

৯৬। স্তম্ভ ( চোকথ-হুইথবা )

হরাউবা, অকিবা, অনাবা, অঙকপা, অরাবা ( ভুকথবা ), মথাই-কাহনা ভাওচংনবা, অমদি অশাউবদগী চোকথ হুইথবা অসি থোকই। কম্প না( নীকপা ) — অইঙ্‌বা অকিবা, হরাউবা, অশাউবা, ( নুং-শিবনা ) শোকপা অমদি অহল ওইবকপনা শোনবা অসিনচিংবদগী থোকই।*

## অশ্রু ( পি শিন্থবা )

৯৭। আনন্দামর্ষাভ্যাংধূমাঞ্জনজৃম্ভণাদ্ ভয়াচ্চ।
শোকানির্নিমেষপ্রেক্ষণশীতাদ্রোগাদ্ ভবেদস্রম্॥

অর্থ। অশ্রু ( পিরাং )

নুংঙাইবা, অশাউবা, মৈখু, কাজল, হকাম চনবা, অকিবা, অরাবা, মিৎকুপ্তনা য়েংবা, অঙীংবা অমসুং লাগনা মথা পোনবা অসিনচিংবদগী মীনা পি তাই।

* Paralysis and tre mbhing—M. Ghosh 144 p.

## বৈবর্ণ্য-রোমাঞ্চ

৯৮। শীতক্রোধভয়শ্রমরোগক্লমতাপজং চ বৈবর্ণ্যম্।
স্পর্শভয়শীতহর্ষাৎ ক্রোধাদ্ রোগাচ্চ রোমাঞ্চঃ॥

অর্থ। বৈবর্ণ্য অমসুং রোমাঞ্চ ( কুচু তাইবা, তুমান চুংবা )

অইঙবা, অশাউবা, অকিবা, পাঙ্গল রাবা, লায়নানা নাবা, চোকথবা অমসুং মৈশা লাংবদগী কুচু তাইথোকই। অতুগা (নুংশিবনা) শোকপা, অকিবা ফংবা, অইঙবা থেংনবা, হরাউবা, শাউবা অমসুং নাবা য়েকপা মতৌদগীনা তু-মান চুংবা পোকই।

## স্বরবিকৃতি অমসুং মূর্ছা

( খোনফম কায়বা অমসুং রাম্বা )

৯৯। স্বরসাদো ভয়হর্ষক্রোধজ্বররোগমদজনিতঃ।
শ্রমমূর্চ্ছামদনিদ্রাভিঘাতমোহাদিভিঃ প্রলয়ঃ॥

অর্থ। খোনফম কায়বা—অকিবা নংবা, হরাউবা, অশাউবা, অকম লাইহৌনা নাবা; অতোপ্পা লায়নানা নাবা, ময়াইকাবা পোং চাশিন-থকচিনবদগী ভাওচংনবা মতৌদগী খোনফম কায়বা হায়বসি পোক্লকই।

জ্ঞানতাদবা, রাম্বা—

পাঙ্গল রাবা, রাম্বা, ময়াইকাবা পোংনা, ভাওবা, তুম্বা, ফুবা-য়েবা অমসুং শুম্মৎপা অসিনচিংবা মরমশিং অসিদগী থোকই।

## সাত্ত্বিক ভাবশিংগী অভিনয়

১০০। এবমেতে বুধৈর্জ্ঞেয়া ভাবা হ্যষ্টৌ তু সাত্ত্বিকাঃ।
কর্ম চৈষাং প্রবক্ষ্যামি হ্যনুভাবানুভাবকম্॥

অর্থ। অসুম্না মথক নিপান অসিবু অথঙ্ অহৈশিংনা 'সাত্ত্বিক-ভাব' হায়না খঙ্নৈ। মথংদা মখোয় অসিগী খঙ্ননবা মতৌ মওঙ্শিং অমুক হায়গে।

১০ । নিশ্চেষ্টো নিষ্প্রকম্পশ্চ স্থিতঃ শূন্যজড়াকৃতিঃ।
নিঃসংজ্ঞঃ স্তব্ধগাত্রশ্চ স্তম্ভং ত্বভিনয়েদ্ বুধঃ॥

অর্থ। স্তম্ভ গী ( চোকথ হুইথবা ) অভিনয় তৌবদা অশিংবা মীনা খোঙ্ খূৎনচিংবগী মথৌ করিস্ু তৌদবা, মশা নীক্রবা, চপ লেপ্পা, থশোই হানচৎনবা নত্রগা নুংবঙ্বা, অফ-ফত্ত করিস্ু খঙ্দবা ( পঙ্থবা ), থবায়পান্দবগুম্বা অমসুং তুকথবা মওঙ্ তৌগনি।

১০২। ব্যজনগ্রহণাচ্চাপি স্বেদাপনয়নেন চ।
স্বেদস্যাভিনয়ো যোজ্যস্তথা বাতাভিলাষতঃ।

অর্থ। ঘর্ম গী ( হুমাংকাংবা ) অভিনয়—

হুমাই হুম্বা, হুমাং তৈথোকপা অমসুং হকচীক শাংনীংবা ( নুংশিৎ য়ৈহন্নীংবা ) মতৌনা হুমাং শোৎবগী মতৌ উৎকনি।

১০৩। মুহুঃ কণ্টকিতত্বেন তথোল্লুকসনেন চ।
রোমাঞ্চস্ত্বভিনেয়োঽসৌ গাত্রসংস্পর্শনেন চ॥

অর্থ। রোমাঞ্চ ( তুজুংবা )

হন্না হন্না তুজুংবা, শম-না চপ চপ য়ুংবা, অমসুং হকচাংদা শোক্র-থেংলবা অসিনচিংবনা মসিগী অভিনয় তৌগনি।

১০৪। স্বরভেদং তথা চৈব ভিন্নগদ্গদবিস্বরৈঃ।
বেপনাৎ স্ফুরণাৎ কম্পাদ্ বেপথুং সংপ্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। স্বরভেদ অমস্তুং বেপথু—( খোনফম কায়বা অমস্তুং পাথৎপা )

স্বরভেদ ( খোনফম কায়বা— )

মসি খোনফম কায়বা অমস্তুং হিক-হিক লাউবা খোন্থাঙ্‌না অভিনয় তৌগনি।

বেপথু ( পাথৎপা )

চেঙ্-থৈবগুম নীকপা, মীহুন চোংবা ( থপ্পা ) অমস্তুং চীনলী খোন্থোক য়াওনা নীকপা ( ঈংবনা লাকহৎপা মতৌগুম্বা ) মতৌ গুম্বগী মতেংনা পাথৎপা মতৌ উৎকনি।

১০৫। মুখবর্ণপরাবৃত্ত্যা নাড়ীপীড়নযোগতঃ।
বৈবর্ণ্যমভিনেতব্যং প্রযত্নাদঙ্গসংশ্রয়ম্॥

অর্থ। বৈবর্ণ্য ( কুচু ওনবা )

মায়থোং মচু ওনবা ( কুচু তাইবা ), শিংলী মেৎপা অমস্তুং হকচাং কায়াৎশিংগী মতেং লৌবা মতৌনা চেকশিন্না অভিনয় তৌগনি।

১০৬। নেত্রসংমার্জনৈর্বাষ্পৈরস্রংত্বভিনয়েদ্ বুধঃ।
নিশ্চেষ্টো নিষ্প্রকম্পত্বাদব্যক্তশ্বসিতাদপি॥
মেদিনীপতনাচ্চাপি প্রলয়াভিনয়ো ভবেৎ।

অর্থ। অশ্রু ( পি শিন্থবা )

মসিগী অভিনয়দি মিৎ নোইগনি অমস্তুং মিৎলু ঈরা চেনগনি অশিংবা মীনা মসি তৌগনি।

সংজ্ঞাহীনতা ( পঙ্থবা, জ্ঞান তাদবা )

লেঙ্বা ওৎপা লৈতবা, নীকপা য়াওদবা, স্বর হোন্দবগুম নীংবা ( পীকথবা ) অমসুং লৈমায়দা হাইথবা মতৌশিং অসি তৌগনি।

তোঙান তোঙানবা রসশিংদা সাত্ত্বিক ভাব শীজিন্নবা

১০৭। একোনপঞ্চাশদিমে যথাবদ্ ভাবাস্ত্র্যবস্থাগদিতা ময়া বঃ।
যেষাং চ যে যত্র রসে নিযোজ্যাস্তান্ শ্রোতুমর্হন্তি চ বিপ্রমুখ্যাঃ।

অর্থ। হে অথোইবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক! মখল অহুম থোকপা অসিগুম্বা ভাব ৪৯ অসিগী মবম ঐনা হায়জরিবসিনি। রস-রস-দা মখোয়বু তোপ্পা তোপ্পা শীজিন্নবগী মওঙ্ অহুম্নু তাবিফম থোকই।

১০৮-১০৯। গ্লানিঃ শঙ্কাহ্যসূয়া চ শ্রমশ্চপলতা তথা।
সুপ্তং নিদ্রাবহিত্থং চ শৃঙ্গারে বেপথুস্তথা॥
আলস্যৌগ্র্যজুগুপ্সাভির্ভাবৈস্ত পরিবর্জিতাঃ।
উদ্ভাবয়ন্তি শৃঙ্গারং সর্বে ভাবাঃস্বসংজ্ঞয়া॥

অর্থ। গ্লানি ( চোকথ হুইথবা ), শঙ্কা ( চিংনবা ), অসূয়া ( কল্লক খম্বন চাউবা ), শ্রম ( চোকথবা ), চপলতা ( ফিংবা ), সুপ্ত ( মল-মঙ্বা ), নিদ্রা ( তুম্বা ), অবহিত্থ ( মশক লোৎপা ), অমসুং বেপথু ( নীকপা, থংপেকথংবা ), আলস্য ( তন্থবা ), উগ্রতা ( অশাউবা ), জুগুপ্সা ( হংগোইবা, তুক্কচবা )—মখোয় অসিদি য়াওদনা অতৈ ভাব পুন্নমক্তা মাগী মাগী মমিংদা অহুম্মক শৃংগার-রস পোকহল্লি।

১১০। গ্লানিঃশঙ্কা হ্যসূয়া চ শ্রমশ্চপলতা তথা।
সুপ্তনিদ্রাবহিত্থঞ্চ হাস্যে ভাবাঃপ্রকীর্তিতাঃ॥

অর্থ। [1]গ্লানি, শংকা, অসূয়া, শ্রম, চপলতা, সুপ্ত, নিদ্রা অমসুং অবহিথ—মখোয় অসিবু হাস্যরস-দদি ভাব হায়না থঙ্‌নৈ।

১১১। নির্বেদশ্চৈব চিন্তা চ দৈন্যগ্লান্যস্রমেব চ।
জড়তা মরণং চৈব ব্যাধিশ্চ করুণে রসে॥

অর্থ। নির্বেদ ( তুক্কক-তুফাইচনবা ), চিন্তা ( খনবা ), দৈন্য ( তোম্ববা ), গ্লানি ( চোকথবা ), অশ্রু ( ঈরাচেনবা ), জড়তা ( পঙ্‌-থবা ), মৃত্যু ( শিবগুম্বা মতৌ ) অমসুং ব্যাধি ( নাইমন হৌবা ) মখোয় অসিনা করুণ রসদা 'ভাব' ওই।

১১২। গর্বোঽসূয়া তথোৎসাহ আবেগো মদ এব চ।
ক্রোধশ্চপলতা হর্ষো রৌদ্রেতুগ্রত্বমেব চ॥

অর্থ। গর্ব ( নাপন ), অসূয়া ( কল্লক থম্বনবা ), উৎসাহ (থৌনা, হৈনীংবা ), আবেগ ( লাঙতক্ৰবা ), মত্ততা ( ময়াই কাবা চৌঙ্গাক্লা ভাওবা ), ক্রোধ ( শাউবা ), চপলতা ( ফিংবা ), হর্ষ ( হরাউবা ), উগ্রতা ( অয়াকপা মতৌ ), মখোয় অসিনা রৌদ্ররসতা ভাব ওই।

১১৩-১১৪। অসম্মোহস্তথোৎসাহঃ আবেগোঽমর্ষ এব চ।
মতিশ্চৈব তথোগ্রত্বং হর্ষ উন্মাদ এব চ॥
রোমাঞ্চঃপ্রতিবোধশ্চ ক্রোধাসূয়ে ধৃতিস্তথা।
গর্বশ্চৈব বিতর্কশ্চ বীরে ভাবা ভবন্তি হি॥

অর্থ। অসংমোহ ( শুক্নাওবা, পঙ্‌দবা ), উৎসাহ, আবেগ, ক্রোধ, মতি ( বুদ্ধি চঙ্‌থোনবা ), উগ্রতা, হর্ষ, উন্মাদ ( ভাওবা ), রোমাঞ্চ (তুচুংবা), জাগরণ (তুমদবা), ক্রোধ, অসূয়া, ধৈর্য (পুক্নীং লৈতাবা) গর্ব, বিতর্ক (খনবগী লোইবা লৈতবা) মখোয় অসিনা 'বীর'রসদা ভাব ওই।

১। অর্থ শ্লোক ১০৮-১০৯ য়েংউ

১১৫। স্বেদশ্চ বেপথুশ্চৈব রোমাঞ্চো গদ্‌গদস্তথা।
ত্রাসশ্চ মরণং চৈব বৈবর্ণ্যং চ ভয়ানকে॥

অর্থ। ঘর্ম (হুমাং শোৌবা), কম্প (নিকপা), রোমাঞ্চ (তুজংবা), গদ্‌গদ ভাব (খামতেক ঙাঙ্‌বা, ফুনগৎনা ঙাঙ্‌ব), ত্রাস মিপাইবা), মৃত্যু (শিবগুম্বা), বিবর্ণ (কুচু মাং্বা-ঈথাংদবা মতৌ) – মথোয় অসিনা 'ভয়ানক' রসদা ভাব ওই।

১১৬। অপস্মারস্তথোন্মাদো বিষাদো মদ এব চ।
মৃত্যুর্ব্যাধির্ভয়ং চৈব ভাবা বীভৎস সংশ্রিতাঃ॥

অর্থ। শারৈ হৌবা, ঙাওবা, হামচৎনবা, মন্নাই কাবনা ঙাওবা, শিবগুম্বা মতৌ, লায়না পুবা অমস্তং অকিবা—মথোয় অসিনা বীভৎস রসদা তোংবা ভাবনি॥

১১ । স্তম্ভঃ স্বেদশ্চ মোহশ্চ রোমাঞ্চো বিস্ময়স্তথা।
আবেগো জড়তা হর্ষো মূর্চ্ছা চৈবাদ্‌ভুতা শ্রয়াঃ॥

অর্থ। চোকথবা-তুকথবা, হুমাং কাংবা, তুমান চুংব, অঙকপা, লাঙ্‌তক্লবা, পঙ্‌থবা, হরাউবা অমস্তং খাঙ্গবা—মথোয় অসিনা অদ্ভুত রসদা তোংই।

১১৮। যে ত্বেতে সাত্বিকা ভাবা নানাভিনয় সংশ্রিতাঃ।
রসেষ্বেতেষু সর্বেষু বিজ্ঞেয়া নাট্যযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। মখল মখা অয়াম্বা অভিনয়শিংগা মরী লৈনবা সাত্বক-ভাবশিং অসিবু লীলা-নাট্য লেংবশিংন (ওজাশিংনা) হায়রিবা রসশিং অসিদা পানশিনগনি।

১১৯ ২০। নহ্যেকরসজং কাব্যং কিঞ্চিদস্তি প্রয়োগতঃ।
ভাবো বাপি রসো বাপি প্রবৃত্তির্বৃত্তিরেব বা॥

সর্বেষাং সমবেতানাং রূপং যস্য ভবেদ্ বহু।
স মন্তব্যো রসঃ স্থায়ী শেষাঃ সঞ্চারিণো মতাঃ॥

অর্থ। ( শীজিন্নবদা রস অমদগী হেন্দবা করিগুম্বা কাব্য অমত্তা থক য়াওবা লৈতে। ভাব, রস, প্রবৃত্তি নত্রগা বৃত্তি ) পুম্নমক অসিগী অপূনবা মশক্লা মথল কয়া থোক্লা লৈবা অদুবু 'স্থায়ী-রস' হায়্রনা পূক্নীংদা লৌগদবনি ঃ অতুগা লৈহৌবা অতৈবুনা 'সঞ্চারী' ভাব ওইনা লৌগনি।

১২১। বিভাবানুভাবযুক্তো হ্যঙ্গবস্তুসমাশ্রয়ঃ।
সংচারিভিস্তু সংযুক্তঃ স্থায্যেব তু রসো ভবেৎ॥

অর্থ। বিভাব অনুভাবনা তিনবা, অথোইবা '[১]বস্তু' দা তোংবা, সঞ্চারী ভাবশিং লোয়নবা অদুগুম্বা স্থায়ীভাব অদুতনা 'রস' হায়রবসি ওইরকই।

১২২। স্থায়ী সত্ত্বাতিরেকেণ প্রযোক্তব্যঃ প্রযোক্তৃভিঃ।
সঞ্চার্যাকারমাত্রেণ স্থায়ী যস্মাদ্ ব্যবস্থিতঃ॥

অর্থ। নাট্য তম্নীবা ওজাশিংনা মরাং কায়না সাত্ত্বিকভাব শীজিন্নদুনা স্থায়ীরস প্রয়োগ তৌগনি। স্থায়ীবু স্থায়ী ওইনা খুবম চেংহল্লক্লিবা অদুগুম্বা সঞ্চারী ভাবতি হকচাংগী ভঙ্গীতনা (শাথেক-শাওঙ্‌তনা) পাঙ্‌থোক্লনি।

১২৩। চিত্রাণি ন বিরজ্যন্তে লোকে চিত্রং হি দুর্লভম্।
বিমর্দো রাগমায়াতি প্রযুক্তো হি প্রযত্নতঃ॥

অর্থ। চিত্র ( হায়বদি রসময়াম পূম্না শীজিন্নবা ) না থোইনা মুংঙাইবা পীডমদে। পৃথিবীদদি চিত্র অসি তাঙ্‌না থোকই।

১। বস্তু-হীরম ?

তোঙান তোঙানবা রস য়ানশিন্নহনা তোপ্পা তোপ্পা চেকশিন্না পাঙ-থোক্লবদি মুংঙাইহল্লি।

১২৪। নানার্থভাবনিস্পন্নাঃ স্থায়িসত্ত্ববিচারিণঃ।
পুংসান্নুকীর্ণাঃ কর্তব্যাঃ কাব্যেষু হি রসাশ্রয়াঃ॥

অর্থ। কাব্য রসকী তুংফম অমদি মথল মথলগী হিরম অমস্থুং ভাব কয়ানা তিনবা অচ্চুম্বা স্থায়ী, সাত্বিক অমস্থুং ব্যভিচারী ভাব-শিংনা লীলাদা থোকলিবা মীগী মশাদা শাগোন্নবা ওইগদবনি।

১২৫। এবং রসাশ্চ ভাবাশ্চ ব্যবস্থা নাটকে স্মৃতাঃ।
য এবমেতান্ জানাতি স গচ্ছেৎ সিদ্ধিমুত্তমাম্॥

অর্থ। অস্মম তৌনা লীলা নত্রগা নাটকতা রস, ভ বস্থ নীংথিনা শন্নক য়াগদবনি। অস্মম তৌনা মখোয় অসিবু অস্মন্না মশক খঙবা মী অহুদি লেপ্পা সিদ্ধি ফংই হায়বদি মহৈ য়াল্লি।

ভরত-নাট্য শাস্ত্রদা 'ভাবকী মশক তাকপা' হায়না কৌবা ৭ শুবা তাংকক অহু লোইরে।

---

## নিপান শুবা তাংকক

# উপাঙ্গ বিধান

( উপাঙ্গগী শীজিন্নফম তাকপা )

### অভিনয়গী মরমদা মুনিশিংগী ৱাহং

১-২। ভাবানাং চ রসানাং চ সমুত্থানম্ যথাক্রমম্।
ত্বৎপ্রসাদাচ্ছ্রুতং সর্বমিচ্ছামো বেদিতুং পুনঃ॥
নাট্যে কতিবিধঃ কার্যস্তজ্ জ্ঞৈরভিনয়ক্রমঃ।
কথং বাভিনয়ো হ্যেষ কতি ভেদস্তু কীর্তিতঃ॥

অর্থ। নঙনা চানবীহুনা তাকপিবা [১]ভাব অমসুং [২]রসকী হৌরক-পগী মরম মথং মনাউ নাইনা তাবা ফংজরে। অমুকসু ঐখোয়না হেন্না তাজনীংলি মহুদি, নাট্যদা অহৈবশিংনা অভিনয়গী মথল কয়া থোক্লা তৌফম থোকপগে অহুগা অভিনয় হায়বহুমকনা অমুক কমদৌনা ওইরকপনো অমসুং মাগী শঙ্কক ( বিভাগ ) থায়দোক্লিবনা কয়ানো ?

৩ সর্বমেতদ্যথাতত্ত্বং ভগবন্ বক্তুমর্হসি।
যো যথাভিনয়ো যস্মিন্ যোক্তব্যঃ সিদ্ধিমিচ্ছতা॥

অর্থ। হে প্রভু ! নাট্যদা মহৈ য়াম্নীংবা মীশিংনা তৌবা হৌনবা অহুগুম্বা অভিনয়গী মওং মতৌ অমদি মখোয় অহুগী শীজিন্নফমনচিংবা পুম্নমক অহু অরেপ্পা ওত্তগা লোয়ননা চানবীহুনা ঐখোয়দা তাকপিয়ু।

---

১। ৮ শুবা তাংকক য়েংউ। ২। ৬ শুবা তাংকক য়েংউ

ভরতকী পাউথুম

৪। তেষাং তু বচনং শ্রুত্বা মুনীনাং ভরতো মুনিঃ।
প্রত্যুবাচ পুনর্বাক্যং চতুরোঽভিনয়ান্ প্রতি ॥

অর্থ। মুনিশিংন হংবা বাহং তাবগা ভরত মুনিনা অভিনয়গী মরমদা অস্থননা পাউথুম পীবিরকখি—।

৫। অহং বঃ কথয়িষ্যামি নিখিলেন তপোধনাঃ।
যস্মাদভিনয়ো হ্যেষ বিধিবৎ সমুদাহৃতঃ ॥

অর্থ। হে লাংনাংচেৎপা পুন্নমক! অসিগুম্বা অভিনয় অসিগী মরমদা শন্দোক্না তাক্লবা ঐনা নখোযদা পুন্নমক চিথদনা হায়গনি।

যদুক্তং চত্বারোঽভিনয়া ইতি তান্ বর্ণয়িষ্যামঃ। অত্রাহ—অভিনয় ইতি কস্মাৎ। অত্রোচ্যতে—অভীত্যুপসর্গঃ ণীঞ প্রাপণার্থো ধাতুঃ। অস্যাভিনাত্যেবং ব্যবস্থিতস্য অচ্ প্রত্যয়ান্তস্যাভিনয় ইতি রূপং সিদ্ধম। এতচ্চ ধাত্বনুবচনেনাবধার্যম্।

ভবতি চাত্র শ্লোকঃ—

অর্থ। হায়দগী খঙ্নরক্লবা অভিনয় মখল মরি অতুগী মরমদা নৈনজগে। মসিগী মরমদা হংনবা লৈ মতুদি—কমদৌনা মসিবু অভিনয হায়নরিবনো? মসিগী পাউথুমদি—'অভি' হায়বসিনা [১]উপসর্গনি নীঞ্ হায়বা [২]ধাতু অসিনা ফংবা খঙ্হল্লি। অভিনী ওইরবদা 'অচ্' [৩]প্রত্যয় হাপচিল্লগা 'অভিনয়' ওথকই। মথাদা পীরিবা অর্থ অস্থুন্না ধাতুগী অর্থনা খঙ্নগদবা ওই।

---

১। উপসর্গ—ধাতুগী মমাঙদা ফমদুনা তোঙানবা অর্থ থোকহনবা ( prefix
২। ধাতু– ক্রিয়া বাচক শব্দ-মূল ( verbel root ) ৩। প্রত্যয়—ৱাহৈগী মমৈদা হাপ্লুনা তোঙানবা অর্থ থোকহনবা ৱাহৈ মচেৎ ( Sufix )

মসিগী মরমদা শ্লোক অমা লৈ মত্থুদি—

৬। অভিপূর্বস্তু নীঞ্ ধাতুরাভিমুখ্যার্থনির্ণয়ে।
যস্মাৎ প্রয়োগং নয়তি তস্মাদভিনয়ঃ স্মৃতঃ ॥

অর্থ। অভিনা মাঙ্ওইনবা নীঞ্ ধাতুনা মাঙ্গী পোৎকী অর্থ লেপ্পদ, হায়রবদি মাঙ্দা উন। ঊনা অর্থ লেপতুনা, ভোরিবা ; পাঙ্থোক্লিবা অহুগুম্বা ) লীলা ( নাট্য ) অদুবু অস্থুম পুহুনা চৎলি ঈরোয়ননা পুই ) হায়বগীদমক মসিবু 'অভিনয়' হায়বা রাহৈ অসি ওইনা খঙ্নখিবনি।

## অভিনয় হায়বা রাহৈগী অর্থ

৭। বিভাবয়তি যস্মাচ্চ নানার্থান্ হি প্রয়োগতঃ।
শাখাঙ্গোপাঙ্গসংযুক্তস্তস্মাদভিনয়ঃ স্মৃতঃ ॥

অর্থ। লীলা নত্রগা নাট্যদা [১]শাখা [২]অঙ্গ অমসুং [৩]উপাঙ্গ গা শাম্নরিবা লীলা অহুগা শাগোম্ননা চৎমিন্নহুনা হিরম কয়াবু কয়া পোক্লা খঙ্হল্লি হায়বদগী মসিবু 'অভিনয়' হায়না খঙ্নখিবনি।

### অভিনয় মখল মরি

৮। চতুর্বিধশ্চৈষ ভবেন্নাট্যস্যাভিনয়ো দ্বিজাঃ।
অনেকভেদবহুলং নাট্যং হ্যস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতম্ ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! অসিগুম্বা নাট্যগী অভিনয় অসি মখল মরি শুই। তোঙান তোঙানবা শক্তক কয়ানা শাবা লীলা নত্রগা নাট্য পুম্নমক মসিতনা য়ুম্ফম ওইনৈ।

---

১। শ্লোক ১৫ য়েংউ, ২। শ্লোক ১৩ য়েংউ, ৩। শ্লোক ১৩ য়েংউ।

৯। আঙ্গিকো বাচিকশ্চৈব আহার্যঃ সাত্ত্বিকস্তথা।
জ্ঞেয়স্ত্বভিনয়ো বিপ্রাশ্চতুর্ধা পরিকল্পিতঃ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ খিবীক্। অভিনয় অসিধ্ শরুক মরি থে'ক্লা থায়দোকই মতু'দ—আঙ্গিক বাচিক, আহার্য অমসুং সাত্ত্বিক অসুম্না।

আঙ্গিক অভিনয়[১]

১০। সাত্ত্বিকঃ পূর্বমুক্তস্তু ভাবৈশ্চ সহিতো ময়া।
অঙ্গাভিনয়মেবাদৌ গদতো মে নিবোধত॥

অর্থ। ভাবনা কোন্নবা সাত্ত্বিককী মরমদি ঐনা [২]হান্না হায়খ্রে। অহানবদা হুক্তীক ঐনা 'অভিনয়' গী মরম হায়জগে তাবিয়ু।

১১। ত্রিবিধাস্ত্বাঙ্গিক ইষ্টঃ শারীরো মুখজস্তথা।
তথা চেষ্টাকৃতশ্চৈব শাখাঙ্গোপাঙ্গসংযুতঃ॥

অর্থ। আঙ্গিক অভিনয় মথল অহুমনি মতুদি- হকচাং অপুম্বগী ওইবা, মাযথোংতগী ওইবা অমসুং শাখ অঙ্গ অমসুং উপাঙ্গ তিন্নবা পাঙথোকমিন্নবা অসুম্না।

১২। শিরোহস্তকটীবক্ষঃ পার্শ্বপাদসমন্বিতঃ।
অঙ্গপ্রত্যঙ্গসংযুক্তঃ ষড়ঙ্গো নাট্যসংগ্রহঃ॥

অর্থ। অঙ্গ প্রত্যঙ্গ পুম্নমক্কা তিনবা নাটাদা শীজিন্নবা অভিনয়গী অঙ্গ তরুকনি ( isx limbe ) মতু'দি—কোক, খুৎ, খাঙ, থবাক, নাক অমসুং খোঙ।

১৩। তস্য শিরোহস্তোরঃ পার্শ্বকটীপাদতঃ ষড়ঙ্গানি।
নেত্রভ্রূনাসাধরকপোলচিবুকান্যুপাঙ্গানি॥

---

১। সঙ্গীত রত্নাকর নর্তনাধ্যায় -২০
২। ৭/৯২

অর্থ। অঙ্গনা তন্নক্পনি—কোক, খুৎ, থবাক, নাক, খ্বাঙ, খোঙ্। উপাঙ্গশিংদি— মিৎ, পীশূম, নাতোন, চীনব ন, খজাই অমসুং খদাঙ্।

১৪। অস্য শাখা চ নৃত্তং চ তথৈবাঙ্কুর এব চ
বস্তূন্যভিনয়স্যেহ বিজ্ঞেয়ানি প্রযোক্তৃভি॥

অর্থ। নাট্য শেম্বশিংনা শাস্ত্র আসদা আভিনয়গী শাখা, নৃত্য, অংকুর পোৎলমশিং অসিবু মুন্না খঙ্জিনগদবনি।

১৫। আঙ্গিকস্তু ভবেচ্ছাখা অঙ্কুরঃ সূচনা ভবেৎ।
অঙ্গহারবিনিষ্পন্নং নৃত্তং তু করণাশ্রয়ম্॥

অর্থ হকচাং শাথেকপু শাখা, কৌই অতুগা অহৌবা শব্দকা 'অংকুর' কৌই। অঙ্গহারনা শাঙ্খোকপা জগোইদি 'করণ' দা তাংই।

১৬। মুখজেঽভিনয়ে বিপ্রা নানা ভাবসমাশ্রয়ে।
শিরসঃ প্রথমং কর্ম গদতো মে নিবোধত॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ মুন্নক! ভাব মখল করাদা তোংবা মায়গী অভিনয়দা অহানবদা কোক্কী মথৌগী মরম হাযগে।

৪. কাক্কীথবক (মস্তকক্রিয়া)

১৭ ১৮ আকম্পিতং কম্পিতং চ ধুতং বিধুতমেব চ।
পরিবাহিতোদ্বাহিতকমবধুতং তথাঞ্চিতম্॥

---

১। সংগীতরত্নাকরগী মততি—( নর্তনাধ্যায় ৩৫ ), খুৎকী মওঙ্ অমা
২। ,, ,, ,, ( ,, ) থধায় পানবগী মরোল লৌঙ্গনা শেম্বা মতৌশিং।
৩। ৪/৬১ স্লোক
৪। সং রত্নাকর নর্তনাধ্যায় ৪৯-৫১

নিহঞ্চিতং পরাবৃত্তমুৎক্ষিপ্তং চাপ্যধোগতম্ ॥
লোলিতং চৈব বিজ্ঞেয়ং ত্রয়োদশ বিধং শিরঃ ॥

অর্থ। কোক্কী থবক মখল ১৩ নি মতুদি -

আকম্পিত, ধুত, বিধুত, পরিবাহিত, উদ্বাহিত, অবধুত, অঞ্চিত, নিহঞ্চিত, পরাবৃত, উৎক্ষিপ্ত, অধোগত অমসূং লোলিত।

১৯। শনৈরাকম্পনাদূর্ধ্বমধশ্চাকম্পিতং ভবেৎ
দ্রুতং তদেব বহুশঃ কম্পিতং শির ॥

অর্থ। আকম্পিত—( কোক হাইবা )

মথক মখাদা ভপ্পা তপ্পা কোক হাইববু খঙ্নৈ।

কম্পিত—( কোক নীকপা )

হন্না হন্না থুনা কোক হায়ববু খঙ্নৈ।

২০। সংজ্ঞোপদেশপৃচ্ছাসু স্বভাবাভাষণে তথা
নির্দেশাবাহনে চৈব ভবেদ কাম্পিতং শিরঃ ॥

অর্থ। ইঙ্গিত তৌবা ( রাপাঙ্দনা শাকপা ) পাউতাক পীবা, রাঙ্গান হংবা, ইচম চম্না মীৎরা মীনাম, থিন্দুনা তাকপা অমসুং কৌবা, মখোয়শিং অসিদা 'কম্পিত' শীজিন্নগনি।

২১। রোষে বিতর্কেবিজ্ঞানে প্রতিজ্ঞানেঽথ তর্জনে।
ব্যাধ্যমর্ষণয়োশ্চৈব শিরঃ কাম্পতমিষ্যতে ॥

অর্থ। অশাউবা, থম্ম নৈনবা, নীংথিনা তাব তানা খঙ্বা, নাশকপা, শাউনা ঙাঙ্বা, অনাবা অমসুং ঙাকাপিন্দনা ( অক্কমা )—কোকনা 'কম্পিত' তৌগনি।

২২। শিরসো রেচনং যত্তু শনৈস্তদ্ধুতমিষ্যতে।
দ্রুতমারেচনা দেতদ্বিধুতং তু ভবেচ্ছিরঃ॥

অর্থ। ধুত—

তপ্পা তপ্পা কোক লৈববু 'ধুতশির' হায়না কৌই।

বিধুত—

মসিদা লৈরিবা কোক অত্তুনা থুরবদি মত্থবুনা 'বিধুত' কৌই।

২৩। অনীপ্সিতে বিষাদে চ বিস্ময়ে প্রত্যয়ে তথা।
পার্শ্বাবলোকনে শূন্য প্রতিষেধে ধুতং শিরঃ।

অর্থ পামদবা থিরম, অব্বাবনা লাকহৎপা, অঙকপা, য়োনা থাজবা নাকন্দা য়েংবা, পুমহাঙ্ হাঙ্বা ( করিস্তু লৈতবা ), অমসুং থাম্বা থঙ্হনবদা ধুতশির অসি তৌগনি।

২৪। শীতগ্রস্তে ভয়ার্ত্তে চ ত্রাসিতে জ্বরিতে তথা।
পীতমাত্রে তথা মদ্যে বিধুতংতু ভবেচ্ছিরঃ॥

অর্থ। অঙংবনা লাকহৎপা, অকিবা নংবা, মীপাইবা, অকম-লাইহৌ তৌবা, য়ু থকপগী অহানবা মতৌ অসিনচিংবা থঙ্হনবদা 'বিধুত শির' ওইগনি।

২৫। পর্যায়শঃ পার্শ্বগতং শিরঃ স্যাৎ পরিবাহিতম্।
সকৃদুদ্বাহিতং চোর্দ্ধমুদ্বাহিতমিতি স্মৃতম্॥

অর্থ। পরিবাহিত —

নাকন অনিমক্তা মথং মথং হাইবা কোকপু পরিবাহিত কৌই।

উদ্বাহিত—

অমুক্তং মথক্তা হাইগৎপা কোকপু 'উদ্বাহিত' কৌই।

২৬। সাধনে বিস্ময়ে হর্ষে স্মৃতে চামর্ষিতে তথা।
বিচারে বিহৃতে চৈব লীলায়াং পরিবাহিতম্ ॥

অর্থ। থবক মঙ্গল ওইবা, অঙকপা, হরাউবা, নীংশিংবা' অশাউবা, অক-ফত্ত বিচার তৌবা, শান্নবা অমসুং লীলাদা 'পরিবাহিত' ওইগনি।

২৭। গর্বেচ্ছাদর্শনে চৈব তথা চোর্ধ্বনিরীক্ষণে।
উদ্বাহিতং তু কর্তব্যমাত্মসম্ভাবনাদিষু ॥

অর্থ। নাপন, অনীংবা যোংচোবপ উব ফংবা, মথন্তা য়েংখৎপা, মথন্তা থাগৎচব মতোদা 'উদ্বাহিত কুশির' ওইগনি।

২৮। তদধঃ সকৃদাক্ষিপ্তমবধুতং তু তচ্ছিরঃ।
সন্দেশাবাহনালাপসংজ্ঞাদিষু তদিষ্যতে ॥

অবধুত—

মথাদা কোক অমুক্তং নোন্থববু 'অবধুতশির' কৌই। ঈ-পাউ থাবা, লাইবু আবাহন তৌবদা, য়ারী ম্নাভাই শাবা অমসুং [1]ইঙ্গিতনচিংবা তৌবা ( ? ) থঙ্হনবদা মসি শীজিন্নৈ।

২৯। কিঞ্চিৎপার্শ্বনতগ্রীবংশিরো বিজ্ঞেয়মঞ্চিতম্।
ব্যাধিতে মূর্চ্ছিতে মত্তে সচিন্তে দুঃখিতে ভবেৎ ॥

অর্থ। অঞ্চিত—

নাকন্দা হাইফেৎ হাইথবা ওক্কা লোয়নবা কোকপু 'অঞ্চিত' হায়না কৌই। অনাবা চৈনাখোন থাঙ্বদা য়াবা, জ্ঞান মাঙ্হনা তাবা ( য়াম্থবা ), যু ত্থাওবা, য়াথল মুন্না তৌবা, অমসুং অবাবা তারবা মতৌ থঙ্হনবদা 'অঞ্চিত' অসি শীজিন্নৈ।

---

১। ইনাক্তা চঙ্লক্নবা ইঙ্গিত তৌবা—মনো ঘোষ

৩০-৩১। উৎক্ষিপ্তবাহুশিখরং তথাঞ্চিতশিরোধরম্।
নিহঞ্চিতং তু বিজ্ঞেয়ং স্ত্রীণামেতৎ প্রয়োজয়েৎ ॥
গর্বে বিলাসে ললিতে বিব্বোকে কিলকিঞ্চিতে।
মোট্টায়িতে কুট্টমিতে স্তম্ভে মানে নিহঞ্চিতম্ ॥

অর্থ। নিহঞ্চিত—

লেজুম শূকপকৎপা অমস্থং ভক থেকথরবদি 'নিহঞ্চিত' হায়বা কোক অহু ওই। মসি নূপীতনা শীজিন্নগদবনি।

মসিগী শীজিন্নফমদি -

নাপন তৌবা, বিলাস[১], ললিত[২] বিব্বোক,[৩] কিলকিঞ্চিত[৪], [৫]মোট্টায়িত, [৬]কুট্টমিত, স্তম্ভ, অমস্থং ওইনহুনা শাউবা মতাংদা মসি শাজিন্নগনি।

৩২। পরাবৃত্তানুকরণাৎ পরাবৃত্তং শিরঃ স্মৃতম্।
তৎ স্যান্মুখাপহরণে পৃষ্ঠতঃ প্রেক্ষণাদিষু ॥

অর্থ। পরাবৃত—

কোক কোয়না লৈবগু 'পরাবৃত্তশির' হায়না খঙ্‌নৈ। পরাবৃত্ত মুখ-কা অমত্তনি।

মসিগী শীজিন্নফম—

মায় লোৎপা নত্রগা লৈথোকপা অমস্থং তুংগী পোৎ য়েংবদা (তুংহমনা য়েংবদা)।

৩৩। উৎক্ষিপ্তং চাপি বিজ্ঞেয়মূন্মুখাবস্থিতং শিরঃ।
প্রাংশুদিব্যাস্ত্রযোগেষু স্যাদুৎক্ষিপ্তং প্রয়োগতঃ ॥

---

১। ২৪/১৫ য়েংউ, ২। ২৪/২২ য়েংউ, ৩। ২৪/২১ য়েংউ
৪। ২৪/১৮ „ , ৫। ২৪/১৯ „ , ৬। ২৪/২০ „

অর্থ। মথক্তা মায় লোংখৎপদা লৈরিবা কোক্কী ফিবম অদুবু 'উৎক্ষিপ্তশির' হায়না কৌই।

**শীজিন্নফম—**

অরাংবদা লৈবা পোৎ অমস্তুং [১]অরুবা খুৎলাই থাবদা 'উৎক্ষিপ্ত' অসি শীজিন্নগনি।

৩৪। অধোমুখং স্থিতং চাপি শিরঃ প্রাহুরধোগতম্।
লজ্জায়াং প্রণামে চ দুঃখে চাধোগতং ভবেৎ॥

অর্থ। অধোগত—

মথা ওন্থনা লৈবা কোকপু 'অধোগত' কৌই। ইকাইবা, খুরুম্বা অমস্তুং অরাবদা মসি শীজিন্নে।

৩৫। সর্বতোলোলনাচ্চাপি শিরঃ স্যাৎ পরিলোলিতম্।
মূর্ছাব্যাধিমদাবেশগ্রহনিদ্রাদিষু স্মৃতম্॥

অর্থ। পরিলোলিত—

বাম্থবা, অনাব, (লায়নানা নাবা, য়ুনা ডাওবা, ফকুবা লাই-তোংবা (ভূত ১ং্বগুম্বা), লাই ওরুবা, ভুম্বা অসিনচিংবদা কোক অসি মায়কৈ পুম্নমক্তা লেঙ্বা ওৎপা তৌবদগী মদুগী কোক মথল অদুবুনা 'পরিলোলিত' হায়না কৌই।

৩৬। এভোহন্যে বহবো ভেদা লোকাভিনয়সংশ্রয়াঃ।
তে চ লোক স্বভাবেন প্রযোক্তব্যাঃ প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। অসিদসু নত্তনা মীনা অভিনয়দা শীজিন্নবা অতৈ মথল কয়াসু লৈরি। মখোয পুম্নমক অমু জগোই-শেম্বশিংনা মাগী মাগী চৎনবী মনাৎ মতুং ইন্না অতুম্মক শীজিন্নে।

---

১। দিব্যাস্ত্র -Divine weapons

৩৭। ত্রয়োদশবিধং হ্যেতচ্ছিরঃ কর্ম ময়োদিতম্।
অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি দৃষ্টীনামিহ লক্ষণম্॥

অর্থ। অস্থুম্না কোক মথল তরাহুমদোইগী শীজিন্নবগী মওঙ্ ঐনা হায়জরবসিনি।

মথংদা হুক্তীক মিৎয়েংগী মওঙ্ মতৌগী মরমদা অমুক হায়জগে।

মিৎয়েং মথল ৩৬[1]

৩৮। কান্তা ভয়ানকা হাস্যা করুণা চাদ্ভুতা তথা।
রৌদ্রী বীরা চ বীভৎসা বিজ্ঞেয়া রস দৃষ্টয়ঃ॥

অর্থ। রসদৃষ্টি—

মসিগী মথল ৮ নি মহুদি—কান্তা, ভয়ানকা, হাস্যা, করুণা, অদ্ভুতা, রৌদ্রী, বীভৎসা—মখোয় অসিনি।

৩৯। স্নিগ্ধা হৃষ্টা চ দীনা চ ক্রুদ্ধা দৃপ্তা ভয়ান্বিতা।
জুগুপ্সিতা বিস্মিতা চ স্থায়িভাবেষু দৃষ্টয়ঃ॥

অর্থ। স্থায়িভাব দৃষ্টি—

মসিগীসু মথল ৮নি মহুদি—স্নিগ্ধা, হৃষ্টা, দীনা, ক্রুদ্ধা, দৃপ্তা, ভয়াম্বিতা, জুগুপ্সিতা অমসুং বিস্মিতা॥

৪০-৪২। শূন্যা চ মলিনা চৈব শ্রান্তা লজ্জান্বিতা তথা।
গ্লানা চ শঙ্কিতা চৈব বিষন্না মুকুলা তথা॥
কুঞ্চিতা চাভিতপ্তা চ জিহ্মা স ললিতা তথা।

---

১। সংগীতরত্নাকর (নর্তনাধ্যায়) ৩৭৭ তমী হৌনা

বির্তাকিতার্থমুকুলা বিভ্রান্তা বিপ্লুতা তথা ॥
আকেকরা বিকোশা চ ত্রস্তার্থ মদিরা তথা।
ষট্‌ত্রিংশদ্‌ দৃষ্টয়ো হেতা নামতোঽভিহিতা ময়া ॥

অর্থ। শূন্যা, মলিনা, শ্রান্তা, লজ্জান্বিতা, গ্লানা, শংকিতা, বিষণ্ণা, মুকুলা, কুঞ্চিতা, অভিতপ্তা, জিহ্মা, সললিতা, বিতর্কিতা, অর্ধমুকুলা, বিভ্রান্তা, বিপ্লুতা, আকেকর, বিকোশা, ত্রস্ত, মদিরা—

## ভাব মথল অমসুং রসগী মিৎয়েং

৪৩ তস্য দৃষ্টিবিধানস্য নানাভাবরসাশ্রয়ম্‌।
লক্ষণং সংপ্রবক্ষ্যামি যথাকর্মপ্রয়োগতঃ ॥

অর্থ। মথল মখা অয়াম্বা ভাব অমসুং রসকী মিৎয়েং নায়েংগী মওঙ্‌ মতৌ মখোয়গী শীন্নবগী মরম অমুক হায়গে।

৪৪। হর্ষপ্রসাদজনিতা কান্তাত্যর্থসমন্মথা।
সভ্রূক্ষেপকটাক্ষা চ শৃঙ্গারে দৃষ্টিরিষ্যতে ॥

অর্থ। কান্ত' দৃষ্টি ( মুংশি মিৎয়েং )
হরাউবা অমদি অপেনবদগী থোকই।

শীজিন্নফম

পীশুম থেক্কনি, মিৎচি-মিৎয়েংনগনি, মিৎয়েং মথল অসি শৃঙ্গার-রসদা য়াম্মক চানৈ।

৪৫। প্রোদ্বৃত্তনিষ্কম্পপুটা স্ফুরদুদ্বৃত্ততারকা।
দৃষ্টির্ভয়ানকাত্যর্থং ভীতা জ্ঞেয়া ভয়ানকে।

অর্থ। ভয়ানক দৃষ্টি—

অকিবা রসদা মসিগী মিৎয়েং অসি তৌগনি। মসিদা মিৎপান মথক্তা ওনথৎকনি ( মিৎ লাওথোক্কনি ) অমসুং পা-কুপ্তনা লৈগনি। মিৎ-নহা তনিক তনিক তৌগনি অমসুং মথক ওনথৎকনি। য়াম্না কিবা মিৎয়েং ওইহনগনি।

৪৬। ক্রমাদাকুঞ্চিতপুটা সবিভ্রান্তাল্পতারকা।
হাস্যা দৃষ্টিস্তু কর্তব্যা কুহকাভিনয়ং প্রতি॥

অর্থ। হাস্য-দৃষ্টি

হাস্যদৃষ্টি ( নোকপগী মিৎয়েং দা মিৎপান হাইফেৎ খুজিনগনি, মিৎনহা খরতমক উগনি অমসুং লেঙগান, মসিগী মিৎয়েং অসি যাদু ( মিত্রং শুম্বা ) গী অভিনয় মতমদা শীজিন্নগনি।

৪৭। পতিতোর্ধ্বপুটা সাস্রা মন্থামন্থরতারকা।
নাসাগ্রানুগতা দৃষ্টিঃ করুণা করুণে রসে॥

অর্থ। করুণা দৃষ্টি

করুণ রসকী মিৎয়েংদি থোংনৌগনি। মসিদা থক্কী মিৎপান হাইথরক্কনি, পিনা চোনগনি অদুগা পুক্লোং রাবনা মরম ওইদুনা মিৎ-নহা তপ্না লেঙগনি অমসুং মিৎয়েংনা নাতোন মতোন্দা থমগনি

৪৮। যা ত্বাকুঞ্চিতপক্ষ্মা সাশ্চর্যোদ্ধততারকা
সৌম্যা বিকসিতান্তা চ সাদ্ভুতা দৃষ্টিরদ্ভুতে॥

অর্থ। অদ্ভুত দৃষ্টি

অঙকপগীদি অঙকপা মিৎয়েংনি। পা মতোন হাইফেৎ হাইথগনি। ঙকপদগী মিৎনহানা মথক কাগনি, অদুগা মিৎলু অমিদি ফনগনি। মসিদি কক্কা মিৎয়েং মথল অমনি।

৪৯। ক্রূরা রুক্ষারুণোদ্বৃত্তনিষ্টব্ধপুটতারকা।
ভ্রূকুটীকুটিলা দৃষ্টী রৌদ্রী রৌদ্ররসে স্মৃত॥

অর্থ। রৌদ্রী—( অশাউবা মিৎয়েং )

রৌদ্ররসতা শীশূম থেকুনা মিৎয়েং থোযনা যেংববু রৌদ্রী কৌই। মিৎয়েং অসি মুংশিহৈতে, কল্লি-য়াকই, মিৎ মচু ভাঙ্‌ই। মিৎপান অমসুং মিৎনহা অনিমক মথক ওনখত্তুনা লেঙ্‌দনা লৈগনি।

৫০। দীপ্তা বিকসিতা ক্ষুব্ধা গম্ভীরা সমতারকা।
উৎফুল্ল মধ্যা দৃষ্টিস্তু বীরা বীররসাশ্রয়া॥

অর্থ। বীরা দৃষ্টি

বীররসকী মিৎয়েংদি, অরংবা মিৎয়েংনি, লাওথোকই, মিৎয়েং থৌই, শূকই। মিৎয়েং অসিনা মিৎনগা চুন্না লৈগনি, ( মক্কম লেঙ্‌লোই )।

৫১। নিকুঞ্চিতপুটাপাঙ্গা ঘৃণোপপ্লুততারকা।
সংশ্লিষ্টস্থিতপক্ষ্মা চ বীভৎসা দৃষ্টিরিষ্যতে॥

বীভৎসা দৃষ্টি

মসিগী মিৎয়েং অসিদদি মিৎপান, মিৎলু খৃজিনগনি, মিৎনগানা তুকচবনা তুকথগনি, পা তুথগনি অমসুং লেঙ্‌দনা লৈগনি।

## স্থায়ি ভাব দৃষ্টি

( স্থায়ি ভাবশিংগী মিৎয়েং )

৫২। রসজা দৃষ্টয়ো হেতা বিজ্ঞেয়া লক্ষণান্বিতা।
অতঃ পরং লক্ষয়িষ্যে স্থায়িভাবসমাশ্রয়াঃ॥

অর্থ। মওঙ্ মতৌ (লক্ষণনচিংবা) লোযনবা অসিগুম্বা মিৎয়েংশিং অসি রসগা মরী লৈননা শীজিন্নগদবা ঙাক্তুনি খঙ্নগনি। মথংদা স্থায়িভাবকী মিৎয়েংশিংগী মরমদা অমুক হায়রক্কে।

৫৩। ব্যাকোশমধ্যা মধুরা স্থিরতারাভিলাষিণী।
সানন্দাশ্রুকৃতা দৃষ্টিঃ স্নিগ্ধেয়ং রতিভাবজা।

অর্থ। স্নিগ্ধা দৃষ্টি—( নুংশিবা মিৎয়েং )

মযায়গী শরক ফনবা, খোয়থুম্বা, মিৎনহা লেঙ্দবা, তিন্ননীংবা মতৌ ফোংদোকপা,, নু'ংঙাইবা ঈর' হৌবা; রতিভাব শোকহনবা অসিবু 'স্নিগ্ধা' হায়না কৌই।

৫৪। চলা হসিতগর্ভা চ বিশত্তারানিমেষিণী।
কিঞ্চিদাকুঞ্চিতা হৃষ্টা দৃষ্টি র্হাসে প্রকীর্তিতা॥

অর্থ হৃষ্টা দৃষ্টি—( হরাউ মিৎয়েং )

তথক তথকপা, মিৎমুং মীনোকনা তিনবা, মিৎনহা থরতমক উবা, পা কুপ্পা, হাইকেৎ ঊংথবা, হরাউবা, মিৎয়েং অসি নোকপা মতমদা শীজিন্নৈ।

৫৫। ঈষৎস্রস্তোত্তরপুটা কিঞ্চিৎসংরুদ্ধতারকা।
মন্দসঞ্চারিণী দীনা সা শোকে দৃষ্টিরিষ্যতে॥

অর্থ। দীনা দৃষ্টি অরাবা মিৎয়েং )

[1]মথক্কী মিৎপান হাইফেং নোন্থগনি মিৎনহা হাইকেৎ থকচানগনি, মিৎয়েং তপকনি—অসিগুম্বা দীনা দৃষ্টি অসি অরাবা মতমদা যেংগনি।

৫৬। রুক্ষা স্থিতোদ্বৃত্তপুটা নিষ্টব্ধোদ্বৃত্ততারকা।
কুটিলা ভ্রুকুটির্দৃষ্টিঃ ক্রুদ্ধা ক্রোধে বিধীয়তে॥

১। মথাক্কী মিৎপান—এম, ঘোষ—আঃ ১৪৪

অর্থ। ক্রুদ্ধা দৃষ্টি—( অশাউবা মিৎয়েং )

মুংশিহৈত্তবা ( চুগন্নবা ) মিৎযেং—মথক্তা হাইগৎপা অমদি লেঙ্‌দবা মিৎপান, লেঙ্‌দবা অমম্পুং মথক ওনথৎপা মিৎনহা লোযনবা পীশৃম থেকপা অশাউবা মিৎয়েংনা অশাউবদা শীজিন্নগনি।

৫৭। সংস্থিতে তারকে যস্যাঃ স্থিতা বিকসিতা তথা।
সত্ত্বমুদ্গিরতী দৃপ্তা দৃষ্টিরুৎসাহসম্ভবা॥

দৃপ্তা দৃষ্টি ( থৌনা মিৎযেং )

অর্থ। মিৎনহা অমদি মিৎযেং অনিমক মচি লেঙ্‌দবা, মিৎয়েং ফন্‌বা, থৌনাদগী পোকপা ( থৌনা ফোংদোকপা ), মুংগী পাংগল তাকপা ( উৎথোকপা ) অত্থুগুম্বা দৃপ্তাদৃষ্টিনি।

৫৮। বিস্ফারিতোভয়পুটা ভয়কম্পিততারকা।
নিষ্ক্রান্তমধ্যা দৃষ্টিস্তু ভয়ভাবে ভয়ান্বিতা॥

অর্থ। ভয়ান্বিতা দৃষ্টি ( অকিবা মিৎয়েং )

মিৎপান অনিমক ফল্লোকনি ( লাওথোক্কনি ), কিবনা মরম ওইদুনা মিৎনহা তনিক তনিক্কনি অত্থুগা মত্থু মিৎকা ময়ায়দগী থাপ্পা চথোক্লুনা লৈগনি—মসিবু ভয়ান্বিতা দৃষ্টি কৌই।

৫৯। সংকোচিতপুটন্যাসা দৃষ্টির্মীলিততারকা।
পক্ষ্মোদ্দেশাৎ সমুদ্বিগ্না জুগুপ্সায়াং জুগুপ্সিতা॥

অর্থ। জুগুপ্সিতা দৃষ্টি ( তুক্কচবা মীৎযেং )

মসি হংগোইবা, তুক্কচবা মিৎয়েংবু হায়বনি। মসিদা মিৎপান থৃজিনগনি অত্থুগা থক্কা-থাগদি শম্নরোই অত্থুমদি ওইরগা মিৎনক্কা অনিমক্তপুদি থুমজিনগনি।

৬০ ভৃশমুদ্বৃত্ততারা চ স্তব্ধোভয়পুটান্বিতা
সমা বিকসিতা দৃষ্টীর্বিস্মিয়ে স্মৃতা ॥

অর্থ। বিস্মিতা দৃষ্টি—( অঙকপা মিংয়েং )

মিং লাওথোক্কনি, মিংনহা মথক্তা ওনথংকনি অমস্নুং মচু মফম লেঙ্দনা লৈগনি। অসিগুম্বা মিংয়েং অসি চাং অমত্তদা লৈগনি, মসিবু 'বিস্মিতা দৃষ্টি' কৌই।

## সঞ্চারিভাব দৃষ্টি

৬১ স্থায়িভাবাশ্রয়া হ্যেতা লক্ষিতা দৃষ্টয়ো ময়া।
সংচারিণানাং দৃষ্টীনাং সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্ ॥

অর্থ। স্থায়িভাবকী ( মরুওইবা-লেঙ্দবা ভাবকী ) মিংয়েংশিংগী মরম হায়জরে। হুজীক্কা মথংদা সংচারিভাব ( অহোংবা নাইবা ভাব ) শিংদা ওইগববা মিংয়েং-মিংথমগী মওঙ্ মতৌ অমুক হায়জরক্কে।

৬২। সমতারা সমপুটা নিস্কম্পা শূন্যদর্শনা।
বাহ্যার্থগ্রাহিণী ক্ষামা শূন্যা দৃষ্টিঃ প্রকীর্তিতা ॥

অর্থ। শূন্যদৃষ্টি ( শুন্দা য়েংবা, তরঙ্দা য়েংবা )

মিংনহা অমস্নুং মিংপান অনিমক মান্নবা চাং অমত্তদা লৈবা. মিংফম হোংদবা, কৰিস্নু অমত্তবু উবা লৈতবা, মচুনা মপানগী [1]হিৰমবুদি লৌশিনবা, অশোনবা মিংয়েং অদুবু ( শুন্দা য়েংবা ) শূন্য দৃষ্টি হায়না কৌই।

---

১। মপানগী হিৰমবুদি লৌশিনবা মিংয়েং হায়বসিগী শ্লোক্কী বাহৈদি 'বাহ্যার্থ গ্রাহিণী' হায়বনি। সুরেশচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না হায়বদি, মপানগী পোৎ লৌশিনবা ঙমবদি শূন্য দৃষ্টি ওইদ্রে, মরেক শোয়ৰনি 'বাহ্যার্থাগ্রাহিণী' ওইৰগা মপানগী পোৎ লৌশিনবা ঙমদবা হায়গদবনি হায়রি। মনো ঘোয়নমু মান্নবা মত্ত পীরি।

৬৩। প্রস্পন্দমানপক্ষ্মান্তা নাত্যর্থমুকুলৈঃ পুটৈঃ
মলিনান্তা চ মলিনা দৃষ্টির্বিহতভারকা ॥

অর্থ। মলিনা দৃষ্টি—( মকশিল্লবা মিৎয়েং )

[1]অমকপা মিৎয়েংদা ( মঙান য়াওদবা ) মিৎকো পা অসি কূপকনি, মিৎপান য়াম্না হেন্না উইথবা ভৌরোই, মিৎচি অনিমক মক-শিনগনি অদুগা মিৎনহা মঙান হন্থগনি।

৬৪। শ্রমপ্রম্লাপিতপুটা ক্ষামান্তাঞ্চিতলোচনা।
সন্না পতিততারা চ শ্রান্তা দৃষ্টিঃ প্রকীর্তিতা ॥

অর্থ। শ্রান্তা দৃষ্টি ( চোকথব মিৎয়ে )

পাঙ্গল রাবদগী ( চোকথবা মিৎয়েং ) মিৎপান মচু মকশিনবা, মিৎচি অনিমক খূজিনবা, মিৎ উইথরপ ভৌবা, মিৎনহাস্থ ংস্থবা অসিগুম্বা মিৎয়েংবু 'শ্রান্তা' হায়না কৌই।

৬৫। কিঞ্চিদঞ্চিত পক্ষ্মাগ্রা পতিতোর্ধ্বপুটা হ্রিয়া।
ত্রপাধোমুখতারা চ দৃষ্টির্লজ্জান্বিতা তু সা ॥

---

অদুবু মসিদা থম্নবা য়াবা অমদি শ্লোকা য়াওরিবা 'শূন্য দর্শনা' হায়বসিনা কম্বিস্থ উদবা হায়বা অমা য়াওথ্রবনা, হুজ্জৌকো মপানগী পোৎ অমত্তবু উদবা হায়বসিন্থ অতুম্বক য়াওগ্রে—অতুনা 'মপানগী পোৎ লৌশিনবা হায়বগী অর্থ থোকপা শ্লোকী রাহে অসি ঐনা লৈরিবা সংসার অসিনা মঙ্গং ওইরগা অতুগুম্বা সংসারগা মরী লৈনবা পোৎ অমা শাওবা উত্রগা মতুগী রাংমগী ( মপানগী ) ওইবা আধ্যাত্মিকক মরী লৈনবা পোৎপুদি হুংগী মিৎয়েংদা উবা ঙবা হায়র ওইরম্বস্থ য়ারি।

[1] M. Ghosh-১৫৫ p.- ends of the eye-lashes are not shaking and ends of the eyes are pale, and which is characterised very much by half-shut eye-lids, is Called Malina ( pale ).

অর্থ। লজ্জান্বিতা দৃষ্টি ( ইকাইবা মিৎয়েং )

পা হাইফেৎ হন্থবা, ইকাইবনা মরম ওইদুনা মথকী মিৎপান অনি-মকস্থ হন্থরকপা, ইকাইবদগী মিৎনহাস্থ থাদা হন্থবা অসিগুম্বা মিৎয়েংবু 'লজ্জান্বিতা দৃষ্টি' হায়না কৌই।

৬৬। গ্লানভ্রূপুটপক্ষ্মা যা শিথিলা মন্দচারিণী।
ক্লমপ্রবিষ্টতারা চ গ্লানা দৃষ্টিস্তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। গ্লানা দৃষ্টি—( মিৎয়েং শোম্থবা, তম্থবা )

মিৎপান, পীশূম অমস্থং পা অহুম্মক মকশিনবা, শোম্থবা, তপ্না তপ্না লেঙ্বা ওৎপা তৌবা অদুগা মিৎনহানা থাবদগী মপান থোক্তবা - অসিগুম্বা মিৎয়েংবু 'গ্লানা দৃষ্টি ( তম্থবা মিৎয়েং ) হায়না কৌই।

৬৭। কিঞ্চিচ্চলা স্থিরা কিঞ্চিদুন্নতা কিঞ্চিদায়তা।
গূঢ়া চকিততারা চ শঙ্কিতা দৃষ্টিরিষ্যতে॥

অর্থ। শঙ্কিত দৃষ্টি—( চিংন-মিৎয়েং )

হাইফেৎ থকচানবা, অমুকস্থ লেঙ্দবা, হাইফেৎস্থ হঙ্কৎপা, অদুক হাক্না ( মিৎকম ) ফন্দোক্তবা, অশূকপা ( হুংহন্নবা ) অমদি মিৎনহানা ইথক থকচানবা অসিগুম্বা মতৌগী মিৎয়েংবু 'শঙ্কিতা-দৃষ্টি' ( চিংন-মিৎয়েং ) হায়না কৌই।

৬৮। বিষাদবিস্তীর্ণপুটা পর্যস্তাস্তা নিমেষিণী।
কিঞ্চিন্নিষ্টব্ধতারা চ কার্য দৃষ্টির্বিষাদিনী॥

---

১। মনো থোবকী লাইরিক্কদি মসিবু 'বিষন্না দৃষ্টি' অমুম্না ইরি। অনিমকী অর্থ অমস্থং মতৌ মঙ্ক দি অমত্তনি।

অর্থ বিষাদিনী ( বিষন্না ) দৃষ্টি ( অৱাবা মিৎয়েং )

থম্মোই শোক্লা হুংহ্লাইতবা অসিগুম্বা অৱাবা মিৎয়েং অসিদা মিৎপান ফনগনি (লাওথোকনি', মিৎলু মকাবামলোই, মিৎনঙা হাইফেৎ লেঙ্দনা লৈগনি, মিৎকী পা হুম্ন' হুন্না কূপকনি।

৬৯। স্ফুরিতাশ্লিষ্টপক্ষ্মার্ধা মুকুলোধপুটাঞ্চিতা।
সুখোন্মীলিততারা চ মুকুল দৃষ্টিরিষ্যতে॥

অর্থ। মুকুলাদৃষ্টি ( ফন্নপ তৌবা মিৎয়েং )

পা ভংথায় কূম্না, অমগা অমগা শন্নদবা, মথক্কী মিৎপান্না হুন্থবা, মিৎনহানা হৱাউনা মকা ফোংবা, মিৎফম্না পোমশাৎনবা মতৌগুম তৌবা অহুগুম্বা মিৎয়েংবু 'মুকুলা দৃষ্টি' ( ফন্নপ তৌবা মিৎয়েং ) কৌই।

৭০। আনিকুঞ্চিতপক্ষ্মাগ্রা পুটৈরাকুঞ্চিতৈস্তথা।
সন্না কুঞ্চিততারা চ কুঞ্চিতা দৃষ্টিরুচ্যতে॥

অর্থ কুঞ্চিত দৃষ্টি ( মিৎ খূজিনবা )

পা মতোন, থক্কী মিৎপান অমস্থং মিৎনহা অহুম্মক খূজিন পীক-শিনবা অমস্থং চোকথবা মতোনা তিনবা মিৎয়েংবু কুঞ্চিত কৌই খঙ্নগনি।

৭১। মন্দায়মাণতারা যা পুটৈঃ প্রচলিতৈস্তথা।
সন্তাপোপপ্লুতা দৃষ্টিরভিতপ্তা তু সব্যথা॥

অর্থ। অভিতপ্তা দৃষ্টি ( অৱাবা মিৎয়েং )

মিৎপান লেঙ্বা মতুং ইন্না মিৎনহাসু তপ্না মতুং ইনবা মিৎফম তাবনবা অমদি অৱাবা মতৌনা তিনবা মিৎয়েংবু অভিতপ্তা দৃষ্টি হায়না কৌই।

৭২। লম্বিতা কুঞ্চিতপুটা শনৈস্তির্যগ্‌ নিরীক্ষিণী
নিগূঢ়া গূঢ়তারা চ জিহ্মা দৃষ্টিরুদাহৃতা ॥

অর্থ। জিহ্মা দৃষ্টি ( মিৎয়েং শূকপা )

মুংহন্নবা অমসুং অখোয়বা অশূকপা মিৎপ মা মিৎনহা থুমজিনবা, পৈনা য়েংবা, মিৎয়েংবু জিহ্মা দৃষ্টি হায়না কৌই।

৭৩। মধুরা কুঞ্চিতান্তা চ সভ্রূক্ষেপাহথ সস্মিতা।
সমন্মথবিকারা চ দৃষ্টিঃ সা ললিতা স্মৃতা ॥

অর্থ। ললিতা দৃষ্টি ( খোয়থুম্বী মিৎয়েং )

নীংথিনা থেকপা পীশুম, মোমোন মীনোক লোয়নবী, মিৎপান খুজিনবী অমসুং অপাম-মুংশি মতো উৎপী অতুগুম্বী মিৎয়েংবু 'ললিতা দৃষ্টি' হায়না কৌই।

৭৪। বিতর্কোদ্বর্তিতপুটা তথৈবোৎফুল্লতারকা
অধোগতবিচারা চ দৃষ্টিরিষ্টা বিতর্কিতা ॥

অথ। বিতর্কিতা দৃষ্টি ( খাখল মিৎয়েং )

করিগুম্বা অমা থনবদা লাইথায় তাঙমত্রবদা মপা লাক্কবা মায় লোংখত্তুনা মথক্তা য়েংবা, মিৎনহা মকায়ম্বা ( লংখৎপা ) অতুগা মখাদা ওন্থবা খ সিগুপা মিৎয়েংবু 'বিতর্কিতা দৃষ্টি' হায়না কৌই

৭৫। অর্ধব্যাকোশ তারা চ হ্লাদার্ধমুকুলৈঃ পুটৈঃ।
স্মৃতার্ধমুকুলা দৃষ্টিঃ কিঞ্চিল্লুলিততারকা ॥

অর্থ। অর্ধমুকুলা দৃষ্টি

হয়াউবনা হাইফেৎ ফনবা মিৎপান লোয়ননা হাইফেৎ কোয়না লৈবা অহুগুম্বা মিৎনহাগী মতৌনা তিনবা মিৎয়েংবু—'অর্ধমুকুলা দৃষ্টি' হায়না কৌই।

৭৬। বিভ্রান্ততারকা যা তু বিভ্রান্তপুটদর্শনা।
বিস্তীর্ণোৎফুল্লমধ্যা চ বিভ্রান্তা দৃষ্টিরুচ্যতে॥

বিভ্রান্তা দৃষ্টি ( ককঙাওনবা মিৎয়েং )

মিৎনাহাগা 'লোয়ননা মিৎপান লৈবী, ময়ায় ফল্লপ তৌবী, মকারাগী মিৎয়েংবু 'বিভ্রান্তা' হায়না খঙ্গৈ।

৭৭। পুটৌ প্রস্ফুরিতৌ যস্য নিস্তব্ধৌ পতিতৌ পুনঃ।
বিপ্লুতোদ্‌বৃত্ততারা চ দৃষ্টিরেষা তু বিপ্লুতা॥

অর্থ। বিপ্লুতা দৃষ্টি—( চঃক্লবা, তৌফম খঙদবা মিৎয়েং )

পা খপ্পা অমুক লেপ্পুনা লৈবা ( খপ্পুনা ), হম্ববা অহুগা মিৎনহানা লাঙ্‌তক্লবা ( তৌফম খঙ্‌দবা ) মতৌ তৌবা মিৎয়েং, অদুবু 'বিপ্লুতা দৃষ্টি' কৌই।

৭৮। আকুঞ্চিতপুটাপাঙ্গা সঙ্গতার্ধনিমেষিণী।
মুহুর্ব্যাবৃত্ততার চ দৃষ্টিরাকেকরা স্মৃতা॥

অর্থ। আকেকরা দৃষ্টি ( উইরুম তৌবা মিৎয়েং )

মিৎপান-মিৎমৈ অনিমক হাইফেৎ খুজিন্না নপ্পা, মিৎনহা উক্ল-ক লৈহুনা লৈবা, পা মপুং ফানা কুপ্পবা অহুগুম্বা মিৎয়েংবু "আকেকরা দৃষ্টি' হায়না কৌই।

৭৯। বিকোশিতোভয়পুটা প্রোৎফুল্লা চানিমেষিণী।
অনবস্থিততারা চ বিকোশা দৃষ্টিরুচ্যতে॥

অর্থ। বিকোশা দৃষ্টি -

মিৎপান অনিমক কন্দোকপা, মিংনহা তথকপা, মকারাম্বা অমন্সুং পা কুপ্পবা অসিগুম্বা মিৎয়েংবু 'বিকোশা দৃষ্টি' হায়না কৌই।

৮০। ত্রাসোদ্বৃত্তপুটা যা তু ত্রাসোৎকম্পিততারকা।
সত্রাসোৎফুল্লমধ্যা চ ত্রস্তা দৃষ্টিরুদাহৃতা॥

অর্থ। ত্রস্তা দৃষ্টি [illegible] মিংযে)

কিবন মরম [illegible] মিৎপান থক্ত [illegible]পা, কিয়না মিংনহা তনিকপা,ময়াযগী [illegible] অকিবনা তিনবা অমসুং অফনবা মিৎয়েং অদুবু 'ত্রস্ত দৃষ্টি' কৌই।

৮১। ব্যাঘূর্ণ[illegible] যা ক্ষাম[illegible] ভ্রান্তলোচনা।
দৃষ্টির্বিকূণিতা[illegible] মদিরা তরুণে মদে॥

অর্থ মদিরা দৃষ্টি (যু [illegible]গী মিৎযেং)

অহৌনবা থক্ত [illegible] 'মদির দৃষ্টি' কৌবা মিৎয়েংগী[illegible] [illegible] খজু কে[illegible] লৈগনি, মিৎমৈনা থুজিনগনি মি[illegible] [illegible], [illegible] [illegible]। মসিদি ভাওবা হৌগৎলকপা [illegible] [illegible] মিৎয়েংনি (হকচিন্দ্রিবা মতমগী ওইবা।)

৮২। কিঞ্চিদাকুঞ্চিতপুটা হ্যাবস্থিততারকা।
তথা চলিতপক্ষ্মা চ দৃষ্টির্মধ্যমদে ভবেৎ॥

অর্থ। ময়ায় ওইবা খুৎভাওগী মিৎয়েংদদি মিৎপান হাইক্নেং খুইথগনি, মিৎনক্ক থকচানগনি অহুগা প ক্ক কনি।

৮৩। সানিমেষানিমেষা চ কিঞ্চিদ্দর্শিত তারকা।
অধোভাগচরী দৃষ্টিরধমে তু মদে স্মৃতা॥

অর্থ। অতোনবা মঙাও ( শাথীনা কা হেন্না ভাউবা ) মতমদদি মিৎয়েংদা পা তোয়ন কুপ্পা নক্রগা পা কুপ্পবা মংঙ্গী ওংগনি, মিৎনহা হাইফেত্তুং উবা ফংগনি অমস্তুং মখা শন্থবা লৈগনি।

৮৪। ইত্যেবং লক্ষিতা হ্যেষা ষট্‌ত্রিংশ দৃষ্টয়ো ময়া।
রসজ্ঞা ভাবজ্ঞাশ্চাসাং বিনিয়োগং প্রবোধত॥

অর্থ রস অমস্তুং ভাবকী মিং যা মথক ৩৬ কী মতঙ্ মতৌদি হায়জরবশিং আসনি। মথংদা অমুক মশোয়বু শীজিন্নবগী মরম তাবিয়ু।

৮৫। রসজাস্ত রসেষেবস্থায়িষু স্থায়িদৃষ্টয়ঃ।
শৃণুধ্বং ব্যভিচারিণ্য সঞ্চারিষু যথা হি তাঃ॥

অর্থ। রসকী মিংয়েংনা রস অমদি স্থায়িভাবতদা শীজিন্নগনি। হৌজীক মথংদা সঞ্চারিভাবতা করম্না ব্যভিচারিত বনা লৈবগে হায়বগী মরমশু তাবিয়ু।

৮৬। শূন্যা দৃষ্টিস্তু চিন্তায়াং স্তম্ভে চাপি প্রকীর্তিতা।
নির্বেদে চাপি মলিনা বৈবর্ণ্যে চ বিধীয়তে॥

অর্থ। শূন্যা দৃষ্টিনা রাখলনা মুংনাঙ্বদা অমস্তুং স্তম্ভদা ( পঙ্থবদা ) শীজিন্নগনি।

মলিনা দৃষ্টিনা নির্বেদ অমস্তুং বৈবর্ণ্য অনিদা শীজিন্নবনি।

৮৭। শ্রান্তা শ্রমার্তৌ স্বেদে চ লজ্জায়াং লজ্জিতা তথা।
অপস্মারে তথা ব্যাধৌ গ্লানে গ্লানা বিধীয়তে॥

অর্থ। শ্রান্তা দৃষ্টিনা পাক্নল চোকথবদা, হমাং শোবা মতমদা অত্থুগা।

লজ্জিতা দৃষ্টিনা শারৈ হৌরদা অত্থুগা গ্লানা দৃষ্টিনা ( মিংয়েং শোম্বনা ) গ্লানিদা ( চোকথ-হুইথবদা য়েংগনি।

৮৮। শঙ্কায়াং শঙ্কিতা জ্ঞেয়া বিষাদার্থে বিষাদিতো।
নিদ্রাস্বপ্নসুখার্থেষু মুকুলা দৃষ্টিরিষ্যতে॥

অর্থ। শংকাদা ( চিংনবদা ) শঙ্কাদৃষ্টি, বিষাদ-দা বিষাদিনা ( অবাবদা অৱাবা মিংয়েং ) অত্থুগা মুকুলাদৃষ্টিনা তুম্বা, মঙ্ অমস্থুং নুংঙাইবা হিরমশিংদা শীজিন্নগনি।

৮৯। কুঞ্চিতাসূয়িতানিষ্টদুষ্প্রেক্ষ্যাক্ষিব্যথাসু চ।
অভিতপ্তা চ নির্বেদে হ্যভিঘাতাভিতাপয়োঃ॥

অর্থ। কুঞ্চিতা দৃষ্টিনা কম্নক য়েংথীদা, য়েংনীংদবা পোৎ উবদা অত্থুগা মিংনা খাঙ্বদা ৱাবা পোৎ উবদা শীজিন্নগনি।

অভিতপ্তা দৃষ্টিনা হৈনীংবা পোক্তবদা, ফুবা অমদি মৈশা লাংবা মতমদা শীজিন্নগনি।

৯০। জিহ্মা দৃষ্টিরসূয়ায়াং জড়তালস্যয়োস্তথা।
ধৃতৌ হর্ষে সললিতা স্মৃতৌ তর্কে চ তর্কিতা॥

অর্থ। জিহ্মা দৃষ্টিনা কম্নক য়েংথীদা, পঙ্থবদা অমস্থুং তম্বা মতৌদা শীজিন্নগনি।

ললিতা দৃষ্টিনা হরাউবা মুংঙাইবা অমসুং অপেনবদা বিতর্কিতা"— নীংশিংবদা অমদি মপা লাকপদা।

৯১। আহ্লাদেষ্বর্ধমুকুলা গন্ধস্পর্শসুখাদিষু।
বিভ্রান্তা দৃষ্টিরাবেগে সম্ভ্রমে বিভ্রমে তথা॥

**অর্ধমুকুল দৃষ্টি**—নুংশিবা মনম অমসুং অপেনবা শোক্রবগী হরাউবা নুংঙাইবদা শীজিন্নগনি।

বিভ্রান্ত দৃষ্টি—লাংতক্লবা, ইকাইখুম্নবা ঙাকপা ( ফিংবা, কিবা ) অমদি"—ঙাওচৎনবা মতাংদা শীজিন্নগনি।

৯২। বিপ্লুতা চাপলোন্মাদদুঃখাতিমরণাদিষু॥
আকেকরা দুরালোকে বিচ্ছেদপ্রেক্ষিতেষু॥

অর্থ। বিপ্লুতা দৃষ্টি—ফিংগৎপা, ঙাওচৎনবা, অৱাবা, অনংবা অমসুং শিবগুম্বা মতৌদা।

**আকেকরা-দৃষ্টি** মঙান শোনবা। ঙানবা য়াৎপা ) পোৎ উবা নত্রগা অৱাপ্পা পোৎ য়েংবদা, অমসুং শেৎন-থাইনবা উবদা শীজিন্নগনি।

৯৩। বিবোধামর্ষগর্বৌগ্রামতিষু স্যাদ্বিকোশিতা।
ত্রস্তা ত্রাসে ভবেদ্দৃষ্টির্মন্দরা চ মদেষ্বিতি॥

বিকোশিতা দৃষ্টি -( ফুগায়না শাৎপা )—

মিৎশেঙ্ থাঙ্বদা, শাউবদা, নাপন তৌবদা, মুংশিহৈতবা মতৌ উৎপদা অমসুং মতৌ মওঙ্না অয়াবা উৎপদা।

ত্রস্তা দৃষ্টি—অকিবদা অমসুং য়ু-ঙাওবদা শীজিন্নগনি

## মিৎনহাগী মথৌ

**৯৪-৯৫ (ক)।** ষট্‌ত্রিংশদ্ দৃষ্টয়ো হ্যেতা যথাবৎপ্রতিপাদিতাঃ।
রসজানাং তু দৃষ্টীনাং ভাবজানাং তথৈব চ॥
তারাপুটভ্রুবাং কর্ম গদতো মে নিবোধত।

অর্থ। রস অমস্তুং ভাবকী দৃষ্টি (মিংয়ে) ৩৬ কী থারম হৌনবী মতুংইন্না ঐনা হায়রবসিনি। হৌজাক ঐখ্‌দা অমুক মিংনহা, মিৎপান অমস্তুং পীশুমগী মতৌ হায়জগে, তাবিয়ু।

**৯৫ (খ)-৯৬ (ক)।**

ভ্রমনং বলনং পাতশ্চলনং স প্রবেশনম্॥
বিবর্ত্তনং সমুদ্বৃত্তং নিষ্ক্রানঃ প্রাকৃতং তথা।

অর্থ। মিৎনহাগী মতো (মওং) ঐখল মাপনথক নৈ মথুদি ভ্রমন, বলন, পাতন, চলন, সংপ্রবেশন, বিবত্তন, সমুদ্বৃত্ত, নিষ্ক্রাম অমস্তুং প্রাকৃত।

**৯৬-(খ)-৯৮।**

পর্যস্তং মণ্ডলাবৃত্তিস্তারয়োর্ভ্রমণং স্মৃতম্॥
বলনংগমনং ত্র্যস্রং পাতনং স্রস্ততা তথা।
চলনং কম্পনং জ্ঞেয়ং প্রবেশোঽন্তঃ প্রবেশনম্॥
বির্বতনং কটাক্ষস্তু সমুদ্বৃত্তং সমুন্নতিঃ।
নিষ্ক্রামো নির্গমঃ প্রোক্তঃ প্রাকৃতং তু স্বভাবজম্॥

অর্থ। ভ্রমণ—কোয়না চৎপা মিৎনহানা মনীং তৌনা কোয়না অসুম লৈবা।

বলন—(লৈবা)—মিৎনহানা পৈনা চৎপা

পাতন—মিৎনহা তুকথবা

চলন—(নীকপা)—মিৎনহা তনিক তনিকপা

প্রবেশ — মিংনচা মরুং চংবা—
বিবর্ত্তন— মিংচিনা লেংবা।
সমুদ্বৃত্ত— মিংনচা মথক কাখৎপা।
নিষ্ক্রাম— মিংনচা মপান থোকপা।
প্রাকৃত— মহৌশাগী ওইজবা নশাগী ( মিংনচাগী ) মওং

৯৯-১০১।

তদেষাং রসভাবেষু বিনিয়োগং নিবোধত।
ভ্রমণং চলনং চোদ্বৃত্তং নিষ্ক্রামো বীররৌদ্রয়োঃ॥
নিষ্ক্রামণং প্রবেশং চ কর্তব্যং হি ভয়ানকে।
হাস্যবীভৎসয়োশ্চাপি প্রবেশনমিহেষ্যতে॥
পাতনং করুণে চৈব নিষ্ক্রামণং তথাদ্ভুতে।
প্রাকৃতং শেষভাবেষু শৃঙ্গারে চ বিবর্তিতম্॥

অর্থ — রস অমদি ভাবশিংদা মশোয় অসিগী শীজিন্নফম অছু তাবিয়ু।

ভ্রমণ চলন, উদ্বৃত্ত অমসুং নিষ্ক্রামনা—বীর অমসুং রৌদ্র রসতা শীজিন্নগনি

নিষ্ক্রাম অমসুং বলন অমসুং ভয়ানক ( ঙকিবা ) রসতা, প্রবেশনা হাস্য অমসুং বীভৎস অমসুং করুণ রসতা ( তুকচবা ) করুণ রসদা— পাতন অদ্ভুত রসদা, নিষ্ক্রামন শৃঙ্গার রসদা বিবর্তিত শীজিন্নগনি অদুগা লেফংলিবা মতৌ ভাব রস পুম্নমক্তা 'প্রাকৃত' অসি শীজিন্নগনি

১০২। সভাবাভিনয়েষ্বেতৎ কর্ম লোকক্রিয়াশ্রয়ম্।
এবং সর্বেষু ভাবেষু তারাকর্ম নিযোজয়েৎ॥

অর্থ। হায়রিবশিং অসি মহৌশানা ওইবা মীওইবগী মতৌদা ইমান মাম্না অতুম্মক চৎনবা মতৌনি। অসুম্না ভাব পুন্নমক্তা মিৎনহাগী মথৌ পাঙ্থোক্নি।

## মিৎয়েং-মথল

১০৩-১০৭।

অথাত্রৈব প্রবক্ষ্যামঃ প্রকারং দর্শনস্য তু।
সমং সাচ্যনুবৃত্তে তু আলোকিতবিলোকিতে ॥
প্রলোকিতোল্লোকিতে চাপ্যবলোকিতমেব চ।
সমতারং চ সৌম্যং চ যদ্ দৃষ্টং তৎসমং স্মৃতম্ ॥
পক্ষ্মান্তর্গততারং চ ত্র্যস্রং সাচীকৃতং তু তৎ।
রূপানির্বর্ণনাযুক্তমনুবৃত্তমিতি স্ফুটম্ ॥
সহসা দর্শনং যৎ স্যাত্তদালোকিতমুচ্যতে।
বিলোকিতং পৃষ্ঠতস্তু পার্শ্বাভ্যাং তু প্রলোকিতম্ ॥
উর্ধ্বমুল্লোকিতং জ্ঞেয়মবলোকিতমপ্যধঃ।
ইত্যেষ দর্শনবিধিঃ সর্বভাবরসাশ্রয়ঃ ॥

অর্থ মতাং অসিদা হৌজীক য়েংবগী মিৎয়েং মথলশিং অদু অমুক হায়জগে পুন্না মিৎয়েং নিপাননি মহুদি—সম, সাচী, অনুবৃত্ত, আলোকিত, বিলোকিত, প্রলোকিত, উল্লোকিত অমসুং অবলোকিত।

১। সমদৃষ্টি—(চাংকায়দনা) ফিমে হোংবা তৌদনা হান্নগী মশাগী মওঙ্ কায়দনা অতুম্মক লৈবা (ফজবা অমদি অঙংপা) মিৎয়েংবু সমদৃষ্টি কৌই।

২। সাচাদৃষ্টি—পা-মা মিৎনহ কুপশিনবা মিৎয়েংবু সাচী কৌই। মাগী শাক্তং পৈগনি (থোরগনি)।

৩। অনুবৃত্ত - কুপ্না (য় বা) করিগুম্বা পোৎ নত্রগা মীগী মশক-মওঙ কুপ্না হন্না হন্না য়েংবদা শীজিন্নবা মিৎয়েং অদুবু অনুবৃত্তদৃষ্টি হায়না খঙ নৈ।

৪। আলোকিত—( খঙ্হৌদবা ) খঙ্হৌদনা করিগুম্বা অমবু খংউ উবদা শীজিন্নবা মিৎয়েংবু কৌই।

৫। বিলোকিত (ভুংহন্নবা) ভুংদা য়েংবা ভুংহন্নবা মিৎয়েংবু কৌই।

৬। প্রলোকিত—( নাকন মিৎয়েং ) নাকন-নাকন্দা য়েংববু 'প্রলোকিত' কৌই।

৭। উল্লোকিত—( থক্কী মিৎয়েং ) মথক্তা য়েংখৎপদা শীজিন্নবা মিৎ-য়েংবু কৌই?

৮। অবলোকিত –( হন্নবা ) খাদা য়েংবা মিৎয়েংবু 'অবলো কিত' কৌই।

ভাব অমসুং রস পুন্নমক্কী মিৎয়েং মথক্তশিংদি হায়জরিবশিং অসিনি।

## অক্ষিপুট ( মিৎপান )[1]

১০৮-১১১।

ভারাকৃতোহস্যানুগতং পুটকর্ম নিবোধত।
উন্মেষশ্চ নিমেষশ্চ প্রসৃতং কুঞ্চিতং সমম্॥
বিবর্তিতং প্রস্ফুরিতং পিহিতং সবিতাড়িতম্।
বিশ্লেষঃ পুটয়োর্যস্তু স তূন্মেষঃ প্রকীর্তিতঃ॥
সমাগতো নিমেষঃ স্যাদায়ামস্তু প্রসারিতম্।
আকুঞ্চিতং কুঞ্চিতং স্যাৎ সমং স্বাভাবিকং স্মৃতম্।

১। সঙ্গীত রত্নাকর-নর্তনাধ্যায় -৪৪০

বিবর্তিতং মুদ্ধত্তং স্ফুরিতং স্পন্দিতং তথা।
স্থগিতং পিহিতং প্রোক্তমাহত তু বিতাড়িতম্॥

অর্থ। মিংনঙ্গাগী মচুংইনবা মিংপানগী মতৌ অসি পুন্নমক হায়জগে তাবিয়ু মিংপানগী মতৌ মাপন শুই মস্তদি— উন্মেষ, নিমেষ, প্রসৃত, কুঞ্চিত, সম, বিবর্তিত, প্রস্ফুরিত, পিহিত, অমসুং সবিতাড়িত।

১। উন্মেষ মিংপান অনি খাইদাক্লবাবু 'উন্মেষ' কৌই।
২। নিমেষ—মিংপান অনি পনশিন্নবু 'নিমেষ' কৌই।
৩। প্রসারিত মিং কন্দংনপা কাক্তোকপবু 'প্রসারিত' কৌই।
৪। কুঞ্চিত —চাইকেং খু জনব মিংযেবু 'কুঞ্চিত' কৌই।
৫। সম মতৌশাগী চাদা লৈববু 'সম' কৌই।
৬। বিবর্তিত এথক ওনখংবু 'বিবর্তিত' কৌই।
৭। স্পন্দিত পা কুপ্পবু 'স্পন্দিত' কৌই
৮। পিহিত—পমিস্থু তাপনা লৈববু 'পিহিত' কৌই।
৯। বিতাড়িত—শোকপ পনবা নবসু 'বিতাড়িত' কৌই।

মিংপানগী শীজিন্নবা মওং

১১২-১১৫।

অথৈষাং রসভাবেষু বিনিয়োগং নিবোধত।
ক্রোধে বিবর্তিতং কার্য নিমেষোন্মেষণৈঃ সহ॥
বিস্ময়ার্থে চ হর্ষে চ বীর্যে চৈব প্রসারিতম্।
অনিষ্টদর্শনে গন্ধে রসে স্পর্শে চ কুঞ্চিতম্॥
শৃঙ্গারে চ সমং কার্যমীর্ষ্যাসু স্ফুরিতং ভবেৎ।
সুপ্তমূর্চ্ছিতবাতোষ্ণধূমবর্ষাঞ্জনার্তিষু॥

নেত্ররোগে চ পিহিতমভিঘাতে বিতাড়িতম্।
ইত্যেবং রসভাবেষু তারকাপুটয়োর্বিধিঃ॥

অর্থ। হৌহীক রস অমস্থুং ভাবতা মথোয় অসিগী শীজিন্নকম অমুক হায়জগে তাবিয়ু।

বিবর্তিত—নিমেষ অমসুং উন্মেষকানিংবুং লোয়ননা অশাউবদা শীজিন্নগনি।

প্রসারিত—( লাওথোকপা ) অঙকপা, হৌরাউবা অমসুং থৌনাগী থবক্তা শীজিন্নগনি।

কুঞ্চিত—য়েংনীংঙবা উবা থুংশিনবা মনম, মগাউ অমসুং পায়বা শোকপদা শীজিন্নগনি।

সম— শৃঙ্গার ( অপাম থুংশিংগী ) গী মতমদা।

স্ফুরিত— কল্লক-মীহৌ মতমদা।

পিহিত মঙ, মঙ বা নত্রগা তুম্বা, বাম্থবা, অকনবা মুংশিং, মৈশা ( অশাবা ), মৈথু, অকনবা নেংজু, কাজল থাবগী মুং-ঙাইতবা অমসুং মিংনাবদা।

রস অমসুং ভাবতা মিংনহা অমসুং নিংপানগী মতৌ-মওঙ অমুম্মা তৌগনি।

## [১]মীশূবগী মতৌ

১১৬-১২০।

কার্যানুগতমস্ত্যেব ভ্রুবোঃ কর্ম নিবোধত।
উৎক্ষেপঃ পাতনং চৈব ভ্রুকুটী চতুরং ভ্রুবোঃ॥
কুঞ্চিতং রেচিতং চৈব সহজং চেতি সপ্তধা।
ভ্রুবোরুন্নতিরুৎক্ষেপঃ সমমেকৈকশোঽপি বা॥

১। সং-রত্নাকর-নর্তনাধ্যায় ৪৩২ দগী

একস্য বা দ্বয়ে র্বাপি পাতনং স্যাদধো মুখম্ ।
ভ্রু বামূলসমুৎক্ষেপাৎ ভ্রুকুটী পরিকীর্তিতা ॥
চতুরং কিঞ্চিদুচ্ছ্বাসং মধুরং স্মৃতয়ে ভ্রুবোঃ।
একস্যা উভয়োর্বাপি মৃদু ভঙ্গেন কুঞ্চিতম্ ॥
একস্যা এব ললিতাদুৎক্ষেপাদ্রেচিতং ভ্রুবঃ।
সহজাতং তু সহজং কর্ম স্বাভাবিকং স্মৃতম্ ॥

অর্থ। মখোয় অসিগী (মিৎনহা অমসুং মিৎপানগী) মতৌ মওঙ্গা ঈরোয়নবম থোকপা অদুগুম্বা পীশূমগী মওঙ্ মতৌশু তাশিনবীয়ু।

পীশূমগী মথল তরেৎনি মদুদি—উৎক্ষেপ, পাতন, ভ্রূকুটি, চতুর, কুঞ্চিত, রেচিত অমসুং সহজ অসিনি।

উৎক্ষেপ— নামত' ওইরবসু অনিমক্কী ওইরবসু পীশূম থাংনা চাইগৎপবু উৎক্ষেপ কৌই।

পাতন - পীশূম অমা নত্রগা অনি মথা হুন্ত'বু 'পাতন' কৌই।

ভ্রূকুটী—পীশূম অনিমক্কী মরু মরু থাংখৎপবু 'ভ্রূকুটী" হায়না কৌই। (অশূকপা মিৎয়েংদা)

চতুর—নীংথিজবা অমদি মকা ফনবা পীশূম অনিগী হাইফেং মশোং কাঙ্বা মতৌবু 'চতুর' হায়না কৌই।

কুঞ্চিত—পীশূম নামনা নত্রগা অনিনা হাইফেং থোয়বা মতৌবু 'কুঞ্চিত' হায়না কৌই।

রেচিত—পীশূম নামনা কেনা থেকৎপবু 'রেচিত' হায়না কৌই।

সহজ—মহৌশাগী ওইজবা মশাগী হান্নগী কিবম কায়দনা লৈবা পীশূমবু 'সহজ' কৌই।

১২১-১২৫

অথৈষাং সংপ্রবক্ষ্যামি রসভাবপ্রয়োজনম্।
কোপে বিতর্কে হেলায়াং লীলাদৌ সহজেতথা॥
দর্শনে শ্রবণে চৈব ভ্রুবমেকাং সমুৎক্ষিপেৎ।
উৎক্ষেপো বিস্ময়ো হর্ষে রোষে চৈব দ্বয়োরপি॥
অসূয়িতে জুগুপ্সায়াং হাসে ঘ্রাণে চ পাতনম্।
ক্রোধস্থানেষু দীপ্তেষু যোজয়েদ্ ভ্রূকুটী বুধঃ।
শৃঙ্গারে ললিতে সোম্যে স্পর্শে চ চতুরং ভবেৎ।
মোট্টায়িতে কুট্টমিতে বিলাসে কিলকিঞ্চিতে॥
বিকুঞ্চিতং তু কর্ত্তব্যং নৃত্তে যোজ্যং তু রেচিতম্।
অনাবিদ্ধেষু ভাবেষু বিদ্যাৎ স্বাভাবিকং বুধঃ॥

অর্থ। হুজীক অমুক রস অমসুং ভাবতা মথোয়গী শীক্তিন্নবা মতৌ অচ্থু হাজগে।

উৎক্ষেপ—অশাউবা, অচুম অরান খিদ্বনা নৈনবা, খৌরা ওইদবদা
( হেলা—অপাম মুংশিগা মরী লৈনবা শান্নবা, অকনবা লৈপুন ঈথোলাংবা ), মহোশাগী ওইবা শান্ন-খোৎনবগী থবক্তা, করিগুম্বা অমা উবা নত্রগা তাবদা, পীশূন নামথক থেক্কৎকনি। অচুগা অঙকপা। হয়াঙবা অমসুং কা-হেন্না শাউবদা পীশূম অনিমক মথক্তা থেক্কৎকনি।

পাতন—( মথাদা হাইথবা ) কল্লক য়েংথীবা, হংগোইবা, তুক্ক-চবদা, নোকপদা অমসুং মনম লৌবদা

ভ্রূকুটী—( পীশূম শূকপা ) অশাউবা হিবমদা, অমসুং অয়াকপা মঙান থেংনবদা।

**চতুর**—( মিংনা শিংবা )— মুংশি মুংঙন থোদোদা, কেবা-মৌবদা, থরায়তাব পেনজবা ) থোদোদা, অমসুং চান্নবনা শোকপা নানবদা অমসুং হোংগৎপদা

**কুঞ্চিত**—( খূজিনবা ) [১]মোট্টায়িত, [২]কুট্টমিত, [৩]বিলাস অমসুং [৪]কিলকিঞ্চিত-দা।

**রেচিত**—( লেঙবা ) জগোই শাবা মতমদা।

**সহজ**—( হান্নগী কিবম ) হান্নগী ওইবা মশাগী অরায়বা মওঙদা অতুম্বক লেবদা।

## নাতোনগী থবক

১২৬-১২৮।

ইত্যেবং তু ভ্রুবঃ প্রোক্তা নাসাকম নিবোধত।
নতা মন্দা বিকৃষ্টা চ সোচ্ছ্বাসা চ বিকূণিতা॥
স্বাভাবিকা চেতি বুধৈঃ ষড়বিধ নাসিকা স্মৃতা।
নিকৃষ্টৌ ফুল্লতপুটা সোচ্ছ্বাসা কৃষ্টমারুতা।
বিকূণিতা সংকুচিতা সমা স্বাভাবিকা স্মৃতা॥

**অর্থ**। অসুম্না শীশূমগী মরম হায়জ্ররবসিনি। হজৌক্না অমুক নাতোনগী থবক তাবিয়ু। নতা, মন্দা, বিকৃষ্ট, সোচ্ছ্বাসা, বিকূণিতা, স্বাভাবিকী—অসুম্না নাতোনগী মওঙ মতো তরুকথকনি হায়না পণ্ডিত শিংনা লেপলম্মী।

---

১। চাংবগু নীংশিংবা অমদি পাউনচিংবা তাবদা ঈংখো লা বা হেনবা
২। থাবোম অমদি চন ান অানমক শোকপ্রবদা পেনজরবস্থ শাউশিন্নবা
৩। লৈপুন-থোরঙ
৩। হয়াউবনা মরম ওইদুনা, মতম অমত্তদা ওইরকপা নাপন, অপাম্বা, কপ্পা, নোকপা, কলক-মিহোৎবা, অকিবা অমসুং অশাৎবা—ভাব তরেৎমক অসিগী মতৌ ওইবা। গৌ: বৈ: অভিধান।

স্বাভাবিকী—নৈহৌরিবা অতৈ ভাব পুন্নমক্তনা স্বাভাবিকী অসি
তৌগনি।
অস্থুম্না নাতোনগী ময়মদি হায়রবসিনি।

## খজাই

১৩২ (খ)-১৩৪।

ক্ষামং ফুল্লং পূর্ণং চ কম্পিতং কুঞ্চিতং সমম্॥
ষড়্বিধং গণ্ডমুদ্দিষ্টং তস্য লক্ষণমুচ্যতে।
ক্ষামং ত্ববনতং জ্ঞেয়ং ফুল্লং বিকসিতং ভবেৎ॥
উন্নতং পূর্ণমত্রোক্তং কম্পিতং স্ফুরিতং ভবেৎ।
স্মৃ ৎ কুঞ্চিতং সংকুচিতং সমং প্রাকৃতমুচ্যতে॥

অর্থ। খজাইগী মওঙ্ তরুক শুই মহুদি, ক্ষাম, ফুল্ল, পূর্ণ, কম্পিত, কুঞ্চিত অমসুং সম।

মখোয় অসিগী মওঙ্ মতৌ হায়গে—

ক্ষাম—( Depressed ) খজাই চোকববু কৌই।

ফুল্ল ( কামথৎপা ) মথক্তা হাইগৎপা মতৌবু হায়বনি।

পূর্ণ—( অথনবা ) খজাই পোঙ্খোকপবু হায়বনি।

কম্পিত—( নীকপা ) খজাই চোংবা মতৌ, ( ক্রং ক্রং চোংবা )

কুঞ্চিত—( চপশিনবা ) খজাই চপশিনববু হায়বনি।

সম—( মহৌশাগী ওইবা ; মশাগী হান্নগী ওইবা, ফিবম হোংদবা মতৌবু 'সম' কৌই।

১৩৫-১৩৭ (ক)।

গণ্ডয়োর্লক্ষণং প্রোক্তং বিনিয়োগং নিবোধত।
ক্ষামং দুঃখেষু কর্তব্যং প্রহর্ষে ফুল্লমিষ্যতে॥

পূর্ণমুৎসাহগর্বেষু বোধহর্ষেষু কম্পিতম্।
কুঞ্চিতং চ সরোমাঞ্চ স্পর্শে শীতে ভয়ে জ্বরে॥
প্রাকৃতং শেষভাবেষু গণ্ডকর্ম ভবেদিতি।

অর্থ। খঙ্গাই অনিগী মওং-মতৌ হায়রে। মখোয়গী শীজিন্নফম অমুক তাবিয়্যু।

ক্ষাম—অৱাবদা, পূর্ণ—থোনা অমদি নাপন উংপদা,

কম্পিত—অশাউবা অমসুং হরাউবদা কুঞ্চিত—ক্রুচুংবা, শোকপা, অঙৌংবা, অকিবা অমসুং অকশম লাইংদোদা শীজিন্নগনি। অৱেস্বা অতৈ ভাবশিংদদা সম ওইগনি।

## চীনবা।[১]

বিবর্তনং কম্পনং চ বিসর্গো বিনিগূহনম্॥
সন্দষ্টকং সমুদ্গং চ ষট্ কর্মাণ্যধরস্য তু।
বিকূণনং বিবর্তস্তু বেপনং কম্পনং স্মৃতম্॥
বিনিষ্ক্রমো বিসর্গস্তু প্রবেশো বিনিগূহনম্।
সন্দষ্টকং দ্বিজৈর্দষ্টং সমুদ্গ সংহিতা গতিঃ॥

অর্থ। চীনবানগী মখল তরুকনি মদুদি বিবর্তন, কম্পন, বিসর্গ, বিনি-গূহন, সংদষ্টক সমুদ্গ।

বিবর্ত—চপশিনবা, কম্পন—চীনবান তনিক তনিক তোৱা, বিসর্গ—চীনবান থুমথোকপ, বিনিগূহন—চীনবান অনিমক মন্নুংদা পুশিনবা, সন্দষ্টক—যানা চীনবান চীকপা, সমুদ্গ—মশাগী হান্নগী ওইবা মওংদা চীনবান অনি শম্নবা লৈবা ( ফবম হোৎদনা )।

১। সং-রত্নাকর নর্তনাধ্যায় ৪৮৮ দগ।

১৪৮-১৪৯

ইত্যোষ্ঠলক্ষণং প্রোক্তং বিনিয়োগং নিবোধত ।
অসূয়া বেদনা ব্জ্ঞানস্য দিষু বিবর্তনম্ ॥
কম্পনং বেদনাশীতজ্বররোষজপাদিষু ।
স্ত্রীণাং বিলাসে বিব্বোকে বিসর্গে রঞ্জনে তথা ॥
বিনিগূহনমায়াসে সন্দষ্টং ক্রোধকর্মণি ।
সমুদ্গস্ত্বনুকম্পায়াং চুম্বনে চাভিনন্দনে ॥

অর্থ। চীনবানগী মতৌ মওঙ্গী মরম হায়রবসিনি, শীজিন্নবগী মওঙ্ অমুক তাবিয়ু।

বিবর্তন—কল্লক-য়েংথোদা চৈনাখোন ফবদা, থোশাদবা মতৌ উৎপদা, অতনবগী মতৌদা শীজিন্নৈ।

কম্পন—চৈনাখোন ফাওবা, অঙংবনা লাকহংপা, অকম-লাইহৌ ত্তৌবা অমস্থং অশাউবদা শীজিন্নৈ।

বিসর্গ—মুংশি-মুংওনগী মতৌদা নূপীনা কেবা-মৌবগী মতৌদা অমস্থং হকচাংদা মচু মমেন তৈবনচিংথদা।

বিনিগূহন—নোঙ্খা লীকপগী পাঙ্গল চোকথবদা

সন্দষ্ট—অশাউবগী থোদো-থোওঙ্দা ( চীকপনচিংবদা )

সমুদ্গক—থোজাল উৎপদা, চুপ্পদা অমস্থং মী ওকপদা।

থদাঙ্

১৪৩-১৪৬ (ক)।

ইত্যোষ্ঠকর্মাণ্যুক্তানি চিবুকস্য নিবোধত।
কুট্টনং খণ্ডনং ছিন্নং চুক্কিতং লেহনং সমম ॥

দষ্টং চ দন্তক্রিয়য়া চিবুক স্থিত লক্ষ্যতে।
কুট্টং দন্তসংঘর্ষঃ সংস্ফোটঃ খণ্ডনং মুহু ॥
ছিন্নং তু গাঢ়সংশ্লেষশ্চুক্ষিত দূরবিচ্যুতিঃ।
লেহনং জিহ্বয়া লেহঃ কিঞ্চিচ্ছেষঃ সমং ভবেৎ ॥
দন্তৈর্দষ্টেঽধরে দষ্টম্ এতেষাং বিনিযোজনম্।

অর্থ। চীনবানগী মরম হায়জববসিনি। হঙ্গৌক্পা খদাঙ্গী মরমদা অমুক তাবিয়ু। খদাঙ্গী লক্ষণাদ—কুট্টন, খণ্ডন, ছিন্ন, চুক্ষিত, লেহন, সম, দষ্ট, মখোয় আপান।

কুট্টন—য়াথক য়াথা চাক্লববু পোই

খণ্ডন—হম্না হম্না চীনবান আনা থেংনক, অতুবু হায়বনি।

ছিন্ন—চীনবান অনি কম্না চপশিন্নববু ছিন্ন কোই।

চুক্ষিত—চীনবান আপনক লাওন কাথোক্লববদি মদুবু 'চুক্ষিত' কৌই।

লেহন—লৈনা চীনবান লেকপবু কৌই।

সম—চীনবান থক-শা-চুম্না শম্নববু কৌই।

দষ্ট—য়ানা চীনবান মখা চৈকপবু কৌই

১৪৬-(খ)-১৪৯ (ক)।

ভয়শীতজরাব্যাধিগ্রস্তানাং কুট্টং ভবেৎ ॥
জপাধ্যায়নসংলাপভক্ষযোগে চ খণ্ডনম
ছিন্নং ব্যাধৌ ভয়শীতে ব্যায়ামে রুষিতেক্ষিতে ॥
জৃম্ভণে চুক্ষিতং কার্যং তথা লৌল্যে চ লেহনম্।
সমং স্বভাব ভাবেষু সন্দষ্টং ক্রোধকর্মসু ॥
ইতি দন্তোষ্ঠজিহ্বানাং করণাচ্চিবুকক্রিয়া।

**অর্থ**। কুট্টন—অকিবদা, অঙীংবদ, লায়না লায়থুংদা, অহল ওইবনা শোস্থরবদা।

থগুন—মন্ত্র শোনবা (জপ), লাইরিক পাবা-থীবা তৌবা; য়ারা য়াতাইশাবা অমদি পোং চাবদা।

**ছিন্ন**—অনাবা, অকিবা, অঙীবা, হকচাং শাজেল, অমস্থং অশাউবা মিৎয়েং মতমদা।

**চুক্কিত**—হকাম চনবদা,

**লেহন**— অচাপোং মিত্তাবদা

**সম**—মশাগী হান্নগী চুম্না লৈব মওঙ্দা।

**সংদষ্ট**— হেম্না শাউরবদা

য়া, চীনবান অমস্থং লৈগী থৌওঙ্ মতুংইম্না চৎপা থদাঙ্গী মওঙ্দি অস্থম্না তৌগনি।

## চান-গী থবক

১৪৯ (খ)-১৫৬-(ক)।

বিধুতং বিনিবৃত্তং চ নির্ভুগ্নং ভুগ্নমেব চ॥
বিবৃত্তং চ তথোদ্বাহি কর্মাণ্যত্রাস্যজানি তু।
ব্যাবৃত্তং নিবৃত্তং স্যাদ্বিধুতং তির্যগায়তম্॥
বিশ্লিষ্টৌষ্ঠং চ বিবৃত্তমুদ্বাহ্যমুৎক্ষিপ্তমেব চ॥
বিনিবৃত্তমসূয়ায়াং ঈর্ষ্যাক্রোধকৃতেন চ।
অবজ্ঞাবিহসাদৌ চ স্ত্রীণাং কার্যং প্রযোক্তৃভিঃ॥
বিধুতং বারণে চৈব নৈমিত্ত্যেবমাদিষু।
নির্ভুগ্নং চ নিনিজ্ঞায়াং গম্ভারালোকনাদিষু॥
ভুগ্নং লজ্জান্বিতে যোজ্যং যতীনাং তু স্বভাবজম্।
নির্বেদোৎসুক্যচিন্তাসু তথা চ বিনিমন্ত্রণে॥

বিবৃত্তং চাপি বিজ্ঞেয়ং হাস্যশোকভয়াদিষু।
স্ত্রীণামুদ্বাহি লীলায়াং গর্বে গচ্ছত্যনাদরে॥
এবং নাম্নেতি কার্যং চ কোপবাক্যে বিচক্ষণৈঃ।

অর্থ। মায়গী থবকশিংদি—বিধুত, বিনিবৃত্ত, নির্ভুগ্ন, ভুগ্ন, নিবৃত্ত-অমস্থুং উদ্বাহি—তরুক অসিনি।

বিধুত—চীন পৈনা কাথোকপবু খঙ্নৈ।
বিনিবৃত—চীন তুমথোকপা
নির্ভুগ্ন—চীন মথ, ওস্থবা
ভুগ্ন - চীন পোমথোকপা
বিবৃত্ত—চীনশান ভানি কাংথোক্লবা।
উদ্বাহি—য়া কাথোকপা

## শীজিন্নফম

বিনিবৃত্ত—নুপীগী ওইবা মতৌ—কন্নক-কঞ্জাউবা, মিহৌ চাউবা, শাউরগা তৌবা মতৌ, থৌরা শাদবা, লৈপুন-ঈবাং অসিনচিংবদা তৌগনি।

বিধুত—থাম্বা নত্রগা থিংনবা হোৎনবদা, 'অদুম্না তৌগনোম্নি' অম্নুম্না হায়বা মতমদা।

নির্ভুগ্ন—অরোনবা অথুপ্প। নকমদা যেংথবদা।

ভুগ্ন—ইকাইবা থোরমদা, থরায় মুংঙাইতবদা, লাঙ্তক্লবদা, রা-খলদা অমদি কোবা থোৎপদা—সন্ন্যাশিংগীদি মতৌ অসিনা মশাগী ওইজবা স্বাভাবিককী মতৌনি।

বিবৃত—অনোকপা, অরাবা, অমদি অকিবনচিংবা মতৌ উৎপদা,

উদ্বাহি—নুপীগী লৈপুন-ঈবাদা চঙ্থোম্না হৈশিংবা মতমদা;

নাপল তৌবদা, 'চা' অমুম্না গায়বদ, 'অহুনিদনা' অমুম্না হায়বদা অমসুং শাউবঙ্নবা ৱাঙাঙ্দা অমদি থৌশাদবা মতৌদা -

১৫৬-(খ)-১৫৭-(ক)।

সমং সাচীকৃতাদ্ব্যক্তা যচ্চ দৃষ্টিবিকল্পিতম্।
তজ্ঝৈস্তেনানুসারেণ কার্যং তদনুগং মুখম্।

অর্থ। অহৈ অশিংশিংনা মথক্তা হায়খ্রবা সম, সাচীনচিংবা মিৎ-য়েং মখল কয়া অহুগা লোয়নননা অহৈবা মীশিংবু চীন-গী থবক অসি পাঙ্থোকহনগনি।

মায়দা মচুমমেন তৈদুনা লৈতেং তৌবা অমসুং শীজিন্নফম

১৫৭-(খ)-১৭২-(ক)।

অথাতো মুখরাগশ্চ চতুর্ধা পরিকীর্তিতঃ॥
স্বাভাবিকঃ প্রসন্নশ্চ রক্তঃ শ্যামোঽর্থসংশ্রয়ঃ।
স্বাভাবিকস্তু কর্তব্যঃ স্বভাবাভিনয়াশ্রয়ঃ॥
মধ্যস্থাদিষু ভাবেষু মুখরাগঃ প্রযোক্তৃভিঃ।
প্রসন্নস্ত্বদ্ভুতে কার্যো হাস্যশৃঙ্গারয়োস্তথা॥
বীররৌদ্রমদাদ্যেষু রক্তঃ স্যাৎ করুণে তথা।
ভয়ানকে সবীভৎসে শ্যামং সংজায়তে মুখম্।
এবং ভাব রসার্থেষু মুখরাগং প্রযোজয়েৎ।
শাখাঙ্গোপাঙ্গসংযুক্তঃ কৃতোঽপ্যভিনয়ঃ শুভঃ॥
মুখরাগবিহীনস্তু নৈব শোভান্বিতো ভবেৎ।

১৬৩ (খ)-১৬৪ (ক)।

নয়নাভিনয়োঽপি স্যান্নানাভাবরসান্বিতঃ ॥
মুখরাগান্বিতো যস্মান্নাট্যমত্র প্রতিষ্ঠিতম্।

অর্থ। মিৎকী অভিনয় অমদি মায়মিৎ মচু শঙ্বা ( মুখরাগ ) অনিন পুল্লবদি মথল মথা অয়াম্বা ভাব-রসনা তিনবা ওই। ময়মদি, তৌরিবা নাট্য নত্রগা লীলা অত্থ অসিগুম্বা মচুমমেন তৈবগী থবক অসিতনা যুক্ষম ওইনা লৈ।

১৬৪ (খ)-১৬৫।

যথা নেত্রং প্রসর্পেত মুখভ্রূদৃষ্টিসংযুতম্ ॥
তথা ভাবরসোপেতং মুখরাগং প্রযোজয়েৎ।
ইত্যেষ মুখরাগস্তু প্রোক্তো ভাবরসাশ্রয়ঃ ॥

অর্থ। অঙ্গুন্না রস ভাবকী মতুংইদা তৌবিবতুগী মতিক দাবা মওংদা মাযগী মচু শমেন থাবদা, লীন, লীশ্যং, অমদি মিংগ নায়েংন-চিংবগী মতুং ইম্না তোগনি।

## গক্না থবক

১৬৬-১৬৭-(ক)।

অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি গ্রীবাকর্মাণি বৈ দ্বিজাঃ।
সমা নতোন্নতা ত্র্যস্রা রেচিতা কুঞ্চিতাঞ্চিতা ॥
বলিতা চ নিবৃত্তা চ গ্রীবা নববিধার্থতঃ।

অর্থ হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! মথংদা গক্নী মরমদা অমুক হায়জগে। গক মথল মপাননি মতুদি— সমা, নতা, উন্নতা, ত্র্যস্রা, রেচিতা, কুঞ্চিতা বলিতা অমসুং নিবৃত্তা—।

## শীজিন্নক্রম্

১৬৭ (খ)-১৭১।

সমা স্বাভাবিকী ধ্যানস্বভাবজপকর্মসু ॥
নতাস্যাদলঙ্কারবন্ধে কণ্ঠাবলম্বনে।
উন্নতাভ্যুন্নতামুখী গ্রৈবেয়েহধ্বাদিদর্শনে ॥
ত্র্যস্রা পার্শ্বগতা চৈব স্কন্ধভারেহথ দুঃখিতে।
রেচিতা বিধুতা ভ্রান্তা হাবে মথন নৃত্তয়োঃ ॥
কম্পিতাহকুঞ্চিতা মূর্ধ্নি ভারিতে গলরক্ষণে।
অঞ্চিতাহপগতোদ্বন্ধকেশাকর্ষধ্বদর্শনে ॥
পার্শ্বোন্মুখী স্যাদ্বলিতা গ্রীবাভঙ্গে চ বীক্ষিতে।
নিবৃত্ত ভিমুখীভূতা স্বস্থানাভিমুখাদিষু ॥

অর্থ। সমা—মসিদি ইশাগী ওইজবা হান্নগী ইমান মান্নবা মতৌ অদুবু হায়বনি। ধ্যান তৌবা (বাখল) অমসুং চন্না লৈবা মওঙ্দা মসি শীজিন্নগনি।

নতা—মাগপোং লকথগনি। লৈতেং পোৎলম শিজিন খোং-চিনবদা অমসুং অত্তোপ্পা অমগী মংক কোনশিনবদা।

উন্নতা— মায লোংশংপদা। লৈক শিবা অমদি লম্বী যেংবদা।

ত্র্যস্রা—নাকন্দ মায ওস্তোকপদা। লেংবন্দা পোৎলুম পুবা অমদি পুক্নীংগী অৱাব মওঙ্দা

রেচিত—ভক হাইবা নত্রগা নোম্বা। হাব (কামগী ঈৱাং হেনগৎহনবা অতঞ্চ। নুপীগী হোদো-খোঙ্শিং), শঙ্গোম, মাখনচিবা অমসুং জগোই শাবা মতমদা

কুঞ্চিতা—নোম্বা। পোৎলম পূবদা অমসুং ইশাগী ভকপু কন্নবা হোৎনবা মতৌদা

অঞ্চিতা—তুংহন্না মায় লৈথোকপদা ওইবা ওক্কী মওঙ্। থৌন্নী য়ানবা ( কাঁসি তৌবা ), শম পায়হনা চিংবা অমসুং মথক্তা য়েংখৎপদা

বলিতা—নাকন্দা মায়-লৈথোকপদা। মসিগী ওক অসি মায় লৈথোক্লুনা য়েংবা মতমদা শীজিন্নগনি।

বিবৃত্তা—মাঙ্দা চুম্না য়েংবদা ওইবা ওক। মশাগী হান্নগী মকম তম্না চৎপদা শীজিন্নৈ।

১৭২-১৭৩।

ইত্যাদিলোকভাবার্থা গ্রীবাভঙ্গৈরনেকধা।
গ্রীবাকর্মানি সর্বাণি শিরঃ কর্মানুগানি চ॥
শিরসঃ কর্মণা কর্ম গ্রীবায়াঃ সংপ্রবর্ততে।
ইত্যেতল্লক্ষণং প্রোক্তং শীর্ষোপাঙ্গসমাশ্রয়ম্।
অঙ্গকর্মাণি শেষাণি গদতো মে নিবোধত॥

অর্থ। মীওইবগী ভাব ফোংদোকপদা মরু ওইবা অসিগুম্বা ওক্কী ওকথেক মথক য়াম্মী। ওকথেক পুম্নমক কোক্-কা মরী লৈনৈ। কোক্কী কোকলৈ-কোকহাইনা ওক্কী মতৌ অহুম্মক লেপ্পি। কোক অমসুং মহুগা মরী লৈনবা উপাঙ্গ ( হকচাং কায়াং ) শিংগী মতৌ মওঙ্-নচিংবা হায়রবসিনি। হুজীক অমুক মথং তারকপদা হকচাংগী মতৌ মওঙ্ শিংগী রায়ম অমূক হায়জরকে তাবিয়ু।

ভরতকী নাট্য-শাস্ত্রদা 'উপাঙ্গগী শীজিন্নকম কৌবা ৮ শুবা তাংকক অহু মতাং অসিদা লোইরে।

মাপন শুবা তাংকক

# খুৎলোন ( মুদ্রা )

ভরতনা হায়রকই

১-৩ এবমেতচ্ছিরোনেত্রভ্রূনাসোষ্ঠকপোলজম্।
কর্মলক্ষণসংযুক্তমুপাঙ্গানাং ময়োদিতম্॥
হস্তোরঃ পার্শ্বজঠরকটীজঙ্ঘোরুপাদতঃ।
লক্ষণং সংপ্রবক্ষ্যামি বিনিয়োগং চ তত্ত্বতঃ।
হস্তানাং তু প্রবক্ষ্যামি কর্মনাট্যপ্রয়োগজম্।
যথা যেনাভিনেয়ং চ তন্মে নিগদতঃ শৃণু॥

অর্থ। কোক, মিৎ, পীশূম, নাতোন, চীনবান অমসুং খজাই ( চায়রুং )- উপাঙ্গশিং অসিগী মরম পুন্নমক অসুম্না ঐনা হায়জখ্রে। খুৎ, থবাক, নাক, পুক, খ্বাঙ, কৈগল, কৈবোম অমসুং খোঙ্গী মতৌ মওঙ্ অমসুং মচুগী শীজিন্নফমনচিংবা।[1] হাযবদি হৌনবী কায়দনা তৌবা নাট্য ( লীলা ) নচিংবদা কনাগুম্বনা অভিনযগী মতমদা শীজিন্নফম থোকপা। খুৎকী-খুৎলোন ( মুদ্রা ) নচিংবা পুন্নমক হায়জগে তাবিয়ু।

## হস্তমুদ্রা ( খুৎলোন )[2]

৪-৮ (ক)। পতাকস্ত্রিপতাকশ্চ তথা বৈ কর্তরীমুখঃ।
অর্দ্ধচন্দ্রো হ্যরালশ্চ শুকতুণ্ডস্তথৈব চ॥
মুষ্টিশ্চ শিখরাখ্যশ্চ কপিত্থঃ কটকামুখঃ।

---

১। ১৪/৩২ দগী হৌনা য়েংউ

১। সংগীত রত্নাকর নর্তনাধ্যায় ৭৮ দগী য়েংউ

সূচ্যাখঃ পদ্মকোশশ্চ তথা বৈ সর্পশীর্ষকঃ ॥
মৃগশীর্ষঃ পরো জ্ঞেয়ো হস্তাভিনয়যোক্তৃভিঃ।
কাঙ্গুলোহলপদ্মশ্চ চতুরো ভ্রমরস্তথাঃ ॥
হংসাস্যো হংসপক্ষশ্চ সন্দংশো মুকুলস্তথা।
উর্ণনাভস্তাম্রচূড়শ্চতুর্বিংশতিরীরিতঃ ॥
অসংযুতা সংযুতাশ্চ গদতো মে নিবোধত।

অর্থ। অসংযুক্ত হস্ত মুদ্রা মথল ২৪ নি মহুদি —

পতাক, ত্রিপতাক, কর্তরীমুখ, অর্ধচন্দ্র, অরাল, শুকতুণ্ড, মুষ্টি, শিখর, কপিত্থ, কটকামুখ, সূচ্যাস্য, পদ্মকোশ, সর্পশীর্ষক, মৃগশীর্ষ, কাংগূল, অলপদ্ম, চতুর, ভ্রমর, হংসাস্য, হংসপক্ষ, সংদংশ, মুকুল, উর্ণনাভ, তাম্রচূড়। মথংদা সংযুক্ত হস্ত অমুক হায়গে তাবিয়ু।

৮ (খ) ১০ (ক)।

অঞ্জলিশ্চ কপোতশ্চ কর্কটঃ স্বস্তিকস্তথা ॥
কটকাবর্ধমানশ্চ উৎসংগো নিষধস্তথা।
দোলঃ পুষ্পপুটশ্চৈব তথা মকর এব চ ॥
এতে তু সংযুতা হস্তা ময়া প্রোক্তাস্ত্রয়োদশ।

অর্থ। সংযুক্ত হস্তমুদ্রা মথল ১৩ নি মহুদি —[১]

অঞ্জলি, কপোত, কর্কট, স্বস্তিক, কটকাবর্ধমান, উৎসঙ্গ, নিষধ, দোল, পুষ্পপুট, অমসুং মকর।

১০ (খ)-১৭ (ক)।

নৃত্তহস্তানতশ্চোর্ধ্বং গদতো মে নিবোধত ॥
চতুরস্রৌ তথোদ্বৃত্তৌ তথা তলমুখৌ স্মৃতৌ।

১। মসিদদি মশীং ১০ দনি অদুবু M Ghosh না অবাৎপা অহমগী মখিং ইয়বী মচুদি—গজদন্ত, অবহিত্থ অমসুং বর্ধমান অসুমা। মথক্তা ইয়িবসিসু ৬৫ তাই —২৪+১০+৩১=৬৫। অদুম অসি হাপ্লগনা ৬৮ তরে। অদুনা শ্লোকতা ৬৪ হায়বসিসু শোয়নরি।

স্বস্তিকৌ বিপ্রকার্ণৌ চাপ্যরালকটকামুখৌ ॥
আবিদ্ধবক্রৌ সূচ্যাস্যৌ রেচিতাবর্ধরেচিতৌ।
উত্তানাবঞ্চিতৌ বাপি পল্লবৌ চ তথা করৌ ॥
নিতম্বৌ চাপি বিজ্ঞেয়ৌ কেশবন্ধৌ তথৈব চ।
সম্প্রোক্তৌ চৈব লতাখ্যৌ কারিহস্তৌ তথৈব চ ॥
পক্ষবঞ্চিতকৌ চৈব পক্ষপ্রদ্যোতকৌ তথা।
জ্ঞেয়ৌ গরুড়পক্ষৌ চ হংসপক্ষৌতথৈব চ।
ঊর্ধ্বমণ্ডলিনৌ চৈব পার্শ্বার্ধমণ্ডলৌ ॥
মুষ্টিকস্বস্তিকা চাপি নলিনাপদ্মকোশকৌ।
অলপল্লবোল্বণৌ চ ললিতৌ বলিতৌ তথা ॥
চতুঃষষ্টিকরা হ্যেতে নামতোঽভিহিতা ময়া।

অর্থ। মথংদনা নৃত্যহস্তগী মরম হায়রুগে তাবিয়ু পূম্না হস্তক ( থৃংথেক ) ৩১ নি মহুদি— চতুরস্র, উদ্বৃত্ত; তলমুখ, স্বস্তিক, বিপ্রকীর্ণ, অরালকটকামুখ, আবিদ্ধবক্র, সূচ্যাস্য, রেচিত, অর্ধরেচিত, উত্তান, অঞ্চিত, পল্লব, নিতম্ব, কেশবন্ধ, লতা, কারিহস্ত, পক্ষবঞ্চিতক, পক্ষপ্রদ্যোতক, গরুড়পক্ষ, হংসপক্ষ, ঊর্ধ্ব মণ্ডলী, পার্শ্বমণ্ডল, উরোমণ্ডলী, উরঃপার্শ্বমণ্ডল, মুষ্টিকস্বস্তিক, নলিনাপদ্মকোশক, অলপল্লব, উল্বণ, ললিত, বলিত। অসুম্না পূম্না থৃংকী মওঙ্ ৬৪ গী মরম ঐনা হায়রবসিনি।

## অসংযুত হস্তগী মশক মওঙ্ তাকলি

১৭ (খ) ২৬ (ক)।

অথ লক্ষণমেতেষাং কর্মাণি চ নিবোধত ॥
প্রসারিতাগ্রাঃ সহিতা যস্যাঙ্গুল্যো ভবন্তি হি।
কুঞ্চিতশ্চ তথাঙ্গুষ্ঠঃ স পতাক ইতি স্মৃতঃ ॥

এষ প্রহারপাতে প্রতাপনে নোদনে প্রহর্ষে চ।
গর্বেঽপ্যহমিতি তজ্জৈর্ল্ললাটদেশোত্থিতঃ কার্যঃ॥
এষোঽগ্নিবর্ষধারানিরূপণে পুষ্পবৃষ্টিপতনে চ।
সংযুত করণং কার্যঃ প্রবিরলচলিতাঙ্গুলির্হস্তঃ॥
স্বস্তিকবিচ্যুতিকরণাৎ পল্লবপুষ্পোহারশস্যাণি।
বিরচিতমুর্বীসংস্থং যদ্ দ্রব্যং তচ্চ নির্দেশ্যম্॥
স্বস্তিকবিচ্যুতিকরণাৎ পুনরেবাধোমুখেন কর্তব্যম্।
সংবৃতবিবৃত্তং পাল্যংছন্নং নিবিড়ং চ গোপ্যং চ॥
অস্যৈব চাঙ্গুলীভিস্ত্বধোমুখ প্রস্থিতোত্থিতচলাভিঃ।
বায়ুর্ভিবেগবেলাক্ষোভশ্চোগ্রশ্চ কর্তব্যঃ॥
উৎসাহনং বহুতথা মহাজনং প্রাংশুপুষ্কর প্রহতম্।
পক্ষোৎক্ষেপাভিনয়ং রেচককরণৈঃ প্রযুঞ্জীত॥
পরিঘৃষ্টতলস্থেন তু ধৌতং মৃদিতং প্রমৃষ্টপিষ্টে চ।
পুনরেব শৈলধারণমুদ্ঘাটনমেব চাভিনয়েৎ॥
এবমেব প্রযোক্তব্যঃ স্ত্রীপুংসাভিনয়ে করঃ।

অর্থ। হুজীক মথোয় অসিগী মওঙ্ মতৌ অমস্যুং থবক্কী মরমদা তাবিয়ু—।

পতাক—( ফীরাণ ) খুৎচা মরিনা অমগা অমগা নপ্পনা চপত্তিনা লৈরগা খুৎপীনা কোনশিন্না লৈরবদি মদুবু 'পতাক' হস্ত হায়না কৌই।

শীজিন্নফম—

খুপাক্কা থাবা, মুংশাগী মৈশাদগী কনবা ( মুংশা খনবা ), য়াথং পীবা, কাহেন্না মুংঙাইবদা অমস্যুং ইশাগী 'ঐনি, ঐননি' অসুম্না নাপল তৌবদা অহৈবশিংনা মসিগী পৃৎ অসিবু কোক মপাদা থাঙ্গৎকনি।

মৈ খঙ্‌হনবা, নোংতাবা অমসুং লৈ চাইথবা উৎপদা খুৎ অনিমক শম্নগনি অহুগা খুৎচাশিংনা মচা তানা ( শম্নদনা, নগ্নদনা ) লৈম্নগা থম্না ২ লেঙ্‌গনি।

অপীকপা ঈশিং তুংফম ( পূর্ণ্রীনচিংবা , লৈগী খুদোন ভম্বা, নাপী-শীংবী, অহুগা লৈমায়দা লৈবা করিগুম্বা পোৎ অমা উৎপদা স্বস্তিক ওইনা লৈরম্না খুৎ অনি খাইদোক্নরগা ( হাইদোক্নরগা ) উৎকনি।

স্বস্তিক ভগী খাইদোক্নবা খুবাক মখা ওন্থবা খুৎনা ( পতাক )—কূপশিনবা, হাংদোকপা, ঙাকফম-কনফম থোকপা ( তেক্ত কায়দনা থম্নীংবা ), হরাউব-অপেনবা, অশূকপা ( অশোঙ্‌বা ) অমসুং অরোনবা পোৎ উৎপদা শীজিন্নগনি।

খুৎ মওং অনিমক্না খুদোন মখা ওন্থরগা থক থাদা কাখৎ কূমথ তৌহনা খুৎচাশিংনা নুংশিং শীংপা, ঈথক-হৌবা, সমুদ্রগী ঈথক্না লৈরাইদা কুবা ( যৈবা নত্রগা কাখৎপা ) অমসু [1]গানীংদবা মতৌ উৎকনি ( আপত্তি )।

খুৎ অসিগী রেচক-করণনা থৌনা ফবা, পোৎ পীবা, মশীং যাম্বা, মীয়াম, অরাংবা মফম, খাইবা থীনবা অমসুং মথক্তা উচেকনা বাংনা পাইখৎপা অসিনচিংবা উৎনগনি।

পতাকহস্তগী খুবাক অনি তক্নহুনা উৎকনি মহুদি, শুবা চাম্বা, চপ-শিনবা, শেংদোকপা ( বাইতৈবা ? ), কূপথায়বা-তকথায়বা, চীং থাং-গৎপা, থাংদোকপা[১] অসিনচিংবদা।

অসিগুম্বা খুৎলোন অসি নিপা অমসু নূপী অনিমক্তা শীজিন্নগনি।

---

১। M. Ghosh—'flood' p. 172

২। M. Ghosh নদ চীং মক হূক্লোকপা (uprooting of a hill) অহুম্না অর্থ হজি—লাঃ ১৭২

২৬ (খ)-৩১

অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি ত্রিপতাকস্য লক্ষণম্ ॥
পতাকে তু যদা বক্রা ঽনামিকাত্বঙ্গুলির্ভবেৎ।
ত্রিপতাকঃ স বিজ্ঞেয়ঃ কর্মচাস্য নিবোধত ॥
আবাহনমবতরণং বিসর্জনং বারণং প্রবেশশ্চ।
উন্নামনং প্রণামো নিদর্শনং বিবিধবচনং চ ॥
মাঙ্গল্যদ্রব্যাণাং স্পর্শঃ শিরশোঽথ সন্নিবেশশ্চ।
উষ্ণীষমুকুটধারণনাসাস্যশ্রোত্রসংবরণম্ ॥
অগ্ব্যেব চাঙ্গুলীভ্যামধোমুখপ্রস্থিতৌত্থিতচলাভ্যাম্।
লঘুখগপতনস্রোতোভুজগভ্রমরাদিকান্ কুর্যাৎ ॥
অশ্রুপ্রমার্জনতিলকবিরচনরোচনালভনকং চ।
ত্রিপতাকানামিকয়া স্পর্শনমলকস্য কার্যঞ্চ ॥

অর্থ। মথংদা ত্রিপতাকগী লক্ষণ ( মওঙ্ মতৌগী মরম ) হায়গে। পতাক হস্তগী খুৎনীংথো কোনশিল্লবদি মহু 'ত্রিপতাক' হস্ত ওই।

মসিগী মথৌ তাবিয়ু—

লাইবু কৌবা ( লাকপনীনবা ), মথক্তগী কুমথবা, থাদোকপা ( বিদায় পীবা ), থাম্বা ( থিংবা ), চড্‌শিনবা, করিগুম্বা অমা থাজৎপা, খুরুম্বা, করিগুম্বা খুদম অমা উৎপা, তোঙান তোঙানবা ৱাহৈ, মঙ্গলগী পোৎলম শেম শাবা, নত্রগা পোৎ অহুনা কোক্তা শোকপা, মুহুপ উম্মা নত্রগা কোম্বেৎ য়েৎপা, চিন-নাকোঙ্-নাতোন মেনবদা নত্রগা থনজিনবদা মসিগী খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

খুৎলোন অসিংক্তা খুৎচা মথা ওস্থরগা ( হাইথরগা ) কাথৎ-কুমথ তৌহুনা অপীকপা উচেকনা হাইথবা ( পাইথবা ), ঈচেল, লিন অমসুং খোইমুনচিংবা উৎকনি।

অসিগুম্বা ত্রিপতাকহস্তগী খুৎনীংঙৈবা পি তেথোকপা, চন্দন থিনবা, লৈতেং-পোৎলম লৌবা অমস্তং শম শেংকপা পায়বা (শম লীৎপা নানবা) অসিনচিংবা তৌগনি।

৩২-৩৭। স্বস্তিকত্রিপতাকৌ (তৌ) গুরূণাং পাদবন্দনে।
পরস্পরাগ্রসংশ্লিষ্টৌ কার্যাবুদ্বাহদর্শনে॥
বিচ্যুতৌ (তৌ) ললাটস্থৌ কর্তব্যৌ নৃপদর্শনে।
তির্যক্স্বস্তিকসম্বন্ধৌ স্যাতাং তৌ গ্রহদর্শনে॥
ত ।স্বিদর্শনে কার্যাবূর্ধ্বমুত্তানসম্মুখৌ॥
পরস্পরাভিমুখৌ চ কর্তব্যৌ দ্বারদর্শনে॥
উত্তানাধোমুখৌ কার্যাবগ্রে বক্রস্য সংস্থিতৌ।
বড়বানলসংগ্রামে মকরাণাং চ দর্শনে॥
অভিনেয়স্তনৈব বানরপ্লবনাময়ঃ।
পবনশ্চ স্ত্রিয়শ্চৈব নাট্যে নাট্যবিচক্ষনৈঃ॥
সম্মুখপ্রসৃত অঙ্গুষ্ঠ কার্যো বালেন্দুদর্শনে।
পরাঙ্মুখস্ত কর্তব্যো যানে নৃণাং প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। খুৎচা পুন্নমক মচা তানা লৈবা মতুংগী স্বস্তিক (কারণ চনবা) ওইবা ত্রিপতাক হস্তনা গুরুজনশিংগী খোঙ-শেংবা শুরুষদা শীজিন্নগনি অমস্তং লুহোঙ-কৈহোঙবা উবদনা, খুৎ অসিগী মতোন মতোন শম্নবা উৎকনি নিংথৌ উবদনা খুৎ অনিমক হাইদোক্লরগা লাইপক শোক্লুনা লৈগনি। গ্রহন চিংবা উবদনা খুৎ অনি অসি খোয়নবা স্বস্তিককী মওঙ তৌগনি। মুংনচংবা উবদনা খুৎ অনি অসি মথক্তা থাঙৎকনি অমুগা মাঙদা খুবাক লোংথোকনবা। থোঙ উৎপদনা হায়রিবা খুৎ অনি অসি অংগা অমগা ওনশিন্নগনি।

লম্মৈ চাকপা, শাফম লানফম অমদি য়োংজ উনচিংবা উবদনা খুৎ অনি অসি লা থোক্কনি অমুগা খুৎ অসিবু মায় মপাদা লোংনা

খুরগা উপথতুনা খুদোন হাইথরবদি মতুনা য়োংনা চোংবা, ঈথক ইপোম, মুংশিং অমসুং নূপীবু উংকনি। অগোই শেম্বা মীনা নোংমা পানবনচিংবা পানথংপা থাবু উবদা খুৎ অসিগী খুৎপীনা মাঙ্দা হাই-দোক্কনি, অতুগা মী অমনা মাগী য়েক্লবগী কাদা চংশিনবা মতমদনা খুৎ অসি তুংলোমদা ওম্হোক্কনি।

৩৮ ৪০।

> ত্রিপতাকে যদা হস্তে ভবেৎ পৃষ্ঠাবলোকিনী।
> তর্জনী মধ্যমায়াশ্চ তদাসৌ কর্ত্তরীমুখঃ॥
> পথিচরণরচনশ্চ্ঙ্গরিঙ্গণকরণান্যধোমুখেনৈব।
> উর্দ্ধমুখেন তু কুর্যাদ্ দষ্টং শৃঙ্গং চ লেখ্যং চ॥
> পতন মরণব্যতিক্রমপরিবৃত্তবিতর্কিতং তথা ন্যস্তম্।
> ভিন্নবলিতেন কুর্যাৎ কর্তর্যাস্ত্যঙ্গুলিমুখেন॥

অর্থ। কর্ত্তরীমুখ হস্ত (কাতি ময়া) ত্রিপতাক হস্তগী খুৎতা খুদোম্বী অমসুং খুৎয়ায় অনিনা তুংলোমদা ওম্হোক্লবদি মদুবু 'কর্ত্তরী-মুখ হস্ত' কৌই।

**শীজিন্নকম—**

লম্বী তাকপা, খোঙ্-লৈতেং তৌবা (তৈবনচিংবা), অঙাংনা শল শানা চংপদা খুৎ মতোন ওম্হরগা তৌগনি। খুৎচা মথক্তা হাইগৎলগা (য়ানা) চৌকপা, শা শনগী মচি, অমসুং চিঠি (য়েংবা) উৎপদা তৌগনি। অতুগা মসিগী খুৎ অসিগী খুৎচানা ওন্না তৈননা লৈথোক্লবদি (হায়বদি খুৎম্বায়না তুংলোমদা কোনশিল্লবদি) মতুনা তুবা-তাবা. শিব', নিয়ম থুগায়না চংপা, ধ্যান তৌবা (পরিবৃত্ত—Cogitation M. Ghosh), অরান অচুম খম্না লৈনবা, অমসুং

পোৎ-চৈ-মাঙ্‌দনবা থাক্কনা শিন্নহুনা থম্ব। অসিনচিংথগী অভিনয়দা শীজিন্নগনি।

৪১। সংযুতকরণো বা হ্যাদসংযুতে বা প্রযুজ্যতে তজ্‌জ্ঞৈঃ।
রুরুচমরমহিষসুরগজবৃষগোপুরশৈলশিখরেষু॥

অর্থ। অথঙ্‌বশিংনা অনি শিন্নবা (সংযুক্ত) নত্ত্রগা থাইদোক্লবা (অসংযুক্ত) খুৎ শীজিন্নহুনা রুরু কৌব শজি, চমরী শজি (মমৈনা চামর ওইনবা), ইরোই, ঐবাংত, শল্লাবা, সহরগী নত্ত্রগা লাইগী মন্দির চঙ্‌ননবা হোজঙ্‌ থোঙ্‌ অমস্তুং চীংদোন উৎপদা তৌগনি।

৪২। যস্যাঙ্গুল্যস্তু বিনতাঃ সহাঙ্গুষ্ঠেন চাপবৎ।
সোঽর্ধচন্দ্রো হি বিজ্ঞেয়ঃ করঃ কর্মাস্য বক্ষ্যতে॥

অর্থ। অর্ধচন্দ্র হস্ত --(থামচেৎ শাবা খুৎ)

খুৎপীগা লোয়ননা খুৎশা পুম্নমক চপত্তিংপেক্লনা লীরুং মওঙ্‌ মালহল্লবদি (খুৎচা মরিগা খুপীগা ওন্নতৈনবা মায়কৈদা ফাক্কোক্লবদি) মহুগী খুৎ অদুবু 'অর্ধচন্দ্র-হস্ত' হায়না কৌই।

৪৩-৪৪। এতেন বালতরবঃ শশিলেখাকম্বুকলশবলয়ানি।
নির্ঘাটনমায়স্তং মধ্যোপন্যং চ পীনং চ॥
রশনাজঘনকটীনামাননতলপত্রকুণ্ডলদীনাম্‌।
কর্তব্যো নারাণামভিনয় যোগোঽর্ধচন্দ্রেণ॥

অর্থ। মসিগী খুৎ অসিনা শীজিন্নফমদ---

উপাল মচ, থা-মচেৎ, মোইবুং, চফু, চক্লুমপান অকোয়বা নত্ত্রগা খুজি, হাংদোকপা, অশোক অপন নংবা, চকচাং মমুং নত্ত্রগা খাঙ্‌ উৎপা, নোয়বা পেনবা, অসিগী অভিনয় তৌগনি।

নুপীশিংগী খ্বাঙ্‌লাক, নীংঙোন, খ্বাঙ্‌, মায়থোং, নাগী লৈতেং, অমসুং কুণ্ডলনচিংবগী (নাইন) অভিনয় তৌবদা 'অর্ধচন্দ্র হস্ত' না তৌগনি।

৪৫-৪৯।

আদ্যা ধনুর্লতা কার্য কুঞ্চিতোঙ্গুষ্ঠকস্তথা।
শেষা ভিন্নোর্ধ্ববলিতা হ্যারালাঙ্গুলয়ঃ স্মৃতাঃ ॥
এতেন সত্ত্বশৌণ্ডীর্যবীর্যধৃতিকান্তিদিব্যগাম্ভীর্যম্।
আশীর্বাদাশ্চ তথা ভাবা আহিতসংজ্ঞকাঃ কার্যাঃ ॥
এতেন পুনঃ স্ত্রীণাং কেশানাং সংগ্রহৎথোৎকর্ষৌঃ।
সর্বাঙ্গিকং তথৈব চ নির্বর্ণনমাত্মনঃ কার্যম্ ॥
কৌতুকবিবাহযোগং প্রদক্ষিণেনৈব সংপ্রয়োগং চ।
অঙ্গুল্যগ্রস্বস্তিকযোগাৎ কুর্যাৎ পরিমণ্ডলেনৈব ॥
প্রাদক্ষিণ্যং পরিমণ্ডলং চ কুর্যান্ মহাজনং চৈব।
যচ্চ মহীতলরচিতং দ্রব্যং তচ্চাভিনেয়ং স্যাৎ ॥

অর্থ। অরালহস্ত—(খুৎচা কোনবা)

খুদোম্বীনা লীক্লং শানা কোনশানি, খুৎপী কোনশিনগনি অহুগা খুৎচা অভৈমা মওঙ্‌ মায়দনা কোম্লপ তৌরগা মথক ওনথৎকনি—খুং অসিবু অরাল হায়না কৌই।

মসিগী অভিনয়দি—নাপন, অকনবা মতৌ, পুক্লীং লৈতাবা, মশাগী মঙান, লাইরমলেনগী ওইবা পোৎ, চীং লেম্বা মতৌ, আশীর্বাদ তৌবা অমসুং মুংঙাইবা ভাব অসিনচিংবা ফোংদোকপদা তৌগনি।

শীজিন্নফমদি—

নুপীগী শম খোমজিন তাশিনবা, শম শীন্দোকপা, অমসুং মথক্তা মশা অপুম্ববু নাংথিনা য়েংবগী অভিনয় তৌবদা মসি শীজিন্নগনি

হৱাউ কুম্মে অমসুং লুহোঙ্বগী থবক, কন্যাদান বরবু কোয়বা (লৈ কোয়বা), লুহোঙ্বদা উম্বা- মসিগী অভিনয়দ উংকদোৱিবা খুৎ অনিমক্কা (অৱাল) মশা মশাগ মাথৈ মনি মক্তা কোননা লৈগনি— মসি তৌবা মতমদা খুৎচা মতোন আনন। স্বস্তিক কী মওঙ্ তৌগনি (কারণ চনগনি)। অসিগুম্বা খুৎ অসিনা কোয়বা, কোইৱপ কোয়বা পোৎ উৎপা, মীয়াম তিনবা অমসুং লৈংায়দা শেম শাম্বুনা থম্বা পোৎনচিংবগী অভিনয় তৌগনি।

৫০-৫১।

> আবাহনে নিবাপে নিন্দাক্ষেপাদ্যনেকবচনে চ।
> স্বেদস্য মার্জনে গন্ধাঘ্রাণে শুভে চৈব॥
> ত্রিপতাকহস্তজানি পূর্বং যান্যভিহিতানি কর্মাণি।
> তানিত্বরালযোগাৎ স্ত্রীভিঃ সম্যক্ প্রযোজ্যানি॥

অর্থ। লাইবু আবাহন তৌবা (কৌবা), ইপা-ইপুগীদমক ঈশিংদান তৌবা, তাথীবা, চৈক থাবা তৌবা, রাযাম শাঙ্বা, হুমাং তৈথোকপা, মুংশিংবা মনম নম্বা আসনচিংবদা ঐনা হায়না হায়খিবা ত্রিপতাকহস্তনা তৌগনি হায়বা থৌরমশিং পুম্নমক অদু নুপীনা তৌরবদি হস্তকী 'অরালহস্ত' অসিনা পাঙ্থোকদবা ওই।

৫২। অরালস্য যদা বক্রাহনামিকাত্বঙ্গুলির্ভবেৎ।
শুকতুণ্ডস্তু স করঃ কর্ম চাস্য নিবোধত॥

অর্থ। শুকতুণ্ড (তেনবা মচীন)— অরাল হস্তগী খুৎনীংথৌনা কোল্লবদি মদুবু 'শুকতুণ্ড' হায়না কোই। মসিগী থবক তাবিয়ু।

৫৩। এতেন ত্বভিনেয়ং নাহং ন ত্বং ন কৃত্যমিতিচার্থে।
আবাহনে বিসর্গে ধিগিতিবচনে চ সাবজ্ঞম্॥

অর্থ। ঐ নত্তে, নঙ্ নত্তে, মসি তৌবা হৌনদে অসুম্না খঙ্হন-বদা, লাই আবাহন অমসুং বিসর্জনদা কৌবা অমসুং খদোকপদা।) অঙুগা খোঁশাদবা মওঙ্দা, ওস্থোকইদকো, অসুম্না শায়বদা শুকতুণ্ড-হস্ত অসি শীজিন্নগনি।

৫৪-৫৫। অঙ্গুল্যো যস্য হস্তস্য তলমধ্যেঽগ্রসংস্থিতাঃ।
তাসামুপরি চাঙ্গুষ্ঠঃ স মুষ্টিরিতি সংজ্ঞিতঃ॥
এষ প্রহারে ব্যায়ামে নির্গমে স্তনপীড়নে।
সংবাহনেঽসিযষ্টীনাং কুন্তদণ্ডগ্রহে তথা॥

অর্থ। মুষ্টি হস্ত—(খূদুম)

খুৎচা পুম্নমক্না খুবাক্ত কোনশিন্নগা মথক্তা খুৎপীনা নল্লবদি মদুবু 'মুষ্টি-হস্ত' হায়না কৌই।

শীজিন্নফম—

ফুবা, শাজেল,[১] মপান থোকপা (চৎপা), ইরোই মথোম শুম্নন-চিংবা, হরুচাং নোইবা-নম্বা, থাঙ্শাং পায়বা, গদা অমদি লম্বু-নত্রগা তা পায়বদা মসিগী খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

৫৬-৫৭। অস্যৈব তু যদা মুষ্টেরূর্ধ্বোঙ্গুষ্ঠঃ প্রযুজ্যতে।
হস্তঃ স শিখরো নাম তদা জ্ঞেয়ঃ প্রয়োক্তৃভিঃ॥
রশ্মিকশাঙ্কুশধনুষাং তোমরশক্তিপ্রমোক্ষণং চৈব।
অধরোষ্ঠপাদরঞ্জনমলকস্যোৎক্ষেপণং চৈব॥

অর্থ। শিখর হস্ত—(চাংদান শাবা খুৎ)

মুষ্টিগী খুৎ অসিদা খুপী রাংনা থাংগৎলবদি (কাঙ্খৎলবদি) নাট্য হৈনশিংনা মদুবু 'শিখর' হায়না খঙ্নৈ। চুক্লী (লাগাম) পায়বা,

---

১। লান তৌবা-অভিনয়বগুপ্ত

মেতি বদেতি চ যে'জ্যা'প্রসারিতোৎকম্পিতোত্তানা॥
কার্যা প্রকম্পিতা রোষদর্শনে স্বেদরূপণে চৈব।
কুন্তলকুণ্ডলাঙ্গদগণ্ডাশ্রয়মণ্ডনাভিনয়ে॥

অর্থ। মসিগী শীজিন্নবগী মওঙ্ মথল য়াম্মী- থূদোম্বী মথক্তা হাইগৎপা, হাইথবা, নাকন্দা হাইবা, নীকপা রাংথৎ নেমথ ( ভিংথৎ-তিংথ ) তৌবা, মথক্তা চপতিংনা অচুম্মক লৈবা, অক্তুগা চপতিংনা লৈরগা পোথাবাদি লৈতবা-মথোয় অসি তৌগনি।

স্থূচী মুখহস্তগী মথক্তা হাইগৎপা থূদোম্বীনা থ', নোংথাঙ্, ক্ষীরাণ, ঊনা ময়োন ( মঞ্জরী ), নাপগী কুণ্ডল, মথোয়ব শাজং, থাগৎ-বাহৈ, অপীকপা লিনহা মচা ঊনা, দূপ, থাউরৈ, ঊরী, শিখণ্ড ( কাকপক্ষ কৌবা অঙ্গ্গী মকোক্তা লৈবা শম্নূ ), ভাবা ভুবা, খোয়বা অমস্যুং কোইরপ কোয়বা পোৎ উৎপদা শীজিন্নগনি।

অক্তুগা অমুক হন্না মসিগী থূদোম্বী অসিনা মথক্তা হাইগৎলগা শীজিন্নগদবা অতৈদি-- থরাম্মীচাকাশিং, নাতোন, অমা হায়বা মশীং, চৈ অমস্যুং চৈণ্ড -মথোয় অসি উৎকনি।

ময়া পানব. শা অমঃ উৎপা চতমদা মথা ওম্বা থূদোম্বীনা চীন্দা শোক্লা থমগনি।

থূদোম্বী অসিনা লোমনা লৈরবদি ( circular movement ) মীগী মপোৎ মরল হুপ্পা কৌবা উৎপদা শীজিন্নগনি।

অশাংবা অধ্যায ( মহৈক্তম্বগী মতম শাংবা ) অমস্যুং হুমিৎ মশীং য়াম্ন. শাংবা উৎপদ. থূদো অসি অমস্যু তকাদি।

তবাম চনব. অমস্যু রাহৈ ভাবপদ থূদোম্বী অসি মায ময়াদা থমগনি।

'তৌগন্নু, হায়্যু অসিনচিংবগী অভিনয়দনা থূদোম্বী অসি ভিং-থোকনি, নীকনি অমস্যুং লোংথোকনি।

অশাঙ্টবা উৎপা, হুমাং, শম, নাগী লৈজেং ( নাইন্নচিংবা ), খুজি পোশচাঙ্টবী, খজাই নত্রগা চায়ক্নংগী লৈজেংবদা খুদোম্বী অসি নীক্কনি।

৭৩-৭৫।

গর্বেঽহন্বিতি ললাটে রিপুনির্দেশে তথৈব চ ক্রোধে।
কোঽসাবিতি নির্দেশেঽথ কর্ণকণ্ডুয়নে চৈব॥
সংযুক্তা সংযোগে কার্যা বিশ্লেষিতা বিয়োগে চ।
কলহে স্বস্তিকযুক্তা পরস্পরোৎপীড়িতা বন্ধে॥
দ্বাভ্যাং তু বামপার্শ্বে দক্ষিণতো দিননিশাবসানানি।
অভিমুখ-পরাঙ্মুখাভ্যাং বিশ্লিষ্টাভ্যাং প্রযুঞ্জীত॥

অর্থ। 'ঐ' হায়বা নাপনগী থাঙাঙ্, য়েক্নববু থিন্দুনা হায়বা, 'মসি কনানো' হায়বা রাহৈদা অমস্থুং নাকোঙ্, হোৎপদা—খুৎ অসি লাইপক্তা থমগনি।

মী উন্নবদা, খুৎ অনি পুনশিন্নগনি, খাইদোক্লবা—কায়নবদনা খুৎ অনি খাইদোক্লগনি, খৎনচৈনবদনা স্বস্তিক ( খুৎ অনি কারণ চনগনি ), অফা অপুন উৎপদনা খুৎ অনি তক্লগনি।

খাইদোক্লবা—'সূচীমুখ হস্ত' অনিনা ওয়গী নাকন্দা হকচাং ওনশিন্না থম্নগা মুমিং তাশকপা মতম, অদুগা য়েৎকী নাকন্দা মওঙ অহুমক তোরগনা অহিংগী মতম লোইশিল্লকপবু খঙ্নগনি।

৭৬। পুনরপি চ ভ্রমিতাগ্রা রূপশালাবর্তযন্ত্র শৈলেষু।
পরিবেষণে তথৈব হি কার্যা চাধোমুখী নিত্যম্॥

অর্থ। খুৎ অসিনা মাঙ্গলোনদা থিন্দোক্লবদি করিগুম্বা শক অমা, নুং ( মত অমদা লমচৎকক্ত্রবা মতো ), ঈশং ইরৈ ( উক্লক্ল লেশিনবা ), যন্ত্র ( mechanical ) চীং উৎপদা শীজিন্নগনি। অদুগা চাকইনশীংনচিংবা তাঙ্গদ, ( পারিবেষণ তোবদা ) মতম পুন্নমক্তা খুৎ অসি মখা ভন্থগনি।

৭৭। শ্লিষ্টৌ ললাটপট্টেষ্বধোমুখৌ শম্ভুরূপণে কার্যৌ।
শক্রস্যাভ্যুত্থানে তজ্জৈস্তির্যক্স্থিতৌ কার্যৌ॥

অর্থ। শিব ( মহাদেবগী ) অভিনয় তৌবদা খূৎ অসি মথোম গুম্বনা লাইপক্তা থমগনি। শোরারেন ( ইন্দ্র ) গী অভিনয়দনা অহৈবশিংনা খূৎ অসি থাঙৎলগা ( লাইপক্তা ) পৈনা থমগনি।

৭৮। দ্বাভ্যাং সন্দর্শয়েন্নিভ্যাং সম্পূর্ণং চন্দ্রমণ্ডলম্।
শ্লিষ্টৌ ললাটে শক্রস্য কার্যাভ্যুত্থানসংশ্রিতা॥

অর্থ। অসিগুম্বা খূৎ অনিনা পূর্ণিমা থাবুম্ব উৎকনি। ইন্দ্রধ্বজ—মসিদনা লাইপক্তা নপশিন্না থমগনি।

৭৯। পরিমণ্ডলভ্রমিতয়া মণ্ডলমাদর্শয়েচ্চ চন্দ্রস্য।
হরনয়নে চ ললাটে শক্রস্য চ তির্যগুত্তানা॥

অর্থ। খূৎ অসিনা কোয়না লৈশ্লুনা থগী মকোয় উৎকনি। মহাদেবগী অহুমশুন মিৎ অদু উৎপদদি খূৎ অসি লাইপক্তা থমগনি। ইন্দ্রগী মমিৎ উৎপদনা হায়রিবা খূৎ অসি থোয়মা ( কোন্না ) অমম্ভূং লোংথোক্না থমগনি।

৮০। যস্যাঙ্গুল্যস্তু বিরলাঃ সহাঙ্গুষ্ঠেন কুঞ্চিতাঃ।
ঊর্ধ্বা অসংগতাগ্রাশ্চ স ভবেৎপদ্মকোশকঃ।

অর্থ। পদ্মকোশহস্ত—( থম্বাল অপোম্বা খূৎ )

খূৎপী য়াওনা খূৎচা পূন্নমক অমগা অমগা শম্নদনা কোল্লপ্পা অমদি খূবাক লোংথোক্না লৈরবদি মদুবু 'পদ্মকোশ হস্ত' হায়না কৌই। মসি তৌবদা খূৎমতোন অমম্তা শন্নরোই।

৮১। বিল্বকপিত্থফলানাং গ্রহণং কুচদর্শনং চ নারীণাম্।
গ্রহণে হ্যাম্রফলানাং ভবন্তি তাঃ কুঞ্চিতাগ্রাস্তু॥

**শীজিন্নফম—**

হৈখাগোক অমস্নুং হৈগ্রৌ মহৈ পায়বা অমদি নুপীগী থাবোম উবদা খুৎ অসি শীজিন্নগনি। মখোয়শিং অসিবু লৌব-পাংবদা অমদি শদুম অতেকপা কংবদা খুৎ অসিগী মতোন কোনশিনগনি।

৮২। দেবার্চনবলিহরণে সংহূতে চাগ্রপিণ্ডদানে চ।
কার্যঃ পুষ্পপ্রকরশ্চ পদ্মকোশেন হস্তেন॥

অর্থ। [১]লাইতৌন্দা থাদোক্লবা চবান পোৎলম পুবা, লৈতেংনচিংবা হাপ্নবা উপু মচা, ... শরুগা পীব অহানবা পিণ্ড (নান্দীমুখ ?), লৈ মখল ময়াম উৎপদা 'পদ্মকোশ হস্ত' শীজিন্নগনি।

৮৩। মণিবন্ধাশ্লিষ্টাভ্যাং প্রবিরলচলিতাঙ্গুলাযুতকরাভ্যাম্।
কার্যো বিবর্তিতাভ্যাং বিকসিত কমলোৎপলাভিনয়ঃ॥

অর্থ। খুজেং খুজং (খুবাক মক্ল মক্ল) শন্নবগা (খুবাক ওনশিন্নবা) খুৎচা লম্হোকহন্না (অমগা অমগা শন্নদনা) তুংলোমদা হাইদোক্লবা মণ্ডদা (খুনম লোমদা খুৎচা হাইদোক্লরগা খুদোন হাইবেং কোনবা। লৈবা খুংনা শাংকাথরব। থম্বাগী অভিনয় তৌগনি।

৮৪। অঙ্গুল্যঃ সংহতাঃ সর্বা সহাঙ্গুষ্ঠেন যস্য চ।
তথা নিম্নতলশ্চৈব স তু সর্পশিরাঃ করঃ॥

---

১। offering Puja to a d.ity, Carrying tribute, casket—M. Ghosh-p. 178,

দেবার্চনবলিহরণে—মসি সমাস ওইনা লৌরব দ লাইগী চবান পোৎলমপুবা অম্না থোকই। থাইদোক্লগনা লাই পূজা তৌবা, চবান লৌবা অসগুম্বা অর্থ থোকই।

অর্থ। সর্পশিরাঃ—( লিন মকোক )

খূৎপীগা লোয়নবা খূৎচা পুম্নমক নপ শিন্নবা কোস্তক তোনা লৈরবদি মদুবু [1]'সর্পশির' হস্ত হায়না কৌই।

৮৫। এষ সলিল প্রদানে ভুজঙ্গগতৌ তোয়সেচনে চৈব॥
আস্ফোটনে চ যোজ্য করিকুম্ভাস্ফালনাদ্যেষু॥

অর্থ। লাইদা ঈশিং কৎপা, লিনগী শাজৎ, ঈশিং থীকপা, পাম্বোম ফুবা ( লানব শী নহুন থেংনরমদাইদা ইশাগী পাম্বোম অনিমক্তা খূৎনা ফুবা মতৌ ), শামু মকোক হাইবা মতৌ অসিনচিংবদা শীজিন্নগনি।

৮৬। অধোমুখীনাং সর্বাসামঙ্গুলীনাং সমাগমঃ।
কনিষ্ঠাঙ্গুষ্ঠকাবূর্ধ্বৌ স ভবেন্ মৃগশীর্ষকঃ॥

অর্থ। মৃগশিষক-হস্ত ( শজি মকোক শাবা খূৎ )—

খূৎপী-খূপীনীথৌ অনিনা ক্রংনা-ভিংনা লৈরগা খূৎচা অতৈনা মখা ওন্থনা ( মক্ক-মুক্কা ) লৈরবদি মদবু 'মৃগশীর্ষক' হায়না কৌই।

৮৭। ইহ সাংপ্রতমস্ত্যদ্য শক্তেশ্চোল্লাসনেহক্ষপাতে চ।
স্বেদাপমার্জনেষু চ কুট্টিমিতে প্রচলিতস্তু ভবেৎ॥

অর্থ। মফম অসিদা, হৌজীক, হোয় লৈ, ঙসি, ওইথোকপা, হন্নাউবা, চৌবর হুনবা, হুমাং তৈথোকপা অমম্থং শাউশিন্নবা মতৌদা মসিগী খূৎ অসি শীজিন্নগনি।

৮৮। ত্রেতাগ্নিসংস্থিতা মধ্যা তর্জন্যঙ্গুষ্ঠকাস্তথা।
কাঙ্গুলেহনামিকা বক্রা তথা চোর্ধ্বা কনীয়সী॥

---

১। অর্থ অমত্তা ওইবদগী ম'সবু 'সর্পশীর্ষ' অমুমক্ কৌনৈ

অর্থ। কাঙ্গুল হস্ত—

খুৎয়ায়, খুদোম্বী অমম্ভূং খুৎপী অহুম আস শম্নরোই, খুৎনিংথৌনা কোনগনি অতুগ খুৎনাউবীনা মথক্তা তিংনা লৈগনি—মসিবু 'কাঙ্গুল-হস্ত' হায়না কৌই।

৮৯। এতেন তরুণদলানি নানাবিধাণি চ লঘুণি কার্যাণি।
কার্যাণি রোষজানি স্ত্রীবচনান্যঙ্গুলিক্ষেপৈঃ॥

অর্থ। মসিগী খুৎ অসিনা উহৈ অশংবা, থবক মচা মশূ, শাউনা তৌবা থবক অমদি মসিগী খুৎচাশিং লেঙ্‌বা মত্তৌনা নূপীগী ৱাহৈ-ৱাঙাঙ্‌ ফোংদোকপদা উৎকনি।

। আবর্তিন্যঃ করতলে যস্যাঙ্গুল্যা ভবন্তি হি।
পার্শ্বগতা বিকীর্ণাশ্চ স ভবেদলপদ্মকঃ॥

অর্থ। [1]অলপদ্ম হস্ত—

খুৎচা পুম্নমক্না খুবাকলোমদা ওম্বনা, অমগা অমগা শম্নদনা উমশি-ল্লপ্না লৈথহুনা লৈরবদি মদুবু 'অলপদ্মক হস্ত' হায়না কৌই।

৯১। প্রতিষেধকৃতে যোজ্যঃ কস্য ত্বন্নাস্তি শূন্যবচনেষু।
পুনরাত্মোপন্যাসঃ স্ত্রীণামেতেন কর্তব্যঃ॥

অর্থ। ফিংবা, নঙ্‌ কনাগীনো হংবা, লৈতে হায়বা, অর্থ থোক্তবা ৱাঙাঙ্‌-শাঙাঙ্‌, অমম্ভূং নূপীনা মশাগী মরমদা হায়বা ৱারমদা খুৎ অসিনা অভিনয় তৌগনি।

৯২। তিস্রঃ প্রসারিতা যত্র তথা চোর্ধ্বা কনীয়সী।
তাসাং মধ্যস্থিতাঙ্গুষ্ঠঃ স করশ্চতুরঃ স্মৃতঃ॥

---

১। 'অলপল্লব' হু হায়নৈ

অর্থ। চতুর-হস্ত—

খুৎচা অহুম্না তিংথোক্লগা খুৎনাউবীনা বাংনা তিংনা লৈরবদি অম্ভগা খুৎপীনা খুৎথাই মপাদা কোনশিন্না লৈরবদি মদুবু 'চতুর-হস্ত' হায়না কৌই।

শীজিন্নফম

৯৩। নয়নবিনয়নিয়মসুনিপুণবালাতুরশাঠ্যকৈতবার্থেষুঃ।
বাক্যে যুক্তে পথ্যে সত্যে প্রশমে চ বিনিযোজ্যঃ॥

অর্থ। নীতি, নোংকপা (থকসী খাসী নাইনা চৎপা), নিয়ম (চাং থম্না শাক্তং লে নচং), হৈবা-শিংবা, নূপীমচা, অনাবা, নমথাক তৌবা (মীনৈহং মতৌ), ন তৈ ফজ্জবা বাঙ্গাঙ (যানৌংবা বা), কান্ন-নিঙাই ওইবা অচুম্বা র ফম, অমসু পুক্নাং লৈতাবা মতৌ উৎপদা মসিগী থৃং অসি শীজিন্নগনি

৯৪। একেন দ্বাভ্যাং বা কিঞ্চিদ্‌ভ্রমণুলকৃতেন হস্তদণ্ডেন।
বিবৃতবিচারিতচরিতং বিতর্কিতং লজ্জিতং চৈব॥

অর্থ খুৎ নামা নত্রগা অনিশা শাইফেৎ কাইরপ লৈহুনা (turning) অহাঙবা মফম, অফ-ফত্তগী মবম থম্ন ননবা (বিচার তৌবা), চৎপা, নরৈ তৌনবা অমসু, ঈকাইবা খংহনবদা মসি শী জন্নগনি।

৯৫। নয়নৌপম্যাং দ্বন্দ্বরূপণং হরিণকর্ণাদির্দেশ.
সংযুক্তকরণেনৈব চতুরেণেতানি কুর্বীত॥

অর্থ। চতুর হস্ত অমি তিন্নরগ থম্বাল লৈকাগা মিৎকা চাংদম্নবদা, অমদি শক্তি মংকোক থঙহনবদা অভিনয় তৌগনি।

৯৬-৯৮।

লীলাং রতিং রুচিং চ স্মৃতিবুদ্ধিবিভাবনাঃ ক্ষমাং পুষ্টিং চ॥
সংজ্ঞামাশাং প্রণয়ং বিচারণং সঙ্গতং শৌচম্॥
চাতুর্য্যং মাধুর্য্যং দাক্ষিণ্যং মার্দবং সুখং শীলম্।
প্রশ্নং বার্ত্তাযুক্তিং বেষং মৃদুং শাড্বলং স্তোকম্॥
বিভবাবিভবৌ সুরতং গুণাগুণৌ যৌবনং গৃহং দারান্।
নানাবর্ণাংশ্চ তথা চতুরেণৈবং প্রযুঞ্জীত॥

অর্থ। অসিদস্থ নত্তনা চতুরহস্তনা উৎকদবা অতৈশিংদি—শান্ন-খোৎনবা (sports), অপান্ন-নুংশি মতৌ, অপাম্বা, নীংশিংবদা (স্মৃতি) থৌবা মতৌ, লৌশিং, বায়েন, ভাকপিবা, য়োকপি-থাকপিবা, জ্ঞান, আশা (অনীংবা), নুংশি-নুংঙন, বিচার (অয়ান অচুম খন্দোকপগী থবক), উয়বা (তিম্নবা), অশেংবা (মক্তবা-অমাংবা নত্তবা), হৈবা শিংবা, মতৌ নীংথিবা (মীনা পাম্বা শাজৎ), থোৎপা, মেঙ্বা মতৌ (চুগম্নবা মতৌ য়াওদবা), মোনবা-তপ্পা মতৌ (নোম্লক শাজৎ ?), লোনচৎ-শাজৎ-নীংথিবা, বাহং, ঈ-পাউ, উত্তাই থিবা রাঙাঙ, ফিজেৎ, অথোৎপা-অমোনবা নাপী-শীংবী, য়ামদবা পোৎকৌচাং, মরল মথুম, মায়থীবা চত্রগা লায়রতানবা, লৈপূনগী থবক, নীংথিবা গুণ চেনবা, মগুণ কন্নিস্থ য়াওদবা, মথোন কাবা মতম, য়ুম, নূপীওইবী অমসুং মচু মমেন মথল মঙল—অসিনচিংবনি।

৯৯। সিতমূর্দ্ধ্নি তু কুর্য্যাদ্রক্তং পীতং চ মণ্ডলকৃতেন।
পরিমৃদিতেন তু নীলং বর্ণাংশ্চতুরেণ হস্তেন॥

অর্থ। চতুর-হস্ত অসিনা রাংঙা থঙ্গংলগা অঙৌবা মচু, কোয়না লৈরগনা অঙাঙ বা অমসুং নাপু মচু, অসিগুম্বা খুৎপু অতোপ্পা খুৎনা পায়রগনা অশংবা মচু তাকপা থঙনগনি।

১০০। মধ্যমাঙ্গুষ্ঠসন্দংশো বক্রা চৈব প্রদেশিনী।
ঊর্ধ্বমন্যে প্রকার্ণে চ অঙ্গু... ভ্রমরে করে॥

অর্থ। ভ্রমরহস্ত ( খোইমু শাবা খুৎ ) —

খুৎয়ায়-খুৎপীমা সন্দংশগী মওঙ দা ( ঙেগপ শানা ) লৈরগা খুদোঙী কোনগনি অহুগা অতোপ্পা খুৎচা অনিন। শয়দনা মথক্তা কাঙ্খজ্বা লৈগনি—মদুবু 'ভ্রমর' হস্ত হায়না কৌই।

১০১। পদ্মোৎপলকুমুদানামন্যেষাং চৈব দীর্ঘবৃন্তানাম্।
পুষ্পাণাং গ্রহণবিধিঃ কর্তব্যঃ কর্ণপূরশ্চ॥

অর্থ। অতৌবা অমসুং অশংবা থম্বাল, পরো অমদি মথোক শাংনা য়াওবা লৈ অতৈ অতৈবু লৌবা-পায়বা অমসুং নাপ নাইনগী অভিনয় তৌবদা খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

১০২। বিচ্যুতশ্চ সশব্দশ্চ কার্যো নির্ভৎসনাদিষু।
বলাবলেপে শীঘ্রে চ তালে বিশ্বাসনে তথা॥

অর্থ। চৈহৎপা, পাঙ্গল কল্লি হায়বগী নাপল, অমুবা তালগী খোঙ্চৎ অমসুং থাজবা উৎপদা খুৎ অসি মথোল হৌজা মথাঙ্গী তাগনি।

১০৩। তর্জনীমধ্যমাঙ্গুষ্ঠা স্ত্রেতাগ্নিস্থা নিরন্তরাঃ
ভবেয়ুর্হংসবক্ত্রস্থ শেষে দ্বে সম্প্রসারিতে॥

১। ত্রেতাগ্নি যজ্ঞগী মৈ মথল অহুম—গার্হপত্য আহবনী, অমসুং দক্ষিণ। মতাং অসিদা খুৎকী মওঙ তাকপা ওইবনা মৈগী অর্থ লৌবা। অমুক চানদবা লাকপনা হায়-রিবা মৈশিং অসিদা হোম তৌবদা শীজিন্নবা খুৎকী মওঙ ওইগদব্বা হায়না থজি।

অর্থ। হংসবক্ত্র ( হংসাস্য )—( কাংঙ মযায় শাবা খুৎ )

খুৎপী, খুদোম্বী অমসুং খুৎয়ায় অছম অসিনা অমগা অমগা শম্নবা ( ময়ক হোহন্দনা ) লৈরগা লৈহৌরিবা অনি অছুনা তিংনা লৈগনি—মসিবু হংসবক্ত্র নত্রগা হংসাস্য-হস্ত হায়না কৌই।

১০৪। শ্লক্ষ্ণাল্পশিথিললাঘবনিসৃসারার্থের্মৃদুতত্ত্বযোগেষু।
[ কার্যোঽভিনয়বিশেষঃ কিঞ্চিৎপ্রস্পন্দিতাগ্রেণ ॥

অর্থ। মসিগী অভিনয়দি—হাইফেৎ নীকপা মসিগী থুদোলনা অপীকপা পোৎ, য়াম্না য়ামদবা চাং, পথব-থুইথবা ( শোম্বা? ) মথল লৈবা অয়াংবা পোৎ, কান্নদবা হিরম অমসুং অথোৎপা অমেঙ্‌বা থঙ্-হনবদ তৌগনি।

১০৫। সর্বাঃ প্রসারিতাস্তিস্রস্তথা চোর্ধ্বা কনীয়সী।
অঙ্গুষ্ঠঃ কুঞ্চিতশ্চৈব হংসপক্ষ ইতি স্মৃতঃ ॥

অর্থ। হংসপক্ষ-( কাংঙ-মশা )

খুৎচা অছুমনা হান্নগী মশাগী কিবমদা চাং মায়না অছুম্মক লৈরগা খুৎনাউনা রাংখৎনা অদুগা খুৎপীনা কোনশিন্না লৈরবদি অছুগুম্বা খুৎ অদুবু 'হংসপক্ষ' হায়না কৌই।

১০৬-১০৮।

এষ চ নিবাপসলিলে দাতব্যে গন্ধসংশ্রয়ে চৈব।
কার্যঃ প্রতিগ্রহাচমনভোজনার্থেষু বিপ্রাণাম্ ॥
আলিঙ্গনে মহাস্তম্ভনিদর্শনে রোমহর্ষণে চৈব।
স্পর্শেঽনুলেপনার্থে যোজ্যঃ সংবাহনে চৈব ॥
পুনরেব চ নারীণাং স্তনান্তরস্থেন বিভ্রমবিশেষাঃ।
কার্যা যথারসং স্যুর্দুঃখে হনুধারণে চৈব॥

অর্থ। ইপা ইপুদা ঈশিং কৎপা ( তর্পণ তৌবা ), মনম মুংশিবা পোৎ, ব্রাহ্মণনা দান লৌবা, আচমন তৌবা ( হকচাং মমুং শেংদোক্নবা মাদা ঈশিং লংশিনবদা শীজিন্নবা খুৎ ), চাবা ( চাক চাৰনচিংবা ), কোম্নবা, ম্নাম্না হেন্না চোকথবা মতৌ, তু চুংবা, শোকপা তৈবা খোৎপগী থবক তৌবা অমসুং হকচাং নোইবা খোৎপা অসিনচিংবদা শীজিন্নগনি। রস রস অচুগী মতুংইন্না মসিগী খুৎ অসি নূপীগী থবকতা শোকপনচিংবা কামগী থবক্তা, মথোয়গী অন্না-মুংঙাইদা অমদি মথদাও পান্নবদা শীজিন্নগনি।

১০৯। তর্জন্যঙ্গুষ্ঠসন্দংশোহ্যরালস্য যথা ভবেৎ।
আভুগ্নতলমধ্যশ্চ স সন্দংশ ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। সন্দংশ হস্ত ( খোই—ঙা কানবা, নক্রগা তুমশংকুম্বা )
অরাল হস্তগী খুৎ অচুদা খুৎপী-খুদোম্বী অনিনা অহানবা মথক্তা তাংগা তাংগা ননশিন্নরবদি অচুগা খুবাক্কা হাইকেৎ লুকথহনা ময়ায়গী শক্তক অচু লুথরবদি মদুবু 'সন্দংশ হস্ত' হায়না কৌই।

১১০। সন্দংশাস্ত্রিবিধা জ্ঞেয়া আগ্রতো মুখতস্তথা।
তথা পার্শ্বগতশ্চৈব রসভাবোপবৃংহিতঃ॥

অর্থ। সন্দংশ মথল অহুমনি মচুদি—রস অমসুং ভাবকী মতুং ইন্না মসি মাঙদা চিন মনাক্তা অনদি হকচাং নাকন্দা তৌগদবা ওই।

১১১-১১৫।

পুষ্পাবচয়গ্রথনে গ্রহণে তৃণপর্ণকেশসূত্রাণাম্।
শল্যাবয়বগ্রহণাপকর্ষণে চাগ্রসন্দংশঃ॥
বৃন্তাৎপুষ্পোদ্ধরণং বর্তিশলাকাদিপূরণং চৈব।
ধিগিতি চ বচনং রোষাৎ মুখসন্দংশস্য কর্মাণি॥
যজ্ঞোপবীতনিধ নবেধনগুণসূক্ষ্মবাণলক্ষ্যেষু।

যোগে ধ্যানে স্তোকে সংযুতকরস্তু কর্তব্যঃ ॥
পেশলকুৎসাসূয়াসদোষবচনে চ বামহস্তেন।
কিঞ্চিদ্ বিবর্তিতাগ্র প্রযুজ্যতে পার্শ্বসন্দংশঃ ॥
আলেখ্যনেত্ররঞ্জনবিতর্কবৃন্তপ্রবালরচনেষু।
নিষ্পীড়িতং তথালক্তকস্য কার্যং চ নারীভিঃ॥

অর্থ। লৈহেকপা, লৈপরেং লেংবা, নাপী, উনা, শম অমদি লং— অসি খিবীকপু লৌবা পায়ব, ভেন-পত্থম নত্রগা তিংথংনচিংবা পায়বা অমদি শস্তোকপনচিংবদা মসি মাঙ্দা তৌগনি। লৈথোক্তগী লৈ হেকপদা, থাউমৈ অমস্তুং গোসি হাম্নদা; নঙ্ অসিদি কয়স্বা মীনো হায়-বমচিংবা হুহবা য়া গুাঙ্বদা ( থিক্ ), অশাউবদা—মসিনা চীন ময়াদা তৌগনি। বগুণ শিজিনবা, মুক্তা-পোহাল নত্রগা লীরচিংবগী মথুম হুংপা, লীরী, অবুপ্পা পোৎ ( অনাবা ফজবা ), ভেন সন্ধান তৌবা যোগ সাধন, ধ্যান ( লাইনীংবা ), অমস্তুং পোৎকী চাং থজীক্তং থঙ্-হনবদা অসিগুম্বা থুং অনিনা পূম্না উৎকনি। য়াইফবা, নিন্দা তৌবা ( তাথীবা ), কলঙ্ক মীহৌ উবা, মরাল থৈজিনবা, থঙ্হনবদা ওয়গী খুৎমা খুদোম্বী লৈরপ তৌনা নাকন্দা সন্দংশ অসি শাগনি। লাই-রেকপা, মিৎতা কাজলন-চিংবা থাবা ( মচু তৈবা ), মরৈ য়েংনবা, মথোক, পত্র লেখা ( থম্নানচিংবদা চিঠি ইবা ), নুপীগী খুনীংদা তৈবা আলতা তৈথোকপদস্তু শীজিন্নগনি।

১১৬। সমা মন্তাগ্রাঃ সহিতা যস্যাঙ্গুল্যো ভবন্তি হি।
ঊর্ধ্বা হংসমুখস্যৈব ভবেন্মুকুলকঃ করঃ ॥

অর্থ। মুকুল-হস্ত—( লৈপোম )

হংসাস্য হস্তগী খুৎচাশিং অহুনা মতোন মর্তোন শম্না কারক হোহন্দনা থোয়না লৈরবদি অহুগা মথক্তা ওমথৎলবদি মদুবু মুকুল-হস্ত' হায়না কৌই।

১১৭-১১৮

দেবার্চনবলিকরণে পদ্মোৎপলমুকুলরূপণে চৈব।
বিটচুম্বনে চ কার্যো বিকুৎসিতে নিপ্রকার্যশ্চ॥
ভোজনহিরণ্যগণনামুখসংকোচপ্রদান শীঘ্রেষু।
মুকুলিতকুসুমেষু তথা তজজ্ঞৈরেষু প্রযোক্তব্যঃ॥

অর্থ। লাইগী ঈভাৎ থৌনি মতমদা পোৎচৈ (চাম থক্লবা) ফংপদা, অঙৌবা অমস্তুং অশংবা থম্বাল অপোম্ব উৎপদা, থৃৎ মতোন চুম্বা[১] (বিটচুম্বন), কত্তবা তোকৃঙা শন্দোকপা, ভোজান ভোজানবা থৌদোক মচা-মচাশিং, চাবা-থকপা, সনা ময়েক (সনাগী শেল) মশীং থীবা, মায়থোং লোৎপা, থুনা লাম্থোকপা, লৈ অপোম্বা (নত্রগা লৈ ময়োন অসিমচিংবা উৎপদা অথঙ্ অচৈশিংনা থৃৎ অসি শীজিন্নগনি।

১১৯-১২০।

পদ্মকোশস্য হস্তস্য অঙ্গুল্যঃ কুঞ্চিতা যদা।
ঊর্ণনাভঃ স বিজ্ঞেয়ঃ কেশচৌর্যগ্রহাদিষু॥
শিরঃ কণ্ডুয়নে চৈব কুষ্ঠব্যাধিনিরূপণে।
সিংহব্যাঘ্রাদ্যভিনয়ে প্রস্তর গ্রহণে তথা॥

অর্থ। ঊর্ণনাভ-হস্ত– (মিরাং শাবা থৃৎ)

পদ্মকোশ হস্তগী থৃৎচা পুম্নমক্না কোনশিন্নবদি-মদুবু ঊর্ণনাভ হস্ত হায়না কৌই। কনাগুম্বনা শম পায়থ্রবদা, হুথ্রবা পোৎ ফংবদা, কোক হোৎপদা, কুষ্ঠিথুংবা (লায়না মশক) ভাকপদা, নোংশা-কৈগী মতৌ উৎপদা অমদি নুং ফুকপা মতমদা মসিগী থৃৎ অসি শীজিন্নগনি।

---

১। অপাম হুৎ শ থোদোক্না নৈপুন ঈরাং হোবা মশাগী মপূক্লীং ফোংদোক্লবা থৃৎমতোন চুম্নবু 'বিট চুম্বন' কৌই।

১২১-১২৩ ।

মধ্যমাঙ্গুষ্ঠসন্দংশো বক্রা চৈব প্রদেশিনী ।
শেষে তলস্থে কর্তব্যে তাম্রচূড়ে করেঽঙ্গুলী ॥
বিচ্যুতশ্চ সশব্দশ্চ কার্য্যো নির্ভৎর্সনাদিষু ।
তালে বিশ্বাসনে চৈব শীঘ্রার্থে সংজ্ঞিতেষু চ ॥
তথা কলাসু কাষ্ঠাসু নিমেষে তু ক্ষণে তথা ।
এষ এব করঃ কার্য্যো বালালাপানিমন্ত্রণে ॥

অর্থ । তাম্রচূড়-হস্ত-১ ( য়েনবা মতোক )

খুৎয়ায়-খূপী অনিনা সন্দংশগী মওঙ্দা লৈরগা খুদোনবী মতোন কোনশিনগনি অদুগা খুৎচা অতৈনা খুবাক্তা নপশিন্দুনা লৈগনি—মসিবু 'তাম্রচূড়' হায়না কৌই ।

শীজিন্নফম—চৈহৎপনচিংবদা খুৎ অসি মখোন খোক্লা মথাদা থাদগনি ( খুৎকাপ্পী কাপ্তুনা মথাদা হাইথগনি ), তাল থাবা, থাজবা পোকহনবা, অথুবা খঙ্হনবা, অনস্থুং ইঙ্গিতনা করিগুম্বা অমা খঙ্হনবা ( making signs )। মসিগী খুৎ অসিনা কলা, কাষ্ঠা, নিমেষ অমস্থুং ক্ষণ-নচিংবা অকুপ্পা মতমগী মচাং উৎপদা, [১]অঙাং মচানা ওাঙ্বা অমস্থুং কৌবা ( লাক্লনবা ) মতমদা শীজিন্নগনি ।

১২৪ । অঙ্গুল্যঃ সহিতা বক্রা উপর্য্যঙ্গুষ্ঠপীড়িতাঃ ।
প্রসারিতা কনিষ্ঠা চ তাম্রচূড়ঃ করঃ স্মৃতঃ ॥

---

১। বালালাপনিমন্ত্রণে—talking to a young girl and inviting her—M. Ghosh.

অর্থ। তাম্রচূড় হস্ত

খুৎনাউবীনা তিংনা হাইগজ্বুনা লৈরগা মরকী খুৎচা অহুম্না মহৈ মহৈ নম্না মতোন কোম্না অহুগা খুৎপীগা থেংননা লৈগনি—খুৎথম অসিবুদু 'তাম্রচূড়' হায়না শঙ্গৈ।

১২৫। শতং সহস্রং লক্ষং চ কনকং চাপি দর্শয়েৎ।
ক্ষিপ্রমুক্তাঙ্গুলীভিস্ত স্ফুলিঙ্গান বিপ্রুষস্তথা॥

অর্থ। অসিগুম্বা খুৎলোন নত্রগা খুৎথম অসিনা সনা ময়েক চামা লাশীং নত্রগা লক্ষা অমগী মশীং তাকপদা উৎকনি। অহুগা ফিংনা-থুনা কাঙ্থৎনবা খুৎচাশিংনা মৈমীক অমদি নোংকুপকী মতৌ উৎপদা শীজিন্নগনি।

## সংযুক্ত হস্ত মুদ্রা

(খুৎ অনি পুনবগী খুৎলোন)

১২৬। অসংযুক্তা করা হ্যেতে ময়া প্রোক্তা দ্বিজোত্তমাঃ।
পুনশ্চ সংযুতান্ হস্তান্ গদতো মে নিবোধত॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পূম্নমক! খুৎনামগী খুৎলোনদি (অসংযুক্ত হস্ত) হায়জরবসিনি। হজীক মথংদা খুৎ অনিনা পুন্না শাবা খুৎলোন (সংযুক্ত হস্ত) গী মরম অমুক হায়জগে তাবিয়ু।

১২৭। পতাকাভ্যাং তু হস্তাভ্যাং সংশ্লেষাদঞ্জলিঃ স্মৃতঃ।
দেবতানাং গুরূণাং চ মিত্রাণাং চাভিবাদনে॥

অর্থ। পতাকাহস্ত অনিনা তিন্নরবদি মদুবু 'অঞ্জলি' ( খুৎলোয়বা ) হায়না কৌই। মসিনা লাই, গুরুজনশিং অমদি মরূপ মপাংশিংবু ওকপা মতমদা শীজিন্নগনি।

১২৮। দেবতানাং শিরঃস্থস্তু গুরূণামাস্যসংস্থিত ঃ।
বক্ষঃস্থশ্চৈব মিত্রাণাং শেষে ত্বনিয়মো ভবেৎ॥

অর্থ। মসিগী খুৎ অসি লাইখুরম্বদা কোক্তা, গুরু নত্রগা ইথক থোংবা মী খুরুম্বদনা মমৈদা অত্তগা মরূপ-মপাং খুরুম্ববদনা থবাক মপাদা থমগনি, অসি নত্তবশিং অতৈগীদি অকরূবা থোইদোকপা নিয়ম লৈতে।

১২৯। উভাভ্যামপি হস্তাভ্যামনোহন্যং পার্শ্বসংগ্রহাৎ।
হস্তঃ কপোতকো নাম কর্ম চাস্য নিবোধত॥

অর্থ। কপোত—( খুনু ) মওঙ্ অসিদা খুৎ অনিমক অমগা অমগা নাকচেপ্তা শন্নরবদি মদুবুনা 'কপোত-হস্ত' হায়না কৌই। মসিগী থবক হায়জগে—

১৩০। এষ বিনয়াভ্যুপগমে প্রণামকরণে গুরোশ্চ সম্ভাষে।
শীতে ভয়ে চ কার্যো বক্ষঃ স্থঃ কম্পিতঃ স্ত্রীভিঃ॥

অর্থ। খুৎ অসিনা নোল্লুম্না চঙ্লকপদা, গুরুবু খুরুম্না অমসুং ওকপদা ভোগনি। নুপীশিংনা মসিবু মশাগী অঙৈবা মতৌদা অকিবা নংবদা থবাক্তা থমহুনা উৎকনি।

১৩১। অয়মেবাঙ্গুলিপরিঘৃষ্টমাণমুক্তস্তু খিন্নবাক্যেষু।
এতাবদিতি চ কার্যো নেদানীং কৃত্যমিতি চার্থে॥

অর্থ। খুদোন পুন্নমক মহৈ মহৈ অমগা অমগা শোক্লরম্লগা থাই-দোক্লরকপা অত্তুগুম্বা খুৎ অত্তুনা অরাব ফেংদোকপদা, 'অসি ফাওবদং' হায়বদা, হন্জীক মতম নত্তে' অহুম্না হায়বদা শীজিন্নগনি।

১৩২। অঙ্গুল্যো যস্য হস্তস্য অন্যোন্যান্তরনিঃসৃতাঃ।
স কর্কট ইতি জ্ঞেয়ঃ করঃ কর্ম চ বক্ষ্যতে॥

অর্থ কর্কট হস্ত—( রায়থ্ শাবা থৃং )

থৃং অনিমক্কী থৃংচা পুম্নমক অমগী কারক্তা অমা লোনশিন্নরবদি থৃং অদুবু 'কর্কট-হস্ত' হায়না কৌই।

১৩৩। এষ [1]মদনাঙ্গমর্দে সুপ্তোত্থি বিজৃম্ভণে বৃহদ্দেহে।
হনুধারণে চ যোজ্যঃ শঙ্খগ্রহণে চ তত্ত্বজ্ঞৈঃ॥

অর্থ। জগোইগী মরম থঙ্ বশি'না থৃং অসিবু শীজিন্নগদবদি—কামগী মৈরিনা রায়রবা হকচাংবু নোইবদা, মিংকপ থোক্লকপগী হকাম চনবদা, অচৌবা হকচাং উৎপদা, খদাঙ্ পায়রদা অমদি মোইবুং পায়বদা শীজিন্নগনি।

১৩৪। মণিবন্ধনবিন্যস্তাবরালৌ স্ত্রীপ্রযোজিতৌ।
উত্তানৌ বামপার্শ্বস্থৌ স্বস্তিকঃ পরিকীর্তিতঃ॥

অর্থ। স্বস্তিক-হস্ত ( কারণ চনবী ),

অরালহস্ত অনিনা লোংথোক্না থৃজেংদা থৃজেং নন্দুনা ওয়গী নাকল্দা থম্বা থৃংপু 'স্বস্তিক-হস্ত' হায়না কৌই। মসি নুপীনা শাগদবনি।

১৩৫। স্বস্তিকবিচ্যুতি করণ দ্ দিশো ঘনা খং বনং সমুদ্রশ্চ।
ঋতবো মহী তথান্যদ্ বিস্তীর্ণং ভিজ্ঞেয়ং স্যাৎ॥

অর্থ। অসিগুম্বা স্বস্তিক-হস্ত ( কারণ চনবী থৃং ) অসিবু খাইদোক্লরবদি মঙনা মায়কৈ, অমংবা নোং মত্রগা লৈচিন, আতিয়া,

---

১। bees-wax—by M. Ghosh.

বন (উমং রামং), সমুদ্র, ঋতু (থা২ না শাবা মতমগী মচাং), পৃথিবী (লৈপাক লৈমা) অমসুং অপাকপা অচৌবা পোৎ অতৈবু ভাকপদা শীজিন্নৈ।

১৩৬। কটকঃ কটকে ন্যস্তঃ কটকাবর্ধমানকঃ।
শৃঙ্গারার্থে প্রযোক্তব্যঃ প্রমাণকরণে তথা॥

অর্থ। কটকাবর্ধমানকহস্ত—

খূৎ অনিমক্কা কটকামুখ হস্ত শান্নগা অমনা অমগী খূজেং মথক্তা নল্লবদি অতুপ্পা খূৎ অদুবু 'কটকাবর্ধমানকহস্ত' হায়না কৌই। মসিগী খূৎ অসি শৃঙ্গার রসকী থাওঙ্ থৌদোশিংদা (নুংশি-নুংওনগী ওইবা মতৌদা) অমদি [1]প্রমাণ তৌবদা শীজিন্নগনি।

১৩৭। অরালৌ তু বিপর্যস্তাবুত্তানাবুর্ধ্বমানতৌ।
উৎসঙ্গ ইতি বিজ্ঞেয়ঃ স্পর্শস্য গ্রহণে করঃ॥

অর্থ। উৎসঙ্গ-হস্ত—

অরাল হস্ত অনিনা ওল্লা তৈননা, লোংথোক্লা অমদি মথক ওনথৎলগা কোন্থনা লরবদি মদুবু 'উৎসঙ্গ' হস্ত হায়না কৌই। শোকজবা থঙ্বদা খূৎ অসি শীজিন্নগনি।

১৩৮। সন্নিষ্পেষকরশ্চৈব রোষেঽমর্ষেঽপি চ স্মৃতঃ।
নিষ্পীড়িতঃ পুনশ্চৈব স্ত্রীণামীর্ষাকৃতে ভবেৎ॥

---

১। মূল শ্লোকতা 'প্রমাণকরণে' হায়না লৈরিবসু মাতৈ চাদবদগী রাহৈ অসিবু 'প্রণয়করণে' অহুম্না ওন্থাক্না যুক্তম' হায়না অমাম্বনা অর্থ তৌনৈ। খূৎ পক-খা ওনখিবা ওইন্নমলে।

অর্থ। থৃৎ অনি অসি তজ্জরবদি অশাটনা অমস্থা ঙাকপিবা য'দবদা শীৰ্হিন্নগনি। অহুগা থৃৎ মওঙ্ অসমক, নুপী।শংগী কল্লক-মিহৌ মত্তৌদস্থ শীাজন্নগনি।

১৩৯। মুকুলং চ যদা হস্তং কপিত্থঃ পরিবেষ্টয়েৎ।
স মন্তব্যস্তদা হস্তো নিষধো নাম নামতঃ॥

অর্থ। নিষধ-হস্ত—

কপিত্থ হস্তনা মকুল-হস্তবু কোযশিন্নবদি অহুগুম্বা থৃৎ অদুবু 'নিষধ-হায়না কৌই।

১৪০। সংগ্রহপরিগ্রহে ধারণ' চ সময়শ্চ সত্যবচনং চ
সংক্ষেপঃ সংক্ষিপ্তং নিপীড়নাভিনেতব্যম্॥

অর্থ। খোমজিনব, লৌবা, পুবা থাংবগী মতম, অশেংবা য়া, শমজিনবা মওঙ্।? অসগুম্বসি অনি তন্নবা 'উৎসঙ্গ হস্ত' অহুগুম্না পাঙ্খোক্কনি।

১৪০ (ক-খ)।

গৃহীত্বা বামহস্তেন কূর্পরাভ্যন্তরে ভুজম্।
দক্ষিণং চাপি বামস্য কূর্পরাভ্যন্তরং ন্যসেৎ॥
স চাপি দক্ষিণো হস্তঃ সম্যঙ্মুষ্টীকৃতো ভবেৎ।
ইত্যেষ নিষধো হস্তঃ কর্ম চাস্য নিবোধত॥

অর্থ। নিষধ-হস্ত—

য়েৎকী থৃংনা দূহুম চীংহুনা ওয়গী থৃৎক' শুমীং নংক্ত থমগনি

---

য়েংগদবা—নং ১৩৯-১৪০ অনি অসি মনে। ঘোষকী লাইরিক্তা থাজোক্লবী। মওঙ্ মত্তৌসু থম্না চয়েৎনবগুম তৌবদগী ওইরম্মারে।

অচুগা ওয়গী খুৎনা য়েংকী খুনীং মমুংদা থমগনি। মগুঙ্ অসিবু নিষধ-হস্ত' হায়না কৌই। মসিগী থবক হায়জগে।

১৪০ (গ)। এতেন ধৈর্যমদগর্বসৌষ্ঠবৌৎসুক্যবিক্রমাটোপা।
অভিমানাবষ্টম্ভঃ স্তম্ভস্থৈর্যাদয়ঃ কার্যাঃ॥

অর্থ। মসিগী খুৎ অসিনা খাঙ্-হৈবা মতৌ, ময়াই কাবগী ঙাওচৎনবা, নাপল, নীংথিবা শাবান, লাঙ্তক্লবা মতৌ, মতিক মথৌনা, নাবাংবা মতৌ (মগুক হাইগৎপা), ঐ মঙায়রে হায়বগী মতৌ, মশাগী থুবম (ফিবম চেংপা) চেৎপা, চোকথবা অমস্তুং পুক্নীং লৈত্তাবনচিংবা উৎপদা শীজিন্নগনি।

১৪১। অংসৌ প্রশিথিলৌ মুক্তৌ পতাকৌ প্রবিলম্বিতৌ।
যদা ভবেত্তাং করণে স দোল ইতি সংজ্ঞিতঃ॥

অর্থ। দোল-হস্ত—

করণ অমদা লেংজুম অনিমক হীকথরগা পতাক হস্ত শীবা খুৎ অনিমক শাংনা থাদরবদি 'দোল-হস্ত' হায়বনি ওই।

১৪২। সংভ্রমবিষাদমূর্চ্ছিতমদাভিঘাতে তথৈব চাবেগে।
ব্যাধিপ্লুতে চ শস্ত্রক্ষতে চ কার্যোঽভিনয়যোগঃ॥

অর্থ। হৌনবী লোনচৎ ব্যবহার ঙাক্লবগীদমক তফিং-তফিংবা মতৌ, খুদোংথীবা, য়াম্থবা, ময়াইকাবনা ঙাওবা, ফুবা, মুংনাঙ্বা, অনাবগী মতৌ অমস্তুং খুৎলাইনা শোকপগী অভিনয়দা খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

১৪৩। যস্ত সর্পশিরাঃ প্রোক্তস্তস্যাঙ্গুলিনিরন্তরঃ।
দ্বিতীয়. পার্শ্বসংশ্লিষ্টঃ স তু পুষ্পপুটঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ। পুষ্পপুট-হস্ত—

'সর্পশির' হায়না খঙনবা খুৎ অতুগী খুৎ অনিমক্কী খুৎচা পুন্নমক অমগা অমগা নপাশিন্নন নাকল অমদা পুরগা খুদোন ন্নাংখৎনা থাদোক্লরবদি মদুবু 'পুষ্পপুট হস্ত' হায়না কৌই।

১৪৪ ধান্যফলপুষ্পভক্ষ্যাণ্যনেন নানাবিধানি যুক্তানি।
গ্রহণাপনেয়ানি তোয়ান্যয়নাপনয়নে চ॥

অর্থ। ফৌ, উটৈ, লৈ, চানবা চীঞ্জাক মতুগী মথেল মকোয়নচিংবা পোৎলমশিং খুৎনা লৌবা, খুদোং পোৎ লানবা অমসুং ঈশিং পুরকপা অমসুং হৈত্তিনবা নত্রগা হৈদোকপদা খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

১৪৫। পতাকৌ তু যদা হস্ত ঊর্ধ্বাঙ্গুষ্ঠাবধোমুখৌ।
উপর্যুপরি বিন্যস্তৌ তদা স মকরঃ করঃ॥

অর্থ। মকর-হস্ত ( ঙা-কিয়োং শাগা খুৎ )—

পতাক-হস্ত অনিনা অমগী খুৎ নমদা অমনা উপশিন্না নল্লবদি অতুগা খুৎপী অনিনা কাঙ্খৎলবদি মদুবু 'মকর হস্ত' হায়না কৌই।

১৪৬। সিংহব্যালদ্বীপিপ্রদর্শনং নক্রমকরমৎস্যানাম্॥
যে চান্যে ক্রব্যাদাহভিনেয়াস্তেঽর্থযোগেন॥

অর্থ। নোংশ, কৈ, শামু, কুম্ভীর, ঙা কিয়োং, অতৈ ঙাগী মতৌ অমসুং শাহিং চাবা শা। অতৈগী অভিনয় তৌবদা খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

১৪৭। কূর্পরাংসাঞ্চিতো হস্তৌ যদাস্তাং সর্পশীর্ষকৌ।
গজদন্তঃ স বিজ্ঞেয়ঃ কর্ম চাস্য নিবোধত ॥

অর্থ। গজদন্ত-হস্ত—( শামুময়া শাবা খুৎ )

সর্পশীর্ষ হস্ত অনিনা কারণ চত্নুনা অমনা অমগী লেংজুম অমদি খুৎনীংগী মরক্তা থম্নগা কাঙ্‌খৎলবদি মদুবু 'গজদন্ত হস্ত' হায়না কৌই। মসিগী থবক তাবিয়ু।

১৪৮। এষ চ বরযানবধূগ্রহণে চাতিভারযোগে চ।
স্তম্ভে গ্রহণে চ তথা শৈলশিলোৎপাটনে চৈব ॥

অর্থ। বর-যাত্রা, কন্যাবু পুবা ( বর নত্রগা কন্যাবু দোলাইনচিংবদা পুত্থনা চৎপা ), পোৎলুম পুবা, চোকথব মতৌ, য়ুম্বী শৎপা অমসুং চীংথুম নত্রগা নুং-ফূকপদা খুৎথম অসিনা শীজিন্নগনি।

১৪৯। শুকতুণ্ডৌ করৌ কৃত্বা বক্ষস্যভিমুখাঞ্চিতৌ।
শনৈরধোমুখাবিদ্ধৌ সোঽবহিত্থ ইতি স্মৃতঃ ॥

অর্থ। অবহিত্থ-হস্ত—

শুকতুণ্ডশাবা খুৎ অনিনা থবাক্তা পুন্না থম্নগা কোম্থহনা তপ্না তপ্না থাদরবদি মদুবু 'অবহিত্থ হস্ত' হায়না কৌই।

১৫০। দৌর্বল্যে নিঃশ্বসিতে গাত্রাণাং দর্শনে তনুত্বে চ।
উৎকণ্ঠীতে চ তজ্‌জ্ঞৈরভিনয়যোগস্ত কর্তব্যঃ ॥

অর্থ। পাঙ্গল শোনবা, স্বর ফুয়না হোনবা, হকচাংবু য়েংবা, য়াঙ্‌ কংবা, লাঙ্‌তক্রবা ( খোরাংবা ) অসিনচিংবদা খুৎ অসি শীজিন্নগনি।

অর্থ। জগোই শাবা মী অহুগী মীওঙ্ মিতৌ, শাজৎ-শাথেক, খুদম অমস্থং জাতি য়েংনা বিচার তৌহুনা অশিংবশিংনা খুৎকী অভিনয় তৌগনি।

১৫৪। ন স্তি কশ্চিদহস্তো নাট্যার্থাভিনয়ং প্রতি।
যস্য যৎ দৃশ্যতে রূপং বহুশস্তন্ময়োদিতম্॥

অর্থ। নাট্যদা অর্থগী মতুংইন্না তৌবা অভিনযদা খুৎকী করিগুম্বা অকক্নবা মওঙ্ নত্রগা নিয়ম থক লৈতে। মানা মানা তৌনবা মওঙ্ অহুতং উক্নবা মতুংইন্না হৈনা শায়ক্নবনি।

১৫৫। অন্যে চাপ্যর্থসংযুক্তা লৌকিকা যে করাস্ত্বিহ।
ছন্দতস্তে নিযোক্তব্যা রসভাববিচেষ্টিতৈঃ॥

অর্থ। মসিদা য়াওদবা অতোপ্পা অতোপ্পা হিরমশিংগা মরী লৈনবা মীনা চংনবা খুৎলাংশিংসু অপাম্বা মতুংইন্না রস অমদি ভাবনা য়ুম্ফম ওইনবা নচোদ পাওঙ্ থাক্কনি

১৫৬। দেশং কালং প্রযোগং চ অর্থযুক্তিমবেক্ষ্য চ।
হস্তা হ্যেতে প্রযোক্তব্যাঃ স্ত্রীণাং নৃণাং বিশেষতঃ॥

অর্থ। মফম, মতম, শীজিন্নবা (শাজানচিংবগী মওং) অমদি অর্থগা চান্নবা য়েংনা নিপা অমদি নুপী না (খোঙ্গ অসিং) তোপতোপ্পা শীজিন্নগদবনি

হস্তমুদ্রা নৃত্যশাস্ত্রা শিংগী তে ওঙাম তে ওঙানবা থবক

১৫৭। সর্বেষামেব হস্তানাং যানি কর্মাণি সন্তি হি।
তান্যহং সংপ্রবক্ষ্যামি রসভাবকৃতানি তু॥

অর্থ। রস অমসুং ভাবকী মতুং ইনবা হস্ত-মুদ্রা অমুম্বনী থবক্লশিং অমু হায়গে।

১৫৮-১৬০।

উৎকর্ষণং বিকর্ষণং তথা চৈবাপকর্ষণম্।
পরিগ্রহো নিগ্রহশ্চ আহ্বানং নোদনং তথা॥
সংশ্লেষশ্চ বিয়োগশ্চরক্ষণং মোক্ষণং তথা।
বিক্ষেপধূননে চৈব বিসর্গস্তর্জনং তথা।
ছেদনং ভেদনং চৈব স্ফোটনং মোটনং তথা।
তাড়নং চেতি বিজ্ঞেয়ং তজ্জ্ঞৈঃ কর্ম করান্ প্রতি॥

অর্থ। থবক্লশিং অমুদি অসিনি মমুদি—

মথক্তা চিংথৎপা, চিংথবা, চিংথোকপা, লৌবা, হন্দোকপা, কৌবা, অতোপ্পমু চঙ্‌হনবা, পুনশিন্নবা, খাইদোক্নবা, ভাকপা, থাদোকপা (নাম্থোকপা), লংবা, নীকপা, পীথোকপা, চৈহৎপা, ককথৎ-মাহুৎপা থুগায়বা, তকথায়বা অমসুং ওৎ-নৈবা অসিনচিংবনি। অদুগ অশিং মীওইনা অসিগুম্বা খুৎলোনশিংগী মরম অসি খঙ্‌জিনপদবনি।

১৬১। উত্তানঃ পার্শ্বগশ্চৈব তথাধোমুখ এব চ।
হস্তপ্রচারস্ত্রিবিধো নাট্যনৃত্তসমাশ্রয়ঃ॥

অর্থ। নাট্য অমসুং নৃত্যদা খুৎকী মওঙ্ অহুমনি মমুদি— অরোংবা, অউপ্পা অমসুং অচেপ্পা।[1]।

১৬২। সর্বে হস্তপ্রচারাশ্চ প্রয়োগেষু যথাবিধি।
নেত্রভ্রূমুখরাগৈশ্চ কর্তব্যা ব্যঞ্জিতা বুধৈঃ॥

---

১। অহুম অসিনা খুৎলোন খুৎথেক পুম্নমক্কী হৌফমনি। মাগী মাগী চৎনবী মতুংইন্না অপাম অপাম্বা খুৎ শীজিন্নপমি।

অর্থ। লীলা শাম্নবা মতমদা খুৎলোন-খুৎথেক পুম্নমক অমঙ্-যশিংনা মিং, পীশুম্ন অমদি মায়-মিং তৈবা-খোৎপনচিন্বা তৌরগা পাঙ্খোকনি।

## হস্তমুদ্রাগী শীজিন্নকন

১৬৩। করণংকর্মস্থানং প্রচারযুক্তিং ক্রিয়াং চ সংপ্রেক্ষ্য।
হস্তাভিনয়ঃ কার্যস্তজ্ঞৈর্লোকোপচারেণ॥

অর্থ। অহৈবা মীনা ময়াম্না পাম্নবা মতুংইন্না হস্তমুদ্রা শাগনি। মসিদা য়েংগদবা মরু ওইবা পোৎচঙ্দি মখোযগী শাক্লৎ-শাথেক, তৌগদৌরিবা-পাঙ্খোকদৌরিবা থবক, মকম, থবকী মচাং অমস্তুং মথৌ (থবক) অদুনি।

১৬৪। উত্তমানাং করাঃ কার্যা ললাটক্ষেত্রচারিণঃ
বক্ষঃস্থাশ্চৈব মধ্যানামধমানামধোগতাঃ॥

অর্থ। মীথোই মীহেনগী হস্তমুদ্রানা লাইপক ময়াদা পুশিনগনি, ময়ায় ওইবশিংগীনা থবাক্তা অদুগা অতোল-অতা মীওইগীনা মখাগী শরক্তা তৌগনি।

## হস্তমুদ্রা শাবগী মচাং

জ্যেষ্ঠে স্বল্পপ্রচারাঃ স্যুর্মধ্যে মধ্যবিচারিণঃ।
অধমেষু প্রকীর্ণাস্তু হস্তাঃ কার্যা প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। মথক ওইবা মীওইগী হস্তমুদ্রাদি থরতমক তৌগনি, ময়ায় ওইবগীনা . য়াইমরপ ওইগনি অদুগা হন্থবা মীওইগীনা হন্না হন্না পাঙ্খোকনি।

১৬৬। লক্ষণব্যঞ্জিতা হস্তাঃ কার্যাস্তূত্তমমধ্যমৈঃ।
লোকক্রিয়াস্বভাবেন নাচেরপ্যথসংশ্রয়াঃ॥

অর্থ। অখোইবা অমস্তুং ময়ায় ওইবা মীশিংনা শাম্লনা অরক্ক লক্ষ্মলাগী মতৌ মওঙ্ ইন্না শাগনি। অতোনবা মীনা তৌবনা মঙ্গী চংনবী অমস্তুং মহাক মশাগী হৈনজবী মতৌনা হস্তমুদ্রা ( থৃংলোন জগোই ) শাগথি।

১৬৭। অথবান্যাদৃশং প্রাপ্য প্রয়োগং কালমেব চ।
বিপরীতাশ্রয়া হস্তাঃ প্রয়োক্তব্যা বুধৈর্নরৈঃ॥

অর্থ। তৌইগুস্বম্হং অতোপ্পা মওঙ্গী শীজিন্নফম অমস্তুং তোঙানবা মতম লাকপা থোক্লবদি অথঙ্ অহৈশিংনা হায়রিবা থৃংলোনশিং অসিবু [1]তোঙান্নবা মওঙ্দা শীজিন্নগনি।

১৬৮-১৭১। বিষণ্ণে মূর্চ্ছিতে ভ্রীতে জুগুপ্সাশোকপীড়িতে।
গ্লানে সুপ্তে বিহস্তে চ নিশ্চেষ্টে তন্দ্রিতে জড়ে॥
ব্যাধিগ্রস্তে জ্বরার্তে চ ভয়ার্তে শীতবিপ্লুতে।
মত্তে প্রমত্তে চোন্মত্তে চিন্তায়াং তপসি স্থিতে॥
হিমবর্ষগতে বদ্ধে হারিণপ্লবসংশ্রিতে।
স্বপ্নায়িতে চ সংভ্রান্তে নখসংস্ফোটনে তথা॥
ন হস্তাভিনয়ঃ কার্যঃ কার্যঃ সত্ত্বস্য সংগ্রহঃ।
তথা কাকুবিশেষশ্চ নানাভাবরসান্বিতঃ॥

অর্থ। তুম্নীংবা, পঙ্থবা, নাবা, অক্কম-লাইহৌ তৌবা, কিবনা অমদি অঙৌংবনা লাকহৎপা, ময়াইকাবা, ঙাওচংনবচ থাজেশোংনা ঙাওবা, বাখন্না থুম্নাংপা ( লংজীন ফংদবা রাথল ), তপ তৌবদা বাখব,

---

১। হায়বদি অকক্লবা-থৃংলোন ( মুদ্রা ) অদু শান্ত্রনা তাকপা মাগী শীজিনফম অদু নত্তবা অতোপ্পা অমদম্ রস ভাব-কবু চুনথবদি অদুগুম লাপ্পা তৌরূবা যাই হায়বনি।

[illegible] লৱদা লৈবা, অকা অপুন নংবা, শজি-শঙাইগুম থুনা চেনবা, মচু হাদা চোইৱোন লোনবা, গুরুজননচিংবা ইথক থোংবদা লৈবা ভজিনা মৱম ওইহুনা মখোয়গী থবক তৌবদা কিনা অমদি কিংনা তৌবা মভৌ, ইশাগী থৃজীন কক্কায়বা—অসি পূম্নমক্তদি থক অভিনয়, তৌয়োইদবনি। সাত্ত্বিক অভিনয়, তোঙান তোঙানবা ভাব অমদি রস অহুগী মতিক চানবা মওঙ্‌দা থোক্লেস থোঙোক (ৱাঙাঙ্‌-শা-ঙাঙ্‌ মচিংবা) হোংহুনা তৌগদবনি।

১৭২। যত্র ব্যগ্রাবুভৌ হস্তৌ তত্র দৃষ্টিবিলোকিতৈঃ।
বাচিকাভিনয়ং কুর্যাদ্বিরামৈরর্থদর্শকৈঃ॥

অর্থ। বাচিকাভিনয় (ৱাঙাঙ্‌হুনা অভিনয়) তৌৱিঙৈদা (তৌৱিবা মী অহুনা জগোই শাৱিবা খুৎ অহুদা মাগী মিৎয়েং থমগনি অহুগা মতিক চানা পম্নেপফন নাইহুনা মানা ঙাঙ্‌লিবা ৱাহৈশিং অহুগী অর্থ ভগোং ভগোংনবা মওঙ্‌ তৌগনি।

১৭৩। [1]এবং জ্ঞেয়া করা হ্যেতে নানাভিনয়সংস্থিতাঃ।
অত উর্ধ্বং প্রবক্ষ্যামি হস্তান্ নৃত্ত সমাশ্রয়ান্॥

অর্থ। অভিনয় মথল মথলগী ওইবা খুৎলোনগী মৱমদা হায়ৱ-বসিনি। মথংদি জগোইগা মৱী লৈনবা খুৎথেককী মৱমদা অমুক হায়গে।

## জগোই খুৎথেক[2]

১৭৪। বক্ষসোহষ্টাঙ্গুলস্থৌ তু প্রাঙ্‌মুখৌ কটকামুখৌ।
সমানকূর্পরাংসৌ তু চতুরশ্রৌ প্রাকীর্তিতৌ॥

---

১। M. Ghosh কী লাইৱিক্তদি মসিগী মথক্তা শ্লোক অমা লৈবা ওইনা অর্থ তৌৱি মসি—'The movements of hands in dancing and acting will be of five kinds, viz. palms kept upwards, downwards or oblique, fingers pointing upwards or downwards.

২। সং, রত্নাকর নর্তনাধ্যায় ২৮২ শ্লোক

অর্থ। চতুরশ্রহস্ত—খুৎকী খুৎনীংগা লেংজুমগা রাংবা মায়ঙ্খুমা পুখৎলগা, হকচাংদগী খুদোল নিপান লাপ্পা কটকামুখ হস্ত অনিনা মাঙ্‌দা মমায় ওঙ্খোক্লুনা লৈরবদি মদুবু 'চতুরশ্র-হস্ত' হায়না কৌই।

১৭৫। হংসপক্ষকৃতৌ হস্তৌ ব্যাবৃত্তৌ তালবৃন্তবৎ॥
উদ্বৃতাবিতি বিজ্ঞেয়াবথবা তালবৃন্তকৌ॥

অর্থ। উদ্বৃত-হস্ত—হংসপক্ষগী মওঙ্ মানবা খুৎনা কোনা হুমাই-শুন্না হাইরবদি মদুবু 'উদ্বৃত'[1] নত্রগা 'তালবৃন্তক' হস্ত হায়না কৌই।

১৭৬। চতুরশ্রস্থিতৌ হস্তৌ হংসপক্ষকৃতৌ তথা।
তির্যকৃস্থিতৌ চ ভিমুখৌ জ্ঞেয়ৌ তলমুখাবিতি॥

অর্থ। তলমুখ-হস্ত—চতুরশ্র অমসুং হংসপক্ষগী মওঙ্ শাবা খুৎ অনিনা কোনশিন্না অমসুং অমগা অমগা মায়োক্লনা লৈরবদি মদুবু 'তল-মুখ" হায়না কৌই।

১৭৭। তাবেব মণিবন্ধান্তে স্বস্তিকাকৃতিসংস্থিতৌ।
স্বস্তিকাবিতি বিখ্যাতৌ বিচ্যুতৌ বিপ্রকীর্ণকৌ॥

অর্থ। স্বস্তিক অমসুং বিপ্রকীর্ণ-হস্ত—

হায়রিবা খুৎ অনি অসিনা খুজেং মথা মথা নয়ত্নুবা কারণ চন্নবদি মদুবু 'স্বস্তিক' হায়না কৌই। অতুগা স্বস্তিক অসিনা থাইদোক্লরগনা মদু 'বিপ্রকীর্ণ' ওই।

১৭৮। অলপল্লবসংস্থানাবূর্ধাস্যৌ পদ্মকোশকৌ।
অরালকটকাখ্যো বা অরালকটকামুখৌ।

অর্থ। অরালকটকা মুখ-হস্ত—

অলপল্লন শাবা খুৎনা খুদোন রাংখৎনা পদ্মকোশগী মওঙ্ তোরবদি মদুবু অরালকটকা নত্রগা 'অরালকটকামুখ'-হস্ত হায়না কৌই।

১। উদ্বৃত—M. Ghosh

১৭৯। ভুজাংসকূর্পরাস্ত্রৈস্তু কুটিলাবর্তিতৌ করৌ।
পরাঙ্মুখতলাবিদ্ধৌ জ্ঞেয়াবাবিদ্ধবক্রকৌ॥

অর্থ। আবিদ্ধবক্রক হস্ত—

খুৎ অনিমক্কা নীংথিবা শাখেক লোয়ননা অমনা অমগী ওয় তৈনবা লেংহুয়, খুনীং ( খুৎকী ) অমস্থং খুৎতা মথং মথং শোরুরগা খুবাক্কা হুং-ওয়োক্রবদি মদুবু 'আবিদ্ধবক্র-হস্ত' হায়না কৌই।

১৮০। হস্তৌ তু সর্পশিরসৌ মধ্যস্থাঙ্গুষ্ঠকৌ যদা।
তির্যক্ প্রসারিতাস্তৌ চ তদা সূচীমুখৌ স্মৃতৌ॥

অর্থ। সূচীমুখ-হস্ত -

সর্পশীর্ষ-হস্ত অনিগী খুৎপী-খুৎয়ায় শম্বরগা খোযনা তিংথোক্রবদি খুৎ অনি অদুবু 'সূচীমুখ-হস্ত' হায়না কৌই।

১৮১। রেচিতৌ চাপি বিজ্ঞেয়ৌ হংসপক্ষৌ দ্রুতভ্রমৌ।
প্রসারিতোত্তানতলৌ রেচিতাবেব সংজ্ঞিতৌ॥

অর্থ। রেচিতা হস্ত—

হংসাস্য শাবা খুৎ অনিনা খুবাক লোংথোক্লা মথক্তা খুনা থাংগৎলবদি মদুবু 'রেচিতা-হস্ত' হায়না খঙ্নৈ।

১৮২। চতুরস্রো ভবেদ্বামঃ সব্যহস্তশ্চ রেচিতঃ।
বিজ্ঞেয়ৌ নৃত্ততত্ত্বজ্ঞৈরর্ধরেচিতসংজ্ঞকৌ॥

অর্থ। অর্ধরেচিত-হস্ত—

ওয়গী খুৎনা 'চতুরস্র", য়েৎনা "রেচিত"—অসুম্না শারবদি অদুগুম্বা খুৎথম্বু অথঙ্বশিংনা 'অর্ধরেচিত-হস্ত' হায়না খঙ্নৈ।

১৮৩। অঞ্চিতৌ কূর্পরাংসৌ তু ত্রিপতাকাকৃতৌ করৌ।
কিঞ্চিত্তির্যগ্গতা বেতৌ স্মৃতাবুত্তানবঞ্চিতৌ॥

অর্থ। উত্তানবঞ্চিত-হস্ত—

ত্রিপতাক হস্ত অনিমা শাকচেপ ওইরগা লৈরগা লেংজুমগা-খুনীংগা অনিমা হাইকেং কোয়রপ তৌগনি—মদুবু 'উত্তানবঞ্চিত-হস্ত' কৌই।

১৮৪। মণিবন্ধনযুক্তৌ তু পতাকৌ পল্লবৌ স্মৃতৌ।
বাহুশীর্ষাদিনিক্রান্তৌ নিতম্বাবিতি কীর্তিতৌ॥

অর্থ। পল্লবহস্ত —

খুজেংদগী খাইদোয়কপা পতাক হস্ত অনিবু 'পল্লব-হস্ত' কৌই।

অর্থ। নিতম্বহস্ত -

অহুপা লেংজুমদগী লৌথরক্লগনা মদুবু 'নিতম্ব-হস্ত' হায়না কৌই।

১৮৫। কেশদেশাদ্বিনিষ্ক্রান্তৌ পরিপার্শ্বস্থিতৌ যদা।
বিজ্ঞেয়ৌ কেশবন্ধাখ্যৌ করাবাচার্যসম্মতৌ॥

অর্থ। কেশবন্ধ-হস্ত—

শমুন মনাক্তগী পুথোকক্লগা নাকন্দা লৈরবদি মদুবু "কেশবন্ধ-হস্ত" হায়না কৌই।

১৮৬। তির্যক্ প্রসারিতৌ চৈব পার্শ্বসংস্থৌ তথৈব চ।
লতাখ্যৌ চ করৌ জ্ঞেয়ৌ নৃত্তাভিনয়নং প্রতি॥

অর্থ। লতাহস্ত—

থৃং-অনিমক হকচাং নাবন্দা পৈরপ লৈরবদি মদুবু 'লতাহস্ত' হায়না কৌই।

১৮৭। সমুন্নতো লতাহস্তঃ পার্শ্বাৎপার্শ্ববিলোলিতঃ।
ত্রিপতাকোঽপরঃ কর্ণে করিহস্তো প্রকীর্তিতো॥

অর্থ। করিহস্ত—

লতা হস্ত অমনা খাংগৎলগা নাকল অমদগী অমদা হাইরবদি অহুগা অভোম্না খূৎ নামনা নাকোঙ্দা থন্নবদি মদুবু 'করিহস্ত' হায়না কৌই।

১৮৮। কটিশীর্ষনিবিষ্টাগ্রৌ ত্রিপতাকৌ যদা করৌ।
পক্ষবঞ্চিতকৌ হস্তৌ তদা জ্ঞেয়ৌ প্রয়োক্তৃভিঃ ॥

অর্থ। পক্ষবঞ্চিতক-হস্ত—

ত্রিপতাকহস্ত অনিগী অমনা খ্বাঙ্দা অমনা কোক্তা মতোন মতোম্না শোক্লবদি মদুবু 'পক্ষবঞ্চিতক' হায়না কৌই।

১৮৯। তাবেব তু পরাবৃত্তৌ পক্ষপ্রদ্যোতকৌ স্মৃতৌ।
অধোমুখতলাবিদ্ধৌ জ্ঞেয়ৌ গরুড়পক্ষকৌ ॥

অর্থ। পক্ষপ্রদ্যোতক-হস্ত—

মথক্কী খূৎথম অনি অসিনা ওন্নহনা অমনা অমগী মথমদা থন্নবদি মদুবু 'পক্ষপ্রদ্যোতক-হস্ত কৌই।

[1] গরুড়পক্ষ-হস্ত—

অহুগা খুবাক মথা ওন্থনা খুক্কেংদা কায়ণ থন্নবদি মদুবুনা 'গরুড়-পক্ষ-হস্ত' হায়না কৌই।

১৯০। হংসপক্ষকৃতৌ হস্তৌ ব্যাবৃত্তপরিবর্তিতৌ।
তথা প্রসারিতভুজৌ দণ্ডপক্ষাবিতি স্মৃতৌ ॥

অর্থ। দণ্ডপক্ষহস্ত—

হংসপক্ষ শাবা খুন অনিনা ওন্ন-ভৈনবা মায়কৈদা হাইনরগা মথংদা চৈশুগুমনা পাম্বোম তিংথোক্লবদি নদুবু 'দণ্ড পক্ষ-হস্ত' কৌই।

---

১। M. Ghosh কী লাইরিক্তা মসিগী অর্থ তৌরমদে।

১৯১। ঊর্ধ্বমণ্ডলিনৌ হস্তাবূর্ধ্বদেশবিবর্তনাৎ।
তাবেব পার্শ্ববিন্যস্তৌ ''মণ্ডলিনৌ স্মৃতৌ॥

অর্থ। ঊর্ধ্ব মণ্ডলী হস্ত—

থৃং অনিমক মথক্তা লৈরবদি ( circling movement ) মদুবু ঊর্ধমণ্ডলী হায়না কৌই।

পার্শ্বমণ্ডলী-হস্ত—

অহুগা থৃং-মণ্ড্ অহুমক হকচাং নাকন্দা তৌবগনা মদুবু 'পার্শ্ব-মণ্ডলী হস্ত' হায়না কৌই।

১৯২। উদ্বেষ্টিতো ভবেদেকো দ্বিতীয়শ্চাপবেষ্টিতঃ।
ভ্রমিতাবুরসঃ স্থানে উরোমণ্ডলিনৌ স্মৃতৌ।

অর্থ। উরোমণ্ডলী-হস্ত—

অমুম্না কোয়না লৈরুবা থৃং অসিগী নামনা মথক্তা হাইগৎলগা থবাক মপাদা অহুগা অতোপ্পা নামনা নংদা হাইপৎলবদি অহুগুম্বা থৃংকী কগোই অদুবু 'উরোমণ্ডলীহস্ত' হায়না কৌই।

১৯৩। অলপল্লবাকারাবূর্ধ্বোঽর্ধ্বভ্রমণক্রমাৎ।
পার্শ্বার্ধতশ্চ বিজ্ঞেয়াবুরঃপার্শ্বার্ধমণ্ডলৌ॥

অর্থ। উরঃ পার্শ্বমণ্ডল হস্ত।

থৃং নামনা অলপল্লব অমসু নামনা অরাল হস্ত শাদুনা অমনা থবাকুগী রাংখৎনা অমসু, অমনা হকচাং নাকন্দ লেহুনা শারবদি মদুবু 'উরঃ পার্শ্বমণ্ডল হস্ত' হায়না কৌই।

১৯৪। হস্তৌ তু মণিবন্ধান্তে কুঞ্চিতাবঞ্চিতৌ যদা।
কটকাস্যৌ কৃতৌ স্যাতাং মুষ্টিক-স্বস্তিকৌ তদা॥

অর্থ। মুষ্টিকস্বস্তিকা হস্ত—

কটকামুখ হস্ত অনিনা খুজেং লোমদা কোম্বরগা কোয়না লৈনয়বদি মদুবু 'মুষ্টিক-স্বষ্টিক হস্ত' হায়না কৌই।

১৯৫। পদ্মকোশৌ যদা হস্তৌ ব্যাবৃত্তপরিবর্তিতৌ।
নলিনীপদ্মকোশৌ তু তদা জ্ঞেয়ৌ প্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। নলিনী-পদ্মকোষ-হস্ত

পদ্মকোশ হস্ত অনিনা মথং মথং [1]ব্যাবর্তিত অমসুং [2]পরিবর্তিত করণ শারবদি মদুবু জগোই হৈবশিংনা 'নলিনী-পদ্মকোশ-হস্ত' হায়না কৌই।

১৯৬। করাবুদ্বেষ্টিতাগ্রৌ তু প্রবিধায়ালপল্লবৌ।
ঊর্ধ্বপ্রসারিতাবিদ্ধৌ বিজ্ঞেয়াবুল্বণাবিতি॥

অর্থ। উল্বণ হস্ত—

অলপল্লব হস্ত অনিগী শদোননা [3]উদ্বেষ্টিত করণ শারগা খুং অনিমক্কা মথক্কে তিংথোক্কুনা হাইরবদি মদুবু 'উল্বণ-হস্ত' কৌই।

১৯৭। পল্লবৌ শিরোদেশে সংপ্রাপ্তৌ ললিতৌ স্মৃতৌ
কূর্পরস্বস্তিকগতৌ লতাখ্যৌ বলিতাবিতি॥

অর্থ। ললিত হস্ত—

অলপল্লব হস্ত অনিনা কোক্তা থাঙ্গৎলবদি মদুবু 'ললিত হস্ত' হায়না কৌই।

বলিত হস্ত—

মথক্কী লতাহস্ত অনিনা খুনীংগা খুনীংগা শম্মনা কারণ চংনরবদি (স্বস্তিক শারবদি) মদুবুনা 'বলিত হস্ত' হায়না খঙ নৈ।

১৯৮। করণে তু প্রযোক্তব্যা নৃত্তহস্তা বিশেষতঃ।
তথার্থাভিনয়ে চৈব পতাকাদ্যাঃ প্রয়োক্তৃভিঃ॥

১, ২, ৩,—মথংগী শ্লোক নং ২০১ দগী হোনা য়েংউ—

অর্থ। [1]জগোই শেম্বশিংনা খুৎচা জগোইশিংবু করণ শেম্বদা শীজিন্নগনি অহুগা 'পতাক" নচিংবা খুৎলোনশিং ( মুদ্রা ) অসিনা অথ' কোংদোকপা মতাংদা শাগনি।

১৯৯। সঙ্করোঽপি ভবেত্তেষাং প্রয়োগে'হর্থবশাৎ পুনঃ।
প্রাধান্যেন পুনঃ সংজ্ঞা নাট্যে নৃত্তে করেষি হ॥

অর্থ। তৌইশুম্বসুং কান্নবা মতু'ইন্না মখোয়গী য়াম্বশিন্নবা মতৌ ওইয়কপসু য়াওই। থোল্লিবা মমি'শিং অসিদি লীলাদা অমসুং জগোইদা শীজিন্নবদা মচাতানা মক মক ওইবা মশক থঙ্হনবদা খুদোং চাম্ব-বগীদমক্তি।

২০০। বিযুতাঃ সংযুতাশ্চৈব নৃত্তহস্তাঃ প্রকীর্তিতাঃ।
অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি করণং হস্তসংশ্রয়ম্॥

অর্থ। খুৎকী জগোই মখল অনিনি মহুদি খুৎনামগী অমসুং অনিগী ( বিযুক্ত, সংযুক্ত ); মথংদা হুক্তীক করণগা মরী লৈনবা খুৎচা জগোইগী মরমদা অমুক ঐ হায়রগে।

## নৃত্যহস্তকরণ

২০১। সর্বেষামেব হস্তানাং নাট্যহস্তপ্রবেদিভিঃ।
বিজ্ঞাতব্যং প্রযত্নেন করণং তু চতুর্বিধম্॥

অর্থ। নাট্য হৈবশিংনা খুৎচা জগোইগী করণ পুন্নমক মরি থোক্না খায়দোকই। মহুদি—

২০২। অথাবেষ্টিতমেকং স্যাদুদ্বেষ্টিতমথাপরম্।
ব্যাবর্তিতং তৃতীয়ং তু চতুর্থং পরিবর্তিতম্॥

---

১। খুৎচা জগোই পুন্নমক্তা 'করণ' নি- মুদ্রানা অথ'গী মতুং ইনবনি হায়বসি শ্লোক অসিনা তাকই।

অর্থ। অহানবনা আংবেষ্টিত, অনি শুবনা উদ্বেষ্টিত, অহুমশুবনা ব্যাবর্ত্তিত মরি শুংনা পরিবর্ত্তিত কৌই।

২০৩। আবেষ্ট্যন্তে যদাঙ্গুল্যস্তর্জন্যাদ্যা যথাক্রমম্।
অভ্যন্তরেণ করণং তদাবেষ্টিত মুচ্যতে॥

অর্থ। আবেষ্টিত করণ—

খুদোম্বীনা হৌডুনা খুৎনাউবী ফাওবনা খুবাক্তা লোইনা কোনথংপা খুৎপু 'আবেষ্টিত-করণ' হায়না কৌই।[১]

২০৪। উদ্বেষ্ট্যন্তে যদাঙ্গুল্যতর্জন্যাদ্যা বহির্মুখাঃ।
ক্রমশঃ করণং বিপ্রাস্তদুদ্বেষ্টিতমুচ্যতে॥

অর্থ। উদ্বেষ্টিত করণ—

হে ব্রাহ্মণ থিবিক! হায়রিবা আবেষ্টিতগী খুৎ অসিবু খুদোম্বীনা হৌডুনা মথং মথং খুৎনাউবী ফাওবনা খুবাক লোংথোকপগা লোয়নবনা থাদোক্লবদি মদুবু 'উদ্বেষ্টিত করণ' হায়না কৌই।[১]

২০৫। আবর্ত্যন্তে কনিষ্ঠাদ্যা হ্যঙ্গুল্যোঽভ্যন্তরেণ তু।
যত্তু ক্রমেণ করণং তদ্ব্যাবর্ত্তিতমুচতে॥

অর্থ। [২]ব্যাবৃত্ত-করণ—

মথক্কী অসিগুম্বা খুৎনাউবীনা হৌরগা মথং মথং খুদোম্বী ফাওবা খুবাক্তা কোনশিল্লবদি মদুবুনা 'ব্যাবৃত্ত-করণ' হায়না কৌই।

---

১। নং ২০৩না খুৎ উপ্পা লৌবা, ২০৪না খুবাক লোংনা থাবদনা নম্না ঐথোক্লনা শীজিন্নৈ।

২। মনিনা খুৎ লোংনা লৌবদনা নম্না ঐথোক্লনা শীজিন্নৈ, মরু ওইনা চালিদা। মথংগী শ্লোকশু মসিগা মন্নী লৈনৈ।

২০৬। উদ্বর্ত্যাঽন্তু কনিষ্ঠাদ্যা বাহ্যতঃ ক্রমশো যদা।
অঙ্গুল্যঃ করণং বিপ্রাস্তদুক্তং পরিবর্তিতম্॥

অর্থ। পরিবর্তিত-করণ—

হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! খ্‌ুনাউবৈনা চিংনা খ্‌ুদোংশী কাওবনা খ্‌ুবাক্তগী অমুক মথং মথং খ্‌ুৎনা লৈথোরকপা মতুংইন্না থাদোক্লবদি মদুবু 'পরিবর্তিত-করণ' হায়না কৌই।

২০৭। নৃত্তেঽভিনয়যোগে বা পাণিভির্বর্তনাশ্রয়ৈঃ।
মুখভ্রূনেত্রযুক্তানি করণানি প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ লীলাদা অমদি ঙগোইগী মতমদা মথল মথলগী অভিনয়দা শীজিন্নবা খ্‌ুৎকী মুদ্রা পুম্নমক মায়গী, মিৎকী অমদি পীশূমগী মতৌ মওঙ্‌শিংগা ঈরোয়ননা করণশিং (খ্‌ুৎচা জগোই) অসি শাগদবনি।

## বাহুসঞ্চালন

(পাম্বোমগী থবক)

২০৮-২০৯। তির্যগূর্ধ্বগতং চৈব তথাধোমুখ এব চ।
আবিদ্ধশ্চাপবিদ্ধশ্চ মণ্ডলস্বস্তিকস্তথা॥
অঞ্চিতঃ কুঞ্চিতশ্চৈব পৃষ্ঠগশ্চেতি চোদিতঃ।
বাহুপ্রকারো দশধা নাট্যনৃত্তপ্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। নাট্য হৈবা অমসুং জগোইগী মরম খওবশিংনা পাম্বোম

মথল ১০ নি হায়না লেপ্পে মত্তদি—তির্যক্, ঊর্ধ্বগত, অধোমুখ, আবিদ্ধ, অপবিদ্ধ, মণ্ডল, স্বস্তিক, অঞ্চিত অমসুং পৃষ্ঠগ।[১]

২১০। হস্তানাং করণবিধির্ময়া সমাসেন নিগদিতো বিপ্রাঃ।
অত ঊর্ধ্বং ব্যাখ্যাস্তে হৃদয়োদরপার্শ্বকর্মাণি॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ শিংবাক! খুৎকী কারণ-বিধি (খুৎচাজগোইগী মরম) শমতক্না হায়জরে। মথং তাবদি থম্মোই, পুক অমসুং হকচাং নাকলশিংগী মথৌ অমুক হায়জগে।

ভরতকী নাট্যশাস্ত্রদা 'হস্তাভিনয়' (খুৎলোন) হায়না কৌবা মাপন শুবা তাংকক অসু মতাং অসিদা লোইরে।

---

১। পাম্বোমগী তাকলিবা মওং শিং অসিগী লক্ষণনচিংবগী মরমদি তোপ্পা তোপ্পা থাইরোক্লা উৎলমন্নে। চাউরাক্লা অর্থ তৌরগা থোকপা মওং অসু শুইনা অসুমক লৌনশিনবা মতাম।

তরাশুবা তাংকক

# হকচাংগী অভিনয়

## থাগী-থবক

১।  আভুগ্নমথ নির্ভুগ্নং তথা চৈব প্রকম্পিতম্।
উদ্বাহিতং সমং চৈব শিরঃ পঞ্চবিধং স্মৃতম্॥

অর্থ। (জগোইগী মতমদা শীজিন্নবা থবাকপু 'থা' হায়না ঐখোয়না খঙ্নৈ)। অসিগুম্বা থাগী মখল মঙানি মহুদি—আভুগ্ন, নির্ভুগ্ন, প্রকম্পিত, উদ্বাহিত অমসুং সম।

২।  নিম্নমুন্নতপৃষ্ঠং চ ব্যাভুগ্নাংসং শ্লথং ক্বচিৎ।
আভুগ্নং অঙ্গুরো জ্ঞেয়ং কর্মচাস্যনিবোধত॥

অর্থ। আভুগ্ন—(হাইফেৎ নোম্ববা)[১]

থা হাইফেৎ উপ্থগনি, নমগনন হাইগৎকনি, লেংজম হাইফেৎ নোম্বগনি, করিগুম্বদনা হিকথগনি। মসিগী থবক তাবিবু—

৩।  সংভ্রমবিষাদমূর্চ্ছাশোকভয়ব্যাধিহৃদয়শল্যেষু।
কার্যং শীতস্পর্শে বর্ষে লজ্জান্বিতেহর্থবশাৎ॥

অর্থ। তকিং তকিংবা, থরায় হামচংনবা, রাম্ববা, পুক্লীংরাবা (থম্মোই শোকপা), অকিবা, হকচাং ইঙম ঙমদবা (হৈনীংদবা), থম্মোই কায়বা, অঙীংবা পোৎ শেকপা থেংবা, নোংতাবা, অমসুং ভোকবা থবক্তা ইকাইবা নংবা—মথোয অসিদা 'আভুগ্ন' অসি শীজিন্নগনি।

---

১। থা উপ্পা।

৪। স্তব্ধং চ নিম্নপৃষ্ঠং চ নির্ভুগ্নাংসং সমুন্নতম্।
উরো নির্ভগ্নমেতদ্ধি কর্ম চাস্য নিবোধত॥

অর্থ। নির্ভুগ্ন—( নোম্থদবা )

¹খা-নোম্লোই, নমগন তিংখৎকনি, লেংস্ন হিকথরোই অমম্থুং শূপকৎকনি—অসিগুম্বা থগী মওঙ্ অসিবু নির্ভুগ্ন হায়না কৌই। মসিগী থবক তাবিয়ু—

৫। স্তম্ভে মানগ্রহণে বিস্ময়দৃষ্টে চ সত্যবচনে চ।
অহমিতি চ দর্পবচনে গর্বোৎসেকে চ কর্তব্যম্॥

অর্থ। চোকথবা মতৌ, ওইনজুনা শাউবা, অঙকপা মিৎয়েং, অচুম্বা ঙাঙ্বা, ঐ মরাযরে হায়বগী নাপন অমসুং চেন্দোক থোইদোক্লা মঙন হাপ্পা মতৌ অসিনচিংবদা মসি শীজিন্নগনি।

৬। ঊর্ধ্বক্ষেপৈরুরো যত্র নিরন্তরকৃতৈঃ কৃতম্।
প্রকম্পিতং তু বিজ্ঞেয়মুরো নাট্যপ্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। প্রকম্পিত ( ফ্রং ফ্রং কাপ্পা মতৌ )

ঙাইহাকলৈতনা থবক কামৎপা মতৌবু নাট্য হৈবশিংনা প্রকম্পিত-বক্ষ ( খা নীকপা ) হায়না কৌই।

৭। হসিতরুদিতেষু কার্যং শ্রমে ভয়ে শ্বাসকাসয়োশ্চৈব।
হিক্কে চ দুঃখে চ তথা নাট্যজ্ঞৈরর্থযোগেন॥

অর্থ। নোকপা, কপ্পা, নোম্বা, পাথৎপা ( কিবা ), খর হোনবদা ঋবা, লোক-খুবা, পগোকপা, অমসুং অরাবা মতৌদা নাট্য হৈবশিংনা মসিগী থবাক আস শীজিন্ন।

৮। উদ্বাহিতমূর্ধ্বগতমুরো জ্ঞেয়ং প্রয়োগতঃ।
দীর্ঘোচ্ছ্বাসোন্নতা লোকে জৃম্ভণাদিষু চেষ্যতে॥

---

১। খা লোংবা হায়নৈ।

অর্থ। উদ্বাহিত—( থা হাগৎপা )

শীজিন্নবা মতুংইন্না মথক্তা হাগৎপা। থবাকপু উদ্বাহিত বক্ষ হায়না কৌই। স্বয়-মপী হোনবা, অৱাংবা পোং অমা উবা অমদি হকাম চন-বনচিংবদা শীজিন্নে।

৯। সর্বৈরেবাঙ্গবিন্যাসৈশ্চতুরশ্রকৃতৈঃ কৃতম্।
উরঃ সমং তু বিজ্ঞেয়ং স্বস্থং সৌষ্ঠবসংযুতম্॥

অর্থ। সম—( মশাগী ফিবম কায়দবা )

হকচাং কায়াৎ অপুম্বনা চতুরশ্রগী ফিবমদা লৈবা, নীংথিবা অৱেম্বা সৌষ্ঠবগী মতৌনা তিনবা অহুগুম্ব। থবাক অদুবু 'সম-বক্ষ' হায়না কৌই।

পার্শ্ব ( নাক অনি )

১০। এতদুক্তং ময়া সম্যগুরসস্তু বিকল্পনম্।
অত ঊর্ধ্বং প্রবক্ষ্যামি পার্শ্বয়োরিহ লক্ষণম্॥

অর্থ। থবাক্কী মরমদা অশেংবা মতৌশিং অহু হায়জরে। মথংনা হকচাং নাক অনিগী মরমদা অমুক হায়জগে।

১১। নতং সমুন্নতং চৈব প্রসরিতবিবর্তিতে।
তথাপসৃতমেব তু পার্শ্বয়োঃ কর্ম পঞ্চধা॥

অর্থ। নাক-কী থবক মঙা শুই মথৌদি – নত, সমুন্নত, প্রসারিত, বিবর্তিত অমসুং অপসৃত অসিনি।

১২-১৫ কটী ভবেত্তু ব্যাভুগ্না পার্শ্বমাভুগ্নমেব চ।
তথৈবাপসৃতাংসং চ কিঞ্চিৎ পার্শ্বং নতং স্মৃতম্।
নতস্যৈবাপরং পার্শ্বং বিপরীতং তু যুক্তিতঃ।
কটীপার্শ্বভুজাংসৈশ্চাপ্যুন্নতৈরুন্নতং ভবেৎ॥
আযামনাদুভয়তঃ পার্শ্বয়োঃ স্যাৎ প্রসারিতম্।
পরিবর্তে ত্রিকস্যাপি বিবর্তিতমিহেষ্যতে॥

বিবর্তিতাপনয়নাদ্ ভবেদপসৃতং পুনঃ।
পার্শ্বলক্ষণমিত্যুক্তং বিনিয়োগং নিবোধত ॥

অর্থ। নত—( নোম্বা )

খ্বাঙ হাইফেং কোম্বা, নাকল অমা হাইফেং নমথবা, লেংজেন নামনা হাইফেং ঈথোকপা।

উন্নত—( কাঙ্খৎপা )

নতগী অতোপ্পা নাকনগী খ্বাঙ্না থাংখৎপা ( কাঙ্খৎপা ), নাক, পাম্বোম অমস্মুং লেংজুমস্ত ঈরোয়নবা কাঙ্খৎমিন্নবা।

প্রসারিত—( ঈথোকপা )—

নাক অনিমক্তা মাগী মাগী মায়কৈদা ঈথোক্লবা।

বিবর্তিত—

ত্রিক ( Sacrum নীংজোন, ( মসি খ্বাঙ্বুম্থ ওইনা লৌবা য়াই ) অসি লৈনবু ( turning round ) বিবর্তিত কৌই।

অপসৃত—

ঈথোকল্লুব নাকন অহুনা মশাগী হান্নগী ফিবমদা হল্লিনবনু কৌই। মাস বিবর্তিতগী মওঙ্দগী হল্লিনবনি অহুম্মা নাক কী মতৌ-মওঙ্ হায়রবসিনি, মখোয়গী শীজিন্নবা মওঙ্ অমুক তারিয়ু—

## নাক কী শীজিন্নবা মওঙ্

১৬-১১। উপসর্পে নতং কার্যমুন্নতং চাপসর্পণে।
প্রসারিতং প্রহর্ষাদৌ পরিবৃত্তে বিবর্তিতম্ ॥
বিনিবৃত্তেত্বপসৃতং পার্শ্বমর্থবশাদ্ভবেৎ ॥
এতানি পার্শ্বকর্মাণি জঠরস্য নিবোধত ॥

নত—( নোম্বা )

কনাগুম্বা অমগী মনাক্তা চৌবদা তৌগনি।

উন্নত—( কাঙ্‌খৎপা )

ভুংহল্লা চৎপা মতমদা তৌগনি।

প্রসারিত—( ঈনবা )

বয়াউবনচিংমদা তৌগনি।

বিবর্তিত—( কোয়না লৈবা )

লৈথোকপা মতমদা শীজিন্নগনি।

অপসৃত—( চিংথোকপা )

হান্নগী ফিবম হল্লিন্নকপদা।

কাল্ল-কাল্লবা মতুংইল্লা নাক-কী থবক লেপকনি। নাক-কী শীজিন্নব। মওঙ্‌ হায়জরবসিনি। হৃজীক পূক্কী মবল অমুক তাবিয়ু

## উদর ( পূক )

১৮। ক্ষামং খল্বং চ পূর্ণং চ সংপ্রোক্তমুদরং ত্রিধা।
তনু ক্ষামং নতং খল্বং পূর্ণমাধ্মাতমুচ্যতে॥

অর্থ। পূক মওঙ্‌ অহুম ওই মহুদি—ক্ষাম, খল্ব অমসুং পূর্ণ। পূক হাপ্পনা 'ক্ষাম', পূক চোনবনা 'খল্ব' অমসুং পূক কংথোকপনা 'পূর্ণ' হায়না খঙ্‌নৈ।

## পূক-কি শীজিন্নবা মতৌ

১৯-২০। ক্ষামং হাসে চ রুদিতে নিঃশ্বাসে জৃম্ভণে ভবেৎ।
ব্যাধিতে তপসি শ্রান্তে ক্ষুধার্তে খল্বমিষ্যতে॥
পূর্ণমুচ্ছ্বসিতে স্থূলে ব্যাধিতাত্যশনাদিষু।
ইত্যেতদুদরস্যোক্তং কর্ম কট্যা নিবোধত॥

অর্থ। ক্ষাম—নোকপা, কপ্পা, থর থোনবা, অমসুং হকাম-চনবদা ওই।

খন্ত—নাবা, তপ তোবা, চোকথবা অমসুং অরাম খোরাংবদা।

পূর্ণ—স্বর হোন্দোকপা, নোয়বা, নাবা, হেন্না চাশিনবা। অসিন-চিংবদা ওই।

মখোয় অসিনা পুক্কী মতৌনি। হুজীক খ্বাঙ, অমুক তাবিয়ু।

## কটি ( খ্বাঙ )

২১-২৪। ছিন্না চৈব নিবৃত্তা চ রেচিতা কম্পিতা তথা।
উদ্বাহিতা চেতি কটী নাট্যে নৃত্তে চ পঞ্চধা॥
কটীমধ্যস্য চলনাচ্ছিন্না সংপরিকীর্তিতা।
পরাঙ্‌মুখস্যাভিমুখী নিবৃত্তা স্যান্নিবর্তিতা॥
সর্বতো ভ্রমণাচ্চাপি বিজ্ঞেয়া রেচিতা কটী।
তির্যগ্‌গতা গতা ক্ষিপ্রং কটী জ্ঞেয়া প্রকম্পিতা॥
নিতম্বপার্শ্বোদ্বহনাচ্ছনৈরুদ্বাহিতা কটী।
কটী-কর্ম ময়া প্রোক্তং বিনিয়োগং নিবোধত॥

অর্থ। নাট্য অমসুং নৃত্যদা খ্বাঙগী মওঙ মওং মঙা থোক্না লৈ মতু —ছিন্না, নিবৃত্তা, রেচিতা, প্রকম্পিতা অমসুং উদ্বাহিতা।

অর্থ। ছিন্না—( নাকন্দা লৈথোকপা )

খ্বাঙগী ময়ায়গী শরক্তং লৈবা ( তংখায় ফাওবদং

নিবৃত্তা ( পুমলৈ )

হকচাং পুমলৈ লৈথোকপদা ওইবা।

রেচিতা ( মশাগী কিকম )

মশাগী ছায়গী কিবমদা লেঙবা ওংপা

প্রকম্পিতা ( কেং কেং তোবা )

থুনা থুনা থেকপা, হান্নগী মওঙ্ অমুক হন্জিল্লকপা।

উদ্বাহিতা—( ঈনখৎপা )

খ্বাঙ্গী নাক অনি তপ্পা তপ্পা ঈনখৎপদা ওইবা।

খ্বাঙ্গী লেঙ্বা ওৎপা মতৌদি হায়রবসিনি। হুজীক মখোয়গী শীজিন্নবা মওঙ্ অমুক তাবিয়ু।

কটিপ্রয়োগ ( খ্বাঙ্গী শীজিন্নকম )

২৫-২৬। ছিন্না ব্যায়ামসং ভ্রান্তব্যাবৃত্তপ্রেক্ষণাদিষু।
নিবৃত্তা বর্তনে চৈব রেচিতা ভ্রমণেষু চ ॥
কুব্জবামননীচাং গতৌ কার্যা প্রকম্পিতা।
স্থ,লেষুদ্বাহিতা যোজ্যা স্ত্রীণাং লীলাগতেষু চ ॥

ছিন্না—

কায়াৎশিংগী শাজেন তৌবদা, তফিং তফিংবদা, কোয়না যেংবদা।

নিবৃত্তা—কোয়না লৈথোকপদা

রেচিতা—মহৌশাগী ওইবা ক্রিবমদা

প্রকম্পিতা—মনম পোনবা মীগী শাজৎতা, থীকনেম্বা মী অমদি অতোল অতাশিংনা চৎপদা।

উদ্বাহিতা—অনোয়বা মী অমদি কামনা থল্লবা নূপীগী শাজৎ-শাথেক্তা।

উরু—( কৈ )

২৭। কম্পনং বলনং চৈব স্তম্ভনোদ্বর্তনে তথা।
নির্বতনং চ পঞ্চৈতান্যুরুকর্মাণি কারয়েৎ ॥

অর্থ। কৈগী মখল মঙা শুই মছদি—কম্পন, বলন, স্তম্ভন, উদ্বর্তন, নিবর্তন।

২৮-৩০ (ক)। নমনোন্নমনাৎ পার্শ্বের্মুহুঃ স্যাদূরুকম্পনম্।
গচ্ছেদভ্যন্তরং জানু যত্র তদ্বলনং স্মৃতম্।
স্তম্ভনং চাত্র বিজ্ঞেয়ম্ অপবৃত্তক্রিয়াত্মকম্।
বলিতাবিদ্ধকরণাদূর্বোরুদ্বর্তনং স্মৃতম্॥
পার্ষ্ণিরভ্যন্তরং গচ্ছেদ্যত্র তত্তু নির্বতনম্।

অর্থ। কম্পন—খূনীং কাঙ্খৎ কূমথ তৌবদা ওইবা মওঙ্
বলন—খূকউ শূম্নদগী ওইবা মতৌ
স্তম্ভন—করিস্থু লেঙ্বা-ওৎপা তৌদনা লৈবদা ওইবা
উদ্বর্তন—খূকউ থুপচিল্লগা কৈ ফুকপা
নিবর্তন—খূনীংনা মন্থুং ওনশিনবা

## কৈ-শীজিন্নবা

৩০ (খ)-৩২

গতিষ্বধমপাত্রাণাং ভবেচ্চাপি হি কম্পনম্।
বলনং চৈব কর্তব্যং স্ত্রীণাং স্বৈরপরিক্রমে।
সাধ্বসে চ বিষাদে চ স্তম্ভনং তু প্রযোজয়েদ্॥
ব্যায়ামে তাণ্ডবে চৈব কার্যমুদ্বর্তনং বুধৈঃ।
নিবর্তনং তু কর্তব্যং সংভ্রমাদি পরিক্রমে॥

অর্থ। কম্পন—অতোনবা মীগী শাজংতা (কিনা চৎপদা)
বলন—নুপীনা মনিঙ্ তৌনা চৎপা শাজত্তা
স্তম্ভন—অকিবা, খুদোং থীবা মতমদা শীজিন্নগনি।

উদ্বর্তন —হকচাং শাক্লেল অমদি নিপা-জগোইদা মথন্তু অহৈশিংনা মসি শীজিন্নৈ।

নিবর্তন – তক্সিং তফিং চৎপদা শীজিন্নৈ। ( ইথকখোংবগী থৌদা পাঙ্খোকপনচিংবদা মুংশাথৌব অকিবা লোয়নবা অহুগুম্বা )

৩৩। যথাদর্শনমন্যচ্চ লোকাদ্‌ গ্রাহ্যং প্রয়োক্তৃভিঃ।
ইত্যূর্বোর্লক্ষণং প্রোক্তং জঙ্ঘয়োশ্চ নিবোধত ॥

অর্থ। অথাম্বনা তৌনবা অহুগা অতোপ্পা কয়াম্ব মীনা তৌনবা মতৌ লৌশিন্দুনা জগোই শেম্বশিংনা শীজিন্নকম থোকপা অহুগুম্বা কৈগী লক্ষণ-হায়জয়বসিনি।

## খুবোম

৩৪-৩৭। আবর্তিতং নতং ক্ষিপ্তমুদ্বাহিতমথাপি বা।
পরিবৃত্তং যথা চৈব জঙ্ঘাকর্মাণি পঞ্চধা ॥
বামো দক্ষিণপার্শ্বেন দক্ষিণশ্চাপি বামতঃ।
পাদো যত্র ব্রজেদ্বিপ্রাস্তদাবর্তিতমুচ্যতে ॥
জানুনঃ কুঞ্চনাচ্চৈব নতং জ্ঞেয়ং প্রয়োক্তৃভিঃ।
বিক্ষেপাচ্চৈব জঙ্ঘায়া ক্ষিপ্তমিত্যভিধীয়তে ॥
উদ্বাহিতং চ বিজ্ঞেয়মূর্ধ্বমুদ্বাহনাদপি।
প্রত্যাপনয়নং যত্তু পরিবৃত্তং তদুচ্যতে ॥

অর্থ। খুবোম মথল মঙানি মস্থুদি—আবর্তিত, নত, ক্ষিপ্ত, উদ্বাহিত অমসুং পরিবৃত্ত।

আবর্তিত ওয়গী খোঙ্না য়েৎলোমদা, যেৎনা ওয়খোমদা হাইবদু হে ব্রাহ্মণ পূম্মক মদুবু 'আবর্তিত' হায়না কৌই।

নত—খুকক্ত কোনশিনববু 'নত' কৌই।

ক্ষিপ্ত—খুবোম মপান্দা কাওথোকপবু 'ক্ষিপ্ত' কৌই।
উদ্বাহিত—খুবোম থাংগৎপবু 'উদ্বাহিত' কৌই।
পরিবৃত্ত—ওন্না তৈনবা মায়কৈদা খুবোম পুথোকপবু কৌই।

## খুবোমগী শীজিন্নফম

৩৮-৪০। আবর্তিতং প্রয়োক্তব্যং বিদূষকপরিক্রমে।
নতংচাপি হি কর্তব্যং স্থানাসনগতাদিষু॥
ক্ষিপ্তং ব্যায়ামযোগেষু তাণ্ডবে চ প্রযুজ্যতে।
তথাচোদ্বাহিতং কার্যমাবিদ্ধগমনাদিষু॥
তাণ্ডবাদৌ প্রয়োক্তব্যং পরিবৃত্তং প্রয়োক্তৃভিঃ।
ইত্যেতজ্জঙ্ঘয়োঃ কর্ম পাদয়োস্তু নিবোধত॥

আবর্তিত—বিদূষককী শাজংতা শীজিন্নগনি।
নত—লেপ্পগী ফিরেপতা ফম্বদা অমদি চৎপনচিংবদা
ক্ষিপ্ত—হকচাং শাজেনদা অমদি নিপা জগোই শাবদা
উদ্বাহিত—থোয়না চৎপা শাজংতা
পরিবৃত্ত—নিপাজগোইনচিংবদা জগোই হৈবশিংনা শীজিন্নগনি
মসিনা খুবোমগী থবক্সি খোঙ্গী থবক অমুক তাবিয়ু।

## খোঙ অনি অমসুং মখোয়গী শীজিন্নফম

৪১-৫০। উদ্ঘট্টিতা সমশ্চৈব তথাগ্রতলসঞ্চরঃ।
অঞ্চিতঃ কুঞ্চিতশ্চৈব পাদঃ পঞ্চবিধঃ স্মৃতঃ॥
স্থিত্বা পাদতলাগ্রেণ পার্ষ্ণিভূর্মৌ নিপাত্যতে
যস্য পাদস্য করণে ভবেদুদ্ঘট্টিতস্তু সঃ॥
অয়মুদ্ঘট্টিতকরণেষ্বনুকরণার্থং প্রয়োগমাসাদ্য
দ্রুতমধ্যম প্রচারঃ সকৃদসকৃদ্বা প্রয়োক্তব্যঃ॥

স্বভাবরচিতৌ ভূমৌ সমস্থানশ্চ যো ভবেৎ।
সমপাদঃ স বিজ্ঞেয়ঃ স্বভাবাভিনয়াশ্রয়ঃ॥
স্থিরস্বভাবাভিনয়ে নানাকরণেসংশ্রয়ে।
বলিতশ্চ পুনঃ কার্যো বিধিজ্ঞৈঃ পাদরেচিতে॥
উৎক্ষিপ্তা তু ভবেৎ পার্ষ্ণিরঞ্চিতোঽঙ্গুষ্ঠকস্তথা।
অঙ্গুল্যশ্চাঞ্চিতাঃ সর্বাঃ পাদেঽগ্রতলসঞ্চরে॥
নোদননিকুট্টিতে স্থিতনিশুম্ভিতে ভূমিতাড়নে ভ্রমণে।
বিক্ষেপ বিবিধরেচক পার্ষ্ণিক্ষতগমনমেতেন॥
পার্ষ্ণির্যস্য স্থিতা ভূমাবূর্ধ্বমগ্রতলং তথা।
অঙ্গুল্যশ্চাঞ্চিতাঃ সর্বাঃ স পাদস্ত্বঞ্চিতঃ স্মৃতঃ॥
পাদাগ্রক্ষতসঞ্চারে বর্তিতোদ্বর্তিতে তথা।
এষ পাদাহতে কার্যো নানাভ্রমরকেষু চ॥
উৎক্ষিপ্তা যস্য পার্ষ্ণিঃ স্যাদঙ্গুল্যঃ কুঞ্চিতাস্তথা।
তথাকুঞ্চিতমধ্যশ্চ স পাদঃ কুঞ্চিতঃ স্মৃতঃ॥

অর্থ খোঙ্-মখল মঙানি মহুদি উদঘট্টিত, সম, অগ্রতল-সঞ্চর, অঞ্চিত, অমসুং কুঞ্চিত।

উদ্ঘট্টিত—খোঙ্দোলনা লৈপাক্তা তাহুনা লেপ্লগা খুনীং লৈতাবা হায়বদি খুনীং কাঙ্লগা অমুক লৈত্তাবা।

শীজিন্নফম করিগুম্বা অমগী মতৌ তম্বদা উদ্ঘট্টিত করণ-খোঙ্চংনা অথুবা খোঙচংতা অমুক নত্রগা অহুদগী মশীং হেন্না চংপা।

সম—লৈতেম মান্নবা লৈমায়দা চুম্না থাবা খোঙ্বু 'সমপাদ' হায়না কৌই। মসি ইচম চম্বা মশাগী ক্ষিবম হোংবা লৈতবা অহুগুম্বা অভিনয়গী মতমদা শীজিন্নগনি।

**শীজিন্নফম**— মশাগী হাম্নগী ওইবা মহৌশাগী ফিরেপ্তো লৈত্তানা ( খোঙ্‌পাক ) অহুম্মক লেপ্পা কয়ণ মথল মথলগা শাগোন্নবা অভিনয়দা মসি শীজিন্নগনি তৌই-গুম্বস্‌ং খোঙ্‌গী রেচক মতমদদি খোঙ্‌ফম অসি লেঙ্‌গনি ।

**অগ্রতল**—খূনীং কাংগনি, খোঙ্‌বীনা মরু ওইনা মাঙ্‌দা ওম্মোকুনা লৈত্তাগনি, খোঙ্‌জা অতৈনা কোন্তক লৈগনি ।

**শীজিন্নফম**—ঈনশিনবদা, ( থৌদাবনচিংবা ), থুগায়বদা, লেপ্পগী ফিরেপ্তা, কাওবদা, লৈপাক্লেখীনবদা, চৎপদা, পোং লংখোকখিবদা, রেচক-খোঙ্‌থাং অয়াম্বদা অমদি খূনীংদা অশোক অপন খোকপনা মরম ওইদুনা [1]কাঙ্‌না কাঙ্‌না চৎপনচিংবদা শীজিন্নে ।

**অঞ্চিত**—খোঙ্‌দোল কাঙ্‌বা ( খূনীং লৈত্তারগা খোঙ্‌দোলনা মথক্তা হাইগৎপা), খোঙ্‌জাশিংনা কোন্তক লৈবা মতৌবু 'অঞ্চিত' কৌই ।

**শীজিন্নফম**—খোঙ্‌দোন খোঙ্‌য়া নত্রগা খূয়াদা অশোক অপন নংলবদা, লৈনা লৈনা খোঙ্‌ থাংদুনা চৎপদা ( খূনীং ), অদুগা লোংলৈ উপলৈনচিংবা ( হক-চাং লৈথোকপা ) ভ্রমরী—জগোইনচিংবদা মসি শীজিন্নগনি ।

**কুঞ্চিত**—খূনীং কাঙ্‌থৎপা, খোঙ্‌দোল পুম্নমক কোনশিনবা অদুগা খূয়া থম্বালম্বু ( খোইনা রাংখত্তবা, খূনীং হাই-ক্লেৎতং কাঙ্‌বা ) মতৌবু 'কুঞ্চিত' হায়না কৌই।

---

১। অমোনবা খোঙ থাং, অয়ান শাজন'চিংবদু চাম্নবদা।

৫১। উদাত্তগমনে চৈব বর্তিতোদ্বর্তিতে তথা।
অতিক্রান্তক্রমে চৈব প্রয়োগস্তস্য কীর্ত্যতে॥

শীজিন্নরুম—অচৌ অশাংনা চৎপা অয়েম্বা শাজংবা, হকচাং লৈখোকপদা, [1]অতিক্রান্তা চারী খোঙ্‌থাংদা শীজিন্নগনি।

## চারী

৫২ পাদজঙ্ঘোরুকরণং সমং কার্যং প্রয়োক্তৃভিঃ।
পাদস্য করণে সর্বং জঙ্ঘোরুকৃত্যমিষ্যতে॥

অর্থ। জগোইশাবশিংনা খোঙ্, থুবোম অমস্তুং কৈ অহুম অসি এক্তম অমত্তুদা চপ মান্ননা লেঙ্‌মিন্নগনি। কৈস্তু থুবোমস্তু খোঙ্‌গী মতুং অচুম্বক ইনগদবনি।

৫৩। যথা পাদঃ প্রবর্তেত তথৈবোরুঃ প্রবর্ততে।
অনয়োঃ সমানকরণাৎ পাদচারীং প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। খোঙ্‌না চৎপদা কৈস্তু ঈরোয়্যননা অচুম্বক চৎলি। অচুনা চারী খোঙ্‌থাংদা অনি অসি পুন্না অচুম্বক চৎমিন্নে।

৫৪। ইত্যেদঙ্গজং প্রোক্তং লক্ষণং কর্ম চৈব হি।
অতঃপরং প্রবক্ষ্যামি চারীব্যায়ামলক্ষণম্॥

অর্থ। হকচাং কায়াৎশিংগী ওইবা মতৌ মওঙ্‌শিংগী অমদি মখোয় মখোয়গী থবক থনাগী মরম হায়রবসিনি। মথ'দা চারীগী খোঙ্‌থাংনচিংবগী মরমদা কুপ্না অমুক হায়রগে।

ভরতকী নাট্য-শাস্ত্রদা হকচাংগী অভিনয় হায়বা তরাশুবা তাংকক মতাং অসিদা লোইরে।

---

১। চারীগী মতাংদা লেউ, মথংদা লাক্লে।

## তরামাথোই শুবা তাংকক

# চারী

১।  [1]এবং পাদস্য জঙ্ঘায়া উরোঃ কট্যাস্তথৈব চ।
সমানকরণাচ্চেষ্টা চারীতি পরিকীর্তিতা॥

অর্থ। অস্থুম তৌনা খোঙ্, খুবোম, কৈ অমস্থুং খ্বাঙ্না মতম অমত্তদা পুম্না লেঙ্মিন্নববু 'চারী' হায়না কৌই।

২।  বিধানোপগতাশ্চার্যো ব্যায়চ্ছন্তে পরস্পরম্।
যস্মাদঙ্গসমাযুক্তস্তস্মাদ্ ব্যায়াম উচ্যতে॥

অর্থ। চারী পুম্নমক অস্থুম তৌনা হকচাংগা থাদোক্নবা য়াদবা মরম লৈবদগী চারীগী অতোপ্পা মমিং অমনা 'ব্যায়াম' হায়না খঙ্নৈ।

৩।  একপাদ প্রচারো যঃ সা চারীত্যভিসংজ্ঞিতা।
দ্বিপাদক্রমণং যত্তু করণংনাম তদ্ ভবেৎ॥

অর্থ। খোঙ্ নামনা থাংববু (খোঙ্থাং অমবু) চারী কৌই—অনুগা খোঙ্ অনি শুনা থাংববু (খোঙ্থাং অনিবু) না 'করণ' কৌই।

৪।  করণানাং সমাযোগঃ খণ্ড ইত্যভিধীয়তে।
খণ্ডৈস্ত্রিভিশ্চতুর্ভির্বা সংযুক্তং মণ্ডলং ভবেৎ॥

অর্থ। [1]করণ কয়ামক্কমনা পুনববু 'খণ্ড' হায়না খঙ্নৈ। খণ্ড অহুম নত্রগা মরিনা 'মণ্ডল' অমা ওই।

---

১। অহানবা শ্লোক অসি M. Ghosh কী লাইব্রিক্কা য়াওদ্রবদে। শ্লোক অমা লৈ হায়বদি টীকাদা পনি।

১। M. Ghosh নদি করণ অহুমনা খণ্ড অমা ওইনা হায় 197 P.

## চারীগী শীজিন্নকম

৫। চারীভিঃ প্রস্তুতং নৃত্তং চারাভিশ্চেষ্টিতং তথা।
চারীভিঃ শস্ত্রমোক্ষশ্চ চার্যো যুদ্ধে চ কীর্তিতাঃ॥

অর্থ। চারী কয়ামক্রম পুন্নগা জগোই শারিবনি। থবক মখল মখল, খুৎলাই লংবা কাপ্পা অসিনচিংবসু চারীনা তোগনি অমগা শা লানগী মত্তমদসু চারী শীজিন্নগনি।

৬। যদেতৎ প্রস্তুতং নাট্যং তচ্চারীষ্বেব সংস্থিতম্।
ন হি চার্য বিনা কিঞ্চিন্নাট্যে হ্যঙ্গং প্রবর্ততে॥

অর্থ। (ঐখোয়না) হায়নরিবা 'নাট্য' (লীলা) অসিমকসু চারীশিংতনা শারিবনি। চারী নত্তবা অতৈ অমত্তুনা নাট্যদা থক শরুক য়াবা লৈতে।

৭। তস্মাচ্চারীবিধানস্য সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্।
যা যস্মিংস্তু যথা যোজ্যা নৃত্তে যুদ্ধে গতৌ তথা॥

অথ। অহুনা চারীগী হৌনবী লক্ষণ (মওঙ্-মতৌ) শিং অদু হায়রক্কে। জগোইদা শাফম-লানফমদা অমদি চৎপা-খোৎপদা করি কবম তৌনা মসি শীজিন্নবগে হায়বনচিংবা অদু (হায়গে)।

## চারী মখল কুন্থ্রানিথোই

৮-১০। সমপাদা স্থিতাবর্তা শকটাস্যা তথৈব চ।
অধ্যর্ধিকা চাষগতির্বিচ্যবা চ তথা পরা॥
এড়কাক্রীড়িতা বদ্ধা উরূদ্বৃত্তা তথাঙ্কিতা।
উৎস্যন্দিতা চ জনিতাস্যন্দিতা চাপস্যন্দিতা॥
সমোৎসারিতমত্তল্লী মত্তল্লী চেতি ষোড়শ।
এতা ভৌম্যঃ স্মৃতাশ্চার্য শৃণুতাকাশিকীঃ পুনঃ॥

অর্থ। (পুম্না চারী মখল ৩২ নি। মখাগী ১৬ অসিনা ভৌমী চা-রীনি)—সমপাদা, স্থিতাবর্তা, শকটাস্যা, অধ্যর্ধিকা, চাষগতি, বিচ্যবা, এড়কাক্রীড়িতা, বদ্ধা, উরূদ্বৃত্তা, অড্ডিতা, উৎস্যন্দিতা, জনিতা, স্যন্দিতা, অপস্যন্দিতা, সমোৎসারিতমত্তল্লি অমসুং মত্তল্লি— ১৬ অসিনা 'ভৌমী' চারী হায়না খঙনৈ। মখংদা আকশিকী চারীগী মরম অমুক তাবিয়ু।

১২-১৩। অতিক্রান্তা হ্যপক্রান্তা পার্শ্বক্রান্তা তথৈব চ।
ঊর্দ্ধজানুশ্চ সূচী চ তথানূপুরপাদিকা॥
দোলপাদা তথাক্ষিপ্তা আবিদ্ধোদ্বৃত্তসংজ্ঞিতে।
বিদ্যুদ্‌ভ্রান্তা হ্যলাতা চ ভুজঙ্গত্রাসিতা তথা॥
মৃগপ্লুতা চ দণ্ডা চ ভ্রমরী চেতি ষোড়শ।
আকাশিক্যঃ স্মৃতা হ্যেতা লক্ষণং চ নিবোধত॥

অর্থ। আকাশিকী চারী মখল ১৬—

অতিক্রান্তা, অপক্রান্তা, পার্শ্বক্রান্তা, ঊর্দ্ধজানু, সূচী, নূপুরপাদিকা, দোলপাদা, আক্ষিপ্তা, আবিদ্ধা, উদবৃত্তা, বিদ্যুদভ্রান্তা, ভুজঙ্গ ত্রাসিতা, হরিণপ্লুতা, দণ্ডা অমসুং ভ্রমরী।

মথংদা মখোয় অসিগী লক্ষণ (মওঙ্ মতৌ) তাবিয়ু।

## ভৌমী চারী

### (লৈপাক্তা শম্নবা চারী)

১৪। পাদৈনিরন্তরকৃতৈস্তথা সমনখৈরপি।
সমপাদা তু সা চারী বিজ্ঞেয়া স্থানসংশ্রয়া॥

অর্থ। সমপাদা—

খোঙ্ অনিগী খুজীন মপা মান্না, মরক হোহন্দনা লেপ্লা ফিরেপপু 'সমপাদা' হায়না খঙনৈ।

১৫। ভূমিঘৃষ্টেন পাদেনকৃত্বাভ্যন্তরমণ্ডলম্।
পুনরুৎসারয়েদন্যং স্থিতাবর্তা তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। স্থিতাবর্তা—

খোঙ্‌নামনা খোঙ্‌দোলনা লৈপাক শীঙ্‌না পুরগা অতোপ্পা খোঙ্‌নামগী বাংমা লাম্বোক্তুনা লেপকনি, খাইদোক্লরগা অতোপ্পা খোঙ্‌ অহুনা অমুক অহানবা খোঙ্‌ অহুগী বাংমদা পুহুনা কারণ চনগনি। মসিবু 'স্থিতার্বত্তা' হায়ন কৌই।

১৬। নিষণ্ণাঙ্গস্ত চরণং প্রসার্য তলসঞ্চরম্।
উদ্বাহিত খুরঃ কৃত্বা শকটাস্যাংপ্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। শকটাস্যা—

[১]হকচাং চপত্তিংনা লৈগনি, খোঙ্‌নামা অগ্রতলসঞ্চর ওইনা মাঙ্‌দা থাগনি অহুগা থবাক্লা 'উদ্বাহিত্ত' ওইগনি।

১৭। সব্যস্য পৃষ্ঠতো বামশ্চরণস্ত যথাভবেৎ।
তস্যোপসর্পণং চৈব জ্ঞেয়া সাধ্যধিকা বুধৈঃ॥

অর্থ অধ্যধি'কা-

ওয়গী খোঙ্‌না য়েৎকী খোঙ্‌গী মতুংদা থাগনি অহুগা য়েৎকী খোঙ্‌না তংথায় অমা থাংদোক্লনি— ( তাল ২ই ) মহুৰ পণ্ডিতশিংনা 'অধ্যধিকা' হায়না খঙ্‌নৈ।

১৮। পাদঃ প্রসারিতঃ সব্যঃ পুনশ্চৈবোপসর্পিতঃ।
বামঃ সব্যাপসর্পী চ চাষগত্যাং বিধীয়তে॥

---

১। মসি এম. খোবকী অর্থনি। মত অমহনা মসিবু—হকচাং চপত্তিংনা লৈবা"গী মহুত্তা 'নিষণ্ণাঙ্গ'—বিশ্রান্ত—অরাবা কোক্লবা হকচাং অমুমা হায়।

অর্থ। চাষগতি

[1]মাঙ্ থারম্বা য়েৎকী খোঙ্‌না তু দা হনগনি, মতুগা মতম মান্ননা তুংহন্নরম্বা ওয়গী খোঙ্‌না মাঙ্‌দা অমুক থাগনি।

১৯। বিচ্যবাৎ সমপাদা যা বিচ্যবাংসংপ্রযোজয়েৎ।
নিকুট্টযংস্তলাগ্রেণ পাদস্য ধরণীতলম্।

অর্থ। বিচ্যবা—

সমপাদ ওইনা লৈরম্বা (খোঙ্‌কম মান্ননা থারম্বা) খোঙ্‌বু থাই-দোক্লতুনা খোঙ্‌দোলনা লৈমায়দা থীনবাবু বিচ্যবা কৌই।

২০। তলসঞ্চারপাদাভ্যমুৎপ্লুত্য পতনং তু যৎ।
পর্যায়শশ্চ ক্রিয়তে এড়কাক্রীড়িতা তু সা॥

অর্থ। এড়কাক্রীড়িতা—

চোংখৎপদা অমসুং তাথবদা খোঙ্‌দোলনা লৈতায়বদি মদুবু 'এড়কাক্রীড়িত' হায়না কৌই। (তলসঞ্চর - খোঙ্‌না চোংখৎ চোংথ তৌবা)।

২১। অন্যোন্য জঙ্ঘাসংবেধাৎ কৃত্বা তু স্বস্তিকং ততঃ।
উরুভ্যাং বলনং যস্মাৎ সা বদ্ধাচার্য্যুদাহৃতা॥

অর্থ। বদ্ধাচারী—

খুবোম অমগা অমগা কারণ চম্নতুনা খূকউ নমথয়বদি মদুবু 'বদ্ধাচারী' হায়না কৌই।

---

১। মত অমগী অর্থনা 'মসিদা য়েৎকী খোঙ্ থাংদোকনি, অমুক হন্না উপসর্পিত ওইগনি (মাঙ্‌দা থাংগনি। ওমগী খোঙ্‌না য়েৎকী খোঙ্ মনাক্তা চঙশিনগনি।

M. Ghosh—the right foot put forward and then drawn back and at the sametime left foot drawn back and put for ward afterwards.

২২ তলসঞ্চর পাদস্য পার্ষ্ণির্বাহ্যোন্মুখী যদা।
জঙ্ঘাঞ্চিতা তথোদ্বৃত্তা উরূদ্বৃত্তেতি সা স্মৃতা ॥

অর্থ। উরূদ্বৃত্তা—

তলসঞ্চর ওইবা খোঙ্গী খুনীংনা (খুম্নিং ?) মপান ওন্থোক্লগা খুবোম নামনা হাইকেং কোনশিল্লা কৈ কাঙ্লবদি মদূবু 'উরূদ্বৃত্তা' হায়না কৌই।

২৩ অগ্রতঃ পৃষ্ঠতোবাপি পাদোঽগ্রতলসঞ্চরঃ।
দ্বিতীয় পাদনিঘৃষ্টৌ যত্র স্যাদড্ডিতা তু সা ॥

অর্থ। অড্ডিতা—

অগ্রতলসঞ্চর ওইবা খোঙ্নামনা (খোঙ্দোলনা) খোঙ্ নামগী ম'ঙ্দ নত্রগা তুংদা তক্লবদি মদূবু "অড্ডিতা' হায়না কৌই।

২৪ শনৈঃ পাদো নিবর্ত্তেত বাহ্যেনাভ্যন্তররেণ চ।
যদ্রেচকানুসারেণ সাচার্য্যুৎস্যন্দিতা স্মৃতা ॥

অর্থ। উৎস্যন্দিতা—

খোঙ্ অনিমক্ন রেচকগী খোঙ্থাংদা মওং অমসুং মপান্দা হন্না হন্না থাংলবদি মহূবু 'উৎস্যন্দিতা চারী' কৌই।

২৫ মুষ্টিহস্তশ্চ বক্ষঃস্থঃ করো হন্যশ্চ প্রবর্তিতঃ।
তলসঞ্চরপাদশ্চ জনিতা চার্য্যুদাহৃতা ॥

অর্থ। জনিতা—

খুৎনামনা মুষ্টিহস্ত শাহুনা থবাক্তা লৈহোরগা নামনা কোয়না হাই-দোক্পা অহুগা খোঙ্না তলসঞ্চর শাগনি।

২৬। পঞ্চতালান্তরং পাদং প্রসার্য স্যন্দিতাং ন্যসেৎ—
দ্বিতীয়েন তু পাদেন তথাপস্যন্দিতামপি ॥

অর্থ। স্যন্দিতা, অপস্যন্দিতা—

স্যন্দিতা—খোঙ্ অমনা অমদগী তাল মঙা লাপনা থাবা।

অপস্যন্দিতা—সান্দিতা অদু অমনা অমুক হন্না ভৌবা ( অমনা অমদগী তাল মঙা লাপ্পা )।

২৭। তলসঞ্চরপাদাভ্যাং ঘূর্ণমানোপসর্পণৈঃ।
সমোৎসরিতমত্তল্লী ব্যায়ামে সমুদাহৃতা॥

অর্থ সমোৎসরিতমত্তল্লী—

তলঞ্চর খোঙ্ থমনা ( খোঙ্ দোললনা ) কোয়না লৈনা লৈনা [1]মাঙ্ দা অমুম চঙ্ শিনববু ব্যায়ামদ সমোৎসরিত মত্তল্লী হায়না কৌই।

২৮। উভাভ্যামপিপাদভ্যাং ঘূর্ণমানোপসর্পণৈঃ
উদ্বেষ্টিতাপবিদ্ধৈশ্চ হস্তৈর্মত্তল্ল্যুদাহৃতা॥

অর্থ। মত্তল্লি

খোঙ্ অনিনা লৈনা লনা মাঙ্ দা চঙ্ শিনবা অহুগা থৃৎনা উদ্বেষ্টিত অমসুং অপবিদ্ধ শানা শানা লোয়নবা অদুবু 'মত্তল্লি' কৌই।

২৯। এতা ভৌম্যঃ স্মৃতাশ্চার্যো নিযুদ্ধকরণাশ্রয়া।
আকাশকানাং চারীণাং সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। অসিগুম্বা ভৌমীচারী অসি হকথেংনবা লানফমদা খোই-দোক্লদি করণদা শীজিন্নগনি।

মথৎ দা আকাশিকী চারীশিংগী লক্ষণ অমুক হায়জগে।

---

১। M. Ghosh—ভুংহন্না চৎপা

## আকাশিকী চারী
### ( অহাঙ্বা শূণগী চারী )

৩০  কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য পুরতঃ সংপ্রসারয়েৎ।
উৎক্ষিপ্য পাতয়েচ্চৈনমতিক্রান্তা তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। অতিক্রান্তা

কুঞ্চিতগী খোঙ্না ( খোঙ্ কোনশিনবা ) মথক্তা হৃনগৎলগা মাঙ্দা তিংখোকনি, মতু হৃনগৎলগা লৈতাগনি মসিবু 'অতিক্রান্তা চারী' হায়না কৌই[১]

৩১। উরুভ্যাং বলনং কৃত্বা কুঞ্চিতং পাদমুদ্ধরেৎ।
পার্শ্বে বিনিক্ষিপেচ্চৈনমপক্রান্তা তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। অপক্রান্তা –

কৈ অনিনা 'বলন' তৌদুনা কুঞ্চিত ওইবা খোঙ নামা থাঙৎলগা নাক ওইননা কাওখোক্কুনা লৈতাগনি। মসিবু 'অপক্রান্তা' চারী হায়না কৌই।

৩২। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য জানুস্তনসমং ন্যসেৎ।
উদ্ঘট্টিতেন পাদেন পার্শ্বক্রান্তা বিধীয়তে॥

অর্থ। পার্শ্বক্রান্তা—

কুঞ্চিত ওইবা খোঙ্না হৃনগৎলগা খুকউনা থবাক্তা খোমজীনগী মপা য়োনা থাঙৎতুনা উদ্ঘট্টিত ওইবা খোঙ্না নাকল্দা লৈতাববু 'পার্শ্বক্রান্তা চারী' হায়না কৌই।[২]

---

১। মসিদা হৃনগৎপা অসি অনিরক শুবগুম ফোক্লা হায়রি। অহানবা হৃনগৎলগা লৈপাক্তা তান্ত্রিদো অমুকম্ব থপ্পুনা হৃনগৎলগা লৈতাবা মতৌনি। M. Ghosh নদি অমুক্কমক হৃনগৎকনি হায়রি। 29-199 p.

২। M. Ghosh. না তৌবা অর্থনা—31/199 p. one foot kunchita and another thrown up and brought near the side.

৩৩। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য জানুস্তনসমং ন্যসেৎ।
দ্বিতীয়ং চ ক্রমঃ স্তব্ধ ঊর্দ্ধজানুঃ প্রকীর্ত্তিতা॥

অর্থ। ঊর্ধ্বজানু—

কুঞ্চিত ওইবা খোঙ্না হুনগত্তুনা থুকউবা খোমজীন মপা য়ৌনা থাঙ্গৎলগা অতোপ্পা থুকউসু অহুম্না অমুক তৌরগা তুমিন্না চপ লেপ্তুনা লৈরবদি মদুবু 'ঊর্ধ্বজানু চারী" হায়না খঙ্নৈ।

৩৪। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য জানূর্দ্ধং সংপ্রসারয়েৎ।
পাতয়েচ্চাগ্রযোগেন সা সূচী পরিকীর্ত্তিতা॥

অর্থ। সূচী—

কুঞ্চিত ওইবা খোঙনা হুনগৎলগা [১]থুকউ মথক য়ৌনা থাঙ্গৎকনি অহুগা খোঙ্দোলনা তাগনি—মদুবু 'সূচী চারী' হায়না কৌই।

৩৫। পৃষ্ঠতোঽঞ্চিতং কৃত্বা পাদমগ্রতলেন তু।
দ্রুতং নিপাতয়েত্তুর্যৌ চারী নূপুরপাদিকা॥

অর্থ। নূপুরপাদিকা—

অঞ্চিত শাবা খোঙনা তুংদা পুরগা খোঙদোলনা লৈপাক্তা ফিংনা থীল্লুগনি (লৈতাগনি)—মদুবু 'নূপুরপাদিকাচারী" হায়না খঙ্নৈ।

৩৬। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য পার্শ্বাৎ পার্শ্বন্তু দোলয়েৎ।
পাতয়েদঞ্চিতং চৈব দোলপাদা প্রকীর্ত্তিতা॥

অর্থ। দোলপাদা—

কুঞ্চিতগী খোঙনা থক্তা হুনগৎলগা নাকল-অয়দগী নাকল অমা

১। M. Ghosh—অতোপ্পা খোঙ্গী থুকউ মথক কাওবা কুঞ্চিত ওইবা খোঙ্ অহুম্ পুথবা ওইনা ইরি।

ক্ষাওবা হায়গনি অহুগা অঞ্চিত ওইবা খোঙ্না লৈত্তাগনি—মসিবু 'দোলপাদা চারী' হায়না কৌই।

৩৭। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য আক্ষিপ্যত্বঞ্চিতং ন্যসেৎ।
জঙ্ঘা স্বস্তিকসংযুক্তা চাক্ষিপ্তা নাম সা স্মৃতা॥

অর্থ। আক্ষিপ্তা—

কুঞ্চিত ওইবা খোঙনামনা হুৎনগৎলগা অতোপ্পা খোঙ্লোন্দা পুরক্লুনা খুবোমনা কারণ চল্লগা অঞ্চিত ওইনা খোঙ্ লৈতারবদি মদুবু 'আক্ষিপ্তাচারী' হায়না কৌই।

৩৮। স্বস্তিকস্যাগ্রতঃ পাদঃ কুঞ্চিতশ্চ প্রসারিতঃ।
নিপতেদঞ্চিতাবিদ্ধমাবিদ্ধা নাম সা স্মৃতা॥

অর্থ। আবিদ্ধচারী—

স্বস্তিককী মমাঙ্দা কুঞ্চিত শাবা খোঙ্ থাদোক্লনি অহুগা অঞ্চিত ওইনা থুনা লৈপাক্ত তাগনি, মদুবু 'আবিদ্ধাচারী' হায়না কৌই।

৩৯। পাদমাবিদ্ধমাবেষ্ট্য সমুৎপ্লুত্য নিপাতয়েৎ।
পরিবৃত্য দ্বিতীয়ং চ সোদ্বৃত্তা চার্যুদাহৃতা॥

অর্থ। উদ্বৃত্তা—

আবিদ্ধাচারী ( ওবা ) খোঙ্না চোংথক্লুনা অনিশুবা খোঙ্গী (যৈফগী) অকোয়বদা লৈনা পুরগা কোল্লা লৈত্তাবা খোঙ্বু 'উদ্বৃত্তা চারী' হায়না কৌই।

৪০। পৃষ্ঠতো বলিতং পাদং শিরোঘৃষ্টং প্রসারয়েৎ।
সর্বতোমণ্ডলাবিদ্ধং বিদ্যুৎভ্রান্তা তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। বিদ্যুৎভ্রান্তা—

তুংদা হাইদোকপা 'বলিত' ওইবা খোঙ্না হাইগত্তুনা কোক্তা শোল্লগা মায়কৈ মরিমক থুংনা লৈববু 'বিদ্যুৎভ্রান্ত চারী' হায়না কৌই।

৪১। পৃষ্ঠপ্রসারিতঃ পাদো বলিতাভ্যন্তরীকৃতঃ।
পার্ষ্ণিপ্রপতিতশ্চৈব হ্যালাতা সা প্রকীর্তিতা॥

অর্থ। অলাতা—

খোঙ্‌নামনা ভুংদা হাইদোক্কনি, মথংদা বলিত ওইনা মনুংদা পুশিল্ল-ক্লগা খূনীংনা লৈতাগনি মদুবু 'অলাতা চারী' কৌই।

৪২। কুঞ্চিতং পাদমুৎক্ষিপ্য ত্র্যশ্রমূরং বিবর্তয়েৎ।
কটীজানুবিবর্তাশ্চ ভুজঙ্গত্রাসিতা ভবেৎ॥

অর্থ। ভুজঙ্গত্রাসিতা—

কুঞ্চিত শাবা খোঙ্‌না থক্তা হুনগৎলগা মতুগী খূকউ অমসুং ফৈনা কোয়না লৈগনি, মসি তৌবদা অতোপ্পা খোঙ্‌গী ফৈস্থ পুম্না লৈমিন্নগনি।

৪৩। অতিক্রান্তক্রমং কৃত্বা চোৎপ্লুত্য বিনিপাতয়েৎ।
জঙ্ঘাঞ্চিতা পরিক্ষিপ্তা সা জ্ঞেয়া হরিণপ্লুতা॥

অর্থ। হরিণপ্লুতা—

অতিক্রান্ত চারীগী মওঙ্‌দা চোংথৎলগা খোঙ্‌না লৈপাক্তা নেংকনি মসি তৌবদা খুবোমনা অঞ্চিতাগী মওঙ্‌দা লৈরগা ফিংনা লৈমায়দা নেৎকনি, মসিবু 'হরিণপ্লুতাচারী' হায়না কৌই।

৪৪। নূপুরং চরণং কৃত্বা পুরতঃ সংপ্রসারয়েৎ।
ক্ষিপ্রমাবিদ্ধকরণং দণ্ডপাদা তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। দণ্ডপাদা—

নূপরাচারী ওইবা খোঙ্ মাঙ্‌দা থাংদোক্কনি অতুগা ফিংনা লৈথোক্কনি। মসিবু 'দণ্ডপাদিকাচারী" হায়না কৌই।

৪৫ অতিক্রান্ত ক্রমং কৃত্বা ত্রিকং তু পরিবর্তয়েৎ।
দ্বিতীয়পাদভ্রমণাত্তলেন ভ্রমরী স্মৃতা॥

অর্থ। ভ্রমরী -

অতিক্রান্ত চারীগী মওঙ্‌দা খোঙ্‌ থাঙ্গৎলগা নীংঙোন (ত্রিক) কোয়না লৈগনি অত্তুগা অতোপ্পা খোঙ্‌ নামনা মশাগী খোঙ্‌দোলানা মতুংইন্না লৈথোক্কনি।

৪৬। আকাশিক্যঃ স্মৃতা হ্যেতা ললিতাঙ্গক্রিয়াত্মিকাঃ।
ধনুর্বজ্রাদিশস্ত্রাণাং প্রযোক্তব্যাস্ত মোক্ষণে॥

অর্থ। অসিগুম্বা নীংথিবনা তিনবা, চারীপিং অসিবু 'আকাশিকী চারী' হায়না খঙ্‌নৈ। মখোয়শিং অসি তেন কাপ্পা, বজ্রলংবা অসিনচিংবা থৃংলাই কাপ্পা-লংবনচিংবদা শীজিন্নগনি।

৪৭। অগ্রগৌ সমগৌ বাপি অনুগৌ বাপিযোগতঃ।
পাদয়োস্ত দ্বিজা হস্তৌ কর্তব্যৌ নাট্যযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! জগোই শাবশি না শীজিন্নবা খোঙ্‌গী খোঙ্‌লোন মতুংইন্না খূ না খোঙ্‌ গী মমাঙ্‌ থাবা, মান্ননা চৎমিন্নবা নত্রগা খোঙ্‌না হাপ্লগ। খূৎনা কোম্না লোবা অসিনচিংবা মতৌদা পাঙ্‌-থোক্লগনি।

৪৮। যতঃ পাদস্ততো হস্তো যতোহস্তস্ততস্ত্রিকম্‌।
পাদস্থনির্গমং কৃত্বা তথোপাঙ্গানি যোজয়েৎ॥

অর্থ। খূৎনা খোঙ্‌গী মতুংইন্না চৎকনি, খ্বাঙ্‌না (হকচাংনা) খূৎকী মতুং ইনগনি। খোঙ্‌ থাংলগা কোন্না হকচাং কায়াৎকী ওইবা জগোই শাগনি।

৪৯। পাদচার্যাং যদা পাদো ধরণীমেব গচ্ছতি।
এবং হস্তশ্চরিত্বা তু কটীদেশং সমাশ্রয়েৎ॥

অর্থ। চারী খোঙ্‌থাংদা খোঙ্‌না লৈপাক্তা থারগা কোয়না লৈরুবা খূৎ অত্থু খ্বাঙ্‌দা পুথরক্কনি।

৫০। এতাশ্চার্যো ময়া প্রোক্তা ললিতাঙ্গক্রিয়াত্মিকাঃ।
স্থানান্যাসাং প্রবক্ষ্যামি সর্বশস্ত্রবিমোক্ষণে॥

অর্থ। নীংথিবা হকচাং শাথেক লোয়নবা ন্যারীগী মরমদা ঐনা হায়জরবসিনি। খুৎলাই লংবা-কাপ্পনচিংবদা ওইবা মথোয়গী ফিরেপ-শিং অতুগী মরমদা অমুক হায়জগে।

## ফিরেপ নত্রগা ফিবম

৫১। বৈষ্ণবং সমপাদং চ বৈশাখং মণ্ডলং তথা।
প্রত্যালীঢ়ং তথালীঢ়ং স্থানান্যেতানি ষণ্ণ্ণাম্॥

অর্থ। নিপা ফিরেপ[1] মথল তরুক্তি, মতুংদি—
বৈষ্ণব, সমপাদ, বৈশাখ, মণ্ডল, প্রত্যালীঢ় অমসুং আলীঢ়।

৫২-৫৩। দ্বৌতালাবর্ধতালশ্চ পাদয়োরন্তরং ভবেৎ।
তয়োঃ সমুত্থিতস্ত্বেকস্ত্র্যস্রঃ পক্ষস্থিতোঽপরঃ॥
কিঞ্চিদঞ্চিতজঙ্ঘং চ সৌষ্ঠবাঙ্গপুরস্কৃতম্।
বৈষ্ণবস্থানমেতদ্ধি বিষ্ণুরত্রাধিদৈবতম্॥

অর্থ। বৈষ্ণবস্থান—

খোঙ্ অনিগী বারকা তাল অনি মথায লাপ্পগনি। অনি অতুগী মরক্তা অমনা চাম্নগী ফিবমা অতুমমক লৈগনি অননা নাকল্লোমদা ওস্লোক্লা খোঙ দোলনা পৈনা লৈ জাগনি খুবোম হাইক্ষেৎ কোক্তক তোগনি অতুগা হকচাংম সৌষ্ঠবাঙ্গদা লৈগনি।

মসিবু পুবা লাইদি বিষ্ণুনি—( বিষ্ণুগী ফিরেপনি )।

৫৪। স্থানেনানেন কর্তব্যঃ সংলাপস্তু স্বভাবজঃ।
নানাকার্যান্তরোপেতৈর্নৃভিরুত্তম মধ্যমৈঃ॥

---

১। জগোইগী মমাঙদা অমদি মতুংদা লেপ্পগী মতৌবু ফিরেপ কৌই (স্থান)। সংগীতরত্নাকর, নর্তনাধ্যায় ১০২৯ ৩১ রেংউ

অর্থ। মথক থংবা অমস্তুং ময়াম ওইবা থাকী মীওইশিংনা ফিরেপ অসিদা লেপ্পগা মথৌ মশিল কয়ানি বীদা ইচম চম্না য়ারী য়াতাই শাবনচিংবা তৌগনি।

৫৫। চক্রস্য মোক্ষণে চৈব ধারণে ধনুষস্তথা।
ধৈর্যোদাত্তাঙ্গলীলাসু তথা ক্রোধে প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। চক্র লংবদা, লীরুং পায়বদা, অথাঙ্ কনবা মতৌদা, শাউবদা অমস্তুং চীংলেম্বা হকচাংগী ফিবম উৎপদা শীজিন্নগনি।

৫৬ ৫৮ (ক)।

ইদমেব বিপর্যস্তং প্রণয়ক্রোধ ইষ্যতে।
উপালম্ভকৃতে চৈব প্রণয়োদ্বেগয়োস্তথা॥
শঙ্কাসূয়োগ্রতা চিন্তা ধৃতিস্মৃতিষু চৈব হি।
দৈন্যে চপলতায়াং চ গর্বাভীষ্টেষু শক্তিষু॥
শৃঙ্গারাদ্ভুতবীভৎসবীরপ্রাধান্যযোজিতম্।

অর্থ। মসিবু ওন্থতেনবদা মরু ওইনা শৃংগার, অদ্ভুত, বীভৎস অমস্তুং বীররসতা শীজিন্নবা তারবনি মহুগী মতৌশিং অহু মুংশি মুংওনগী মৎমদা শাউবা, চৈহৎপা, অপাম মুংশি মতৌ লাঙ্ তক্লবা, চিংনবা শকলোৎপা মতৌ (অশেংবা পুক্নিং লোৎলগা অম ওইনা উৎথোকপা), অয়াকপা মতৌ, য়াথল থনবা, বুদ্ধি চঙথোনবা, নীংশিংবগী শক্তি চাউবা, তোম্বা মতৌ, ইকিং কিংবা (থকচানবা) মতৌ, নাপন, খৌরাংবা পোৎ লক্লগা হিন্নম অমদি চুশাংগী তৌবা ওম্বগী পাজল— অসিনচিংবদা শীজিন্নগনি।

৫৮ খ:-৫৯ (ক)।

সমপাদে সমৌ পাদৌ তালমাত্রান্তরস্থিতৌ॥
স্বভাবসৌষ্ঠবো পেতৌ ব্রহ্মা চাত্রাধিদৈবতম্।

অর্থ। সমপাদ-স্থান—

মরক্তা তাল অমথক্তমক লাওনা মশাগী হায়গী ফিবেপ্তা, মশাগী ওইবা মীংথিবা ফিবমদা ( অঙ্গ সৌষ্ঠব ) লেপ্লবু 'সমপাদ' ( খোঙ.কম য়ায়বা ) হায়না কৌই।

ব্রহ্মানা মসিগী লাইনি। ( ব্রহ্মাগী ফিরেপনি )।

৫৯ (খ)-৬১ (ক)।

অনেন কার্যং স্থানেন বিপ্রমঙ্গলধারণম্ ॥
রূপণাং পক্ষিণাং চৈব বরং কৌতুকমেব চ ॥
স্বস্থানাং স্যন্দনস্থানাং বিমানস্থায়িনামপি ॥
লিঙ্গস্থানাং ব্রতস্থানাং স্থানমেতত্তু কারয়েৎ।

অর্থ। অসিগুম্বা ফিরেপ অসিনা ব্রাহ্মণগী আশীর্বাদ লৌবা, উচেক্কী মতৌ তম্বা, লুচোঙ.ফমগী বর, অহাঙ.বা অভিয়াদা লৈবা, দোলাই অপাইবী তোংবা, লিঙ্গপূজা তৌবা মী ( শৈবধর্ম্মচাৎপা মী ), অকনবা তপ তৌবা মী ( লাইনীংবগী থবক তৌরিবা ) অসিনচিংবনা ফিরেপ অসি শীজিন্নগনি।

৬১ (খ)-৬৩(ক)।

তালাস্ত্রয়ার্দ্ধতালশ্চ পাদয়োরন্তরং ভবেৎ ॥
তালাংস্ত্রীনর্ধতালং চ নিষণ্ণোরুং প্রকল্পয়েৎ।
ত্র্যস্রৌ পক্ষস্থিতৌ চৈব তত্র পাদৌ প্রযোজয়েৎ ॥
বৈশাখস্থানমেতদ্ধি স্কন্দশ্চাত্রাধিদৈবতম্।

অর্থ। বৈশাখ-স্থান—

খোঙ. অনিগী কারক্তা তাল অহুম মথায় লাপ্পগনি, ফৈ লেঙ.দন লৈগনি, খোঙ. অনিনা মাগী মাগী নাকন্দা পৈথোক্লা লৈতাগনি—ফিরেপ অসিবু 'বৈশাখ-স্থান' হায়না কৌই।

মসিগী লাইনা স্কন্দ ( কার্ত্তিক ) নি।

৬৩ (খ)-৬৫ (ক)।

স্থানেনানেন কর্তব্যমশ্বানাং বাহনং বুধৈঃ॥
ব্যায়ামো নির্গমশ্চৈব স্থূলপক্ষিনিরূপণম্।
শরাসনসমুৎকর্ষব্যায়ামকৃতমেব চ॥
রেচকেষু চ কর্তব্যমিদমেব প্রযোক্তৃভিঃ।

অর্থ। পণ্ডিতশিংনা অসিগুম্বা ফিরেপ অসিবু শগোল তোংবদা, শাজেন তৌবদা, মকম অমদগী মপান থোকপদা, অচৌবা উচেকী মতৌ তম্বদা, লীরী তেনগা থোংনবা কোলহনবদা, অমসুং তেন কায়দা শীজিন্নৈ। রেচকশিংগী মতমদসু জগোই শেম্বা মীশিংনা মসি তৌগনি।

৬৫ (খ)-৬৬ (ক)।

ঐন্দ্রে তু মণ্ডলে পাদৌ চতুস্তালান্তরস্থিতৌ।
ত্র্যস্রৌ পক্ষস্থিতৌ চৈব কটী জানুসমৌ তথা॥

অর্থ। ঐন্দ্র-মণ্ডল—

'মণ্ডল' ফিরেপকী লাইদি ইন্দ্রনা ওইবদগী মসিবু 'ঐন্দ্র মণ্ডল" হায়না খঙ্নৈ।

খোঙ্ অনিগী কারক্তা তাল মরি লাপ্নগনি অহুগা নাকন্দা পৈ-থোক্লনা খোঙ্ লৈভাগনি। খাঙ-খুকউ অনিদি হায়গী মশাগী ওইবা মহৌশা ফিবমদা অহুম্মক লেঙ্দনা লৈগনি।

৬৬ (খ)-৬৭ (ক)।

ধনুর্বজ্রাদি শস্ত্রাণি মণ্ডলেন প্রযোজয়েৎ।
বাহনং কুঞ্জরাণাং তু স্থূলপক্ষিনিরূপণম্॥

অর্থ। লিরুং পায়বদা, বজ্রনচিংবা খুৎলাই লংবদা, শামু তোংবা অমসুং অচৌবা উচেকী মতৌতম্বদা হায়রিবা মণ্ডল অসি শীজিন্নগনি।

৬৭ (খ)-৬৮ (ক)।

তস্যৈব দক্ষিণং পঞ্চতালান্ প্রসার্য তু॥
আলীঢ়ং স্থানকং কুর্যাদ্রুদ্রশ্চাত্যাধিদৈবতম্।

অর্থ। আলীঢ়—

অসিগুম্বা মণ্ডলগী য়েৎকী খোঙ্না তাল মঙা লাপথোকপ্রবদি মদুবু "আলীঢ়-স্থান" হায়না কৌবা ফিরেপ অমু ওই।

মসিগী লাইনা রুদ্র ( মহাদেব ) নি।

৬৮ (খ)-৭০(ক)।

অনেন কার্যং স্থানেন বীররৌদ্রকৃতং তু যৎ॥
উত্তরোত্তরসংকল্পে রোষামর্ষকৃতশ্চ যঃ।
মল্লানাং চৈব সংফেটঃ শত্রূণাং চ নিরূপণম্॥
প্রবিচারাঃ প্রযোক্তব্যা নানাশস্ত্রবিমোক্ষণে।

অর্থ। বীর অমসুং রৌদ্ররসনা য়ুম্ফম ওইনবা অমুগুম্বা থৌওঙ্ পুন্নমক্তা হায়রিবা ফিরেপ অসি শীজিন্নগনি। [1]রাশক তোয়বদা, [2]অশাউবদা, ডাকপিফম থোক্তবা [3]থবক্তা, মায়োক্নবা অনিগী লানফমদা, য়েক্নবগী মতৌ তম্বদা, য়েক্নবগী মথক্তা লান্দাবদা ( য়েক্নবা তম্না কুজিনবদা ), অমদি খুৎলাই লংবা-হুনবদা মসি শীজিন্নগনি।

৭০ (খ)-৭১ (ক)।

কুঞ্চিতং দক্ষিণং কৃত্বা বামপাদং প্রসার্য চ॥
আলীঢ়পরিবর্তস্তু প্রত্যালীঢ়মিতি স্মৃতম্।

অর্থ। প্রত্যালীঢ়—

য়েৎকি খোঙ্না কোনশিন্নগা ওয়গী খোঙ্না মাঙ্দা হাইদোক্না থমদুনা আলীঢ়স্থানগী ওয় তৈনবা ফিরেপ ওইহল্লবদি মদুবু 'প্রত্যালীঢ়-স্থান' হায়না কৌই।

---

১, ২, ৩, অদি M. Ghosh না অর্থ তৌরবে—p. 203, no 67-69

৭১ (খ)-৭২ (ক)।

আলীঢ়সহিতং শস্ত্রং প্রত্যালীঢ়েন মোক্ষয়েৎ।
নানাশাস্ত্রবিমোক্ষো হি কার্যোঽনেন প্রযোক্তৃভিঃ।

অর্থ। আলীঢ়গী ফিরেপ্তা পায়বা থূংলাই অদুবু প্রত্যালীঢ়স্থাননা লংথোকনি। অগোই শাবা মীনা মসি শীজিন্নদুনা থূংলাই মথল কয়াবু লংবা-হুনবা-কাপ্পানচিংবগী থবক তৌগনি।

## [1]ন্যায় মথল মরি

৭২ (খ)-৭৩ (ক)।

ন্যায়াশ্চৈবাত্র বিজ্ঞেয়াশ্চত্বারঃ শস্ত্রমোক্ষণে।
ভারতঃ সাত্বতশ্চৈব বার্ষগণ্যোঽথ কৈশিকঃ॥

অর্থ। থূংলাই শীজিন্নবগী ন্যায় মরিথক লৈ মদুদি—
ভারত, সাত্বত, বার্ষগণ্য অমসুং কৈশিক।

৭৩ (খ)-৭৪ (ক)।

ভারতে তু [2]কটীচ্ছেদ্যং পাদচ্ছেদ্যং তু সাত্বতে॥
বক্ষসো বার্ষগণ্যে তু শিরচ্ছেদ্যং তু কৈশিকে।

ভারত—খাঙ্দা ককথংপদা, সাত্বত—মখোঙ্ ককপদা, বার্ষ-গণ্য—থবাক্তা খিনংপা, হোগায়বদা, কৈশিক—মকোক ককথংপদা শীজিন্নগনি।

৭৪ (খ)-৭৫ (ক)।

এভিঃ প্রয়োক্তৃভির্ন্যায়ৈর্নানাচারীসমুত্থিতৈঃ॥
প্রবিচারাঃ প্রযোক্তব্যা নানাশস্ত্রবিমোক্ষণে।

---

১। ন্যায়—থূংলাই শীজিন্নবগী মওং, ২। কটীচ্ছেদং পাদচ্ছেদং—পাঠ

অর্থ। অগোইশাবা মীনা চারী মথল কয়াদগী থোকপা অসিঙুষা 'ন্যায়'শিং অসি শীজিন্নহুনা মথল মথলগী থৃংলাই থাবদা, লংবগী থবক তৌবদা রঙ্গমঞ্চদা চখোক চৎশিন তৌগনি।

৭৫ (খ)-৭৬ (ক)।

ন্যায়ং শ্রিতৈরঙ্গহারৈর্ন্যায়াচ্চৈব সমুত্থিতৈঃ।
যস্মাদ্ যুদ্ধানি নীয়তে (ন্তে?) তস্মান্ন্যায়াঃ প্রবর্তিতাঃ।

অর্থ। ন্যায়দগী থোকপা ন্যায়দা যুম্ফম ওইনবা অঙ্গহারশিংনা রঙ্গমঞ্চদা শাফম লানফমনচিংবা অভিনয় তৌবনা মরম ওইহুনা ন্যায়গী পরিংশিং অসিবু পুথোকখিবনি।

৭৬ (খ) ৮০।

বামহস্তে বিনিক্ষিপ্য খেটকং দক্ষিণেন চ।
শস্ত্রমাদায় হস্তেন প্রবিচারমথাচরেৎ।
প্রসার্য চ করৌ সম্যক্ পুনরাক্ষিপ্য চৈব হি॥
খেটকং ভ্রাময়েৎ পশ্চাৎ পার্শ্বাৎ পার্শ্বমথাপি চ।
শিরঃ পরিগমশ্চাপি কার্যঃ শস্ত্রেণ যোক্তৃভিঃ॥
কপোলাংসান্তরে বাপি শস্ত্রস্যোদ্‌ঘটনং তথা।
পুনশ্চ খড়্গহস্তেন ললিতোদ্বেষ্টিতেন চ।
খেটকেন চ কর্তব্যং শিরঃ পরিগমো বুধৈঃ।
এবং বিচারঃ কর্তব্যো ভারতে শস্ত্রমোক্ষণে॥

অর্থ ওয়গী থৃংনা ঢুজোয় পায়রগা য়েৎনা খৃংলাই পায়হুনা রঙ্গমঞ্চদা কোয়না চৎকনি। খৃৎ অনিমক পুমতিং তিংথোক্লুনা অহুগা অমুকন্থ চিংশিন্দুনা নংগনদা মায়কৈ অমদগী অমা কাওবা ঢুজোয় লৈগনি অহুগা মহু তৌবা মীনা থাঙ্ অহু কোক্কী অকোয়বদা লৈহুনা ছাইগনি। অহুগা অমুকন্থ চায়রুং অমস্সুং লেংজুমগী মরক্তা থাঙ্ অদুবু লৈগনি। অহুগা অমুকন্থ থাঙ্ অমস্সুং ঢুজোয় পায়বা খৃৎ

অনিমক্না অচৈবশিংনা কোকী অকোয়বদা নীংথিনা লৈছনা হাইগনি।

মসিমা 'ভারত-ন্যায'গী খুৎলাই শীজিন্নদুনা রক মরুদা কোয়না চৎপগী মতৌনি।

৮১-৮২ ক)।

সাত্বতে চ প্রবক্ষ্যামি প্রবিচারং যথাবিধি।
স এবং প্রবিচারস্তু শস্ত্রখেটকয়োঃ স্মৃতঃ॥
কেবলং পৃষ্ঠতঃ শস্ত্রং কর্তব্যং খলু সাত্বতে।

অর্থ। সাত্বত-ন্যায় হৌনবা কোয়না চৎপগী মতৌ অদু হায়গে। খুৎলাই থাবদা অমদি চুঙ্গোয় পায়বদা চৎকদবা মচৎ অদু অসি মঙায়। খেন্নরিবমক্তবু সান্নদা খুৎলাই অদু তুং ওইননা থমগদবনি।

৮২ (খ)-৮৩। গতিশ্চ বার্ধগণ্যোঽপি সাত্বতেন ক্রমেণ তু॥
শস্ত্রখেটকয়োশ্চাপি ভ্রমণং সংবিধীয়তে।
শিরঃপরিগমং দ্বচ্ছস্ত্রস্যৈব ভবেত্তথা॥

অর্থ। বার্ধগণ্য দসু সাত্বতগী খোঙচৎ অসি মঙায়। থাঙ-চুঙ্গোয় শীজিন্নবসু অমুন্না অতুম্মক তৌগনি। অদুম তৌনা কোকী মায়কৈ মরিমক্তসু থাঙ চুঙ্গোয় লৈগনি।

৮৪-৮৫ (ক)।

উরস্যাদেষ্টনং কার্যং শস্ত্রস্যাং সেঽথবা পুনঃ।
ভারতে প্রবিচারে যঃ কর্তব্যঃ স তু কৈশিকে॥
বিভ্রময্য তথা শস্ত্রং কেবলং মূর্ধ্নি পাতয়েৎ।

অর্থ। ভারত-ন্যায়গী মতৌশুম কৈশিক-ন্যায়গী খোঙচৎসু মায়গনি।—খুৎলাই লৈবগী থবক্তি থংাক্তা নত্রগা লেংজুমদা তৌগনি, অদুগা খুৎলাই অদু অমুন্না লৈবা হাইবা তৌরগা কোক্তা যানবগী থবক তৌগদবনি।

৮৫ (খ) ৮৬ (ক)।

প্রবিচারাং প্রযোক্তব্যা হ্যেবমেতেঽঙ্গলীলয়া॥
ধনুর্বজ্রাদি শস্ত্রাণাং প্রযোক্তব্যা বিমোক্ষণে।

অর্থ। অসুম্না লীক্লং পায়বদা অমদি হুনচিংবা থূংলাই লংবা, থাবনচিংবদা নীংথিবা হকচাং শাথেক্লচিংবা লোননা মঙ্কদা অসুম্না কোয়না চংপা মতৌ অনি তৌগদবনি।

৮৬ (খ)-৮৭ (ক)।

ন ভেদ্যং নাপি চ চ্ছেদ্যং ন বাপি রুধিরস্রুতিঃ॥
রঙ্গে প্রহরণে কার্যং ন চাপি ব্যক্তঘাতনম্।

অর্থ। রঙ্গমঞ্চদদি কৈদোউঙেদসু থাঙ্গৈমক শেংনা থিন্দংপা, কক্কথংপা, ঈ তাহনবা অমদি মায়াম মাঙ্‌দা ফেংনা হেক্তমক হাংপনচিংবসি থক তৌফদে।

৮৭ (খ)-৮৮ (ক)।

সংজ্ঞামাত্রেণ কর্তব্যং শস্ত্রাণাং মোক্ষণং বুধৈঃ॥
অথবাভিনয়োপেতং কুর্যাচ্ছেদ্যং বিধানতঃ।

অর্থ। পণ্ডিতশিংনা (অথওবা মী) থূংলাই থাবগী থবক্ত মতৌতমক মালহনগনি। নত্রগনা ককথং য়াস্থংপনচিংবগী মতৌ অহু তোঙান তোঙানবা হকচাংগী অভিনয় তৌহনা উংকনি।

৮৮ (খ) ৮৯ (ক)।

অঙ্গসৌষ্ঠবসম্পন্নৈরঙ্গহারৈর্বিভূষিতম্॥
ব্যায়ামং কারয়েৎ সম্যগ্ লয়তাল সমন্বিতম্।

অর্থ। অঙ্গসৌষ্ঠবনাত্তিনবা নীংথিবা অঙ্গহারনা লৈতেংবা অমসুং লয় তালগী চঙ্‌খোনবা মতৌনা যাওনবা অহুঙবা ব্যায়ামশিং অহু তৌগদবনি।

৮৯ (খ)-৯২ (ক)।

সৌষ্ঠবে হি প্রযত্নস্তু কার্যো ব্যায়াম সেবিভিঃ॥
ন হি সৌষ্ঠবহীনাঙ্গঃ শোভতে নাট্যনৃত্তয়োঃ।
অচঞ্চলমকুব্জং চ সন্নগাত্রং তথৈব চ॥
নাত্যুচ্চং চলপাদং চ সৌষ্ঠবাঙ্গং প্রযোজয়েৎ।
কটী কর্ণসমা যত্র কূর্পরাংস শিরস্তথা॥

অর্থ। সৌষ্ঠব—

শাজেন তৌবশিংনা ( জগোইগী শাজং-শাথেক্লচিংবা থোক্লবা ভন্বা কাঙ্‌বুনা ) সৌষ্ঠব অসিদা পুক্লীং চঙ্‌গদবনি। লৌলাদা অমদি জগোইদা সৌষ্ঠব য়াওদবা হকচাংনা থক ক্নজবা ঙমদে। তকিং তক্লিংদবা ( ঈংবা ), নম পোম্লোক্তরা, থরেক্লদবা, য়াঙ্‌তেকথোক্তবা, হেন্নস্থ নোম্নদবা, থোঙ্‌-শিংবা—অসিগুম্বা 'সৌষ্ঠবাঙ্গ' অসি জোগদবনি। অম্নুম্না খাঙ্‌, নাকোঙ্‌, খুৎকী খুনীং, লেং অমদি কোক পুম্নমক অসিনা মাগী মাগী হৌনবী মশাগী হান্নগী ফিবমদা চুম্না লৈবা অমস্থং থা-কনবা অসিনা অশেংবা সৌষ্ঠব-কী মতৌনি।

## চতুরশ্র

৯২ (খ)-৯৩ (ক)।

কটী নাভিচরৌ হস্তৌ বক্ষশ্চৈব সমুন্নতম্॥
বৈষ্ণবং স্থানমিত্যঙ্গং চতুরশ্রমুদাহৃতম্।

অর্থ। বৈষ্ণব স্থানদা লৈরগা খুৎ অনিনা খাঙ্‌ অমস্থং থোরদৌ মপাদা লৈরবদি অহুগা থা-লোংলবদি মদুবু 'চতুরস্র” হায়না কৌই।

## লৌরুংগী শীজিন্নবা মতৌ মরি

৯৩ (খ)-৯৪ (ক।

পরিমার্জনমাদানং সন্ধানং মোক্ষণংভবেৎ॥
ধনুষস্তু প্রযোক্তব্যং করণং তু চতুর্বিধম্।

অর্থ। লীক্লংগী করণ মরি শুই মতুদি—
পরিমার্জন, আদান, সন্ধান অমসুং মোক্ষণ।

৯৪ (খ)-৯৫ (ক)।

প্রমার্জনং পরামর্শ আদানং গ্রহণক্রিয়া॥
সন্ধানং শরবিন্যাসো বিক্ষেপো মোক্ষণং তথা।

অর্থ। প্রমার্জন ( পরিমার্জন ) হায়বদি শেম শাবা, কোন্থবনচিংবা ( খোংজি চনবা ) আদান হায়বনা লৌবা, পায়বা ( তেন্দোংদগী শং পননচিংবা ) সন্ধান হায়বদি তেনগা থোংবা, চীংবা অমসুং মোক্ষণ হায়বনা—কাপথোকখিবা—।

৯৫ (খ)-৯৬ (ক)।

তৈলাভ্যক্তেন গাত্রেণ যবাগূমৃদিতেন চ॥
ব্যায়ামং কারয়েদ্ধীমান্ ভিত্তাবাকাশকে তথা।

অর্থ। অশিংবা মীনা মশাদা থাউ অমসুং যব নত্রগা চাক চবোন নচিংবা তৈবা নোইবনচিংবা তৌরগা ভৌমী চারী অমদি আকাশিকা চারী নচিংবগী শাজেন তৌগদবনি।

৯৬ (খ -৯৭ (ক)

যোগ্যায়া মাতৃকাভিত্তিস্তস্মাদ্ ভিত্তিং সমাশ্রয়েৎ।
ভিত্তৌ প্রসারিতাঙ্গং তু ব্যায়ামং কারয়েন্নরম্।

অর্থ। [1]শাজেন তৌফমদি লৈমায় মথক্তনি। অতুনা মতিক চাবা লৈমায় লৈগদবনি। মতুগী মথক্তা মরাং কায়না শাজেনগী থবক তৌগদবনি।

---

১। লৈমায়দা অপোই ভথা মীমী মমানি।

৯৭ (খ)-৯৮ (ক)।

বলার্থং চ নিষেবেত নস্যং বস্তিবিধিং তথা॥
স্নিগ্ধান্যন্নানি চ তথা রসকং পানকং তথা।

অর্থ। হকচাং ফহন্নবগীদমক [1]নস্য লৌগদবনি অহুগা হিদাক চাহুনা শেংনা খোঙ্ হামদোক্কদবনি, (জিলাপ থাবগী থবক)। ঘি থাউ-নচিংবা, অহাউবা চাক ঈনশাং—অমস্যুং থক্কবা মহী মনাইনচিংবা লৌগদবনি।

৯৮ (খ)-৯৯ (ক)।

আহারেঽধিষ্ঠিতাঃ প্রাণাঃ প্রাণেযোগ্যাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ॥
তস্মাদ্ যোগ্যা প্রসিদ্ধ্যর্থমাহারে যত্নবান্ ভবেৎ।

অর্থ। চীঙ্গাক্কা থরায় লৈ, থবায়দনা মতিকচাবা শাজেন্ পুজেন অসি লৈ। অহুনা শাজেন পুজেন-মতিকচানা তৌবা ঙম্নবা চীঙ্গাকী মরমদা হেন্না চেকশিনগদবনি।

৯৯ (খ)-১০০ (ক)।

অশুদ্ধকায়ং প্রক্লান্তমতীব ক্ষুৎপিপাসিতম্।
অতিপীতং তথা ভুক্তং ব্যায়ামং নৈব কারয়েৎ॥

অর্থ। মশা চমোৎনবা (লু হেন্দবা মী), হেন্না চোকথরবা মী, অরাম-খোৎরাংনা লাকহৎলবা মী, কা-হেন্না চাশিন-থকচিল্লবা মী—অসিগুম্বা মীওইদি থক শাজেন তৌহল্লোইদবনি।

১০০ (খ)। অচেলৈর্মধুরৈর্গাত্রৈশ্চতুরস্রেণ বক্ষসা।
ব্যায়ামং কারয়েদ্ধীমান্ নরমঙ্গশ্রিয়ার্থিনম্॥[2]

---

১। নস্য—নাতোন্না চিংথঙ্না লৌবা হিদাক মখল অমা।
২। ক্রিয়াক্রম—পাঠঃ

অর্থ। কিনা মশা য়োমশিনবা মীবু অশিংবশিংনা থক শাজেন তৌহল্লোইদবনি। শাবান কজবা অমম্পুং হকচাং কয়াৎশিংবু থোংহন নৌহনবগী মরমদা হেন্না পামশিনবা অচুম্বা ছাত্রভবু মতিকচানা শাজেন তম্বীগনি।

১০১। এবং ব্যায়ামসংযোগে কার্যশ্চারীকৃতো বিধিঃ।
অত ঊর্ধ্বং প্রবক্ষ্যামি মণ্ডলানাং বিকল্পনম্॥

অর্থ। হকচাং কায়াৎশিংগী ওইবা চারীগা য়ায়মক মরী লৈনবা অচুম্বা শাজেনগী নিয়মশিং অছু হায়জরবসিনি। মথংদা হুজীক 'মণ্ডল' গী মরমদা অমুক হায়জরগে॥

ভরতকী নাট্য-শাস্ত্রদা 'চারী বিধান' কৌবা ১১ শুবা তাংকক অছু মতাং অসিদা লোইরে।

---

তরানিথোই শুবা তাংকক

# মণ্ডল বিধান

## মণ্ডল শেন্বা

১। এতাশ্চার্যো ময়া প্রোক্তা যথাবচ্ছস্ত্রমোক্ষণে।
চারীসংযোগজানীহ মণ্ডলানি নিবোধত॥

অর্থ। খুৎলাই থাবা-লংবা অসিনচিংবগী মরমদা ওইবা চৌনবা চারীশিংগী রারম ঐনা হায়জরে। মতাং অসিদনা চারীগা লোয়নবা মণ্ডলশিংগী মরম অমুক তাবিয়ু।

২-৫। অতিক্রান্তং বিচিত্রং চ তথা ললিতসঞ্চরম্।
সূচীবিদ্ধং দণ্ডপাদং বিহৃতালাতকে যথা॥
বামবিদ্ধং সললিতং ক্রান্তঞ্চাকাশগামি চ।
ভ্রমরাস্কন্দিতে স্যাতামাবর্তং চ যথাঽপরম্॥
সমোৎসরিতমপ্যাহুরেড়কাক্রীড়িতং তথা।
অড্ডিতং শকটাস্যং চ তথাঽধ্যর্ধকমেব চ॥
পিষ্টকুট্টং চ বিজ্ঞেয়ং তথা চাষগতং পুনঃ।
ভূমিকা মণ্ডলা হ্যেতে লক্ষণং চ নিবোধত॥

অর্থ। মণ্ডল মখল অনিনি—আকাশিক মণ্ডল অমসুং ভৌম মণ্ডল।

**আকাশিক মণ্ডল—**

অতিক্রান্ত, বিচিত্র, ললিতসঞ্চর, সূচীবিদ্ধ, দণ্ডপাদ, বিহৃত, অলাতক, বামবিদ্ধ, ললিত, ক্রান্ত—তরা অসিনি।

ভৌম মণ্ডল—

ভ্রমর, আস্কন্দিত, আবর্ত, সমোৎসরিত, এড়কাক্রীড়িত, অড্ডিত, শকটাস্য, অধ্যর্ধক, পিষ্টকুট্ট, চাষগত—তরা অসিনা ভৌমমণ্ডলনি।

মখোয়গী মওঙ্ মতৌ তাবিয়ু—

## আকাশিক মণ্ডল

৬-৯। আদ্যং পাদং তু জনিতং কৃত্বোদ্বাহিতমাচরেৎ।
অলাতং বামকং চৈব পার্শ্বক্রান্তং চ দক্ষিণম্॥
সূচীং বামপদং দদ্যাদপক্রান্তং চ দক্ষিণম্।
সূচীং বামং পুনশ্চৈব ত্রিকং চ পরিবর্তয়েৎ॥
তথা দক্ষিণমুদ্বৃত্তমলাতং চৈব বামকম্।
পরিচ্ছিন্নং তু কর্তব্যং বাহ্যভ্রমরকেণ হি॥
অতিক্রান্তং পুনর্বামং দণ্ডপাদঞ্চ দক্ষিণম্।
বিজ্ঞেয়মেতদ্ ব্যায়ামে ত্বতিক্রান্তস্ত মণ্ডলম্॥

অর্থ। অতিক্রান্ত মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্না জনিতা চারী শাগনি, থবাক্লা 'উদ্বাহিত' গী মওঙ্ ওইগনি। ওয়গী খোঙ্না 'অলাত চারী' শাগনি অদুগা য়েৎকী খোঙ্না পার্শ্বক্রান্ত চারী তৌগনি। ওয়গী খোঙ্না সূচী, য়েৎকী খোঙ্দা 'অপক্রান্ত' তৌগনি। অমুক হন্না ওয়গী খোঙ্না সূচীগী মওঙ্দা লৈরগা নীংজোন (খ্বাঙ্?) লৈথোক্কনি। মথংদা য়েৎকী খোঙ্না উদ্বৃত্তগী মওঙ্ তৌরগা ওয়গী খোঙ্না অলাত চারী তৌগনি, মতুনা বাহ্যভ্রমর (উপলৈ) তৌতুনা ওয়গী খোঙ্ কাতুনা থমগনি (হায়বদি য়েৎকী খোঙ্না ওয়দা লৈবদা ওয়গী খোঙ্না মাগী মফম হোংদনা লৈগনি)। অমুক হন্না ওয়গী খোঙ্না 'অতিক্রান্ত' তৌরগা

যেৎকীনা 'দণ্ডপাদ'গী মণ্ড দা লৈগনি। শাজেন্দা মসিবু 'অতিক্রান্ত' মণ্ডল' হায়না খঙ্নগনি।[১]

১০-১৩ আদ্যং তু জনিতং কৃত্বা তেনৈব চ নিকুট্টনম্।
আস্কন্দিতং তু বামেন পার্শ্বক্রান্তং চ দক্ষিণম্॥
ভুজঙ্গত্রাসিতং বামমতিক্রান্তং চ দক্ষিণম্॥
উদ্বৃত্তং দক্ষিণং চৈব অলাতং চৈব বামকম॥
পার্শ্বক্রান্তং পুনঃ সব্যং সূচীবামক্রমং যথা।
বিক্ষেপো দক্ষিণস্য স্যাদপক্রান্তং চ বামকম্॥
বাহ্যভ্রমরকং চৈব বিক্ষেপং চৈব যোজয়েৎ।
বিজ্ঞেয়মেতদ্ব্যায়ামে বিচিত্রং নাম মণ্ডলম্॥

অর্থ। বিচিত্র মণ্ডল

জনিত-চারী ওইবা যেৎকী খোঙ্না নিকুট্টন ( তলসঙ্ঘর ) গী মওঙ্ তৌগনি। মথংদা ওযগী খোঙ্না আস্কন্দিত ( স্যন্দিত ) চারী, অমসুং যেৎকী খোঙ্না পার্শ্বক্রান্ত চারী'গী মওঙ্ তৌগনি। মথংদা ওয়গী খোঙ্না 'ভুজঙ্গত্রাসিতা চারী' শাগনি অদুগা য়েৎকীনা 'অতিক্রান্ত-চারী' ওইগনি। মথংদা য়েৎকী খোঙ্না উদ্বৃত্ত, ওয়গীনা 'অলাত-চারী"গী মওঙ্ তৌগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্না 'পার্শ্বক্রান্ত চারীগী মওঙ্ তৌরগা, ওয়গীনা 'সূচী'গী মওঙ্ লৌগনি। মথং তাবদনা—য়েৎকী খোঙ্না বিক্ষিপ্ত-অদুগ ওয়গীনা অপক্রান্ত চারী-গী মতৌ তৌগনি। মথংদা বাহ্যভ্রমরক অমসুং বিক্ষিপ্ত ( আক্ষিপ্ত ) তৌগনি ( ওয়গী খোঙ্না সূচী চারী ওইরগা য়েৎকীনা 'বিক্ষিপ্ত চারীগী মওঙ্ তৌদুনা বাহ্যভ্রমরকগী মওঙ্ তৌগনি—উপলৈ লৈগনি। শা-জেনগী মতাংদা মসিবু 'বিচিত্র' মণ্ডল হায়বদুনি খঙ্নগনি।

১। পারিভাষিক শব্দশিংগী মরম মথক্তা চারীগী মতাংদা য়েংউ।

১৪-১৭। কৃত্বোর্ধ্বজানুচরণমাদ্যং সূচীং প্রয়োজয়েৎ।
অপক্রান্তঃ পুনর্বাম আদ্যঃ পার্শ্বগতো ভবেৎ॥
বামং সূচীং পুনর্দদ্যাৎ ত্রিকঞ্চ পরিবর্তয়েৎ।
পার্শ্বক্রান্তং পুনশ্চাদ্যমতিক্রান্তঞ্চ বামকম্॥
সূচীমাদ্যং পুনঃ কৃত্বা হ্যপক্রান্তঞ্চ বামকম্।
পার্শ্বক্রান্তং পুনশ্চাদ্যমতিক্রান্তং চ বামকম্॥
পরিচ্ছিন্নং চ কর্তব্যং বাহুভ্রমণকেন হি।
এষ চারীপ্রয়োগস্তু কার্যো ললিতসঞ্চরে॥

অর্থ। ললিত সঞ্চর মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না খুকউ কাঙ্‌খত্তুনা সূচী শাগনি। ওয়গী খোঙ্‌না অপক্রান্ত, য়েৎকীনা 'পার্শ্বগত' গী মওঙ তৌগনি। অমুক হন্না ওয়না সূচী শাগনি অহুগা নীং (ত্রিক) লৈগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না 'পার্শ্বক্রান্ত' ওয়গীনা 'অতিক্রান্ত' চারীগী মওঙ তৌগনি অমুক য়েৎকী খোঙনা পার্শ্বক্রান্ত ওয়না অপক্রান্ত চারী ওইগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না সূচী, ওয়গীনা অপক্রান্ত চারী শাগনি। অমুক য়েৎকী খোঙ্‌না পার্শ্বক্রান্ত অমসুং ওয়গীনা অতিক্রান্ত তৌগনি। মসি বাহুভ্রমরনা (উপলৈ লৈহুনা) লোইশিনগনি।

ললিত-সঞ্চরদা তৌগদবা চারী মওঙ্‌দি মসিনি।

১৮-১৯। সূচীং বামপদং দদ্যাৎ ত্রিকং চ পরিবর্তয়েৎ।
পার্শ্বক্রান্তঃ পুনশ্চান্যো বামোঽতিক্রান্ত এব চ॥
সূচীমাদ্যং পুনর্দদ্যাদতিক্রান্তঞ্চ বামকম্।
পার্শ্বক্রান্তং পুনশ্চাদ্যং সূচীবিদ্ধে তু মণ্ডলে॥

অর্থ। সূচীবিদ্ধ মণ্ডল

ওয়গী খোঙনা সূচী শাগনি অমসুং নীং লৈগনি ( ক্রিক )। অতোপ্পা খোঙ্না পার্শ্বক্রান্ত ওইরগা ওয়গীনা অতিক্রান্তগী মণ্ডল্ তৌগনি। অমুক হন্না যেংকী খোঙ্না সূচী-অত্থগা ওয়গীনা অতিক্রান্ত চারীগী মণ্ডল্ তৌগনি। যেংকী খোঙনা পার্শ্বক্রান্ত অমুক তৌগনি।

২০-২২। আদ্যস্তু জনিতো ভূত্বা স চ দণ্ডক্রমো ভবেৎ।
বামসূচীং পুনর্দদ্যাৎ ত্রিকঞ্চ পরিবর্তয়েৎ॥
উদ্বৃত্তো দক্ষিণশ্চ স্যাদলাতশ্চৈব বামকঃ।
পার্শ্বক্রান্তঃ পুনর্বামো দণ্ডপাদশ্চ দক্ষিণঃ।
বামসূচী ত্রিকাবর্তো দণ্ডপাদে তু মণ্ডলে॥

অর্থ। দণ্ডপাদ মণ্ডল –

জনিতাচারীগী মতৌদা লৈব। যেংকী খোঙ্বু 'দণ্ডপাদ মণ্ডল' হায়না কৌই। মথংদা ওয়গী খোঙ্না সূচী শারগা নীং লৈগনি। য়েংকী খোঙ্না উদ্বৃত্তগী মণ্ডল্ তৌরগা ওয়গীনা 'অলাত' তৌগনি। অমুক হন্না মথংদা য়েংকীনা পার্শ্বক্রান্ত অমসুং ভুজঙ্গত্রাসিতগী মণ্ডল্ লৌরগা য়েংকী খোঙ্না 'দণ্ডপাদ' ওইগনি। ওয়গী খোঙনা সূচী শারগা নীং লৈগনি।

২৩-২৬। আদ্যং তু জনিতং কৃত্বা তেনৈব চ নিকুট্টনম্।
আক্ষন্দিতং চ বামেন উদ্বৃত্তং দক্ষিণেন চ॥
অলাতং বামকং পাদং সূচীং দদ্যাত্তু দক্ষিণম্।
পার্শ্বক্রান্তঃ পুনর্বাম আক্ষিপ্তে দক্ষিণস্তথা॥
পরিবৃত্তা ত্রিকং চৈব দণ্ডপাদং প্রসারয়েৎ।
সূচীং বামপদং দদ্যাৎ ত্রিকং তু পরিবর্ত্তয়েৎ॥

ভুজঙ্গত্রাসিতশ্চাদ্যো বামোঽতিক্রান্ত এব চ।
এষ চারীপ্রয়োগস্তু বিদ্ধতে মণ্ডলে ভবেৎ॥

অর্থ। বিদ্ধত মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না জনিত্তা চারীগী মওঙ্‌ তৌরগা মতুমক্তা অমুক নিকুট্টন ( খোঙ,দোলন' লেপ্পা ) তৌগনি। মথংদা ওয়গী খোঙ্‌না 'আস্কন্দিত' অমসু· য়েৎকী খোঙ্‌না উদ্বৃত্ত তৌগনি। ওয়গী খোঙ্‌না অলাত, য়েৎকী খোঙ্‌না সূচী শাগনি। অমুক হন্না ওয়গী খোঙ্‌না 'পার্শ্বক্রান্ত', য়েৎকী খোঙ্‌না আক্ষিপ্ত তৌগনি। নীং লৈরগা (ত্রিক) দণ্ডপদনা হাইদোকনি। ওয়গী খোঙ্‌না সূচী শারগা খ্বাঙ্‌ ( ত্রিক ) লৈথোকনি।

বিদ্ধত-মণ্ডলদা চারীশিং অসি শীজিন্নগনি।

২৭-২৯। সূচীমাদাক্রমং কৃত্বা চাঽপক্রান্তং চ বামকম্।
পার্শ্বক্রান্তস্ততশ্চাদ্যোঽপ্যলাতশ্চৈব বামকঃ॥
ভ্রান্ত্বা চারাভিরেতাভিঃ পর্যায়েণাথ মণ্ডলম্।
ষট্‌সংখ্যং পঞ্চসংখ্যং বা ললিতৈঃ পাদবিক্রমৈঃ॥
অপক্রান্তঃ পুনশ্চাদ্যো বামেঽতিক্রান্তঃ এব চ।
পাদভ্রমরকশ্চ স্যাদলাতে খলু মণ্ডলে।

অর্থ। অলাত-মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না সূচী শারগা ওয়গী খোঙ্‌না অপক্রান্ত তৌগনি। মথংদা য়েৎকী খোঙ্‌না 'পার্শ্বক্রান্ত' অদুগা ওয়ন অলাত তৌগনি। অসিগুম্বা চারীশিং অসিনা মথং মথং নী থিবা খোঙ্‌চৎনা চক্রনা মণ্ডল মণ্ডা নত্রগা তরুক শাগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না অপক্রান্ত অদুগা ওয়গীনা অতিক্রান্ত তৌদুনা পাদভ্রমরক ( খোঙ্‌ভনা লৈবা ) তৌগনি।

৩০-৩৩। সূচীমাদ্যক্রমং কৃত্বা হ্যপক্রান্তং চ বামকম্।
আদ্যে দণ্ডক্রমশ্চৈব সূচীপাদস্তু বামকঃ॥
কার্যাস্ত্রিকাবিবর্তশ্চ পার্শ্বক্রান্তশ্চ দক্ষিণঃ।
আক্ষিপ্তং বামকং কুর্যাদ্দণ্ডপদং চ দক্ষিণম্॥
উরূদ্বৃত্তং চ তেনৈব কর্তব্যং দক্ষিণেন তু।
সূচীবামক্রমশ্চৈব ত্রিকংচ পরিবর্তয়েৎ॥
অলাতশ্চ ভবেদ্বামঃ পার্শ্বক্রান্তশ্চ দক্ষিণঃ।
অতিক্রান্তঃ পুনর্বামো বামবিদ্ধে তু মণ্ডলে॥

অর্থ। বামবিদ্ধ-মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না সূচী শারগা ওয়গী খোঙ্‌না অপক্রান্ত তৌগনি। মথংদা য়েৎকী খোঙনা দণ্ডপাদ অতুগা। ওয়গীনা সূচীপাদ তৌগনি। নীংজোন লৈগনি ( ত্রিক ) অমসুং য়েৎকী খোঙ্‌না পার্শ্বক্রান্তগী মণ্ডঙ্‌ তৌগনি। মথংদা ওয়গী খোঙ্‌না আক্ষিপ্ত ( থাংগৎপা ) অতুগা য়েৎকী খোঙ্‌না দণ্ডপাদ ওইগনি। য়েৎকী খোঙ্‌ অসিনা উরূদ্বৃত্ত তৌগনি, ওয়গী খোঙ্‌না সূচী শারগা নীংজোন লৈগনি। মথং তাবদনা ওয়গী খোঙ্‌না 'অলাত' গী মণ্ডঙ্‌দা লৈরগা য়েৎকী খোঙ্‌না 'পার্শ্বক্রান্ত' ওইগনি। ওয়গী খোঙ্‌না অমুক হন্না 'অতিক্রান্ত' গী মণ্ডঙ্‌ তৌগনি।

৩৪-৩৭। সূচীমাদ্যক্রমং কৃত্বা অত্তক্রান্তং চ বামকম্।
পার্শ্বক্রান্তঃ পুনশ্চাদ্যো ভুজঙ্গত্রাসিতস্তথা॥
অতিক্রান্তঃ পুনর্বাম আক্ষিপ্তো দক্ষিণস্তথা।
অতিক্রান্তঃ পুনর্বাম উরূদ্বৃত্তস্তথৈব চ॥
অলাতশ্চঃ পুনর্বাম পার্শ্বক্রান্তশ্চ দক্ষিণঃ।
সূচী বামং পুনর্দদ্যাদপক্রান্তশ্চ দক্ষিণঃ॥

অতিক্রান্তঃ পুনর্বামঃ আক্ষিপ্তো দক্ষিণে তথা।
এষপাদ প্রসারস্তু ললিতে মণ্ডলে ভবেৎ॥

অর্থ। ললিত মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না সূচী শারগা ওয়গী খোঙ্‌না অপক্রান্ত তৌগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না পার্শ্বক্রান্ত অমসুং ভুজঙ্গত্রাসিতগী মওঙ্ তৌগনি। অমুক ওয়গী খোঙ্‌না অতিক্রান্তগী মওঙ্ তৌরগা য়েৎকী খোঙ্‌না আক্ষিপ্ত তৌগনি। অমুক হন্না ওয়গী খোঙ্‌না অতিক্রান্ত অমসুং উরূদ্বৃত্তগী মওঙ্ তৌগনি। অমুক ওয়গী খোঙ্‌না অলাত অমসুং য়েৎকী খোঙ্‌না পার্শ্বক্রান্তগী মওঙ্ তৌগনি। অমুক হন্না ওয়গী খোঙ্‌না সূচী অহুগা য়েৎকী খোঙ্‌না অপক্রান্ত তৌগনি। অমুক ওয়গী খোঙ্‌না অতিক্রান্ত তৌরগা য়েৎকী খোঙ্‌না আক্ষিপ্ত তৌগনি।

অসিগুম্বা খোঙ্‌গী মতৌশিং অসি ললিত মণ্ডলদা তৌগনি।

৩৮-৪১ (ক)।

সূচীমাদ্যক্রমং কৃত্বা হ্যপক্রান্তঞ্চ বামকম্।
পার্শ্বক্রান্তং পুনশ্চান্যং বামং পার্শ্বক্রমং তথা॥
ভ্রান্ত্বা চারীভিরেতাভিঃ পর্যায়েনাথ মণ্ডলম্।
বামসূচীং ততো দদ্যাদপক্রান্তং চ দক্ষিণম্॥
স্বভাবগমনে হ্যেতন্মণ্ডলং সংবিধীয়তে।
ক্রান্তমেতত্তু বিজ্ঞেয়ং নামতো নাট্যযোক্তৃভিঃ॥
এতান্যাকাশগামীহ জ্ঞেয়ান্যেবং দশৈব তু।

অর্থ। য়েৎকী খোঙ্‌না সূচী শারগা ওয়গী খোঙ্‌না অপক্রান্ত তৌগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না পার্শ্বক্রান্ত শারগা ওয়গী খোঙ্‌সু পার্শ্বক্রান্ত তৌগনি। অসিগুম্বা খোঙ্‌চৎ (চারী) শিং অসিদা চত্তুনা মণ্ডল মথং মথং শাগনি। অহুগী তুংদা ওয়গী খোঙ্‌না

লূচী অমস্তুং য়েংকী খোঙ্না অপক্রান্ত ত্তোগনি। মসিগী মণ্ডল অসিদি ইচম চম্বা শাজংত্তা ওইগনি। মসিবু নাট্য শেম্বশিংনা 'ক্রান্ত' হায়না খঙ্নৈ।

আকাশিক মণ্ডল তরাগী মশক্তি অসিনি।

৪১ (খ)। অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি ভৌমানিহ লক্ষণম্ ॥

অর্থ। মথংদা অমুক ভৌম-মণ্ডলগী রা হায়জরকে।

ভৌম মণ্ডল ( লৈপাক্তা কোয়না চংপা )

৪২-৪৪। আদ্যস্তু জনিতঃ কার্যোবামশ্চাস্কন্দিতো ভবেৎ।
শকটাস্যঃ পুনশ্চাদ্যো বামশ্চাপি প্রসারিত : ॥
আদ্যো ভ্রমরকঃ কার্যস্ত্রিকঞ্চ পরিবর্তয়েৎ।
আস্কন্দিতঃ পুনর্বামঃ শকটাস্যশ্চ দক্ষিণ: ॥
বামঃ পৃষ্ঠাপসর্পী চ দদ্যাদ্ ভ্রমরকং তথা।
স এবাস্কন্দিতঃ কার্যস্ত্বেতদ্ভ্রমরমণ্ডলম্ ॥

অর্থ। ভ্রমর মণ্ডল—

য়েংকী খোঙ্না জনিত্তা ত্তোরগা ওয়গীনা আস্কন্দিতগী মওঙ্ ত্তোগনি। য়েংকী খোঙ্না অমুক শকটাস্য ত্তোরগা ওয়গীনা হাই-দোকনি। য়েংকী খোঙ্না ভ্রমরক ত্তোগান ( লৈগনি ) অতুগা নীংজোন লৈগনি। অমুক হন্না ওয়গীনা আস্কন্দিতগী মওঙ্ ত্তোগনি অতুগা য়েংকী খোঙ্না শকটাস্য ওইগনি। ওয়গী খোঙ্না তুংদা হন্নগা লৈগনি ( ভ্রমরক ), অতুগা মসিমক্তা অবস্কন্দিত ত্তোগনি ( তুং-লোমদা লৈবগী থবক তোগনি। মসিনি ভ্রমরমণ্ডলগা মশক।

৪৫-৪৭। আদ্যো ভ্রমরকঃ কার্যো বামশ্চৈবাড্ডিতো ভবেৎ।
কার্যাস্ত্রকবিবর্তশ্চ শকটাস্যশ্চ দক্ষিণঃ

উরূদ্‌বৃত্তঃ স এব স্যাদ্ বামশ্চৈবাপসর্পিতঃ।
কার্যস্ত্রিকবিবর্তশ্চ দক্ষিণঃ ন্দিতো ভবেৎ!
শাকটাস্যো ভবেদ্বামস্তদেবাস্ফোটনং ভবেৎ।
এতদাস্কন্দিতং নাম ব্যায়ামে যুদ্ধমণ্ডলম্॥

অর্থ। আস্কন্দিত মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না লৈগনি, ওয়গী খোঙ না 'অড্ডিত' ওইগনি। নীংজোন লৈগনি অদুগা য়েৎকী খোঙ্‌না শকটাস্য ওইগনি। খোঙকম অসি উরূদ্‌বৃত্ত ওইগনি অদুগা ওয়গী খোঙ্‌না অপসর্পিত হায়বদি অপক্রান্তগী মওঙ্ তৌগনি। নীংজোন লৈগনি, য়েৎকী খোঙ্‌না স্কন্দিত ওইগনি। অদুগা ওয়গী খোঙনা শকটাস্য ওইগনি। মতুমক্তা 'আস্ফোটন' ( লৈপাক্তা থীনবা ) তৌগনি।

শাজেন তৌবদা অসিগুম্বা 'আস্কন্দিত' হায়বা মণ্ডল অসি শাফম লানফমগী ওইনা শীজিন্নগনি।

৪৮-৫০। আদ্যন্ত জনিতং কৃত্বা বামশ্চৈব নিকুট্টনম্।
শকটাস্যঃ পুনশ্চাদ্য উরূদ্‌বৃত্তঃ স এব চ॥
পৃষ্ঠাপসর্পী বামশ্চ স চ চাষগতির্ভবেৎ।
আস্কন্দিতঃ পুনঃ পুনঃ সব্যঃ শকটাস্যশ্চ বামকঃ॥
আদ্যো ভ্রমরকশ্চৈব ত্রিকঞ্চ পরিবর্তয়েৎ।
পৃষ্ঠাপসর্পী বামশ্চেত্যাবর্তে মণ্ডলে ভবেৎ॥

অর্থ। আবর্ত মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্‌না জনিতাচারী তৌরগা ওয়গীনা মিকুট্টন ( খোঙ্-দোল ) তৌগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না শকটাস্যগী মওঙ্ তৌরগা মতুমক্তা উরূদ্‌বৃত্ত ওইগনি। ওয়গী খোঙ্‌না তুংদা হল্লগা চাষগতিগী মওঙ্ তৌগনি। অমুক হন্না য়েৎকী খোঙ্‌না আস্কন্দিত অদুগা ওয়গী খোঙনা শকটাস্য শাগনি। মথংদা য়েৎকী খোঙ্‌না

লৈগনি অমসুং নিংজোনসু লৈগনি। ওয়গী থোঙ্না তুংলোমদা অতিক্রান্ত চারীদা লৈগনি।

আবর্তমণ্ডলগী মওঙ্দি মসিনি।

৫১-৫৩। সমপাদং বুধ কৃত্বা স্থানং হস্তৌ প্রসারয়েৎ।
নিরন্তু বুধ্বৃত পাবাবে ষ্ঠ্যাদ্বেষ্টা চৈব হি॥
কটীতটে বিনিক্ষিপ্য অ দ্ব্যমাবর্তয়েৎ ক্রমম্।
তথা ক্রমং পুনর্বামশ্চাবর্তেন প্রসারয়েৎ॥
চার্যা চানয়া ভ্রান্ত্বা তু পর্যায়েনাথ মণ্ডলম্।
সমোৎসারিতমেতৎ তু কার্যং ব্যায়াম মণ্ডলম্॥

অর্থ। সমোৎসারিত মণ্ডল --

অহৈবশিংনা সমপাদ ফিবংদা লৈরগ খুং অনিমক তিংথোকনি। খুং অনীমক্কী মরক হোংহল্লোই, খুমাক লোংথোকনি। মথংদা খুং অনিমক্কা আবেষ্টিত, উদ্বেষ্টিতগী মথংদ্ তৌগনি। [১]য়েংকী খুংনা খ্বাঙ্মপাদ লৈনগা আবর্তিত তৌগনি মতুংগুমহৌনা ওয়গী খুংনসু আবর্তিত তৌবগা লেংপেংকনি। অসিগুম্বা চারী অসিনা চত্তুনা মথং মথং ওইনা 'সমোৎসারিত' কৌবা ব্যায়ামগী মণ্ডল অসি তৌগনি।

৫৪-৫৫ পাদৈস্তু ভূমিসংস্পৃষ্টৈঃ সূচীবিদ্ধৈস্তথৈব চ।
এড়কাক্রীড়িতৈশ্চৈব তথৈবস্ত্রিকবিবর্তিতৈঃ॥
সূচীবিদ্ধাপবিদ্ধৈশ্চ ক্রমেণা ত্য মণ্ডলম্।
এড়াক্রীড়িতং বিদ্যাৎ খণ্ডমণ্ডলসংজ্ঞিতম্॥

অর্থ। এড়কাক্রীরিত মণ্ডল (যাত্তনা শাম্নবা)

এড়কাক্রীড়িত অসি খণ্ডমণ্ডল অমনি

লৈতাহৌনা লৈবা সূচীবিদ্ধ অমদি এডকাক্রীড়িতগী থোঙ অমদি ফিংনা নীংজোন লৈথোকপ মস্তো কৌবগ মথাংশিংনা সূচীবিদ্ধ অমসুং

১। M. Ghosh নদি শব্দসী খুংনা হান্নগা য়েংনা কোনবা ওইনা অর্থ তৌরি।

অপবিদ্ধগী মণ্ডংগী খোঙনা মণ্ডল শাগনি। মদুবু খণ্ডমণ্ডলগী মখক ওইবা 'এড়কাক্রীড়িত' হায়বা মণ্ডল অহুম খণ্ডনগনি।

৫৬-৫৮। সব্যমুদ্ঘট্টিতং কৃত্বা তেনৈবা ঙ্গমাচরেৎ।
তেনৈবাস্কন্দিতঃ কার্য্য শকটাস্যশ্চ বামকঃ॥
আদ্য. পৃষ্ঠাপসর্পী চ স চ চাষগতির্ভবেৎ।
অড্ডিতশ্চ পুনর্বাম আদ্যশ্চৈবাপসর্পিতিঃ॥
বামে ভ্রমরকঃ কার্য আদ্যশ্চস্কন্দিতো ভবেৎ।
তেনৈবাস্ফোটনং কুর্য্যাদেতদড্ডিত মণ্ডলম্॥

অর্থ। অড্ডিত মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙনা উদঘট্টিত তৌরগা থাঙ্গংলগা মহুমক্তা আর্বত তৌগনি অহুগ মহুমক্তা আস্কন্দিত তৌগনি ওয়গী খোঙনা শকটাস্য ওয়গনি। যেৎকী খোঙনা তুংলোমবা অপক্রান্ত তৌগনি। ওয়গী খোঙনা ৈলগনি অহুগ যৎনা আস্কন্দিতগী মণ্ড তৌগনি। মহুমক্তা আস্ফোটন তৌগনি। (খোঙ দোলনা ৈপাক্তা থীনগনি)।

মসিবু অড্ডিত মণ্ডল কৌই।

৫৯-৬০। আদ্যংতু জনিতং কৃত্বা তেনৈব চ নিকুট্টনম্
স এব শকটাস্য বামশ্চাস্কন্দিতো ভবেৎ॥
পাদৈশ্চ শকটাসাস্যৈঃ পর্যায়েণাথ মণ্ডলম্।
বিজ্ঞেয়ং শকটাস্যশ্চ তু ব্যায়ামে যুদ্ধমণ্ডলম্॥

অর্থ। শকটাস্য মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙনা জনিতগী মণ্ড তৌরগা কোমা নিকুট্টনগী মণ্ড তৌগনি (খোঙ দোলনা ৈলতাগনি)। মহুমক্তা অমুক শকটাস্য

শাগনি, ওয়গী খোঙ্না আস্কন্দিত ওইগনি। শকটাস্যগী মণ্ডল্দা লৈবা খোঙ্না মথংশিংনা মণ্ডল শাগনি। শাক্লেনদা শকটাস্য হায়না কৌবা শা-লানগী মণ্ডল মচু অমুম্না তৌই থঙ্গনি।

৬১-৬২। আদ্যস্তু জনিতো ভূত্বা স এবাস্কন্দিতো ভবেৎ।
অপসর্পী পুনর্বামঃ শকটাস্যশ্চ দক্ষিণঃ॥
ভ্রান্ত্বা চারীভিরেতাভিঃ পর্যায়েণাথ মণ্ডলম্।
অধ্যর্ধমেতদ্বিজ্ঞেয়ং নিযুদ্ধে চারিমণ্ডলম্॥

অর্থ। অধ্যর্ধ-মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্না জনিত ওইরগা মতুমক্তা অমুক আস্কন্দিতগী মওঙ্ তৌগনি। অমুক ওয়গী খোঙ্না অপক্রান্ত অমসুং য়েৎকীনা শকটাস্য শাগনি। অসিগুম্বা চারী অসিনা চঙ্না মথং মথং মণ্ডল শাগনি। মী অনি হকথেংনবা লানফমদা ( নিযুদ্ধ ) শীজিন্নবা 'অধ্যর্থ' হায়না কৌবা শক্রমণ্ডল ( য়েক্লবা মণ্ডল ) গী মশক্তি মসিনি।

৬৩-৬৪। সূচীমাদ্যক্রমং কৃত্বা হ্যপক্রান্তঞ্চ বামকম্।
ভুজঙ্গত্রাসিতশ্চাদ্য এব এব তু বামকঃ॥
ভুজঙ্গত্রাসিতৈর্ভ্রান্ত্বা চারৈরপি চ মণ্ডলম্।
পিষ্টকুট্টন্তু বিজ্ঞেয়ং নিযুদ্ধে চারিমণ্ডলম্॥

অর্থ। পিষ্টকুট্ট মণ্ডল—

য়েৎকী খোঙ্না সূচী শারগা ওয়গী খোঙ্না অপক্রান্ত তৌগনি। মথংদা য়েৎকী খোঙ্না ভুজঙ্গত্রাসিতগী মওঙ্ তৌগনি, মতু জগী খোঙ্নসু তৌগনি। অসুম্না ভুজঙ্গত্রাসিত চারী খোঙ্চৎনা মণ্ডল

শাগনি। অনিগী লানফমদা ( নিযুদ্ধ ), য়েক্লবগী কাদা তৌগদবা পিষ্টকুট্ট মণ্ডল হায়বা অহু মসিনি খঙ্‌নগনি।

৬৫। সর্বৈচাষগতৈঃ পাদৈঃ পরিভ্রাম্য তু মণ্ডলম্।
এতচ্চাষগতং বিদ্যান্নিযুদ্ধে চারিমণ্ডলম্॥

অর্থ। চাষগত-মণ্ডল—

মসিগী মণ্ডল অসিদি চাষগত ওইব' থোঙ্‌ অনিনা শাগনি। অনিগী লানফমদা ( নিযুদ্ধ ) অসিগুম্বা য়েক্লবগী মণ্ডল অসিবু 'চাষগত' হায়না কৌই।

৬৬। নানাচারী সমুত্থানি মণ্ডলানি সমাসতঃ।
উক্তান্যতঃপরং চৈব সমচারীং নিবোজয়েৎ॥

অর্থ। চারী মথল মথলদগী থোকপা মণ্ডলশিংগী মরম শমতনা ঐনা হায়রবসিনি মসিগী মথং তাবদি সমচারী শীজিন্নবগনি।

৬৭। সমচারী প্রয়োগো যস্তৎসমং নাম মণ্ডলং।
আচার্যবুদ্ধ্যা তানীহ কর্তব্যানি প্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। সমমণ্ডল—

সমচারী শীজিন্নববু 'সমমণ্ডল' হায়না খঙ্‌নৈ। তম্বীবা ওজানা পাম্বা মতুংইন্না অভিনয় তৌবা মীনা মথোয়শিং অসিবু শীজিন্নগদবা ওই।

৬৮। এতানি খণ্ডানি সমমণ্ডলানি
যুদ্ধে নিযুদ্ধে চ পরিক্রমে চ।

লীলাঙ্গমাধুর্যপুরস্কৃতানি
কার্য্যানি বাদ্যানুগতানি তজ্জ্ঞৈঃ ॥

অর্থ। লাস্য, অনিতগী লাস্য ( অনি মায়োক্নবা লানকমদা ) অমদি পরিক্রমা ( লাইনচিংবা কোয়বদা ) অসিগুম্বা মণ্ডলশিং অসি নীংথিবা ফজবা হক্‌চাং শাথেকনা যন্ত্র মখোল লোয়ননা অশিংবশিংনা পাঙ্‌থোকনি।

ভরতকী নাট্যশাস্ত্রদা মণ্ডল বিধান হায়না কৌবা ১২ শুবা ভাংকক অছু মতাং অসিদা লোইরে।

---

## তরাহুমদোইশুবা তাংকক

# গতি প্রচার

( শাজং পরেং )

১। এবং ব্যায়াম সংযোগে কার্যংমণ্ডলকল্পনম্।
অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি গতীস্তু প্রকৃতিস্থিতাঃ॥

অর্থ। অমুম্না ব্যায়াম ( শাজেন ) লোয়ননা মণ্ডল শেমগনি। মথংদা তোঙান তোঙানবা চরিত্রশিংগী মাগী মাগী চানবা মণ্ডংগী গতি ( শাজংনচিংবা ) গী মরমদা অমুক হায়গে।

পাত্র-পাত্রীশিংনা থোরকপা

২। তত্রোপবহনং কৃত্বা ভাণ্ডবাদ্যপুরস্কৃতম্।
যথামার্গকলোপেতং প্রকৃতীনাং প্রবেশনম্॥

অর্থ। হৌনবী পুং-শেঙ্গনচিংবা যন্ত্রশিংনা হৌনবী উপবহন[১] তৌরবা তুংদা মার্গ অমসুং কলাগী মতুং ইন্না পাত্রশিংনা মঞ্চদা চঙ্লকবগী থৌরাঙ তৌগনি।

৩। ধ্রুবায়াং সংপ্রযুক্তায়াং পটে চৈবাপকর্ষিতে।
কার্য্যঃ প্রবেশঃ পাত্রাণাং নানার্থরস সম্ভবঃ॥

অর্থ। [১]অমুম্না ধ্রুবা ঈশৈ শকপা লোইরবদা মুখল হাইদোক-পগা মান্ননা পাত্রশিংনা মথল মথলগী বিষয় অমসুং তোঙান তোঙানবা রস ফাওহন্দুনা মঞ্চদা চঙ্শিল্লকনি।

---

১। মসি উপোহন শব্দগা করিম্ থেন্নবে।

১। M. Ghobs কীদনা শ্লোক ১,২ পূম্না থম্না থেন্নবা অর্থ তৌই মতুদি মার্গদা মতিকচানবা কলা লোয়নন্না যন্ত্র ঈশৈনা উপবহন তৌবা লোইরবদা পাত্র নত্রপা শাত্রিনা মঞ্চদা চঙ্লকপদা ধ্রুবা ঈশৈ শকনি অমসুং মুখল হায়দোকনি, তোঙান তোঙানবা হিমমগী ওইবা রস ফাওহন্দুনা মঞ্চদা চঙ্শিল্লকনি।

## অহেনবা অমসুং ময়ায় ওইবা পাত্রনা চঙ্লকপগী শাথেক-শওও-নচিংবা ( Poster )

৪-৭। স্থানং তু বৈষ্ণবং কৃত্বা হ্যুত্তমে মধ্যমে যথা।
সমুন্নতং সমং চৈব চতুরস্রমুরস্তথা॥
বাহুশীর্ষে প্রসন্নে চ নাত্যুৎক্ষিপ্তে চ কারয়েৎ।
গ্রীবাপ্রবেশঃ কর্তব্যো ময়ূরাঞ্চিতমস্তকঃ॥
কর্ণাদষ্টাঙ্গুলিস্থে চ বাহুশীর্ষে প্রযোজয়েৎ।
উরসশ্চাপি চিবুকং চতুরঙ্গুল সংস্থিতম্॥
হস্তৌ তথৈব কর্তব্যো কটীনাভিতটস্থিতৌ।
দক্ষিণো নাভিসংস্থস্তু বামঃ কটিতটস্থিতঃ॥

অর্থ। অহেনবা ( মথক্কী ওইবা ) অমসুং ময়ায়গী ওইবা পাত্রনা বৈষ্ণব ফিরেপ্তা থা লোংগনি, সম অমদি চতুরস্র ওইগনি। লেং হীক-থগনি, লেংজুম শূপকৎলোই, ওক-পুনা য়াগোং মঙক-কুম তৌগনি। লেংজুম অনিমক নাকোঙ্দগী খুদোন নিপান লাপ্পনা লৈগনি। খদাঙ্গা থবাক্কনা মরক্তা খুদোন মরি কাম্নগনি। খুৎ অনিনা ওয়না থাঙ্দা অহুগা য়েৎনা খোয়দোদা থমগনি।

### খোঙ্কমগী লাপ্পবা

৮-৯ (ক)। পাদয়োরন্তরং কার্যং দ্বৌ তালাবর্ধমেব চ।
পাদোৎক্ষেপস্তু কর্তব্যঃ স্বপ্রমাণবিনির্মিতঃ॥
চতুস্তালো দ্বিতালশ্চ একতালস্তথৈব চ।

অর্থ। খোঙ্ অনিগী মরক্তা তাল অনি মথায় লাপ্পগনি। পাত্র অহুগী খোঙ্থাংনা ( মহাক মশাগী খুহুপ মতুংইন্না ওন্দুনা ) তাল মরি, তাল অনি নত্রগা অমা লাওনা থাংগনি।

৯ (খ)-১০ (ক)।

চতুস্তালস্তু দেবানাং পার্থিবানাং তথৈব চ॥
দ্বিতালশ্চৈব মধ্যানাং তালঃ স্ত্রীনীচলিঙ্গিনাম্।

অর্থ। লাইশিংগীনা তাল মরি, নিংথৌগীশু মহুগা মাময়নি, ময়ায় ওইবা পাত্রগীনা তাল অনি অহুগা নুপী, অতোনবা থাক্কী মীওই (পাত্র), অমসুং লিঙ্গ পূজা তৌবা মাশিংগীনা তাল অমা লাপ্পগনি।

## খোঙ্‌থাংগী মতম

১০ (খ)-১১।

চতুষ্কলোঽথ দ্বিকলস্তথা হ্যেককলঃ পুনঃ॥
চতুষ্কলো হ্যুত্তমানাং মধ্যানাং দ্বিকলো ভবেৎ।
তথা চৈককলঃ পাতো নীচানাং সংপ্রকীর্তিতঃ॥

অর্থ। (খোঙ্‌থাংগীশু হৌনবী অকক্নবা মতম লৈবা তাই) মহুদি কলা মরি, কলা অনি অমসুং কলা অমা।

মথক খোংবা অহেনবগীনা [1]কলা মরি, ময়ায় ওইবগীনা কলা অনি অহুগা অতোনবা থাক্কী মীওইগীবা কলা অমনি।

## শাজৎকী লয়চৎ ( tempo of gait )

১২। স্থিতং মধ্যং দ্রুতং চৈব সমবেক্ষ্য লয়ত্রয়ম্।
যথাপ্রকৃতি নাট্যজ্ঞো গতিমেবং প্রয়োজয়েৎ॥

অর্থ। নাট্য হৈবশিংনা নাট্যদা শক্তক য়ারিবা পাত্রশিং অহুগী মানা মানা কুমলিবা মশক অহুগী মতুংইন্না অতপ্পা, ময়ায় ওইবা অমসুং অথুবা চাংদা মতিক চাবা চাবা য়েংহুনা মখোয়গী খোঙ্‌চৎকী মচাং কায়দনা তৌহনগনি।

---

১। কলা—মতমগী মচাং।

১৩। ধৈর্যোপপন্না গতিরুত্তমানাং
মধ্যা গতির্মধ্যমসংমতানাম্।
দ্রুতা গতিশ্চ প্রচুরাধমানাং
লয়ত্রয়ং সত্ত্ববশেন যোজ্যম্॥

অর্থ। মীথোই মীহেনগী শাজং তি চাংলেমগনি, ময়ায় ওইবগীনা ময়ায় ওইনা চংকনি ( য়াইমরপ থুগনি ), অতোপ অতাশিংগীনা খোঙচং থুগনি অনম্বুং মশী লামগনি। অম্বুম্না পাত্রগী খোঙচংকী মচাং ( লয়চং ) শিং অসি মী মগী মতৌ মওঙ্ মতুংইন্না তৌগনি।

১৪। এষ এব ভুবি জ্ঞেয়ঃ কলা তাললয়ে বিধিঃ।
পুনর্গতি প্রচারস্য প্রয়োগং শৃণুতানঘাঃ॥

অর্থ। পৃথিবী অসিদ কলা, তাল অমসুং লয়চংকী হৌনবী পথাপতি মসিনি। হে পাপ চেন্দ্রবা ব্রহ্মণ পুন্নমক ! হুজিক অমুক শাজং-পরিং ( গতি প্রচার ) গী মরম তাবিয়ু—।

মহোৌশাগী ওইবা শাজং-পরিং

১৫। স্বভাবে তৃত্তমগতৌ কার্যং জানু কটীসমম্।
যুদ্ধচারীপ্রয়োগেষু পুনঃ স্তনসমং ভবেৎ॥

অর্থ। মীথোই মীহেনশিংগী শাজংত খুকউনা খোঙ্গা মপা মান্নগনি, লানফঙবা অমগীনা খুকউনা খোমজীন মপা য়োনা থাংগৎকনি।

১৬-১৯। পার্শ্বক্রান্তৈঃ সললিতৈঃ পাদৈর্বাদ্যান্বিতৈরথ।
রঙ্গকোণে মুখো গচ্ছেৎ সম্যক্ পঞ্চপদানি তু॥
বামবেধং ততঃ কুর্য দ্বিক্ষেপং দক্ষিণেন তু।
পরিবৃত্য দ্বিতীয়ং তু গচ্ছেৎ কোণং ততঃ পরম্॥
তত্রাপি বামবেধস্তু বিক্ষেপো দক্ষিণেন চ।

তেতো ভাণ্ডোন্মুখো গচ্ছেৎ তান্যেব তু পদানি চ।
এবং গতাগতৈঃ কৃত্বা পদানামেকবিংশতিম্।
বামবেধং ততঃ কুর্যাৎ বিক্ষেপং দক্ষিণস্য চ॥

অর্থ। মথংদা পুং-শেল মখোল ঈরোয়ননা পার্শ্বক্রান্ত চারীগী মওঙ্দা অরেম্বা নীংথিবা খোঙ্থাং লোয়নন‌া রঙ্গমঞ্চ (Stage) গী চিথেক তম্না মচুগী মতা চানা থাংবা খোঙ্কম মঙানা চঙ্শিনগনি। মথংদা ওয়গী খোঙ্না সূচী-চারী তৌরগা য়েৎকিনা থাংদোকনি। মথংদা হকচাং লৈথোক্লগা মথংগী কাচিন তম্না অমুক চৎকনি। মকম অহুদসু ওয়গী খোঙ্না সূচীচারী তৌরগা য়েৎকী খোঙ্ থাংগনি। মথংদনা যন্ত্রগী (পুং-শেল) মায়কৈরোমদা চঙ্শিনগনি, খোঙ্থাংদি হান্নগীচু কান্নবা তৌরোই। অসুম্না খোঙ্কম ২১ শুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্নগা ওয়গী খোংনা সূচী শারগা য়েৎকী খোঙ্ অমুক থাংগনি (চৎকনি)।

২০। রঙ্গে বিকৃষ্টে ভরতেন কার্যো
গতাগতৈঃ পাদগতি প্রচারঃ।
ত্র্যস্রস্ত্রিকোণে চতুরস্ররঙ্গে
গতি প্রচারশ্চতুরস্র এব॥

অর্থ। '[1]বিকৃষ্ট' ওইবা রঙ্গমঞ্চদদি পাত্র নত্রগা পাত্রিনা হঙ্গৎহন্দা চৎপগী মওঙ্দা খোঙ্ থাংগনি অসিগুম্বা খোঙ্চৎ পরিংশিং অসি চিথেক অহুম নাইবা রঙ্গমঞ্চদনা চিথেক অহুম নাইনা চৎকনি, মরি গীদনা চিথেক মরি নাইনা চৎকনি।

২১। যঃ সর্বৈঃ সহিতো গচ্ছেত্তত্র কার্যো লয়াশ্রয়াঃ।
চতুষ্কলোঽথ দ্বিকলঃ (অথ) বৈককলঃ পুনঃ॥

---

১। বিকৃষ্ট—২ বা তাংকক ১-৮ (ক) গী টীকা য়েঙউ (oblong)

অর্থ। মক্কদা অমুম্না চঙ্‌বদা লেংমান্নবা ( খোংমান্নবা ) মী লোয়নববদি মা মাগী লেং মতুংইন্না ( অচৌ পিশক খাযবগী মতুং ইন্না ) অচৌ অশাং গীনা ( অহেনবা অথোইবা ) কলা মরি, ময়ায় ওইবগীনা কলা অনি অহুগা অতোল অতাশিংগীনা কলা অম —অসিগুম্বা মতমগী মচাংশিং অসিদা মথোঙ্‌ থাংগনি।

২২। অথ মধ্যমনীচৈস্তু গচ্ছেদ্ভ্যঃ পরিবারিতঃ।
চতুষ্কলমথার্ধং চ তথা চৈককলং পুনঃ॥

অর্থ। ময়ায় ওইবা অমমুং অতোনবা মীওইশিংনা কোয়না য়োমহুনা চৎপা মী অহুগী খোঙথাংগী লয়চংতি কলা মরি ( চতুষ্কল ), মতুগী তংখায় ( কলা অনি ) নত্রগা কলা অমা ওইগনি।

২৩। দেবদানযক্ষানাং নৃপপন্নগরক্ষসাম্।
চতুস্তাল প্রমাণেন কর্তব্যাথ গতির্বুধৈঃ॥

অর্থ। লাই, দানব, যক্ষ, নিংথৌ অমদি হিংচাবশিংগী খোঙচত্তি অখঙ্‌বশিংনা তৌবা মতমদা খোঙ্‌কাপ অমদা তাল মরি মরি লাওনা থাঙ্‌থাংগনি।

২৪। দিবৌকসাং তু শেষাণাং মধ্যমা গতিরিষ্যতে।
তত্র'পি চোদ্ধতা যে তুতেষাং দেবৈঃ সমা গতিঃ॥

অর্থ। অতৈ অতোপ্পা স্বর্গদা লৈবা ( দেবদূতশিংগুম্বা ) কাঙ্‌বুশং অহুগী শাজংতি ময়ায় ওইবা মতৌগী ওইগনি। অহুগা অসিগুম্বা খোয় অসিমক্কী মরক্তমু কনাগুম্বা অচৌবা ফম [১]পায়বশিং অহুগীদি লাইশিংগা অহুম্মক মান্নবা শাজং ওইগনি।

---

১। ইন্দ্রগী লোলাই খৌবা ( সারথি ) মাতলিনচিংবা ( অভিনগুপ্ত )

## নিংথৌগী শাজং

**ঋষয় উচুঃ -**

২৫-২৮। যদা মনুষ্যা রাজানস্তেষাং দেবগতিঃ কথম্।
অত্রোচ্যেতে কথং নৈষা গতী রাজ্ঞাং ভবিষ্যতি॥
ইহ প্রকৃতয়ো দিব্যা তথা চ দিব্যমানুষী।
মানুষী চেতি বিজ্ঞেয়া নাট্যনৃত্তক্রিয়াং প্রতি॥
দেবা হি প্রকৃতির্দিব্যা রাজানো দিব্যমানুষী।
যা ত্বন্যা লোকবিদিতা মানুষী সা প্রকীর্তিতা॥
দেবাংশজাস্তু রাজানো বেদাধ্যায়েসু কীর্তিতাঃ।
এবং দেবানুকরণে দোষো হ্যত্র ন বিদ্যতে॥

অর্থ। ঋষিশিংনা হায়রকই—

তাইবঙ্ মীনা ওইবা নিংথৌনবু করম্না লাইগী শাজং চংফম থোকপনো ?

মসিগী পাউখুমদি -

নিংথৌন করিগীদমক লাইশিংগা শাজং মান্নরোইদবনো ? নাট্যদা নত্রগা জগোইদা ওইবিবা চরিত্রশিং ( charactors ) অহুম দিব্য, দিব্য-মানুষ অমসুং মী হায়বদি লাই, লাইওই-মীওই অমসুং মীচম অসুম্না অহুম থোক্লা খাংবনা লাইগী চরিত্রনা লাইগী, নিংথৌনা লাইওই-মীওইগী অমসুং মীরমলেন অসিদা খঙ্ন উনরিবা অতৈ অতোপ্পা চরিত্রশিং পুম্নমক অহুনা 'মীচম' অসুম্না খঙ্নৈ। 'বেদ-বেদান্ত'নচিংবদা নিংথৌবু লাইগী অংশনা[১] ওইবনি ( :পাকপনি ) অসুম্না হায়বা লৈ। অসুম্না মখোযনা লাইমক্তী মতৌ লৌবদা করিসু থোইনা লানবা লৈতে।

---

১। বেদাধ্যায়েষু—বেদেষু—- বেদান্তেষু ( অভিনবগুপ্ত )।

২। মনুনা হায়, 'যস্মাদেষাংসুরেন্দ্রাণাং মাত্রাভ্যো নির্মিতো নৃপঃ (৭-৫)-অসিগুম্বা অথোইবা লাইশিংগী শরুকনা নিংথৌশিংবু শেম্লকই।

## অকক্লবা ফিবম থরগী শাজং

২৯। অয়ং বিধিস্তু কর্তব্যঃ স্বচ্ছন্দগমনং প্রতি।
সংভ্রমোৎপাতরোষেষু প্রমাণং ন বিধীয়তে॥

অর্থ। অচম্বা মাপী মাগী ওইবা শাজক্তা হায়রিবা নিয়মশিং অসি চৎনগনি অহুগা ভফিং ভফিংবা, য়ুহারাবনচিংবা অকিবা, অমদি শাউবা মতমদদি নিয়মশিং অসি চৎনরোই।

৩০। সর্বাসাং প্রকৃতীনাং তু অবস্থান্তরসংশ্রয়া।
উত্তমাধম মধ্যানাং গতিঃ কার্যা প্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। জগোই হৈবশিংনা অহেনবা, ময়ায়, অনম্বং হন্থবা থাক্নী ওইবা অহুগুম্বা চরিত্রগী ফিবম হেংালকপা মতুং ইন্না মঙ মহুগী হৌনবী শাক্রং ( গতি ) ভোগদবা ওই।

৩১ চতুর্দ্ব্যেককলং বা স্যাৎ তথার্ধকলমেব চ।
অবস্থান্তরমাসাদ্য কুর্যাদ্ গতিবিচেষ্টিতম্॥

অর্থ। মাগী মাগী হান্নগী ফিবমদগী হোংদোক্নবক্লবদা শাজং-শাওঙ্স্থু হোংহুনা কলা মরি, অনি, অমা নত্রগা কলা অমগী তংথায় অস্থুন্না চঙ্ক্ষম থোকপা মতমগী মচাং লেপকনি।

৩২। জ্যেষ্ঠে চতুষ্কলং যত্র দ্বিকলং মধ্যমে ততঃ।
দ্বিকলং চোত্তমে যত্র মধ্যেত্বেককলং ভবেৎ॥

অর্থ। অহানবা নত্রগা অহেনবা থাক্নী চনিত্রগী কলা মরি ওইক্কম থোকপদা, ময়ায় ওইবগীনা কলা অনি ওইগনি। অহেনবনা কলা অনিগী ওইবদনা ময়ায়গীদনা কলা অমা ওইগনি।

৩৩। কলৈকং মধ্যমে যত্র নীচেষ্বর্ধকলং ভবেৎ।
এবমর্ধার্ধহানিং তু কলানাং সংপ্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। ময়ায়ুগী থাক্লা কলা, অমা ওইবা মফমদা অতোনবা নত্রগা মথা তাবা চরিত্রগীনা কলা মথায় অমা ওইগনি। অনুম ভৌহ্না কলা পুম্নমক তংথায় জংথায় তাথনা শীজিন্নগনি।

৩৪। উত্তমানাং গতির্যা তু ন তাং মধ্যেষু যোজয়েৎ।
মধ্যমানাং গতির্যা তু ন তাং নীচেষু যোজয়েৎ॥

অর্থ। অহেনবা থাক্কী চরিত্রগী শাজং অদু ময়ায়ুগী চরিত্রনা তৌফরোই। মযায়ুগী চরিত্রগী শাজংনা হন্থবা থাক্কী চরিত্রনা থক শীজিনফরোই।

অকক্লবা ফিবম খরদা ওইগদবা
শাজংকী মচাং (লয়চং)

৩৫-৩৭ (ক)।

জ্বরার্তে চ ক্ষুধার্তে চ তপঃশ্রান্তে ভয়ান্বিতে।
বিস্ময়ে চাবহিত্থে চ তথৌৎসুক্যসমন্বিতে॥
শৃঙ্গারে চৈব শোকে চ স্বচ্ছন্দগমনে তথা।
গতিঃ স্থিতলয়া কার্যাধিকলান্তরপাতিতা॥
পুনশ্চিন্তান্বিতে চৈব গতিঃ কার্য্যা চতুষ্কলা।

অর্থ। অকুম লাইহৌনা নাবা, অগাম-থৌরাংনা লাকহৎলবা, তপ তৌবদা রারবা, অমসুং অকিবা নংলবদা, অঙকপা মতৌ থেংনরবদা, তৌশিন্নবা মতৌদা (পুক্নীংদা অমা থল্লগা অমা ওইনা উৎথোকপা), লাঙ্‌তক্লরবদা, শৃঙ্গারদা (অপাম মুংশি থৌওঙ্‌দা), পুক্নীং বাবদা, (শেৎন থাইনবদগী) অমদি অশোনবা মীগীদি শাজং তপকনি (অতপ্পা লয় ওইগনি) অদুগা থোঙ্‌থাংনা কলা মরিদগীসু হেনবা মতমগী মচাং ওইগনি। অদুগা রাথন্না মুংনাঙ্‌বা মতমগীদি কলা মরিগী শাজং ওইগনি।

৩৮ (ক)-৪০ (ক)।

অস্বস্থে কাম্বিতে চৈব ভয়ে বিত্রাসিতে তথা॥
আবেগে চৈব হর্ষে চ কার্যে যচ্চ ত্বরান্বিতম্।
অনিষ্ট শ্রবণে চৈব ক্ষেপে চাদ্ভুতদর্শনে।
অপি চাত্যয়িকে কার্যে তথৈব শত্রুমার্গণে।
অপরাধানুসরণে শ্বাপদানুগতৌ তথা॥
এতেষ্বেবং গতিং প্রাজ্ঞো দ্বিকলাং সংপ্রয়োজয়েৎ।

অর্থ। অরোনবা মুংশিনবদা, লৈপুন ঈরাং বনথৎলক্লবদা, অকি-বদা, পাথৎলবা মত্তোদা, লাঙ্ ঙ্গরবদা, হরাউবদা, থবক ঈনথাং মতমদা—অথুবা শাজং ওইগনি।

ফত্তবা পাউ তাবদা, থকৃইন চাবদা, অঙকপা পোৎ উবদা, অথুবা থবক্তা ( হোবে হোবে তৌবদ' ), য়েক্লবা থিবদা, মরাল লৈবা মী তাম্নবদা, অমদি শাথীবা শাগী খোঙ্গুল লীবদা ( তাম্নবদা )—কলা অনিগী খোঙ্ থাংনা মাগী শাজং তমগনি।

## শৃঙ্গাররসকী শাজং-শাথেক

( অপাম মুংশি শাজং-শাঙঙ্ )

৪০ (খ)-৪৪।

গতিঃ শৃঙ্গারিণী কার্যা স্বস্থকাম্বিত সংভবা॥
দূতীদর্শিতমার্গস্তু প্রবিশেত্রঙ্গমণ্ডলম্।
সূচয়া চাপ্যভিনয়ং কুর্যাদর্থ সমাশ্রয়ম্॥
হৃদ্যৈর্গন্ধৈস্তথা বস্ত্রৈরলঙ্কারৈশ্চ ভূষিতঃ।
নানা পুষ্পসুগন্ধাভির্মালাভিঃ সমলঙ্কৃতঃ॥
গচ্ছেৎসললিতৈঃ পাদৈরতি ক্রান্তৈঃ স্থিতৈস্তথা।
তথা সৌষ্ঠবসংযুক্তৈর্লয়তাল সমন্বিতৈঃ॥

পাদয়োরনুগৌহস্তৌ নিত্যং কার্যৌপ্রয়োক্তৃভিঃ।
উৎক্ষিপ্য সহ পাদেন পাদয়োশ্চ বিপর্যয়ঃ ॥

অর্থ। অচম্বা মুংশি-মুংওনগী থবক্তা কেনা মৌনা চংপা শাজৎ-শাথেক ওইগনি। নায়কনা পাউপুবী দূতীনা লমজিংবা মতুংইন্না মঞ্চদা চঙ্শিনগনি। অমগা নীংথিবা স্পুচানা (হকচাং শাথেক্তা) নাট্যগা মরী লৈনবা অভিনয় অম্ভ তৌগনি। মহাক অম্ভ মশাদা মুংশিবা মমম চেনগনি, ফিজেৎ-লৈতেংনা ফজহনগনি, মনম চেনবা নীংথিবা লৈপরেং শিগনি, পুক্লীং হুবা খোঙ্থাংনা অতিক্রান্ত চারীগী মতৌদা, অতপ্পা লয়চংতা অমস্থুং নীংথিবা শাজৎ-শাথেক লোযননা, তাল-লয়গা চান্নহন্না ডাক্তৌ ডাক্তৌ হুংকনি। জগোই শাবশিংনা মতম পুন্নমক্তা খুৎ অনিমক খোঙ্গী মতুং ইলহনগনি। খোঙ্না হেক লৈতাবগা মান্ননা খুৎ থাঙ্গৎকনি অমস্থু' খোঙ্না থাঙ্গৎপগা ঈরোয়ননা খুৎ থাদগনি।

৪৫ ৪৮ (ক)।

প্রসন্নক মিতে চৈব গতিং ভূয়ো নিবোধত।
বিসর্জিতজনস্তত্র তথা দূতী সহায়বান্ ॥
নির্বাণদীপো নাত্যর্থং ভূষণৈশ্চ বিভূষিতঃ।
বেলাসদৃশবস্ত্রশ্চ সহ দূত্যা শনৈস্তথা ॥
ব্রজেৎ প্রসন্নকাদৈস্তু পাদৈর্নিঃশব্দমন্দগৈঃ।
শব্দশংক্যুৎসুকশ্চ স্যাদবলোকনতৎপরঃ ॥
বেপমানশরীরশ্চ শঙ্কিতঃ প্রস্খলন্ মুহুঃ।

অর্থ। অরোনবা মুংশি মুংওনগী শাজৎকী মতৌ তাবিয়ু। মকম অহুগী মী অতৈবু বিদায় তৌহুনা চংহনগ্রগা, থাউমৈ মুখৎলগা লৈতেং থরজং তৌহুনা মতমগী মতিকচাব' ফীজোন হোংহুনা দূতীগা লোয়ননা হরাউনা (পুক্লীং মকালায়া), অরোনবা, মথোল খোঙ্ব' তপ্পা থাংবা

খোঙ্ থাংনা চৎকনি। করিগুম্বা মখোল অমত্তং তাবদা ইচিং চিংন গনি অমসুং কোম্বনা অঙ্গম য়েংগনি। মাগী মশা তনিক তনিকনি, চিংনগনি—অমদি হেক হেক খোঙ্ ফম চোয়বগী মতৌ তৌগনি।

## অশাউবা (রৌদ্র) গী খোঙচৎ

8৮ (খ) ৫৮(ক)।

> রসে রৌদ্রে তু বক্ষ্যামি দৈত্যরক্ষোগণান্ প্রতি।
> এক এব রসস্তেষাং স্থায়ী রৌদ্রো দ্বিজোত্তমাঃ।
> নেপথ্যরৌদ্রো বিজ্ঞেয়স্ত্বঙ্গরৌদ্রস্তথৈব চ ॥
> তথা স্বভাবজৈশ্চৈব ত্রিধা রৌদ্রঃ প্রকীর্তিতঃ।
> রুধিরক্লিন্নদেহো যো রুধিরার্দ্রমুখস্তথা ॥
> তথা পিশিতহস্তশ্চ রৌদ্রো নেপথ্যজস্তু সঃ।
> বহুবাহুর্বহুমুখো নানাপ্রহরণাকুলঃ ॥
> স্থূলকায়স্তথা প্রাংশু রঙ্গরৌদ্রঃ প্রকীর্তিতঃ।
> রক্তাক্ষঃ পিঙ্গকেশশ্চ অসিতো বিকৃতস্বরঃ ॥
> রূক্ষো নির্ভৎর্সনপরো রৌদ্রঃ সোদৃশ স্বভাবজঃ।
> চতুস্তালান্তরোৎক্ষিপ্তৈঃ পাদৈস্ত্র্যন্তরপাতিতৈঃ ॥
> গতিরেবং প্রকর্তব্যা তেষাং যে চাপি তদ্বিধাঃ।

অর্থ। রৌদ্ররসকী রা হায়বদা হিংচাবশিংগী মরম ওইনা হায় জরকে। হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! মখোয়গী শাগোম্বা অমত্তা ভায়বা লেঙ্দবা রসতি অশাউবা হায়বসিনি। রৌদ্ররস মখল অহুমনি মতৌদি — স্নেকশা খোৎপনচিংবা মতৌনা অকিবা পোকহনবা, মশামউ উবদা অকিবা ফংবা অমসুং মশাগী মনাৎ ওইনা অহুম্মক শাগোম্বা অকিবা ফিবম ওইবা।

১। য়েকপা খোৎপনচিংবদগী ওইবা মতৌদি (নেপথ্য রৌদ্র) মশা মউ অপুন্বা ঈহং নাইহং তৈগনি, মচীন্দা ঈনা ইচোৎ চোৎকনি অহুগা মখূত্তনা শদুম পায়গনি।

২। মশা মউনা অকিবা ফংহনবা (অঙ্গরৌদ্র)—

মপান্থোম য়ান্না পানবা, মকোক লোঙ্বা, খুৎলাই মখল মখল শাগোন্নবা, মশা মউ নোয়বা, চাউবা অমস্থুং মরেপ ন্নাংবা।

৩। মশাগী ওইবা অকিবা মতৌ (স্বভাবজ রৌদ্র)—

মমিৎ ঙাঙ্বা, মশম চুক্লাক মশম মানবা, কুচু মুশিন মুবা, মখোল ফাবা, মওঙ্-মতৌ ন্নাঙাঙ্ শঙাঙ্দা চৃগন্নবা অমস্থুং চৈবা থাংবত্তমক তৌবা।

মখোয়না চৎপা শাজৎতি তাল মরি ন্নাংনা মখোঙ থাংগৎকনি, খোঙথাং অমমমনা তাল অহুম অহুম লাউনা থাংগনি।

মখোয় অসিগী মতৌ ওইনা অভিনয় তৌবা মীনা অসিগুম্বা মখোয়গী শাজৎ অসিগুম তৌগদবনি।

## তুক্কচবা হংগোহবা (বীভৎস) রসদা ওইগদবা খোঙ্চৎ

৫৪ (খ)-৫৬।

> অঙ্গদ্যা প্রমহী যত্র শ্মশানরণকশ্মলা॥
> গতিং যত্র প্রযুঞ্জীত বীভৎসাভিনয়ং প্রতি।
> ক্বচিদাস্ন্নপতিতৈঃ বিকৃষ্টপাতিতৈঃ ক্বচিৎ॥
> এড়কাক্রাড়িতৈঃ পাদৈরুপর্যুপরিপাতিতৈঃ।
> তেষাং সেবানুগৈর্হস্তৈর্বীভৎসে গতিরিষ্যতে।

অর্থ। মুংঙাইতবা মফম হায়বদি মী অশিবগী মং নত্রগা শাফম লানফম ওইনখিবদগী অমোৎ-অকায়তনা থনবা অহুঙ্বা মফমদদি বীভৎস রস (তুক্কচবা নত্রগা হংগোইবা) বসকা মরী লৈনবা শাজৎ

শীজিন্নগনি। বীভৎস রসদদি অসিগুম্বা শাজৎনা চূনবা ওই মত্থদি—চৎপদা খোঙকম অনিনক অমুকন্থ মহৈ মহৈ হেক নকশিন্নবা, করিগুম্ব-দ-া খংলাপ লাপথোক্তখিবা (চাউগান কানবনচিংবদগী), খোঙকাপ পরপ পরপ থাংবা অত্থগুম্বা এড়কাক্রীড়িতগী অথুবা খোঙথাং মওঙদা চৎকনি, খুৎতি খোঙগী মতুংইনগনি।

## বীররসকী গতি

### (অকনবগী খোঙ্চৎ)

৫৭। অথবীরে প্রকর্তব্যা পাদবিক্ষেপসংযুতা।
দ্রুতা প্রহরণাবিদ্ধা নানাচারীসমাকুলা॥

অর্থ। বীররসতদি অথুবা খোঙ্থাংগা ঈরোয়ননা খুৎন্থ খুৎলাই ফিংনা শীজিন্নগনি অমস্থং চারী মথল কয়া তৌগনি।

৫৮। পার্শ্বক্রান্তৈস্তথাবিদ্ধৈঃ সূচীবিদ্ধৈস্তথৈব চ।
কলাকালগতৈঃ পাদৈরাবেগে যোজয়েদ্গতিম্॥

অর্থ। পূর্বীং য়ান্না সাঙ্বা মতমগী শাজৎতি পার্শ্বক্রান্ত আবিদ্ধ অমস্থং সূচী চারী ওইবা, কলা অমস্থং তাল ঈরোয়নবা খোঙ্থাংনা তিনবা অত্থগুম্বা শাজৎ ওইগদবনি।

৫৯। উত্তমানাময়ং প্রায়ঃ প্রোক্তো গতি পরিক্রমঃ।
মধ্যানামধমানাং চ গতিং বক্ষ্যাম্যহং পুনঃ॥

অর্থ। মথকী অহেনবা থাকী ওইবা চরিত্রশিংগী মহৌশাগী মশাগী ওইবা শাজৎতি হায়রবসিনি। হৌজীক ময়ায় ওইবা অমস্থং অতোনবা থাকী চরিত্রশিংনা চৎপা শাজৎকী মরম অমুক হায়রগে।

## হাস্যরসকী খোঙচৎ

৬০। বিস্ময়ে চৈব হর্ষে চ বিক্ষিপ্তপদবিক্রমা।
আসাদ্য তু রসং হাস্যমেতাশ্চান্যাশ্চ যোজয়েৎ॥

অর্থ। অঙকপদা, হয়াউবা মুংঙাইবদদি খোঙথাংগী অয়েপ্পা লৈরোই। নোকপগী মতাংদনা অসিঙস্না মওঙগী মন্নপা অতোপ্পা খোঙথাংগী মওঙ লৌগনি।

## করুণরসকী গতি

( অবাবা মতমগী শাজং )

৬১-৬৩ (ক)।

পুনশ্চ করুণে কার্যা গতিঃ স্থিরপদৈরথ।
বাষ্পাম্বুরুদ্ধনয়নঃ স্রস্তগাত্রস্তথৈব চ॥
উৎক্ষিপ্তপাতিতকরস্তথা সস্বনরোদনঃ।
গচ্ছেত্তথাধ্যর্ধিকয়া প্রত্যগ্রাহিতসংশ্রয়ে॥
এষা স্ত্রীণাং প্রয়োক্তব্যা নীচসত্ত্বে তথৈব চ।

অর্থ। করুণ ( অবাবা ) রস-দদি খোঙ থাং তপ্পা চৎকনি। মিৎ ঈরা চেনগনি, ইরেক লেকথগনি, খুৎ রাংনা থাংগৎলুরগা অমুক থাদগনি অহৃগা মখোল থোক্ল কপকনি। হুজীক হুজীকমক্কী থেংনবা অরাবা মতাংদদি অধ্যর্ধিকা চারীগী ( কলা ১½ গী মতম হেন্না ) মওঙদা হন্না হন্না খোঙ থাংগনি।

মসিগী শাজং অসিদি অতোনবা মী অমদি নুপী ওইবীশিংতনা তৌগদবনি।

৬৩ (খ)-৬৫।

উত্তমানাং তু কর্তব্যা সধৈর্যং বাষ্পসংগতা॥
নিশ্বাসৈরায়তোৎকৃষ্টৈ স্তথৈবোর্ধ্বনিরীক্ষিতৈঃ।
ন তত্র সৌষ্ঠবং কার্যং ন প্রমাণং তথাবিধম্॥
মধ্যানামপি সত্ত্বজ্ঞৈর্গতির্যোজ্যা বিধানতঃ।
উরঃপাতগতোৎসাহঃ শোকব্যামূঢ়চেতনঃ॥
নাত্যুৎক্ষিপ্তৈঃ পদৈর্গচ্ছেদ ইষ্টবন্ধ নিপাতনে।

অর্থ। মথক্কী থাক্কী চরিত্রনা পুরুষীংকাবগী ( অন্নাবা খাঙ্বা ) মতৌ তৌগনি, মিংতা ঈরা হৌগনি, শোর মপী হোনগনি, অমসুং মচু তোইরপ তৌগনি অদুগা মথক্তা মিংয়েং থমগনি। অরেম্বা শাজংনচিংবা মতৌ লৈয়োই অদুগা শাজং অমদি খোঙ্থাংনচিংবগী অরেপ্পা নিয়ম ঙাকলোই।

মগুণ চেনবা মীনা ময়ায় ওইবা থাক্কা ওইবা অদুগুম্বা চরিত্রগী মতৌ উৎপদা নিয়মগী মথা পোম্না চংকনি। চান্নবা মী ( মুংশিনবা ) অমদি লুনা তিন্নবা মক্সপ মপিজা শিংবদা মখোযনা থা হিকথগনি ( নোন্নপ তৌগনি ), মশাদা হৈনীংবা পোকলোই অমসুং রাবনা ফুম্বঙ্নগনি। অসিগুম্বা মতমগী খোঙ্চংতা মাগী মখোঙ্ রাংনা থাঙ্গৎপা তৌরোই।

৬৬। গাঢ়প্রহারে কার্য চ শিথিলাংসভুজাশ্রয়া।
বিঘূর্ণিতশরীরা চ গতিশ্চূর্ণপদৈরথ॥

অর্থ। অকনবা চৈফু থেংনবদা মখোয়গী লেং হীকথগমি অমসুং মপাস্বোমদা শোক্চনা খাঙ্গনি। মশা লৈচনা খাঙগনি অমসুং শাজং ফৈরেং তুরেংগনি ( চুম্না চৎপা ঙমলোই )।

৬৭ ৬৯।

শীতেন চাভিভূতস্য বর্ষেণাভিহতস্য চ।
গতিঃপ্রয়োক্তৃভিঃ কার্যা স্ত্রীনীচপ্রকৃতাবথ॥
পিণ্ডীকৃত্য তু গাত্রাণি তেষাং চৈব প্রকম্পনম্
করৌ বক্ষসি নিক্ষিপ্য কুব্জীভূতস্তথৈব চ॥
দন্তৌষ্ঠস্ফুরণং চৈব চিবুকস্য তু কম্পনম্।
কার্যং শনৈশ্চ গন্তব্যং শীতাভিনয়নে গতৌ॥

অর্থ। অঙৈংবনা লাকহৎলবা অমদি নোং-শাথীনা নংলবী নুপী নত্ৰগা অতোনবা থাক্কী চরিত্রনা চৎকদবা শাজৎনচিংবদি জগোই শাবশিংনা অম্লয়া পাঙ্খোকনি মতুদি—মশা পিশক পীক্না তাশিনগনি, মশা থক থক নীকনি, থবাক্তা মথূৎ কারণ চনগনি, মশা কোম্থগনি ( নম পোম্থোকনি ), ময়াম্থ চীনবানম্থ খদাঙম্থ পূম্না কপ্ কপ্ লাউনা নীকনি। অসিগুম্বা অঙৈংবনা লাকহৎপগী অভিনয় তৌবা মতমদা মী অতুগী খোঙচৎ তপথগনি।

## ভয়ানক রসকী গতি
### ( অকিবগী শাজৎ )

৭০-৭৫।

> তথা ভয়ানকে চৈব গতিঃ কার্যা বিচক্ষণৈঃ।
> স্ত্রীণাং কাপুরুষাণাং চ যে চান্যে সত্ত্ববর্জিতাঃ॥
> বিস্ফারিতে চলে নেত্রে বিধুতং চ শিরস্তথা।
> ভয়সংযুক্তয়া দৃষ্ট্যা পার্শ্বয়োশ্চ বিলোকনৈঃ॥
> দ্রুতৈশ্চূর্ণপদৈশ্চৈব বদ্ধা হস্তং কপোতকম্।
> প্রবেপিতশরীরশ্চ শুষ্কোষ্ঠস্খলিতং ব্রজেৎ॥
> এষানুকরণে কার্যা তর্জনে ত্রাসনে তথা।
> সত্ত্বং চ বিকৃতং দৃষ্ট্বা শ্রুত্বা চ বিকৃতং স্বরম্॥
> এষা স্ত্রীণাং প্রকর্তব্যা নৃণাঞ্চাক্ষিপ্তবিক্রমা।
> ক্বচিদাসন্নপতিতৈর্বিকৃষ্টপতিতৈঃ ক্বচিৎ॥
> এড়কাক্রীড়িতৈঃপাদৈরূপর্যুপরিপাতিতৈঃ।
> এষামেবানুগৈর্হস্তৈর্গতিং ভীতেষু যোজয়েৎ॥

অর্থ। অথঙ-অহৈশিংনা ভয়ানক ( অকিবা ) রসদা নুপী, অয়ম্বা নিপা ( পাঙ্দবা ) অমসুং অতোপ্পা মরিংজেল করিম্থ য়াওদবা ( কিগনবা) অতুগুম্বা মীশ্নী চরিত্রদা পাঙথোকদবা শাজৎ-খোঙথাংনচিংবদি —

মমিং ফাত্তোকনি, ইখিং খিংগৎকনি ( মমিং-মনা চপ য়ুংগনি ), মকোক নীকনি, অকিবা মিংয়েং য়েংগনি, য়েং-ওয় নাকল অনিমক্তা য়েংগনি। কারণ-তুরন তৌহনা থুনা মখোঙ থাংগনি, মথুংনা কপোত হস্ত ( থুবাক অনি উপশিন্নবা ) ওইগনি, মশা থক থক নীকনি, মচীন-বান প্রক প্রক কংগনি, চংপদা তুগে তুগে তৌগনি। চৈহংপা-লাউ-হাংপা অমস্থং মিপাই থবাইনবা (পাথংহনবা) মতৌদম্ব অস্থমা অভিনয় তৌগনি। অকিবা থরায় পানবা জীব উবদা অমস্থং অকিবা খোঞ্জেল তাবদ অসিগুম্বা মতৌ অসিনা নুপীগী চরিত্রদা তৌগনি অহুগা নিপা-গীদা ওইরবদি আক্ষিপ্তা চারী খোঙথাংদা চংকনি। করিগুম্বদনা মখোঙ অনি নকশিন্নগনি, করিগুম্বদনা অমুক লাওনা থাংহনা হন্না হন্না এড়কাক্রীড়িতগী খোঙথাংদা চংকনি। থুংনা হায়রিবা খোঙথাংশিং অসিগী মতুংইনগনি—মসিনা কিগনবা মীগী মতৌদা শীজিন্নগনি।

লল্লোনবা মী অমস্থং মস্ত্রীশিংগী খোঙচং

১.-.৮ বণিজাং সচিবানাং চ গতিঃ কার্যা স্বভাবজা।
অতিক্রান্তে পদৈর্বিপ্রা দ্বিতালান্তরগামিভিঃ॥
কৃত্বা নাভিতটে হস্তমুত্তানং কটকামুখম্।
আদ্যং চারালমুত্তানং কুর্যাৎ পার্শ্বং তদন্তরে॥
ন নিষণ্ণং ন চ স্তব্ধং ন চাপি পরিবাহিতম্।
কৃত্বা গাত্রং তথা গচ্ছেত্তেন চৈব ক্রমেণ তু॥

অর্থ। লল্লোনবা মী অমস্থং মস্ত্রীশিংগী শাজংতি মহৌশাগী মতৌ ওইগনি। হে ব্রাহ্মণ খিবীক! মরক্তা তাল অনি লাওনা থাংবা অতিক্রান্তগী খোঙথাংদা ওয়গী থুংনা কটকামুখ হস্তগী মওঙ তৌহনা খোয়দৌদা লোনা থমগনি, য়েংকী খুংনা অরাল-গী মওঙ্দা খুং লেংনা নাকলোমদা থুং, অমদগী থাপতোক্লা থমহনা—হকচাং শোম্বা, চপ লেপ্পা অমস্থং কা হেনবা শাজং স্নাওদনা চংকনি।

## সন্ন্যাসী অমসুং [১] শ্রমণশিংগী শাজৎ

৭৯-৮৬। যতীনাং শ্রমণানাং চ যে চান্যে তপসি স্থিতাঃ
তেষাং কার্যা গতির্বিপ্রা নৈষ্ঠিকং ব্রতমাশ্রিতা॥
অলোলচক্ষুশ্চ ভবেদ্যুগমাত্রনিরীক্ষণঃ।
উপস্থিতস্মৃতিশ্চৈব তথা লিঙ্গং সমাশ্রিতঃ।
বিনীতবেষশ্চ ভবেৎ কষায়বসনস্তথা॥
প্রথমং সমপাদেন কৃত্বা তথা চৈকং প্রসারয়েৎ॥
প্রসন্নং বদনং কৃত্বা প্রয়োগস্য বশানুগঃ।
অনিষণ্ণেন গাত্রেণ গতিঃ গচ্ছেদতিক্রমাৎ॥
উত্তমানাং ভবেদেষা লিঙ্গিনাং যে মহাব্রতাঃ।
এভিরেব বিপর্যস্তৈগুণৈরন্যেষু যোজয়েৎ॥
তথা ব্রতানুগা চ স্যাদন্যেষাং লিঙ্গিনাং গতিঃ।
বিভ্রান্তা বাপ্যুদাত্তা বা বিভ্রান্তা নিভৃতাপি বা॥
শকটাস্যস্থিতৈঃপাদৈরতিক্রান্তৈস্তথৈব চ।
কার্যা পাশুপতানাং চ গতিরুদ্‌ভ্রান্তগামিনী॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পূম্নমক! সন্ন্যাসী, বৌদ্ধ-লম্বোইবা অমসুং তপ তৌবা লাইনীংবশিংগীদি ব্রহ্মচারী-ব্রত লৌব মীগী মতৌ মওঙ অমদি শাজৎনচিংবগা মান্নবা পাঙথোক্কনি। অসিগুম্বা চরিত্রগী অভিনয় তৌবদা অহৈবা নটশিংনা মিৎয়েং লেঙদনা লৈগনি, নীংশিংবগী শক্তি য়াম্না থৌগনি, (অকাউবা লৈরোই), মশা অপূম্বদা অফিংবা মতৌ অমত্তসু লৈরোই (য়াম্না তপথগনি), পূক্নীং লৈতাগনি, লিঙ্গাশ্রয় ওইগনি (মাগী মাগী হৌনবী খূদম, ফিজেৎ, অসিনচিংব চপচানা তৌগনি), অচম্বা ফিজেৎ শেৎকনি হায়বদি অককপা মচুগী (গেরুয়া-নচিংবা) ফীজোন শেৎ ইনগনি। অহৈবা মীনা অসিগুম্বা চরিত্রগী মতৌ তম্বদা অহানবদা সমপাদ স্থান (থোঙকম মান্নবা লেপ্পা)

ফিরেপ্তা লৈগনি মথ'দা থুং নামনা চতুর ওইরগা নামনা থাদহ্-৷ শাংনা লৈগনি। অভিনয়গী শীজিন্নবা মওঙ মতুং ইন্না মাযথোং মকা-ৱাম্না, হকচাংকোম্স-শোম্নবা তৌদনা অতিক্রান্তচারী থোঙথাংদা চংকনি। অকনবা ব্রত তৌরিবা অহেনবা থাক্কী ওইবা লিঙ্গীশিংনা ( ফিঙাঙ্ শেন্তুনা উংনচিংবা তৈতুনা লাইনাংলম্বী চংপশিংনা ) অসুম্না চংকনি অহুগা অতোপ অতোপ্পা তপ তৌবা ( তপ সাধন তৌবা ) কাঙ্বু-শিংগীদি মসিগী ওন্ন তৈনবা গুণনা তিনবা মতৌগী শাজং-থোঙ্থাং অহু ওইগনি। অতৈ অতোপ্পা লিঙ্গীশিংগীদি মখোয মখোয়না তৌরিবা ওইরিবা অচ্গুম্বা ব্রত অহুগী মতুংইন্না [1]বিভ্রান্ত, উদাত্ত ( মথোঙ্ খঙ্দবা অমদি চাং লেপ্পা , উদাত্ত নত্রগা তপ্পা মোংহাদনা চংপা শাজং ওইগদবনি

পাশুপাত সম্প্রদায়গী ( পশুপতি মহাদেব নাংবা ) লিঙ্গীশিংদি উদভ্রান্তগতি ( মথোঙ্ খঙদবা, নিয়মনা পুন্দবা শাজং ), শকটাস্য অমসুং অতিক্রান্ত চারী থোঙথাংদা চংকনি।

## অমম্বদা চংপা শাজং

৮৭। অন্ধকারেঽথ যানে চ গতিঃকার্যা প্রয়োক্তৃভিঃ।
ভূমৌ বিসর্পিতৈঃ পাদৈর্হস্তৈর্মার্গপ্রদর্শিতৈঃ॥

অর্থ। অমম্বদা চংশদা জগোই শাবা মীনা লৈপাক্তা মথোঙ থাংহুনা অমদি মখুৎনা মাহু-না মাহুনা লিনগী শাজংকুম্না চংকনি

## দোলাই তোংবা মীগী শাজং

৮৮-৯২ (ক)

রথস্থস্যাপি কর্তব্যা গতিশ্চূর্ণপদৈরথ।
সমপাদং তথা স্থানং কৃত্বা রথগতিং ব্রজেৎ॥
ধনুর্গৃহীত্বা চৈকেন তথা চৈকেন কূবরম্।
সূতশ্চাস্য ভবেদেবং প্রতোদপ্রগ্রহাকুলঃ॥

বাহনানি বিচিত্রাণি কর্তব্যানি বিভাগশঃ।
দ্রুতৈশ্চূর্ণপদৈশ্চৈব গন্তব্যং রঙ্গমণ্ডলে॥
বিমানস্থস্য কর্তব্যা এষৈব স্যন্দনী গতিঃ।
আরোঢ়ুমুদ্বহেদ্ গাত্রং কিঞ্চিৎ স্যাদূর্ধ্বস্থিতম্॥
অস্যৈব বৈপরীত্যেন কুর্যাচ্চাপ্যবরোহণম্।

অর্থ। রথ তোংবা মীগী খোঙথাংস্সু কূপথাং থাংগনি। সমপাদ স্থানগী ( খোঙদোল অনি মান্নবা লেপ্পা ফিরেপ ) ফিরেপ্পা লেপ্লুনা খুৎনামনা লীক্লং পায়রগা নামনা রথকী যুন্দী ( কূবর ) পায়হুনা রথনা চেনবগী মতৌ মালহনগনি। মসিগী সারথিস্সু ( দোলাই থৌবস্সু ) অস্সুম তৌনা শাজৈ অমস্সুং লাগাম ( চূপ্লী ) শেন্নহুনা লৈগনি। শগোলনচিংবা শাদোং অতৈ অতৈগী দি মাগী মাগী মতৌ মণ্ডু-মতুংইন্না তৌগনি। রঙ্গ মঞ্চদা খোঙ কূপথাং থাংহুনা ফিংনা চেংবনি। দোলাই অপাইবী তোংবা মীগী মতৌস্সু অসিগুম্বা দোলাই ( রথ ) তোংবগী শাজৎ অসিমক্না অতুম্মক তৌগনি। রথ তোংবগী অভিনয়দা থা লোংনা লেপকনি, ওক লোংলপ তৌগনি। মসিগী ওন্নতৈনবা মতৌদা লৈমায় মথাদা য়েংথরগা রথতগী কূমথবা মতৌ উৎকনি।

অহাওবা আতিয়াদা চৎপগী শাজৎ

৯২ (খ) ৯৫

অধোঽবলোকনৈশ্চৈব মণ্ডলাবর্তনেন চ॥
আকাশগমনে চৈব কর্তব্যা নাট্যযোক্তৃভিঃ।
স্থানেন সমপাদেন তথা চূর্ণপদৈরপি॥
ব্যোম্নশ্চাবতরেদ্যস্তু তস্যেতাং কারয়েদ্গতিম্
ঋজ্বায়তোন্নতানতৈঃ কুটিলাবর্তিতৈরথ॥
ভ্রশ্যতশ্চ তথাকাশাৎপবিদ্ধভুজা গতিঃ।
বিকীর্ণবসনা চৈব তথা ভূগতলোচনা॥

অর্থ। আতিয়া মথক্তা চৎপা শাজৎতা, জগোই শাবা মীনা মথাদা য়েংথগনি অমপুং কোয়না কোয়না লৈগনি সমপাদ ওইবা ফিরেপ্পা খোঙ কুপথাং থাংগনি। আতিয়াদগী কুমথগে হায়রবদি মাবু অম্নুমা তৌহনগনি মহুদি —খোঙকম চুম্না অমদি লাওনা থাংগনি, রাংখৎকনি অমপুং নেমথগনি, শাজৎ খোযগনি অমপু' কোয়ন চৎকনি।

আতিয়াদগী ভায়কপা উৎপদদি পাম্বোমনা 'অপবিদ্ধ' ওইগনি, ফীজি-ফীনা হুমদোক্কনি, মিৎনা থাদা লৈ৷ায়দা য়েংথগনি

## অরাংবা কাবগী শাজৎ মতৌ

৯৬-৯৮ (ক)।

প্রাসাদদ্রুমশৈলেষু নদীনিম্নোন্নতেষু চ।
আরোহণাবতরণং কার্যমর্থবশাদ্ বুধৈঃ॥
প্রাসাদারোহণং কার্যমতিক্রান্তৈঃ পদৈরথ।
উদ্বাহ্য গাত্রং পাদঞ্চ সোপানে নিক্ষিপেন্নরঃ॥
তথাবতরণং চৈব গাত্রমানম্য রেচয়েৎ।

অর্থ। অথঙ অহৈশিংনা অরাংবা দলান, উ, চীং অমপুং অতোপ্পা অরাংবা অনেম্বা মফমশিংদা কাম্নবা হেংহুনা কাখৎপা অমদি কুমথবগী মতৌ তৌগদবনি। অরাংবা দলান কাখৎপদা 'অতিক্রান্ত' ওইবা খোঙথাংনা চৎকনি, হকচাং তিংখৎনা সিঁড়িদা (থাক) খোঙ থাগনি অদুগা কুমথবা মতমদনা হকচাং নোম্থরপ তৌগনি।

৯৮ (খ)-১০০।

অতিক্রান্তেন পাদেন দ্বিতীয়েনাঞ্চিতেন চ॥
প্রাসাদারোহণং যত্তু তদেবাদ্রিষু কারয়েৎ।
কেবলমূর্ধ্বনিক্ষেপমদ্রিষ্বঙ্গে ভবেদথ॥
দ্রুমে চারোহণং কার্যমতিক্রান্তৈ: স্থিতৈঃ পদৈঃ।
সূচীবিদ্ধৈরপক্রান্তৈঃ পার্শ্বক্রান্তৈস্তথৈব চ॥

অর্থ। দলানদা কাথংপদা অতিক্রান্তগী খোঙথাং, অতোপ্পা খোঙনা অঞ্চিতগী মওঙ্ তৌহনা কাবগুম চীং কাবদসু অহুম্মক তৌগনি ; চীং কাবা মতমদা হেন্না তৌগদবমক্তবু হকচাং অসি মথক্রা হেক হেক হুনগংকনি ( ঈনখংকনি )। অদুগা অন্নাংবা উ কাবদনা অতিক্রান্ত, সূচীবিদ্ধ. অপক্রান্ত অমসুং পার্শ্বক্রান্তগী খোঙচংনা তৌগনি।

## মথাদা কূমথবগী মতৌ

১০১-১০৪।

এতদেবাবতরণং সরিৎস্বপি নিযোজয়েৎ।
প্রাসাদে যন্ময়া প্রোক্তা প্রতারে কেবলং ভবেৎ॥
জলপ্রমাণাপেক্ষা তু জলমধ্যে গতির্ভবেৎ।
তোয়েঽল্পে বসনোৎকর্ষৈঃ প্রাজ্যে পাণিবিকর্ষণৈঃ।
কিঞ্চিন্নতাগ্রকায়া তু প্রতারে গতিরিষ্যতে।
প্রসার্য বাহুমেকৈকং মুহুর্বারিবিকর্ষণৈঃ॥
তির্যক প্রসারিতা চৈব হ্রিয়মাণস্য বারিণা।
অশেষাঙ্গাকুলাপূরদনা দ্রুতৈরিষ্যতে॥

অর্থ। তুরেন কূম্বদসু অসুম্না তৌগনি। দলান কাবগী মতাংদা ঐনা হায়খিবা অদু তুরেন লানবা মতমদা শীজিন্নগনি। ঈশিং মঙুংদা চংপা শাজংতি ঈশিংগী অরু-অথেন চাং মতুংইন্না ওইগনি। ঈশিং থেন্নবদি ফি তাথংকনি অদুগা অরুবা ঈশিং ওইরগনা থূং শাংনা তিংথোক্লনা ঈশিং হাংদোক্কনি, হকচাং নোম্বগনি, পাম্বোম নামা নামনা ওন্না তৈননা তিংথোক্লনা হন্না হন্না ঈশিং হাইদোক্কনি। মতাং অসিদা জগোই শারিবা মীহুগী মশা পূম্নমক অন্নাবা মতৌ উহনগনি, তফিং তফিংগনি অমদি মচীন্দ ঈশিংনা থনগনি।[1]

১। মসি ঈশিংদা ঈয়োইবগী মতৌ মাঁজ।

## হি তোংহুনা চৎপগী শাজৎ

১০৫। নৌস্থস্যাপি প্রযোক্তব্যা গতিশ্চূর্ণপদৈর্গতিঃ।
অনেনৈব বিধানেন কর্তব্যং গতি চেষ্টিতম্॥

অর্থ। হি তোংবা মীগী শাজৎস্থ খোঙ কূপথাং থাংহুনা অসুম্না অহুম্মক অভিনয় তৌগনি।

১০৬-১০৭।

সংজ্ঞামাত্রেণ কর্তব্যান্যেতানি বিধিপূর্বকম্।
কস্মান্ মৃত ইতি প্রোক্তে কিংকর্তব্যং প্রয়োক্তৃভি॥
অঙ্কুশগ্রহণান্নাগং খলীন গ্রহণাদ্ধয়ম্।
প্রগ্রহগ্রহণাদ্যানামেবমেবাপরেষ্বপি॥

অর্থ। মথক্তা হায়গ্রিবা কাখৎপা কূমগবনাচিংবাস হৌনবী নিয়ম মতু'ইন্না মাগী মাগী মতৌ শেংনা খঙনবা তৌগনি। 'মহু কবিগীদমক-নো ?' মহুগী পাউথুমদি 'শিবা' হায়রে হায়হুনা জগে ই শাচিবা মী অহু ওশেংনমক হেক্তা শিবা তাবরা ? মহুমক্তি নত্তে—শামু কাটি পায়রগা শামু, চীনবুন পায়রগা শগোল অহুগা লাগাম পায়রগনা (চুপলী) শগোলনা চিংবা দোলাইনচিংববু খঙনগদবা ওই—অসুম্না মফম অতৈ-দসু খঙনগদবনি।

## শগোল তোংবগী শাজৎ

১০৮। অশ্বযানে গতিঃ কার্যা বৈশাখস্থানকেন তু।
যথা চূর্ণপদৈশ্চিত্রৈরুৎপর্যুপরিপাতিতৈঃ॥

অর্থ। শগোল তোংহুনা চৎপা মীগী খোঙচক্তি মথং মথং থাংবা খোঙথাং মথল মথলদা 'বৈশাখস্থান'গী কিরেপ্না পাঙথোকনি।

## লিনগী শাজৎ

১০৯। পন্নগানাং গতিঃ কার্যা পাদৈঃ স্বস্তিকসংজ্ঞিতৈঃ।
পার্শ্বক্রান্তং পদংকুর্যাৎ স্বস্তিকং রেচয়েদিহ॥

অর্থ। স্বস্তিক ওইবা খোঙনা ( কারণ চনবী খোঙচৎনা ) লিন পুন্নমক্কী শাজৎ তমগনি অদুগা পার্শ্বক্রান্তগী মণ্ডল তৌদুনা স্বস্তিক ওইবা খোঙনা রেচক তৌগনি।

## [1]বিটকী শাজৎ

১১০-১১১। বিটস্যাপি তু কর্তব্যা গতির্ললিতবিক্রমা।
পাদৈরাকুঞ্চিতৈঃ কিঞ্চিৎতালাভ্যন্তরপাতিতৈঃ॥
স্বসৌষ্ঠবসমাযুক্তৌ তথা হস্তৌ পদানুগৌ।
কটকাবর্ধমানৌ তু কৃত্বা বিটগতিং ব্রজেৎ॥

অর্থ। হাইফেৎ কুঞ্চিত ওইবা তাল অমা লাওনা থাংবা নীংথিবা খোঙথাংদা 'বিট'কী শাজৎ তমগনি। মসিদা মশা কেনা মৌনা ( শাজৎ শাথেক নীংথিনা ) চৎকনি অদুগা 'কটকাবর্ধমান' ওইবা খুৎনা খোঙগী মতুংইনগনি।

## [2]কঞ্চুকীগী শাজৎ

১১২-১১৩।

কাঞ্চুকীয়স্য কর্তব্যা বয়োঽবস্থাবিশেষতঃ।
অবৃদ্ধস্য প্রয়োগজ্ঞো গতিমেবং প্রযোজয়েৎ।
অর্ধতালোত্থিতৈঃ পাদৈর্বিষ্কম্ভৈঃ ঋজুভিস্তথা॥
সমুদ্বহংস্তথাঙ্গানি পঙ্কলগ্ন ইব ব্রজেৎ॥

অর্থ। কঞ্চুকীগী শাজৎতি মাগী মাগী চহি মতাং অমদি মানা মানা ওইরিবা ফিবম মতা য়েংদুনা উৎকনি। শীঞ্জিন্নবা হৈবা মীওই-শিংনা অহল ওইদ্রিবা কঞ্চুকীগী শাজৎতা অদুম্না তৌগনি মদুদি—তাল

---

১। বিট—দুংশি-দুংওনগী থবক্তা ( শৃঙ্গার রসদা ) নায়ককী মতেং পাংবা মী ( সহায় হায়না খঙনৈ )।

২। কঞ্চুকী—কোদুং মদুং শেন্নবা ব্রাহ্মণ অহল। ( সঙ্গাই শেনবা )। মহাক মগুণ চেনগনি, থবক খুদৌংমক হৈগনি। মথুক্তা লীচৈ পায়গনি, কাবগী বাথল চেজোই, নিংথৌগী লুহুপনচিংবা মানা শেন্নগনি।

অংথায় অমতং বাংনা থাংগৎপা অচম্বা খোঙথাংদা লৈখোম মরক্তা চৎপা মীগী শাওঙ-শাদা মাম্না চৎকনি।

১৪। অথ বৃদ্ধস্য কর্তব্যা গতিঃ কম্পিতদেহিকা।
বিষ্কম্ভনকৃতপ্রাণা মন্দোৎক্ষিপ্তপদক্রমা॥

অর্থ। অহল ওইবা কঞ্চুকীগীদি মশা নীক্কনি, মখোঙ তপ্না তপ্না অমদি বানা থাংগৎকনি অমসুং হোৎহোং থুদীংগী স্বর চাউনা হোনগনি।

## ময়াঙ কংবা, অনাবা, অমসুং মশা চোকথরবা মীশিংগী শাজৎ

১১৫-১১৭। কৃশস্যাপ্যভিনেয়া বৈ গতির্মন্দপদক্রমা।
ব্যাধিগ্রস্তস্য তথা চ তপঃ শ্রান্তস্য চৈব হি॥
বিষ্কম্ভনকৃতপ্রাণঃ কৃশঃ ক্ষামোদরস্তথা।
ক্ষামস্বরশ্চৈব ভবেদ্ দীননেত্রস্তথৈব চ॥
শনৈরুৎক্ষেপণং চৈব কর্তব্যং হস্তপাদয়োঃ।
কম্পনং চৈব গাত্রাণাং ক্লেশনং চ তথৈব চ॥

অর্থ। য়াঙ্কংবা মী, অনাবা অমসুং তপ তৌবদা মশা চোকথরবা মীশিংগী শাজৎতি মখোঙ তপ্না থাংহনা উৎকনি। ময়াঙ কংবা মীনা রারবদি খোঙথাং তপকনি, পুক হাপকনি, খোঞ্জেল পীক্কনি, মিৎয়েং তোম্বগনি (ভুকথগনি)। মাগী খোঙহাই খুৎহাই পুম্নমক তপথগনি, মশা থক থক নীকপা মতৌ ভৌগনি অমত্তা শাদৌ থোংবা মতৌ ওইগনি।

## লমশাং চৎপা মীগী শাজৎ

১৮। দূরাধ্বানং গতস্যাপি গতির্মন্দপদক্রমা।
বিকূণনং চ গাত্রস্য জান্বনোশ্চ বিমর্দনম্॥

অর্থ। লমশাং চৎপগী ময়রবা মীগী খোঙথাংস্থ তপকনি, হকচাং কোম্থগনি, খুকউ অনি শূপকনি।

## মশা নোয়বা মীগী শাজৎ

১১৯-২০ (ক)।

স্থূলস্যাপি তু কর্তব্যা গতির্দেহানুকর্ষিণী।
সমুদ্বহন ভূয়িষ্ঠা মন্দোৎক্ষিপ্তপদক্রমা।
বিস্কম্ভগামী চ ভবেন্নিঃশ্বাসবহুলাস্তথা।
শ্রমস্বেদাভিভূতশ্চ ব্রজেচ্চূর্ণপদৈস্তথা।

অর্থ। মশা নোযবা মীগী শাজৎতি রানা মশাবু চিংহুনা চৎকনি, নোম নোম তৌবা শাজৎ ওইগনি অমস্থং তপ্পা ফুকপা খোঙথাংনা চৎকনি। অসিগুম্বা মীওইদি 'বিষ্কম্ভ' গী শাজৎ ওইগনি। স্বর চাউনা চাউনা তোযনা হোনগনি, মপাংগল ৱাবা অমদি মশাদা হুমাং শোৱনা লাঙতক্লগনি, মখোঙ কূপনা থাংহুনা চৎকনি।

## য়ু ঙাওবগী শাজৎ

১২০ (খ)-১২২ (ক)।

মত্তানাং তু গতিঃ কার্যা মদে তরুণমধ্যমে॥
বামদক্ষিণপাদাভ্যাং ঘূর্ণমানাঽপসর্পণৈ।
অপকৃষ্টে মদে চৈব হ্যনবস্থিত পাদিকা॥
বিঘূর্ণিতশরীরা চ পদৈঃ প্রস্খলিতৈরথ।

অর্থ। ময়াই কাহুনা ঙাওরবশিংগী শাজৎতি অস্থুম্না তৌগনি মহুদি—ঙাওখৎলকপদমক ঙায়রিবা অমদি মযায় ওইরপ্পা ঙাওবগী মতৌদা য়েৎ-ওয় মখোঙ অনিমক্না কারণ তুরন চৎকনি, অমুক তুংহল্লগনি। হেন্না শাথীবা মওঙগীনা তুবোম্ল-ভম্লোয় মখোঙ থাংগনি, মশা কোয়না লৈগনি, অমস্থং খোঙফম হেক হেক নাম্থোকনি ( তুগে তুগে তৌগনি )।

## অঙাওবা মীগী শাজৎ

১২২ (খ)-১৩০।

উন্মত্তস্যাপি কর্তব্যা গতিশ্চানিয়তক্রমা॥
বহুচারীসমাযুক্তা লোকানুকরণাশ্রয়া।
রূক্ষস্ফুটিতকেশশ্চ রজোধ্বস্ততনুস্তথা॥
অনিমিত্তপ্রকথনো বহুভাষী বিকারবান্।
গায়ত্যকস্মাদ্ধসতি সঙ্গে চাপি ন সজ্জতে॥
নৃত্যত্যপি চ সংহৃষ্টো বাদয়ত্যপি বা পুনঃ।
কদাচিদ্ধাবতি জবাৎ কদাচিদবতিষ্ঠতে॥
কদাচিদুপবিষ্টস্তু শয়ানঃ স্যাৎ কদাচন।
নানাচীরধরশ্চৈব রথ্যাস্বনিয়তালয়ঃ॥
উন্মত্তো ভবতি হ্যেষ তস্যৈতাং কারয়েদ্ গতিম্।
স্থিত্বা নূপুরপাদেন দণ্ডপদংপ্রসারয়েৎ॥
বধ্বা চারীং তথা চৈব কৃত্বা স্বস্তিকমেব চ।
অনেন চারীযোগেন পরিক্রম্য চতুর্দিশম্॥
বাহুভ্রমরকং চৈব রঙ্গকোণে প্রসারয়েৎ।
ত্রিকং সুবলিতং কৃত্বা লতাখ্যং হস্তমেব চ॥
বিপর্যয়গতৈর্হস্তৈঃ পদ্ভ্যাং সহ গতির্ভবেৎ॥

অর্থ। অঙাওবা মীগী শাজৎতা মখোংগী খোঙথাং মওঙ্ মখোঙ থঙলোই। মখোয় অসিগী শাজৎতি অয়াম্বা চারীনা (খোঙচৎনা) তিনগনি অমসুং মীওই মথল মথলগী শাজৎ মতৌ লৌগনি। মশম মনা ইফা ফাগনি, মশা মউ চমোৎ চমোৎকনি। নাতে চাদব বা ঙাক্তা ঙাঙগনি (চোইরোন-পারোন লোনগনি), ঙাঙবগী লোইবা নাইরোই, মাগী মতৌ মওঙ মীনা তৌনদবা ঙাক্তা ওইগনি। থঙহৌদনা হেক ঈশৈ শকনি, থংনোক নোকনি অমসুং মী অমত্তগম্থ খক তিম্নবা তৌরোই। মথরায় হরাউনা জগোই হেক শাদোয়কনি পুং হেক

য়েথৎলকনি, খংচেন অমুক চেনগনি, করিগুম্বদনা চপ লেপ্তুনা হেক লৈথোকনি. করিগুম্বদনা ইমুং মুংঙাইনা ফমদোহ্নুনা লৈগনি। মথোঙ মথুৎ তিংথোক্নুনা করিগুম্বদা হিপ্তুনা লৈগনি, ফীজেৎ-ফীগায়তনা মফিজেৎ ওইগনি, লম্বী লমথাঙনা মাগী অরেম্মা লৈতবা লৈকম ওইগনি। অঙাওবগী মতৌদি অস্মুম্না তৌই।

মাগী শাজংতি—নূপুরপাদ শীজিন্নহুনা দণ্ডপাদ ওইনা থাংদোকনি। মথংদা বদ্ধাচারী শীজিন্নহুনা খোঙ অনিমক্ স্বস্তিকাচারী মওঙ শাগনি। অসিগুম্বা খোঙচৎ অসিনা মায়কৈ মরিমক খুংনঃ কোয়ক্করগা বাহ্যভ্রমরনা ( উপলৈ লৈহ্নুনা ) কোয়না লৈহ্নুনা মঙ্গী চিংথেক য়োনঃ চৎকনি। মকম অহু য়োরগা নীংজোন নীংথিনা লৈথোক্লগা খুৎনা লতাহস্তগী মওঙ তৌগনি। অঙাওবগী খুৎলোন্দি মথোঙ খঙলোই, করিগুম্বা নিয়মনা পুনবা ভৌরোই; অস্মুম্না খোঙগী মতৌম্নু (খোঙচৎ খোঙথাংগীম্নু) নিয়ম লৈতে।

খোঙতেকপা, খোঙশেকপা অমসুং
থীকনেম্বশিংগী শাজৎ

১৩১-৩৭ (ক)।

ত্রিবিধা তু গতিঃ কার্যা খঞ্জপঙ্গুকবামনৈঃ।
বিকলাঙ্গপ্রয়োগেণ কুহকাভিনয়ং প্রতি॥
একঃ খঞ্জগতৌ নিত্যং স্তব্ধো বৈ চরণো ভবেৎ
তথা দ্বিতীয়ঃ কার্যস্তু পাদোঽগ্রতলসঞ্চরঃ।
স্তব্ধেনোত্থাপনং কার্যমঙ্গস্য চরণেন তু।
গমনেন নিষন্নঃ স্যাদন্যেন চরণেন তু॥
ইতরেণ নিষীদেচ্চ ক্রমেণানেন বৈ ব্রজেৎ।
এষা খঞ্জগতিঃ কার্যা তলশল্যক্ষতেষু চ॥
পাদেনাগ্রতলস্থেন অঞ্চিতেন ব্রজেত্তথা।
নিষন্নদেহা পঙ্গোস্তু নতজঙ্ঘা তথৈব চ॥

সর্বসংকুচিতাঙ্গা চ বামনে গতিরিষ্যতে।
ন তস্য বিক্রমঃ কার্যো বিক্ষেপশ্চরণস্য বা॥
সোদ্বাহিতা চূর্ণপদা সা কার্যা কুব্জকান্বিকা।

অর্থ। কুহকাভিনয়দা (হাস্যরসকী অভিনয়দা) খাঙশেকপা, খোঙতেকপা অমসুং থীকনেম্বশিংগী শাজংতি মীওই শুদবশিংগী (বিকলাঙ্গ) অভিনয় মতৌদা অহুম থোক্ন তৌগনি। খোঙতেকপগী শাজংতা খোঙনামদি মতম পুম্নমক্তা লেঙবা ওমদনা অতুম্মক লৈগনি অতুগা অতোপ্পা খোঙ নামা অহুনা অগ্রতলসঞ্চরগী (খোঙদোলনা লৈতাবা) মওঙ তৌগনি। লেঙবা ওমদবা খোঙ অহুদা অক্কম্বা পীহুনা হকচাং হৌগৎকনি। অতোপ্পা খোঙনা চত্নুনা নিষন্নগী মতৌ তৌগনি কায়বদি মহুদা হকচাংগী অক্কম্বা পীগনি। চৎপা ওমদবা খোঙনামা অহুনা লেঙদনা অতুম্মক লৈগনি, মওঙ অসুম্না চৎকনি। খূয়াদা তিংথং-তুম্বৌ অমদি নুংজেঙনচিংবনা থিন্দৎলবসু অসুম্না অতুম্মক চৎকনি।

খোঙশেকপা মীগী শাজংনা খোঙদোলনা লৈতাগনি (অগ্রতল সঞ্চর) অতুগা অঞ্চিতগী মওঙদা চৎকনি। চৎলিবা খোঙ অসিদা হকচাংগী অক্কম্বা পীগনি অতুগ, খুবোম কোম্ন লৈগনি।

থীকনেম্বগী শাজংতি—হকচাং পুম্বা চপশিন থুইক্লিনগনি। মাগী শাজংতি থক তিক তিক লাউরোই (থুনা চৎলোই) অতুগা খোঙ-হাপসু থক লাওনা লাওনা থাংলোই মাগী শাজংতা মশা নোমহৌ নোমহৌ তৌগনি, খোঙকাপ থুনা থুনা থাংগনি অমসুং নোক্নীংবা মতৌনা তিনগনি।

[১]বিদূষক-কী শাজং

১৩৭ (খ)-৪২।

বিদূষকস্যাপি গতির্হাস্যত্রয়সমন্বিতা।
অঙ্গবাক্যকৃতং হাস্যং হাস্যং নেপথ্যজংতথা।

দন্তুরঃ খলতিঃ কুব্জঃ খঞ্জশ্চ বিকৃতাননঃ ॥
য ঈদৃশঃ প্রবেশঃ স্যাদঙ্গহাস্যংতু তদ্ভবেৎ।
যদা তু খগবদ্ গচ্ছেদুল্লোকিতবিলোকিতৈঃ ॥
অত্যায়তপদত্বাচ্চ অঙ্গহাস্যো ভবেৎ স তু।
বাক্যহাস্যং তু বিজ্ঞেয়মসংবদ্ধপ্রভাষণাৎ ॥
অনর্থকৈর্বহুবিধৈস্তথা চাশ্লীলভাষিতৈঃ।
চীরচর্মমষীভস্মগৈরিকাদ্যৈস্তু মণ্ডিতঃ ॥
যস্তাদৃশো ভবেদ্বিপ্রো হাস্যো নেপথ্যজস্তু সঃ।
তস্মাত্তু প্রকৃতিং জ্ঞাত্বা ভাবঃ কার্যস্তু তত্ত্বতঃ ॥

অর্থ। বিদূষক-কী শাজংতি নোক্লীংবা অহুমনা তিনবা ওইগনি। মশাদগী খোকপা, খ্রাহৈ-বাতাদগী ওইবা অমদি ফিজেৎ-লৈজেং-য়েকপা খোৎপনচিংবদগী ওইবা অসুম্না মওঙ অহুম শুই। ময়াচৌবা নক্রগা য়াতা থীবা. মকোক তাঙবা (পুমশীন হৌবা,) মনম পোনবা, মখোঙ শেকপা, অমসুং মশক মওঙ খায়গা মান্নদবা—অসুম্না মঙ্গদা চঙলকপা মতৌনা হকচাংগী ওইবা নোক্লীংবা মতৌনি। উচেক্না তৌবগুম্না মথক মখাদা মমিৎ য়েংনা য়েংনা চৎপা মতমদা অমদি মখোঙ চাউগান চাউগান কান্দুনা চৎপা মতাদা মশাদগী নোক্লীংবা হায়বহু ওই। নাতৈ চাদনা ঙাঙবা শকপা, বারেম ঙাঙবা, অকাম অপেৎকী বাঙাঙ শাঙাঙ কয়া ঙাঙবা অসিনচিংবা মতৌনা খ্রাহৈ বাতানা নোকহনবা মতৌনি খঙন-গনি। মকি মরোন শেগায়বা শেৎপা, উনশাদা মুক, উৎ-অমদি লৈঙাঙ নচিংবা তৈশিনবা অসিগুম্বা মতৌনা ফিজেৎ লৈজেংনচিংবনা নোকহনবা মতৌনি। অহুনা শারি শারিবা চরিত্র অহুগী মতৌ মওঙ খঙনা মাগী মাগী অশেংবা মতৌ লৌহুনা অভিনয় তৌগনি।

---

১। বিদূষক—শৃঙ্গাররসদা নায়ককী মতেং পাংবা মীওই। মাগী থবক থনা, শাওঙ-শাবান, ফিজেৎ-চাকচা অমদি বাঙাঙ-শাঙাঙ না মীমু নোকহল্লি, মী খৎনগল্লি, মখীবোঙ লাওই (চানীং থক্লীংগল্লি)।

১৪৩-৪৬ (ক)।

গতি প্রচারং বিভজেৎ নানাবস্থান্তরাত্মকম্।
স্বভাবজায়াং বিন্যস্য কুটিলংবামকে করে॥
তথা দক্ষিণহস্তে চ কুর্যাচ্চতুরকং ততঃ।
পার্শ্বমেকং শিরশ্চৈব হস্তোঽথ চরণস্তথা॥
পর্যায়তঃ সন্নমেত লয়তালবশানুগঃ।
স্বভাবজা তু তস্যৈষা গতিরন্যা বিকারজা॥
অলব্ধ্যলাভাদ্ ভুক্তস্য স্তব্ধা তস্য গতির্ভবেৎ।

অর্থ। মথল মথলগী ওইবা অবস্থা মতুংইন্না বিদূষককী শাজৎ মওঙ্ লেপকনি। মশাগী হান্নগী ওইবা শাজৎতা মানা ওয়গী খুৎনা চৈশু অথোয়বা পারগনি, য়েৎকী খুৎনা চতুরগী মওঙ্ তৌগনি। অসিগী মথক্তা মানা লয তালগা চাননা হকচাং মাকল নামা, মকোক অমসুং মখোঙ মথং মথং ওইনা নমথগনি। মাগী মশাগী ওইবা শাজৎতি মসিনি। অসি নত্তবা মওঙ অতৈদি তোঙানবা মতৌশিং মক্তনি।

মানা তরাই তরাই ফংঙমদবা অঙ্গুশ্বা অহাউবা চীঙাক উবা থোক্লবদি মাগী শাজৎ পূম্নমক লেপকনি (লেঙবা ওৎপা করিসু তৌরোই।

## [1]চেট-নচিংবগী শাজৎ

১৪৬ (খ)-৪৮ (ক)।

কার্যা চৈব হি নীচানাং চেটাদীনামনুক্রমাৎ॥
অধমা ইতি যে খ্যাতা নানাশীলাশ্চ তে পুনঃ।
পার্শ্বমেকং শিরশ্চৈব করঃ সচরণস্তথা॥
গতৌ নমেত চেটানাং দৃষ্টিশ্চার্থবিচারিণী।

১। চেট—মসিমু শৃঙ্গাররসদা নায়ককী তেঙবাংবা সহায় মথল অমনি (মীনাই-ওম্বা মতৌনা তিন্নি)।

অর্থ। চেটনচিংবা অতোনবা মীওইশিংগী শাজংতি মথং মনাউ নাইনা অমুম্মা তৌগনি মহুদি—অতোনবনি হায়না খঙনরিবা মীওই শিংগী মনাং মখল মখলশিনি। চেটশিংগী শাজংতা হকচাং নাকল নামা, কোক, খুৎ অমসুং খোঙ, নমগনি অদুগা মিৎনা পোং খুদীংমক্তা কোয়না কোয়না অমুম য়েংগনি।

### [১]শকারশিংগী শাজং

১৪৮(খ)-৪৯। বস্ত্রাভরণসংস্পর্শৈর্মুহুর্মুহুরবেক্ষিতৈঃ॥
গাত্রৈর্বিকারবিক্ষিপ্তৈর্লম্বিবস্ত্রস্রজৈস্তথা।
গর্বিতা চূর্ণপদা চ শকারস্য গতির্ভবেৎ॥

অর্থ। শকারশিংগী শাজংতি—ফিজেৎ লৈতেংদা হম্মা হম্মা শোকপা নানবা, মদুবু হম্মা হম্মা য়েংহনবা লৈবা, শাজং-শাথেক তো-ঙানবনা মরম ওইহনা মফি মরোন নাম্বা, হেন্দোকপা শাজংনা মঙক্তা শিবা লৈ-পরেংনা হাইবা হুম্বা তৌগনি, নাপননা মাঙওইনবা মতোনা ভিনগনি অদুগা মখোঙ কুপথাং থাংহনা চৎকনি।

### অতোনবা জাতীগী শাজং

৫০। জাত্যা নীচেষু যোক্তব্যা বিলোকন পরা গতিঃ।
অসংস্পর্শাচ্চ লোকস্য স্বাঙ্গানি বিনিগুহ্য চ॥

অর্থ। অতোনবা জাতীগী মীওইনা চৎপা শাজংতি—মায়কৈ শীম্মা য়েংনা য়েংনা চৎকনি, চৎপদা মীগা শোক শম্নদনবা মতোদা শম ভাশিন খোমজিন্না চৎকনি।

---

১। শকার—মু-ভাওবা, অপঙবা, নাপন তৌবা, ঐ মন্নায়দে হায়না খোয়-চৎনবা, শাক্ষৈ জাত ফত্তবা মচা, ইনাক-কৈরাকখুনবা মচা, মযুম শাস্বী গুপ্তী নৃপীগী মবুং-মৌপ।, নিংথৌগী মশেল মবাইনচিংবা।

## ম্লেচ্ছশিংগী শাজং

১৫১। ম্লেচ্ছানাং জাতয়ো যাস্তু পুলিন্দশবরাদয়ঃ।
তেষাং দেশানুরূপেণ কার্যং গতিবিচেষ্টিতম্ ॥

অর্থ। পুলিন্দ শবরনচিংবা ম্লেচ্ছজাতীশিংগীদি মখোয় মখোয়গী লৈকম মতুংইন্না মখোয়গী শাজং তমগনি।

## উচেক্লচিংবগী শাজং

১৫২। পক্ষিণাং শ্বাপদানাং চ পশূনাং চ দ্বিজোত্তমাঃ।
স্বস্বজাতিসমুত্থেন স্বভাবেন গতির্ভবেৎ ॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক! শা-উচেক্লচিংবা জীব পুন্নমক মাগী মাগী জাতীগী মনাং মতুংইন্না চৎপা শাজং ওইগনি।

১৫৩। সিংহর্ক্ষবানরাণাং চ গতিঃ কার্যা প্রযোক্তৃভিঃ।
যা পুরা চ কৃতা সম্যগ্ বিষ্ণুনা প্রভবিষ্ণুনা ॥

অর্থ। নোংশা, শওম অমসুং য়োংগী শাজংতি মমাঙৈদা ভগবান বিষ্ণুনা তৌবীখিবা অচুম্বম ওগোই শাবশিংনা তৌগনি।

১৫৪ ৫৫। আলীঢ়ং স্থানকং কৃত্বা গাত্রং তস্যৈব চানুগম্।
জানুপরি করং চৈকমপরং বক্ষসি স্থিতম্ ॥
অবলোক্যাদিশঃ কৃত্বা চিবুকং বাহুমস্তকে।
গন্তব্যং বিক্রমৈর্বিপ্রা পঞ্চতালান্তরোত্থিতৈঃ।

অর্থ। মসিগী শাজং অসিদি—আলীঢ় স্থানদা লৈরগা হকচাংসু মদুগী মতুংইনবা ফিরেপ লোগনি। খুৎ নামনা খুকউ মথক্তা, নামা অমনা থবাক্তা থমগান। মায়কৈ মরিমক্তা য়েংনা য়েংনা লেংজুমদা খদাঙ থম্নগা ( তাল মঙা রাংনা খোঙথাঙ্গৎলগা ), তাল মঙা লাওনা কান্দুনা কান্দুনা চৎকনি।

১৫৬। নিযুদ্ধসময়ে চৈব রঙ্গাবতরণে তথা।
সিংহাদীনাং প্রয়োক্তব্যা গতিরেষা প্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। ঙগোই শাবা মীনা অসিগুম্বা নোংশানচিংবগী শাজং অসিবু হকথেংনবা অনিগী লানকমদা অমদি রঙ্গমঞ্চদা চঙশিল্লকপা মতমদা শীজিন্নগনি।

১৫৭। শেষাণামর্থযোগেন গতিং স্থানং চ যোজয়েৎ।
বাহনার্থপ্রয়োগেষু রঙ্গাবতরণেষু চ॥

অর্থ। রঙ্গমঞ্চদা চঙলকপা মতমদা নত্রগা কনাগুম্বা মী নত্রগা পোংদুম অমা নমদা পোহ্নুনা পুবা মতমদা অতৈ অতোপ্পা ( পনবদা য়াওখিদ্রিবা ) শা-শিংগী শাজং অমসুং ফিরেপশিং কান্ন-কান্নবা য়েংহুনা শীজিন্নগনি।

১৫৮। এবমেতাঃ প্রয়োক্তব্যা নরাণাং গতয়ো বুধৈঃ।
নোক্তাশ্চ যা ময়া হত্র গ্রাহ্যাস্তা অপি লোকতঃ॥

অর্থ। অস্মুম্না মতাং অসিদা নিপাশিংগী ওইবা শাজংখিবীক অসিবু অখঙ অহৈশিংনা শীজিন্নগনি। মতাং অসিদা ঐনা হায়বদা য়াওদবশিং ( পন্দবা ) অহুনা মীনা চংনবা মতৌদগী লৌশিনগনি।

## নুপীশিংগী শাজং

১৫৯-৬০ (ক)।

অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি স্ত্রীণাং গতিবিচেষ্টিতম্।
স্ত্রীণাং স্থানানি কার্যাণি গতিষ্বাভাষণেষু চ॥
আয়তং চাবহিত্থং চ অশ্বক্রান্তমথাপি চ।

অর্থ। মথংদি নুপীগী শাজং অমদি মখোয়গী মতৌ মওঙগী মরম হায়গে। শাজংতা অমসুং মীকৌ মীরামদা ওইগদবা মখোয়গী ফিরেপশিংদি আয়ত, অবহিত্থ অমসুং অশ্বক্রান্ত অহুম অসিনি।

১৬০(খ)-৬১ (ক)।

দক্ষিণস্তু সমঃ পশ্চাৎ ত্র্যস্রঃ পক্ষস্থিতোঽপরঃ॥
বামঃ সমুন্নতকটিশ্চায় তে স্থানকে ভবেৎ।

আয়ত স্থান—যেংকি খোঙনা সম ওইগনি, মথংদা ত্র্যস্রগী মতৌ ওইগনি, অতোপ্পা খোঙনা নাকন্দা লৈগনি অমসুং ওয়গী খ্বাঙ কাঙখৎকনি।

১৬১ (খ)-১৬৪ (ক)।

আবাহনে বিসর্গে চ তথা নির্বর্ণনেষু চ॥
চিন্তায়াং চাবহিত্থে চ স্থানমেতৎ প্রযোজয়েৎ।
রঙ্গাবতরণারম্ভ. পুষ্পাঞ্জলিবিসর্জনম্॥
মন্মথের্ষ্যোদ্ভবং কোপং তর্জন্যাঙ্গুলিমোটনম্।
নিষেধগর্বগাম্ভীর্যমৌনং মানাবলম্বনম্॥
স্থানেঽস্মিন্ সংবিধাতব্যং দিগন্তরনিরূপণম্।

অর্থ। কৌবদা, থাদোকপদা ( বিসর্জন ), হন্না হন্না কুপ্না য়েংবদা বাখল তৌবদা অমসুং তৌশিন্নবা শাজংতা অসিগুম্বা ফিরেপ অসি লৌগনি। ফিরেপ অসিনা রঙ্গমঞ্চদা চঙলকপদা, মঞ্চদা লৈ খুজোক কৎপদা, মুংশি মুংওনগী মতৌদা কল্লক মীহৌনা শাউবদা, খুদোঙ্গী থেকপদা, খাম্বদা, নাপন তৌবদা, চাং লেমথোকপ মতৌদা, বা ঙাঙদনা তুমিন লৈবদা, মান তৌবদা অমদি মায়কৈগী অরোইবা ঙমখৈ য়েংবদা —আয়তস্থান অসি শীজিন্নগনি।

১৬৪(খ)-১৬৫ (ক)।

সমো যত্র স্থিতো বামস্ত্র্যস্রঃ পক্ষস্থিতোঽপরঃ॥
সমুন্নতকটির্বামস্ত্ববহিত্থস্তু তদ্ভবেৎ।

অর্থ। অবহিত্থ ফিরেপ—

ওয়গী খোঙনা সম (চুম্না থাবা), অতোপ্পা খোঙ্না ত্র্যস্র অমম্থং নাকন্দা লৈবা (খোঙ্দোল চাইদোক্নুনা নাকন্দা লৈবা), অহুগা ওয়গী খ্বাঙনা কাঙবা, মদুবু 'অবহিত্থস্থান' হায়না কৌই।

১৬৫ (খ)-১৬৭ (ক)।

> স্ত্রীণামেতৎ স্মৃতং স্থানং সংলাপে তু স্বভাবজে॥
> নিশ্চয়ে পরিতোষে চ বিতর্কে চিন্তনে তথা।
> বিলাসলীলালাবণ্যে শৃঙ্গারাদিনিরূপণে॥
> স্থানমেতৎ প্রযোক্তব্যং তথা মার্গাবলোকনে॥

অর্থ। নুরী নুরাতাই শাবা মতমদা নূপীনা লেপ্পা মহৌশাগী ওইবা মশাগী ফিরেপতি মসিনি। কন্নিগুম্বা অমগী মরমদা তং তাবা অয়েপ্পা মতৌ, পুক্নীংগী অপেনবা, মপা লাকপা, নাখল খনবা সুংশিন্নুংঙনগী খৌদৌ-খৌঙঙ কয়া, কেখোক মোখোকপা, শৃঙ্গারনচিংবগী মতৌ শাগৎপদা (নিরূপণ), লম্বী য়েংবদা (কনাগুম্বা অমা ঙাইবগী নত্রগা চৎখিবদা য়েংহুনা লৈহৌবা)—মসি শীজিন্নগনি।

১৬৭ (খ -১৬৮ (ক)।

> পাদঃ সমুত্থিতশ্চৈক একশ্চাগ্রতলাঞ্চিতঃ॥
> সূচীবিদ্ধমাবদ্ধং বা তদশ্বক্রান্তমুচ্যতে।

অর্থ। অশ্বক্রান্ত স্থান

খোঙ নামনা থাঙৎলগা অতোপ্পা নামনা অগ্রতল সঙ্কর ওইরবদি (খোঙদোল লৈত্তারবদি) অহুগা মহুনা অঞ্চিত, সূচী অমদি আবিদ্ধ চারীগীদমক্তা শেম শারবদি মহুগী ফিরেপ অদুবু 'অশ্বক্রান্ত স্থান' হায়না কৌই।

১৬০ (খ) ১৬৯ (ক)।

শাখাবলম্বনে কার্যং স্তবকগ্রহণে তথা॥
বিশ্রাবেষ্বথ নীচানাং নরাণাঞ্চার্থযোগতঃ।

অর্থ। অসিগুম্বা ফিরেপ অসি উগী ঊশা পায়বদা, লৈ-চবুন পায়বদা ( লোবদা হেকপদা ) অমদি কান্নরকপা মতমদা ( চানবা মতাং লাকপদা ) মীনাই মীশলনচিংবা অতোনবা নূপী নিপাশিংগী পোখাবা মতমদা শীজিন্নগনি।

১৬৯ (খ)-১৭০।

স্থানকং তাবদেব স্যাদ্ যাবচ্চেষ্টা প্রবর্ততে॥
ভগ্নং চ স্থানকং নৃত্তে চারী চেৎ সমুপস্থিতা।
এবং স্থানবিধি. কার্যঃ স্ত্রীণাং নৃণামথাপি চ॥

অর্থ। জগোই শাবা মীনা করিগুম্বা থবক অমা হৌত্রিবমখৈদি অসিগুম্বা ফিরেপশিং অসিদা অতুম্মক লৈগনি। জগোই-খোঙচৎ হৌরক্লবদি হান্নগী ফিরেপ অদু কায়খিগনি। অসিগুম্বা ফিরেপকী হৌনবী মতো অসি নিপা নূপী অনিমক্তা ওইবা য়াই। মথংদা ঐনা নূপীশিংগী ওইনা মখোয়গী শাস্ত্রং-মওঙ অদু অমুক হায়জরক্নে।

১৭১-১৭৭ (ক)।

পুনশ্চ সংপ্রবক্ষ্যামি গতিং প্রকৃতিসংস্থিতাম্।
কৃত্বাঽবহিত্থং স্থানন্তু বামঞ্চাধোমুখং করম্॥
নাভিপ্রদেশে বিন্যস্য সব্যঞ্চ কটকামুখম্।
ততঃ সললিতং পাদং তালমাত্রসমুত্থিতম্॥
দক্ষিণং বামপাদস্য বাহ্যপার্শ্বে বিনিক্ষিপেৎ।
তেনৈব সমকালঞ্চ লতাখ্যং বামকং ভুজম্॥
দক্ষিণং বিনমেৎপার্শ্বং ন্যসেন্নাভিতটে ততঃ।
নিতম্বে দক্ষিণং কৃত্বা হস্তঞ্চোদ্বেষ্ট্য বামকম্॥

ততো বামপদং দত্ত্বাল্লতাহস্তং চ দক্ষিণম্।
লীলয়োদ্বাহিতেনাথ শিরসোত্থুলাতেন চ॥
কিঞ্চিন্নতেন গাত্রেণ গচ্ছেৎ পঞ্চপদীং ততঃ।
যো বিধিঃ পুরুষানাং তুরঙ্গপীঠপরিক্রমে॥
স এব প্রমদানাং বৈ কর্তব্যো নাট্যযোক্তৃভিঃ।

অর্থ। হজীক নুপীগী হৌনবী শাজংকী মরমদা হায়রকে। অবহিথ হ'নদা লৈহনা ওয়গী খৃংনা মখা ওন্থংগা য়েৎকী খৃংনা কটকামুখ হস্ত ওইনা থোয়দোদা থমহনা য়েৎকী খোঙনা তাল অমা বাংনা নীং-থিজবা মওঙ্দা থাংগৎলগা ওয়গী খোঙ য়াংমদা লৈতাগনি। মহুগা মতম মায়না লতাহস্তগী মওঙদা ওয়গী খুং থোয়দোদা থমগনি অহুগা ওয়থংবা হকচাং নাকল কোন্থগনি। য়েৎকী খৃংনা য়েৎথংবা নীংজোনদা থম্নগা ওয়গী খৃংনা উদ্বেষ্টিতগী মওঙ শাহনা ওয়গী খোঙ থাংবা হৌগনি। লতাহস্তগী মওঙদা য়েৎকী খৃংনা কেনা-নৌনা উদ্বাহিতগী মওঙদা কোক্কী মতুং ইন্দুনা হকচাং নোস্তক তৌনা খোঙকাপ মঙারক থাংগনি। নিপাশিংনা রজমক্কদা হজংহন্দা চৎপগী নিয়ম অহুমক ওগোই শাবশিংনা নুপীগী মতমদশু মহুমক্কা পীজিন্নগনি।

নহাওইবী (মথোন কাবী) শিংগী শাজং

১৭৭ (খ)-১৭৮।

ষট্কলং তু ন কর্তব্যং তথাষ্টকলমেব চ॥
পাদস্য পতনং তজ্জ্ঞৈঃ খেলনং তদ্ভবেৎ স্ত্রিয়াঃ।
সযৌবনানাং নারীণামেবং কার্যা গতির্বুধৈঃ॥

অর্থ। অথঙ-অহৈশিংমা নুপীগী খোঙথাংদা শক কলা ৬ নত্রগা ৮ গী মতম চঙহল্লোইদবনি, মরমদি মহু খোকহন্নদা নুপীদদি য়ান্নমক বানা থোকই। মথোন কাবী নুপী শিংগী খোঙচত্তি অথঙবশিংনা অদুম্না তৌগনি।

## অহল ওইবী নুপীগী শাজং

১৭৯-১৮১ (ক)।

স্থবীয়সীনামেতেসাং সংপ্রবক্ষ্যাম্যহং গতিম্।
কৃত্বাবহিত্থং স্থানন্তু বামং ন্যস্ত কটীতটে॥
আদ্যং চারালমুত্তানং কুর্যান্নাভিস্তনান্তরে।
ন নিষন্নং চ স্তব্ধং ন চাপি পরিবাহিতম্॥
কৃত্বা গাত্রং ততো গচ্ছেত্তেনৈবেহক্রমেণ তু।

অর্থ। চহী য়াম্লবী নুপীগী শাজং হায়গে। অবহিত্থস্থানগী কিরেপ লৌরগা ওয়গী খুৎনা খ্বাঙদা থমগনি ; যেৎকী খুৎনা অরাল হস্তগী মওঙ তৌরগা খোয়দৌ অমস্তুং থব্বীনগী মরক্তা লোংথোক্না ’লগনি। হকচাং কোম্বগনি অমদি পরিবাহিত তৌদনা ( পংকন কন্দনা ) চংকনি।

## পাউপুবী নত্রগা সেবা তৌবী ( মীনাইনুবী )গী শাজং

৮১ (খ)-৮৩ (ক)।

প্রেষ্যাণামপি কর্তব্যা গতিরুদ্ভ্রান্তগামিনী॥
কিঞ্চিদুন্নমিতৈর্গাত্রৈরাবিদ্ধগতিবিক্রমা।
স্থানং কৃত্বাহবহিত্থঞ্চ বামঞ্চাধোমুখং ভুজম্॥
নাভিপ্রদেশে বিন্যস্য সব্যঞ্চ কটকামুখম্।

অর্থ। সেবা তৌবী নুপীশিংগী শাজংদি [1]উদ্ভ্রান্তগী মওঙ ইগনি ( ইপা পাথংপা মতৌ )। মশা হাইকেং রাংথংনা ( মওক

[1] উদ্ভ্রান্ত—bewildered-M. Ghosh

লোংলপা ) আবিষ্কগী মওঙ্দা মখোঙ থাংহনা অবহিথগী ফিরেপ লৌহনা ওয়গী খুং মখাদা খাদগনি। য়েংকী খুংনা কটকামুখগী মওঙ্দা খোয়দোদা থমহনা চংকনি।

## [1]অর্ধনারীগী শাজং

১৮৩(খ)-৮৪ (ক)।

> অর্ধনারীগতিঃ কার্যা স্ত্রীপুংসাভ্যাং বিমিশ্রিতা ॥
> উদাত্তললিতৈর্গাত্রৈঃ পাদৈর্লীলা সমন্বিতৈঃ।

অর্থ। নুপী মানবী নিপাগী শাজংতি নিপা অমসুং নুপী অনিমক্কী য়ান্নবা মতৌনা ওইগনি। মসিগী শাজংতি উদাত ( কেনা চংপা মওঙ্ ) ওইগনি অমসুং শাথেক নীংথিপনি অহুগা খোঙথাংসু অকেবা নওঙগী ওইগনি।

১৮৪ (খ)-১৮৬(ক)।

> যা পূর্বমেবাভিহিতা হ্যুত্তমানাং গতির্ময়া ॥
> স্ত্রীণাং কাপুরুষাণাঞ্চ ততোঽর্ধার্ধঞ্চ যোজয়েৎ
> মধ্যমোত্তমনীচানাং নৃণাংযদ্ গতি চেষ্টিতম্ ॥
> স্ত্রীণাং তদ্দেব কর্তব্যং ললিতৈঃপদবিক্রমৈঃ।

অর্থ। মথক্তা ঐনা হায়নবা হায়রবা অৱাংবা থাক্কী মীওইগী ওইবা শাজং মওঙ অহুগী তংখায় তংখায় হয়না-নুপী অমসুং অয়ম্বা ( পাঙদবা ) নিপাগী শাজং ওইগনি। ময়াম ওইবা অথোইবা অমদি অতোনবা নিপাশিংগী শাজং মওঙ অমসুং মখোয়গী থবক থোঙ মথক্তা হায়খিবশিং অহুমক পীশিংনদি নুপীং হবা খোঙথাংনা তৌগনি।

১। নিপা তংখায়-নুপী তংখায়-ওইবা মী— নপুংসক

## অঙাংগী শাজং

১৮৬(খ)-১৮৭(ক)।

বালানামপি কর্তব্যা স্বচ্ছন্দগতিবিক্রমা ॥
ন তস্যাঃ সৌষ্ঠবং কার্যং প্রমাণং ন প্রয়োক্তৃভিঃ।

অর্থ নিপা মচা নুপীমচাশিংগীদি মনীং তৌবা খোঙচৎনা মখোয়গী শাজংনি। অগোই শাবা মীনা মখোয়গী মতৌ তৌবদা অঙ্গ সৌষ্ঠবকী (হকচাংগী শাজং-শাথেক্নচিংবগী কেবা, কজনবা তৌবা) মতৌ তৌরোইদবনি, অকন্নবা নিয়ম অমদি মচাংনচিংবা করিসু অমত্তা লৈরোই।

## নপুংসকশিংগী শাজং

১৮৭(খ)-২৮৮(ক)।

তৃতীয়া প্রকৃতিঃ কার্যা নাম্না চৈব নপুংসকম্ ॥
নরস্বভাবমুৎসৃজ্য স্ত্রীগতিং তত্র যোজয়েৎ।

অর্থ। নপুংসক শিংনা (নিপা নুপী খঙদবা মী) অহুমশুবা মীগী মথলনি। নিপাগী মতৌ থাদোক্লগা মখোয়গীদি নুপীগী মতৌতমক তৌগনি।

## নিপা নুপী ওন্নবা

১৮৮(খ)-১৮৯(ক)।

বিপর্যয়ঃ প্রয়োক্তব্যঃ পুরুষস্ত্রীনপুংসকে ॥
স্বভাবমাত্মনস্ত্যক্ত্বা তদ্ভাবগমনাদিহ।

অর্থ। নিপা, নুপী অমসুং নপুংসকনা ওন্ন তৌনবা মতৌ ওইন-মবদি হায়বদি অহুম অসিনা অমনা অমগী মতৌ লৌরবদি মশাগী হায়গী মতৌ পূন্নমক থাদোক্লগা মানা লৌশিন্বা শকলোন অহুগী মতৌতমক তৌগনি।

## মশক লোৎপা মীগী শাজৎ

১৮৯ (খ)-৯১ (ক)।

ব্যাজেন সেবয়া বাঽপি তথা ভূয়শ্চ বঞ্চনাৎ ॥
স্ত্রীপুংসঃ প্রকৃতিং কুর্যাৎ স্ত্রীভাবং পুরুষোঽপি বা।
ধৈর্য্যোদারেণ সত্ত্বেন বুদ্ধ্যা তদ্বচ্চ কর্মণা ॥
স্ত্রী পুমাংসং ত্বভিনয়েদ্ বেষবাক্যবিচেষ্টিতৈঃ।

অর্থ। তৌশিন্নবা, সেবা (শাস্নবা) অমসুং নমথাক ভৌনবগী-দমক নূপীনা নিপাগী, নিপানা নূপীগী মশক লৌরবদি (শক্লোম পুরবদি) নূপীনা নিপা শাবদা নিপাগুম্না ঈংবা তপ্পা পূকচেন চাউথোকপা, মতৌ, মর্য়ৌশিং মবুদ্ধি অমদি থবক থনানচিংবদা অমসুং ফিজেৎ-চাকচা-মতৌ মওঙ পূম্নমক্তা নিপা শাহনা অভিনয় তৌগনি।

১৯১(খ)-৯২(ক)।

স্ত্রীবেষভাষিতৈর্যুক্তং প্রেক্ষিতা প্রেক্ষিতৈস্তথা ॥
মৃদুমন্দপদভৈশ্চ ব পুমান্ স্ত্রীভাবমাচরেৎ।

অর্থ। ফিজেৎ লৈতেং-বাতাঙ-শাতাঙ্গন চিংবদা নূপী মালহন্দুনা অমদি য়েংশিন্নদনা য়েংবা, য়েংনা য়েংশিন্নদবা মিৎয়েং নায়েং অমসুং তপ্পা চৎপা শাজৎ-শাথেক্লচিংবা নূপীগী মতৌ পূম্নমক নিপানা নূপী শাবদা অভিনয় তৌগনি।

## জাত অতোপ্পবী নূপীগী শাজৎ

১৯২(খ -৯৩(ক)।

বিজাতীয়াস্তু যা নার্যঃ পুলিন্দশবরাঙ্গনাঃ ॥
যাশ্চাপি তাসাং কর্তব্যা তজ্জাতিসদৃশীগতিঃ।

অর্থ। অতোপ্পা জাতী ওইবী নূপী, পুলিন্দ অমসুং শবরনচিংবা অতোনবা জাতীগী নূপীশিংগীদি মাগী মাগী জাতীগী হৌনবী লোনচৎ শাজৎনচিংবগী মতৌ ওইনা অভিনয় তৌগনি।

জাইনীংবীশিংগী শাজৎ

১৯৩(খ)। ব্রতস্থানাং তপঃস্থানাং লিঙ্গস্থানাংতথৈব চ।

অর্থ। ব্রত তৌরিবী, তপ তৌবী (তাপসী) অমসুং লিঙ্গ[1] উপাসনা তৌবী নূপীশিংগীসু অদুম্না তৌগনি।

১৯৪ (ক)। স্বস্থানাশ্চৈব নারীণাং সমপাদংপ্রযোজয়েৎ।

অর্থ। [2]আকাশতা লৈবী নূপীশিংগীসু সমপাদগী মওঙ তৌগনি।

অচম্বী নূপীগী শাজৎ

১৯৪(খ)-৯৫(ক)।

উদ্ধতা যেহঙ্গহারাঃ স্যুর্যাশ্চার্যো মণ্ডলানি চ॥
তানি নাট্যপ্রয়োগজ্ঞৈ র্ন কর্তব্যানি যোষিতাম্।

অর্থ। নাট্য মতুগা জগোই শেম্বদা অথঙ অহৈশিংনা অকনবা মওঙগী ওইবা অঙ্গহার, চারী অমসুং মণ্ডলনচিংবা নূপীগী অভিনয় মওমদা থক শীজিন্নরোইদবনি।

নিপা অমসুং নূপীগী ফম্ফম ( sitting postures )

১৯৫(খ)-২১৬।

অথাসনবিধিঃ কার্যো নৃণাং স্ত্রীণাংবিশেষতঃ॥
নানাভাবসমাযুক্তস্তথা চ-শয়নাশ্রয়ঃ।

---

১। ধর্মসম্প্রদায়গী মশক খঙনবা মখাদা থৃরমচিংবা থবা।

২। 'সমপাদ' -ওইবা মতৌ অসি ব্রত তৌবীনচিংবা অতৈম্ব তৌগদবা ওইনা উবনি।

বিষ্কম্ভেনাঞ্চিতৌ পাদৌ ত্রিকং কিঞ্চিৎ সমুন্নতম্ ॥
হস্তৌ কট্যূরুবিন্যস্তৌ স্বস্থে স্যাদুপবেশনে।
পাদঃ প্রসারিতঃ কিঞ্চিদেকশ্চৈবাসনাশ্রয়ঃ ॥
শিরঃ পার্শ্বগতং চৈব সচিন্ত উপবেশনে।
চিবুকোপাশ্রিতৌ হস্তৌ বাহুশীর্ষাশ্রিতং শিরঃ ॥
সংপ্রণষ্টেন্দ্রিয়মনাঃ শোকোৎসুক্যোপবেশনে।

অর্থ। নিপা অমসুং নুপী অনিমক্কী ওইনা তোঙান তোঙানবা ভাবকী মতুংইনা মখোয়গী কক্ষম অমদি হিরগী হৌনবা নিয়ম তাক্লা শীজিন্নগনি।

পুক্কীং লৈতাবা ( ঈরাং য়াওদবা ) মতমগী কক্ষমদা খোঙ অনিমক বিষ্কম্ভিত ওইগনি (ইতাউ তাউনা, লায়না অচুম্মক লৈগনি)। অসিগুম্বা বিষ্কিম্ভ (অরায়বা ) ওইবা কক্ষম অসিগী মমিং অমদি 'অঞ্চিত' কৌই। মসিদা নীংজোন (ত্রিক) খজিক্তং তিংখৎকনি অচুগা খুৎ অনিনা অমনা খ্বাঙ্দা অমনা কৈগন্দা থমগনি।

বাথন তৌনা কম্বা ওইরবদি খোঙনামনা হাইকেৎ তিংথোকনি, নাথা অমনা আসনদা অচুমক লৈগনি অচুগা কোক্লা নাকন্দা লেকথগনি।

অরাবা ( শেৎন থাইনবনচিংবগী ) অমসুং লাওতক্লবা মতমগী কক্ষমদনা খুৎ অনিমক্তা খদাঙ শোগনি, কোক্লা লেংজুম মতোন্দা থমগনি ( তকপৈথগনি ? ) অচুগা মখোঙ মথৎনচিংবা ইন্দ্রিগী মখৌ অমসুং মরৌশিং মবুদ্ধি পুম্নমক মাঙলবগুম উহনগনি।

প্রসার্য বাহূ শিথিলৌ তথা চোপাশ্রয়াশ্রিতঃ ॥
মোহমূর্চ্ছামদগ্লানিবিষাদেষুপবেশয়েৎ।
সর্বপিণ্ডীকৃতাঙ্গস্তু সংযুক্তঃ পাদজানুভিঃ ॥
ব্যাধিব্রীড়িতনিদ্রাসু ধ্যানে চোপবিশেন্নরঃ।
তথা চোৎকটিকং স্থানং স্ফিক্পার্ষ্ণীনাং সমাগমঃ ॥

পিত্র্যে নিবাপে জপ্যে চ সন্ধ্যাস্বাচমনেঽপি চ।
বিষ্কম্ভিতং পুনশ্চৈব জানু ভুমৌ নিপাতয়েৎ॥
প্রিয়া প্রসাদনে কার্যঃ হোমাদিকরণেষু চ।

অর্থ। শুদ্ধৎপা, রাম্বা ( জ্ঞান মাঙবা ), ময়াইকাবা, চোকথ-হুইথবা অমস্তুং রাযনা ককচিনবা—অসিগুম্বা কিবমশিং অসিদদি পাম্বোম অনিমক ইয়েক লেকথনা তিংখোক্লনি, (থাদগনি ?), করিগুম্বা অমদা পাম্বে ওইনরগা মস্তুদা কমগনি।

লায়না লায়থুংনা রাবা, শাথীনা ইকাইবা নংবা, তুম্নীংবা অমদি অরুবা রাথন্দা উংবা অসিগুম্বা মতমদদি—হকচাং পুম্নমক পুম্নপ তাশিল্লগা খোঙগা থুকউগা শয়গনি ( কোক নোম্বহনা খোঙ থুকউ অমিগী কারক্তা লৈগনি )।

ইপা ইপুনা পেনবিনবা তর্পণ কৎপদা, মন্ত্র জপ তৌবদা, [1]সন্ধ্যা তৌবদা, অমস্তুং আচমন তৌননবা কম্বা কক্ষমদা য়াঙ তিংখৎলগা খোঙগা নীংজোনগা শয়গনি। ( নীংজোম্মা খোঙদা নম্বা ? )। মৈদা হোম তৌবদা অমদি চান্নবী নূপীবু পেলহন্নবা তৌবদা 'বিষ্কম্ভিত'গী মওঙদা থুকউ নামনা লৈপাক্তা লৈতাগনি।

মহীগতাভ্যাং জানুভ্যামধোমুখমবস্থিতম্॥
দেবাভিগমনে চৈব রুষিতানাং চ সান্তনে।
শোকে চাক্রন্দনে তাব্রে মৃতানাং চৈব দর্শনে॥
ত্রাসনে চ কুসত্ত্বানাং নীচানাঞ্চৈব যাচনে।
হোমযজ্ঞক্রিয়ায়াঞ্চ প্রেষ্যাণাঞ্চৈব কারয়েৎ॥
মুনীনাং নিয়মেষ্বেষ ভবেদাসনজো বিধিঃ।

---

[1] সন্ধ্যা থুকপা—অমগা অমগা তাইনফমু নদি কৌই। নোংমগী মমুথা তাইনবা মতম অহম লৈ—অমুকী, মুমিং যুংবগী অমস্তুং য়াচঙলমদাইগী। তাইনফম মতম অহম অসিদা তৌবম খোকপা থব'গী খোঙ্গজু সন্ধ্যা থুকপা নম্রগা সন্ধ্যা তৌবা হায়নে।

অর্থ। লাইগী ফিরোন থোনবদা, অশাউবা মী থেমজিনবদা, থরায় মুংঙাইতবনা ( থরায় শোক্না ) কপ্পদা, অশিবা মী উবদা, ফত্তবা মীগী মফমদগী অকি অথং নংবদা, অতোন অতা অমদি মীনাই মীশল শিংনা নিবা হুম্বদা, অমসুং হোম যজ্ঞগী থবক থনাদা থুকউ থুদক কুম্লগা ( থুকউ লৈত্তারগা ) মায় হম্বনা ফমগনি। মুনিশিংগী ব্রত-নিয়মগী থবক থৌওঙশিংদম্ব হায়রিবা ফম্ফম অসিমক অহুম শীজিন্নগনি।

অথাসনবিধিঃ কার্যো বিবিধো নাটকাশ্রয়ঃ॥
স্ত্রীণাঞ্চ পুরুষাণাঞ্চ বাহ্যশ্চাভ্যন্তরস্তথা।
আভ্যন্তরস্তু নৃপতের্বাহ্যো বাহ্যগতস্য চ॥
দেবানাং নৃপতীনাঞ্চ দদ্যাৎসিংহাসনং দ্বিজাঃ।
পুরোধসামমাত্যানাং ভবেদ্বেত্রাসনং তথা॥
মুণ্ডাসনঞ্চ দাতব্যং সেনানীযুবরাজয়োঃ।
মুণ্ডাসনং দ্বিজাতীনাং কুমারাণাং কুথাসনম্॥
এবং রাজসভাং প্রাপ্য কার্যস্ত্বাসনজো বিধিঃ।
স্ত্রীণাঞ্চাপ্যাসনবিধিং সংপ্রবক্ষ্যাম্যহং পুনঃ॥
সিংহাসনন্তু রাজ্ঞীনাং দেবীনাং মুণ্ডমাসনম্।
পুরোধোঽমাত্যপত্নীনাং দদ্যাদ্ বেত্রাসনং তথা॥
ভোগিনীনাং তথা চৈব বস্ত্রং চর্ম কুথাপি বা।
ব্রাহ্মনীনাং যতীনাঞ্চ পট্টাসনমথাপি চ॥
বৈশ্যানাঞ্চ প্রদাতব্যমাসনঞ্চ মসূরকম্॥
শেষাণাং প্রমদানান্তু ভবেদ্ভূম্যাসনং দ্বিজাঃ॥
এবমাভ্যন্তরো জ্ঞেয়ো বাহ্যশ্চাসনজো বিধিঃ।
তথা স্বগৃহবার্তাসু ছন্দেনাসনমিষ্যতে॥
নিয়মস্থো মুনীনাং চ ভবেদাসনজো বিধিঃ।
লিঙ্গিনামাসনবিধিঃ কার্যো ব্রতসমাশ্রয়ঃ॥
দণ্ডমুণ্ডবৃষীপ্রায়ং বেত্রাসন মথাপি বা।
হোমে যজ্ঞক্রিয়ায়াঞ্চ পিত্র্যর্থে চ প্রযোজয়েৎ॥

## আসনবিধি

অর্থ। নাটকতদি (লীলা) মথল কয়াগী ফিদা শীজিন্নগনি। নুপীগী অমস্নুং নিপাগী থায়না আসন মথল অনি গুই। মতুদস্তু বাহ্য অমস্তু আভ্যন্তর[1] (মমুং-মপান) নাইনা অনি অমুক গুরি। বাহ্য অমস্নুং আভ্যন্তর অনিগী বাফম অসি নিংথৌতগা মরী লৈনবা ওইনা তৌই।

হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! লাইগা নিংথোগদি কম্মনবগীদমক সিংহাসন[2] থাগদবনি। পুরোহিত অমদি পাত্র-মন্ত্রীশিংগীদি লীগী আসন ওইগনি। সেনাপতি অমস্নুং যুবরাজগীদি মুণ্ডাসন (নাংশা ওবা শা অতৈ য়াওবা) পীগনি। ব্রাহ্মণশিংনা উগী অহুগা মজাইবুংডোশিং অতৈগীনা কুশাসন থাগনি। নিংথৌগী সভাদা তৌগদবা ফম্ফম-লোনদি মসিনি।

## নুপীগী ফাদা

নুপীশিংগী আসন (ফিদা) গী মরমস্তু হায়গে—
নিংথৌগী মহারাণীগীদি সিংহাসন থাগনি। অতোপ অতোপ্পা মনাউ ইবেম্মশিং অমদি নিংথৌগী মচে মচলনচিংবশিংগীদি মুণ্ডাসন থাগনি। নিংথৌনা মিংয়েং তাবী অতৈ অতোপ্পা নুপীশিংগীনা ফি, শউন অমদি

---

[মেংগদবাঃ—ব্রাহ্মণগী উগী আসন হায়বসি এম ঘোষ অমস্নুং রবীন্দ্রভারতী পত্রিকা বৈশাখ আষাঢ়-১৩৮৫ দা চপমান্নবা হায়বা লাইরিক অমনদি শ্লোকতা 'মুণ্ডাসন' হায়না লৈরবা অসিবু চিংনজুনা রসিগী মহুত্তা 'মুঞ্জাসন' ওইরবা য়াবগী ইঙ্গিত পীরম্মী। ব্রহ্মচারীগী মৌঞ্জ মেখলা শীজিন্নবগী বা সংস্কার কর্মদা য়াওই। মৈতৈলোন্দা অহুনবা 'লাংগোম থে'রী' হায়না লৌনর'মী। ঐখোয়গী কৌনা ফকস্তু ওইনা লৌবা কায়দে—নাপী মশেন্নি।]

১। মসি নিংথৌগী রাজদরবার ওয়গী ফম্ফমলোন ওইনা নীংই।

২। সিংহাসন মথল চনি। নোংশা য়াওবা আসনবু 'সিংহাসন হায়রবনি। অদুবু নোংশা য়াওবা 'পদ্মাসন' গুরবুম্ন অহুম্মক সিংহাসন হায়না খঙ নৈ মতুদি, 'পদ্মা সিংহাসন' অসিনচিংবা। মণিপুর শ্রী গোবিন্দগী আসন অসি 'পদ্মাসন' অসিম্নরি। শব্দ কল্পদ্রুম

গালিচাগুম্বা থাগনি। ব্রাহ্মণমুবী অমসুং সন্ন্যাস লৌবী নুপীশিংগীনা পট্টাসন ( উগী নত্রগ: মুগা নত্রগা শামতু ) পীগনি। বৈশ্যগী নুপী-শিংগীদি ( লল্লোন ইতিক চাউনা ভৌবা, অচৌ অশাংবা ওইবা ?) গাদি থাগনি। অতৈ অতোপ্পী নুপীশিংদি লৈপাক্তা ফমগনি।

আভ্যন্তর অমসুং বাহ্য আসনগী নিয়মদি মসিনি। ইশাগী যুমদা লৈবা মতমদদি ফম্লীংবদা ফম্বা য়াই।

মুনিশিংগী আসনবিধিদি মথোয়গী লাইনীং লাইশোন মতুং ইনগনি। তোঙান তোঙানবা লিক্সীশিংগীনা ( মশাদা মাগী মাগী চৎনবী থুদম লোয়নবা লাইনীংবশিং ) মানা মানা তৌরিবা ব্রত-নিয়ম অতুগী মতুংইন্না তৌগনি।

মৈদা ঘি হোম তৌবদা, যজ্ঞগী থবক অতৈ তৌবদা, ইপা ইপুগী পেম্নবা ঈশিংনা তর্পণ তৌবদা, কুশ কৌনা নত্রগা লাংগোম নত্রগা লীনা শাবা ফিদাদা ( ফক্তা ) ফমগা পাঙথোক্কনি।

## আসনগী চাউরাকপা নিয়ম

২১৭। স্থানীয়া যে চ পুরুষাঃ কুলবিদ্যাসমন্বিতাঃ।
তেষামাসনসৎকারঃ কর্তব্য ইহ পার্থিবৈঃ॥

অর্থ। নিংথৌনা মী মীগী মাগী মাগী শাগৈ, মহৈ মশিমচিংবা মতিক মগুণ য়েংনা নিপা অতৈবু মতিক মতিক চাবা ফিদা পীবিগনি।

২১৮। সমে সমাসনং দদ্যান্মধ্যে মধ্যমমাসনম্।
অতিরিক্তেঽতিরিক্তঞ্চ হীনে ভূম্যাসনং ভবেৎ॥

অর্থ। নিংথৌনা লেংমান্নবা নিংথৌদা মাগা মান্নবা আসন পীগনি ( অচম্বা মীগীসু অসিমত্রায় )।ময়ায় ওইবা থাকী মীওইবু ময়ায় ওইবা থাকী ফিদা পীদুনা ইকাই খুম্নগনি। মথক্তা হেনগৎ থোইগৎ-

থিবা মী হায়বদি নিংথৌগী গুরু নত্রগা মপানচিংবদ্রা [১]মপোক্লগী হেনগৎপা অহুগুম্বা আসন পীদ্বনা ইকাইখুম্নগনি। অতোনবা মীশিং-শীদি লৈমায়দা কম্নবা শীনগনি।

২১৯। উপাধ্যায়স্তু নৃপতের্গুরূণামগ্রতো বুধৈঃ
ভূম্যাসনন্তথা কার্যমথবা কাষ্ঠমাসনম্॥

অর্থ। তম্বীবা ওজা, নিংথৌ অমদি ইথক থোংবশিংগী মমাংদদি থৌগল্লোন খঙবশিংনা লৈমায়দা নত্রগা উগী ফানগুম্বদা ফমগদবনি।

২২০। নৌনাগরথযানেষু তথা কাষ্ঠাসনেষু চ।
সহাসনং ন দুষ্যেত গুরূপাধ্যায়পার্থিবৈঃ।

অর্থ। হিগী থোঙচৎতা, রথ তোংবদা, শামু তোংবদা অমদি অচৌবা অশাংবা উগী ফিদানচিংবদদি গুরু, ওজা, নিংথৌ লোয়নবা তোংমিন্নবগী দোষ লৈতে।

শয়নভঙ্গী

( তুম্বা হিপ্পগী ফিরেপশিং )

২২১। আকুঞ্চিতং সমং চৈব প্রসারিতবিবর্তনে।
উদ্বাহিতং সমশ্চৈব শয়নে কর্ম কীর্ত্যতে॥

অর্থ। হ্রাহীপ-হ্রাতা মওঙ কয়ামরুম লৈ মহুদি—আকুঞ্চিত, সম প্রসারিত, বিবর্তিত, উদ্বাহিত অমস্যুং নত।

২২২। স্বৈরমাকুঞ্চিতৈরঙ্গৈঃ শয্যাবিদ্ধে তু জানুনী।
স্থানমাকুঞ্চিতং নাম শীতার্তানাং প্রযোজয়েৎ॥

---

১। নিংথৌমচাগী হেনবা আসন হায়বশিগী তাবতি হেনগৎ থোইনংপা ফিবা পীবদা ওইথোক্লবা ওইরবদি গুরুবু মতিকচাবা আসনদা ফমহন্নগা মহাক্না হন্নবা আসন অমদা কবা নত্রগা ফমদনা লৈরবস্ হেন্না ইকাইখুম্নবা অহুম্নক ওই।

আকুঞ্চিত—

অর্থ। হকচাংগা লোয়নবা খুকউ অনিমক পত্থমনা খিনবদগী চৈনাখোন মংলবগুম কোনশিন্দুনা কম্মুংদা তাশিন্না হীপ্না য়াহীপপু 'আকুঞ্চিতস্থান' হায়না কৌই।

অঙ্গবা খাঙবদা (নিংথম্বা কোক্নবা হোংনবদা) য়াহীপ অসি শীজিন্নগনি।

সমস্থান

২২৩। উত্তানিতমুখং চৈব স্রস্তমুক্তকরং তথা।
সমং নাম তু সুপ্তস্য স্থানকং সংবিধীয়তে॥

অর্থ। লোংনা হীপকনি। খুৎ অনিমক লোংনা তিংথোক্লুনা তিংথোকনি। অসিগুম্বা যাহীপ অসিবু 'সমস্থান' হায়না কৌই।

প্রসারিতস্থান

২২৪। একং ভুজমুপাধায় সংপ্রসারিতজানুকম্।
স্থানং প্রসারিতং নাম খলু সুপ্তস্য কারয়েৎ॥

খুৎ নামনা মোনখাঙনগনি। খুকউ তিংনা লৈগনি। মসিবুনা 'প্রসারিত স্থান' হায়না কৌই। মসি তুম্বদা তোগনি।

বিবর্তিতস্থান

২২৫। অধোমুখস্থিতশ্চৈব বিবর্তিতমিতি স্মৃতম্।
শাস্ত্রক্ষতমৃতোৎক্ষিপ্তমত্তোন্মত্তেষু কারয়েৎ॥

চুপ্না হীপ্নবু 'বিবর্তিত' স্থান কৌই।

খুৎলাইনা শোকপা, শিবা, ওবা, মঙু ঙাওবা অমদি অঙাওবগী মতৌ উৎপদা মসি শীজিন্নগনি।

উদ্বাহিতস্থান

২২৬। অংসোপরি শিরঃ কৃত্বা কুপ'রক্ষোভবেব চ।
উদ্বাহিতন্তু বিজ্ঞেয়ং লীলায়াং বচনে প্রভোঃ ॥

লেংজুমদা কোক লেকথগনি। খুকউ লেডগনি। মসিবুনা 'উদ্বাহিতস্থান' হায়না কৌই।

লী'লা তৌবদা ( মুংশি মুংওনগী ) অমদি মপুনা য়াথং তৌবদা মসি শীজিন্নগনি।

নতস্থান

২২৭। ঈষৎপ্রসারিতে জংঘে যত্র শ্রস্তৌ করাবুভৌ।
আলস্যশ্রমখেদেষু নতং স্থানং বিধীয়তে ॥

খুবোম অনি হাইকেৎ শাংদোক্লা, খুৎ অনিস্থু পাংগল য়াওদনা অহুম থাদহুদা থম্বা য়াহৌপ অদুবু 'নতস্থান' হায়না কৌই।

অশনবা, থবক নোম্বগী বাবা, পুক্সীংরাবা অসিনচিংবদা শীজিন্নগনি।

২২৮।
গতিপ্রচারস্তু ময়োদিতোঽয়ং নোক্তশ্চ যঃ সোঽর্থবশেন সাধ্যঃ
অতঃপরং রঙ্গপরিক্রমস্তুবক্ষ্যামি কক্ষাং প্রবিভাগযুক্তাম্ ॥

অসুম্না শাজং পরেংগী মরম ঐনা হায়জরবসিনি। ঐনা হায়খিবদা য়াওদবশিং অহুনা অর্থ অর্থগা চান্নবা য়েংহুনা তৌগনি। মথংদা ঐনা রঙ্গ মঞ্চগী চঙথোক চঙ্‌সিনগা মন্নী নৈনবা তোপ্পা তোপ্পা থায়দোকপা কক্ষ শিংগী ( কাথল ) মরমদা অমুক হায়জগে।

ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা শাজং পরেং কৌব ১৩ শুবা তাংকক অচু লোইরে।

# তরাম্নরিশুবা তাংকক

## প্রবৃত্তিধর্মীব্যঞ্জক

### কাখল য়াংপা অমস্তং শীজিন্নবা মওঙ্

১। যে তু পূর্বং ময়া প্রোক্তাস্ত্রয়ো বৈ নাট্য-মণ্ডপাঃ
তেষাং বিভাগং বিজ্ঞায় ততঃ কক্ষাং প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। মথক্তা ঐনা হান্না হায়জরবা নাট্যমণ্ডপ মথল অহুম অহুগী তোপ্পা তোপ্পা মশক খঙনা মথোয় অহুগী কায়াৎ-কাখল (নত্রগা কাতুপ) থান্নদোক্কদবনি।

### পূং-শেলনচিংবা যন্ত্রশিং থম্মগী মওঙ্

২। যে নেপথ্যগৃহদ্বারে ময়া পূর্বং প্রকীর্তিতে।
তয়োর্ভাগুস্তু বিন্যাসো মধ্যে কার্যঃ প্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। হান্নমা হায়প্রবা নেপঠ্য-গৃহগী থোঙ্ অনি কাংপা অহুগী মরক্তা (ময়ায়দা) জগোই শেম্বশিংনা য়ৈন থোংনবা যন্ত্রশিং থমগনি।

### কাখল-কাতুপ য়াৎপা

৩। কক্ষাবিভাগো নির্দেশ্যো রঙ্গপীঠপরিক্রমাৎ।
পরিক্রমেণ রঙ্গস্য কক্ষা হ্যন্যা বিধীয়তে॥

অর্থ। রঙ্গমঞ্চদা পরিক্রমা তৌবা ( কোয়চং চত্তু্না ) মওঙ্না লৈকম থোকপা কাতুপ নত্রগা কায়াংকী মকম য়াংথোক্কদবনি। রঙ্গমঞ্চদা পরিক্রমানা অতোপ্পা কাখল অমগী মতৌ থঙনগদবনি।

## কাখল য়াংশগী কান্নবা

৪-৭। কক্ষাবিভাগে জ্ঞেয়ানি গৃহাণি নগরাণি চ।
উদ্যানারামসরিত আশ্রমা অটবী তথা॥
পৃথিবী সাগরাশ্চৈব ত্রৈলোক্যং সচরাচরম্॥
বর্ষাণি সপ্তদ্বীপাশ্চ পর্বতা বিবিধাস্তথা॥
অলোকশ্চৈব লোকশ্চ রসাতল মথাপি চ।
দৈত্যনাগালয়শ্চৈব গৃহাণি চ বনানি চ॥
নগরে বা বনে বাপি বর্ষে বা পর্বতেঽপিবা।
যত্র বার্তা প্রবর্তেত তত্র কক্ষাং প্রবর্তয়েৎ॥

অর্থ। অস্যুম্না কা য়াখোকপা অসিনা খঙ্নগদবদি- য়ুম, সহর, লৈকোন, কুঞ্জনচিংবা পোথাকম ( হকচীক লাংকম ), তুরেন, আশ্রম, বন, পৃথিবী, সমুদ্র, মরোল অহুম, জম্বুদ্বীপকী শরুক তরেৎ খোকপগী শরুক, ( বর্ষ ), অমস্যুং মহাদেশশিং, চীংজাউশিং অহাঙ্বা আতিয়া, পাতাল, দৈত্যশিংগী লৈফম, নাগ লোক ( লিনশিংগী লৈফম ), সজাই, ফুরাদলান ? ), বন। সহরদা, বনদা, দেশ-মহাদেশনচিংবদা নত্রগা চীং মাননচিংবদা লৈহুনা অভিনয় তৌগদবা মফমশিং অহু ভাবনা বাতুপ য়াংকদবনি।

## মস্যুং অমসূং মপান

৮। বাহ্যংবা মধ্যমং বাপি তথৈবাভ্যন্তরং পুনঃ।
দূরংবা সন্নিকৃষ্টং বা দেশং তু পরিকল্পয়েৎ॥

অর্থ। মপানগী শরুক, মফুং থংবা শরুক, অরাপ্পা অনকপা মফম পূয়মকসু য়াখোকদবনি।

৯। পূর্বং প্রবিষ্টা যে রঙ্গে জ্ঞেয়াস্তেঽভ্যন্তরা বুধৈঃ।
পশ্চাৎ প্রবিষ্টা বিজ্ঞেয়াঃ কক্ষাভাগে তু বাহ্যতঃ॥

অর্থ। হায়না রঙ্গ মঞ্চদা চঙ্‌্প্রবশিং অহুনা লৈবা মফম অদুবুদি অখঙ্‌ অহৈশিংনা মদুবু মঙ্গং হায়না খঙ্‌নৈ। অহুগা মথংদা কাখলগী (কায়াং) শরক্তা চঙলকপশিং অহুনা 'মপান' হায়না খঙনৈ।

১০। তেষাং তু দর্শনেচ্ছুর্যঃ প্রবিশেদ্রঙ্গমণ্ডলম্।
দক্ষিণাভিমুখং সোঽথ কুর্যাদাত্মনিবেদম্॥

অর্থ। মখোয় অহুগা উন্ননীংবশিংনা রঙ্গ মঞ্চদা চঙলক্লগা য়েং ওইননা লৈখোক্তুনা মানা হায়নীংবা হায়রগনি।

## রঙ্গমঞ্চদা নোংপোক মায়গৈ

১১। যতো মুখং ভবেদ্ ভাণ্ডং দ্বারং নেপথ্যকস্য চ।
সা মন্তব্যা তু দিক্‌পূর্বা নাট্যযোগেন নিত্যশঃ॥

অর্থ। পুং-শেলনচিংবা যন্ত্রশিং অমসুং নেপথ্যগৃহগী (ফিশেংকম) থোঙ অহুনা ওনবা মায়কৈ অহুনা নাট্যদা নোংপোক মায়কৈ ওইনা মতম অপুম্বদা লৌগনি।

## থোকখিবগী নিয়ম

১২। নিষ্ক্রামেচ্চাপি যস্তত্র নরঃ কার্যেণ কেনচিৎ।
স নিষ্ক্রমেত্তু, তেনৈব কৃতং যেন নিবেশনম্॥

অর্থ। করিগুম্বা মথৌ অমগীদমক মপান থোকখিগদবা লৈরবদি মানা অহানবা চঙলকখিবা অদোমদা অহুম্মক থোকখিগদবনি।

১৩। নিষ্ক্রান্তোঽর্থবশাচ্চাপি প্রবিশেচ্চাদি তদ্‌গৃহম্।
যতঃ প্রাপ্তঃ স পুরুষস্তেন মার্গেণ নিষ্ক্রামেৎ॥

অর্থ। থোকপ্রশ্ন মীনা কা অহুদা অমুক চঙলগা তারবদি মানা থোকখিবদগী চঙলকখিবা লম্বী অদোমদা থোকনি।

১৪ ১৫। অথবার্থবশাচ্চাপি তেনৈব সহ গচ্ছতি।
তথৈব প্রবিশেদ্ গেহমেকাকী সহিতোঽপি বা॥
তয়োশ্চাপি প্রবিশতোঃ কক্ষামন্যাং বিনির্দিশেৎ।
পরিক্রমেণ রঙ্গস্য ত্বন্যা কক্ষা বিধীয়তে॥

অর্থ কান্নবা মতুংইন্না মাগা লোয়ননা মী অমা চঙলকপা নক্রগা মথক্তা তোপ্পা চঙ্লক্লবস্থ চঙলক্লিবা মখোয অনি অতুগী মফম কায়াং অমদি ম্লাংথোক্কদবনি। রঙ্গমণ্ডপ চংথোক চংশিন তোবনা অতোপ্পা কাথল অমগী মতৌ অতুম্মক থঙহনবা য়াই।

তোঙান তোঙানবা থাকী মীওইনা রঙ্গমঞ্চদা চংপগী মতৌ

১৬। সর্বৈশ্চ সহিতো গচ্ছেন্নীচৈশ্চ পরিবারিতঃ।
অথ প্রেক্ষণিকাশ্চাপি বিজ্ঞেয়া হ্যগ্রতোগতো॥

অর্থ। থাক মান্নবা মীওই অনিদি চপ মান্ননা খাত্রাঙ্ চংমিন্নগদবনি, অতোনবা মথা থাবশিংনা কোয়শিন্দুনা মরু ওইবা মীনা চঙগনি, অদুগা কুম্মে ক্যিয়োং য়েংবা লাকপী নীংথিবী নুপীনা মতুগী মাঙ্ থানা চংকনি।

অরাপ্পা অনকপা থায়বা

১৭। সৈব ভূমিস্তু বহুভির্বিকৃষ্টা স্যাৎ পরিক্রমৈঃ।
মধ্যা বা সন্নিকৃষ্টা বা তেষামেবং বিকল্পয়েৎ॥

অর্থ। খোঙথাং মশীং য়াম্না থাংহনা চংলগা অরাপ্পা লমদম থঙনগনি। ময়াম ওইনা থাপ্পা নক্রগা অনকপা লমস্থ অদুম্না খোঙথাং মশীংগী অয়াম-য়ামদ মতোনা থঙ্নগনি।

## লাইওইবা মীগী চৎথোক চৎশিন

১৮-২১ (ক)।

নগরে বা বনে বাপি সাগরে পর্বতেঽপি বা।
দিব্যানাং গমনং কার্যং দ্বীপে বর্ষেঽপি বা পুনঃ॥
আকাশেন বিমানেন মায়য়াপ্যথ বা পুনঃ।
বিবিধাভিঃ ক্রিয়াভির্বা নানার্থাভিঃ প্রয়োগতঃ॥
নাটকে. চ্ছন্নবেষাণাং দিব্যানাং ভূমিসঞ্চরঃ।
মানুষৈঃ কারণাদেষাং যথা ভবতি দর্শনম্॥
দিব্যানাং ছন্দগমনং সর্ববর্ষেষু কারয়েৎ।

অর্থ। নাট্যদা উৎকম থোকপনা মরম ওইদুনা সহরদা, বনদা, সমুদ্রদা, চীংদা, দ্বীপতা নত্রগা [১]বর্ষদা লাইনিপাশিংনা আতিয়া মথক্তা দোলাই অপাইবী তোংদুনা চৎপা, মায়া তৌদুনা অমদি মথল কয়াগী থৌশীল থৌওঙ কয়া তৌদুনা উৎকনি। নাট্যদা মশক লোৎপা লাই-নিপাশিংনা পৃথিবীদা মীনা মথোয়বু উননবা চৎথোক চৎশিন তৌগনি। বর্ষ পুম্নমক্তা লাইশিংনা মনীং তৌনা চৎকনি।

## ভারতবর্ষদা মীগী চথোক চৎশিন

২১ (খ)। ভারতে মানুষাণাঞ্চ গমনং সংবিধীয়তে॥

অর্থ। ভারতবর্ষদা মীনা হুঙৎহন্দা চৎপগী মরম হায়রি।

## অরাপ্পদা চৎপা

২২। গচ্ছেদ্যদি বিকৃষ্টং তু দেশং কার্যবশান্নরঃ।
অঙ্কচ্ছেদেন চান্যস্মিন্ নির্দিশেদ্ধি প্রবেশকে॥

---

১। জম্বুদ্বীপপু ৯ থোক্রা থায়দোকপগী শরুক অমবু বর্ষ কৌই। মখুদি কুরু, হিরণ্ময়, রম্যক, ইলাবৃত, হরি, কেতুমাল ভারত, ভদ্রাশ্ব, অমসুং কিম্পুরুষ। জম্বুদ্বীপ—পৃথিবীবু ৭ থোক্রা থায়দোকপগী অমগী মমিং—ভারতবর্ষ।

অর্থ। মীনা মথৌ অমগীদমক্তা অয়াপ্পা লংকৈদা চৎপা থোক্লবদি মহুগী মণ্ডু অহু উৎপা তৌদনা হায়বদি চৎপা হেক হৌথিবগা ককথত্তুনা মথং অমুক চঙলকপদা রাক্টনা মদুবু ফোংদোকনি।

অংক অমগী চঙ্ফম থোকপা মতম লেপ্পা

২৩। অর্ধপ্রমাণং গত্বা তু কার্যলাভং বিনির্দিশেৎ।
তথাঽলাভে তু কার্যেঽস্য অঙ্কচ্ছেদো বিধীয়তে॥

অর্থ। লমশাং কয়া চৎলগা মাগী থবক পাঙথোকপগী মতৌ উৎকনি। থবক পাঙবা ঙমদবা থোক্লবদি মতাং অহুদা অংক অহু অহুম্মক লোইশিনগনি।

২৪। ক্ষণো মুহূর্তো যামো বা দিবসো বাপি নাটকে।
একাঙ্কে সংবিধাতব্যো বীজস্যার্থবশানুগঃ॥

অর্থ। নাটকত্তা উৎনীংলিবা মরুওইবা ভাবকা মন্নৌ লৈনবা মতাং মতাংশিং অহু ক্ষণ[1] অমা, মুহূর্ত্ত[2] অমা, যাম[3] অমা নত্রগা নোংমা মুমিং অমগীস্তু ওইবা য়াই।

২৫। অঙ্কচ্ছেদে পুনর্বৃত্তং মাসং বা বর্ষমেব বা।
নোর্ধ্বং বর্ষাত্তু কর্তব্যং কার্যমঙ্কসমাশ্রয়ম্॥

অর্থ। থা অমা নত্রগা চহি অমা চঙগদবা থৌওঙনা তাংকক লোইশিনগনি। তাংকক অমদা থক চহি অমদগী হেনবা মতমগী ওইহল্লোইদবনি।

---

১। কলা ৩০ না শাবা মতমগী মচাং
২। ক্ষণ ১২না শাবা মতমগী মচাং
৩। নোংমগী মতম্ ৮ থোক্সা থামদোকপগী শরুক অমা

২৬ (ক)। এবং তু ভারতে বর্ষে কক্ষা কার্যা প্রয়োগতঃ।

অর্থ। ভারতবর্ষদা তৌবা নাট্যাভিনয়দি অসুম্না কায়াং নিয়ম শেমগদবনি।

২৬ (খ)। মানুষাণাং গতির্যা তু দিব্যানাং তাং নিবোধত॥

অর্থ। মী অমদি লাইগী শাজংকী মরমদা অমুক তাবিয়ু।

২৭-৩২ (ক)।

হিমবৎপৃষ্ঠসংস্থে তু কৈলাসে পর্বতোত্তমে।
যক্ষাশ্চ গুহ্যকাশ্চৈব ধনদানুচরাশ্চ যে॥
রক্ষঃ পিশাচভূতাশ্চ সর্বে হৈমবতাঃ স্মৃতাঃ:
হেমকূটে চ গন্ধর্বা বিজ্ঞেয়াঃ সাপ্সরোগণাঃ॥
সর্বেনাগাশ্চ নিষধে শেষবাসুকিতক্ষকাঃ।
মহামেরৌ ত্রয়স্ত্রিংশদ্ জ্ঞেয়া দেবগণা স্তথা॥
নীলে তু বৈডূর্যময়ে সিদ্ধা ব্রহ্মর্ষয়স্তথা।
দৈত্যানাং দানবানাঞ্চ শ্বেতপর্বত ইষ্যতে॥
পিতরশ্চাপি বিজ্ঞেয়া শৃঙ্গবন্তং সমাশ্রিতাঃ।
ইত্যেতে পর্বতাঃ শ্রেষ্ঠা দিব্যাবাসাঃ প্রকীর্তিতাঃ॥
তেষাং কক্ষাবিভাগশ্চ জম্বুদ্বীপে ভবেদয়ম্।

অর্থ। যক্ষ, গুহ্যক, কুবেরগী মনাইশিং, হিংচাবা, পিশাচ অমসুং ভূতশিং—পুম্নমক অসিবু হিমালয়দা লৈবা ওাক্তনি খঙ্গনি। অপ্সরাগা লোয়ননা গন্ধর্বশিংনা 'হেমকূট'তা লৈ খঙ্গনি। শেষ, বাসুকি অমসুং তক্ষকশিংনা 'নিষধ' হায়না কৌবা চীংজাওদা লৈ। পাক চাউরবা মেরু চীংশাংদনা লাইগী মনাই শয়োম কুন্থ্রাহুমদোইনা লৈ খঙ্গনি। বৈদুর্যমণিগী মশক মানবা নীংথিরবা নীলপর্বত-তনা সিদ্ধ অমসুং দেবর্ষিশিংনা লৈ। দৈত্য অমসুং দানবশিংগী লৈফমনা 'শ্বেত-পর্বত' হায়না খঙৈ। পিতৃশিংনা যণ-মচী মানবা শৃঙ্গীপর্বততা লৈ।

অহিঙ্গুম্বা মওঙ চেল্লবা টাংজাউনিং অসিনা লাইগী লৈবকনি খণ্ডনি।
মখোয়গী কাখল পুন্নমক অসি জম্বুদ্বীপতা ওক্তা য়াংকদবা ওই।

## লাইশিংগী মরমদা তাকপা

৩২ (খ)-৩৫।

তেষাং তু চেষ্টিতং কার্যং স্বৈঃ স্বৈঃ কর্মপরাক্রমৈঃ॥
পরিচ্ছেদবিশেষস্তু তেষাং মানুষলোকবৎ।
তেষ স্তুনিমিষত্বং যত্তন্ন কার্যং প্রযোক্তৃভিঃ॥
ইহ ভাবা রসাশ্চৈব দৃষ্টাবেব প্রতিষ্ঠিতাঃ॥
দৃষ্ট্যা হি সূচিতো ভাবঃ পুনরঙ্গৈর্বিভাব্যতে।
এবং কক্ষ্যাবিভাগস্তু ময়া প্রোক্তা দ্বিজোত্তমাঃ॥

অর্থ। মখোয়গী শাজেং-শাওঙ অমদি মখো মশিন পুন্নমক মাগী মাগী থবক অমদি মাগী মাগী মপাঙ্গল মখোনা মতুংইন্না পাংথোক্লগনি। থোইদোকপা মখোয়গী কিজেং লৈতেংনচিংবদি মর্ত্যবাসীগা (মীওইবা) অচুম্মক মান্নগনি। লাইনা মমিং কুপ্তবত্থ জগোই শাবশিংনদি থক মতৌ তমলুবোই। লীলা-নাটকনচিংবদদি ভাব অমসুং রসকী মিৎয়েংতনা মরু ওইবা মচাক ওইনরিবনি।

মিৎয়েংনা ভাব পুরকই, হকচাংনা মহু ফোংদোকই।

হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক! কায়াৎ খায়দোকপগী মরম ঐনা হায়জরবসিনি।

## প্রবৃত্তি মথল মরি

### (নাট্যগী থোইদোকপা চৎনবী)

৩৬। পুনশ্চৈব প্রবক্ষ্যামি প্রবৃত্তীনাং তু লক্ষণম্।
চতুর্বিধা প্রবৃত্তিশ্চ প্রোক্তা নাট্যপ্রয়োগতঃ।
আবন্তী দাক্ষিণাত্যা চ পাঞ্চালী চৌড্রমাগধী॥

অর্থ। প্রবৃত্তিশিংগী মতৌ হায়রগে। নাট্যাভিনয়দা প্রবৃত্তি (শীজিন্নবা মওঙ.) মথল মরিনি মতুদি— আবন্তী, দাক্ষিণাত্যা, পাঞ্চালী অমস্তুং ঔড্র-মাগধী।

অত্রাহ। প্রবৃত্তিরিতি কস্মাদিতি।

উচ্যতে—পৃথিব্যাং নানাদেশবেষভাষাচারা বার্তাঃ প্রখ্যাপয়ন্তীতি প্রবৃত্তিঃ। বৃত্তিশ্চ নিবেদনে। অত্রাহ—যথা পৃথিব্যাং বহবো দেশাঃ সন্তি, কথমাসাঞ্চতুর্বিধত্বমুপপন্নং, সমানলক্ষণশ্চাসাং প্রয়োগঃ। উচ্যতে—সত্যমেতৎ সমান-লক্ষণঃ প্রয়োগঃ কিন্তু নানাদেশবেষভাষাচারো লোক ইতি কৃত্বা লোকানুমতেন বৃত্তি সংশ্রিতস্য নাট্যস্য ময়া চতুর্বিধত্ব-মভিহিতম্। ভারতী সাত্বতী কৈশিক্যারভটী-বৃত্তি সংশ্রি-তেষু প্রয়োগেষু অভিরতা দেশাঃ, যতঃ প্রবৃত্তিচতুষ্টয়মভি-নিবৃত্তং, প্রয়োগশ্চোৎপাদিতঃ।

অর্থ। মসিগী মরমদা হায়রি। প্রবৃত্তি হায়বা বাহৈ অসি কন্নিগীদমক্তা শীজিন্নরিবনো? মসিগী পাউথুমদি—পৃথিবী অসিদা দেশকয়া, ফিজেং চাকচা, লোল-লি অমদি চৎনরোল কয়া কয়া থোক্লা লৈবদগী 'প্রবৃত্তি' ( চৎনবী ) হায়বা ৱাহৈ অসি থোক্লকপনি। বৃত্তি হায়বদি নিবেদনবু খঙহনবনি।

অস্তুম্না হায়নবা লৈ মহুদি—পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাক্কী মশীংদি য়াম্মী, অদুগা মথোয়বু মথল মরিদং থোক্লা করম্না খায়দোকফম থোকলিবনো? পাউথুম—চুম্মী, মথোয়গী মতৌ মওঙ-অমতনি তৌইশুমস্তুং তোঙান তোঙানবা লৈবাক ময়াম, মথোয়গী ফিজেং চাকচা মরোল মরি অমদি চৎনরোলনচিংবা লৈনরিবা মথল কয়াবু মফম মফমদা মীয়ামগী চৎনবী মতুংইন্না বৃত্তিনা যুক্ষম ওইনবা অদুগুম্বা নাট্যবু ঐনা মথল মরিগী ওইনা হায়বনি। মথল মরি

অহুম্নি—ভারতী, সাত্ত্বতী, কৈশিকী অমস্থুং আরভটী অসিনি। শীজিন্নকপা মতাংদা লৈবাক লৈবাক্কী চংনবী মতৌ পূম্নমক মরি অসিগী মন্থুং চল্লি।

তত্র দাক্ষিণাত্যাস্তাবৎ বহুনৃত্তগীতবাদ্য কৈশিকী প্রায়াঃ চতুর মধুরললিতাঙ্গাভিনয়াশ্চ। তদ্যথা—

অর্থ মতুগী মতুংদা দাক্ষিণাত্যা ( খা ভারত ) দা জগোই, ঈশৈ অমস্থুং তাজগী ময়মদা য়াম্না শীজিন্নবা হেল্লি। মতুদা [1]কৈশিকী বৃত্তিনা মপুং ওই অমস্থুং জগোইশাবদা হৈশিংই, খোয়থুম্মী অমস্থুং অথোংপা অমৌবা আঙ্গিকাভিনয়না ভিল্লি। মখোয় অতুগী মশক্তি—

৩৭। মহেন্দ্রো মলয়ঃ সহ্যো মেকলঃ কালপঞ্জরঃ।
এতেষু যে শ্রিতা দেশাঃ স জ্ঞেয়ো দক্ষিণাপথঃ॥

অর্থ। মহেন্দ্র, মলয়, সহ্য মেকল, কালপঞ্জর—হায়রিবা চীংজাউশিং অসিগী মরক্তা ( হায়বদি মখোয়গী মনাক মনাক নক্না লৈবা ) লৈবা লৈবাকশিং অতুনা পূনশিল্লগা মদূবু 'দক্ষিণাপথ' হায়না খঙ্‌নৈ।

৩৮-৩৯। কোসলাস্তোসলাশ্চৈব কলিঙ্গা এব মোসলাঃ।
দ্রমিডান্ধ্রমহাবৈন্না যে চৈব বানবাসিকাঃ॥
দক্ষিণস্য সমুদ্রস্য তথা বিন্ধ্যস্য চান্তরে।
যে দেশাঃ সংশ্রিতাস্তেষু দাক্ষিণাত্যা তু নিত্যশঃ॥

অর্থ। [2]কোসল, [3]তোসল, [4]কলিঙ্গ, [5]মোসল, [6]দ্রমিড়, অন্ধ্র,

---

১। কৈশিকীবৃত্তি—অরেবা মজবা হকচাংগী শাজং শাখেল্লা তিনবা শৃঙ্গার রসকা য়াম্না নক্নবা জগোই মথক্তনি।

২। অযোধ্যা, ৩। অশোক্কী লৈবাক তোসলি, ৪। উরীষ্যাগী মমহেন্দ্রনা

[৭]মহাবৈম্না, [৮]বনবাসিক—অসিগুম্বা থাগী সমুদ্র অমসুং বিন্ধ্যপর্বতকী মরক্তা লৈবা লৈবাকশিংদা 'দাক্ষিণাত্য' হায়না কৌই অসি শীজিন্নগনি।

## আবন্তী

৪০-৪১। আবন্তিকা বৈদিশিকাঃ সৌরাষ্ট্রা মালবা স্তথা।
সৈন্ধবাস্ত্বথ সৌবীরা আনর্তাঃ সার্বুদেয়কাঃ॥
দাশার্ণাস্ত্রৈপুরা শ্চৈব তথা বৈ মার্তিকাবতাঃ।
কুর্বন্ত্যাবন্তিকীমেতে প্রবৃত্তিং নিত্যমেব তু॥

অর্থ। [১]আবন্তী, [২]বিদিশা, [৩]সুরাষ্ট্র, [৪]মালব, [৫]সিন্ধু, সৌবীর[৬] [৭]আনর্ত, [৮]অর্বুদ, [৯]দশার্ণ, [১০]ত্রিপুরা, [১১]মৃত্তিকাবৎ—লৈবাকশিং অসিগী মীশিংনা মতম পুম্নমক্তা 'আবন্তী-বৃত্তি' শীজিন্নগনি।

৪২। সাত্ত্বতীং কৈশিকীং চৈব বৃত্তিমেতে সমাশ্রিতাঃ।
ভবেৎ প্রয়োগো নান্যত্র স চ কার্যঃ প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। হায়খ্রিবা দাক্ষিণাত্য কোবা প্রবৃত্তিশিং অসি 'সাত্ত্বতী'[১২] অমসুং কৈশিকী[১৩] হায়বা বৃত্তি শীজিন্নবা ঙাক্কনি।

## ওড্রলাগধী

৪৩-৪৫। অঙ্গা বঙ্গা কলিঙ্গা বৎসাশ্চৈবৌড্রমাগধাঃ।
পৌণ্ড্রা নেপালকাশ্চৈব অন্তর্গিরিবহির্গিরাঃ॥
তথা প্রবঙ্গমাহেন্দ্রমলদামলবর্তকাঃ।

---

সমুদ্র মপানগী লৈবাক ৫। মসলিপট্টনম্, ৬। দ্রবিড়, ৭। কৃষ্ণবেন্না কোবা তুরেন মপানগী লম, ৮। গন্ধগোকুলা।

১। উজ্জয়িনী, ২। হজৌকী গোয়ালিয়রগী মখুংচনবা থায়নগী লৈবাক অমা ৩। সৌরাষ্ট্র, ৪। মালোয়ার, ৫। ভারতকী অবাংনোংচুপ্পা লৈবা, পাকিস্তানগী মখুংচনবা লৈবাক ৬। সিন্ধু তুরেন মপান্দা তাবা অমিবা লৈবাক অমা, ৭। দ্বারিকা, ৮। অমিবা চীংলৈবাক অমা, হজৌকী আবুচীং ৯। বিন্ধ্যপর্বতকী থা লোম্নলোক্তা লৈবা লৈবাক, ১০। ত্রিপুরা ১১। রাজস্থানগী মের্তা ১২। অদ্ভুত, ঘোর অমসুং করুণ অমদি শৃঙ্গারগী শব্দক থম্মদ্ শীজিন্নে। ১৩। ৩৬শ্লোককী টীকা য়েংউ।

ব্রহ্মোত্তরপ্রভৃতয়ো ভার্গবা মার্গবাস্তথা ॥
প্রাগ্‌জ্যোতিষাঃ পুলিন্দাশ্চ বৈদেহাস্তাম্রলিপ্তকাঃ।
প্রাঙ্গপ্রভৃতয়শ্চৈব যুঞ্জন্তি চৌড্রমাগধীম্।

অর্থ[১]। [১]অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ[২], বৎস, ওড্রমাগধ, পুণ্ড্র, নেপাল, অন্তর্গিরি, বহির্গিরি [৩]প্রবঙ্গ, [৪]মহেন্দ্র, [৫]মলদ, [৬]মলবর্তক, [৭]ব্রহ্মোত্তর, ভার্গব, মার্গব, [৮]প্রাগ্‌জ্যোতিষ, পুলিন্দ, বিদেহ, তাম্রলিপ্ত, [৯]প্রাঙ্গ অসিনচিংবা লৈবাক্কী মীনা 'ঔড্রমাগধী' কৌবা প্রবৃত্তিবু শীজিন্নগনি।

৪৬। অন্যেঽপি দেশাঃ প্রাচ্যা যে পুরাণে সংপ্রকীর্তিতাঃ ॥
তেষু প্রযুজ্যতে হ্যেষা প্রবৃত্তিশ্চৌড্রমাগধী।
ভারতীং কৈশিকীং চৈব বৃত্তিমেষা সমাশ্রিতা ॥

অর্থ। পুরাণদা য়াওবা নোংপোক লমগী অরিবা লৈবাকশিং অহুদসু অসিগুম্বা ঔড্রমাগধী প্রবৃত্তি অসি শীজিন্নে। মসিগী প্রবৃত্তি মথল অসি ভারতী অমসুং কৈশিকী বৃত্তিনা তিন্নি।

---

১। ভাগলপুরগী মমুংচনবা থায়নগী মফিং, ২। উরিস্যা, ৩। বঙ্গগী য়াংমদা নক্কনা লৈবা লৈবাক অমা ৪। মহেন্দ্র পর্বতকী মা মথক্তম্ম য়াওপ্রবনা মসিবা শেংনা খঙবা ঙমদ্রে। ৫। হুঞ্জীকী মালদহ অসি ওইরমগদবা? ৬। বাঁকুড়া জিলাগী মমুংচনবা মলভূম। ৭। বিশ্বভারতী পত্রিকা ৪ পৃঃ ২৫০ দগী য়েংউ, ৮। কামরূপ, উত্তরবঙ্গ অমসুং অবাং থংবা বিহারগী শরক খরা পূর্নশিঙ্গুনা লোম্বা অরিবা মফম অমা, ৯। বঙ্গদেশকী ভমথৈ য়াংমগী লৈবাক অমা?

১। অরিবা লৈবাক অমনি, মথক্কানা মাগী কোচুং ওইরম্মী, ২। দিল্লীগী নোংপোক গঙ্গাগী খাথংবা ভোর্নাক্কা লৈ, পাণ্ডবশিংগী কোচুংনি, ৩। জাতী অমনি, ৪। মসি 'শল্যক' হায়না ইরবমু থেংনৈ। থায়নগী উপজাতি অমগী মমিংনি। ৫। মাদ্রাজ, ৬। মধ্যভারতকী অরিবা মী কাভবু অমনি, মিং অসি কৌবা চাংমু লৈ।

## পাঞ্চালী

৪৭-৪৮।

পাঞ্চলা শৌরসেনাশ্চ কাশ্মীরা হাস্তিনাপুরাঃ।
বাহ্লীকাঃ শাল্বকাশ্চৈব মদ্রকৌশীনরাস্তথা॥
হিমবৎসংশ্রিতা যে তু গঙ্গায়াশ্চোত্তরাং দিশম্।
যে শ্রিতা বৈ জনপদাস্তেষু পাঞ্চালমধ্যমা॥

অর্থ। পঞ্চাল, শূরসেন, [১]কাশ্মীর, হস্তিনাপুর[২], বাহ্লীক[৩], শাল্বক[৪], মদ্রক[৫] অমসুং উশীনর[৬] হায়না কৌবা গঙ্গা তুরেনগী অবাং অমসুং হিমালয়গী মনাক্তা তাবা লৈবাকশিং অসিদনা 'পাঞ্চাল মধ্যমা' কৌবা প্রবৃত্তি অসি চৎলৈ।

৪৯। পাঞ্চাল মধ্যমায়াং তু সাত্ত্বত্যারভটী স্মৃতা।
প্রয়োগস্ত্বল্পগীতার্থ আবিদ্ধগতিবিক্রমঃ।

অর্থ। 'পাঞ্চাল মধ্যমা' অসিদা সাত্ত্বতী অমসুং আরভটী বৃত্তিনা চৎলৈ। শীজিন্নবা মতমদা মসিদা ঈশৈগী শরুক য়ামদে অদুগা শাজং-শাথেক মরাংকায় অমসুং খোঙ্‌থাংনচিংবা অকনবা মওঙ্‌শীনি।

### প্রবৃত্তিশিং অসিদা চঙবগী মওঙ অনি শুই

৫০। দ্বিধা ক্রিয়া ভবত্যাসাং রঙ্গপীঠপরিক্রমে।
প্রদক্ষিণ প্রবেশা চ তথা চাপ্যপ্রদক্ষিণা॥

অর্থ। রঙ্গমঞ্চদা চঙ্‌থোক চঙ্‌শিন তৌবদা প্রবৃত্তিশিং অসিগী মতৌ অনি শুই মচদি, য়েৎলোমদগী নত্রগা ওয়রোমদগী চঙ্‌লকপা অসুয়া।

৫১। আবন্তী দাক্ষিণাত্যা চ প্রদক্ষিণপরিক্রমে।
অপসব্যপ্রবেশা তু পাঞ্চালী চৌড্রমাগধী॥

অর্থ। আবন্তী, দাক্ষিণাত্যনা য়েৎলোমদগী, পাঞ্চালী, ওড্রমাগধীনা ওয়রোমদগী চঙ্‌লকনি।

৫২। আবন্ত্যাং দাক্ষিণাত্যায়াং যোজ্যং দ্বারমথোত্তরম্ ।
পাঞ্চাল্যামৌড্রমাগধ্যাং যোজ্যং দ্বারন্তু দক্ষিণম্ ॥

অর্থ। আবন্তী অমসুং দাক্ষিণাত্যাদসু অরাং থোঙ্দা চঙফম ওইগনি, পাঞ্চালী অমসুং ঔড্রমাগধীনা মখা থোঙ্দা চঙ্গনি।

৫৩। একীভূতাঃ পুনশ্চৈতাঃ প্রযোক্তব্যাঃ প্রযোক্তৃভিঃ।
পর্ষদ দেশং কালঞ্চাপ্যর্থযুক্তিমবেক্ষ্য চ ॥

অর্থ। পর্ষদ ( ভাবকী মওঙ্ ), দেশ ( মফম ), কাল ( মতম ) অমসুং অর্থ যুক্তি গী ( কান্নগদবা য়েংহুনা ) মায়কৈদা য়েংহুনা নাট্য শেম্বশিংনা মখোয় অসিবু অমত্তদা পূনশিন্নহুনা উৎপস্থ য়াই।

৫৪। যেষু দেশেষু যা পূর্বং প্রবৃত্তিঃ পরিকীর্তিতা।
তদ্বৃত্তিকানি রূপাণি তেষু তজ্জ্ঞঃ প্রযোজয়েৎ ॥

অর্থ। মথক্তা হায়খ্রবা লৈবাক লৈবাকী ওইবা প্রবৃত্তিশিং অহু মাগী মাগী মফম মফমদা 'প্রবৃত্তিগা' চানবা বৃত্তিশিং লোয়ননা অভিনয় তৌগনি।

## নাট্যাভিনয় মথক অনি

৫৫। প্রয়োগো দ্বিবিধশ্চৈব বিজ্ঞেয়ো নাটকাশ্রয়ঃ।
সুকুমারস্তথাঽবিদ্ধো নাট্যযুক্তি সমাশ্রয়ঃ ॥

অর্থ। নাট্যগী হৌনবী নিয়ম ওাক্লা চৎপা অহুগুম্বা অভিনয়গী মখল অনি গুই মহুদি—সুকুমার অমসুং আবিদ্ধ ( অথোৎপা অমসুং অকনবা )।

৫৬-৫৭। সত্ত্বাবিদ্ধাঙ্গহারন্তু ছেদ্যভেদ্যাহবাত্মকম্।
মায়েন্দ্রজালবাহুলং পুস্তনেপথ্য সংযুতম ॥
পুরুষৈর্বহুভির্যুক্তমল্পস্ত্রীকং তথৈব চ।
সাত্ত্বত্যারভটীপ্রায়ং নাট্যমাবিদ্ধসংজ্ঞিতম্ ॥

১। ২০ৰা তাংকক শ্লোক অহমগী হৌনা য়েংউ।

অর্থ। অকনবা 'আবিদ্ধ' গী জগোই মশাদা কককংপা, থিন্দংপা, লান, মায়া অমসুং মিত্রং মথল মথল, পুস্ত (থুংশেমগী পোৎ) অমসুং নেপথ্য গী (য়েকপা খোংপনচিংবা হকচাংগী লৈত্তেংনচিংবা) থবক য়ায়া চঙগনি। নিপাগী মশীংনা নুপীদগী হেন্না য়ামগনি।

অসিগুম্বা 'আবিদ্ধ'গী নাট্য অসিদা মহোশানা সাত্ত্বতী অমসুং আরভটী বৃত্তিনা মপুং ওইগনি।

৫৮। ডিমঃ সমবকারশ্চ ব্যায়োগেহামৃগৌ তথা।
এতান্যাবিদ্ধসংজ্ঞানি বিজ্ঞেয়ানি প্রযোক্তৃভিঃ॥

অর্থ। ডিম, সমবকার, ব্যায়োগ অমসুং ঈহামৃগ—নাট্য মথল মরি অসিবু লৌলাতোবশিংনা 'অবিদ্ধ' হায়না খঙনগনি।

৫৯। এষাং প্রয়োগঃ কর্তব্যো দৈত্যদানবরাক্ষসৈঃ॥
উদ্ধতা যে চ পুরুষাঃ শৌর্যবীর্যবলান্বিতাঃ॥

অর্থ। মথোয় অসিগী শীজিন্নবদি মপাংগল মথৌনা অমদি মরিংজেল লৈবা নাপল চাউবা দৈত্য, দানব অমদি হিংচাবশিংনা তৌগনি।

## অথোৎ-অমেত্তগী মশক ওইবা অভিনয়

৬০। নাটকং সপ্রকরণং ভাণো বীথ্যঙ্ক নাটিকে।
সুকুমারপ্রয়োগাণি মানুষেষ্বাশ্রিতানি তু॥

অর্থ। নাটক, প্রকরণ, ভাণ, বীথী অমসুং অংক (সংজ্ঞক) নাটাশিং অসিদা মীগী ওইবা অথোৎপা অনৌবনত্তিনবা অছুগুম্বা অভিনয় অছু তৌগনি হায়বদি মীগী মতৌত্তদা শীজিন্নগদবা ওই।

## মতো মওঙ্ অনি

৬১। ধর্মী যা দ্বিবিধা প্রোক্তা ময়া পূর্বং দ্বিজোত্তমাঃ।
লৌকিকী নাট্যধর্মী চ তয়োর্বক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক! মথক্তা ঐনা হায়রবা অভিনয়গী মথল অনি অহুগীস্থ অমুক মতো মওঙ অনি শুরি মহুদি—লৌকিকী (মীনা চৎনবা) অমস্থং নাট্যধর্মী (লীলাগী হৌনবী)।

### লোকধর্মা (মীগী ওইবা হৌনবা মতো)

৬২-৬৩। স্বভাবভাবোপগতং শুদ্ধং ত্ববিকৃতং তথা।
লোকবার্তাক্রিয়োপেতমঙ্গলীলাবিবর্জিতম্॥
স্বভাবাভিনয়ো পেতং নানাস্ত্রীপুরুষা শ্রয়ম্।
যদীদৃশং ভবেন্নাট্যং লোকধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। মহৌশাগী ওইবা হৌনবা অহুগুম্বা ভাব লোয়নবা, তশেং তশেংবা; ওম্নবা ভাব য়াওদবা, মীয়ামগী হিংননবা পোৎচঙ্ ওইবা থৌশীল থৌওঙ্ অমস্থং তৌশিন্নবা মতৌগী শাজৎ-শাথেক্লচিংবা য়াওদবা, মশাগী ওইবা ইচম চম্বা অভিনয়গী মতৌনা তিনবা, মথল মথলগী মীওই ওইবা নিপা নুপীশিং য়াওবা— অসিগুম্বা নাট্য (লীলা) অদুবু 'লোকটর্মী' হায়না খঙ্নৈ।

### নাট্যধর্মী (লীলাতগী ওইবা হৌনবী)

৬৪-৬৫। অতিবাক্যক্রিয়োপেতমতিসত্ত্বাতিভাষিতম্।
লীলাঙ্গহারাভিনয়ং নাট্যলক্ষণলক্ষিতম্॥
স্বরালঙ্কারসংযুক্তং (স্বঃ) স্বর্ভুপুরুষা শ্রয়ম্।
যদীদৃশং ভবেন্নাট্যং নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ অয়াম্বা রাভাঙ্ শাঙাঙ, থোরম থোওঙ্, তোবঙম্বা মতিক ময়াই, রাহৈ-রাতা, নীংথিবা হকচাং শাথেক অমদি অভিনয়নচিংবদা শাস্ত্রনা হায়রা নাট্য-লক্ষণনা ভিনবা ওইবা, থোলহায় থোন্থিন, মহুগী অলংকার ( ফজবা রাহৈ রাতাতগী লৈতেং ), মীরমলেন লাইরম্লনগী নিপাশিং য়াওবা অসিগুম্বা নাট্যগী মচাকশিংবু নাট্যধর্মী কৌই।

৬৬। লোকে প্রসিদ্ধং দ্রব্যন্তু যদা নাট্যে প্রযুজ্যতে।
মূর্তিমৎ স্বাভিলাষং চ নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। মীরমলেন্দা থায়না চংনবা তৌনবা, মহনা অপোংবমক্তি নত্তবা অদুগুম্বা পোৎনা মশক নাইনা রা-লাল ভাঙহন্দুনা নাট্যদা মথেল ওইনা হাপ্পস্থ মহু নাট্যধর্মীনি ( নাট্যগী হৌনবী মতৌনি ) খঙনগনি।

৬৭। আসন্নোক্তংতু যদ্বাক্যং ন শৃন্বন্তি পরস্পরম্।
অনুক্তং শ্রূয়তে বাক্যং নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। ইনক নক্লনা অমনা অমগী রা তাদবা অদুগা লোয়া হায়বা রাবুনা হেক তাবগুম তৌবা অসিগুম্বা মতৌস্থ নাট্যধর্মীনি খঙগনি।

৬৮। শৈলযানবিমানানি চর্মবর্মায়ুধ ধ্বজাঃ।
মুর্তিমন্তঃ প্রযুজ্যন্তে নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। চীং, কায়দোং, দোলাই অপাইবী, চুং, চুঙ্গোয়, থাঙ-তানচিংবা থূংলাই, কৌরাণ—মথোয় অসিনা মীগী মশক লৌহুনা রা-লান হাঙলবদি মহুস্থ নাট্যধর্মীনি খঙনগনি।

৬৯। য একাং ভূমিকাং কৃত্বা কুর্বীতৈকান্তরেঽপরাম্॥
কৌশল্যাদেককত্বাদ্বা নাট্যধর্মীতি সা স্মৃতা॥

অর্থ। মশাগী হৈশিংবনা মরম ওইদুনা মখন্তনা য়া লাল ভাওদুনী ভূমিকা অমদা কুমদুনা অভিনয় তৌরগা, লীলা পন্থি অদুমক্তদা মহাকমক অদুনা অতোপ্পা অমা অমুক শাদুনা মদুগী ভূমিকাদা কুম্লগা অভিনয়নচিংবা তৌবসু অদুবুসু 'নাট্যধর্মীনি খঙনগনি'[1]।

৭০। যাঽগম্যা প্রমদা ভূত্বা গম্যাভূমিষু যুজ্যতে।
গম্যাভূমিষু গম্যা বা নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। অগম্যা ওইবী নূপী হায়বদি যেংন্নু হৈদবী নূপী ওইরবসু মানা যেংবা য়াবী নূপী অমগী ভূমিকাদা কুম্লবদি হায়বদি যেংবা য়াবী মতৌ ওইরবদি মহাক্না তৌবা মাগী অভিনয় মতা অদুসু নাট্যধর্মীনি খঙগনি।

৭১ ললিতৈরঙ্গবিন্যাসৈস্তথোৎক্ষিপ্তপদক্রমৈঃ।
নৃত্যতে গম্যতে যচ্চ নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা।

অর্থ। ফজবা হকচাং শাথেক লোয়নননা নোয়বা ( জগোই শাবা ), নীংথিবা খোঙথাং লোয়নননা জগোই শাবা, চৎপা অসিনচিংবসু নাট্য-ধর্মী হায়না কৌই।

৭২। যোঽয়ং স্বভাবো লোকস্য সুখদুঃখক্রিয়াত্মকঃ।
সোঽঙ্গাভিনয়সংযুক্তো নাট্যধর্মী তু সা স্মৃতা॥

অর্থ। মীগী মুংঙাইবা, অরাবা অমদি তোঙান তোঙানবা মথৌ মশিন কয়াবু নীংথিবা হকচাং শাথেকী অভিনয়নচিংবা তৌদুনা উৎ-লবদি মদু 'নাট্যধর্মী'নি।

---

১। ভাব হায়না খঙনবা অংক অমত্তগী নাটকতা মী অমত্তমক কুমদুনা মতৌ

৭৩। যশ্চ কক্ষাবিভাগোঽয়ং নানাবিধি সমাশ্রিতঃ।
রঙ্গপীঠগতঃ প্রোক্তো নাট্যধর্মী তু সা ভবেৎ॥

অর্থ। মথল মথলগী নিয়মনা পুনবা, রঙ্গমঞ্চগা মরী লৈনবা কাখল য়াৎপগী মরম হায়জখিবশিং অদুদু অসুম্না নাট্যধর্মী ওই।

৭৪। নাট্যধর্মীপ্রবৃত্তং হি সদা নাট্যং প্রয়োজয়েৎ।
ন হ্যঙ্গাভিনয়াৎ কিঞ্চিদৃতে রাগঃ প্রবর্ততে॥

অর্থ। মতম পুম্নমক্তা নাট্য শেম্বদা নাট্যধর্মী শাকদবনি। হক-চাংগী নীংথিবা অভিনয় য়াওদনা থক নাট্যদা হুংঙাইহনবা য়াদে হায়বদি 'রাগ' কাওদে।

৭৫। সর্বস্য সহজো ভাবঃ সর্বো হ্যভিনয়ার্থজঃ।
অঙ্গালঙ্কারচেষ্টা তু নাট্যধর্মী প্রকীর্তিতা॥

অর্থ। পুম্নমক্তা ইরায় লায়না পাঙথোকপা ওম্বা মতৌ, অভিনয়দা চঙবা মচাক পুম্নমক, হকচাংগী নীংথিবা শাজং শাথেকনচিংবনা নোয়বা, নাট্যালংকার ( হুংঙাইগদবা মওঙগী ওইবা লৈথেং ) অমম্পুং থৌদৌ থৌওঙ কয়াবু নাট্যধর্মী ( নাট্যগী তৌকন থোকপা মতৌ ) হায়না কৌই।

৭৬। এবং কক্ষাবিভাগস্তু ধর্মী যুক্তয় এব চ।
বিজ্ঞেয়া নাট্যতত্ত্বজ্ঞৈঃ প্রয়োক্তব্যাশ্চ তত্ত্বতঃ॥

অর্থ। নাট্যগী মরম খণ্ডবশিংনা মতৌ অসুম্না কাখল য়াৎপা, নাট্যগী হৌনবী মতৌ (নাট্যধর্মী), অমম্পুং মচুগী মরী লৈনবা চঙকম থোকপা নীংখিবা উভাই ( মাতৈ ) নচিংবা হৌনবী কায়দনা পাঙথোকদমনি।

৭৭। উক্তো ময়াঽঙ্গাভিনয়ো যথাবচ্ছাখাকৃতো.
যশ্চ কৃতোঽঙ্গহারঃ।
পুনশ্চ বাক্যাভিনয়ং যথাবদ্
বক্ষ্যে স্বরব্যঞ্জনবর্ণযুক্তম্॥

অর্থ। শাখা অমন্থুং অঙ্গহারনচিংবগী মতেংনা পাওখোকপা আঙ্গিকাভিনয়গী মরমদা ঐনা হায়জরবসিনি।

মথংদা অমুক স্বর-ব্যঞ্জন-ময়েকশিংনা শেম্বা (শাগৎপা) অচুম্বা 'বাচিকাভিনয়'গী হৌনবীচু অমুক হায়জগে।

ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা 'প্রবৃত্তিধর্মী'[১] হায়না কৌবা ১৪ শুবা তাংকক অচু মতাং অসিদা লোইরে।

---

১। প্রবৃত্তি হায়বদি মফম মফমগী ওইবা চৎনবী মতৌ

## তরামথাশুবা তাংকক

## ছন্দোবিভাগ

### বাচিকাভিনয়—( অভিনয়দা ৱাঙাঙ শাঙাঙমতৌ )

১। যো বাগাভিনয়ঃ প্রোক্তো ময়া পূর্বং দ্বিজোত্তমাঃ।
লক্ষণং তস্য বক্ষ্যামি স্বরব্যঞ্জনসংভবম্ ॥

অর্থ। হে অথোইবা ব্রাহ্মণ খিৰীক ! বাচিকাভিনয়গী মরমদা হায়রনা ঐনা হায়রখরে। হৌজীক্লা মথংদা মহুগী স্বর অমসুং ব্যঞ্জন ময়েকনা তিনবা অহুগুম্বা লক্ষণশিংগী মরম অমুক হায়জগে।

### নাট্যদা ৱাহৈ-খোনফমগী মরুওইবা মশক

২। বাচি যত্নস্তু কর্তব্যো নাট্যস্যৈষা তনুঃ স্মৃতা।
অঙ্গনেপথ্যসত্ত্বানি বাক্যার্থং ব্যঞ্জয়ন্তি হি ॥

অর্থ। নাট্যদা ৱাহৈ-ৱাতানচিংবগী মরম অসি ৱায়মক চেকশিন গদবনি, মরমদি মসিনা নাট্যগী ৱাঙ্লেন শরুনি ( মশানি ) হৌকচাং, ফিজেৎ লৈতেং অমদি অশেংবা সাত্ত্বিককী মতৌনা (তৌশিন্নবা ৱাওদবা) অসিগুম্বা ৱাহৈগী অর্থ ফোংদোকই।

৩। বাঙ্ময়ানীহ শাস্ত্রাণি বাঙ্নিষ্ঠানি তথৈব চ।
তস্মাদ্বাচঃ পরং নাস্তি বাগ্ হি সর্বস্য কারণম্ ॥

অর্থ। মৈয়মলেনগী শাস্ত্র পুম্নমক ৱাহৈগী মশক্তি অকনবুং ৱাহৈতনা শাগৎপা ওাকনি। মরম অতনা ৱাহৈদগী হেন্না মরু ওইবা অতৈ করি

অমম্বু লৈতে। অসিগুম্বা য়াহৈ অসিনা পুন্নমক ওইরক্লবা মরমনি ( পুন্নমক্তা হৌফমনি ) ।

৪। নামাখ্যাতনিপাতৈরুপসর্গসমাসতদ্ধিতৈর্যুক্তঃ।
সন্ধিবিভক্তিষু যুক্তো বিজ্ঞেয়ো বাচিকাভিনয়ঃ॥

অর্থ। বাচিকাভিনয়দা সংজ্ঞা ( নাম-মমিং-noun ), ক্রিয়া-পদ ( verb ), নিপাত ( অব্যয়-Particle ), উপসর্গ ( preposition ), সমাস ( য়াহৈগা য়াহৈগা তিনশিন্নবা-Compound words ). তদ্ধিত ( nominal suffix ), সন্ধি ( enshonic Combination ), বিভক্তি- ( Case endings ), অসি পুন্নমক্লা তিনবা ওইগনি।

পাঠ্য মথল অনি

( হায়বা নত্রগা থীবগী মথল অনি )

৫ দ্বিবিধং হি স্মৃতং পাঠ্যং সংস্কৃতং প্রাকৃতং তথা।
তয়োর্বিভাগং বক্ষ্যামি যথাবদনুপূর্বশঃ॥

অর্থ। পাঠ্য ( হায়বা নত্রগা থীবা) মথল অনি শুই মহুদি, সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত। মখোয়গী মথল থাইদোকপগী মরম মথং মথং হায়রকে।

৬-৭। ব্যঞ্জনানিস্বরাশ্চৈব সন্ধয়োঽথ বিভক্তয়ঃ।
নামাখ্যাতোপসর্গাশ্চ নিপাতস্তদ্ধিতাস্তথা॥
এতৈরঙ্গবিধানৈস্তঃ নানা ধাতুসমাশ্রয়ম্।
বিজ্ঞেয়ং সংস্কৃতং পাঠ্যং তদ্বক্ষ্যামি সমাসতঃ॥

অর্থ। সংস্কৃত পাঠ্যদা - ব্যঞ্জন, স্বর, সন্ধি, বিভক্তি, নাম, (সংজ্ঞা) আখ্যাত ( ক্রিয়া ), উপসর্গ নিপাত. অমসুং তদ্ধিত—অসিনচিংবা

মচাতাৱিবা' পাঠ্য বাচিককী অজ মচাক পূৱমক অসি ধাতুদগী থোকপা ঙাকনি হায়বসি খঙগনি। মদুগী মৱম শন্নপা হায়ৱকে।

বর্ণ ( ময়েক )

৮ অকারাদ্যাঃ স্বরা জ্ঞেয়া ঔকারান্তাশ্চতুর্দশঃ।
হকারান্তানিকাদীনি ব্যঞ্জনানি বিদুর্বুধাঃ ॥

অর্থ। অ-কারনচিংদুনা ঔকারনা লোইবা কাওবা ময়েক ১৪রা-মরিনা স্বরবর্ণ হায়না খঙৈ। পণ্ডিতশিংনা কদগীনা হ-কার কাওবদা লৈৱিবা ময়েকশিংবুনা ব্যঞ্জন হায়না কৌনৈ।

তত্র স্বরাশ্চতুর্দশ—

অ আ ই ঈ, উ ঊ ঋ ৠ ঌ ৡ এ ঐ ও ঔ ইতি স্বরা জ্ঞেয়াঃ ॥

অর্থ। স্বরবর্ণ তরামরিনি মদুদি—
অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ঌ ৡ এ ঐ ও ঔ—মখোয় অসিনি।

ব্যঞ্জনানি যথা

ক খ গ ঘ ঙ, চ ছ জ ঝ ঞ, ট ঠ ড ঢ ণ, ত থ দ ধ ন, প ফ ব ভ ম, য র ল ব শ, ষ স হ ইতি ব্যঞ্জন বর্ণাঃ ॥

অর্থ। ব্যঞ্জন ময়েক্তি—
ক খ গ······হ—মখোয় অসিনি।

৯। বর্গে বর্গে সমাখ্যাতৌ দ্বৌ বর্ণৌ প্রাগবস্থিতৌ।
অঘোষা ইতি তজ্জ্ঞে সঘোষাঃ সংপ্রকীর্তিতাঃ ॥

অর্থ। বর্গ খুদীংমক্কী অহানবা ময়েক অনি অনিনা 'অঘোষ' ( খোঙ্গোকবা ) অহুগা লেমহৌরিবা অতৈশিং অদুবুনা সঘোষ ( খোঙ্গোকপা ) হায়না কৌই।

১০। এতে ঘোষাঽঘোষাঃ কণ্ঠ্যৌষ্ঠ্যাদন্ত্যজিব্হ্যানুনাসিকাঃ।
উষ্মাণস্তালব্যা বিসর্জনীয়াশ্চ বোদ্ধব্যাঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা ঘোষ অমসুং অঘোষ বর্ণশিং অসিবু কণ্ঠ্য, ওষ্ঠ্য, দন্ত্য, জিহ্বা, আনুনাসিক, উষ্ম, তালব্য অমসুং বিসর্জনীয় (বিসর্গ ? ) হায়না খঙনগনি।

১১।

গ ঘ ঙ জ ঝ ঞ ড ঢ় ণ দ ধ ন বভমস্তথৈব যরলবহা ঘোষাঃ।
ক খ-চ ছ-ট ঠ-ত থ-প ফ-শ ষ সা ইতিবর্গেষ্বঘোষাঃ স্যুঃ॥

অর্থ। গ ঘ ঙ, জঝ ঞ, ড ঢ ণ, দ ধ ন, ব ভ ম, অমসুং যরলবহ—মখোয় অসিনা সঘোষ ওইবা ময়েকশিংনি। অহুগা ক খ, চ ছ, টঠ, তথ, পফ, শ ষ স মখোয় অসিনা বর্গশিংগী মমুংদা অঘোষ ময়েকশিংনি।

## ময়েকশিংগী খোঙ্গোকফম

১২-.৯ (ক)।

ক খ গ ঘ ঙা কণ্ঠস্থাস্তালুস্থানাস্তু চ ছ জ ঝ ঞাঃ।
ট ঠ ড ঢ ণা মূর্ধণ্যাস্তথদধনাশ্চৈব দন্তস্থাঃ॥
প ফ ব ভ মা স্তোষ্ঠ্যাং স্যুর্দন্ত্যা ৯ লসা অহৌ চ।
তালব্যা (হি) ইচুযশা স্যুঃ ঋটুরষা মূর্ধ্নি স্থিতা জ্ঞেয়াঃ॥
ও ঔ কণ্ঠৌষ্ঠৌ ( বৈ ) এ ঐ কারৌ চ কণ্ঠতালব্যৌ।
কণ্ঠ্যো বিসর্জনীয়ো জিহ্বামূলোদ্ভবঃ কপয়োঃ॥

প ফয়োরষ্ঠঃ স্থানং ভবেদুকারাস্তথা বিবৃতাঃ ॥
অন্তঃ স্থাঃ সংবৃতা ( হি ) ঙঞণনমা নাসিকোত্তমা জ্ঞেয়াঃ ।
উষ্মাণশ্চ শষসহা যরলবর্ণাস্তথৈব চান্তঃ স্থাঃ ॥
জিহ্বামূলীয়ঃ কঃ প উপধ্মানীয়সংজ্ঞা জ্ঞেয়ঃ ।
ক চ ট ত পাঃ স্বরিতাঃ স্যুঃ খছঠথ ফাঃ স্যুঃ সদা কণ্ঠ্যাঃ॥
কণ্ঠ্যোরস্যান্ বিদ্যাদ্ গজড দবান্ পাঠ্যযোগে তু ।
বেদ্যো বিসর্জনীয়ো জিহ্বাস্থানে স্থিতা বর্ণঃ ॥
এতে ব্যঞ্জনবর্গাঃ সমাসতঃ সংজ্ঞয়া ময়া কথিতাঃ ।

অর্থ । ব্যঞ্জন ময়েকশিংগী থোস্থোকফম—

| | |
|---|---|
| থৌরীদগী থোকপা ময়েকশিং — | ক খ গ ঘ ঙ |
| ঙৌদগী থোকপা — | চ ছ জ ঝ ঞ |
| ( মূর্ধন্য ) লরাই লেন্ফুদগী থোকপা | ট ঠ ড ঢ ণ |
| য়াদগী থোকপা— | ত থ দ ধ ন |
| চীনবান্দগী থোকপা | প ফ ব ভ ম |
| থৌজেঙদগী থোকপা | ৯ ল স অ হ |
| ঙৌদগী থোকপা | ই চ য শ |

মূর্ধন্য হায়না খঙনবা ময়েকশিংদি ঋ, টবর্গ, রষ অসিনি ।
থৌজেঙ+চীনবানদগী থোকপা ও, ঔ
„ +ঙৌ „ „ এ, ঐ

বিসর্জনীয় ( বিসর্গ ) না থৌজেঙদগী থোকই ।
ক ( অমসুং খ ) গী মমাঙদা লৈবা বিসর্গনা লৈজেঙ মকনি ।

প, ফ অদুগা অবিবৃত ওইবা ( চৈতপ ওন্নবা ) স্বর উ ( অমসুং ঊ গী মফমনা চীনবাননি ।

ক-কারদগী মকার ফাওবদা অশোকপা ময়েক্কি ( স্পর্শবর্ণ ) শ ষ স হ বিবৃতনি ( অংফাংবা ময়েক্কি ) অদুগা অন্তস্থবর্ণশিংনা (য র ল ব) সংবৃতনি ( ফোংদোক্তবা )।

ঙ, ঞ, ণ, ন, ম মখোয় অসিনা আনুনাসিক ( নাখ'ঙদগী খোকপা খোঙ্খোকী ) ময়েকশিংনি।

শ ষ স হ—মখোয় অসিনা উষ্মবর্ণনি ( অশাবা ময়েক্ )। য র ল্ র— না অন্তঃস্থ বর্ণনি।

ঃ কনা লৈয়েঙ্ মরুদগীনি, প ( অমসুং ক ) গী মমাঙ্দা মপাংগল লৈবা বিসর্গনা লৈরবদি ঃদুবু উপধ্মানীয় সংজ্ঞক ( মমাঙথাবা ) হায়না খঙ্নৈ।

ক চ ট ত প মঙা অসিনা স্বরিতনি[1]।

খ ছ ঠ থ ফ—,, ,, মতম পুম্নমক্তা খোজেঙতদগী ওই।

গ জ ড দ ব—,, ,, খোজেঙ+খবাক তগীনি খঙ্গনি, বিস-র্গনা লৈয়েঙতদা লৈবা ময়েক্নি।

অসুম্না ব্যঞ্জনবর্ণশিংগী সংজ্ঞাগী মরমদা শম্নপ্না হায়রবসিনি।

১৯-২০। শব্দপ্রয়োগবিষয়ে স্বরাংস্তু ভূয়ঃ প্রবক্ষ্যামি॥
য ইমে স্বরাশ্চতুর্দশ নির্দিষ্টাস্তত্র বৈ দশ সমানাঃ।
পূর্বো হ্রস্বস্তেষাং পরশ্চ দীর্ঘো বিধাতব্যঃ॥

অর্থ। শব্দ প্রয়োগ তৌবদা ওইবা স্বরবর্ণশিংগী মতৌ হায়গে। মথক্তা হায়খ্রবা স্বরবর্ণ তরামরি অদুগী মসুংদা তরাথক্তি মান্নবা মওঙ্-গীনি ( হায়বদি সবর্ণ[1] মক্তনি )। মখোরগী মরক্তা মথক্কী ময়েক্না হ্রস্বনি অদুগা মথংগীনা[2] দীর্ঘনি অসুম্না খঙনগনি।

---

১। বেদতা শীজিন্নবা স্বর মথম অমনি। উদাত্ত, অনুদাত্ত অমসুং স্বরিত স্বর মথম অহমনি।

১। পাণিনি কৃত সংজ্ঞা—'তুল্যাস্যপ্রযত্নং সবর্ণম্' খোঙ্খোকফম অমসুং শীজিন্নবা মওঙ হান্নবদি খোলহায় খোনবিনশী মতৌ মান্নবা মশেক্দি সবর্ণনি (মান্নবা মশেলনি)। তৌইত্নমক্তং মরক্তা ব্যঞ্জনবদি থক সবর্ণ ওইনরে।

২। অ মা হ্রস্ব অদুগা মথংগী আ না দীর্ঘনি। ই হ্রস্ব, ঈ দীর্ঘ অমসুং

## শব্দ মথল মরি

২১। এভির্ব্যঞ্জনযুক্তৈর্নামাখ্যাতোপসর্গনিপাতৈঃ।
তদ্ধিতসন্ধিবিভক্তিভিরধিষ্ঠিতঃ শব্দ ইত্যুক্তঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা স্বরবর্ণশিং অসিগা ব্যঞ্জনবর্ণগা ছিন্নবগা সংজ্ঞা (নাম-nouns ) ক্রিয়া পদ ( আখ্যাত-verbs ), উপসর্গ ( pre-positions ). অমসুং নিপাত ( partic'es ), তদ্ধিত ( nominal affixes ) অমদি সন্ধি ( enphonic Combinations ) অমসুং বিভক্তি ( Case terminations ) ময়াম অসিনা পুল্লগা শব্দ ( বাহৈ ) অমা শাই।

২২। পূর্বাচার্যৈরুক্তং শব্দানাং লক্ষণন্তু বিস্তরশঃ।
পুনরেব সংহৃতার্থং লক্ষণতঃ সংপ্রবক্ষ্যামি॥

অর্থ। থকী গুরুশিংনা শব্দশিংগী লক্ষণ শন্দোক্না তাকপিরম্বা লৈব্রে। অদুবু ঐনসু অমুক মত্থগী লক্ষণশিং অদু শমতক্না হায়জগে।

## নাম ( the noun )

২৩। স্বাদ্যান্ত্যধিকারগুণৈরর্থবিশেষৈর্বিভূষিতন্যাসম্।
প্রাতিপদিকার্থলিঙ্গযুক্তং পঞ্চবিধং নাম জ্ঞেয়ম্॥

অর্থ। 'সু' অসিনচিংবা খুদমনা তাকপা ( থওহনবা )' তোপ তোপ্পা অর্থনা লৈরেংবা ( তিনবা ), [1]প্রাতিপদিকার্থ অমসুং লিঙ্গ শাগোম্নবা অগুম্বা 'নাম' (noun) অসি মথল মঙা থোক্না লৈ।

---

১। প্রাতিপদিকার্থ—basic meaning-M Ghosh. পাণিনিনা প্রাতিপদিকগী; সংজ্ঞাদা হায়রি—"অর্থবদ ধাতু প্রত্যয়ঃ প্রাতিপাদিকম্" ( ১, ২, ৪৫ ) হায়নরি অর্থরি লৈবা, ধাতু নত্তবা, প্রত্যয় নত্তবা অদু 'প্রাতিপাদিক'নি মদুদি 'সু' নচিংবা বিভক্তি অমত্তা যাওদ্রিবৈগী ওইবা 'নম' শব্দতা। কৃত্তদ্ধিতসমাসাশ্চ ( ১,২, ৪৬ )। কৃদন্ত, তদ্ধিতান্ত অমসুং সমাসনা পুনবা পদসু প্রাতিপাদিকনি।

২৪। তৎপ্রাহুঃ সপ্তবিধং ষট্কারকসংযুতং প্রথিতসাধ্যম্।
নির্দেশসম্প্রদানাপাদানপ্রভৃতিসংজ্ঞাভিঃ ॥

অর্থ। মসিবু মখল তরেৎ থোক্না ( বিভক্তি তরেৎ তপ্পগা ) থায়দোকই। অসিগুম্বা 'নাম' ( noun ) অ'স কারক মখল তরুক্না তিল্লি, প্রথিত সাধ্যনি ( হায়বদি ব্যুৎপান্ন হায়না খঙনৈ )। নির্দেশ ( তাকপা ), সম্প্রদান ( পীকম্ ), অপাদান ( লোথোককম ) অসিনচিংবা মিংথোলনা মশক খঙনৈ।

আখ্যাত ( the verbs )

২৫। সংপ্রত্যতীতকালক্রিয়াদি সংযোজিতং প্রথিত সাধ্যম্।
বচনানাং যতি যুক্তং পুরুষবিভক্তং তদাখ্যাতম্॥

অর্থ। ওইরিবা অমদি হৌরবা মতমগী থবক্না মরী লৈনবা, পাঙগী সাধা ওইনা শেংনা খঙনবা ( হায়বদি প্রকৃতি প্রত্যয়না শেম্বা ) অমা, অনিনচিংবা খঙনবা বচননা তিনবা অমসুং ( প্রথমনচিংবা ) পুরুষকী মখল থাইদোকপবু 'আখ্যাত' ( ক্রিয়াপদ ) হায়না কৌই।

২৬। পঞ্চশতধাতুযুক্তং পঞ্চগুণং পঞ্চবিধমিদং জ্ঞেয়ম্।
আখ্যাতং পাঠ্যকৃতং জ্ঞেয়ং নানার্থাশ্রয়বিশেষম্ ॥

অর্থ। [1]পাঠ্যদা শীজিন্নবা আখ্যাত ( নাট্যগী মরোল-মরি ) অসি ধাতু [2]চামঙানা শাই, মঙ্গু কুনমঙা[3] থোক্না থায়দোকই অমগা মখল মখলগী অর্থ থোকহল্লি।

---

১। নাট্যদা আবৃত্তি তৌব য়াবা অহুগুম্বা
২। ব্যাকরণশিংগী ধাতু মশীং ইয়ান য়ামহে। মতুগী মরক্তা ৫০০গী করমনা থায়মনো মং খরহে।
৩। ২৫ অ'দমু করমগী মতনো খরহে। পাণিনিগীদি ১০ খক্তনি

২৭। প্রাতিপদিকার্থযুক্তা ধাত্বর্থানুপজন্তি যে স্বার্থৈঃ।
উপসর্গা হ্যুপদিষ্টাস্তস্মাৎ সংস্কারশাস্ত্রেঽস্মিন্ ॥

অর্থ। অসিগুম্বা সংস্কারশাস্ত্র ( লোনগী রায়েল তৌবা ব্যাকরণ ) অসিদা মশানা থোকচবা অর্থনা ধাতুগী অর্থবু উপকৃষ্ট তৌবা [১]প্রাতিপদিকার্থগা লোয়নবা অচুম্বা মখোয়শিং অদুবু মরম অসিদগী 'উপসর্গ'[২] অহুম্না থঙনৈ।

## নিপাত—( the Particle )

২৮। প্রতিপদিকার্থযোগাদ্ধাতু ছন্দোনিরুক্তযুক্ত্যাচ।
যস্মান্নিপতন্তি পদে তস্মাৎপ্রোক্তা নিপাতাস্তু ॥

অর্থ। প্রাতিপদিকার্থগা তিন্নবদগী ধাতুনা, ছন্দ অমসুং নিরুক্তগী[১] মওঙদা পদদা[২] ওন্থরকপা মতৌ লৈবদগী মখোয় ( ওন্থরক্লিবশিং) অদুবু নিপাত অহুম্না থঙনৈ।

## প্রত্যয় ( the offlixes )

২৯। প্রত্যয়বিভাগজনিতান্ প্রকর্ষসংযোগসত্ত্বচনৈশ্চ।
যস্মাৎপূরয়তে ঽর্থান্ প্রত্যয় উক্তস্ততস্তস্মাৎ

---

১। কৃদন্তপদ অসি প্রাতিপদিক মথল অমনি। উপসর্গ য়াওবা ক্রিয়াপদগা লোয়নবা কৃৎ-প্রত্যয় তৌই।

২। উপসৃজন্তি-হায়বদি মশাগী মতৌ থাদোক্লনা ধাতুগী অর্থবু মশক নাইহনবা। "উপসর্গেণ ধাত্বর্থো বলাদন্যত্র নীয়তে"—উপসর্গনা ধাতুগী অর্থবু মওঙ অমা ওইহল্লি; মহুদি—হৃ ধাতুদগী ( য়াখক ) প্রহার, আহার, বিহার-নচিংবা শব্দশিং থোক্লনা তোঙান তোঙানবা অর্থ থোকহল্লি।

১। নিরুক্ত—মসিনা 'ব্যুৎপত্তি' থঙহল্লি। প্রকৃতি-প্রত্যয় নির্ধারণ তৌবনি। অসিদা নিপাত-গা করিগা তিন্নবগী মরম লৈরে।

২। সুপ্‌তিঙন্তং পদম্ ( পাণিনি ১ | ৪ | ১৪ )। পদ সুবন্ত অমসুং তিঙন্ত; হায়বদি নর+সু=নরঃ (সুবন্ত), গম+গচ্ছতি ( তিঙন্ত )।

অর্থ। [4]প্রত্যয় বিভাগতগী থোক্লকপা ধাতুগী অর্থবু ময়েক শেং-হনবা ( প্রকর্ষ ), তোপশিন তিনশিন্নবা ( সংযোগ ) অমদি অয়েক্না অশেংবা (সত্ত্ব) বচন[5] ওইহন্দুনা মপুংফাহনবা ময়েকদগী মসিবু [6]'প্রত্যয়' হায়না কৌই।

তদ্ধিত ( the nominal Affix )

৩০। লোপপ্রকৃতি প্রত্যয়বিভাগসংযোগতত্ত্বচনৈশ্চ।
তাংস্তান্ পূরয়তেঽর্থান্ হিতান্ যতস্তদ্ধিতস্তস্মাৎ॥

অর্থ। মথোয় অসিনা কান্নগদবা য়েংহুনা রাহৈগী শব্দক থরগী অথ মাঙহল্লগা প্রকৃতি প্রত্যয় খাইদোক্নুনা নত্রগা অমত্তা ওইশিন্নহুনা অমদি রাহৈগী অশেংবা[1] মশক মপুং ফাহনবা অদুবু 'তদ্ধিত-প্রত্যয়' হায়না খঙনৈ।

বিভক্তি the case ending )

৩১। একস্য বহূনাং বা ধাতোর্লিঙ্গস্য বা পদানাং বা।
বিভজন্ত্যর্থান্ যস্মাৎ বিভক্তয়স্তেন তাঃ প্রোক্তাঃ॥

অর্থ। অমা নত্রগা অয়াম্বা ধাতুগী, লিঙ্গগী নত্রগা পদগী অর্থ তোপ্না খাইদোকই ( বিভক্ত তৌই ) হায়হুনা বিভক্তি[2] হায়না অহুম্মক খঙনৈ।

সন্ধি the enphonic Combination )

৩২। বিশ্লিষ্টাশ্চ স্বরা যত্র ব্যঞ্জনং বাপি যোগতঃ।
সন্ধীয়তে পদে যস্মাৎ তস্মাৎ সন্ধিঃ প্রকীর্তিতঃ॥

---

৩। চ, প্র অসিনচিংবা অব্রব্যার্থদা নিপাতসংজ্ঞক ওই ( পাণিনি ১, ৪, ৫৬, ৫৭ য়েংউ )। ৪। প্রত্যয় ভাব ( Idea ), ৫। সত্ত্বচন—মরু ওইবা গুণ ৬। কৃৎপ্রত্যয় তদ্ধিত-প্রত্যয় নচিংবা।

১। অশেংবা ময়ম ফোংদোকপা। মঃদি রূপ+মতুপ, ( তদ্ধিত প্রত্যয় ) রূপবান্।

২। নর শব্দগী প্রথমা বিভক্তি একবচনদা নরঃ থোকই। ভূ ধাতু লট্ তি গা তিন্নগা 'ভবতি' থোকই।

অর্থ। তোঙ'ন তোঙানবা স্বরবর্ণ নত্রগা ব্যঞ্জনবর্ণনা অমগা অমগা তিনশিন্নরবদি ( অমতা ওইশিন্নরবদি ) মতনা শদগী বর্ণবু তিন্নহল্লি হায়ত্নূনা 'সন্ধি[1]' হায়না কৌনৈ।

৩৩। বর্ণক্রমসম্বন্ধঃ পদৈকযোগাচ্চ বর্ণযোগচ্চ।
সন্ধীয়তে চ যস্মাত্তস্মাৎ সন্ধিঃ সমুদ্দিষ্টঃ॥

অর্থ। বর্ণক্রমগী সম্বন্ধ[2] অনি নত্রগা অতুদগী হেনবা পদশিং তিনশিন্নবা[3] নত্রগা [4]বর্ণ অনি তিন্নববু সন্ধি হায়না খঙনৈ।

## সমাস ( the compound words )

৩৪। লুপ্তবিভক্তির্ণাম্নামেকার্থং সংহরৎ সমাসোঽপি।
তৎপুরুষাদিকস্তজ্ জ্ঞৈর্নিদিষ্টঃ ষড়্ বিধঃ সোঽপি॥

অর্থ। কয়িগুম্বা শব্দ অমগী বিভক্তি মাঙহল্লগা অতোপ্পা পদগা পুনশিন্নবা সমাস হায়না খঙনবা মশক মদুবু অথঙবশিংনা তৎপুরুষন-চিংবা মথল তরুক্তি হায়না লেল্লম্মী।

---

১। পাণিনিগী সূত্র —পরঃসন্নিকর্ষঃসংহিতা ( ১, ৪, ১০৯ ); বর্ণ অনিবু অরুপ্তা ওইশিন্নহনববু সংহিতা নত্রগা সন্ধি হায়না খঙনৈ।

২। সম্বন্ধ—বাহৈ অসিগী অর্থ মরেক শেংনা খঙদে।

৩। সমাসকী মওঙদি; নব্-আকৃতি অনি অসিনা সমাস তৌরবদি 'নবাকৃতি' থোকই ( অ+আ=আ )। য়েংগদবদি অনি নত্রগা অতুদগী হেনবা পদগী তিন-শিন্নবা মতৌবু 'সন্ধি' হায়না কৌই। পদ অমগী অরোইবা মরেক্তা মথংগী অহোবা মরেক্তা তিন্নবগী মতৌনি।

৪। বর্ণ—যুগম—ই+অ=য।

৩৫। এভিঃ শব্দবিধানৈর্বিস্তারব্যঞ্জনার্থসংযুক্তৈঃ।
পদবন্ধাঃ কর্তব্যা বৃত্তনিবন্ধাস্তু চূর্ণা বা॥

অর্থ। অসিগুম্বা শব্দ-নিয়ম অসিগী মতুংইন্না পাকনা চাউনা অথ চেন্না পদ্য[৫] নত্রগা [৬]চূর্ণগী মওঙদা পদবন্ধ (য়াহৈ পরেং) শেমগদবনি।

শব্দ (য়াহৈ) মথল অনি

৩৬। বিভক্ত্যন্তং পদং জ্ঞেয়ং নিবদ্ধং চূর্ণমেব চ।
তত্র চূর্ণপদস্যেহ বহির্বোধত লক্ষণম্॥

অর্থ। (সুপ্ নত্রগা তিঙ্) বিভক্তি য়াওবা (শগোন্নবা) পদ মথল অনিনি মহৃদি নিবদ্ধ অমসুং চূর্ণ। হৌজিক চূর্ণ পদগী মওঙ মতৌ খঙবিয়ু।

চূর্ণপদ (বারেং য়াহৈ)

৩৭। অনিবদ্ধং পদবৃন্দং তথা চানিয়তাক্ষরম্।
অর্থাপেক্ষাক্ষরযুতং জ্ঞেয়ং চূর্ণপদং বুধৈঃ॥

অর্থ। পদ পূন্নমক্তা ছন্দগী অপুনবা লৈতবা, ময়েক্কী মশীংসু অকক্নবা লৈতবা, অর্থগী মতুংইন্না ওইনীংবা ময়েকশিং শীজিন্নবা য়াবা অহুগুম্বগী মখক অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'চূর্ণ পদ' হায়না খঙবৈ।

---

৫। বৃত্ত—ছন্দোমঞ্জরীদা লৈ 'পদ্যং চতুষ্পদী, তচ্চ বৃত্তং জাতিরিতি দ্বিধা।' বৃত্ত হায়না খংনরিবসিসি ছন্দোবদ্ধওইবা পদ্যমুনি।

৬। চূর্ণ—গদ্যরচনা মথল অমনি। মসিদা অকনবা অয়াকপা বর্ণ য়াওদে। সমাস মশীং য়ামলোই অহুগা বারেংদি য়ায়া লায়থোকহনগনি, অপেং অপেংহনগনি (ছন্দোমঞ্জরী ৬)।

### ছন্দোবদ্ধপদ ( ছন্দ নাইবা রাহৈ )

৩৮। নিবদ্ধাক্ষরসংযুক্তং যতিচ্ছেদসমন্বিতম্।
নিবদ্ধং তু পদং জ্ঞেয়ং প্রমাণনিয়তাক্ষরম্ ॥

অর্থ। ছন্দোবদ্ধ পদদি ( ছন্দ নাইবা রাহৈ ) অকরুবা ময়েকনা শেম্বা ওইগনি, যতি[1] অমদি ছেদ[2] নাইগনি, মসিদা য়াওবা ময়েককী অকরুবা মশীং[3] লৈগনি।

### বৃত্ত ( রাহৈগী মাত্রা-Syllabic metres )

৩৯। এবং নানার্থসংযুক্তৈঃ পাদৈর্বর্ণবিভূষিতৈঃ।
চতুর্ভিস্তু ভবেদ্‌যুক্তং ছন্দো বৃত্তাভিধানবৎ ॥

অর্থ অমুম তোনা তোঙান তোনবা অর্থদা মখোঙ মরিনা শাবা অহুগা লঘু-গুরু অক্ষরনা শেম্বা অহুগুম্বা ছন্দ[1] অদুবু 'বৃত্ত' অমুম্না খঙনৈ।

৪০-৪১ (ক)।
ষড়্‌বিংশতিঃ স্মৃতানীহ পাদৈঃ ছন্দাংসি সংখ্যয়া।
সমঞ্চার্ধসমঞ্চৈব তথা বিষমমেব চ ॥
ছন্দোযুক্ত সমাসেন নিবদ্ধং বৃত্তমিষ্যতে।

---

১। যতি—শ্লোক থীবদা লৈ-গী পোথাকম।

২। ছেদ—শব্দক নত্রগা তাংককপু খঙনৈ; ময়েক ৩/৩ না শাবা 'গণ' হায়না খঙনবা ভাগবু খঙনবা য়াই। খুদম ওইনা মখং মখং গুরু অক্ষর অহুমা শাববু মগণ কৌই।

৩। ময়েক মশীং— খুদম ওইনা 'ইন্দ্রবজ্রা-ছন্দগী ময়েক ১১ নি।

১। মতাং অসিদা 'ছন্দ' হায়বা রাহৈ অসি তোপা শীজিন্নবদা বিসর্গ হাপ-লমদে; কম্মিনা, সবনদগী মমাংদাদ সন্ধিগী নিয়ম মতুংইন্না ছন্দঃ হায়বগী মহুত্তা ও-কার তমগী চৎনবী লৈ।

অর্থ। পাদ-শিংগী তোঙান তোঙানবা ব্যবস্থা মতুংইন্না শেম্বা অহুম্বা ছন্দশিংগী মমীং পুম্না কুন তরক্ক ওই-মতুদি — সম[2], অর্ধসম[3], অমসুং বিষম[4]। অদুন্না শৃপচিনবা মওঙদা ছন্দ কোম্নবা নিবদ্ধপদ মথল অহুমনি[5]।

৪১ (খ)-৪২।

নানাবৃত্তবিনিষ্পন্নং শব্দমূলং তু তৎস্মৃতম্ ॥
ছন্দোহীনো ন শব্দোঽস্তি নচ্ছন্দঃ শব্দবর্জিতঃ।
তস্মাত্তূভয়ে সংযুক্তে নাট্যস্যোদ্যোতকে স্মৃতে ॥

অর্থ। ( নিবদ্ধ রচনাদি ) বৃত্তি মথল মথলগী ওইগনি অমসুং শব্দনা য়ুম্ফম ওইগনি। ছন্দ য়াওদবা শব্দ ( য়াহৈ ) লৈতে, শব্দ য়াওদবা ছন্দসু লৈতে। অনি অসিগী তিন্নবা মশক্তা নাট্যগী মঙাল ওইনা ঙাহোকহল্লি।

৪৩-৪৯ (ক)।

একাক্ষরং ভবেদুক্তম্ অত্যুক্তং দ্ব্যক্ষরং ভবেৎ।
মধ্যং ত্র্যক্ষরমিত্যাহুঃ প্রতিষ্ঠা চতুরক্ষরা ॥
সুপ্রতিষ্ঠা ভবেৎ পঞ্চ গায়ত্রী ষড় ভবেদিহ।
সপ্তাক্ষরা ভবেদুষ্ণিগ্ অষ্টৌ চানুষ্টুবুচ্যতে ॥
নবাক্ষরা তু বৃহতী পঙ্ক্তিশ্চৈব দশাক্ষরা।
একাদশাক্ষরা ত্রিষ্টুব্ জগতী দ্বাদশাক্ষরা ॥
ত্রয়োদশাঽতিজগতী শক্বরী তু চতুর্দশি।
অতিশক্বরী পঞ্চদশ ষোড়শাষ্টিঃ প্রকীর্তিতা ॥
অত্যষ্টিঃ স্যাৎ সপ্তদশ ধৃতিরষ্টাদশাক্ষরা।

---

২। সম—মসিগী বৃত্তি অসিদদি পাদ ৪ গী অমমবদা লঘু-গুরু-বর্ণ চপমান্নগনি।

৩। অর্ধসম—মসিগী বৃত্তিদনা অহানবা অহুমশুবা পাদগী মশক মান্নগনি, অনিশুবা মরিশুবা মান্নগনি।

৪। বিষম—অসিগুম্বা বৃত্তি মথল অসিদদি পাদ খুদিংমক অমত্তা মান্নদে।

৫। মসিগী মতমদি শ্লোক ৯৬ (ক) য়েংউ।

একোনবিংশতির্ধৃতিঃ কৃতির্বিংশতিরেব চ ॥
প্রকৃতিশ্চৈকবিংশত্যা দ্বাবিংশত্যাকৃতিস্তথা।
বিকৃতিশ্চ ত্রয়োবিংশা চতুর্বিংশা চ সংকৃতিঃ ॥
পঞ্চবিংশত্যতিকৃতিঃ ষড়্‌বিংশত্যুৎকৃতির্ভবেৎ।

অর্থ। অক্ষর ( syllble ) অমনা শেম্বা বৃত্তবু 'উক্ত' কৌই। অহুম্না অনিনা শেম্বা বৃত্তনা 'অত্যুক্ত' অক্ষর মরিগীনা 'প্রতিষ্ঠা' মঙাগীনা 'সুপ্রতিষ্ঠা' তরুকীনা 'গায়ত্রী', তরেৎনা শাবনা 'উষ্ণিক্', নিপানবা শাবনা 'অনুষ্টুপ্' মাপনগীনা 'বৃহতী', তরাগীনা 'পংক্তি', তরামাথোইগীনা 'ত্রিষ্টুভ' তরানিথোইগীনা 'অতিজগতী' তরামরিনা শাবনা 'শক্করী', তরামঙাগীনা 'অতিশক্করী', তরাতরুক্না শাবনা 'অষ্টি', তরাতরেৎকীনা 'অত্যষ্টি' তরানিপালগীনা 'ধৃতি', তরা-মাপনগীনা 'অতিধৃতি', ময়েক কুনবা শাবনা 'কৃতি', কুনমাথোইগীনা 'প্রকৃতি, কুননিথোইগীনা 'অত্যাকৃতি', কুনহুমদোইগীনা 'বিকৃতি',। ময়েক কুনমরিনা শাবনা 'সংকৃতি'। কুনমঙানা শাবনা 'অতিকৃতি', কুনতরুক্না শাবনা 'উৎকৃতি' হায়না কৌই।

৪৯ (খ)-৫১।

অতোঽধিকাক্ষরং যত্তু মালাবৃত্তং তদিষ্যতে ॥
ছন্দসাং তু ভবেদেষাং ভেদোঽনেকবিধঃ পৃথক্।
অসংখ্যপরিমাণানি বৃত্তান্যাহুরতো বুধাঃ ॥
গায়ত্রীপ্রভৃতিত্বেষাং প্রমাণং সংবিধীয়তে।
প্রয়োগজানি সর্বাণি প্রায়স্তানি ভবন্তি ( ন ) ॥

অর্থ। মথক্তা হায়রিবা মশীং অসিদগী হেনবা বৃত্তবু 'মালাবৃত্ত' হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা ছন্দশিংগীদি তোঙান তোঙানবা মথল কয়া থোক্লা লৈ। মরম অসিদগী পণ্ডিতশিংনা বৃত্তগী মশীং নাইদে হায়রম্বনি। গায়ত্রীনচিংবা ময়েক মশীং অক্করবশিংগী মতৌ মথাদা হায়রকলি অদুবু মথোয় পুম্নমক লোইনা শীজিন্নবদি নত্তে।

৫২-৭৬।

বৃত্তানাং হি চতুষ্‌ষষ্টির্গায়ত্রী পরিকীর্তিতা।
শতং বিংশতিরষ্টৌ চ বৃত্তান্যুষ্ণিগথোচ্যতে॥
ষট্‌পঞ্চাশচ্ছতং চৈব বৃত্তানামপ্যনুষ্টুভঃ।
শতানি পঞ্চবৃত্তানাং বৃহত্যাং দ্বাদশৈব চ॥
পংক্তেঃ সহস্রং বৃত্তানাং চতুর্বিংশতিরেব চ।
ত্রিষ্টুভো দ্বে সহস্রে চ চত্বারিংশত্তথাষ্ট চ॥
সহস্রাণ্যপি চত্বারি নবতৌ চ ষডুত্তরা।
জগত্যাঃ সমবর্ণানাং বৃত্তানামিহ সর্বশঃ॥
শতমষ্টৌ সহস্রাণি দ্ব্যধিকা নবতিঃ পুনঃ।
জগত্যামতিপূর্বায়াং বৃত্তাংনাং পরিমাণতঃ॥
শতানি ত্রীণ্যশীতিশ্চ সহস্রাণ্যপি ষোড়শ।
বৃত্তানি চৈব চত্বারি শর্কর্যাঃ পরিসংখ্যয়া॥
দ্বাত্রিংশচ্চ সহস্রাণি সপ্ত চৈব শতানি চ।
অষ্টৌ ষষ্টিশ্চ বৃত্তানি হ্যাশ্রয়ন্ত্যতিশর্করাম্॥
পঞ্চষষ্টিসহস্রাণি সহস্রার্ধং তু সংখ্যয়া।
ষট্‌ত্রিংশচ্চৈব বৃত্তানাং অষ্টৌ নিগদিতানি চ॥
একত্রিংশৎ সহস্রাণি বৃত্তানাং চ দ্বিসপ্ততিঃ।
তথা শতসহস্রঞ্চ ছন্দস্যত্যষ্টি সংজ্ঞিতে॥
ধৃত্যামপি চ পিঙেন বৃত্তমাকলিতং ময়া।
তথা শতসহস্রে দ্বে শতমেকং তথৈব চ॥
দ্বিষষ্টিশ্চ সহস্রাণি চত্বারিংশচ্চ যোগতঃ।
চত্বারি চৈব বৃত্তানি সমসংখ্যানি যানি তু॥
অতিধৃত্যাং সহস্রাণি চতুর্বিংশতিরেব চ।
তথা শতসহস্রাণি পঞ্চ বৃত্তশতদ্বয়ম্॥
অষ্টাশীতিশ্চ বৃত্তানি বৃত্তজ্ঞৈঃ কথিতানি চ।

কৃতৌ শতসহস্রাণি দশ প্রোক্তানি সংখ্যয়া ॥
চত্বারিংশত্তথা চাষ্টৌ সহস্রাণি শতানি চ।
পঞ্চষট্‌সপ্ততিশ্চৈব বৃত্তানাং পরিমাণতঃ॥
তথা শতসহস্রাণাং প্রকৃতৌ বিংশতির্ভবেৎ।
সপ্ত বৈ গদিতং হ্যত্র নবতিশ্চৈব সংখ্যয়া॥
সহস্রাণি শতঞ্চৈকং দ্বৌ পঞ্চশতমন্তরম্।
বৃত্তানি পরিমাণেন বৃত্তজ্ঞৈর্গদিতানি তু॥
চত্বারিংশত্তথৈকং চ সহস্রাণাং শতানি তু।
তথা চেহ সহস্রাণি নবতিশ্চতুরুত্তরা॥
শতত্রয়ং সমাখ্যাতং হ্যাকৃত্যাং চতুরুত্তরম্।
জ্ঞেয়া শতসহস্রাণামশীতিস্ত্র্যাধিকা বুধৈঃ॥
অষ্টাশীতিসহস্রাণি বৃত্তানাং ষট্‌ছতানি চ।
অষ্টৌ চৈব তু বৃত্তানি বিকৃত্যাং গদিতানি তু॥
তথা শতসহস্রাণি সপ্তষষ্টিশ্চ সপ্ততিঃ।
সপ্ত চৈব সহস্রাণি ষোড়শ দ্বে শতে তথা॥
কোটিশ্চৈবেহ বৃত্তানি সংকৃতৌ কথিতানি বৈ।
তথা শতসহস্রাণি পঞ্চত্রিংশচ্চ সংখ্যয়া॥
ত্রিস্রঃ কোট্যঃ সহস্রাণি চতুঃপঞ্চাশদেব চ।
শতানি চত্বারি তথা দ্বাত্রিংশৎ প্রবিভাগতঃ॥
বৃত্তান্যতিকৃতৌ চৈব ছন্দোজ্ঞৈঃ কথিতানি বৈ
ষট্‌কোট্যস্তু সহস্রাণাং শতানি হ্যেকসপ্ততিঃ॥
অষ্টৌ চৈব সহস্রাণি শতান্যষ্টৌ তথৈব চ।
চতুঃষষ্টিস্তু বৃত্তানি হ্যুৎকৃত্যাবপি সংখ্যয়া॥
উক্তান্যুৎকৃতিজাতানি বৃত্তসংখ্যাবিচক্ষণৈঃ।
এতেন চ বিকল্পেন বৃত্তান্যেতানি নির্দিশেৎ॥

অর্থ। মমবর্ণ ওইবা বৃত্তশিংগী মহুৎদা বৃত্তগায়ত্রীগী মমলনা ৬৪ নি, উষ্ণিক্‌না ১২৮, অনুষ্টুপ্‌না[1] ১৫৬ বৃহতীনা ৫১২, পংক্তিনা ১০২৪, ত্রিষ্টুভ্‌না ২০৪৮, জগতীনা ৪০৯৬[2] নি। অতিজগতীদা বৃত্ত ৮১৯২, শক্করীদা ১৬৩৮৪, অতিশক্করীদনা ৩২,৭৬৮, অষ্টিদা ৬৫,৫৩৬, অত্যষ্টিদনা ১,০৩,১৭২, ধৃতিদা ২৬২১৪৪, অতিধৃতিদনা ৫২. ৪২৮৮, কৃতিদা ১০৪৮৫৭৬, প্রকৃতিদা ২০৯৭১৫২, আকৃতিদনা ৪১৯৪৩০৪, বিকৃতিদা ৮৩৮০৬০৮, সংকৃতিদনা ১,৬৭৭৭২১৬, অতিকৃতিদনা ৩৩৫৫৪ ৪৩২, উৎকৃতিদনা ৬০৭১৮৮৬৪—নি হায়না অথঙ অহৈশিংনা হায়রম্মী।

৭৭ ৭৮।

> সর্বেষাং ছন্দসাং পিণ্ডং কোটয়োঽত্র ত্রয়োদশ।
> শতানি সপ্ত সপ্তৈব সহস্রাণি দশৈব চ॥
> তথা শতসহস্রাণাং দ্বিচত্বারিংশদত্র হি।
> ষড়্‌বিংশতিশ্চ বৃত্তানামিত্থং চান্ত্যং সমুচ্যতে॥

অর্থ। ছন্দ পুম্মক্কী, অপুনবা মশীং ১৩ ৪২ ১৭ ৭২৬নি। বৃত্তিশিংগী মশীংদি হায়রবসিনি। অমুকস্থু হায়রি—

৭৯-৮১ (ক)।

> সমানিগণনাযুক্তিমাশ্রিত্য কথিতানি বৈ।
> সর্বেষাং ছন্দসামেবং বৃত্তাংশং কথিতং ময়া॥
> এতেষান্তু পুনর্জ্ঞেয়ং ত্রিকৈর্বৃত্তপ্রবর্তনম্।
> একংবা বিংশতির্বাপি সহস্রং কোটিমেব চ॥
> সর্বেষাং ছন্দসামেষাং ত্রিকৈর্বৃত্তংপ্রযোজয়েৎ।

অর্থ। মশীং থীহনা 'সমবৃত্ত'গী মরম হায়রবসিনি। অহুগা ছন্দগী 'বৃত্তাংশ' পুম্মকস্থু ঐনা হায়রবসিনি। মথোর অসিগী মথেক ৩/৩না 'বৃত্ত' অমমম শাই হায়না শঙগনি। অমা, হুন, মীশীং মক্তগা

কোটিনচিংবা ওইনীংবা মশীংদু ওইশঙু ছন্দ, পূমমক অসিগী বৃত্তদি 'ত্রিক'শী মওংনি হায়রবদি ময়েক অহুম অহুমনা পুক্তিংনগাদবনি।

৮১ (খ)-৮২।

> জ্ঞেয়াস্ত্বাষ্টৌ ত্রিকাস্তত্র সংজ্ঞাভিঃ স্থানমক্ষরম্॥
> ত্রীণ্যক্ষরাণি বিজ্ঞেয়স্ত্রিকোঽংশঃ পরিকল্পিতঃ।
> গুরুলঘ্বক্ষরকৃতঃ সর্ববৃত্তেষু নিত্যশঃ॥

অর্থ। 'ত্রিক' মখল নিপাল ওই, মাগী মাগী সংজ্ঞানা মশক খঙনৈ। অক্ষর অহুমনা ত্রিক হায়বসি ওই। ছন্দ পূমমক্তা 'ত্রিক'শী অংশদি মতম অপূম্বদা গুরু লঘু[২] ময়েক্কা ওই।

৮৩-৮৪।

> গুরুপূর্বো ভকারঃ স্যান্মকারস্ত্ব গুরুত্রিকম্।
> জকারো গুরুমধ্যস্থঃ সকারোঽন্ত্যগুরুস্তথা॥
> লঘুমধ্যস্থিতো রেফস্তকারোঽন্ত্যলঘুঃ পরঃ।
> লঘুপূর্বো যকারস্তু নকারস্তু লঘুত্রয়ম্।
> এতে হ্যষ্টৌ ত্রিকাঃ প্রাজ্ঞৈর্বিজ্ঞেয়া ব্রহ্মসম্ভবাঃ॥

অর্থ। অহানবা ময়েক্কা গুরু ওইরবদি ভগণ ওই, গুরু অক্ষর (ময়েক) অহুম লৈরগনা ম-গণ, গুরু মধ্যনা (ময়ায়দা গুরু ওইবনা) স-কার, অরোইবদা গুরু ওইবনা স-কার, ময়ায়দা লঘু ওইবনা র-কার, মমৈগী লঘুনা ত, অহানবা লঘুনা য, লঘু অহুমনা ন—ব্রহ্মাদগী থোক্লকপা নিপান অসিবু ত্রিকশী মরম (অহুম চংগী শাক্তং) খঙবশিংনা খঙগদবা ওই।

১। ত্রিক — অক্ষর অহুমনা য়েবা 'গণ'দি, মচুদি, লঘু অক্ষর অহুমনা ন-গণ ওই
২। অহানবনা লঘু-অমত্তং মথংগী অনিদা গুরু ওইরবদি য-গণ ওই।

৮৫-৮৬ (ক)।

লাঘবার্থং পুনরমী ছন্দোমানমবেক্ষ্য চ।
অস্বরাঃ সস্বরাশ্চৈব প্রোচ্যন্তে বৃত্তলক্ষণে॥
গুর্বেকং গিতি বিজ্ঞেয়ং তথা লঘু লিতি স্মৃতম্।

অর্থ। বৃত্তগী লক্ষণ উৎপদা শমজিম্নবগীদমক অমসুং ছন্দগী মচাং খণ্ডহম্নবগী মায়কৈদা মখোয়শিং অসিবু ( ত্রিকশিং ) স্বর য়াওবা য়াওদবা ওইনা শীজিন্নৈ।

গুরু অক্ষর অমবু 'গ' অদুগা লঘু অক্ষর অমবুনা 'ল' হায়রগা খঙনৈ।

৮৬ (খ)। নিয়তঃ পদবিচ্ছেদো যতিরিত্যভিধীয়তে॥

অর্থ পদবিচ্ছেদ ( পদবু খাইদোয়কপদা ) তোৎবদা চঙবা মতমগী মচাংবু 'যতি' কৌই।

৮৭। গুরুদীর্ঘং প্লুতশ্চৈব সংযোগপরমেব চ।
সানুস্বারবিসর্গঞ্চ তথান্ত্যঞ্চ লঘু ক্বচিৎ॥

অর্থ। দীর্ঘ স্বর, প্লুতস্বর, তপ্নবা ম'য়কী মমাঙ্ থাবা স্বর, অনুস্বার য়াওবা অমসুং বিসর্গ ভপ্পা স্বর—মখোয় অসিদি গুরু ওইগনি; অদুগা করি করিগুম্বদদু লঘু ওইবা বর্ণনা[১] গুরু ওইবসু য়াওরকই।

৮৮। সংপদ্বিরামপাদশ্চ দৈবতস্থানমক্ষরম্।
বর্ণঃ স্বরোঽধিকং বৃত্তমিতি ছন্দোগতো বিধিঃ॥

---

১। অদুদি পাদান্ত ( পাদকী মরৈরা )। ২। মথংগী শ্লোক লেংউ

অর্থ। সম্পদ[2] বিরাম ( যতি ), পাদ, দৈবত[3] স্থান[4], অক্ষর, বর্ণ, স্বর অমসুং অহেনবা মওঙশিং বৃত্ত[5]—মখোয় অসি ছন্দগা মরী লৈনবা নিয়মশিং মথং চল্লি।

## সম্পদ্

৮৯। নৈবাতিরিক্তং হীনং বা যত্র সংপদ্যতে ক্রমঃ।
বিধানাচ্ছন্দসামেষাং সংপদিত্যভিসংজ্ঞিতা ॥

অর্থ। ছন্দশিং পূরমক্তী অকরবা নিয়মগী বাংমা লায়া এয়েক মশীং হেনবা নত্রগা বাংপনচিংবা ভৌবা লৈতবা অচুপ্পা শ্লোক অদুবু 'সম্পদ্' অহুয়া খঙনৈ।

## বিরাম ( পোথাকম )

৯০ (ক)। যত্রার্থস্য সমাপ্তিঃ স্যাৎ স বিরাম ইতি স্মৃতঃ।

অর্থ। অর্থ কোংদোকপগী অরোইবা মকম অদুবু 'বিরাম' হায়না খঙনৈ।

## পাদ ( মখোঙ )

৯০ (খ)। পাদশ্চ পদ্যতে ধাতোশ্চতুর্ভাগ ইতি স্মৃতঃ ॥

অর্থ। পদ্ ধাতুদগী থোকপা পাদ হায়বা বাহৈ অসিনা শ্লোককী মরি থোকপগী অমবু খঙনৈ।

## দৈবত ( লাইশিং )

৯১। অগ্ন্যাদি দৈবতং প্রোক্তং

---

৩। দৈবত-শ্লোক ৯১ (খ) য়েংউ, ৪। স্থান—শ্লোক ৯১ য়েংউ

৫। অধিক বৃত্ত—অকরবা ময়েকশী হেক্কোনা ঊনবা ছন্দ ( hypometric )

অর্থ। মৈ ( অগ্নি ) নচিংবনু ছন্দশিংগী আধার দেবতা-নি হায়না লৌগনি।

## স্থান ( মফম )

৯১-৯২ (ক)। স্থানং দ্বিবিধমুচ্যতে।
শারীরাশ্রয়সংভূতং দিগাশ্রয়মথাপি চ॥
শরীরং মন্ত্রসংভূতং ছন্দোগায়ত্রসংজ্ঞিতম্।

অর্থ। ছন্দগী মফম অনিনি মহুদি—শরীরাশ্রিত ( হকচাংদা ওইবা ) অমসুং দিগাশ্রিত ( মায়কৈ )। হকচাংদগী থোকপা মন্ত্রদগী গায়ত্রী হায়না খঙনবা ছন্দ অসি ওইবনি।

৯২ (খ)-৯৩ (ক)।
ক্রুষ্টে মধ্যং দিনং প্রোক্তং ত্রৈষ্টুভং পরিকীর্ত্যতে॥
তৃতীয়সবনঞ্চাপি শীর্ষণ্যং জাগতং হি যৎ।

অর্থ। মসিগী অর্থ মথোঙ খঙদবদগী থাদোক্লে।

৯৩ (খ)। হ্রস্বদীর্ঘপ্লুতৈশ্চৈব ত্রিবিধঞ্চাক্ষরং স্মৃতম্॥

অর্থ। অক্ষর মথম অহুমনি মহুদি—হ্রস্ব, দীর্ঘ অমসুং প্লুত।

## ছন্দগী মচুশিং

৯৪। শ্বেতাদয়স্তথা বর্ণা বিজ্ঞেয়াচ্ছন্দসামিহ।

অর্থ। ছন্দশিংগী মচুদি অঙৌবনচিংবনি খঙগনি।

---

১। ঊকালোঽজ্ঝ্রস্বদীর্ঘ প্লুতঃ ( পাণিনি ১,২,২৭ )। উ ঊ অমসুং উ৩ অহুম অনিদা 'বঃ' ওই। খুদম—সাধুগী বচনদা সাধবঃ। মথোয় অসিগী হায়দোকপগী অকক্নবা মতমগী চাং অমুদা হায়দোকপা স্বর অদুবু 'প্লুত' কৌই। অমাঙদা কৌবা ঊংশ শকপা অমসুং কপ্পা প্লুত স্বর ওই।

## স্বরবর্ণগী অঙেন অমাং

৯৪ (খ)-৯৫।

তারশ্চৈব হি মন্দ্রশ্চ মধ্যমস্ত্রিবিধঃ স্বরঃ॥
ধ্রুবাবিধানে চৈবাস্য সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্।
বিধিঃ কালকৃতশ্চৈব তথৈবার্থকৃতো ভবেৎ[১]॥

অর্থ। স্বরবর্ণ মখল অহুমনি মহুদি—তার, মন্দ্র অমসুং মধ্যম। ধ্রুবাগী নিয়ম তাকপা মতাংদা মসিগী লক্ষণ হায়রকথিগনি। নিয়মদি মতম অমসুং অর্থগা মরী লৈনৈ।

## বৃত্ত মখল অহুম

৯৬ (ক)। বৃত্তমর্ধসমং চৈব বিষমং সমমেব চ॥

অর্থ। বৃত্তমু অর্ধসম, বিষম অমসুং সম[১] হায়না থায়দোকই।

৯৬ (খ)-৯৭(ক)।

ছন্দসো যস্য পদঃ স্যাদ্ধীনো বাঽধিক এব বা॥
বৃত্তং নিবৃদিতি প্রোক্তং ভুরুক্ চেতি দ্বিজোত্তমাঃ।

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ অফোইবা পুরমক! করিগুম্বা ছন্দ অমগী [২]চরণদা অকরবা মশাগী অক্ষর (ময়েক) মশীং লৈফম থোকপা লৈত-হুনা য়াংপা নত্রগা হেনবা তোরবদি মথংশিংনা মদুবু 'নিবৃৎ' অমসুং 'ভুরুক' হায়না খঙনৈ।

৯৭ (খ)-৯৮(ক)।

অক্ষরাভ্যাং যদা দ্বাভ্যামধিকং হীনমেব বা॥
তচ্ছন্দো নামতো জ্ঞেয়ং স্বরাড়িতি বিরাডপি।

---

১। ৪০-৪১ (ক)-গী শ্লোক দেখউ।

২। পয়েং ৪ না শাবা শৈরেংগী পারেং অমনা চরণ অমনি

অর্থ। মরেক অমি হেন্না মক্রগা বাৎনাবা ছন্দবু মখংশিংনা 'স্বরাট্' অমসুং 'বিরাট্' হায়না কৌই।

৯৮(খ)-৯৯(ক)।

সর্বেষামেব বৃত্তানাংস্তজ্‌ জ্ঞৈজ্ঞের্য়া গণাস্ত্রয়ঃ॥
দিব্যো দিব্যেতরশ্চৈব দিব্যমানুষ এব চ।

অর্থ। অথন্ত-অহৈ পণ্ডিতশিংনা বৃত্তি অপুম্বগী ওইনা খুদাংমক্তা গণ অহুম অহুম লৈ হায়রবদি খণ্ডপদবা ওই মহুদি—দিব্য, দিব্যেতর (মীওইবা), অমসুং দিব্যমানুষ।

৯৯(খ)-১০০(ক)।

গায়ত্র্যুষ্ণিগনুষ্টুপ্‌ চ বৃহতী পংক্তিরেব চ॥
ত্রিষ্টুপ্‌ চ জগতী চৈব দিব্যোঽয়ং প্রথমো গণঃ।

অর্থ। গায়ত্রী, উষ্ণিক্, অনুষ্টুপ্‌, বৃহতী, পংক্তি, ত্রিষ্টুপ্‌ অমসুং জগতী—হায়রিবা ছন্দশিং অসিনা অহানবনি হায়বদি 'দিব্য' গণগী মমুং চল্লি।

১০০ (খ)-১০১ (ক)।

তথাতিজগতী চৈব শক্করী চাতিশক্করী॥
অষ্টিরত্যষ্টিরপি চ ধৃতিশ্চাতিধৃতির্গণঃ।

অর্থ। অতিজগতী, শক্করী, অতিশক্করী, অষ্টি, অত্যষ্টি, ধৃতি অমদি অতিধৃতি—মখোয় অসিনা অনিশুবা গণনি হায়বদি দিব্যেতরগী মমুং চল্লি।

১০১(খ)-১০২ (ক)।

কৃতিশ্চ প্রকৃতিশ্চৈব হ্যাকৃতির্বিকৃতিস্তথা॥
সংকৃত্যতিকৃতী চৈব উৎকৃতির্দিব্যমানুষঃ।

অর্থ। কৃতি, প্রকৃতি, আকৃতি, বিকৃতি, সংকৃতি, অভিকৃতি অমসুং উৎকৃতি—মখোয় অসিনা অহুমগুবা দিব্যমানুষ গণশী মচুং চনি

১০২ (খ । গুরুলঘ্বক্ষরানীহ সর্বছন্দসৃসু দর্শয়েৎ ॥

অর্থ। ছন্দ পুম্নমক্তা গুরু অমসুং লঘু ওইবা ময়েকশিং উৎকদবনি ॥

১০৩।

ইতি ছন্দাংসি যানীহ ময়োক্তানি দ্বিজোত্তমাঃ।
বৃত্তান্যে ( তানি ) নাট্যেঽস্মিন্ প্রযোজ্যানি নিবোধত ॥

অর্থ। হে অথোইবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক। ঐনা হায়জখিবা ছন্দশি অসিগী মচুংদা নাট্যদা শীজিন্নগদবশিং অহুগী মরম অমুক তাবিয়ু।

ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা বাচিকাভিনয়দা ( বাঙাঙগী শক্তক্তা ) ছন্দগী মথক শায়দোকপা ( ছন্দোবিভাগ ) হায়না কৌবা তরামঙাগুবা ভাংক অহু মতাং অসিদা লোইরে।

## তরাতরুকশুবা তাংকক

# ছন্দোবিচিতি

( ছন্দগী অপূনবা মশক )

১-২। আদ্যে পুনরন্ত্যে দ্বে দ্বে গুরুণী চেৎ।
বৃত্তং তনু-মধ্যা গায়ত্রসমুত্থা॥

যথা—

সংত্যক্তবিভূষা ভ্রষ্টাঞ্জননেত্রা।
হস্তার্পিতগণ্ডা কিংত্বং তনুমধ্যা॥

অর্থ। অহৌবা অমসুং অরোইবদা গুরু অক্ষর অনি অনি লৈরবদি মদুবু গায়ত্রীদগী থোকপা 'তনুমধ্যা-ছন্দ' হায়না কৌই।

খুদমদি—হে খ্বাঙজেংবী! নশাগী লৈতেং কহিন্থ য়াওদনা, মিত্তা কাঁজল কাওবা থাদনা করিগীদমক্তা খুৎনা চায়রুং শৌহনা কমলিবনো?

৩ ৪। লঘুগণ আদ্যো ভবতি চতুষ্কে।
গুরুযুগমন্তে মকরকশীর্ষে॥

যথা—

স্বয়মুপযান্তং ভজসি ন কান্তম্।
ভয়ঙ্করি কিং ত্বং মকরকশীর্ষা॥

অর্থ। পাদ খুদীংমক্কী অহানবা ময়েক মরিনা লঘু ওইরগা মথংগী অনিনা গুরু ওইরবদি মদুবু 'মকর-শীর্ষা' হায়না কৌই।

মহৌদি—

মখোঙনা খোংনা চঙজরক্লবা মুংশিবা অদুবু করিগীদমক নঙনা লংনবিখিবনো? হে অকিবগী মশক ওইবী, নঙগী নকোক অদুবু কা মকোক পাল্লবরা?

৫-৬। ষড়ক্ষরকৃতে পাদে লঘু যত্র দ্বিতীয়কম্।
শেষাণি তু গুরূণি স্যুর্মালিনী সা মতা যথা॥

যথা—

স্নানগন্ধ স্রগ্‌ভির্বস্ত্রভূষাযোগৈঃ।
ব্যক্তবেষা ত্বং মালিনী প্রখ্যাতা॥

অর্থ। মরেক তরুক্লা শাবা পাদদা অনিশুবা ময়েক্লা লঘু অদুগা অরেম্বা অতৈ পুম্নমক্লা গুরু ওইরবদি মদুবু 'মালিনী' হায়না খঙনৈ।

মহৌদি—

শেংনা ইকরুবোকপগী মহৌ, নশাগী মুংশিবা মনম, শিরিবা লৈরাং পরেং, শেংলিবা চারিবা কীজোন অমদি নশাগী লৈতেংশিং অদুনা মরম ওইদুনা নহাক অসিবু থ্বায়না খঙ্‌নবী 'মালি ী' কৌবী অদুনি হায়না অদুমক ফোংদোকলি।

৭-৮। দ্বিতীয়ং পঞ্চমং চৈব লঘু যত্র প্রতিষ্ঠিতম্।
শেষাণি চ গুরূনি স্যুর্মালতী নাম সা যথা॥

যথা—

শোভতে বদ্ধয়া ষট্‌পদাবিদ্ধয়া।
মালতী মালয়া মানিনী লীলয়া॥

অর্থ। অনিশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েক্লা লঘু ওইরগা অতৈ ময়েকশিংনা গুরু ওইরবদি মদুবু 'মালতী' হায়না কৌই।

মহৌদি—

'য়েংউ; ওইনচাউবী অসে, খোইদু ইকবা মালতী পরেংঙা কেনা মঙক্লা লৈজেংনবনা করম্‌গী মতিক কঞ্জরিবনো।

৯-১০। দ্বিতীয়ং চ চতুর্থং চ পঞ্চমং চ যদা লঘু।
যস্যাঃ সপ্তাক্ষরে পাদে সা জ্ঞেয়াভুদ্ধতা যথা॥

যথা—

দন্তঘাতকৃতাঙ্কং ব্যাকুলালকশোভনম্।
শংসতীব তবাস্যং নির্ভরং রতযুদ্ধম্॥

অর্থ। ময়েক তরেৎনা শাবা পাদগী অনিশুবা, মরিশুবা অমসুং মঙাশুব বর্ণনা লঘু ওইরবদি মদুবু 'উদ্ধতা' ছন্দ কৌই।

মহুদি—

য়াথুননা লৈতেংলবী মায়থোং, লাঙজরনা চোইনা তাবী লাইপক্কী শমজোইশিং—অসিশুবী নঙগী মায়থোং মতা অসিনা নহাক অমি অকনবা লানথম অমা মায়োক্লকুবগী মতৌ শেংনা ফোঙদোকলি।

১১-১২। আদৌ দ্বে নিধনে চৈব গুরুণী যত্র বৈ সদা।
পাদে সপ্তাক্ষরে জ্ঞেয় সা তু ভ্রমরমালিকা॥

যথা —

নানাকুসুমচিত্রে প্রাপ্তে সুরভিমাসে।
এষা ভ্রমতি পুষ্পে মত্তা ভ্রমরমালা॥

অর্থ। ময়েক তরেৎনা শাবা পাদদগী অহানবা ময়েক অমি অমসুং অরোইবা ময়েক অনিনা গুরু ওইরবদি মদুবু 'ভ্রমর-মালিকা' হায়না কৌই।

মহুদি—

লৈরাং মখল মখলমা লৈতেংবী, হৈনম লৈনম চেনবী অতুগুবী 'লমদা' কৌবী থা অহু য়োরকলে, ককঙাগুনবা খোইমু মপেনা লৈরাং লৈকা তমহুনা মকম থুদীং থুংনা পাইরকলে।

১৩-১৪। আদ্যং তৃতীয়মন্ত্যং চ পঞ্চমং তথা।
গুরুণ্যষ্টাক্ষরে পাদে সিংহলীলেতি সা স্মৃতা॥

যথা—

যত্ত্বয়া হ্যনেকভাবাচ্চেষ্টিতং রতং সুগাত্রি।
তন্মনো মম প্রবিষ্টং বৃত্তমত্র সিংহলীলম্ ॥

অর্থ। ময়েক নিপাননা শাবা পাদদা অহানবা, অহুমগুবা, মঙা গুবা অমম্সুং অয়োইবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি মহুগী মমিং 'সিংহলীল' হায়না কৌই।

মহুদি—

হে শাবান নীংথিবী! নোংশা অমোমগুমনা ( সিংহলীলা বৃত্তি ) নহাক্না উৎলিবা হুংশি-হুংওন-লীলা-লৈপূনগী ইঙ্গিত পোইরে মতৌ পুমমক অহুনা ঐগী লকান্নুংদা মথি তাশিল্লি।

১৫-১৬। চতুর্থং চ দ্বিতীয়ং চ ষষ্ঠমষ্টমমেব চ।
গুরূণ্যষ্টাক্ষরে পাদে বদন্তি মত্তচেষ্টিতম্ ॥

যথা—

মদাবঘূর্ণিতেক্ষণং বিলম্বিতালকাকুলম্।
অসংস্থিতৈঃ পদৈঃ প্রিয়া করোতি মত্তচেষ্টিতম্ ॥

অর্থ। ময়েক নিপাননা শাবা পাদদা অনিগুবা, মরিগুবা, তরুক-গুবা অমসুং নিপানগুবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি মদুবু 'মত্তচেষ্টিত' হায়না কৌই।

মহুদি—

নেশানা ময়াই কারবী চাম্বীগী মমিং অনিমক উরু রু লৈরি, মকোক্কী শমুন নীংথায়রুনা তারি অমদি মখোঙ অনিমকসু থুবম চেন্ত্রি— অহুন্না মানা ময়াই কাহুনা ভাওরবা মীগুম তৌথোরকলি।

১৭-১৮।

অষ্টাক্ষরকৃতে পাদে সর্বাণ্যেব ভবন্তি হি।
গুরূণি যস্মিন্ সা নাম্না বিদ্যুন্মালেতি সংজ্ঞিতা ॥

যথা—

সান্দ্রাম্ভোভির্নানাম্ভোদৈঃ শ্যামাকারৈর্ব্যাপ্তে ব্যোম্নি।
আদিত্যাংশুস্পর্ধিন্যেষা দিক্ষু ভ্রান্তা বিদ্যুল্লেখা॥

অর্থ। ময়েক নিপানবা শাবা পাদগী ময়েক পুম্নমক গুরু ওইর-বদি মতুগী মমিং 'বিদ্যুল্লেখা' হায়না কৌই।

মতুদি—

কুংনা শংমুনরবা ঈশিং পুবা অমংবা নোংনা আতিয়া মকোয় শীনবা খুংগ্রে অতুগা মু'মং মঙানমক্তা শীংনবা ওস্বা অরংবা নোংথাঙ মরীনা মায়কৈ খুদীং খুংনা চৎলি।

১৯-২০। পঞ্চমং সপ্তমং চান্ত্যং গুরু পাদেঽষ্টকে তথা।
ছন্দোজ্ঞৈর্জ্ঞেয়মেতত্তু বৃত্তং চিত্তবিলসিতম্॥

যথা—

স্মিতবশবিপ্রকাশৈর্দশনপদৈরমীভিঃ।
বরতনু পূর্ণচন্দ্রং তব মুখমারুণোতি॥

অর্থ। ময়েক নিপানগী পাদদা মঙাশুবা, তরেৎশুবা, অমসুং অরোইবা ময়েক্তা গুরু ওইরবদি ছন্দ হৈবশিংনা মদুবু 'চিত্ত-বিলাসিত' হায়না খঙনৈ।

মতুদি—

হে শাবান নীংথিজবী! নঙ্গী খোয়রুম মোমোন মীনোক্তা মকা কোংলকপা য়াগী পরেংনা নঙগী থাজ মায়থোং অদুবু ফাওবা মকশিলহল্লি।

২১-২২। নবাক্ষর কৃতে পাদে ত্রীণি স্যুর্নৈধনানি তু।

যথা—

কুসুমিতমভিপশ্যন্তী বিবিধতরুগণৈশ্ছন্নম্।
বনমনিলসুগন্ধাঢ্যং ভ্রমতি মধুকরী হৃষ্টা॥

অর্থ। ময়েক মাপনবা শাবা পাদদা অকোনবা ময়েক অহুম
গুরু ওইবগু 'মধুকরী' হায়না কৌই।

মহুদি—

ঊপাল্ল বাপলনা কুংনা হৌবা, ঙুংশিংনা ঙুংশিবা লৈনব চাই
খোকপা, অশাংপা লৈরাংনা থল্লা হৌবা অহুঙুম্বা বনসী লমদম অদ
ঊবদা হুরাউজরবী 'মধুকরী' (খোইমু অমোম) না কোয়না থুং
শাইদি।

২৩-২৪। দশাক্ষরকৃতে পাদে ত্রীণ্যাদৌ ত্রীণি নৈধনে।
যস্যাগুরূণি সা .জ্ঞেয়া পঙ্‌ক্তিরুৎপলমালিনী।

যথা—

অস্মিংস্তে ভ্রমরনিভে কান্তে নানারত্নরচিতভূষাঢ্যে
শোভামাবহতি শুভা মূর্ধ্নিপ্রোৎফুল্লা কুবলয়মালেয়

অর্থ। ময়েক ভরানা শাবা পাদদা অহানবা ময়েক অহুম
অকোনবগী ময়েক অহুমগনা গুরু ওইরবদি মহুগী মমিং 'উৎপ
মালিনী' হায়না কৌই।

মহুদি—

মখল মখা অয়াম্বা মণি মুক্তাগী লৈতেংনা থল্লবা নকোকী অম
শম্লাংদা নীংথিরবা থরো অশংবা পরেং অসিনা অমুক্তা হেন্না ফজহল্লি

২৫-২৬।

দ্বিতীয়ং চ চতুর্থং চ ষষ্ঠমষ্টমমেব চ।
হ্রস্বং দশাক্ষরে পাদে যত্র সা শিখিসারিণী॥

যথা—

নৈব তেঽস্তি সঙ্গমো মনুষ্যৈর্নাস্তি কামভোগচিহ্নমন্যৎ
গর্ভিণীব দৃশ্যসে হ্যনার্যে কিং ময়ূরসারিণী ত্বমেব॥

যথা—

এষোঽম্বুদনিঃস্বনতুল্যরবঃ ক্ষীরঃস্খলমানবিড়ম্বগতিঃ।
শ্রুত্বা ঘনগর্জিতমদ্রিতটে বৃক্ষান্ প্রতি মোটয়তি দ্বিরদঃ॥

অর্থ। ময়েক তরামাথোইগী পাদদা অহানবগী অনিশুবা, মঙাশুবা নিপানশুবা অমসুং অরোইবা ময়েক্কা গুরু ওইরবদি মদুগী মমিং 'মোটক' হায়না কৌই।

মহুদি—

নোংথোংবা তারগা শামু অসিনা চীংথোঙ্ ময়াদা নোংমথোল মায়া ঙংলি অহুগা হাইরঃ তুমং থাংবা খোঙ্থাংনা উজাউশিংগী মায়কৈ তম্না ফুজিল্লি।

৩১-৩২। নবমং সপ্তমং ষষ্ঠং তৃতীয়ং চ ভবেল্লঘু।
যত্রৈকাদশকে পাদে ইন্দ্রবজ্রেতি সা যথা॥

যথা—

ত্বং দুর্নিরীক্ষ্যা দুরিতস্বভাবা দুঃখৈকসাধ্যা কঠিনৈকভাবা।
সর্বাস্ববস্থাসু চ কামতন্ত্রে যোগ্যাসি কিংবা বহুনেন্দ্রবজ্রে॥

অর্থ। ময়েক তরামাথোইনা শাবা পাদদা অহুমশুবা, তরেৎশুবা, অমসুং মাপনশুবা ময়েক্কা লঘু ওইরবদি মাগী মমিং 'ইন্দ্রবজ্রা' হায়না কৌই।

মহুদি—

নহাক অসে অবাবা মতমদা থক উম্নহৈদবী, চুগরবী অমদি থুংহমবীনি। নঙ্গী থম্মোইবু ফংনবা হোৎনব্দা অরাবা কয়া থাঙ্বা তাই। থম্মোইকনবী, রাখল অমত্তদা কৈরেংননা চংগী মীওইনি। থুংশি-থুংওন মতৌ অমত্তনম্ নঙ্দি মতিক চাদবী অমনি। নঙ্দি ইন্দ্রগী বজ্রমকী মশক্নি।

৩৩-৩৪।

এভিরেব তু সংযুক্তা লঘুভিস্ত্রৈষ্টুভী যদা।
উপেন্দ্রবজ্রা বিজ্ঞেয়া লঘ্বাদাবিহ কেবলম্॥

যথা—

প্রিয়া চ বর্ণেন বিশেষণেন স্মিতেন কান্ত্যা সুকুমারভাবৎ।
অমী গুণা রূপগণানুরূপা ভবন্তি তে কিং তনুপেন্দ্রবজ্রা॥

অর্থ। অসিগুম্বা লঘু অক্ষর ময়াম্বা তিনবা ত্রৈষ্টুভ (হায়বদি ময়েক তরামাথোইগী ওইবা) পাদ অসিগী অহানবা ময়েক অহুতনা লঘু ওইরবদি মদু 'উপেন্দ্রবজ্রা' হায়না খঙনৈ। (হান্নগী লঘু ওইবা তোঙ্গপা অহানবা অহুতনা লঘু ওইবা)

মহুদি—

নশাগী নীংথিজবা মতৌ, ফজবা কুচু, মোমোন মীনোক, নঙান-নশা অমদি থাংপা নৌবনচিংবা গুণ পুম্নমক অসি নশকী কৌরোয় ইনবা ঙাকনি। নহাক অসিবু শোরারেনগী বজ্র অহুমক্রা ?

৩৫-৩৬। আদ্যং তৃতীয়মন্ত্যঞ্চ সপ্তমং নবমং তথা।
গুরূণ্যেকাদশে পাদে যত্র সা তু রথোদ্ধতা॥

যথা—

কিন্ত্বয়া সুভট (ধুর্য -বর্জিতং নাত্মনো ন
সুহৃদাং প্রিয়ং কৃতম্।
যৎপলায়নপরায়ণস্য তে যাতি ধূলিরধুনা
রথোদ্ধতা॥

অর্থ। ময়েক তরামাথোইগী পাদদা অহানবা, অহুমগুবা তরেৎ গুবা অমসুং মাপনগুবা অক্ষরগা অরোইবা ময়েক্সা গুরু ওইরবদি মদুবু রথোদ্ধতা' হায়না কৌই'।

মতংদি—

লান্দা হৈশিংলবা হে লাম্বী ! তোংলিবা রথ থাদোক্লমহনা নঙনা ঃশাগী অমদি মরূপ মপিজাশিংগী য়ানীংবা থবক তৌজে। নঙ্না চেনশ্রবদা নঙগী রথকী উফুন অদুদি মথক্তা রাংনা হাইগংলিবা ওইনা উরি ।

৩৭-৩৮ ।

আদ্যং তৃতীয়মন্ত্যঞ্চ সপ্তমং তথা ।
গুরূণি ত্রৈষ্টুভে পাদে যত্র সা স্বাগতা যথা ॥

যথা ।

অদ্যমে সদলমায়তনেত্রে জীবিতং মদনসংশ্রিতভাবম্ ।
আগতাসি সদনং মম যস্মাৎ স্বাগতং তব বরোরু নিষীদ ॥

অর্থ । ত্রৈষ্টুভ ( ময়েক তরামাথোইগী ) পাদদা অহানবা, অহুম শুবা, তরেৎশুবা অমসুং অরোইবা ময়েক্কা শুরু ওইরবদি মদুগী মমিং 'স্বাগতা' হায়না কৌই ।

মতংদি—

হে মিৎস্না কোয়রাওনবী, শকহেনবী ! ঙসি নঙনা ঐগী ইয়ুমদা লাকপীবসিনা ঐনা কামদেবদা চঙ্জবগী মহৈ ফংবা হায়বচু ওইজরে। হে কৈবোম মতা ফজবী ! নঙ্বু ঐনা তরাম্না ওকচরি, চানবীহুনা ফম্ফম লাংদা লৈভেংবীয়ু ।

৩৯-৪০ । ষষ্ঠঞ্চ নবমং চৈব লঘু স্যাৎ ত্রৈষ্টুভে যদি ।
চতুর্ভিরাদ্যৈর্বিচ্ছেদঃ সা জ্ঞেয়া শালিনী যথা ॥

যথা—

শীলভ্রষ্টে নির্গুণে যাহপ্রকোপা,
লোকে ধৈর্যাদপ্রিয়ং ন ব্রবীষি ।

আর্যং শীলং সাম্প্র হে তেহন্যবৃত্তং
মাধুর্যাঢ্যা সর্বদা শালিনী ত্বম্ ॥

অর্থ। ত্রৈষ্টুভ ( ময়েক ১১ ) গী পাদদা তরুক অমসুং মাপনগুবা ময়েক্না লঘু ওইরবা অগুপা অহানব, ময়েক মরিদনা বিচ্ছেদ ( পন্নেপ-কম যতি ? ) ওইরবা অছু ওইরবদি মদুবু 'শালিনী' হায়না খঙ্নৈ।

মহুদি—

লমচৎ নাইদবা অমদি মগুণ অমত্তমু চেন্নবা মী কাওবদা খক শাউবা লৈতনা অথাঙ্কনবী নতোনা কনাদমু অধীবা বাহৈ হায়রুবা লৈতবী হে সতী অথোইবী, নশাক্তি লোনচৎ-শাজৎ কজবী, নীংথিবী নগুণতনা নশাগী লৈতেং ওইনজবী অতুগুম্বী মতিকচাবী য়ুমলৈমা অহুমকী শক্তম পুবীনি ( শালিনী )।

৪১-৪২ ।

ষষ্ঠং তৃতীয়ং নবমং গুরূণ্যন্ত্যবথাপি বা।
যত্র তু দ্বাদশে পাদে তজ্জ্ঞেয়ং তোটকং বুধৈঃ ॥

যথা—

কিমিদং কপটাশ্রয়দুর্বিষহং বহুশাঠ্যমথোল্লণরূক্ষকথম্।
স্বজনপ্রিয়সজ্জনভেদকরং ননু তোটকবৃত্তমিদং কুরুষে॥

অর্থ। ময়েক তরানিথোইনা শাবা পাদদা অহুমগুবা তরুকগুবা, মাপনগুবা অমদি অরোইবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি মহুগী মমিং 'তোটক' হায়না কৌই।

মহুদি—

শাগৈ বাতৈ, মক্নপমপাং অমদি লৈবাক মচা তাবা অতৈ মীয়াম পুম্নমক্না তিন্নবা য়াদনবা অমদি কায়ননবা মচাক ওইগদবা অহুগুম্বা মত্তোনা তিনবা মীনম শোয়িবা মতো, মীনা থাঙ্গুমদবা পহুম্না খিন-বগুম থোক্কদবা নত্তাৎচাউবা অয়াকপা নল্লাহৈ খোনকম ঙাক্না

শীজিন্নহ্না নহাক্কা তশেংনমক মুংথংমকী মতৌশুম ( তোটক ) তৌবদি কৱিগীদমকনো ?

৪৩-৪৪। আদ্যং তৃতীয়মন্ত্যং চ পঞ্চমং ষষ্ঠমেব চ।
তথোপান্ত্যং জগত্যাং চ গুরু চেৎ কুমুদপ্রভা ॥

যথা—

কুমুদনিভা ত্বং কামবাণবিদ্ধা কিমসি নতভ্রূঃশীতবাতদগ্ধা।
মৃত্তনলিনীবাপাণ্ডুবক্ত্রশোভা কথমসি জাতা অগ্রত.সখীনাম্ ॥

অর্থ। জগতী ( ময়েক ১২ না শাবা ) পাদগী অহানবা, অহুম-শুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা, উপান্ত্য ( অরোইবগী মথক তাইনবা ) অমসুং অরোইবা ময়েক্কা গুরু ওইরবদি মহু 'কুমুদপ্রভা'নি।

মহুদি—

হে থম্বাল অঙৌবী ( কুমুদনিভা )। কামগী তেন্না থিন্নত্তুনা নিংথম-মুংশিংনা থেংবদা চাকথেক্লবী অনৌবী থাবীকথ মতৌশুম কুচু তাইফেং তাইবমখৈ সখীশিংগী মমাঙ্‌দা পীশূম শূকথনা লৈবদি কৱিগীদমকনো ?

৪৫-৪৬। দ্বাদশাক্ষরকে পাদে সপ্তমং লঘু
আদৌ পঞ্চাক্ষরে ছেদশ্চলেখেতি সা যথা ॥

যথা—

বক্ত্রং সৌম্যং তে পদ্মপত্রায়তাক্ষং
কামস্যাবাসং সুভ্রুবোশ্চাবভাসম্।
কান্ত্যা ত্বং কান্তে চন্দ্রলেখেব ভাসি ॥

অর্থ। ময়েক তরানিথোইগী পাদদা তরেৎ অমসুং তরাতৰা ময়েক্কা লঘু অংগা অহানবা ময়েক মঙাদা পোখ'কন ' যতি ) লৈরবদি মদুবু 'চন্দ্রলেখা' হায়না কৌবা ছন্দ অমনি খঙনগনি।

মহুদি—

হে চাম্নবী ! থম্বাল লৈকা শুমজবী কোয়রাওনবী মিংম্লানা লৈ-
চংনবী নঙ্গী মায়থোং অমদি নীংথিবী পীশুম অনিমক্কা কামগী
কম ওইরি। কাম কৌবা লাইমকপু ফাওবা মথোয় অসিনা
ভাহল্লি। অমম্নোমদনা নশাগী নঙাম্নমু মেঙ্লবা থাগী মশেকপুম
চন্দ্রলেখা ) চীক্কা ঈংনা ভাল্লি।

। ৪৮ । তৃতীয়মন্ত্যং নবমং পঞ্চমঞ্চ যদা গুরু।
দ্বাদশাক্ষরকে পাদে তদাস্যাৎ প্রমিতাক্ষরা॥

যথা—

স্মিতভাষিণী হ্যপলাঽপরুষা
নিভৃতাপবাদবিমুখী সততম্।
যদি কস্যচিদ্যুবতিরস্তি সুখা
প্রমিতাক্ষরা স হি পুমাঞ্জয়তি॥

অর্থ। ময়েক তরানিথোইগী পাদদা অহুমশুবা, মঙাশুবা, মাপন
। অমসুং অরোইবা ময়েক্কা গুরু ওইরবদি মহু 'প্রমিতাক্ষরা' হায়বা
ওই।

মহুদি—

নোকমি নোকমি তৌবী মায়থোংনা মাগী ওইবী, বাহৈ থোনফম
হবী, থকচানবা মতৌ য়াওদবী, অচীকপা মফম ফাওবদা মপুরোয়-
অথীবা মিংচৎ কোংদোক্তবী, মেঙ্না থোংনা রাঙাঙ্বী ( প্রমিতা-
। ওইবী ), মতম পুম্বদা হুংঙাইহনবী অহুগুম্বী নূপীবু মশাগী ওইনা
ঃবা নিপা অহুদি মফম মতম পুম্বদা জয় ওইবতনা মাগী শক্তক ওই।

৫০। দ্বিতীয় মন্ত্যং দশমং চতুর্থং পঞ্চমাষ্টমে।
গুরূণি দ্বাদশে পাদে বংশস্থং জগতীতু সা॥

যথা—

ন মে প্রিয়া যদ্ বহুমানবর্জিতা
কৃতাপ্রিয়া তৈঃ পরুষাভিভাষণৈঃ।
তথা চ পশ্যাম্যহমদ্য সা ধ্রুবং
ক্ষণেন বংশস্থগতিং করিষ্যতি॥

অর্থ। জগতীগী ( ময়েক ১২ ) পাদদা অ নিশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা, নিপানশুবা, তরাশুবা অমসুং অরোইবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি মদু 'বংশস্থ' হায়না কৌই।

মহুদি—

মহাক অসি ঐগী চান্নবী নত্রে মরমদি, মানা ঐবু করি অমত্তদসু ইকাই খুম্নবিবা লৈত্রে, অয়াকপা মরাহৈ-খোনক্ষমনা অমুকসু কেন্না সুংশিহল্লে—ঙসিদি খঙলে, করিশুম্না মিৎকুপ অমদা হেক্তমক মহাক অসিনা অথোবা কবাক-থাঙ্মক ( বংশস্থ ) ওইরকপা য়াবা লৈরে।

৫১-৫২। চতুর্থমন্ত্যং দশমং সপ্তমঞ্চ যদা গুরু।
ভবেদ্ধি জাগতে পাদে তদা স্যাদ্ধরিণপ্লুতা॥

যথা—

পরুষবাক্যকশাভিহতা ত্বয়া
ভয়বিলোকন পার্শ্বনিরীক্ষণা।
বরতনুঃ প্রততপ্লুতসর্পণৈ-
রণুকরোতি গতৈর্হরিণপ্লুতম্॥

অর্থ। জগতী ( ময়েক ১২ ) পাদদা মরি, তরেৎ অমসুং তরাশুবা অহুপা অরোইবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি 'হরিণপ্লুতা' হায়বসি ওই

মহুদি—

অয়াকপা নঙগী মীচৈ-চৈন্থু চাবদগী কিজরবী নোংথিবী অসিনা নাকন য়েংলোমদা মশাগী মিৎয়েং থয়া থয়া শজি-শাজংকুম (হরিণপ্লুতা) চোংনা কয়া চৎচরি।

৫৩-৫৪। সপ্তমং নবমঞ্চান্ত্যমুপান্ত্যং চ যদা গুরু।
দ্বাদশাক্ষরকে পাদে কামদত্তেতি সা স্মৃতা॥

যথা—

করজপদবিভূষিতা যথা ত্বং
সুদতি দশনবিক্ষতাধরা চ।
গতিরপি চরণাবলগ্নমন্দা
ত্বমসি মৃগসমাক্ষি কামদত্তা॥

অর্থ। ময়েক তরানিথোইগী পাদদা তরেৎশুবা, উপান্ত্য ( লোই-গদবা অমা রাৎপা ) অমসুং অরোইবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি ছন্দ অদুবু 'কামদত্তা' হায়না কৌই।

মতুদি—

খুজীন মকয়া নশা অপুম্বা লৈতেংনরি, চীনবান্দসু য়াখুল তারি, নঙগী শাজং-শাথেকসু মগুম শান্দরি ( তুকথবা মতৌ তৌরি। হে শজি মিৎতা তাবী শকহেনবী। নহাক অসে কাম পীনহৈবী (কামদত্তা) অহুমক ওইরমাক্লে হায়না খল্লি।

৫৫ ৫৬। আদ্যং চতুর্থং দশমং সপ্তমং যদা লঘু।
দ্বাদশাক্ষরকে পাদে অপ্রমেয়া তথাহি সা॥

যথা—

ন তে কাচিদন্যা সমা দৃশ্যতেঽস্ত্রী
গুণৈর্বা দ্বিতীয়া তৃতীয়াপি চাস্মিন্।
মমেয়ং মতিলোকমালোক্য সর্বং
জগত্যপ্রমেয়াসি সৃষ্টা বিধাত্রা॥

অর্থ। ময়েক তরানিথোইনা শাবা পাদগী অহানবা; মরিশুবা, তরেৎশুবা অমসুং তরাশুবা ময়েক্না লঘু ওইরবদি ছন্দ অদুগী মমিং 'অপ্রমেয়া' হায়না কৌই।

মহুদি—

নঙ্গা মায়না ফজবী অমা মফম কদাইদনু উবা লৈতে, অহুগা গুণ চেনবদনু ( নঙ্ নত্তবী ) অনি নত্রগা অহুমগুবী কনাগুম্বী অমত্তবু তাইবঙ্ পানবা অসিদা থেংনরুবা লৈতে। ঐনা খল্লি, নোংদম্বা লাইনা মরোল অহুম্বকী ফজবমথৈ থোমজিন্দুনা নহাকপু পান্দম লৈতবী ( অপ্রমেয়া ) অমা ওইনা শেম্লকপী ওইরমাল্লে।

৫৭-৫৮। দ্বিতীয়ং পঞ্চমং চৈব অষ্টবৈকাদশং তথা।
পাদে যত্র লঘুনি স্যুঃ পদ্মিনী নাম সা যথা॥

যথা—

দেহতোয়াশয়া বক্ত্রপদ্মোজ্জ্বলা
নেত্রভৃঙ্গাকুলা দন্তহংসৈঃ স্মিতা।
কেশপত্রচ্ছদা চক্রবাকস্তনী
পদ্মিনীব প্রিয়ে ভাসি মে সর্বদা॥

অর্থ। পাদগী অনিশুবা, মঙাশুবা, নিপানশুবা অমসুং তরামাথোইশুবা ময়েক্লা লঘু ওইরবদি ছন্দ অদুবু 'পদ্মিনী' হায়না কৌই।

মহুদি—

চান্নথোইবী! ঐগী ইকমদদি নহাক অসি মতম পুম্নমক্তা থম্বাল শাংলী পুখ্রীগা ( পদ্মিনী ) পাংথকনি। করিনা—নঙ্গী নশা অপুম্বনা পুখ্রীনি, মায়থোংনা থম্বালনি, মিৎস্না অনিনা থোইমুনি, অঙোবা য়াগী পরেংনা কাংঙা পরেংনি, অমুবা শম্নাংনা থম্না থেনজোং মপৈনি অহুগা নোংখিবী থাবোম অনি অহুনা ঈশিংদা তাউবা তান্ন থংগোংগী মশক্তি। ( পদ্মিনী—নুপী মখল ৪গী মকোকনি )

৫৯-৬০। আদৌ ষট্ দশমং চৈব পাদে যত্র লঘূন্যথ।
শেষাণি তু গুরূণি স্যুর্জাগতে পটুসংজ্ঞিতা॥

যথা—

উপবন সলিলানাং বালপদ্মৈ-
[1]ভ্রমরপরভৃতানাং কণ্ঠনাদৈঃ।
সমদগতিবিলাসৈঃ কামিনীনাং
কথয়তি [2]পদবৃত্তং পুষ্পমাসঃ॥

অর্থ। জগতী (ময়েক ১২) পাদদা অহানবা ময়েক তরুক অমসুং তরাগুবা ময়েক্কা লঘু ওইরবা অদুগা অতৈ ময়েক্কা গুরু ওইরবদি মদু 'পুট' হায়বা কৌবা ছন্দ অদু ওই।

মতুদি—

খুৎশেমবনগী পুম্বাদা শাৎপী পোমশাৎনবী থম্বাল মপৈ, খোইমুগী খোঞ্জেল অমদি কোকিলগী খোঞ্জোক অমসুং মখোন কাবী নুপীশিংগী হম্বাউ মখোই কানা শাম্বা নীংথিরবা মতৌশিং অসিনা য়েন্নীং-য়েঙৌ-থানা (বসন্ত-ঋতু) মহাক মশাগী হৈথোই শিংখোইবা মতৌবু কোয়না শন্দোকলি।

৬১-৬২। দ্বিতীয়ান্ত্যে চতুর্থঞ্চ নবমৈকাদশে গুরু।
বিচ্ছেদোঽতিজগত্যাঞ্চ চতুর্ভিঃ সা প্রভাবতী॥

যথা—

কথন্ত্বমং কমলবিশাললোচনে
গৃহং ঘনৈঃ পিহিতকরে নিশাকরে।
অচিন্তয়ন্ত্যভিনববর্ষবিদ্যুত
স্বমাগতা সুতনু যথা প্রভাবতী॥

অর্থ। অতি-জগতী (হায়বদি ময়েক তরাহুমদোইনা শাবা) পাদদা অনি, মরি, মাপন, তরামাথোই অমসুং অরোইবা ময়েক্কা গুরু অমসুং (অহানবা?) ময়েক মরিনা বিচ্ছেদ (যতি) ওইরবদি মদু 'প্রভাবতী' ছন্দ কৌই।

১। ভ্রমরং ২। পটুবৃত্তং—স্বঃ ভারতী পত্রিকা

মস্থদি—

ভীংদা ওঙ্দা অকৃঙবী ! হে মিংল্লা খম্বাল লৈকা ওমজবী ! অমংবা লোংঙনা থাবল মঙাল পুম্নমক খনখিহ্না মথং ভারকদবা অকনবা নোংহো অমদি নোংথাঙ্গী মমমদা করিম্থু মাচুংঙ্বা ভোদনা করিগীদমক নহাক্কা খৈগী ঐমুম অসিদা মতিক মঙাল চাউবী ( প্রভাবতী ) দেবীগুম কাওরক্লিবনো ?

৬৩-৬৪। ত্রীণ্যাদাবষ্টমোপান্ত্যে দশমং নৈধনে তথা।
গুরূণ্যতিজগত্যাং তু ত্রিভিচ্ছেদৈঃ প্রহর্ষণী॥

যথা—

ভাবস্থৈর্মধুরকথৈঃ সুভাষিতৈস্তং
সাটোপস্থলিতবিলম্বিতর্গতৈশ্চ।
নানাংগৈর্হরসি মনাংসি কামুকানাং
সুব্যক্তং হ্যসি জগতি প্রহর্ষণীব॥

অর্থ। অতিজগতী[১] ( ময়েক ১৩ ) পাদদা অহানবা ময়েক অহুম, নিপান, তরা, লোইগদবা অমা মাংপা ( উপান্ত্য ) অমসুং অরোইবা ময়েক্লা গুরু ওইরবা অহুগা ( অহানবা ? ) মযেক অহুমগী মতুংদা যতি ( পোথাকম ) লৈরবা অহু ওইরবদি মহু 'প্রহর্ষিণী' ছন্দ হায়না কৌই।

মস্থদি—

অর্থ চেল্লবী খোয়থুম্নবী নওগী মাঙাঙ্ শাঙাঙ্না অমদি চীংলেম্বী মোং হাদবী অতপ্পী শাজং শাথেক্লচিংবা নীংখিবী নতো নওঙ্না কামগী মৈশা লাংলবশিংগী পুক্নীং হুনবা মশক ওইরি। তশেংনমক নহাক অসে তাইবঙ্ অসিদা কামদেবগী 'হর্ষনী' হায়না কৌবা অথোবা তেন অহুমকী মতো ওইরি।

---

১। কামদেবগী তেন অমমী মমিং 'হর্ষণ' হায়না কৌই—রবীন্দ্র ভারতী পত্রিকা

৬৫-৬৬। ষষ্ঠঞ্চ সপ্তমঞ্চৈবদশমৈকাদশং লঘু।
ত্রয়োদশাক্ষরে পাদে জ্ঞেয়ং মত্তময়ূরকম্॥

যথা—

বিদ্যুন্মালা সেন্দ্রধনুর্দ্যোতিতদেহা
বাতোদ্ধূতা শ্বেতবলাকাকৃতশোভাঃ।
এতে মেঘা গর্জিতনাদোজ্জ্বলচিহ্নাঃ
প্রাবৃট্‌কালং মত্তময়ূরং কথয়ন্তি॥

অর্থ। ময়েক তরাহুমদোইনা শাবা পাদদা তরুকশুবা, তরেৎশুবা তরাশুবা অমসুং তরামাথোইশুবা ময়েক্কা লঘু ওইরবদি মহু 'মত্তময়ূরক' হায়বনু ওই।

মহুদি—

অথাক অরাউ মখোল অমদি অরংবা মঙান পূবা নোংলেন নোং-হৌশিং অসিনা নোংথাঙ্‌ অমদি চূমথাঙ্‌ মঙান লোয়ননা অঙৌবা উরোক পক্লেং শিন্নুনা, মুংশিং শউমদা কোয়না তাউনা নোংজূ পাউ-জেল্লবদা বাহোং মখৈবু ঙাওচৎনহল্লি।

৬৭-৬৮। আদৌ দ্বে চ চতুর্থঞ্চ্যাপ্যষ্টমৈকাদশে গুরু।
অন্ত্যোপ্যান্ত্যে চ শর্কর্যা বসন্ততিলকা যথা॥

যথা—

চিত্রৈর্বসন্তকুসুমৈঃ কৃতকেশহস্তা
স্রগ্‌দামমাল্যরচনা সুবিভূষিতাঙ্গী।
নাগবতংসকবিভূষিতকর্ণপালী
সাক্ষাদ্বসন্ততিলকেব বিভাতি নারী॥

অর্থ। শক্করী (হায়বদি ময়েক তরামরিমা শাবা) পাদদা অহানবা ময়েক অনি, মরিশুবা, মঙাশুবা, নিপানশুবা, তরামাথোইশুবা,

লোইগদবা অমা রাংপা অমসুং অরোইবগী ময়েক্কা গুরুওইরবদি মদুবু 'বসন্ত-তিলকা' হায়না কৌই।

মহৃদি—

মচুমমেন কয়াগী বসন্ত-লৈরাংতনা শমজিরৈ ওইবী, লৈপরেং শিবী, নাপদা লিনগী মওঙ্ মাম্না লৈতেংবী, নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংবী নূপী অসিবু বসন্ত-ঋতুগী লাইপক-চন্দনগুম য়েংবদা নীংথিজে।

৬৯-৭০। পঞ্চাদৌ শক্করীপাদে গুরূণি ত্রীণি চান্ততঃ।
পঞ্চাক্ষরাদৌ চ যতিরসংবাধা তু সা স্মৃতা॥

যথা—

মানী লোকজ্ঞঃ শ্রুতবলকুলশীলঢ্যো
যস্মিন্ সন্মানং ন সদৃশমনুপশ্যেদ্ধি।
গচ্ছেত্তং ত্যক্ত্বা দ্রুতগতিপরং দেশং
কীর্ণা নানার্থৈরবনিরিয়মসংবাধা॥

অর্থ। শক্করী ( ময়েক তরামরিগী ) পাদদা অহানবা ময়েক মঙা, অমসুং অরোইবগী ময়েক অহুমনা গুরু ওইরগা অহানবা ময়েক মঙাগী তুংদনা যতি ( পোথাকম ) ওইরবদি মদুবু 'অসংবাধা' হায়না কৌই।

মহৃদি—

অচৌ অশাংশিংনা শকথঙ্বা, মহৈ হৈবা, মপাংগল চাউবা, শাগৈ জাত অফবদা পোকপা অমদি লোনচৎ-শাজৎ ফজবা অমুগুম্বা মীনা মরৈবাক্তা ইকাইখুম্নবিত্রবদি থাজনমক মকম অমু থাদোকুনা অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈফম হোংগদবনি। মরমদি—তাইবঙ্পানবা অসিদি হীরম কয়া কয়ানা লাং-শাবনি—মদুবু করি অমত্তনসু থক থিংজিন্নদে।

৭১-৭২ আদৌ চতুর্গুরূণি স্যুর্দশমৈকাদশে তথা।
অন্ত্যোপান্ত্যে তু শক্কর্যাঃ পাদে তু শরভা যথা ॥

যথা—

এষা কান্তা ব্রজতি ললিতং বেপমানা
গুল্মৈশ্ছন্নং বনমুরুনগৈঃ সংপ্রবিদ্ধম্।
হা হা কষ্টং কিমিদমিতি নো বেদ্মি মূঢ়ো
ব্যক্তং ক্রোধাচ্ছরভললিতং কর্তুকামা ॥

অর্থ। শক্করী ( ময়েক তরামরিনা শাবা ) পাদদা অহানবা ময়েক মরি, তরাগুবা, তরামাথোইশুবা, অরোইবগা থংনবা ( মথক্কী। অমস্তুং অরোইবা ময়েক্কা গুরু ওইববদি মহু 'শরভা' কৌই।

মহুদি—

নুপী অসিনা মশা তনিক তনিক্না নীংথিবী শাজং শাথেক্না ললক শামু মচাগুম শাউরঙ্ননা উরীতনা কৃপশিনবা, অমদি অরাংবা উপাল তনা কুংনা হৌবা মরক অসিদা চঙশিনখ্রবহু করিগীদমক্তংনা হায়বহু অপঙ্বা ওইবনা ঐনা খঙ্জবা ঙমখিদ্রে—অবাবনি।

৭৩-৭৪। আদৌ ষট্ দশমং চৈব লঘূনি স্যুস্ত্রয়োদশ।
যত্রাতিশাক্করে পাদে জ্ঞেয়া নান্দীমুখী তু সা॥

যথা—

ন খলু তব কদাচিৎক্রোধতাম্রায়তাক্ষং
ভ্রূকুটিবলিতভঙ্গং দৃষ্টপূর্বং তয়াস্যম্।
কিমিহ বহুভিরুক্তৈর্যা মমেচ্ছা হৃদিস্থা
ত্বমসি মধুরবাক্যা দেবি নান্দীমুখীব ॥

অর্থ। [1]অতিশক্করী পাদদা অহানবা মযেক তরুক, তরাগুবা, অমস্তুং তরাহুমদোইশুবা ময়েক্না লঘু ওইরবদি ( অতৈনা গুরু ) মহুগী ছন্দ অহুবু 'নান্দিমুখী'[2] হায়না কৌই।

---

১। মসি ময়েক ১৫ না শাই, এন, ঘোষ
২। পিঙ্গল ( মুনি ) নচিংবগী মততা মসিবু 'মালিনী' কৌই।

মহুদি—

শাউবনা লাওথোক্লবী অমদি কোরীমুক ভাঙ্লবী নঙ্গী মিৎস্না অনি অমদি থেক্তোক থেকচিন তৌবদা চুগম্নরবী পীশূম অনি—অনি-গুম্বী নঙ্গী অশাউবা শকফম অসিদি হান্না অমুক্তসু উথিবা লৈত্রি। করি অমুক হায়গনি (ঐনা খল্লকই) হে দেবী নহাক অসিবু ঐগী থম্মোইনুংদা লাৎচবী, রাঙাঙ্ খোয়থুম্বী, হন্নাউ মীনোক্লা লৈতেংবী (নান্দীমুখী) অদু নত্রবরা ?

৭৫-৭৬। আদ্যং ষষ্ঠং চতুর্থং চ নৈধনং চ গুরূন্যথ।
যোড়শাক্ষরকে পাদে গজবিলসিতং তু তৎ॥

যথা—

তোয়ধরঃ সুধীরঘনপটুপটহরবঃ
সর্জকদম্বনীপকুটজকুসুমসুরভিম্।
কন্দলশেন্দ্রগোপকরচিতমবনিতলং
বীক্ষ্য করোত্যসৌ বৃষভগজবিলসিতকম্॥

অর্থ। ময়েক তরাতরুক্কী পাদদা অহানবা. মরিশুবা, তরুকশুবা অমসুং অরোইবা মযেক্কা গুরু ওইরবদি মহু 'গজবিলসিত' হাযনা কৌই।

মহুদি—

লফু-নেত্রা অমদি ইন্দ্রগোপ কৌবা ঙালমচা মচানা হৎলবা চীংগু, কদম, কূটজ (চিং ল্পা ?) নহিংবা মপালগী মুংশিবা লৈনম চেল্লবী লৈপাক-লৈমবু উবদা অমংবা নোংলেন মপৈনা অতপ্পা অমদি অহকপা য়াইবুং মখোলগুম ঙংহুনা, চী না লেম্বা কাওরেন (শল) অমদি মচুম তাবা শামূগী শাজৎকুম কোয়না চৎলি।

৭৭-৭৮। আদ্যাৎ পরাণি পঞ্চৈব দ্বাদশং সত্রয়োদশম্।
অন্ত্যে দ্বে যত্র দীর্ঘাণি প্রবরং ললিতং হি তৎ॥

যথা—

নখালীঢ়ং গাত্রং দশনবিহতং চোষ্ঠগণ্ডং
শিরঃ পুষ্পোন্মিশ্রং প্রবিলুলিতকেশালকান্তম্।
গতিঃ খিন্না চৈবং বদনমপি সংভ্রান্তনেত্র-
মহো শ্লাঘ্যং বৃত্তং প্রবরললিতং কামচেষ্টম্॥

অর্থ। [1]অহানবা ময়েক্কী মথংদা অনি, অহুম, মরি, মঙা অমসুং তরুকশুবা, তরানিথোইশুবা, তরাহুমদোইশুবা অমুগা মথৈগী অরোইবা ময়েক অনিনা পুন্না দীর্ঘ ওইরবদি মদুবু প্রবরললিত' কৌই।

মহুদি—

খুজীন মফমতনা মশা অপুম্বগী লৈতে'নব', চৌনবান, খজাই অনি-মক্না অফোংবা য়াথুন—লৈতনা লৈতেংনবী কোক্কী শম্বুন অমদি শমজোই মথৈনা নীংথায় চাইথায়হুনা মচোই মচোই তারিবা, হৈনীংদবী মশাগী শারুং, মঙান চেন্দ্রবী মমায় মায়থোং অমদি ঈথক ঈরাং, তুকথরবী মিংয়েং মতা অসি উবদা ইচঙথোনা কামগী লানজঙ চঙ্-থোন্না পাঙ্খোকখিবসী মতৌ ফোঙ্দোকলি।

৭৯-৮০। আদ্যাৎপরাণি পঞ্চৈব দ্বাদশং সত্রয়োদশম্।
অন্ত্যং সপ্তদশে পাদে শিখরিণ্যাং গুরূণি চ॥

মহানদ্যাভোগে পুলিনমিব তে ভাতি জঘনং

যথা—

মহানদ্যাভোগে পুলিনমিব তে ভাতি জঘনং
তথাস্যং নেত্রাভ্যাং ভ্রমরসহিতং পঙ্কজমিব।
তনুস্পর্শশ্চায়ং সুতনু সুকুমারো ন পরুষঃ
স্তনাভ্যাং তুঙ্গাভ্যাং শিখরিণিনিভা ভাসি দয়িতে॥

অর্থ। ময়েক তরাতরেংনা শাবা শিখরিণী ছন্দগী অহানবা ময়েক্কী মথংদা লাকপা ময়েক মঙা (হায়বদি অনিদগীনা তরুকশুবা

১। মসিগী ময়েক মশীং ১৬ নি—এম. ঘোষ

ফাওবা ), তরানিথোইশুবা, তরাহুমদোইশুবা অমস্তুং অরোইবা ময়েক অহু শুরু ওইগনি।

মহুদি—

নঙ্গী নীংজোননা অচোবা তুরেন-লৈরাইশুম ভাল্লি। থম্বালদা থোইমুনা কায়দোংবশুম মিৎস্না অনিনা নীংথিবী নঙ্গী মায়-থোংদা লৈতেংলি। হে শাবান নীংথিজবী! নঙ্গী নশা পুন্নমক্তা অথোৎপা নত্তনা অকনবা করিস্তু য়াওদে। হে চান্নবী! মচীন তুম্নবী থাবোম অনি অহুনা অরাংবা চীংহুমশুম নীংথিজহল্লি।

৮১-৮২। যত্র পঞ্চ লঘূন্যাদৌ ত্রয়োদশচতুর্দশে।
ষোড়শৈকাদশে চৈব তৎস্যাৎ বৃষভচেষ্টিতম্॥

যথা—

জলজনিনদং শ্রুত্বা গর্জন্মদোচ্চয়দর্পিতো
বিলিখতি মহীং শৃঙ্গাক্ষেপৈর্ম্মুগঃ প্রতিনদ্য চ।
স্বযুবতিবৃতো গোষ্ঠাদ্ গোষ্ঠং প্রয়াতি চ নির্ভয়ো
বৃষভ-ললিতং চিত্রং বৃত্তং করোতি চ শাদ্বলে॥

অর্থ। অহানবা ময়েক মঙা, তরামাথোই, তরাহুমদোই, তরামরি অমস্তুং তরাতরুকশুবা ময়েক্না লঘু ওইরবদি মহুগী ছন্দ অদুবু 'বৃষভ-চেষ্টিত' হায়না কৌই।

মহুদি—

নোংনা থোংবা তারগা হেন্না ময়াই কারবা শজি লাবনা মচীনা লৈপাক কোৎনা কোৎনা থোংহুনা মহুগী পাউখুম পীরি অমস্তুং শজি অমোমশিংনা মতুংইন্দুনা মকম মকমদা কোয়না অস্নম চৎলি। অমরোমদনা অশংবা লৌবুক লমহাঙ্দা শল-লাবনা শৃঙ্গারগী মতো কয়াদা কোয়না শান্নরি।

৮৩-৮৪। চত্বার্যাদৌ চ দশমং গুরু যত্র ত্রয়োদশম্।
চতুর্দশং তথান্ত্যে দ্বে চৈকাদশমথাপি চ॥
যদা সপ্তদশে পাদে শেষাণি চ লঘূন্যথ।
ভবন্তি যস্মিন্ সা জ্ঞেয়া শ্রীধরা নামতো যথা॥

যথা—

স্নানৈশ্চ,র্ণৈঃ সুখসুরভিভির্গগুলেপৈশ্চ ধূপৈঃ
পুষ্পৈশ্চান্যৈঃ শিরসি রচিতৈর্বস্ত্রযোগৈশ্চ তৈস্তৈঃ।
নানারত্নৈঃ কনকখচিতৈরঙ্গসম্ভোগসংস্থৈ-
র্ব্যক্তং কান্তে কমলনিলয়া শ্রীধরেবাতিভাসি॥

অর্থ। অক্ষর তরাতরেৎনা শাবা পাদদা অহানবাময়েক মরি, তরা, তবামাথোই, তরাহুমদোই, তরামারিশুবা অদসু অরোইবা ময়েক অনিনা গুরু ওইরগা অরেম্ব ময়েক অতৈ অহুনা লঘু ওইরবদি মহু 'শ্রীধরা' হায়না কৌবা ছন্দ অহু ওই।

মহুদি—

হে চাম্নথোইবী। নীংথিবী নঙগী ফিরেপ-শারেপ, চন্দন-মকুপ্ন-চিংবগী হকচাং লৈতেং, খজাহদা তৈবা ঈরাং .পাকহন্নবা ওইবা মুংশিবা মনম, ধুপ, কোক্তা লৈগী লৈতেংশিং, শেৎলি-হ'ল্লবা ফাজোন অমদি সনালুপা মণি মুক্তানচিংবগী লৈতেং মখল ময়াম—পুন্নমক অসিনা নহাকপু থম্বালগী বনদা য়াতাবা শ্রীলক্ষ্মী কৌবী লাইরেম্বী অহুমক্,ম য়েংবদা নীংথিজহল্লি।

৮৫-৮৬। আদ্যং চতুর্থং ষষ্ঠং চ দশমং নৈধনং গুরু।
তদ্বংশপত্রপতিতং দশভিঃ সপ্তভির্যতিঃ॥

যথা—

এষ গজোঽদ্রিমস্তকতটে কলভপরিবৃতঃ
ক্রীড়তি বৃক্ষগুল্মগহনে কুসুমভরনতে।
মেঘরবং নিশম্য মুদিতঃ পবনজবসমঃ
সুন্দরি বংশপত্রপতিতং পুনরপি কুরুতে॥

অর্থ। ( ময়েক তরাতরেৎনা শাবা পাদদা ) অহানবা, মরিশুবা, তরুকশুবা, তরাশুবা অমসুং অরোইবা ময়েক্লা গুরু ওইরগা তরেৎ অমসুং তরাশুবা মযেক্তা যতি ( পোথাকম ) লৈরবদি মতুগী মমিং 'বংশপত্রপতিত' ( বানা কেনবা ) হায়না খঙনৈ।

মতুদি—

হে নাংথিবী! মচাগা লোয়ননা শামু ( মপী ) অসিনা অশাৎপা লৈরাংতনা মরু লুক্লবা অতুগুম্বা চাংজাউ-থক্তী উরী বারী মরক্তা শাম্লরি। নোং-খোংবা মখোল তাবদগী হয়াউতুনা মসিনা খোঙজেল য়াঙবা মালংবগুম বা-না মথৈবু লৈমায়দা খীকথরি ( বংশ পত্র পতিত )।

৮৭৮৮ দ্বিতীয়মন্ত্যং ষষ্ঠং চাপ্যষ্টমং দ্বাদশং তথা
চতুর্দশং পঞ্চদশং পাদে সপ্তদশাক্ষরে।
ভবন্তি যত্র দীর্ঘাণি শেষাণি চ লঘূন্যথ
বিলম্বিতগতিঃ সা তু বিজ্ঞেয়া নামতো যথা॥

যথা—

বিঘূর্ণিতবিলোচনা পৃথুবিঘূর্ণহারা পুনঃ
প্রলম্বরসনা চলৎস্খলিতপাদমন্দক্রমা।

ন মে প্রিয়মিদং জনস্য বহুমানরাগেণ যন্-
মদেন বিবশা বিলম্বিতগতিঃ কৃতা ত্বং প্রিয়ে॥

অর্থ। ময়েক তরাতরেৎনা তিনবা ছন্দদা অনিশুবা, তরুক নিপান, তরানিথোই, তরামরি, তরামঙাশুবা অমসুং অরোইবা মযেক্লা দীর্ঘ ওইরগা অরেম্বমথৈনা লঘু ওইরবদি মদুবু 'বিলম্বিতগতি' হায়না কৌই।

মহৌদি—

হে চান্নবী ! নীংথিবী নঙ্গী মিৎস্নানা কোয়না লৈবগুম নঙ্গী অচৌবা লীক্লাং পরেংস্থু মক্কমদগী চোয়থরি, খ্বাঙ্‌লাক অত্তস্থ কোমথ হীকথরি, শাজ্জৎ মঙম শান্দরি, ইরৈক লেকথরি। য়াম্না ইকাই হংগোই য়ান্নবা মী অসিগী অমুরাগ মতৌদগী ওইরকপী অসিগুম্বী মোংহাদবী অত্তস্নী-শাজ্জৎ মতা অসিবু ঐনা পামজ্জবমক নত্তবরা ?

৮৯-৯০। পঞ্চাদৌ পঞ্চদশকং দ্বাদশৈকাদশে গুরু।
চতুর্দশং যথাঽন্ত্যে দ্বে চিত্রলেখা বুধৈঃ স্মৃতা॥

যথা—

নানারত্নাঢ্যৈর্বহুভিরধিকং ভূষণৈরঙ্গসংস্থৈ-
র্নানাগন্ধাঢ্যৈর্মদজননৈরঙ্গরাগৈর্বিচিত্রৈঃ।
কেশৈঃ স্নানার্দ্রৈঃ কুসুমরচিতৈর্বক্ত্ররাগৈশ্চ তৈস্তৈঃ
কান্তে সংক্ষেপাৎ কিমিহ বহুনা চিত্রলেখেব ভাসি॥

অর্থ। ( ময়েক তরানিপাননা শাবা ) পাদগী অমদগীনা মঙাশুবা ফাওবা, তরামাথোইশুবা, তরানিথোইশুবা, তরামরিশুবা অমস্থং অরোইবগী ময়েক অনিনা গুরু ওইববু 'চিত্রলেখা' ছন্দ অস্নম্না খঙনৈ।

মহুদি—

হে চান্নথোইবী ! মণি-মুক্তা কয়ানা নশাগী লৈতেং ওইনবা, কাম-য়াকায়হন্নবা মশক ওইবা মনম মুংশিরব পোৎলমনা নশাদা তৈরিবা, ঈরুজ্জরুবদগী কংবা ঙমদ্রিবা শম্নাংদা থেৎপা লৈরাং অমদি মায়থোংগী লৈতেং চন্দননা কয়াগী মতিক ফজরিবা। করি অমুক হায়গনি, শম্না হায়রবদা নহাক অসি চিত্রলেখা কৌবী অপ্সরা অহুমক ওইনা নীংথিজে।

৯১-৯২। অন্ত্যং সপ্তদশং চৈব ষোড়শং চ চতুর্দশম্।
দ্বাদশং সানুগং চৈব ষষ্ঠমষ্টমমেব চ॥
ত্রীণ্যাদৌ চ গুরূণি স্যুর্যস্মিংস্ত্বেকোনবিংশকে।
পাদে লঘূনি শেষাণি শার্দূলক্রীড়িতং তু তৎ॥

যথা—

নানাশস্ত্রশতঘ্নিতোমরহতাঃ প্রভ্রষ্টসর্বায়ুধাঃ
নির্ভিন্নোদরবাহুবক্ত্রনয়না নির্ভৎসিতাঃ শত্রবঃ।
ধৈর্যোৎসাহপরাক্রম প্রভৃতিভিস্তৈস্তৈর্বিচিত্রৈর্গুণৈ-
র্বৃত্তং তে রিপুঘাতি ভাতি সমরে শার্দূলবিক্রীড়িতম্॥

অর্থ। ময়েক তরামাপল্লা শাবা পাদদা অহানবা ময়েক অহুম, তরুক, নিপান, তরানিথোই, তরাহুমদোই, তরামরি, তরাতরুক, তরাতরেৎশুবা অমসুং অরোইবা ময়েক্লা গুরু ওইরগা লেমহৌবা অতৈনা লঘু ওইরবদি মদুবু 'শার্দূলবিক্রীড়িত' হায়না কৌই।

মওদি—

লানফমদা য়েক্লবা মরু ফুক্তোকপা, শতঘ্নি অমদি তোমরনচিংবা খুৎলাই মখল কয়ানা কনাগীনা মথরায় মাঙ্‌হনবা, কনাগীনা মশাগী খুৎলাই মাঙ্‌হননা, কনাগীনা অমূক মপূক হোগায়বা, পাম্বোম ককথৎপা, মমায়-মমিৎ-থিল্লৎপ।—অসিগুম্বা য়েক্লবা হাৎপদা নশাগী খুবম চেৎপা, থৌনা অমদি লিংজেন্নচিংবা অয়াম্বা গুণনা তিনবা নঙ্‌গী নতৌ থিবীক অসিনা নহাকপু লানফমদা শার্দূলবিক্রীড়িতমক্তা মাল্লনা উরি।

৯৪-৯৬। চত্বার্যাদৌ ষষ্ঠং চ সপ্তমং স চতুর্দশম্॥
তথা পঞ্চদশং চৈব ষোড়শং নৈধনং তথা॥

এতানি তু গুরূণি স্যুঃ শেষাণি তু লঘূন্যথ ।
পাদে যত্র কৃতৌ জ্ঞেয়া নাম্না সুবদনা তু সা ॥

যথা—

নেত্রে লীলালসে তে কমলদলনিভে ভ্রূচাপনিহিতে
গণ্ডোষ্ঠং পীনমধ্যং সমসহিতধনা স্নিগ্ধাশ্চ দশনাঃ ।
কর্ণাবংসপ্রলম্বৌ চিবুকমপি নতং ঘোণা সুরুচিরা
সর্বস্মিন্ মর্ত্যলোকে বরতনু বিহিতাস্যেকা সুবদনা॥

অর্থ। ময়েক কুননা শাবা পাদগী অহানবা ময়েক মরি, তরুক,, তরেৎ, তরামরি, তরামঙা, তরাতরুকগুবা অমসুং অরোইবগী ময়েক্কা গুরু অহুগা অরেম্বা অতৈ ময়েক্কা লঘু ওইরবদি মহুগী মমিং 'সুবদনা' হায়না কৌই ।

মহুদি —

থম্বাল লৈকা মানবী নঙ্গী মিত্না অনিমক্কা লীলা শান্নবদা চোক্থবা নত্তোনা তিল্লি, নীশূম অনিনা লীরুংশুম কোম্বরি, খজাই অমসুং চীনবান অনিমক ময়ায়গী শরক্তা নোয়থোকলি, শবক হোদবা কুংনা অমদি চাংমান্নবা তৌবা মা-পরেংনা ঈরং-ঈরংলংলি, নীংথিবী নাপ অনিনা লেংজুম শোরূকীং ২ তৌরি, খদাঙ্ অমসুং নাতোন অনিনা কযাগী মতিক পুক্নীং হুরি, হে শাবান ফজবা ! মীয়মলেন অসিদা চেংলৌ শকহেনবী হায়বদো নহাক নথম্তান হায়নীংই ।

৯৭-৯৯। চত্বার্যাদৌ চ ষষ্ঠং চ সপ্তমং চ চতুর্দশম্ ।
অষ্টাদশং সপ্তদশং তথা পঞ্চদশং পুনঃ ॥
অন্ত্যোপান্ত্যে গুরূণ্যত্র লঘূন্যন্যানি সর্বদা ।
একবিংশতিকে পাদে স্রগ্ধরা নাম সা যথা ॥

যথা-

চূতাশোকারবিন্দৈঃ কুরবকতিলকৈঃ কর্ণিকারৈঃ শিরীষৈঃ
পুন্নাগৈঃ পারিজাতৈর্বকুলকুবলয়ৈঃ কিংশুকৈঃ সাতিমুক্তৈঃ।
এতৈর্নানাপ্রকারৈরধিকসুরভির্বিপ্রকর্ণৈশ্চ তৈস্তৈ-
র্বাসন্তৈঃ পুষ্পবৃন্দৈর্নরবর বসুধা স্রগ্ধরেবাদ্য ভাতি॥

অর্থ। ময়েক কুনমাথোইগী পাদদা অহানবা ময়েক মরি, তরুক, তরেৎ, তরামরি, তরামগা, তরাতরেৎ, তরানিপানগুবা, অদুগা লোই-গদবা অমা রাংপা অমদি অরোইবা ময়েকশিং অসিনা গুরু ওইরগা অরেম্বা অতৈনা লঘু ওইরবদি মদুবু 'স্রগ্ধরা' হায়বা ছন্দ অদুনি খঙ্নগনি।

মন্থদি—

হে মহারাজ! য়েংবীয়ু—হৈনৌ, অশোক (খারম লৈশোক?), থম্বাল, কুরবক, তিলক, কর্ণিকার, শিরীষকুসুম, নাগেশ্বর, পারিজাত, বকুল, থরো অশংবা, পাংগোং অমদি অতিমুক্ত কৌবা মুংশিবা লৈনম চেনবা অসিনচিংবা বসন্ত লৈরাংশিংনা লৈতেংবী লৈপাক-লৈমা অসিবু লৈরাং পরেংনা লৈতেংবী (স্রগ্ধরা) শকহেনবী নূপী অমগুম উরি।

১০০-১০২ চতুর্থমাদ্যং ষষ্ঠং চ দশমং দ্বাদশং তথা।
ষোড়শাষ্টাদশে চৈব নৈধনং চ গুরূণ্যথ॥
দ্বাবিংশত্যক্ষরে পাদে শেষাণি তু লঘূনি চ।
ভবন্তি যত্র তজ্জ্ঞেয়ং মদ্রকং নামতো যথা॥

যথা—

উদ্যতমেকহস্তচরণং দ্বিতীয়কররেচকং সুবিনতং
বংশমৃদঙ্গবাদ্যমধুরং বিচিত্রকরণান্বিতং বহুবিধম্।
মদ্রকমেতদদ্য সুভগে বিদগ্ধগতিচেষ্টিতৈঃ সললিতৈঃ-
র্নৃত্যসি বিভ্রমাকুলপদং বরোরু ললিতক্রিয়ং সমরসম্॥

অর্থ। ময়েক কুননিথোইগী পাদদা অহানবা মরিশুবা, তরুকশুবা, তরাশুবা, তরানিথোইশুবা, তরাতরুকশুবা, তরানিপানশুবা অমসুং অরোইবা (কুননিথোইশুবা) ময়েক্কা গুরু ওইরগা অরেম্বা অতৈনা লঘু ওইরবদি মদু 'মদ্রক' কৌই।

মখুদি—

হে য়াইকবী! বাঁশী অমদি মুংশিরবা পুংখোল লোয়ননা নখোঙ্ অমদি মখুৎ নামা থাংথংলগা রেচক লোয়নবা অতোপ্পা মখুৎ নামনা য়থা ওন্থরগা করণ মথল মথলনা তিনবা অঙকপা খোঙচৎ-খোঙথাংনা নীংথিবী শাজৎ-শাথেক্তা শাবা ভবৌ তহেন নীংথিরবা 'মদ্রক' হায়না কৌবা পুক্নীং হুরবা জগোইনা হে কৈবোম-মতা-কজবী! নীংথিবা রসতবু ফোঙদোক্লি।

১০৩-১০৫। একাদশং সপ্তদশং সপ্তমং সত্রয়োদশম্
অন্ত্যমেকোনবিংশং চ পঞ্চমং চ গুরূণ্যথ॥
শেষাণি তু লঘুনি স্যাবিকৃতৌ চরণেষু চ।
বৃত্তং তদশ্বললিতং বিজ্ঞেয়ং নামতো যথা॥

যথা—

রথহয়নাগযোধপুরুষৈঃ সুসংকুলমলং বলং সমুদিতং
শরশতশক্তিকুন্তপরিঘাসিযষ্টিবিবৃতং বহুপ্রহরণম্।
রিপুশতমুক্তশস্ত্ররবভাতশঙ্কিতভটং ভয়াকুলদিশং
কৃতমভিবীক্ষ্য সংযুগমুখে সমাপ্সিতগুণংত্বয়াশ্বললিতম্॥

অর্থ। (ময়েক ৩ না শাবা) পাদগী মঙ', তরেৎ, তরামাথোই, তরাতরেৎ, তরামাপনশুবা, অমসুং অরোইবা ময়েক্কা গুরু ওইরগা অরেম্বময়েকশিংনা লঘু ওইরবদি মহুগী মমিং 'অশ্ব-ললিত' হায়না কৌই।

মখুদি—

শগোল, শাম্, রথ অমদি খোঙমৌ-লাল্মী মপৈনা কোযনা য়োমহুনা

ব্যূহ শেম্নগা মথল মথা অয়াম্বা থৌরবা তেন-গদা-তা অমদি কবাক-থাঙ্‌নচিংবা থুংলাইমপৈ লোয়ননা য়েরুবা তম্না ফুজিনবা—য়েরুবগী থুংলাই মপৈ মথোলনা লাম্দা হৈশিংলবা থোঙ্‌মী-লাম্মীশিংগী পুরুীংদা অকি-তুজুং পোকহনবা—লোয়ননা মায়কৈ পুম্নমকস্থ অকিবা শকফম্না তিন্নবা অসিগুম্বা মতৌ মরক্তা লানকম মগ্নায়দা নহান্না থৌবা শগোলগী নীংথিবা শাজৎ-শাথেক উবদা মীনা নঙবু থাগৎনরি।

১০৬-১০৮। ষড়্দাবষ্টমং চৈব একাদশচতুর্দশে।
বিংশং সপ্তদশং চৈব ত্রয়োবিংশং তথৈব চ॥
এতানি তু লঘূনি স্যুঃ শেষাণি চ গুরূণ্যথ।
চতুর্বিংশাক্ষরে পাদে মেঘমালেতি সা যথা॥

যথা—

পবনবলসমাহৃতা তীব্রগম্ভীরনাদা বলাকাবলীমেখলা
ক্ষিতিধরসদৃশোচ্চরূপা মহানীলধূমায়মানাম্বুগর্ভোদ্বহা।
সুরপতিধনুরুজ্জ্বলাবদ্ধকক্ষ্যা তড়িদ্দ্যোতসন্নাহপট্টোজ্জ্বলা
গগনতলবিসারিণী প্রাবৃষেণ্যোন্নতা মেঘমালাধিকং
শোভতে॥

অর্থ। ময়েক ২৪ না শাবা পাদগী অহানবা ময়েক তরুকনে, নিপান, তরামাথোই, তরামরি, তরাতরেৎ, কুন অমত্তুং কুনহুমদোইগুবা ময়েক্না লঘু অহুগা অরেম্বা ময়েক অতৈনা গুরু ওইরবদি মহুগী ছন্দ অদুবু 'মেঘমালা' হায়না কৌই।

মহুদি—নৈথুমপৈগুম মুশীনমুবা, চৌংজাউগুম রাংথোই চাউথোইবা, মবুক্তা ঈশিংগী মপৈ পুবা, ইন্দ্রগী লৌরুংমানবা চুমথাঙ্‌মপৈনা ইয়ংলংবা, উরোক পরেংনা থ্বাঙ্‌লাক ওইনবা, মুংশিং শাউমনা আত্তিয়াদা কোয়না পাইবা অহুগুম্বা নোংজুথাগী নোংলেন নোংহৌনা তশেংনমক য়েংবদা নীংথিবা মতৌনা তিন্নি।

১০৯-১১১।

আদ্যং চতুর্থং চ তথা পঞ্চমং ষষ্ঠমেব চ।
নবমং দশমং চৈব অন্ত্যং চৈব গুরূণ্যথ॥
লঘূন্যন্যানি শেষাণি পাদে স্যুঃ পঞ্চবিংশকে।
বৃত্তজ্ঞৈঃ সা তু বিজ্ঞেয়া ক্রৌঞ্চপাদীতি নামতঃ॥

যথা—

যা কিল দাক্ষংবিদ্রুতসোমং ক্রতুবরমচমসমপগতকলশং
পাতিতযূপং ক্ষিপ্ত চ যাজং বিচয়নমসমিধমপশুক-
মচরুকম্।
কার্ষ্মুকমুক্তেনাশু চকার ব্যপগতসুরগণপিতৃগণমিষুণা
নিত্যমসৌ তে দৈত্যগণারিঃ প্রদহতু মখমিব রিপুগণ-
মখিলম্॥

অর্থ। ময়েক কুনমণ্ডাগী পাদদা অহানবা, মরিশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা, মাপনশুবা, তরাশুবা অমসুং অরোইবা ময়েকশিং অসিনা গুরু ওইরগা অরেম্বা অতৈ ময়েকশিং অচুনা লঘু ওইরবদি অচুগুম্বা ছন্দ মখল অদুবু বৃত্তগী মরম খঙ্বশিংনা 'ক্রৌঞ্চপদী' হায়না খঙ্নৈ।

মহুদি—

হিংচাবগী য়েক্রবা শিবনা দক্ষযজ্ঞদা মাগী লৌরুংদগী কাপথোরকপা তেন্না সোমরস চাইথায়খি, চমস (সোমরস থক্নবা পাত্র) লংথায়খি, চরু থুগায়খি, যুপকাষ্ঠ ঈনথুখি, (চুপ্), যজ্ঞদগী মথকী থেইনী (পৌরোন) অচু নাম্বোকহনখি অমসুং যজ্ঞগী মৈ মুত্থংখি, মীং অমসুং চরু (শজোমদা থোংবা চাক) চাইথায়খি, লাইশিং অমদি পিতৃশিংবু থাদা হন্দোকহনখি--অসিগুম্বা শিবনা নঙগী য়েক্রবা মখৈবু চাকথেকপিরসনু॥

১১২-১১৪। অষ্টাবাদৌগুরূণি স্যুস্তথা চৈকোনবিংশকং।
একবিংশং তথা চৈব চতুর্বিশং সনৈধনম॥

এতানি গুরু সংজ্ঞানি পাদে যড়্‌বিংশকাক্ষরে।
যত্র নাম্মা তথা জ্ঞেয়ং তদ্‌ভুজঙ্গবিজৃম্ভিতম্‌॥

যথা—

রূপোপেতাং দেবৈঃ সৃষ্টাং সমদগজবিলসিতগতিং
নিরীক্ষ্যতিলোত্তমাং।
প্রাদক্ষিণ্যাং প্রাপ্তাং দ্রষ্টুংবহুবদনমচলনয়নং শিরঃ
কৃতবান্‌ হরঃ।
দীর্ঘং নিঃশ্বস্যাস্তগূঢ়ংস্তনবদনজঘনরুচিরাংনিরীক্ষ্য
তথা পুনঃ
পৃষ্ঠে ন্যস্তং দেবেন্দ্রেণ প্রবরমণিগণকবলয়ং ভুজঙ্গ-
বিজৃম্ভিতম্‌॥

অর্থ। ময়েক কুনতরুরা শাবা পাদদা অশানবা ময়েক নিপান, তরাগাপনগুবা, কুনমাথোইগুবা, কুনমরিগুবা অমসুং অরোইবগী ময়েক অহুনা গুরু ওইরবদি (অহুগা অরেম্বা অতৈনা লঘু ওইরবদি) ছন্দ অহুগী মমিং 'ভুজঙ্গবিজ্‌ম্ভিতা' হায়না কৌই।

মহুদি—

লাইশিংনা শেমখিবী, মশক মতৌ চঙ্‌খোনবী, মচুমত্তাবা শায়ুগুম চীংলেম্বী শাজংনা তিলোত্তমানা শিববু পরিক্রমা তৌজনবা লাকপা উবদা মাবু য়েংবদা পেক্সবা মহাদেবনা মমায় কয়া লোঙ্‌থোকখি অহুগা মিং পুন্নমক কুপ্পা তৌদনা গুরা অহুম য়েংখি। মাগী থাবোম, মায়খোং অমদি নীংজোনগী নীংখিবা মতৌনা গুম্বাংনবা ওইবী তিলোত্তমাবু উবদা মুংশামগী হোৎনবা মহাদেবনা মতৌক্তা মণি পুবা, মরৈ হা-হা তম্বা অমদি মরৈ মরৈ য়েংশিন্নরবা লিনশিংবু মনমগন্দা ঊস্তোকখি।

১১৫। এতানি সমবৃত্তানি ময়োক্তানি দ্বিজোত্তমাঃ।
বিষমার্ধসমানাং তু পুনর্বক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ খিবীক! সমবৃত্তখিবীকী বায়ম ঐনা হায়জ-রিবসিনি। মথংদা 'বিষম' অমসুং 'অর্ধসম' ওইবা বৃত্তশিংগী লক্ষণ (মওঙ মতৌ) অমুক হায়জগে।

## বিষম অমসুং অর্ধসমবৃত্ত

১১৬-১১৭। যত্র পাদাস্তু বিষমা নানাবৃত্তসমুদ্ভবাঃ।
গ্রথিতাঃ পাদযোগেন তদ্বৃত্তং বিষমং স্মৃতম্॥
দ্বৌ সমৌ দ্বৌ চ বিষমৌ বৃত্ত্যোহর্ধবিষমে তথা।
সর্বপাদৈস্তু বিষমৈর্বৃত্তং বিষমমুচ্যতে॥

অর্থ। বৃত্ত মখল কয়াখোক্লা শেম্বা অতঞ্জম্বা পাদশিং অদুবু 'বিষম' হায়না খঙনৈ। পাদ অনিনা মশক মওঙ অমত্তগী ওইরগা (মায়রগা) মথংগী পাদ অনিনা অমত্তা মায়রবদি (তোঙানবা ওইরবদি) মদুবু 'অর্ধসম (তংখায় মায়বা) হায়না কৌই। পাদ পুম্নমক অমতা মায়দববু 'বিষম' কৌই।

১১৮। হ্রস্বাদ্যমথ দীর্ঘাদ্যং দীর্ঘং হ্রস্বমথাপি বা।
যুগ্মৌজবিষমৈঃ পাদৈর্বৃত্তমর্ধসমং স্মৃতম্॥

অর্থ। পাদ অনি মায়বা অহুগা অনি অমনা মায়দবা অহুঙম্বা ছন্দবু 'অর্ধসম' হায়না কৌই। পাদশিংগী মরক্তা অহানবা মথংগী পাদনা অতোপ্পা পাদশিংদগী হ্রস্ব (তেনবা) নত্রগা দীর্ঘ (শাংবা) ওইগনি নত্রগা মখোয়গী মরক্তা অমখক্তা অতৈদগী শাংবা নত্রগা তেনবসু ওইবা য়াই।

১১৯। পাদে সিদ্ধে সমং সিদ্ধং বিষমং সর্বপাদিকম্।
দ্বয়োরর্ধসমং বিদ্যাদেষ ছেদস্তু পাদশঃ॥

অর্থ। পাদ অমত্তুংনা সিদ্ধ ওইরবদা অমত্থু হেক্তমক সমবৃত্ত-ছন্দ সিদ্ধ ওই (হায়বদি পাদ অমগী মওঙ্ মতৌনা অত্থুমক অতৈ পাদশিংগী মওঙ্ মতৌম্ (লক্ষণশু) তোপ্পা তোপ্পা অত্থুমমক সিদ্ধ ওই (মশক লেম্মি)। অত্থগা পাদ অনিগী মতৌনা 'অর্ধসমবৃত্ত' গী মওঙ্ থঙ্ই। অত্থনা অম্মুম্মা মশক খায়দোকপগী মতৌ অসি পাদ-পাদগী মতৌ মওঙ্না অত্থুমক ওই।

১২০। ছেদতস্তু ময়া প্রোক্তং সমবৃত্তবিকল্পনম্॥
ত্রিকৈর্বিষমবৃত্তানাং সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। ছেদ হায়বদি পাদগী মশক খায়দোকপা মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা সমবৃত্তগী রাকম ঐনা হায়জরবসিনি। হুজীক ত্রিকগী (হায়বদি ময়েক অত্থমনা শাবা কাঙবু—গণ) মতুংইন্না খোকপা 'বিষমবৃত্ত' শিংগী মরম অমুক হায়গে।

পথ্যা

১২১-১২২।

সৌ পৌ চ প্রথমে পাদে স্রৌ ম্রৌ চাপি দ্বিতীয়কে।
এবং যুগ্মৌজকৌ জ্ঞেয়ৌ পথ্যাবৃত্তে ত্রিকৌ যথা॥

যথা—

প্রিয়দৈবতমিত্রাসি প্রিয়সংবন্ধিবান্ধবা।
প্রিয়দানরতা পথ্যা দয়িতে ত্বং প্রিয়াসি মে॥

অর্থ। (অনুষ্টুপ্ ছন্দগী) অহানবা পাদনা স-গণ অমি অমসুং গ অনি (হায়বদি গুরু অক্ষর) লৈরবদি, অনিশুবা পাদদা স, র, ল,

গ লৈরবদি অতুগা মওঙ অসিদা অনি মায়রবা মতুগা মায়দবা মওঙ্গী পাদ ওইরবা অদু ওইরবদি মসুবু 'পথ্যা' হায়না খঙৈ।

মহুদি—

নঙ্দি লাই অমসুং মরূপ মপিজাশিং অমদি নিপা মমুমগী শাগৈ নাত্তেশিং—পুম্নমক্কা য়াননবা চৎপী, মথোয়বু কিনা লুনা অমদি অমদি সুংশিনা তৌবদা অয়াবা খঙদবী, পীথোকপতনা নঙগী শক্লক ওইবী, মথোয়বু পীজ-পীথকপদা হালেংবা লৈতবী অতুগুম্বী নহাক অসিতনা হে চায়বী ! ঐগীদি অশেংবা ইয়লনি !

১২৩-১২৪।

> ম্রৌ গৌ চ প্রথমে পাদে য.সৌ গ্লৌ চাপি দ্বিতীয়কে।
> রভৌ লগৌ তৃতীয়ে চ চতুর্থে তু তসৌ লগৌ॥

যথা—

> নৈবাচারো ন তে মিত্রং ন সম্বন্ধিগুণক্রিয়া।
> সর্বথা সর্ববিষমা পথ্যা ন ভবসি প্রিয়ে॥

অর্থ। ( অনুষ্টুপ্ ছন্দগী ) অহানবা পাদদনা ম, র, অমসুং গ অনি লৈরবদি, অনিশুবা পাদদনা য, স, ল, গ, অহুম শুবদনা র, ভ, ল, গ অতুগা মরিশুবদনা ত, স, ল, গ লৈরবদি মদুবু 'সর্ববিষমা-পথ্যা' ( অমত্তা তিন্নদবা মওঙ্গী পথ্যা ) অমুম্না খঙ্নগনি।

মহুদি—

হে চায়বী ! নহাক অসিদি লোনচৎ শাজৎ ফজদবী, লুনা তিন্নবা মরূপ লৈতবী, ( মরূপলিংদবী—নায়তোম তাবী ), মরী-মতা অমত্তবু হন্না য়েংদবী, মায়কৈ খুদীংমক্তা চুগন্নবী নত্তোতনা তিনবী, কনা অমত্ত-গম্থ তিন্ন তোৎনদবী অতুগুম্বীনি।

১২৫-২৬। অযুজোর্লক্ষণং হ্যেতদ্ বিপরীতন্তু যত্র তু।
পথ্যা হি বিপরীতা সা বিজ্ঞেয়া নামতো বুধৈঃ॥

যথা—

কৃতে[1] (চ) রমণস্য কিংসখি রোষেণ তেঽপ্যর্থম্।
বিপরীতা ন পথ্যাসি ত্বং জড়ে কেন মোহিতা॥

অর্থ। জোড়া কায়বা (অহানবা অহুমশুবা) পাদগী মতৌ অসিনা ওম্ন তৈনবা শাক্তং চংনববদি (অনিশুবা মরিশুবা অমুম্না শায়বদি) অহুশুম্বা পথ্যা অদুবু 'বিপরীতা' নি হায়না অথঙ অহৈনা থঙ্‌নৈ হায়বদি মদুবু বিপরীত-পথ্যা হায়না কৌই।

মহুদি—

চাম্নবী! নঙ্‌গী চাম্নববু অহুম্না শাউবগী মরম করিনো? ওম্ন-তৈনবা শাক্তং-চংলবদি (নঙনা তায়োম্নবী ওইরবদি) নঙ্‌ অসি পথ্যা ওইর-রোই (মাগী পুক্নীং হুবী ওইররোই)। হে অপঙবী, অত্তোপ্পা কনানা নঙবু নমথাক তৌবীগ্রবগে?

১২৭-২৮। চতুর্থাদক্ষরাদ্যত্র ত্রিলঘুস্যাদযুক্তঃ।
অনুষ্টুব্‌ বিপুলা সা তু বিজ্ঞেয়া নামতো যথা॥

যথা—

নখল্বস্যাঃ প্রিয়তমঃ শ্রোতব্যং ব্যাহৃতং সখ্যা।
নারদস্য প্রতিকৃতিঃ শ্রূয়তে বিপুলা হীয়ম্॥

অর্থ। অনুষ্টুপ ছন্দগী তুমা কায়বা পাদগী মরিশুবা ময়েকী মতুংদা লাকপা ময়েক অহুমনা লঘু ওইরবদি মদুবু বিপুলা হায়না থঙ্‌নৈ।

১। কৃতেন—এম, ঘোষ

মহুদি—

'নূপী মচা অসিগী চান্নজবা নিপাছ্ মহাক অসি নত্তে'—অয়োনবা রাক্ষম ওইনা তানক্ষম থোকপা অসিগুম্বা বাতাঙ্ অসিবু মযাম্নবী নূপী অমনা ইরাউ লাউনা হায়রকখি। অসিগুম্বী তয়াংতশোাইগনবী নূপী অসিদি নারদ-শাবী মীথৌঙ্গায়গী মশক্তি।

১ ৯-৩১। বিপুলা বা যুজি জ্ঞেয়া লঘুত্বাৎ সপ্তমস্য তু।
সর্বত্র সপ্তমস্যৈব কেষাঞ্চিদ্ বিপুলা তু সা॥

যথা—

সংক্ষিপ্তা বজ্রমধ্যে হে হেমকুম্ভনিভস্তনী।
বিপুলাসি প্রিয়ে শ্রোণ্যাং পূর্ণচন্দ্রনিভাননে॥

যথা বা—

গঙ্গেব মেঘোপগমে আপ্লাবিতবসুন্ধরা।
কূলরক্ষানারুজন্তী স্রবন্তী বিপুলাচলাৎ॥

অর্থ। (মথক্কী ছন্দ অসিগী) তু-মা শুবা পাদদা, কনা কনাগুম্বগী মত-তা পাদ পূম্নমক্তা, তরেৎশুবা ময়েক্কা লঘু ওইরবদি মদুবু 'বিপুলা' হায়না কৌনৈ।[১]

মহুদি—

(ক) শাবান তবা তবাবী! বজ্রগুম্না থীগাঙ্ চেংবী, নঙ্গী থা-বোমনা সনাগী চফু উমজবী, নীংজোন নীংথিবী হে মায়থোং থাগুম চঙথোনবী!

---

৫। (অনুষ্টুপ্ ছন্দগী) ২ বা অমসুং ৪বা পাদগী ৭ শুবা ময়েক্কা লঘু ওইরবদি মহু 'বিপূলা' কৌই। মী খরগী মত-না পাদ পূম্নমক্কী ৭ শুবা ময়েক্কা লঘু ওইববু 'বিপুলা' কৌই হায় - এম, ঘোষ

(খ) নহাক্তি—অরাংবা চাংদোন্দগী চেন্থরকপী, তোর্বান্দা হোবা উপাল য়াপাল খিবীকপু মরু ফুক্তোকপী, লৈপাক লৈমবু তাক্তোকহনবী অহুত্তবী ইপান-থাগী গজা-ঈচেন গুন্দী।

১৩২। এবং বিবিধযোগাস্তু পথ্যাপাদা ভবন্তি হি।
যুগ্মৌজবিষমৈরথঃ পাদৈঃ শেষৈরন্যৈস্ত্রিকৈস্তথা॥

অর্থ। অন্থুম তৌনা পথ্যাগী পাদ-মওঙ তোঙান তোঙাল্লি, অয়েন্বা তুমা শুবা অমদি তুমা কায়বা পাদশিংদি অতোপ্পা মথলগী ‘ত্রিক’ না শাবা ওইগনি। ( ত্রিক-অহুম চংপী )

১৩৩। গুর্বন্তকঃ সর্বলঘুস্ত্রিকো নিত্যং হি নেষ্যতে।
প্রথমাদক্ষরাদ্যত্রে চতুর্থাং প্রাগ্ লঘু স্মৃতম্॥

অর্থ। ( মসিগী ছন্দ অসিদা ) অরোইবদা গুরু ওইবা নত্রগনা পুম্নমক লঘু ওাক্তনা শাবা অহুত্তম্বা ‘ত্রিক’ দি থক ওইদে; অহানবা ময়েকী মথংদা অহুগা মরিশুবা ময়েকীনা মথক্তা লঘু ওইগনি।

১৩৪-৩৫। পথ্যাপাদং সমাস্থাপ্য ত্রীণ্যন্তে তু গুরূণ্যথ।
ভবন্তি পাদে সততং যত্র তদ্বক্ত্রমিষ্যতে॥

যথা—

দন্তক্ষতাধরং সুভ্রু জাগরগ্লাননেত্রং চ।
প্রাতঃ সম্ভোগখিন্নং তে দর্শনীয়তমং বক্ত্রম্॥

অর্থ। পথ্যাগী পাদশিংগী মমৈ অরোইবদা ময়েক অহুম্না গুরু ওইরবদি মহুগী মমিং ‘বক্ত্র’ হায়না কৌই।

---

১। মখিক্তবা, মতাওবা অমংহং গুরুকওবা ময়েক্কা লঘু ( ঘোষ )
২। ঘোষকী লাইরিকদি মসিবু ‘চপলা’ হায়।
মথংগী শ্লোকহ’ লাকপনা ঘোষকী চপলা অসিনা

মখুদি—

শকহেনবী ! চীনবান্দা য়াথুননা লৈতেংবী। অহিং তুমদবনা মরম ওইদুনা মিংয়েং তুকথরবী, লৈপুন লীলাদা চোকথরবী নঙগী মায়থোং অদুনা অয়ুকী মতম অসিদা হেন্নদুম নীংথিজহল্লি।

১৩৬। ইত্যেষা সর্ববিষমা নামতোঽনুষ্টুবুচ্যতে।
তদ্বিদাং মতবৈষম্যং ত্রিকাদক্ষরতস্তথা॥

অর্থ। অসিগুম্বা ছন্দ অসিবু 'সর্ববিষমা অনুষ্টুপ্' হায়না কৌই। অথঙ্ অহৈশিংগী ময়ক্তা হিরম অসিদা ত্রিক অমদি ময়েককী মতুংইন্না থেন্নবা মতম্ভু লৈ।

## কেতুমতী

১৩৭-১৩৮।
সৃজৌ সৃগৌ প্রথমে পাদে যথা চৈব তৃতীয়কে।
কেতুমত্যাং গণাঃ প্রোক্তা ভ্রৌ নৃগৌ গশ্চ সদা বুধৈঃ॥

যথা—

স্ফুরিতাধরং চলিতনেত্রং রক্তকপোলমম্বুজদলাক্ষম্।
কিমিদং রুষাপহৃতশোভং কেতুমতী সমং বদ মুখং তে॥

অর্থ। কেতুমতী হায়না কৌবা ছন্দদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা পাদদা স, জ, স, গ-গণ অমসুং অনিশুবা অমসুং মরিশুবা পাদ দনা ভ, র, ন, গ, গ—গণ ওই।

মখুদি—

(নীংথিবী)! নঙগী চীনবান অনিমক ভনিকলি, মিংস্না থম্বাল লৈকা মানবী মিথয়েং ভথকলি, নীংথিবী চায়রুং অনিনা মচু ভঙাং

---

য়েংগদবা—কেতুমতী অসিগী মথক্তা এম থোবকী লাইরিক্তদি শ্লোক ১৩৭ ওইনা 'বানবাসিকা' হায়না লৈ। থক-থা থন্না থন্না ওয়নতম তৌই।

ভঙাংলি, হায়রু য়েংসি—অশাউবনা লাকহল্লনা কেতুগ্রহমক্কা মায়বী ওইহনা নঙগী নীংথিবী মায়থোং মকশিলহনবদি করিগীদমকনো ?

## উদ্গাতা

১৩৯-৪০।

সৃজাবাদৌ চ তথা স্লৌ চ নসজা গশ্চ যুগ্মকে।
ভ্নৌ জ্লৌ তৃতীয়ে স্যুঃ সৃজৌ সৃজৌ গশ্চ তুরীয়কে॥
এতে ত্রিকাঃ ক্রম প্রাপ্তা উদ্গতায়াং প্রকীর্তিতাঃ॥

যথা—

তব রোমরাজিরতিভাতি সুতনু মদনস্য মঞ্জরীম্।
নাভিকমলবিবরোৎ পতিতা ভ্রমরাবলীবকুসুমাৎ
সমুদ্গতা॥

অর্থ। অহানবা পাদদা স, জ, স, ল, অনিশুবদনা ন, স, জ, গ, অহুমশুবা পাদদনা ভ, ন, জ, ল, অহুগা মরিশুবদনা স, জ, স, জ, গ—অসিগুম্বা ত্রিকশিং অসিনা মথংশিংনা লৈরবদি মদুবু 'উদ্গতা' হায়না কৌই।

মহুদি—

হে নীংথিবী ! অশাৎপী লৈরাংকুয়োমমুংদগী পাইথোক্লরকপা খোই-মুগুম নঙগী খোয়দো থম্বালদগী হৌগৎলকপা তু ময়াম অহুনা কামগী ময়োন্দগী হেন্না নীংথিরি।

## ললিতা

১৪১-৪২।

সৃজৌ স্লৌ চ ললিতা পাদে নৃসৌ জৌ গশ্চদ্বিতীয়কে।
নৌ সৌ চৈব তৃতীয়ে তু দ্বিঃ সৃজৌ গশ্চ চতুর্থকে॥

যথা—

ললিতাকুলভ্রমিতচারুবসনকরপল্লবা হি মে।
প্রবিকসিতকমলকান্তমুখী প্রতিভাসি দেবি
সুরতশ্রমাতুরা॥

অর্থ। অহানবা পাদদা স, জ, স, ল, অনিশুবদা ন; স, জ, গ, অহুমশুবদা ন, ন, স, মরিশুবদনা স, জ, স, জ, গ।

মহুদি—

তনোবী নখুৎনা হাপু হাথুনা নফি-নয়োল শেমজিন শাজিনবা হোৎনবী, হে নীংথিজবী! ফুগায়না শাৎপী লৈরাং থম্বালশুম চীংনা লেম্বী অহুশুম্বী নঙ্গী মায়থোং থানিনবু উবদা লৈপুন-লীলাদা হক্না রাখিবগী নশ্না চোকথ হুইথবা মতৌশুম হেন্না নীংথিরি।

## অপরবক্ত্র

১৪৩-৪৪। প্রথমে চ তৃতীয়ে চ নৌ রেফঃ ল্গৌ চ কীর্তিতাঃ।
গণাশ্চাপরবক্ত্রে তু নজৌ জ্রৌ দ্বি চতুর্থয়োঃ॥

যথা—

সুতনু জলদপরীতলোচনং জলদনিরুদ্ধমিবেন্দুমণ্ডলম্।
কিমিদমপরবক্ত্রমেব তে মম তু তথাপি মনোহরং মুখম্॥

অর্থ। 'অপরবক্ত্র' দা—অহানবা অমসুং অহুমশুবা পাদদা ন, ন, র, ল, গ, অনিশুবা অমসুং মরিশুবদনা ন, জ, জ, র,-গণশিং অসি লৈগনি।

মহুদি—

হে নীংথিজবী! মিৎমা ঈমা-ঈহৌবদি করিগীদমকনো, থানিন মকোয়দগী হেন্না নীংথিজবী তনোবী মায়থোংনা অমংবা নোংলেননা

কূপলবী থানিন মকোয়গুম করিগী মকশিন্নি, শকথঙনদবী অময়গী মত্তোগুম করিগী ঐঙোন্দগী মায়থোং লৈথোকলি—?

## পুষ্পিতাগ্রা

১৪৫-১৪৫। নোর্যৌ তু প্রথমে পাদে নজৌ জ্রৌ গস্তথাপরে।
পাদে তু পুষ্পিতাগ্রায়া যথৈতাবপরৌ তথা॥

যথা—

পবনরয়বিধূতচারুশাখং প্রমুদিতকোকিলকণ্ঠনাদরম্যম্।
মধুকররবগীয়মানবৃক্ষং বরতনু পশ্যবনংসুপুষ্পিতাগ্রম্॥

অর্থ। পুষ্পিপতাগ্রাগী অহানবা অমসুং অহুমগুবা পাদদা ন, ন, র, য অমসুং অনিগুবা অমসুং মরিগুবা পাদদনা ন, জ, র, গ ওইগনি।

মহুদি—

হে শকহেনবী। লৈরাংতনা থয়া শাংপা বন অসিগী মথক্তা য়েং-থংনু, নীংথিরবা উশা-রাশা পূয়মক হুংশিং শউমনা হাইহন্নি, হরাউ মথোই কারবা কোকিলশিংনা খোয়থুম্রবা খোজেলনা ঈশৈ শকলি অহুগা খোইমু মথৈন্থ অকোয়বদা ভুং ভুং ভংনা পাইরি।

## বানবাসিকা

১৪৭ ৫৮। পাদে ষোড়শ মাত্রাঃ স্যুর্গাথাংশকবিকল্পিতাঃ।
চতুর্ভিরংশকৈ জ্ঞেয়া বৃত্তজ্ঞৈর্বানবাসিকা॥

যথা—

অসংস্থিতপদা সুবিহ্বলাঙ্গী মদস্খলিতচেষ্টিতৈর্মনোজ্ঞা।
ক যাস্যসি বরোরু সুরতকালে বিষমা কিং
বানবাসিকা ত্বম্।

অর্থ। মাত্রা ১৬ না শাবা ছন্দ অমগী পাদদা শরুক মরি থোক্না খায়দোকদবা অহুগুম্বা গাথাংশ (গাথাগী শরুক)গী মতৌদা [1]মাত্রা তন্না-তরুক লৈবা থোক্লবদি ছন্দহৈবশিংনা মদুবু 'বানবাসিকা' হায়না ভঙৈ

মহৃদি—

হে কৈবোম মতা ফজবী! নঙ্গী খোঙথাং অহু চোয়রে, নখা অহুম্থু ফুম্বহনবী মতৌনা ভিন্নে। কামগী ময়াইনা লাকহন্তুনা খোঙ্থাং চোয়বী নতৌ অহুমক্তি পুক্নীং হুনবা মশক্নি। হুজীক লৈপুন-লীলা মতম অসিদবু কদাইদা অমুক চৎলিবনো? নহাক অসিবু অহুগুম্বদা হৈনজদবী বনদা লৈবী (বনবাসিকা) অমরা?

.৪৯। এবমেতানি বৃত্তানি সমানি বিষমাণি চ।
নাটকাদিষু কাব্যেষু প্রযোক্তব্যানি সূরিভিঃ॥

অর্থ। অসিগুম্বা সম অমস্যুং বিষম বৃত্তশিং অসিবু অখঙ-অহৈ-শিংনা নাটকনচিংবা [2]কাব্যদা শীজিন্নগদবা ওই।

১৫০। সন্ত্যন্যান্যপি বৃত্তানি যান্যুক্তানীহ পণ্ডিতৈঃ।
ন চ তানি প্রযোজ্যানি ন শোভাং জনয়ন্তি যৎ॥

অর্থ। শাস্ত্র অসিদা পণ্ডিতশিংনা হায়বা অতোপ্পা ছন্দশিং অচৌদি—শীজিন্নগদবা নত্তে, মহুনা (কাব্যনাটককী) ফজবম্থু ওইহন্দে।

১৫১। যান্যতঃ পরমত্র স্যুর্গীতকৈস্তানি যোজয়েৎ।
ধ্রুবাবিধানে ব্যাখ্যাস্যে তেষাঞ্চৈব বিকল্পনম্॥

---

১। মাত্রা—স্বরবর্ণগী খোলহায় মতম। হ্রস্বস্বর, দীর্ঘস্বর অমস্যুং ব্যঞ্জন মরোকশিং অসি অখংশিংনা মাত্রা, মাত্রা অনি অমস্যুং মাত্রা ½ ওই।

২। নাটক নত্রগা লীলাবু দৃশ্যকাব্য কৌই, অতৈবুনা শ্রব্যকাব্য কৌই।

অর্থ। মথংদা, মতাং অসিদা (নাটক-তা) হায়রকদবশিং অহুদি ঈশৈগা তিনশিন্নগদবনি। ধ্রুবাগী হৌনবী মতৌ তাকলকপা মতাংদা মথোয় অহুগী খেন্নবা মশক উৎলকখিগনি।

## আর্যাছন্দ

১৫২। বৃত্তলক্ষণমেতত্তু সমাসেন ময়োদিতম্।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি আর্যাণামপি লক্ষণম্॥

অর্থ। শম্নপা মওঙ্দা ঐনা ছন্দগী লক্ষণ হায়রবসিনি। মসিগী মথংদনা 'আর্যাছন্দশিং'গী লক্ষণশু অমুক হায়জগে।

১৫৩। পথ্যা চ বিপুলা চৈব চপলা মুখতোঽপরা।
জঘনে চপলা চৈব আর্যাঃ পঞ্চবিধাঃ স্মৃতাঃ॥

অর্থ। পথ্যা, বিপুলা, চপলা, মুখচপলা অমসুং জঘন চপলা— মঙা অসি 'আর্যা'গী মখলনি।

১৫৪। আসাঞ্চৈব প্রবক্ষ্যামি যতি মাত্রাবিকল্পনম্।
লক্ষণৈর্নিয়তাংশ্চৈব বিকল্পান্ গণসংশ্রিতান্॥

অর্থ। মখোয় অসিগী যতি, মাত্রা-গী মখল অমসুং গণ-গী মতুং-ইন্না খায়দোকপগী মওঙ্শিং অহু হায়জরকে।

১৫৫। যতিচ্ছেদশ্চ বিজ্ঞেয়শ্চতুর্মাত্রো গণস্তথা।
দ্বিতীয়ান্তৌ যুজৌ পাদৌ শেষৌ চৈবাযুজৌ স্মৃতৌ॥

অর্থ। মসিগী ছন্দ মখল অসিগী পাদদি যতিনা লোইশিনি, মসিদা মাত্রা মরিগী গণ লৈগনি; অনি অমসুং মরিশুবা পাদনা তু-মানি (যুগ্ম), অতোপ্পা অনি অহুমদি তু-মা কায়বা ওইগনি (অযুগ্ম)।

১৫৬। গুরু মধ্যবিহীনস্তু চতুর্গণসমন্বিতঃ।
অযুগ্‌গণো বিধাতব্যো যুগ্‌গণস্তু যথেপ্সিতঃ॥

অর্থ। ছন্দ অসিগী তু-মা কায়বা পাদদা গুরু মধ্য য়াওদনা (হায়বদি জগণ) গণ মরি লৈগনি অহুগা তু-মা ওইবা পাদগী গণদি অপাম্বা মওঙ্‌গী ওইবা য়াই।

১৫৭। অর্ধাষ্টমগণার্ধা চ সর্বৈর্বার্যা প্রকীর্তিতাঃ।
ষষ্ঠশ্চ দ্বিবিকল্পস্তু নৈধনে হ্যেকসংশ্রিতে।
পশ্চার্ধে যোগণঃ ষষ্ঠ একমাত্রঃ স উচ্যতে॥

অর্থ। আর্যা ছন্দ খুদাংমকী নিপানশুবা গণনা গণ মথায় অমা ওইগনি, তরুকশুবা গণনা মথল অনিগী ওই, অরোইবা গণনা ময়েক অমত্তগীনি, অহুগা অনিশুবা তংখায়গী গণদি মহু মাত্রা অমগী মচাংতমক ওইগনি।

১৫৮ দ্বিবিকল্পস্তু ষষ্ঠোঽত্র গুরুমধ্যো ভবেত্তু সঃ।
তথা সর্বলঘুশ্চৈব যতিঃ সংখ্যাসমাশ্রিতা॥

অর্থ। মসিগী ছন্দ অসিদা তরুকশুবা গণদি মথল অনি শুই; অমনা গুরুমধ্যনি (জ), অতোপ্পা অমগীনা পুম্নমক লঘু ভাক্তা ওইগনি, যতিদি মশীং মতুংইন্নি।

১৫৯। সা দ্বিতীয়া দ্বিলঘুকা সপ্তমে সপ্তমাদ্যতিঃ।
প্রথমাদি তথান্তে চ পঞ্চমে তু বিধীয়তে॥

অর্থ। মসিগী যতিদি মঙাশুবা গণগী মথংদা অনিশুবা ল-না মপুং ফানা লৈরবদা ওইবা য়াই নত্রগা (তরুকশুবা গণগী) অহানবা ময়েককী ওই নত্রগা মঙাশুবা ময়েক্কা মপুং ফারবদা ওই।

১৬০-১৬১ ।

গণেষু ত্রিষু পাদে তু যস্যাঃ পথ্যা তু সা ভবেৎ ।
অতশ্চ বিপুলান্যা তু বিজ্ঞেয়াঽযতিলক্ষণা ॥

যথা

রক্তমৃদুপদ্মনেত্রাদীর্ঘবহুলমৃদু ( কুঞ্চিত ) কেশী ।
কস্য তু পৃথুমৃদুজঘনা তনুবাহ্বং সোদরঽহাপথ্যা ॥

অর্থ । ছন্দগী পাদদা গণ অহুমগী মতুংদা যতি ওইরবদি মদুবু পথ্যা ( আর্যা ) হায়না কৌই । মসিদগী তোঙানবা ওইনা থওনরিবা 'বিপুলা ( আর্যা )' গীদি করিগুম্বা যতিগী মতৌ য়াওবা লৈতে ।

মহুদি—

ভীংদা ওঙ্‌দা চুম্বী ( শাবান কজবী ), মমিৎনা থম্বাল লৈকাবু ওমজবী, মিৎয়েং তনৌ তনৌবী, অমুবা-অশংবা অমদি থোইথোয়নবা শমজোইনা মরাং কায়না লৈতেংবী, থোং থোংলাউবী, মরাং কায়বী নীংজোন—অমদি মপুম মরৈ মামবী ( অহুকহান্না নোয়দবী ) পাম্বোম অমদি চনীং হান্না অহুগুম্বী নুপীবু মিতানদবা কনাবু য়াওবগে ?

১৬২-১৬৩ ।

প্রথমতৃতীয়ৌ পাদৌ দ্বাদশমাত্রৌ ভবেত্তু সা পথ্যা ।
বিপুলান্যা খলু গদিতা পূর্বোদিতলক্ষণোপেতা ॥

বিপুলা যথা—

বিপুলজঘনবদনস্তননয়নৈস্তাম্রা ধরোষ্ঠকরচরণৈঃ ।
আয়তনাসাগণ্ডৈর্ললাটকর্ণৈঃ শুভা কন্যা ॥

অর্থ । অসিগুম্বা পথ্যা অসিগী অহানবা, অহুমশুবা পাদদা মাত্রা তরানিথোই লৈগনি । অতোপ্পা অহুনা হায়না মথক্তা হায়রবা লক্ষণ অহুনা তিনবী 'বিপুলা' অহু ওইনা অহুম্মক থওনগনি ।

মহৈদি—

নীংজোন, মায়থোং, মরাংকায়বী থাবোম, কোইরাওনবী মিং, চীন-বান, খুবাক অমসুং থুনীং-খুযা মচু তঙাং-তঙাংবী, খজাই, লাইপক অমসুং জুৎচাননা পানবী নাতোননা নীংথিবী মশক্তী কজবা হেলহনবী অহুগুম্বী মখোন কাবীশিং অহুদি মঙলগী মশক্রি।

১৬৪। অযুজঃ সর্বগুরবো গুরুমধ্যাগণা যুজঃ।
যস্যাস্যুঃ পাদযোগে তু বিজ্ঞেয়া চপলা হি সা॥

অর্থ। তু মা গুদবা ( কোয়বা ) গণদা ময়েক পূম্নমক গুরু ওইবা অহুগা তুমাগুবা ( যুগ্ম ) পাদদনা গুরুমধ্যগণ (জ) ওইরবদি মহুগী মমিং "চপলা' হায়না কৌই।

## চপলা আর্যা

১৬৫। দ্বিতীয়শ্চ চতুর্থশ্চ জকারৌ গুরুমধ্যগৌ।
যস্যাঃ স্যাৎপাদযোগে তু বিজ্ঞেয়া চপলা চ সা॥

অর্থ। আর্যা ছন্দগী পাদদা অনিশুবা অমসুং মরিশুবা গণনা গুরুমধ্য (জ) ওইরবদি মহুগী মমিং 'চপলা' হায়না কৌই।

## মুখচপলা, জঘন চপলা

১৬৬-১৬৯।

মুখেঽস্য মুখচপলা স্যাদন্যত্র জঘনে তথা।
উভয়োরর্ধয়োরেতল্লক্ষণং দৃশ্যতে যদি।
বৃত্তজ্ঞৈঃ সা তু বিজ্ঞেয়া সর্বতশ্চপলা তথা॥

অর্থ। মচীন্দা হায়বদি অহানবা তংখায়দা মসিগী ( হায়বদি চপলাগী ) মতৌনা ত্তিল্লবদি মহু 'মুখচপলা' কৌই। অতোপ্পদা হায়বদি ( মথংগী তংখায়দা ) লক্ষণ অসি লৈরবদি মহুনা 'জঘন চপলা'

হায়না খঙনৈ। ভংথায় অনিমক অসিদা লক্ষণ অসিনা তিনবা ওইরবদি বৃত্তগী মরম খঙ্‌বশিংনা মদুবু 'সর্ব চপলা' হায়না খঙ্‌নৈ।

### মুখ চপলাগী খূদম

(ক) আর্ষা মুখে তু চপলা তথাপি চার্ষা ন মে যতঃ সা তু।
দক্ষা গৃহকৃতোষু তথা দুঃখে ভবতি দুঃখার্তা॥

### জঘনচপলাগী খূদম্‌

(খ) বরমৃগনয়নে চপলাসি বরোরু শশাঙ্কদর্পণনিভাস্যে
কামস্য সারভূতেন-পূর্বমদচারুজঘনেন॥

### সর্বতশ্চপলাগী খূদম্—

(গ) উদ্ভ্রান্তগামিনী পরুষভাষিণী কামচিহ্নকৃতবেষা।
যা নাতিমাংসযুক্তা সুরাপ্রিয়া সর্বতশ্চপলা॥

অর্থ। (ক) ঐগী মুমনৈমহ মচীন থী, অদুম ওইনমক মরমচং-মতোদা কত্তবী অমদি ওইদে মরমদি, ইমুং মনুংগী ওইবা মুত্থানবগী থবক-থনাদা অবাবা খঙ্‌দনা নোম্বা লাকপা তোই অদুগা ঐগী অয়াবদা মহাকশু অবাবা শক্লক য়াই।

(খ) নীংথিবী শজিগী মিত্তাদগী হেল্লা ফজবী মিংস্লানা নঙ্‌গী ওইবা হে শকহেনবী। নঙ্‌গী মাফথোংনা থা নত্রগা শকয়েং মিং-শেলগুমদি। মরাং কাযরবা নঙ্‌গী নীংজোয়া খ্বায়দগী হেনবা কামগী ফুংনকম ওইরি। গুক্কৎনিংঙাই ওইবী মচাকশিং অসিনা নঙ্‌গী নপুক্লীংদা অতৎপা লৈতনা ময়াই হাপকৎপনা নহাক অসিবু পুক্নীং লৈতাদবী মালহল্লি।

(গ) মপুরোয়ববু খোওই উশীত্তবী, বাঙাঙ্ শাঙাঙ্ ঙনবী (খোন্দা থাবী), মফি মরোন্দা ওক্ত-শ্যাজং-খুদম পকপী, লু-তোংগী শক্লক য়ামদবী ( মমাঙ্ কংবী ), শা চাগনবী, হীরম খুদীংমক্তা মশাগী ফিরেপ চেত্তবী অহুগুম্বী নুপীনি।

১৭০। কার্যৌ দ্বাদশমাত্রৌ চ পাদাবাদ্যো তৃতীয়কৌ।
অষ্টাদশং দ্বিতীয়ং চ তথা পঞ্চদশোত্তমাঃ॥

অর্থ। অহানবা অমসুং অহুমগুবা পাদদা মাত্রা ১২ লৈগনি, অনিশুবা পাদদনা ১৮ অহুগা মরিগুবদনা মাত্রা ১৫ লৈগনি।

১৭১। ত্রিংশন্মাত্রাস্তু পূর্বার্ধে বিংশতিঃ সপ্ত চাপরে।
উভয়োরর্ধয়োর্জ্ঞেয়ো মাত্রা পিণ্ডো বিভাগশঃ॥

অর্থ। ছন্দ অসিগী অহানবা তংখায়দনা মাত্রা ৩০ লৈগনি। অনিশুবা তংখায়দনা মাত্রা ২৭ লৈগনি আর্যা ছন্দগী তংখায় অনি-মক্তা লৈগদবা মাত্রা মশীংদি অসিনি।

১৭২। বৃত্তৈরেবং তু বিবিধৈর্নানাচ্ছন্দঃসমুদ্ভবৈঃ।
কাব্যবন্ধাস্তু কর্তব্যাঃ ষট্‌ত্রিংশল্লক্ষণান্বিতাঃ॥

অর্থ। অসুম তৌনা ছন্দ মখল কয়াদগী থোকপা বৃত্তনা লক্ষণ ৩৬ না। তিনবা অহুগুম্বা কাব্য শেমগনি।

ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা 'ছন্দোবিচিতি' হায়না কৌবা ১৬ শুবা তাংকক অহু মতাং অসিদা লোইরে।

---

## তরাতরেৎশুবা তাংকক

# বাগভিনয়

### নাট্যদা লক্ষণশিং

১-৫। ভূষণাক্ষরসঙ্ঘাতৌ শোভোদাহরণে তথা।
হেতুসংশয়দৃষ্টান্তাঃ প্রাপ্ত্যভিপ্রায় এব চ॥
নিদর্শনং নিরুক্তং চ সিদ্ধিশ্চাথ বিশেষণম্।
গুণাতিপাতাতিশয়ৌ তুল্যতর্কঃ পদোচ্চয়ঃ॥
দিষ্টং চৈবোপদিষ্টং চ বিচারস্তদ্বিপর্যয়ঃ।
ভ্রংশশ্চানুনয়ো মালা দাক্ষিণ্যং গর্হণং তথা॥
অর্থাপত্তিঃ প্রসিদ্ধিশ্চ পৃচ্ছা সারূপ্যমেব চ।
মনোরথশ্চ লেশশ্চ সংক্ষোভো গুণকীর্তনম্॥
জ্ঞেয়া হ্যনুক্তসিদ্ধিশ্চ প্রিয়ং বচনমেব চ।
ষট্‌ত্রিংশল্লক্ষণান্যেবং কাব্যবন্ধেষু নির্দিশেৎ॥

অর্থ। কাব্যগী লক্ষণ ৩৬নি মহাক্ষি--

ভূষণ, অক্ষরসংঘাত, শোভা উদাহরণ, হেতু, সংশয়, দৃষ্টান্ত, প্রাপ্তি, অভিপ্রায়, নিদর্শন, নিরুক্ত, সিদ্ধি, বিশেষণ, গুণাতিপাত, আতিশয্য, তুল্যতর্ক পদোচ্চয়, দিষ্ট ,উপদিষ্ট, বিচার, বিপর্যয়, ভ্রংশ, অনুনয়, মালা, দাক্ষিণ্য, গর্হণ, অর্থাপত্তি, প্রসিদ্ধি, পৃচ্ছ, সারূপ্য, মনোরথ, লেশ, সংক্ষোভ, গুণকীর্তণ, অনুক্তসিদ্ধি, প্রিয়বচন—৩৬ অসিনা কাব্যগী লক্ষণ লেপকনি।

## ভূষণ

৬। অলঙ্কারৈর্গুণৈশ্চৈব বহুভিঃ সমলঙ্কৃতম্।
ভূষণৈরিব বিন্যস্তৈস্তদ্ ভূষণমিতি স্মৃতম্॥

অর্থ। মখল কয়াগী অলংকার অমদি গুণ পূম্না লৈত্তেংবগুমনা কজবা হেলহল্লবা ত্তৌববু 'ভূষণ' হায়না কৌই।

## অক্ষর-সংঘাত

৭। যত্রাল্পৈরক্ষরৈঃ শ্লিষ্টৈর্বিচিত্রমুপবর্ন্যতে।
তমপ্যক্ষরসঙ্ঘাতং বিদ্যাল্লক্ষণসংজ্ঞিতম্॥

অর্থ। শ্লেষনা তিনবা মশীংদি য়ামদবা অছুগুম্বা ময়েকশিংনা অথ কয়া থোক্না কোঙ্দোল্লবদি অছুগুম্বা নপ-শিন-তিনশিল্লবা ময়েক-শিং অদুবু লক্ষণ মশক তাকপা ওইনা খঙ্নগনি।

## শোভা

৮। সিদ্ধৈরর্থৈঃ সমং কৃত্বা হ্যসিদ্ধোঽর্থঃ প্রযুজ্যতে।
যত্র শ্লিষ্টবিশিষ্ট্যর্থং সা শোভেত্যভিধীয়তে॥

অর্থ। [১]শ্লেষপূ ময়েক শেংহল্লবগীদমক [২]অপ্রসিদ্ধ বিষয়না প্রসিদ্ধ বিষয়গা তিন্নহুনা কোংদোরকপবু 'শোভা[৪]' হায়না খঙনৈ।

## উদাহরণ

৯। যত্র তুল্যার্থযুক্তেন বাক্যেনাভিপ্রদর্শনাৎ।
সাধ্যন্তে নিপুণৈরর্থাস্তদুদাহরণং স্মৃতম্॥

১। য়াহৈনী লৈত্তেং মখল কয়া কয়া।
২। মকওইদবা য়াহৈ
৩। মক ওইবা হিরম
৪। নীংথিব কজবা, লংখংলবা অমিনচিংবা

অর্থ। মাম্নবা য়াহৈ শীঙ্‌জিন্নক্ষনা খঙ্‌হন্নীংবা খঙ্‌হনবদা অহৈবা মীনা শীঙ্‌জিন্নবা য়াহৈবু 'উদাহরণ' ( খুদম ) হায়না কৌই।

### হেতু

১০। যৎ প্রয়োজনসামর্থ্যাদ্ বাক্যমিষ্টার্থ সাধকম্।
সমাসোক্তং মনোগ্রাহি স হেতুরিতি সংজ্ঞিতঃ॥

অর্থ। কান্নবা মতুংইন্না অপামবা মরম ফোংদোকপা অমসুং পুক্নীং হুনবা ওইবা শমজিন্নবা য়াহৈবু 'হেতু' হায়না কৌই।

### সংশয়

১১। অপরিজ্ঞাততত্ত্বার্থং বাক্যং যত্র সমাপ্যতে।
অনেকত্বাদ্বিচারণাং স সংশয় ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। খনগদবা হিরমনা য়াম্নমখিবদগী য়াহৈ অমত্তুনদি ফোংদোকপা ঙমদবা মওঙ্‌দা অচুম্মক লোইশিনখিবা অদুবু 'সংশয়' ( চিংনবা ) হায়না কৌই।

### দৃষ্টান্ত

১২। সর্বলোকমনোগ্রাহি যস্তু পক্ষার্থসাধকঃ।
হেতোর্নিদর্শনকৃতঃ স দৃষ্টান্ত ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। করিগুম্বা য়ারম অমবু হেন্না মপুংফানবা শোগৎপা পুক্নীং হুবা, অদুগুম্বা য়াহৈবু দৃষ্টান্ত হায়না কৌই।

### প্রাপ্তি

১৩। দৃষ্টৈবাবয়বান্ কাংশ্চিদ্ ভাবো যত্রানুমীয়তে।
প্রাপ্তিং তামপি জানীয়াল্লক্ষণং নাটকাশ্রয়ম্॥

অর্থ। অজ কয়াবু য়েংলগা ভাব লাকশিনবা মতৌবু 'প্রাপ্তি' হায়না কৌবা নাটক-লক্ষণ অহুনি খঙ্‌নগনি।

## অভিপ্রায়

১৪। অভূতপূর্বো যোঽপ্যর্থঃ সাদৃশ্যাৎ পরিকল্পিতঃ।
লোকস্য হৃদয়গ্রাহী সোঽভিপ্রায় ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। ওইথোক্তবা পোৎ নত্রগা মরম অমবু মতৌ মান্নবনা মরম ওইহনা পুক্নীংদা লাকশিনবা অহুগুম্বা মতৌনা পুক্নীং হুনবা ওইহনববু 'অভিপ্রায়' হায়না কৌই।

## নিদর্শন

১৫। যত্রার্থানাং প্রসিদ্ধানাং ক্রিয়তে পরিকীর্তনম্।
পরাপেক্ষাব্যুদাসার্থং তন্নিদর্শনমুচ্যতে॥

অর্থ। ওন্ন-তৈনবা ভাব কোকহন্নবগীদমক্তা খঙ্‌নবা হিরম অমা পুশিন্দুনা হায়রবদি মদুবু 'নিদর্শন' হায়না খঙৈ।

## নিরুক্ত

১৬। নিরবদ্যস্য বাক্যস্য পূর্বোক্ত (স্য) প্রসিদ্ধয়ে।
যদুচ্যতে তু বচনং নিরুক্তং তদুদাহৃতম্॥

অর্থ। মথক্তা হায়রবা নিন্দা তৌকম থোক্তবা রাহৈবু শোগৎপা ওইনা হায়বা ৱাহৈবু 'নিরুক্ত' কৌই।

## সিদ্ধি

১৭। বহূনাং চ প্রযুক্তানাং নাম যত্রাভিকীর্ত্যতে।
অভিপ্রেতার্থসিদ্ধ্যর্থং সা সিদ্ধিরভিধীয়তে॥

অর্থ। অনীংবা ( অপাম্বা ) হিরম অমা পাঙথোক্নবগীদমক মীয়াম অমগী মমিং মথা পনববু 'সিদ্ধি' অহুম্বা খঙ্‌নৈ।

## বিশেষণ

১৮। সিদ্ধান্ বহূন্ প্রধানার্থান্ উক্তা যত্র প্রযুজ্যতে।
বিশেষযুক্তং বচনং বিজ্ঞেয়ং তদ্বিশেষণম্।

অর্থ। খঙনম্বা অথোইবা হিরম কয়াগী মতেংনা ( কবিশুম্বা অমবু) তোপ তোপ তাহম্বা শীজিন্নবা বাহৈবু 'বিশেষণ' হায়না কৌই।

## গুণাতিপাত

১৯। গুণাভিধানৈর্বিবিধৈর্বিপরীতার্থযোজিতৈঃ।
গুণাতিপাতো মধুরো ঽনিষ্ঠুরার্থো ভবেদথ॥

অর্থ। গুন-কৈতেনবা অর্থ খঙনবা, অথোংপা য়াওঙ অমস্থ অয়াকপা ( ঘুংশি হৈতবা ) মতৌ য়াওদবা বাহৈনা ( কবিশুম্বা অমগী ) গুণ ফোংদোক্নবদি মহু 'গুণাতিপাতনি।

## অতিশয়

২০। বহূন্ গুণান্ কীর্তয়িত্বা সমান্যজনসম্ভবান্।
বিশেষঃ কীর্ত্যতে যস্তু জ্ঞেয়ঃ সোঽতিশয়ো বুধৈঃ॥

অর্থ। মীয়ক্তা চংনবা অহুগুম্বা গুণ অয়াম্বনা শীংথাহনা থোই-দোকপা গুণ অমবু শকপা শোনবা ( থাগংপা ) তৌরবদি মদুবু 'অতিশয়' ( হকমনবা ) হায়না খঙনৈ।

## তুল্যতর্ক

২১। রূপকৈরুপমানৈর্বা তুল্যার্থাভিঃ প্রযোজিতঃ।
অপ্রত্যয়ার্থসংস্পর্শস্তুল্যতর্ক প্রকীর্তিতঃ॥

অর্থ। থাজকম থোক্তবা করিগুম্বা মরম অমবু অর্থ মায়বা 'রূপক নত্রগা পান্দম অমনা খঙহল্লবদি মদুবু 'তুল্যতর্ক' হায়না কৌই।

## পদোচ্চয়

২২। বহূনাং চ প্রযুক্তানাং পদানাং বহুভিঃ পদৈঃ।
উচ্চয়ঃ সদৃশার্থো যঃ স বিজ্ঞেয়ঃ পদোচ্চয়ঃ॥

অর্থ। ৱাহৈ ময়ামনা অভোপ্পা ৱাহৈ ময়াম অমগা পূন্না শীজিন্নহনা হিরম অমত্তবু খঙহল্লবদি মহু 'পদোচ্চয়' হায়বসি ওই।

## দিষ্ট

২৩। যথাদেশংযথাকালং যথারূপং চ বর্ণ্যতে।
যৎপ্রত্যক্ষং পরোক্ষং বা দিষ্টং তদ্বর্ণতোঽপি বা॥

অর্থ। মাওদা উরিবা ( লৈরিবা ) নত্রগা উদবা হিরম অমবু মফম, মতম, অমসুং মশক-মওঙ মতুংইন্না বর্ণন তৌববু 'দিষ্ট' হায়না কৌই।

## উপদিষ্ট

২৪। পরিগৃহ্য চ শাস্ত্রার্থং যদ্বাক্যমভিধীয়তে।
বিদ্বন্মনোহরং স্বন্তমুপদিষ্টং তদুচ্যতে॥

অর্থ। শাস্ত্রার্থ মতুংইন্না ( শাস্ত্রগী অর্থ শীজিন্নহনা ) রস খঙব-শিংনা পেন্নবা অমদি পূক্লীং হুবা মওঙদা লোইশিনবা অন্থুগুম্বা ৱাঙাঙ-শাঙাঙবু 'উপদিষ্ট' হায়না খঙনৈ

---

পোং অমবু অতোপ্পা পোং অম্না ওইনা হায়বা।

## বিচার

২৫। পূর্বাশয়সন্ধানার্থৈরপ্রত্যক্ষার্থসাধনৈঃ।
অনেকাপোহসংযুক্তো বিচারঃ পরিকীর্তিতঃ॥

অর্থ। হায়রগী ভাবকা অর্থ অমত্তা ওইবা অকরুবা থোইদোকপা অমসুং মশক উদবা ময়ম অমবু পাঙথোকহনবা ওইবা অহুগুম্বা বাহৈনা [1]অপোহশিংনা তিনবা 'বিচার' হায়না কৌই।

## বিপর্যয়

২৬। বিচারস্যান্যথাভাবস্তথা দৃষ্টোপযোগতঃ।
সন্দেহাৎকল্প্যতে যস্তু স বিজ্ঞেয়ো বিপর্যয়ঃ॥

অর্থ। হাইফেৎ উরবা তুংদা (হাইফেস্তং য়েংলগা, মুমদি য়েংদনা) শেরাম্ববা রাথম্না ময়ম ওইহুনা চিংনবগী ময়ম থম্লবদি মহু 'বিপর্যয়' কৌই।

## ভ্রংশ

২৭। বাচ্যমর্থং পরিত্যজ্য দৃপ্তাদিভিরনেকধা।
অন্যস্মিন্নেব পতনাদিহ ভ্রংশঃ স ইষ্যতে॥

অর্থ। নাপননা খোয়চৎ-য়াংচৎনবা মীওইনা হায়গদবদি হায়রক্রহুনা শেরাম্ববা রাকম অতৈ পুশিন্দুনা পঙাঙ্‌দ ঙাওববু 'ভ্রংশ' হায়না কৌই।

## অনুনয়

২৮। উভয়োঃ প্রীতিজননোর্বিরুদ্ধাভিনিবিষ্টয়োঃ।
অর্থস্য সাধকশ্চৈব বিজ্ঞেয়োঽনুনয়ো বুধৈঃ॥

---

১। বর্ণন তৌরিবা হিরবগী মতুংচনবা নত্তবা মতৌবু য়াওহনবা, মতিক চাবা ময়ম উওনা ককথৎপা

অর্থ। মহৈ মহৈ গুম-ভৈনবা শাজৎ চৎনবা ( ভাবভিন্নদবা ) অহু-গুম্বা মী অনীবু পেসহন্নবা ৱাহৈ-ৱাতাবু 'অনুনয়' হায়না খঙ.নৈ।

## মালা

২৯। ঈপ্সিতার্থপ্রসিদ্ধ্যর্থং কীর্ত্যন্তে যত্র সূরিভিঃ।
প্রয়োজনান্যনেকানি সা মালেত্যভিসংজ্ঞিতা॥

অর্থ। অপাম্বা বিষয় ( মরব ) নীংথিনা ফোংদোক্নবগীদমক অথঙ-অহৈশিংনা কান্নবা ছিন্নম কয়া হায়ববু 'মালা' হায়না কৌই।

## দাক্ষিণ্য

৩০। হৃষ্টৈঃ প্রসন্নবদনৈর্যৎ পরস্যানুবর্তনম্।
ক্রিয়তে বাক্যচেষ্টাভিস্তদ্দাক্ষিণ্যমিতি স্মৃতম্॥

অর্থ। কনাগুম্বনা হায়দোরবপা হন্নাউবা অমদি মকরাম্বামায়থোং লোয়নবা ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং তোথোরকপা থৌওতনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী ফোরোয় ইন্নবদি মদুবু 'দাক্ষিণ্য' হায়না কৌই।

## গর্হণ

৩১। যত্র সংকীর্তয়ন্ দোষং গুণমর্থেন দর্শয়েৎ।
গুণাতিপাতাদ্ দোষাদ্বা গর্হণং নাম তদ্ভবেৎ॥

অর্থ। কনাগুম্বা অমগী দোষ পুথোকপা ৱাহৈ হায়না হায়না হায়রিবহুগী অর্থনদি মগুণ থাগৎপহুম থোকপা অমুগুম্বা চৈবস্ ওইবা মগুণস্ শকপা মতৌ অদুবু 'গর্হণ' হায়না কৌই।

## অর্থাপত্তি

৩২। অর্থান্তরস্য কথনে যত্রান্যোঽর্থঃ প্রতীয়তে।
বাক্যং মাধুর্যসংযুক্তং সার্থাপত্তিরুদাহৃতা॥

অর্থ। অতোপ্পা মরম অমা হায়রগা অতোপ্পা মরম অমবু খঙহনবা অহৎপা ৱাহৈ অহুমক্তি খোয়থুমবা ওইবা অদুবু 'অর্থাপত্তি' হায়না কৌই।

## প্রসিদ্ধি

৩৩। বাক্যৈঃ সাতিশয়ৈরুক্তা বাক্যার্থস্য প্রসাধকৈঃ।
লোকপ্রসিদ্ধৈর্বহুভিঃ প্রসিদ্ধিরিতি কীর্তিতঃ॥

অর্থ। ৱাহৈগী অর্থ ফোংদোকপা মীনা হায়নবা অমসুং হেন-জিনবা মওঙগী ওইবা ৱাহৈ খিবীক্না ফোংদোকপা মতৌবু 'প্রসিদ্ধি' হায়না কৌই।

## পৃচ্ছা

৩৪। যত্রাকারোক্তৈর্বাক্যৈরাত্মানমথবা পরম্।
পৃচ্ছতি চাভিধত্তেঽর্থং সা পৃচ্ছেত্যভিসংজ্ঞিতা॥

অর্থ। মথৌং-মশা, মমিং-মনানচিংবা লেঙ ওন্ত্রনা মহাক মশা মথন্তদা নত্রগা অতোপ্পদা করিগুম্বা অমগী মরমদা হংবা খোংপা তৌবা অমদি করিগুম্বা হিরম অমবু ফোংদোকপা তৌরবদি মহু 'পৃচ্ছা' হায়না খঙনৈ।

## সারূপ্য

৩৫। দৃষ্টশ্রুতানুভূতার্থকথনাদিসমুত্তবম্॥
সাদৃশ্যং ক্ষোভজননং সারূপ্যমিতি সংজ্ঞিতম্॥

অর্থ। উবদগী, তাবদগী অমদি পূক্নীংদা ফাওবা (অনুভূত) করিগুম্বা হিরম অমগী মরমদা তাঙ্বা শকপনচিংবদগী পোক্লকপা মাম্নবা মতৌনা (সাদৃশ্য) পূক্নীংদা মওল মওল খলহল্লবদি (পূক্নীং লাওবা) 'সারূপ্য' হায়বসি ওই।

### মনোরথ

৩৬। হৃদয়স্থস্য বাক্যস্য গূঢ়ার্থস্য বিভাবকম্।
অন্যাপদেশৈঃ কথনং মনোরথ ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। পুক্নীংগী য়া অমদি অক্নবা-অথূপ্পা হিয়মবু ময়েক শেংনা ভাম্হোকহন্নবা (শেংনা থগুনবা) অতোপ্পা লৌশিংনা (পাম্বৈ) য়া ভাগুবা মতৌবু 'মনোরথ' হায়না কৌই।

### লেশ

৩৭। যদ্বাক্যং বাদকুশলৈরুপায়েনাভিধীয়তে।
সদৃশার্থাভিসিম্পন্নং স লেশ ইতি কীর্তিতঃ॥

অর্থ। য়াভাঙ-য়াতা হৈবা মীনা লৌশিং তৌনা মান্নবা অর্থ তাহন্নবা ভাঙ্বা শকপা তৌববু 'লেশ' হায়না কৌই।

### সংক্ষোভ

৩৮। পরদোষৈর্বিচিত্রার্থৈর্যাত্রাত্মা পরিকীর্ত্যতে।
অদুষ্টোহহন্যোহপি বা কশ্চিৎ স সংক্ষোভ ইতি স্মৃতঃ॥

অর্থ। মশামক্না নত্রগা মশক উদবা কনাগুম্বা অমনা অগুকপা ফংনা মীগী দোষ (মরাল) পুথোক্তুনা ভাঙ্বা-শকপা তৌরবদি মদুবু 'সংক্ষোভ' হায়না কৌই।

### গুণ-কীর্তন

৩৯। লোকে গুণাতিরিক্তানাং গুণানাং যত্র নামভিঃ।
একোহপি শব্দ্যতে তত্তু বিজ্ঞেয়ং গুণকীর্তনম্॥

অর্থ। মীরমলেনগী মী পূম্নমক্কগী হেন্না মগুণ চেনবা অতুগুম্বা মীগী শাগোম্নবা মগুণশিংগী মরক্তগী গুণ অমত্তং শীংথাহনা শকপা-শোনবা তৌরবদি মদুবু 'গুণকীর্তন' হায়না কৌই।

## অনুক্তসিদ্ধি

৪০। প্রস্তাবেনৈব শেষোঽর্থঃ কৃৎস্নো যত্র প্রতীয়তে।
বচনেন বিনা জাতু সিদ্ধিঃ সা পরিকীর্তিতা॥

অর্থ। করিগুম্বা য়াহৈ অমত্তনু ঙাঙ্বা তৌদনা চুম্নগী প্রস্তাবতনা (থজীক্কং কাণ্ডথোকপতনা) হিন্নম পূম্নমক অদুবু খঙ্হল্লবদি মদুবু 'অনুক্তসিদ্ধি' হায়না কৌই।

## প্রিয়োক্তি

৪১। যৎপ্রসন্নেন মনসা পূজ্যং পূজয়িতুং বচঃ।
হর্ষপ্রকাশনার্থং তু সা প্রিয়োক্তিরুদাহৃতা॥

---

১। বিজানাতু

মথাগী শ্লোকশিং অসি হেন্না থেংনবদু য়াওই মহুদি,

বিভূষণংচাক্ষরসংহিতংশ্চ শোভাভিমানৌ গুণ কীর্তনং চ।
প্রোৎসাহনোদাহরণে নিরুক্তং গুণানুবাদোঽতিশয়শ্চ হেতু.॥
সারূপ্যামিথ্যাবসায়সিদ্ধিপদোচ্চয়াক্রন্দমনোরথাশ্চ।
আখ্যানযাচ্ঞা প্রতিষেধপৃচ্ছাদৃষ্টান্তনির্ভাসন-সংশয়াশ্চ॥

অর্থ। পূজা তৌনৰম ওইবা (ইকাইখুম্নৰম ওইবা) মীশু ইকাই খুম্নবগীদমক পূক্নীং মকাবায়া হয়াউবা কোংদোকপা রাহৈ শীজিন্নববু 'প্রিয়োক্তি' হায়না কৌই।

৪২। এতানি চ কাব্যস্ত লক্ষণানি ষটবিংশত্তুদ্দেস্য-
নিদর্শনানি।
প্রবন্ধ শোভাকরাণি তজ্জ্ঞৈঃ সম্যক্ প্রযোজ্যানি
যথারসানি॥

অর্থ। পাঙ্‌থোক্নীংবা পাঙথোকহনবা, প্রবন্ধবু মশক ফজহনবা (মশক থোকহনবা) অহুগুম্বা কাব্যলক্ষণ ৩৬ অসিবু অথও অহৈশিংনা রস মশক থওনা (মাগী মাগী শীজিন্নৰম থওনা) শীজিন্নবিগনি।

অলংকার মথল মরি

৪৩। উপমা দীপকং চৈব রূপকং যমকং তথা।
কাব্যস্থৈতে হ্যলংকারাশ্চত্বারঃ পরিকীর্তিতাঃ॥

অর্থ। কাব্যগী অলংকার মরিনি মহুদি উপমা, দীপক, রূপক অমসুং যমক।

উপমা

৪৪। যৎকিঞ্চিৎ কাব্যবন্ধেষু সাদৃশ্যেনোপমীয়তে।
উপমা নাম বিজ্ঞেয়া গুণাকৃতিসমাশ্রয়া॥

অর্থ। কাব্যদা মান্নবা পোৎনা করিগুম্বা অমগী পান্দম ওইনরবদি মদুবু 'উপমা' হায়না খঙনৈ। হায়রিবা উপমা অসিদি গুণ অমসুং মশক মওঙতগা মরী লৈনৈ।

১। মসিগী মহুতা 'ষট্‌ত্রিংশৎ' ওইগদবনি, মসি থুৎহৈদা ক্লাজবনি নীংই। লক্ষণহু ৩৬ তুনা তাকলি, শ্লোক ৫ য়েংউ।

৪৫-৪৮। একস্যৈকেন সা কার্যানেকেনাপ্যথবা পুনঃ।
অনেকস্য তথৈকেন বহূনাং বহুভিস্তথা॥
তুল্যং তে শশিনা বক্ত্রমিতি হ্যেককৃতা ভবেৎ।
শশাঙ্কবৎ প্রকাশন্তে জ্যোতিংষীতি ভবেত্তু যা॥
(অনেকস্যৈ) কবিষয়া সোপমা পরিকীর্তিতা।
শ্যেনবর্হিণভাসানাং তুল্যাক্ষ ইতি যা ভবেৎ॥
একস্য বহুভিঃ সা স্যাদুপমা নাটকাশ্রয়া।
বহূনাং বহুভির্জ্ঞেয়া ঘনাইব গজা ইতি॥

অর্থ। হায়রিবা উপমা অসিনা পোৎ অমগা পোৎ অমগা নত্রগা পোৎ ময়ামগা পোৎ অমত্তংগা অসিগী মরক্তা শীজিন্নৈ, অছুওমছনা মসিনা অয়াম্বগা অমগা, নত্রগা অয়াম্বগা অয়াম্বগা—অসিগী মরক্তা শীজিন্নৈ।

খূদম—

অমগা অমগা চাংদম্নবা—নঙগী মায়থোংদি থাঙম্মী। মঙান চেনবা পোৎ মথৈবু থাঙম্না প্রমাণ তৌনৈ—অসিগুম্বা মতাং অমিদনা অমনা ময়ামগা চাংদম্নবা মতৌছু ওই।

মিৎ অছু খুম্নু-প্রঙ, রাহোং অমদি লাঙজাগী মমিৎ কুম্মী—নাটকতা (লীলা) য়াওবা অসিগুম্বা পান্দম অসি ময়ামগা পোৎ অমগা চাংদম্নবা মওঙ্গীনি।

শামুশিং অদো য়াউশিং অছুগুম্মী—ময়ামগা ময়ামগা পাবগী মশক্তি।

৪৯। প্রশংসা চৈব নিন্দা চ কল্পিতা সদৃশী তথা।
কিঞ্চিচ্চ সদৃশী জ্ঞেয়া হ্যুপমা পঞ্চধা বুধৈঃ॥

অর্থ। উপমা মথল মঙানি মচুদি—প্রসংসা ( থাগৎপা ), নিন্দা ( তাঅীবা ), কল্পিতা ( ভাবনাশাবা ), সদৃশী ( মান্নবা ), কিঞ্চিৎ সদৃশী ( হাইফেৎ মান্নবা ) অসুম্না।

৫০। দৃষ্ট্বা তু তাং বিশালাক্ষীং তুতোষ মনুজাধিপঃ।
মুনিভিঃ সাধিতাং কৃচ্ছ্রাৎ সিদ্ধিং মূর্তিমতীমিব॥

অর্থ। মুনিশিংনা থানা নীংজরিবী অদুগুম্বী সিদ্ধিনা মশক নাই-রকপা মানবী মিৎস্না কোইরানবী নুপী অদুবু উবদা নিংথৌ অদু পেনখ্রে।

নিন্দা

৫১। সা তং সর্বগুণৈর্হীনং সম্বজ্ঞে কর্কশচ্ছবিম্।
বনে কণ্টকিনং বল্লী দাবদগ্ধমিব দ্রুমম্॥

অর্থ। মগুণ অমত্তুম্থ চেনদবা মশক থীবা নিপা অদুবু লম্মৈনা চাকথোকখ্রবা তীংথংনা য়োম্বা অদুগুম্বা উপাম্বীদা অনোবা উরীনা য়েৎপগুম—নুপী অদুনা থাগোম্নরক্রে।

কল্পিতা

৫২। ক্ষরন্তো দানসলিলং লীলা মন্থরগামিনঃ।
মতঙ্গজা বিরাজন্তে জঙ্গমা ইব পর্বতাঃ॥

অর্থ। চাং-লেম্বা অচম্ন। শাজেংনা চৎপা অমদি মচু মতারবা শামু লমশাশিংনা—অচৎপা চীংদুমগুম য়েংবদা নীংথিজরি।

সদৃশী

৫৩। যত্ত্বয়াহদ্য কৃতং কর্ম পরচিত্তানুরোধিনা।
সদৃশং তত্তবৈব স্যাদতিমানুষ কর্মণঃ॥

১। Metaphor—M. Ghosh

অর্থ। অতোম্বগী পূক্লীংবু শেন্নহনবীক্লনতা লৈবা নম্বাক্তা ওসি ওৌবিশিবা থবক অক্লমক্তি মীথোই শীবেনতনা তৌবা হৌনবা অক্লওম্বা থবক্লা নথৌ ওইনবা নওতগী মপা চাবনি ( সদৃশ )।

## কিঞ্চিৎ সদৃশী

৫৪ সংপূর্ণচন্দ্রবদনা নীলোৎপলদলেক্ষণা।
মত্তমাতঙ্গগমনা সংপ্রাপ্তেয়ং সখী মম॥

অর্থ। পূর্ণিমা থানিননা মাগী মায়থোং ওইবী, মম্বিৎ অনিনা থম্বাল অশংবগী লৈকাবু ওমজবী, শাজংনা ময়াই কারবা শামু লমশাওম চীং লেম্বী ঐগী চান্নবী অসে লাক্লে।

৫৫। উপমায়া বুধৈরেতে ভেদা জ্ঞেয়া সমাসতঃ।
শেষা যে লক্ষণৈর্নোক্তাঃ সংসাধ্যাস্তেহপি লোকতঃ॥

অর্থ। অথঙ্-অহৈ পণ্ডিতশিংনা অসিগুম্বা উপমাগী থেন্নবশিং অসিবু শূপচিন্না থওনগদবা ওই। অরেম্বা লক্ষণ হায়খিদবশিং অহুগী মরম্না মীগী চংনবোলশিংদগী য়েংহুনা শীজিন্নগনি।

## রূপক

৫৬-৫৭। স্ববিকল্পেন রচিতং তুল্যাবয়বলক্ষণম্।
কিঞ্চিৎসাদৃশ্যসম্পন্নং যদ্রূপং রূপকংতু তৎ॥

যথা—

পদ্মাননাস্তাঃ কুমুদপ্রহাসা-
বিকাসিনীলোৎপলচারুনেত্রা।
বাপীস্ত্রিয়ো হংসকুলৈর্নদদ্ভি-
র্বিরেজুরন্যোন্যমিবাহ্বয়ন্ত্যঃ॥

অর্থ। হাইকেং শকমাম্নবা, শাবান মূর্ত্তি অমত্তা ওইবা অচুগুম্বা তোপ তোম্না ভাবকী মূর্ত্তি অমা মশাগী পূক্নীংদা শাগৎপা মতোমু 'রূপক[১]' হায়না কৌই।

মতুদি—

মায়থোং থম্বাল মানবী, থরো থাম্নীকথাগুম মীনোকপী, 'ফুমনা শাংপী থম্বাল অশংবা লৈকানা মাম্নী মিৎম্না ওইবী, মমাম্নবীশিংগা কৌন-ভাওনা তোহুনা পুঞ্জীষ্টুংদা শাংলিবী নূপীশিংনা ঈম্নায়দা তাউরিবা কাংগুশিং অচগা লোয়নবা ভাম্মোইমিম্নরি।

## দীপক

৫৮-৫৯। নানাধিকরণস্থানং শব্দানাং সংপ্রদীপনঃ।
একবাক্যেন সংযোগো যত্তদ্দীপকমুচ্যতে॥

যথা—

সরাংসি হংসৈঃ কুসুমৈশ্চ বৃক্ষা-
মত্তৈর্দ্বিরেফৈশ্চ সরোরুহাণি।
গোষ্ঠীভিরুদ্যানবনানি চৈব-
তস্মিন্নশূন্যানি সদা ক্রিয়ন্তে॥

অর্থ। অয়াম্বা হিরমগা মরী লৈনবা বাহৈশিংবু পুম্নপ পূনশিম্না বাহৈ অমথক্তনা ভাম্মোকহল্লবদি মদুবু 'দীপক' হায়না কৌই।

মতুদি—

মকম অচুগী পুঞ্জীশিংদনা কাংগুনা, উপাল-রাপজ মথৈদনা অশাংপা লৈতনা, হৌরিবা থম্বালশিংদনা খোইমু মপেনা অমস্থুং উপবনশিংদনা (খুৎশেমগী বন মচাশিং মী তিনকম, পোথাকম্নচিংবা) মকম অচুদা তিল্লবা মীশিংনা মতম পুম্নমক্তা থক হাওহনন্না তৌদে।

১। Metaphor—M. Ghosh

## যমক

৬০-৮৫।

শব্দাভ্যাসস্তু যমকং পাদাদিষু বিকল্পিতম্।
বিশেষদর্শনঞ্চাস্য গদতো মে নিবোধত॥
পাদান্তযমকং চৈব কাঞ্চীযমকমেব চ।
সমুদ্গযমকং চৈব বিক্রান্ত যমকং তথা॥
যমকং চক্রবালঞ্চ সন্দষ্টযমকং তথা।
পাদাদিযমকঞ্চৈব আম্রেড়িতমথাপি চ॥
চতুর্ব্যবসিতঞ্চৈব মালাযমকমেব চ।
এতদ্দশবিধং জ্ঞেয়ং যমকং নাটকাশ্রয়ম্॥
চতুর্ণাং যত্র পাদানামন্তে স্যাৎসমমক্ষরম্।
তদ্বৈ পাদান্তযমকং বিজ্ঞেয়ং নামতো যথা॥
দিনক্ষয়াৎ সংহৃতরশ্মিমণ্ডলং দিবীব লগ্নং তপনীয়
মণ্ডলম্।
বিভাতিতাম্রং দিবি সূর্যমণ্ডলং যথা তারুণ্যাঃ
স্তনভারমণ্ডলম্॥
পাদস্যান্তে যথা চাদৌ স্যাতাং যত্র সমে পদে।
তৎকাঞ্চীযমকং চৈব বিজ্ঞেয়ং সূরিভির্যথা॥
যামাযামাশ্চন্দ্রবতীনাং দ্রবতীনাং
ব্যক্তাব্যক্তা সারজনীনাং রজনীনাম্।
ফুল্লে ফুল্লে সভ্রমরে বা ভ্রমরে বা
রামা রামা বিস্ময়েতে চ স্ময়তে চ॥
অর্ধে নৈকেন যদ্‌বৃত্তং সর্বমেব সমাপ্যতে।
সমুদ্রযমকং নাম তজ্জ্ঞেয়ং পণ্ডিতৈর্যথা॥
কেতকীমুকুলপাণ্ডুরদন্তঃ শোভতে প্রবরকাননহস্তী।
একৈকং পাদমুৎক্রম্য দ্বৌ পাদৌ সদৃশৌ যদি।
বিক্রান্তযমকং নাম তদ্বিজ্ঞেয়মিদং যথা॥

স পূর্বং বারণো ভূত্বা দ্বিশৃঙ্গ ইব পর্বতঃ।
অভবদ্ধস্তবৈকল্যাদ্ ত্রিশৃঙ্গ ইব পর্বতঃ॥
পূর্বস্যান্তেন পাদস্য পরস্যাদির্যদা সমঃ।
চক্রবচ্চক্রবালন্তু বিজ্ঞেয়ং নামতো যথা॥
শরৈর্যথা শক্রভিরাহতা
হতাশ্চ বাণৈরনুপুংখগৈঃ খগৈঃ।
খগৈশ্চ সর্বৈর্যুধি সঞ্চিতাশ্চিতা-
শ্চিতাধিরূঢ়া হি হতাস্তলৈস্তলৈঃ॥
আদৌ দ্বৌ যত্র পাদৌ তু ভবেতামক্ষরে সমে।
সন্দষ্টযমকং নাম বিজ্ঞেয়ং তদ্ বুধৈর্যথা॥
পশ্য পশ্য রমণস্য মে গুণান্
যেন যেন বশগাং করোতি মাম্।
যেন যেন হি মমৈতি দর্শনং
তেন তেন বশগাং করোতি মাম্॥
আদৌ পাদস্য যত্র স্যাৎ সমাবেশঃ সমাক্ষরঃ
পাদাদি যমকং নাম তদ্বিজ্ঞেয়ং বুধৈর্যথা॥
বিষ্ণুঃ সৃজতি ভূতানি বিষ্ণুঃ সংহরতি প্রজাঃ।
বিষ্ণুঃ প্রসূতে ত্রৈলোক্যংবিষ্ণুর্লোকাধিদৈবতম্॥

পাদস্যান্তং পদং যচ্চ দ্বির্দ্বিরেকস্মিহোচ্যতে।
পাদস্যাম্রেড়িতং নাম বিজ্ঞেয়ং নিপুণৈর্যথা॥
বিজৃম্ভিতং নিঃশ্বসিতং মুহুর্মুহুঃ
যথাভিধানং স্মরণং পদে পদে।
যথা চ তে ধ্যানমিদং পুনঃ পুনঃ
তথা গতা তাং রজনী বিনা বিনা॥
সর্বে পাদাঃ সমা যত্র ভবন্তি নিয়তাক্ষরাঃ।
চতুর্ব্যবসিতং নাম তদ্বিজ্ঞেয়ং বুধৈর্যথা॥

[1]বারণানাময়মেবকালঃ বারণানাময়মেব কালঃ।
বারণাময় মেব কালঃ বারণানাময় মেব কালঃ॥
নানারূপৈঃ স্বরৈর্যুক্তং যত্রৈকং ব্যঞ্জনং ভবেৎ॥
তন্মালা যমকং নাম বিজ্ঞেয়ং পণ্ডিতৈর্যথা॥
হলী বলী হলী মালী শূলী খেলী ললী জলী।
বলো বলোচ্চলোলাক্ষী মুসলী ত্বাভিরক্ষতু॥
অসৌ হি রামারতিবিগ্রহপ্রিয়া
রহঃ প্রগল্ভা রমণং রহোগতম্।
রতেন রাত্রিং গময়েৎ পরেণ বা
ন চেদুদেষ্যত্যরুণঃ পুরো রিপুঃ॥
স পুষ্করাক্ষঃ ক্ষতজোক্ষিতাক্ষঃ
ক্ষরৎ ক্ষতেভ্যঃ ক্ষতজং দুরীক্ষম্।
ক্ষতৈর্গবাক্ষৈরিব সংবৃতাক্ষঃ
সাক্ষাৎ সহস্রাক্ষ ইবাবভাতি॥

অর্থ। পাদনচিংবদা অমসুং অতৈ মকমশিংদা রাহৈ হঙ্গিন্না হায়বব্ 'যমক' হায়না কৌই। মসিগী তোপতোপ্পা মতৌ মওঙ্‌নচিংবহু হায়গে তাবিয়ু।

নাটক-কা মন্নী লৈনবা যমক মথল তরানি; মহুদি পাদান্ত যমক, কাঞ্চীযমক, সমুদ্গযমক, বিক্রান্তযমক, চক্রবাল যমক, সংদষ্টযমক, পাদাদি যমক, আম্রেড়িতযমক, চতুর্ব্যসিত যমক, মালাযমক অসিনি।

পাদান্ত যমক—

পাদ মরিগী অরোই অরোইবদা ময়েক মথল অমত্তমক মায়না লৈরবদি মহু 'পাদান্ত যমক' কৌই, মসিগী থূদম—

অঙানবা মতম লোইরক্লহুনা মঙান-মশেক পূম্বা মুখরক্লবা মতমদা কোন্নী মচুনা লৈতেংবা মুমিং মকোয়বু মথোন কাবী নুপীগী অচৌবা থাবোম-মকোয়গুম্না উরি।

১। সাবারণানাময়মেব কালঃ—চৌখাম্বা প্রেস বেনারস

কাঞ্চী যমক—

পাদগী অরোইবা অমসুং অহৌবদা মান্নবা পদ ওইরবদি পণ্ডিত-শিংনা মদুবু 'কাঞ্চীযমক' হায়না খঙ্নৈ।

খুদমদি—

মথোনকাবী নুপীশিংগা লৈমিন্নরিঙৈদদি থাবল কয়বা অহিংগী শাংলবা মতমনা খঙ্হৌদবা মওঙদা খোঙ্জেল য়াঙনা চেপ্পোকখি।

খোইমু তোংবা নত্রগা তোংদবা অশাংপা লৈরাংশিংবু উবদা শকহেনবী নুপীনা ঙকপমখৈ যেংলি অমসুং হৈকোন-লৈকোননা নোকখেৎ তৌরি।

সমুদ্গযমক—

হিরম অমত্তং হায়হনা ছন্দ অমবু লোইশিল্লবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু 'সমুদ্গযমক' হায়না কৌই।

খুদম—

কেতকী কৌবা লৈগী মচুগুম ঙৌরুনবা ময়া লোয়নবা অহুগুম্বা অচৌবা শামু লমশাবু য়েংবদা কুপ্পৈ ওই। অহুগা কেতকী কৌবা লৈগী মচুগুম ঙৌরুনবা ময়া লোয়নবা অচৌবা উমং মকুমনীংবা অহুগুম্বা শামুবু য়েংবদা কুপ্পৈ ওই।

বিক্রান্তযমক—

পাদ অমমম কাল্লগা ( মরক্তা অমনা খল্লগা ) পাদ অনিনা চপ মান্নবদি মদুবু 'বিক্রান্ত যমক' হায়না কৌই।

---

য়েংগদবা—খুদম অসিদি মরেক মশেনতগী মান্নবা মতৌ উৎপগীদমক্তা ওইনা পীরবা ওইবনা, হন্নিবা অর্থ অসিদি চুমগী শ্লোকনা উৎলিবা ভাব অহুতা ফোংহোকপনি, অশেংবা যমক-কী মতৌদি উৎপা নত্তে খঙগনি।

খূদমদি—

চীংদোন অনি লোঙ্বা অচৌবা চীংজাউমক মাল্লবা শাম্ অহুনা হুজীক ময়া অনিমক তেকপ্লবদদি মাবু চীংদোন য়াওদবা চীংমক মাল্লা উয়ি।

চক্রবাল যমক—

পাদ অমগী অরোইবদা লৈবা পাদগা (য়াহৈ) মথংগী পাদগী অহৌবদা লৈবা পদগা (য়াহৈগা) মশক অমত্তা ওইববদি মদুবু 'চক্র-বাল যমক' হায়না কৌই।

খূদমদি —

অম্লমা মখোয় পুম্নমক য়েক্লবগী তেন্না থাহুনা হাংখি খুৎলাইশিং অহুগী মতুংদা চাক্তাবা (চীঞাকথিবা) উচেকশিংনা ঈরোয়ননা পাইরকলি; অসিগুম্বা উচেকশিংনা মোংকমদা যক্তগী শীং মথক্তা লৈরবা অশিবা হকচাংশিংদা তোংহুনা মখূজীম্না অমদি মচীন অত্তুম্বনা হনবা শেৎপা তৌহুনা লানকম অহু পুমনোম হেক নোমহল্লি।

সংদষ্ট যমক—

শ্লোক পাদদা অপানবা ময়েক অনি মাল্লরবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু 'সংদষ্ট-যমক' হায়না কৌনৈ।

খূদমদি—

ঐগী চায়থোইবগী মগুণশিং অসি কল্লাদনো য়েংউ—গুণশিং অহুতনা নমহুনা ঐবু মঙোল্দা ভক্তি তৌহল্লি অহুগা অহুগুম্বা মগুণশিং অহুতবু উবদা মানা ঐবু গুল্লাংহ্রিবনি।

পাদ্যাদিযমক—

পাদ খূদীংমক্কী অহানবা ময়েক চপমাল্লবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু 'পাদ্যাদি-যমক' হায়না কৌই।

থূদমদি—

থরায় পানবা থূদীংমক বিষ্ণুনা শেম্বিবনি, বিষ্ণুনা থরায় পানবা পুম্নমকপু মাঙহনবি; বিষ্ণুনা মরোল অহমগী শেম্বিবা মপুনি অমসুং বিষ্ণুনা মরোল অহম্মকী নিংথৌনি।

আম্রেড়িত যমক—

পাদগী অরোইবা পদনা অনিরক হল্লবদি অথঙ অহৈশিংনা মদুবু[1] 'আম্রেড়িত' হায়না কৌই।

থূদমদি—

হয়া হয়া নহাক্কা অশাংবা স্বরমপী কয়া হোললি, অতৎপা লৈতনা মমিং শোন্দুনা নঙনা মাবু নীংশিংলি, অসুম্না নঙনা মাতবু ধ্যান তৌহুনা মহাক য়াওদবা শাংলবা অহিং অসিমা লেনখি।

[2]চতুর্ব্যবসিতযমক—

অকক্লবা ময়েকশিংনা শেম্বা পাদগী মশক চপ মান্নরবদি মদুবু পণ্ডিতশিংনা 'চতুর্ব্যবসিত' হায়না খঙনৈ।

থূদমদি—

হুজীক অসি লৈনা লৈশাংতম্বা মতমনি,
হুজীক অসি শামুগী লায়না কোকপা মতমনি,
হুজীক অসি য়েক্লবনা লান্দাম্নকপা মতমনি
হুজীক অসি লানগী যাত্রা য়ারবা মতমনি।

মালা যমক—

ব্যঞ্জন ময়েক অমত্তদা স্বর মখল মখল তপশিল্লবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু 'মালা যমক' হায়না কৌই।

---

১। সংস্কৃত ব্যাকরণদা অনিরক হনবা বাহৈগী অকোনবদুবু মমিং অসিদা খঙনৈ।

২। শ্লোকতদি মথক্কী পরেংগী বাহৈ পুম্নমক অমত্তাকায়রনা (মশক হোৎনা) মথাগী পরেংমক অহুমক লৈবা অঙগা বাহৈ থূদীংমক্কী অর্থদি তোঙান তোঙান্নবা ওইনা উৎলি। ঐখোয়নদি মসুমক উৎসুবা ওইথোকখিরবনা ভাব অমুতং উৎনবা হোৎনজৈ।

খুদমদি—

(ক) নীংথিবা লৈয়াং পরেংনা লৈতেংবা, খুত্তা লাঙল পায়বা, শায়খোংনবদা পূক্কীং লুপ্পা, হাইরং ভূরং মশা নোম নোম চংপা শাজংনা মাগী ওইবা, রস খঙবদা মাগুম্বা মপা লৈতবা, কন-থৌবদা খ্বায়দগী মানা হেনবা, মাগী মিংয়েং উরুক্ক লৈবা, গদা পায়বা, কনবদা মপা লৈতবা অহুগুম্বা বলরামনা নখোয়বু ঙাকপি-কনবিসন্নু।

(খ) শকহেনবী নূপী অসিনা লৈপুন লীলা লানকমদা য়োনা পামজবনা মরম ওইহুনা মহূদা মাগী ইকাইবা হংগোইবা মত্তৌ থক লৈতে, মাগী য়েক্লবা শক্লবা মুমিংনা নোংপোক মায়কৈদা মুনা য়েংলত্রি মথৈদি কনাম্নু খঙদনা মাগী হুংশিবদু মানা চেংনা থাগোম্লহুনা থমথিগনি।

৮৬। এভিরর্থক্রিয়াপেক্ষৈঃ কার্যং কাব্যং তু লক্ষণৈঃ।
অত ঊর্ধ্বং তু বক্ষ্যামি কাব্যদোষাংস্তথাবিধান্॥

অর্থ। পাঙথোক্কদৌরিবা মরম অমসুং তৌগদৌরিবা থৌরমশিং অহুগা মরী লৈনবা থন্দুনা অসিগুম্বা লক্ষণশিং অসি য়াওনা লীলা-নাটক নচিংবা শেমগদবনি।

## দোষ

৮৭। গূঢ়ার্থমর্থান্তরমর্থহীনং ভিন্নার্থমেকার্থমভিপ্লুতার্থম্।
ন্যায়াদপেতং বিষমং বিসন্ধি শব্দচ্যুতং বৈ দশ কাব্যদোষাঃ॥

অর্থ। কাব্যগী দোষ মখল তরানি মহুদি—

গূঢ়ার্থ, অর্থান্তর, অর্থহীন, ভিন্নার্থ, একার্থ, অভিপ্লুতার্থ, ন্যায়াদপেত, বিষম, বিসন্ধি অমসুং শব্দচ্যুত।

## গূঢ়ার্থ

৮৮ (ক)। পর্যায়শব্দাভিহিতং গূঢ়ার্থমভিসংজ্ঞিতম্।

অর্থ। অর্থ মাম্নবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা মুংগী অর্থ লোৎপা মতৌবু গূঢ়ার্থ হায়না কৌই।

## অর্থান্তর

৮৮ (খ)। অবর্ণ্যং বর্ণ্যতে যত্র তদর্থান্তরমিষ্যতে ॥

অর্থ। হায়গোইদবা বিষয়বু হায়বা মতৌবু 'অর্থান্তর' কৌই।

## অর্থহীন

৮৯ (ক)। অর্থহীনংত্বসম্বদ্ধং সাবশেষার্থমেব চ।

অর্থ। নাতৈ-উতৈ চাদবা অহুগা অর্থমু মপুংফাদবা অদুবু অর্থহীন' হায়না কৌই।

## ভিন্নার্থ

৮৯ (খ)-৯০। ভিন্নার্থমভিবিজ্ঞেয়মসভ্যং গ্রাম্যমেব চ॥
বিবক্ষিতোহন্য এবার্থো যত্রান্যার্থেনভিদ্যতে।
ভিন্নার্থংতদপি প্রাহুঃ কাব্যংকাব্যবিচক্ষণাঃ॥

অর্থ। অশ্লীল ওইবা, ( অকাম অপেৎকুম্বা থুনাম্বা ৱাহৈ ) চাও-খত্তবা থুমুংগী মতৌ ওইবা অমসুং লৌশিংতনা খঙগদবা ওইবা অদুবু 'ভিন্নার্থ' কৌই।

অর্থ অমা হায়নীংবদা অতোপ্পা অর্থ অমা ওইনা চৎলিবা হায়বদি অমা হায়রগা অমদা ওনলিবা মতৌবু ভিন্নার্থ হায়না কৌই।

## একার্থ

৯১ (ক)। একার্থস্যাভিধানং যৎ তদেকার্থমিতি স্মৃতম্।

অর্থ। তোঙান তোঙাম্নবা ৱাহৈবু অর্থ অমত্তা ওইনা শীজিন্নববু 'একার্থ' হায়না কৌই।

## অভিপ্লুতার্থ

৯১ (খ)। অভিপ্লুতার্থং বিজ্ঞেয়ং যৎ পাদেন সমস্যতে ॥

অর্থ। পাদ অমত্তদা য়াহৈ অমা লোইশিনববু 'অভিপ্লুতার্থ' হায়না কৌই।

## ন্যায়াদপেত

৯২ (ক)। ন্যায়াদপেতং বিজ্ঞেয়ং প্রমাণপরিবর্জিতম্।

অর্থ। প্রমাণ য়াওদববু 'ন্যায়াদপেত' হায়না কৌই।

## বিষম

৯২ (খ)। বৃত্তভেদো ভবেদ্যত্র বিষমং নাম তত্ত্ববেৎ ॥

অর্থ। ছন্দপতন ওইববু ( ছন্দ য়াওদবা ) 'বিষম' হায়না খঙনৈ।

## বিসন্ধি

৯৩ (ক)। অনুপশ্লিষ্টশব্দং যৎ যদ্বিসন্ধীতি কাশিতম্।

অর্থ। সন্ধি তৌশিন্নবা য়াবা ময়েকপু খায়দোক্লনা অতুম্মক থম্বু 'বিসন্ধি' হায়না কৌই।

## শব্দচ্যুত

৯৩ (খ)। শব্দচ্যুতং চ বিজ্ঞেয়মপশব্দস্য যোজনাৎ ॥

অর্থ। কান্নদবা অয়ানবা য়াহৈ শীজিন্নববু শব্দচ্যুত কৌই।

৯৪ (ক)। এতে দোষা হি কাব্যস্য ময়া সম্যক্ প্রকীর্তিতাঃ।

অর্থ। কাব্যগী দোষশিংগী ময়ম ঐনা অসুম্না হায়জরবসিনি।

৯৪ (খ)। গুণা বিপর্যয়াদেষাং মাধুর্যৌদার্যলক্ষণাঃ।

অর্থ। মখোয় অসিগী ওল্টৈনবা মত্তোনা মাধুর্য, ঔদার্য অসিন-চিংবা গুণগী মশক ওইরকই।

## গুণ

৯৫। শ্লেষঃ প্রসাদঃ সমতা সমাধির্মাধুর্যমোজঃ পদসৌকুমার্যম্।
অর্থস্য চ ব্যক্তিরুদারতা চ কান্তিশ্চ কাব্যস্য গুণা দশৈতে॥

অর্থ। কাব্যগী গুণ মখল তরানি মসিদি—
শ্লেষ, প্রসাদ, সমতা, সমাধি, মাধুর্য, ওজ, সৌকুমার্য, অর্থব্যক্তি, উদারতা, অমসুং কান্তি[১]।

## শ্লেষ

৯৬। ঈপ্সিতেনার্থজাতেন সম্বন্ধানাং পরস্পরম্।
শ্লিষ্টতা যা পদানাং হি শ্লেষ ইত্যভিধীয়তে॥

অর্থ। কোংদোক্লীংলিবা অর্থগা মরী লৈনবা য়াহৈ কয়ামকমনা পুন্না শেম্বা মতৌবু 'শ্লেষ' হায়না কৌই।

## প্রসাদ

৯৭। অপ্যনুক্তো বুধৈর্যত্র শব্দোঽর্থো বা প্রতীয়তে।
সুখশব্দার্থসম্বোধাৎ প্রসাদঃ পরিকীর্ত্যতে॥

অর্থ। লায়না খঙবা য়াহৈ নত্রগা অর্থ হায়দোক্তবা য়াহৈ নত্রগা অর্থ খঙহনবা য়াহৈবু 'প্রসাদ' হায়না কৌই।

## সমতা

৯৮। অন্যোন্যসদৃশা যত্র তথা হ্যন্যোন্যভূষণাঃ।
অলঙ্কারগুণাশ্চৈব সমাসাৎ সমতা যথা॥

অর্থ। অলংকারগা গুণগা চাং মান্নবদি অমনা অমগী লৈতেং ওই—মদুবু 'সমতা' হায়না কৌই। (সমতা থোংমান্নবা)।

---

১। অতৈ থরগী মত-তা মিং ১০ অসি মান্না লৌখৎলবদ্র মতৌ মগুণ্গী খোন্নবদি লৈ।

## সমাধি

৯৯। উপমাহ্যুপদিষ্টানামর্থনাং যত্নতস্তথা।
প্রাপ্তানাং চাতিসংযোগঃ সমাধিঃ পরিকীর্ত্যতে॥

অর্থ। উপমা-নচিংবনা তাকপা (খঙহনবা) অথ খিবীকপু হৈশিংনা শমজিন্না উৎপবু 'সমাধি' হায়না কৌই।

## মাধুর্য

১০০। বাহুশো যচ্ছ্রুতং বাক্যমুক্তংবাপি পুনঃ পুনঃ।
নোদ্বেজয়তি যস্মাদ্ধি তন্মাধুর্যমিতি স্মৃতম্॥

অর্থ। হন্না হন্না তাহুনসু অমদি হন্না হন্না হায়বা ওইরবদসু পুক্নীংদা পেন্দবা (লাঙতক্নবা ?) পোকহন্দ্রবদি (মুংঙাইহন্নবদি) মহু 'মাধুর্য' হায়বসি ওই।

## ওজোগুণ

১০১। অবগীতোঽপি হীনোঽপি স্যাদুদাত্তাবভাবকঃ।
যত্র শব্দার্থসম্পত্তিস্তদোজঃ পরিকীর্তিতম্॥

অর্থ। ফজদবা অমদি মগুণ চেন্দবা শৈরেং ওইরবসু মহুনা উদাত্ত-ভাব (অৱাংবা ভাব) কোংদোক্নবদি অহুগা মহুদা য়াহৈগী নীংথিবা গুণ চেন্নবদি মদুবু 'ওজোগুণ-নাত্তিনবা' অম্নুনা খঙনৈ।

## সৌকুমার্য

১০২। সুখপ্রযোজ্যৈর্যচ্ছব্দৈর্যুক্তং সুশ্লিষ্টসন্ধিভিঃ।
সুকুমারার্থসংযুক্তং সৌকুমার্যং তদুচ্যতে॥

অর্থ। লায়না হায়দোকপা য়াবা (হায়বা মুংঙাইবা), সন্ধি তৌয়বা নীংথিবা য়াহৈনা জিনবা অমসুং পুক্নীং হুবা অর্থ শাগোয়বা অহুগুম্বা গুণবু 'সৌকুমার্য' হায়না কৌই।

## অর্থব্যক্তি

১০৩। যস্যার্থোঽনুপ্রবেশেন মনসঃ পরিকল্প্যতে।
অনন্তরং প্রয়োগস্য সাঽর্থব্যক্তিরুদাহৃতা॥

অর্থ। পীজিন্নবা ভুংদা পুক্নীংনা মতুং ইল্লগা অর্থ খঙলকপা মতৌবু অর্থভাকপগী গুণ চেল্লি হায়দুনা 'অর্থব্যক্তি' হায়না খঙনৈ।

## উদাত্ত

১০৪। অনেকার্থবিশেষৈর্যৎ সূক্তৈঃ সৌষ্ঠবসংযুতৈঃ।
উপেতমতিচিত্রার্থৈরুদাত্তং তচ্চ কীর্ত্যতে॥

অর্থ। অকক্নবা অর্থ ময়ামনা তিনবা অমসুং নীংথিবা কন্নবা মতৌগী খোয়থুম্নহনবা বাহৈ বাভানা লৈতেংবা, নীংথিবা অর্থ থোকহনবা অদুবু 'উদাত' হায়না কৌই।

## কান্ত

১০৫। যো মনঃ শ্রোত্রবিষয়ঃ প্রসাদজনকো ভবেৎ।
শব্দবন্ধো প্রয়োগেণ স কান্ত ইতি ভণ্যতে॥

অর্থ। নীংথিবা বাহৈগী শৈরেংনা পুক্নীং অমদি নাকোঙবু পেলহনবা অমদি মকারামহনবা ওন্নবদি মদুবু 'কান্ত" হায়না কৌই।

১০৬। এবমেতে হ্যলঙ্কারা গুণা দোষাশ্চ কীর্তিতাঃ।
প্রয়োগমেষাং চ পুনর্বক্ষ্যামি রসসংশ্রয়ম্॥

অর্থ। অসুম্না ঐনা অলংকার, গুণা অমদি দোষকী মরম হায়রবসিনি। মথংদা অমুক মখোয় অসিনা রস-দা তাংবগী মতৌ হায়গে।

১০৭। লঘ্বক্ষরপ্রায়কৃতং উপামারূপকাশ্রয়ম্।
কাব্যং কার্যং তু কাব্যজ্ঞৈর্বীররৌদ্রাদ্ভুতাশ্রয়ম্॥

অর্থ। কাব্য হৈবা মীশিংনা অসিগুম্বা মওঙ্গী দৃশ্যকাব্য ( মিংনা য়েংগদবা ওইবা ) শেমগনি মহুদি—মানা শেম্লিবা কাব্য অদুগী অয়াম্বা

মরেক্তি লঘু ওইগনি, উপমা অমদি রূপক তা তাংগনি অমসুং মহূদা (কাব্যদা) বীর, রৌদ্র অমদি অদ্ভুত রস লৈগনি।

১০৮। গুর্বক্ষরপ্রায়কৃতং বীভৎসে করুণে তথা।
কদাচিদ্রৌদ্রবীরাভ্যাং যদাধর্ষণজং ভবেৎ॥

অর্থ। বীভৎস অমসুং করুণরস-দদি গুরু অক্ষর য়াম্না শীশিনৈ। করি করিগুম্বদা কাবা পুনবনচিংবা য়াওরকপা মতাংদদি (মতম অহু-গুম্বদদি) রৌদ্র অমসুং বীর-রসশিং অসি শীজিন্নগনি।

১০৯। রূপদীপকসংযুক্তমার্যাবৃত্তসমাশ্রয়ম্।
শৃঙ্গারে তু রসে কার্যং মৃদুবৃত্তংতথৈব চ॥

অর্থ। শৃঙ্গার রস-তদি অসিগুম্বা মওঙগী কাব্য শেমগনি মহূদি—রূপক অমসুং দীপক তিন্নগনি, আর্যা-বৃত্ত-য়াওগনি, অহুগা মসিগী ছন্দনা 'মৃদু' (অতক্পা অমেঙবা মতৌগী) ওইগনি।

১১০-১১১।
উত্তরোত্তরসংযুক্তং বীরে পাঠ্যং তু যদ্ভবেৎ।
জগত্যাতিজগত্যাং বা সংকৃত্যাং বাপি তদ্ভবেৎ॥
তথৈব যুদ্ধসংস্ফেটা উৎকৃত্যাং সংপ্রকীর্তিতৌ।
করুণে শক্করী জ্ঞেয়া তথৈবাতিধৃতির্ভবেৎ॥

অর্থ। লীলাদা (নাট্য) বীররসতা বা মথং মথং হায়রকপদা মহূ জগতী, অতিজগতী নত্রগা সংকৃতি ছন্দদা ওইগনি। শা-লান-দদি 'উৎকৃতি' না তৌগনি। অহুম তৌনা করুণ রস-তনা শক্করী অমসুং অতিধৃতি ছন্দ ওইগনি।

১১২। যদ্বীরে কীর্তিতং ছন্দস্তদ্রৌদ্রেঽপি প্রযোজয়েৎ।
শেষাণামর্থযোগেন ছন্দঃ কার্যং প্রয়োক্তৃভিঃ॥

অর্থ। বীররসতা শীজিন্নগদবা ছন্দ অহুমক রৌদ্ররসতা শীজিন্নগনি। লেমহৌবা রস অতৈগীদি জগোই শেম্বশিংনা অর্থ অর্থগী মতুং ইন্না অচাবা ছন্দ শীজিন্নগনি।

১১৩। ত্রিবিধং হ্যক্ষরং কার্যং কবিভির্নাটকাশ্রয়ম্।
হ্রস্বং দীর্ঘং প্লুতঞ্চৈব রসভাববিভাবকম্॥

অর্থ। নাটক ইবদা কবিশিংনা হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুতনচিংবা ময়েক মথল অহুম্মক রস ভাবকী চান্নবা য়েংহুনা শীজিন্নগনি।

১১৪। একমাত্রং ভবেদ্ হ্রস্বং দ্বিমাত্রং দীর্ঘমিষ্যতে।
প্লুতং চৈব ত্রিমাত্রং স্যাদক্ষরং স্বরযোজানাৎ॥

অর্থ। স্বর শীজিন্নবদা হ্রস্ব স্বর অমনা মাত্রা অমনি, দীর্ঘস্বর অমনা মাত্রা অনিনি অহুমগা মাত্রা অহুম্না প্লুতনি খঙনগনি।

১১৫। স্মৃতে চাসূয়িতে চৈব তথা চ পরিদেবিতে।
পঠতাং ব্রাহ্মণানাং চ প্লুতমক্ষরমিষ্যতে॥

অর্থ। প্লুত অক্ষর শীজিন্নগদবদি [1]স্মরণ, অসূয়া, পরিদেবন অমদি ব্রাহ্মণনা বেদ পাঠ তৌবদা শীজিন্নগনি।

১১৬। আ-কারস্তু স্মৃতে কার্য উকারশ্চাপ্যসূয়িতে।
পরিদেবিতে তু হা-কার ওঁ-কারোঽধ্যয়নে তথা॥

অর্থ। স্মরণদা (নীংশিংবা) আ-কার, অসূয়াদা (কল্লক-খম্বন শাউবা) উ-কার, পরিদেবনদনা (নীংঙমদবা) হা-কার অমসুং বেদ তম্বদনা ওঁ-কার শীজিন্নগনি।

---

১। মথোন্ন অর্থগী মন্নমদি ভাবকী মথল তাকপদা য়াওগ্রে, মখক্তা য়েংবীয়।

১১৭। হ্রস্বদীর্ঘপ্লুতানীহ যথাভাবং যথারসম্।
কাব্যযোগেষু সর্বেষু হ্যক্ষরাণি তু যোজয়েৎ ॥

অর্থ। কাব্য পূম্নমক্তা ভাব অমসুং রসগা চান্নবা মতুংইন্না হ্রস্ব, দীর্ঘ অমসুং প্লুতনচিংবা ময়েকশিংবু শীজিন্নগনি।

১১৮। যে বন্ধাঃ পূর্বমুদ্দিষ্টা বিষমার্ধসমাঃ সমাঃ।
উদারশব্দৈর্মধুরৈঃ কার্যাস্তেঽর্থবশানুগাঃ ॥

অর্থ। মথক্তা হান্না হায়রবা বিষম, অর্ধসম অমসুং সম-নচিংবা ছন্দশিং অদুদা উদার ( উদাত্ত ? ) অমসুং অমেঙ-অথোংবা তিনবা বাহৈ বাতা অর্থগী মতুংইন্না শীজিন্নগনি।

১১৯। শব্দানুদারমধুরান্ প্রমদাভিধেয়ান্-
নাট্যাশ্রয়াসুকৃতিষু প্রযতেত কর্তুম্।
তৈর্ভূষিতা বহুবিভান্তি হি কাব্যবন্ধাঃ
পদ্মাকরা বিকসিতা ইব রাজহংসৈঃ ॥

অর্থ। নাট্যগী শৈরেংনচিংবদা নূপীনা তৌবা অভিনয়গী মতমদদি উদার ওইবা অমসুং অথোংপা অমেঙ্বা রাহৈনা তিনবা রচনা ওইগনি। মথোয় অদুনা লৈতেং ওইনবা অদুগুম্বা কাব্য অদুনা কাঙানা লৈতেংনবা, ফুগায়না শাংপা থম্বালনা ইথন থনবা অদুগুম্বা নোংথিরবা পুথ্রী অমগুম ফজহল্লি।

১২০। চেক্রীড়িতপ্রভৃতিভির্বিকৃতৈস্তু শব্দৈ-
র্যুক্তা ন ভান্তি ললিতা ভরতপ্রয়োগাঃ।
কৃষ্ণাজিনাক্ষরুদ্রচর্মধরৈর্ঘৃতাক্তৈ-
র্বেশ্যা দ্বিজৈরিব কমণ্ডলুদণ্ডহস্তৈঃ ॥

অর্থ। 'চেক্রীড়িত' গুম্বা অকনবা অয়াকপা য়াহৈ-য়াতানা নীং-থিজরবা নাট্যকলাদা থক ফজংনবা ওয়দে—শবেং অমদি শজিগী মউম্না ফিজেৎনবা, মশাদা ঘি তৈবা, কমগুলু অমদি চৈস্ত্র পায়বা অমস্তুং গুক্রিক পরেং শিবা অহুগুম্বা ব্রহ্মণনা ওক্তবী নৃপীদা চঙলুবগুম থক চূনবা হায়বত্থ ওইদে।

১২১। মৃদুললিতপদার্থং গূঢ়শব্দার্থহীনং
জনপদসুখভোগ্যং বুদ্ধিমন্নৃত্তযোজ্যম্।
বহুরসকৃতমার্গং সন্ধিসন্ধানযুক্তং
ভবতি জগতি যোগ্যং নাটকংপ্রেক্ষকাণাম্॥

অর্থ। নীংথিবা পদ অমস্তুং অর্থনা ত্তিনবা, অথোৎপা অমেঙবগী মশক ওইবা, অক্রবা নত্রগা থঙবদা বানা থোকপা অহুগুম্বী য়াহৈ অমদি অর্থগী শব্দক য়াওদবা, শুনজাশিংনা লায়না হেক্তমক থঙবা গুম্বা, নীংথিবা বুদ্ধিনা ত্তিনবা (বুদ্ধি দীপ্ত), ঙগোইগা চানবা অয়াম্বা রস-থিবাক গুনা য়াওবা অমস্তুং সন্ধিনচিংবা কয়ানা ত্তিন্নবা বাহৈ য়াতানা শেম্বা অহুগুম্বা লীলা অহুনা (নাটকনা) তাইবঙ পানবা অসিগী ভাবক্তা য়েংবদা মতিক চাবা ওইহল্লি।

ভরতকী নাট্যশাস্ত্রদা 'বাগভিনয়' কৌবা তরাতরেৎগুবা তাংকক অহু মতাং অসিদা লোইরে।

---

# ভাষাবিধান

## ( নাট্যদা শীজিন্নবা লোনগী রায়েল )

১।   এবং তু সংস্কৃতং পাঠ্যং ময়া প্রোক্তং দ্বিজোত্তমাঃ
প্রাকৃতস্য তু পাঠ্যস্য সংপ্রবক্ষ্যামি লক্ষণম্॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক। নাট্যদা শীজিন্নবদা মতিকচাবা সংস্কৃত লোনগী বারম ঐনা হায়জপ্রবসিনি। মথংদা অমুক নাট্যদা শীজিন্নবা য়াবা অছুপুম্বা 'প্রাকৃত' ভাষাগী ( লোন ) মতৌ মওঙ হায়জরকে।

২।   এতদেব বিপর্যস্তং সংস্কার গুণবর্জিতম্।
বিজ্ঞেয়ং প্রাকৃতং পাঠ্যং নানাবস্থান্তরাত্মকম্॥

অর্থ। অসিগুম্বা সংস্কৃত ভাষা অসিনা চোয়থরকপা নত্রগা থৈরকপা, অমদি শেংদোক্তবা মওঙ্গী ওইবা অমস্থং মহুনা মথল মথা অয়াম্বা অবস্থাবু বর্ণন তৌহনা থীবা হায়বদা মতিক চাহনবা অছুগুম্বা মথলগী লোল অদুবু 'প্রাকৃত[১]' হায়না খঙনৈ।

### প্রাকৃত পাঠ্য মথল অহুম

৩।   ত্রিবিধং তচ্চ বিজ্ঞেয়ং নাট্যযোগে সমাসতঃ।
সমান শব্দং বিভ্রষ্টং দেশীগতমথাপি চ॥

অর্থ। নাট্য শেম্বদা শূন্না প্রাকৃত পাঠ্য ( থীবা হায়বদা মতিক-চাবা ) মথল অহুমনি মহুদি—সমান শব্দ ( মান্নবা বাহৈ ), বিভ্রষ্ট

---

১। প্রাকৃত—সংস্কৃত-তগী পোকপা অম্বিবা লোল মথল অমা।

( তদ্ভব হায়রবদি সংস্কৃত-তগী পোকপা ), অমসুং দেশী (হৌবাক লৈবাক্তী ওইবা মশাগী লোন )।

## সমান শব্দ ( মান্নবা রাহৈ )

৪। কমলামলরেণুতরঙ্গলোলসলিলাদিবাক্যসংপন্নম্।
প্রাকৃতবন্ধেষ্বেবং সংস্কৃতমিব প্রয়োগমুপযাতি॥

অর্থ। কমল, অমল, রেণু, তরঙ্গ, লোল, সলিল অসিনচিংবা রাহৈশিং অসিদি সংস্কৃতকুমা প্রাকৃতকী রাহৈমসু অচুমক শীজিন্নৈ।

## বিভ্রষ্ট

৫। যে বর্ণাঃ সংযোগাৎ স্বরবর্ণান্যত্বন্যুনতাং বাপি।
গচ্ছন্তি পদন্যস্তাস্তে বিভ্রষ্টা ইতি জ্ঞেয়াঃ॥

অর্থ। রাহৈগী মরক্তা য়াওবা তপ্পবা ময়েক নত্রগা স্বরবর্ণনা খাই-দোক্লবদি নত্রগনা মুৎথবদি মদুবু বিভ্রষ্ট হায়না কৌই।

## স্বরবর্ণ অমসুং তপ্পদবা ময়েকশিং

৬। এও আরপরাণি অ অংআর পরং অ আঅএ নথি।
বস আরথজি্‌ঝমাই অ কচবগ্‌গতবগ্‌গণিহণাই॥

অর্থ। এ, ও-গী থংনবা ময়েক ( হায়রবদি, ঐ, ঔ ) অমুগা অনু-স্বারগা থংনবা মথংগী ময়েকশিংদি প্রাকৃত-তা য়াওদে।

৭। বচ্চংতি কগতদবয়বা লোপং অথং চ সে বহংতি সরা।
খঘথধভা উণ হত্তন উবেন্তি অথময়ুং চংতা॥

অর্থ। প্রাকৃত ভাষাদা ক, গ, ত, দ, য অমসুং ব ( অন্তঃস্থ ) ময়েকশিং অসি লুপ্ত ওই ( মাংই ) অমুগা মখোয়গী অর্থনা অমেম্বা অতৈ স্বরবর্ণশিংনা পূই অমুগা খ, ঘ, থ, ধ, ভ না অর্থ মাংহন্দনা হ-কার ওইনা মশক ওংহোকই।

৮। উপরিহত্তর আরো হেট্ঠহত্তো র্ব পাত্তয় এ পখি।
বোত্তুণ ভদ্রবোদ্রহ পদ্রহ্রদ চন্দ্র জাঙ্গস ॥

অর্থ। ভদ্র, দ্রোদ্র, হ্রদ, চন্দ্র অসিদি মতুনা অতৈ মকমদদি প্রাকৃত-তা র-কার অসিনা ব্যঞ্জনগী মমাঙ হেক থংনবদা নত্রগা মতুংদা থক লৈছে।

৯। খঘথধভাণ হআর মুহমেহকহা বহু পহুএ সু।
কগতদযবাণ লিচ্চং বীয়ম্মি ঠিও সরো হোই॥

অর্থ। মুখ, মেঘ, কথা, বধূ, প্রভৃত—বাহৈশিং অসিদা য়াওরিবা খ, ঘ, থ অমসুং ভ-না মতম পুম্নমক্তা 'হ' ওইখি। ক, গ, ত, দ, য অমসুং ব-গী মকমদনা মখোয় মখোয়গী স্বরবর্ণশিংনা অহুমক মখোয়গী মপক তাকই।

১০। ছ ইতি ষকারো নিত্যং বোদ্ধব্যঃ ষট্পদাদিযোগে তু।
কিলশব্দো রেফান্তো ভবতি, যথা কৃখুত্তি খলুশব্দঃ।

অর্থ। ষট্পদানচিংবগী ষ অসিনা মতম পুম্নমক্তা ছ ওই। কিল শব্দগী ল্ অসিনা র অহংগা খলু হায়বা বাহৈনা খু হায়রগা লোইরে।

১১। ড ইতি ভবতি টকারো ভটকটককুটীতটাদ্যেষু।
নত্বঞ্চ ভবতি শষয়োঃ সর্বত্র যথা বিসং সংকা॥

অর্থ। ভট, কট, অমসুং তটনচিংবা বাহৈগী ট অসিনা ড ওই। শ, ষ না মতম অপূবদা স ওই, মদুদি বিষনা—বিস অমসুং শংকানা সংকা অহুম্না।

১২। স্পষ্টশ্চ দকারো ভবতি অনাদৌ তকার ইতরাদ্যঃ।
বড়বা তড়াগতুল্যো ভবতি ডকারোঽপি লকারঃ॥

অর্থ। ইত্তর হায়বনচিংবা ৱাহৈগী অহান্নবা অক্ষরা অয়েক ক্ষ কায়না শেংকাক্তবা মওঙ্গী দ ওই। বড়বা, তড়াগ অসিনচিংবা ৱাহৈগী ড়-না ল ওল্লি।

১৩। বধূ মধুশব্দে চ তথা ধকারবর্ণো হকারতাং যাতি।
সর্বত্র চ প্রয়োগে ভবতি নকারোঽপি চ ণকারঃ॥

অর্থ। বধূ মধুনচিংবা শব্দগী ধ অসিনা হ ওইখি। মকম পুম্নমক্তা (লৈনীংবা মকমদা) ন না ণ ওল্লি।

১৪। আপাণং আবাণং ভবতি পকারে বত্বযুক্তেন।
অযথাতথাদিকেষু থকারবর্ণো ব্রজতি হত্বম্॥

অর্থ। প না ব ওইখিদুনা আপ্পান হায়বনা আবাণ ওই। অযথা, তথা-নচিংবা ৱাহৈগী থ-না হ ওইখি।

১৫। পরুষং ফরুসং বিদ্যাৎ পকারবর্ণোঽপি ফত্বমুপযাতি।
যস্ত মৃগঃ সোঽপি মস্ত যস্ত মৃতঃ সোঽপি তথৈব॥

অর্থ। পরুষনা ফরুস ওইনা খঙগনি। প-না ফ ওইখিবনি। মৃগঃ অমসুং মৃত-না মঙো অসি ওই।

১৬। ওকারত্বং গচ্ছত্যৌকারশ্চৌষধাদিষু নিযুক্তঃ।
প্রচয়াচিরাচলাদিষু চকারবর্ণোঽপি চ যকারঃ॥

অর্থ। ঔষধ হায়বনচিংবা ৱাহৈগী ঔ অসিনা ও ওইখি। প্রচয়, অচির, অচল-নচিংবা ৱাহৈদনা চ পুম্নমক য ওই।

১৭। অপরস্বরনিষ্পন্না হ্যেবং প্রাকৃতসমাশ্রয়া বর্ণাঃ।
সংযুক্তানাং চ পুনর্বক্ষ্যে পরিবৃত্তিসংযোগম্॥

অর্থ। অস্থম্না প্রাকৃত-লোন্দদি বর্ণশিং অসি অতোপ্পা খয়না শিনখি। হৌজীক তপ্পবা ময়েক্কী মশক ওনবা মতৌ অহু অমুক হাঙ্‌-জয়কে।

১৮। শ্চৎপ্সথ্যাঃ ছ ইতি ধ্যহ্বয়োর্ভবতি তু জ্ঝকারঃ।
ষ্ট ষ্টঠঃ স্তঃ থঃ ষ্মো হ্নঃ ক্ষমক্ষাৎ ন্হঃ ক্ষঃ খকাররূপঃ॥

অর্থ। শ্চ, প্স, ৎস অমস্যুং থ্যনা ছ ওই। ভ্য, হ্য অমস্যুং ধ্য-না জ্ঝ ওই। ষ্ট, স্ত, প্স, ক্ষণ, ষ্ণ, অমস্যুং ক্ষ-না মথংশিংনা ওই ট্ঠ, থ, ম্হ, ণ্হ অমস্যুং কুখ অস্সুয়া।

১৯। আশ্চর্যংঝাৎসর্যং চেত্যনয়োর্যস্তরিয়ং বৈ তথা।
উৎসাহশ্চোচ্ছাহো পথ্যং পচ্ছং চ বিজ্ঞেয়ম্॥

অর্থ। আশ্চর্য, নিশ্চয়, উৎসাহ অমস্যুং পথ্যনা মথংশিংনা ওই— অচ্ছরিয়, নিচ্ছয়, উচ্ছাহ অমস্যুং পচ্ছ।

২০। তুভ্যং তুজ্ঝ্যং মহ্যং মজ্ঝং বিধ্যশ্চ ভবতি-
বিংজ্ঝ ইতি।
দষ্টৌ দট্ঠো ইতি তথা হস্তোঽপি (তু) হহ ইত্যেবম্॥

অর্থ। তুভ্যম্, মহ্যম্, বিন্ধ্য, দষ্ট অমস্যুং হস্তনা মথংশিংনা তুজ্ঝম্, মজ্ঝম্ বিংঝ, দট্ঠ, অমস্যুং হথ অস্সুয়া ওই।

২১। গ্রীষ্মো গিম্হো চ তথা শ্লক্ষ্ণং লণ্হং সদাতু বিজ্ঞেয়ম্।
কৃষ্ণঃ কণ্হো যক্ষো জক্খী চ পল্লঙ্ক পর্যঙ্কে॥

অর্থ। গ্রীষ্ম, শ্লক্ষ্ণ, উষ্ণ, যক্ষ, অমস্যুং পর্যংকনা মথংশিংনা —গিম্হ, সন্হ, উণ্হ, জক্খ অমস্যুং পল্লংক ওইগনি।

২২। বিপরীতৎহ্রযোগে ব্রহ্মাদৌ স্যাদ্ বৃহস্পতৌ কথম্।
যজ্ঞশ্চ ভবতি জন্নো ভীষ্মো ভিম্ভো হি বিজ্ঞেয়ঃ॥

অর্থ। ব্রহ্মণ্-বঙ্গিবা শব্দদা হম্রী ওয়বা মওঙ্দা মহ ওই। বৃহস্পতি হায়বা রাহৈগী স্পগী মহক্কা ক ওই। যজ্ঞ, ভীষ্ম রাহৈগী মহক্কনা মথংশিংনা জন্ন অমস্যুং ভিম্হ ওই।

২৩। উপরিষ্টাদধস্তাদ্ বা ভবেৎ ককারাদিকস্ত যো বর্ণঃ।
স হি সংযোগবিহীনঃ শুদ্ধঃ কার্যঃ প্রয়োগেঽস্মিন্॥

অর্থ। মসিদা হায়বদি প্রাকৃত অসিদা মথক্তা নক্রগা মথাদা লৈবা ক কায়নচিংবা ময়েক্তা তমবা লৈতনা মথক্তা নায়ত্তোম লৈগনি।

২৪। এবমেব তু বিজ্ঞেয়ং প্রাকৃতং সংস্কৃতং তথা।
অত ঊর্ধ্বং প্রবক্ষ্যামি দেশভাষাবিকল্পনম্।

অর্থ। অসুম্না প্রাকৃত অমসুং সংস্কৃত লোনগী মতৌ খঙনগনি। মথংদা লৈবাক লৈবাকী চংনবা লোনশিংগী মথল অমুক হায়জগে।

২৫। ভাষা চতুর্বিধা জ্ঞেয়া দশরূপপ্রয়োগতঃ।
সংস্কৃতং প্রাকৃতং চৈব যত্র পাঠ্যং প্রযুজ্যতে॥

অর্থ। সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত লোয়না খীবা হায়কনচিংবা তৌনবা ওইবা শীজিন্নবা দশরূপকতা ( রূপক মথল তরা ) লৌখংলম্বা মতুং-ইন্না লোল ( নাট্যদা শীজিন্নবা ) মথল মরিনি হায়না খঙগনি।

## লোন মথল মরি

২৬। অতিভাষার্যভাষা চ জাতিভাষা তথৈব চ।
তথা যোন্যন্তরী চৈব ভাষা নাট্যে প্রকীর্তিতা॥

অর্থ। নাট্যদা শীজিন্নবা লোল মথল মরিনি মহুদি—অতিভাষা ( অতি মানব—লাই ), [1]আর্যভাষা, জাতি [2]ভাষা ( জাতি জাতিগী লোয়বা লোল ? ), অমসুং যোন্যন্তরী ( মীনগী তোঙ্কয় থক্তায় পানব-শিংগী মরোল )।

---

১। বৈদিক শব্দনা অমাবনি লৌনৈ। ২। তোঙগী মতম অতিভাষা, আর্যভাষা জাতি ভাষাবু মথংশিন্দনা প্রোক্ত আর্য অমসুং বীনী মতান ( লৌকিক ? ) নি হায়না লেপলগী।

২৭। অতিভাষা তু দেবানামার্যভাষা তু ভূভুজাম্।
সংস্কারগুণসংযুক্তা সপ্তদ্বীপপ্রতিষ্ঠিতা ॥

অর্থ। অতিভাষানা লাইরোলনি; আর্যভাষানা লৈম-নিংথৌ মরোলনি। লোল মথক্ অনিমক অসিদি শেংদোক্লবা লোল ওন্তনি অমসুং ¹দ্বীপ তরেৎমক্তা লৈবনি।

২৮। দ্বিবিধা জাতিভাষা চ প্রয়োগে সমুদাহৃতা।
ম্লেচ্ছদেশে প্রযুক্তা চ ভারতবর্ষমাশ্রিতা ॥

অর্থ। জাতি ভাষাবু মথক অনি থোক্লা নাট্যদা শীজিন্নৈ মচু— ম্লেচ্ছ লৈবাক্তা অমসুং ভারতবর্ষ অসিদা চৎনৈ।

২৯। অথ যোন্যন্তরীভাষা গ্রাম্যারণ্যপশূদ্ভবা।
নানাবিহংগজা চৈব নাট্যধর্মী প্রয়োগতঃ ॥

অর্থ। নাট্যদা শীজিন্নবা 'যোন্যন্তরী' ভাষাদি চাওখত্তবা লমগী ওই, বনগী শা অমদি উচেক মথক মথকদগী থোকই।

জাতিভাষা

৩০। জাতিভাষাশ্রয়ং পাঠ্যং দ্বিবিধং সমুদাহৃতম্।
প্রাকৃতং সংস্কৃতং চৈব চাতুর্বর্ণ্যসমাশ্রয়ম্ ॥

অর্থ। জাতি ভাষাদা লেংবা থীবা-হায়বা তৌনবা মরোলশিংদি বর্ণ মরিমক্তা চৎনরিবা প্রাকৃত অমসুং সংস্কৃত লোল অনি অসিনি হায়।

৩১। ধীরোদ্ধতে ধীরললিতে ধীরোদাত্তে তথৈব চ।
ধীরপ্রশান্তে চ তথা পাঠ্যং যোজ্যং তু সংস্কৃতম্ ॥

অর্থ। ধীরোদ্ধত, ধীরললিত, ধীরোদাত্ত, অমসুং ধীরপ্রশান্তগী চরিত্রশিংদদি সংস্কৃত লোনা ভাওবা শরুপা তৌগনি।

---

১। পৃথিবীবু দ্বীপ ৭ থোক্লা থায়দোকই, ভারতবর্ষ দ্বীপ অমনি।

৩২। এষামেব তু সর্বেষাং নায়কানাং প্রয়োগতঃ।
কারণব্যপদেশেন প্রাকৃতং সংপ্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। নাট্য শেম্না মতম্দা হায়রিবা নায়কশিং অসিগী ওইরদি মতিকচাবা মরম লৈরবা মতমতদা প্রাকৃত শীজিন্নগনি।

৩৩। ঐশ্বর্যেণ প্রমত্তস্য দারিদ্র্যেণ প্লুতস্য চ।
উত্তমস্যাপি পঠতঃ প্রাকৃতং সংপ্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। মরল মথুম অমদি মতিক মঙ্গলনা থোয়চৎনবা অমদি লৈত-লায়র অরা অনংবা লাকহৎলবা উত্তম-চরিত্রগী (মীথোই মীহেনশিংগী মতো) বাঙাঙ্, শাঙাঙদসু প্রাকৃত লোল শীজিন্নগনি।

৩৪। ব্যাজলিঙ্গপ্রতিষ্ঠানাং শ্রমণানাং তপস্বিনাম্।
ভিক্ষুচক্রচরাণাঞ্চ প্রাকৃতং সংপ্রয়োজয়েৎ॥

অর্থ। মশক লোৎপা মী (ফিজেৎনচিংবনা), শ্রমণ (বৌদ্ধ-লগোইবা), তপস্বী (বনদা লৈহুনা লাইনীংবা), একচক্রচর (মিত্রং তৌবা মী, লৌনম চাউবা, জুয়ার শান্নবা অমদি ফু-শাবা মী) শিংগীসু প্রাকৃত লোন্না শীজিন্নগনি।

৩৫। বালে গ্রহোপসৃষ্টে চ স্ত্রী প্রকৃতৌ তথা।
নীচে মত্তে সলিঙ্গে চ প্রাকৃতং পাঠ্যমিষ্যতে॥

অর্থ। অঙাং, ভূত চঙ্বা মী, নূপী, নূপীমানবা মিপা, অতোনবা মী (নিপা), মু-ঙাওবা অমসুং লিঙ্গ উপাসনা তৌবা মী—মথোয় অসিগী ভাঙ্বা শকপা তৌবদা প্রাকৃত লোন্না হেন্না চুনবা ওই।

৩৬। পরিব্রাণ্মুনিশাক্যেষু চৌক্ষেষু শ্রোত্রিয়েষু চ।
দ্বিজা যে চৈব লিঙ্গস্থাঃ সংস্কৃতং তেষু যোজয়েৎ॥

অর্থ। লম কোয়বা মী, মুনি, বৌদ্ধ, চৌক,[১] শ্রোত্রিয়[২], দ্বিজ ( ব্রাহ্মণ ) অমসুং লিঙ্গস্থ[৩]—মখোয় অসিগীদি সংস্কৃত শীজিন্নগনি।

৩৭। রাজ্যাশ্চ গণিকায়াশ্চ শিল্পকার্যাস্তথৈব চ।
কার্যাবস্থান্তরকৃতং যোজ্যং পাঠ্যন্তু সংস্কৃতম্॥

অর্থ। রাণী, বেশ্যা ( ওক্তবী নূপী ) অমসুং খুৎ-শা[৪] হৈবা মীগী থবক অমসুং অকক্লবা ফিবমশিং থরদদি সংস্কৃত লোন শীজিন্নগনি।

৩৮-৩৯। সন্ধিবিগ্রহসম্পৃন্নং তথা প্রাপ্তবাগ্‌গতিম্।
গ্রহনক্ষত্রচরিতং খগানাং রুতমেব চ॥
সর্বমেতদ্বিবিজ্ঞেয়ং যস্মাদ্রাজ্ঞঃ শুভাশুভম্।
নৃপপত্ন্যা স্মৃতং তস্মাৎকালেপাঠ্যং তু সংস্কৃতম্॥

অর্থ। সন্ধি তৌনবগী থাবম ( রাজেমশিন্নবগী মরোল ), গ্রহ-নক্ষত্রগী মরম, নিংথৌগী অক-কন্ত থওনবা উচেক্লা খোংবা মখোল—অসি পুন্নমক নিংথৌগী রাণীদি থওকম খোকপনা মতম মতমগী ওইবা মাগী রাঙাঙ শাঙাঙদা সংস্কৃত লোন শীজিন্নগনি।

৪০। ক্রীড়ার্থং সর্বলোকস্য প্রয়োগে তু সুখাশ্রয়ম্।
কলাভ্যাসাশ্রয়ং চৈব পাঠ্যং বেশ্যাসু সংস্কৃতম্॥

অর্থ। শান্নবগী থবক্তা, নাট্যাভিনয়গী মতমদা পুন্নমকী হৃংঙাইবা ওইনবা থৌরমদা অমদি কলাবু অভ্যাস তৌবদা বেশ্যাশিংনা সংস্কৃত লোন শীজিন্নগনি।

৪১। কলোপচারজ্ঞানার্থং ক্রীড়ার্থং পার্থিবস্য তু।
নির্দিষ্টং শিল্পকার্যাস্তু নাটকে সংস্কৃতং বচঃ॥

---

১। চৌক—অশেংবা, হৈশিংবা, অকবা অশিনচিংবা অর্থ থোকই। কাঙলুপ অমগী মমিংনি—অর্থ লেনা শক্তবা ওমরে।

২। শ্রোত্রিয়—বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ,

৩। লিঙ্গস্থ ( মহাবৃত্তি ৮/৩১ শ্লোককী ব্যাখ্যা য়েংউ )

৪। নূপী—মখুৎশা হৈবী ( আর্টিষ্ট )

অর্থ। কলাবু অভ্যাস তৌবদা অমদি নিংথৌবু হুংঙাইছন্নবগীদমক শিল্লী ওইবী নুপীনা নাট্যদা সংস্কৃতলোন্না ঙাঙ্.বা শকপা তৌগনি।

৪২। আম্নায়সিদ্ধং সর্বাসাং শুভং চাপ্সরসাং বচঃ।
সংসর্গাদ্দেবতানাং বৈ তদ্ধি লোকোহনুবর্ততে॥

অর্থ। অপ্সরাশিংগী (স্বর্গগীজগোইশাবী) অশেংবা লোনদি মহৌশাদগী হৌনা অহুম্মক সংস্কৃতনা তৌনবা চৎনরকই। লাইশিংগা শন্নবা অহুগুম্বা মীনস্থ মহুগী মতৌ অহুমক তৌগদবনি।

৪৩। ছন্দতঃ প্রাকৃতং পাঠ্যং স্মৃতপ্সরসাং ভুবি।
মানুষাণাং চ কর্তব্যং কারণার্থব্যপেক্ষয়া॥

অর্থ। মখোয়না (অপ্সরা) মপূর্কীংগী অপাম্বা মতুংইন্না পৃথিবীদদি [1]প্রাকৃত লোন্না ঙাঙ্.বা শকপা তৌই। অহুগা মীওইবনদি তোপ-তোপ্পা মরমশিংদা প্রাকৃত অসি শীজিন্নগনি।

৪৪। ন বর্বরকিরাতান্ধ্রদ্রবিলাদ্যাসু জাতিষু।
নাট্যযোগে তু কর্তব্যং পাঠ্যং ভাষাসমাশ্রয়ম্॥

অর্থ। বর্বর, কিরাত, আন্ধ্র, দ্রমিল[2] অসিনচিংবা জাতিশিংগীদি নাট্যাভিনয়গী মতমদা মাগী মাগী মরোলনা থীবা হায়বা অহুম্মক তৌগনি।

৪৫। সর্বাস্বেব হি শুদ্ধাসু জাতিষু দ্বিজসত্তমাঃ।
শৌরসেনীং সমাশ্রিত্য ভাষা কার্যা তু নাটকে॥

অর্থ। হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক! নাটকতা অশেংবা জাতি পুম্নমকনা শৌরসেনী লোন্দা ঙাঙ্.বা শকপা তৌগনি।

---

১। অপ্সরানা মীরমলেন্দা লাক্ত্না লৈবগী বা উর্বশী-পুরুরবাগী বারীদা লৈ।
২। তোঙান তোঙানবা জাতিশিংনি।

৪৬। অথবা ছন্দতঃ কার্যা দেশভাষা প্রয়োক্তৃভিঃ।
নানাদেশসমুত্থং হি কার্যং ভবতি নাটকে॥

অর্থ। নত্রগনা নাট্য শেম্বা মীনা মপূক্কীংগী অপাম্বা মতুংইন্না লৈবাক লৈবাকী লোন শীজিন্নগনি, মরমদি—তৌরিবা লীলানচিংবা পুন্নমক লৈবাক লৈবাকশিংগো মরী লৈনবা ওাক্তনি।

## লোল মখল তরেৎ

৪৭। মাগধ্যবন্তিজা প্রাচ্যা শৌরসেন্যর্ধমাগধী।
বাহ্লীকা দাক্ষিণাত্যা চ সপ্ত ভাষাঃ প্রকীর্তিতাঃ॥

অর্থ। চৎনবা লোল মখল তরেৎনি মহূদি—মাগধী, অবন্তিজা, প্রাচ্যা ( নোংপোকলবগী ওইবা ); শৌরসেনী; অর্ধমাগধী, বাহ্লীকা অমসূং দাক্ষিণাত্যা অসিনি।

৪৮। শকারাভীরচণ্ডালশবরদ্রবিড়ান্ধ্রজাঃ।
হীনা বনেচরাণাঞ্চ বিভাষা নাটকে স্মৃতা॥

অর্থ। [1]শকার, আভীর, চণ্ডাল, শবর, দ্রবিড়, অন্ধ্র, অতোনবা জাতিগী মী ওই অমসূং বনচর শিংনা বিভাষানা (লমগী চৎনবী লোল) নাটকতা শীজিন্নগনি।

## অথোইবা লোলশিংগী শীজিন্নকম

৪৯-৫১। মাগধী তু নরেন্দ্রাণামন্তঃপুরনিবাসিনাম্।
চেটানাং রাজপুত্রাণাং শ্রেষ্ঠিনাং চার্ধমাগধী॥

---

মেংগদবা—মাগধী-মগধ লৈবাক্কীলোন, অবন্তিজা-মালব লৈবাক্কীলোন, শৌরসেনী—মথুরা লৈবাক, অর্ধমাগধী—মগাগীলোন্দা মাগধী থেৎচিনবা (মায়বা), বাহ্লীকা—গন্ধর্ব লৈবাক, দাক্ষিণাত্যা—বিন্ধ্য চীংগী থা-থংবা লৈবাক।

১। শকার—নাপন তৌবা নিংথৌগী মশেল্ক-মবাইলচিংবা।

প্রাচ্যা বিদূষকাদীনাং ধূর্তানামপ্যবন্তিজা।
নায়িকানাং সখীনাং চ শৌরসেন্যবিরোধিনী॥
যৌবনাগরিকাদীনাংদাক্ষিণাত্যা চ দীব্যতাম্।
বাহ্লীকভাষোদীচ্যানাং খসানাং চ স্বদেশজা॥

অর্থ। নিংথৌ অমসুং সঙ্গাই মঙ্গংগী মীশিংগী লোন্দি মাগধীনা ওইগনি, চেট (অপাম মুংশিংগী থবক্তা নিংথৌগী মতেং পাংবা মী), নিংথৌমচাশিং অমসুং শেনজাউ পায়বা লল্লোনবশিংগীনা অর্ধমাগধী ভাঙ্‌গনি; বিদূষকনচিংবগীনা প্রাচ্যভাষা (নোংপোক লমগী লোন) শীজিন্নগনি, ধূর্তশিংগীদি (মল তৌবা মী) অবন্তিজা, নায়িকা অমসুং মাগী সখিশিংনা মতিক চানবা মওঙ্‌দা শৌরসেনী; লান্মী, নাগরিক (সহরগী মী) অমসুং জুয়ার শান্নবা মীশিংগীনা দাক্ষিণাত্যা, উদীচ্য (অরাংলমগী মী), খস (অন্নাং ভারতকী চীংমিশিং) জাতিনা মখোয় মশাগী (লৈবাক্কী ওইবা) লোল বাহ্লীক শীজিন্নগনি।

## বিভাষাগী শীজিন্নকপ

৫২-৫৫। শকারাণাংশকাদীনাং তৎস্বভাবশ্চ যোগণঃ।
শকারভাষা যোক্তব্যা চাণ্ডালী পুক্কসাদিষু॥
অঙ্গারকারব্যাধানাং কাষ্ঠপত্রোপজীবিনাম্।
যোজ্যা শবরভাষা তু কিঞ্চিদ্বানৌকসী তথা॥
গজাশ্বাজাবিকোষ্ট্রাদিঘোষস্থান নিবাসিনাম্।
আভীরোক্তিঃ শাবরী চ দ্রাবিড়ী বনচারিষু॥
সুরঙ্গখনকাদীনাং সন্ধিকারাশ্বরক্ষতাম্।
ব্যসনে নায়িকাদীনামাত্মরক্ষাসু মাগধী॥

২। আভীর—গোয়ালাগী জাত, ৩। চণ্ডাল—ঈশেংবা মচা, ৪। শবর-চণ্ডাল-গুম্বা জাত, ৫। দ্রবিড়—খা-ভারতকী জাতি অমা, ৬। অন্ত্রজাতি—খা-ভারত, ৭। বনচর—বনদা কোন্না চত্তুনা লৈবা জাত।

অর্থ। শকার অমসুং শক-নচিংবনা মখোয়গী মবাং-মশিনগা চান্নবা মতুংইন্না অতোপ্পা জাতীগী মীশিংনা শীজিন্নবা শকারভাষা হায়বদি "শকারী" হায়না খঙনবা লোল অমা লৌহুনা শীজিন্নগনি। অমুগা চাণ্ডালী, পুক্কসানচিংবা উপজাতিশিংগী মতাংদসু মসিনা শীজিন্নগনি।

অঙ্গারকার (মৈতান শুবা), শা-তানবনা হিংনবা, শীং উ-চনবনচিংবা তৌহুনা হিংনবা, লা-শীংনচিংবা লপ্লোন্দুনা চাবা—মখোয় অমুগুম্বগীনা শবর ভাষাগা বানৌকসী ( বনদা লৈবা কাঙবুগী ) ময়োল থরগা য়ান্নহুনা চংনগনি।

শামু, শগোল, হামেঙ, য়াঊ, উটন-চিংবা য়োকপা শেনবা তৌবা কাঙলুপকি মী ওইরবদি মখোয় অমুগীদি আভিরী অমসুং শাবরী ভাষানা তৌগনি, অমুগা বনদা কোয়চং চত্তুনা লেনবা মীওইশিংগীদি দ্রামিড়ী লোল শীজিন্নগনি।

শুরুং ( সুরঙ্গ ) হুংপা, শগুণ তৌবা, শগোল থাকপা শেনবনা মখোয় ওইনবা মীশিংগীদি অমুগা খুদোংথীরবী ( অরাবা তারবী ) নায়িকাশিংনা মথরায় কন্নবা হোৎনবদা 'মাগধী' লোন শীজিন্নগনি।

## লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবা লোলশিংগী থেন্নবা মতৌশিং

৫৬। গঙ্গাসাগরমধ্যে তু যে দেশঃ সংপ্রকীর্তিতাঃ।
একারবহুলাং তেষু ভাষাং তজ্‌জ্ঞাঃ প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। গঙ্গাগা সমুদ্রগা অনিগী মরক্তা লৈবা লৈবাকশিংদা অথঙ-অহৈশিংনা এ-কারনা নম্বা লোল শীজিন্নগনি।

৫৭। বিন্ধ্যসাগরমধ্যে যে দেশাঃ শ্রুতিমাগতাঃ।
নকার বহুলাং তেষু ভাষাং তজ্‌জ্ঞাঃ প্রযোজয়েৎ॥

অর্থ। বিন্ধ্য পর্বত অমসুং সমুদ্রগী মরক্তা লৈবা খ্যাতনা তানরিবা লৈবাকশিং অমুদা অথঙ অহৈশিংনা ন-কারনা নম্বা রাহৈ জাক্তা শীজিন্নগনি।

৫৮। সুরাষ্ট্রাবন্তিদেশেষু বেত্রবত্যান্তরেষু চ।
যে দেশাস্তেষু কুর্বীত চকারবহুলামিহ ॥

অর্থ। সুরাষ্ট্র অমসুং অবন্তি অমুগা বেত্রবতী[1] তুরেনগী মরক্তা লৈবা লৈবাকশিংদদা চ-কারনা মরা য়াওবা লোল শীজিন্নগনি।

৫৯। হিমবৎসিন্ধুসৌবীরান্ যেঽন্যে জনাঃ সমাশ্রিতাঃ।
উকারবহুলাং তেষু নিত্যং ভাষাং প্রযোজয়েৎ ॥

অর্থ। হিমালয়, সিন্ধু অমসুং সৌবীর লৈবাক্তা লৈবা অতোপ্পা মীশিংদি উ-কার য়াম্না শীজিন্নগনি।

৬০। চর্মন্বতীনদীতীরে যে চার্বুদসমাশ্রয়াঃ।
ওকারবহুলাং নিত্যং তেষু ভাষাং প্রযোজয়েৎ ॥

অর্থ। চর্মন্বতী[2] তুরেন মপান্দা অমুগা অর্বুদ-চীংগী লমদমদা লৈবা মীশিংদি ও কারনা য়াম্না লোন শীজিন্নগনি।

৬১। এবং ভাষাবিধানন্তু কর্ত্তব্যং নাটকাশ্রয়ম্।
অথ নোক্তং ময়া যচ্চ লোকাদ্ গ্রাহ্যং বুধৈস্তু তৎ ॥

অর্থ। মওঙ্ অসুম্না নাটক-তা শীজিন্নবা লোলগী মরম শীন্দোকনি। ঐনা লোখৎপদা য়াওথিদ্রবশিং অমুদি পণ্ডিতশিংনা মী মীগী চৎনবী লোনচৎ য়েংনা লৌশিন্নবিগনি।

ভরতগী নাট্য-শাস্ত্রদা ভাষাবিধান হায়না কৌবা তরানিপান শুবা তাংকক অসু মতাং অসিদা লোইয়ে।

---

১। বেত্রবতী—হজীকী বেতোয়া অসিনি, গঙ্গাগী মশানি। ভুপালদগী হৌরক্লগা যমুনাদা তাই।

২। চর্মন্বতী—হজীকী চম্বল তুরেন অসিনি।

ন তজ্জ্ঞানং ন তচ্ছিল্পং ন সা বিদ্যা ন সা কলা।
ন স যোগো ন তৎকর্ম নাট্যেহস্মিন্ যন্ন দৃশ্যতে॥

(নাট্যদাগীদা অথবা অভিনয়দা জ্ঞান, শিল্প, কলা, বিদ্যা, যোগ অমদি কর্ম অভিনয়দা করিগুম্বা অসম্ভব্ এক নৈতে)।

---